# সূচী-পত্রম্—হীরম-লামায়

---

ইতি বিংশতিতম-খণ্ড-সূচীপত্রম্।

# মণিপুরী মহাভারত

## সপ্তাধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ

### ( শ্রীকৃষ্ণগী মরমদা অধ্যাত্মজ্ঞান তাকৃপগী মতাং )

### চনীগা তরেৎশুবা অধ্যায়

— —(*)——

যুধিষ্ঠির উবাচ।

যোগং মে পরমং তাত মোক্ষস্য বদ ভারত। তমহং তত্ত্বতো জ্ঞাতুমিচ্ছামি বদতাং বর ॥১॥

ভীষ্ম উবাচ।

অত্রাপ্যুদাহরন্তীমমিতিহাসং পুরাতনম্। সংবাদং মোক্ষসংযুক্তং শিষ্যস্য গুরুণা সহ ॥২॥

কশ্চিৎ ব্রাহ্মণমাসীনমাচার্য্যমৃষিসত্তমম্। তেজোরাশিং মহাত্মানং সত্যসন্ধং জিতেন্দ্রিয়ম্ ॥৩॥

শিষ্যঃ পরমমেধাবী শ্রেয়োঽর্থী সুসমাহিতঃ। চরণাবুপসংগৃহ্য স্থিতঃ প্রাঞ্জলিরব্রবীৎ ॥৪॥

উপাসনাৎ প্রসন্নোঽসি যদি বৈ ভগবন্ মম। সংশয়ো মে মহান্ কশ্চিৎ তন্মে ব্যাখ্যাতুমর্হসি।৫॥

কথং চ সর্ব্বভূতেষু সমেষু দ্বিজসত্তম। সম্যগ্‌বৃত্তা স্থিতা হ্যে বিপরীতাঃ ক্ষয়োদয়াঃ।৬।

---

যুধিষ্ঠিরনা হায়— রাখাংঙৈহবা বক্তাশিংগী মচুংদা অথোইবা ঈবুঙো! মোক্ষ ( মুক্তি ) গী মরু ওইবা সাধন ওইবা অথোইবা যোগগী তত্ত্ব অদো, ঈবুধোনা এঙোন্দা তাকৃপিয়ু। মাহক্ এ য়াম্না মুন্না খঙ্‌জনীডিঙ ॥১। ভীষ্মনা হায়— নিংথৌ নহাক্না হংলিবা বিষয় অসিগী মরমদা অহুঙৈ নোংমা গুরু অমগা মাগী শিষ্যগা ভাঙ্‌নখিবা হংন-খুম্নখিবা মতাং অদু উদাহরণ ওইনা হেক্ হেক্ লৌনৈ।২। মমাংঙৈগী রানি. মহাবিদ্বান্ ব্রাহ্মণ পণ্ডিত অমা লৈরম্মি। মহাক্ আচার্য্য মহাবিদ্বান্ পণ্ডিত অমনি অদুগা মশামক অনুভবী মহর্ষি অমনি। য়েংবদা ব্রহ্মজ্ঞানগী তেজনা মাগী মাযথোং অদু পুম্‌নং লংবা ওইনা উই। য়াম্না মহাত্মা ওইবা. রাশক্ চেংপা ব্রত কন্‌বা, ইন্দ্রিয় খুদুম্ চন্‌বা মীশক্ অমনি। নোংমা মহাকী সেবা তৌগে হায়দুনা মহাজ্ঞানী ওইবা, মবুক্‌চেল তপ্পা, জগৎকী মঙ্গল ওইবত পাম্নবা শিষ্য অমা লাকই। মহাক অসি মমাংঙৈদগী গুরুদুগী সেবাদ পুক্নীংদা মহাভক্তিমান ওইবা মী অমনি, মহাক্না গুরুদুগী মনাক্তা চঙ্‌শিল্লক্‌তুনা গুরুগী চরণ অনীদুবু শোক্না খুকমদুনা অসুম্না হায়রকই ॥৩—৪॥ ভগবন্! গুরুদেব! ননাইবু চান্‌বিরবদি ঐগী পুক্নীংদা চিংনবা অমতং লৈব্রিবসে. মাসিতদি কৃপা তৌবিদুনা অমুক্তা কোক্হন্‌বিয়ু। ঐনা হংজরিবা

বেদেষু চাপি যদ্বাক্যং লৌকিকং ব্যাপকং চ যৎ। এতদ্বিদ্বন্ যথা তত্ত্বং সর্ব্বং ব্যাখ্যাতুমর্হসি ॥৭॥

গুরুরুবাচ।

শৃণু শিষ্য মহাপ্রাজ্ঞ ব্রহ্মগুহ্যমিদং পরম্। অধ্যাত্মং সর্ব্ববিদ্যানামাগমানাং চ যদ্বসু ॥৮॥
বাসুদেবঃ পরমিদং বিশ্বস্য ব্রহ্মণোমুখম্। সত্যং জ্ঞানং যজ্ঞস্তিতিক্ষা দম আর্জবম্ ॥৯॥
পুরুষং সনাতনং বিষ্ণুং যং তং বেদবিদো বিদুঃ। সর্গপ্রলয়কর্ত্তারমব্যক্তং ব্রহ্মশাশ্বতম্ ॥১০॥
তদিদং ব্রহ্ম বার্ষ্ণেয়মিতিহাসং শৃণুষ্ব মে। ব্রাহ্মণং ব্রাহ্মণৈঃ শ্রাব্যো রাজন্যঃ ক্ষত্রিয়ৈস্তথা ॥১১॥
বৈশ্যো বৈশ্যৈস্তথা শ্রাব্যঃ শূদ্রঃ শূদ্রৈর্মহামনাঃ। মাহাত্ম্যং দেবদেবস্য বিষ্ণোরমিততেজসঃ ॥১২॥

রাক্সম্ অসি শব্দোক্সা ব্যাখ্যা তৌহুনা তাক্পিয়্। সংসারদা লাক্লিবা ঐসি কদাইদগীনো? অহুগা শুক-দেব নশামক্সু কদাইদগীনো? মাসি শেংনা অমুক্তা তাক্পিয়্। বিষয়গী মরম্দা লৈরিবা অথোইবা তত্ত্বগী রাদো মাহুসু য়াওহন্বিয়্॥১॥ মহাজ্ঞানী ব্রাহ্মণ অথোইবা শুকদেব! পৃথিবী (লৈপাক্) নহিংবা পঞ্চ-মহাভূতশিং অসি মখোয় থৃদিংমক্ চপ্ মান্নবা প্রধান ওইনরি। অমনা অমদগী হেল্লি নাংলি হায়বা য়ানদ্রি। জীব পান্বা পুন্নমক্কী লৈরিবা উরিবা মপানগী দেহশিং অসি মখোয়তনা মচাক্ ওইনা শেমখি। অহুবু, মখোয়দা অমনা অমদগী মান্নদবা অথোই-অহেন্, রাথবা হেনগৎলক্পগী ভাব (মওং) অমসু লৈরি। হেন্গৎলক্পগা রাথবগা অনী অসিদি য়াম্না ওন্-তৈনবা বিপরীত ওইবা রানি। অসিগুম্বা বিপরীত ওইবা মওং অসি করিদগী থোক্খ্রি-ওইখ্রিবনো? ॥২॥ বেদশিংদা, স্মৃতিশাস্ত্রশিংদা হায়রিবা তোঙাল তোঙানবা ধর্ম্মগী রাশিং অহুসু অমত্ত হেক্ মান্নদে। অহুনা শুকদেব! হে বিদ্বন্! মাসিগী মনুংদা লৈরিবা রহস্য ওইবা রা অসে অমুক্ত তাক্পিয়্।৭॥ শুকহুনা হায়রক্ই,— জ্ঞান লৈরবা! ইবুঙো! নংনা দসি ঐঙোন্দা হংলিবা রাশিংসে য়াম্না উত্তম ওইবা, রাংলবা কুপ্পবা, য়াম্না থপ্পবা রাফম্নি। নংনা থিরিবা তত্ত্ব অসিনি অধ্যাত্মতত্ত্ব হায়বদো। মাসি, বিদ্যা পুম্বগী বিদ্যানি, শাস্ত্র পুম্নমক্কী সারাংশনি॥৮॥ বেদ পুম্নমক্কী মুখ (চীল্) ওইহুনা লৈরিবা হায়বদিমথ্য ওইহুনা লৈরিবা প্রণব হায়হুনা অচুম্বা (সত্য), মম্ খঙ্বা (জ্ঞান), থাদোক্পা (যজ্ঞ), খাংবা কনবা (তিতিক্ষা), ইন্দ্রিয়শিং বু লাক্শিন্বা (ইন্দ্রিয় সংযম), পুক্চেল্ অসি পুন্তিং তিংবা (সরলতা) অহুগা থাইদগী অথোইবা লিগদবা পোংশক্ (পরমতত্ত্ব) হায়রিবা পুম্নমক্ অসিনা ওইরিবা বাসুদেব (মকম মতম্ পুম্বদা চংলিবা হায়বা) মাহনি॥৯॥ অহুগুম্বা বাসুদেব ওইবা ভগবান্ মহাক্পু বেদ-খঙ্বশিংনা সনাতন পুরুষনি, বিষ্ণুনি হায়না লৌনৈ। মহাক্ অসিহনা বিশ্ব জগৎ অসিগী অশেম্বা মপুনি, অমুক্ প্রলয় তৌবা মপুনি। অব্যক্ত সনাতন ব্রহ্ম (মশক্ মওং চপ্চানা ফোঙ্ডম্দবা, মকম্ মতম্ পুম্বদা মশক্ হোদনা লৈবা ব্রহ্ম) হায়রবদো মহাক্ অসিনি॥১॥ অহুগুম্বা অব্যক্ত ব্রহ্ম অহুনা বৃষ্ণিবংশদা শ্রীকৃষ্ণগী বাক্তরূপতা অবতার লৌবরে। মসিগী রাবী মথং মথংদো ঐঙোন্দগী নং অমুক্ তারো। ব্রাহ্মণদা ব্রাহ্মণনা, ক্ষত্রিয়দা ক্ষত্রিয়না, বৈশ্যদা বৈশ্যনা অহুগা শূদ্রশিংদা জ্ঞানী শূদ্রনা, হায়নিঙাই লৈতবা তেজনা মহাক্কী ওইবা, দেব পুম্নক্কী দেব ওইবা বিষ্ণুগী মাহাত্ম্য অসি তাহন্গদবনি॥১১॥ নঙোন্দসু

গান্ধর্ব্বং নারদো বেদ ভরদ্বাজো ধনুর্গ্রহম্। দেবর্ষিচরিতং গার্গ্যঃ কৃষ্ণাত্রেয়শ্চিকিৎসিতম্ ॥২১॥
ন্যায়তন্ত্রাণ্যনেকানি তৈস্তৈরুক্তানি বাদিভিঃ। হেত্বাগমসদাচারৈর্যদুক্তং তদুপাস্যতাম্ ॥২২॥
অনাদ্যং তৎ পরং ব্রহ্ম ন দেবা নর্ষয়ো বিদুঃ। একস্তদ্ বেদ ভগবান্ ধাতা নারায়ণঃ প্রভুঃ ॥২৩॥
নারায়ণাদৃষিগণাস্তথা মুখ্যাঃ সুরাসুরাঃ। রাজর্ষয়ঃ পুরাণাশ্চ পরমং দুঃখভেষজম্ ॥২৪॥
পুরুষাধিষ্ঠিতান্ ভাবান্ প্রকৃতিঃ সূয়তে যথা। হেতুযুক্তমতঃ পূর্ব্বং জগৎ সম্পরিবর্ত্ততে ॥২৫॥
দীপাদন্যে যথা দীপাঃ প্রবর্ত্তন্তে সহস্রশঃ। প্রকৃতিঃ সূয়তে তদ্বদানন্ত্যান্নাপচীয়তে ॥২৬॥

অদুবু লোকতা অমুক্ প্রচার তৌরকই ॥২০॥ * কল্প মরোল্ কয়া কয়াদগী লাক্পা সংস্কার অদুনা ইহান্ হান্বদা গান্ধর্ব্ববেদগী জ্ঞান অসি নারদদা মশানা অতুম লাক্চখি। মতৌ অসুম্না ধনুর্ব্বেদগী জ্ঞাননা ভরদ্বাজদা, দেবর্ষিশিংগী চরিত্রগী ইতিহাসগী জ্ঞাননা মহর্ষি গার্গ্যদা অদুগা, অদুগা চিকিৎস শাস্ত্র আয়ুর্ব্বেদগী জ্ঞাননা কৃষ্ণাত্রেয়দা লাক্খি। হায়রিবশিং অসি মশানা তম্মুবা হায়বা লৈতনা অদুম্ মবাক্তরবনি ॥২১॥ অমগ অমগা য়েংনবদা য়াম্না হৈবা বিদ্বান্শিংনা তর্কশাস্ত্রগী গ্রন্থ কয়া কয়া ইরম্মি। অদুগুম্না মহর্ষিশিংনা সদাচারগী পান্থৈনা, যুক্তিযুক্ত ওইবা শাস্ত্রনা পাম্বে ওইদুনা তাক্লম্বা উপদেশশিং অদো নহাক্না ভক্তি শ্রদ্ধাগা লোয়নননা লৌ ॥২২॥ পরংব্রহ্ম পরমাত্মা হায়বসি অনাদিনি, মাগী অহৌবা হায়বা লৈতে। লেঙ্ডিং- পাল্লিবা উরিবশিং অসিদগী তোঙান্না মথন্ত লৈবনি। মাগী থাক্লেংশেংবা মওংদি অসিনি, মাসিনা লোইরে হায়বা লৈতে। মাগী থাক্লেংশেংবা অহেম্না মওংদি দেবতাশিংনসু খঙদে। পরংব্রহ্মগী অরেপ্পা তত্ত্ব অমদি, জগৎপু ডাক্লিবা শ্রীনারায়ণত্তনা খঙি ॥২৩॥ ঋষিশিংনা অথোই অথোইবা বৃহস্পতিনচিংবা দেবতাশিংনা খঙনরক্লিবসিসু শ্রীনারায়ণ বিষ্ণু মশাদগীনি। অদুনা পরম্পরা ওইনা মথং মথং ব্রহ্মগী তত্ত্ব খিনরক্লিবা খঙনরক্লিবদি পরংব্রহ্ম নারায়ণ মতোন্দগীনি। খিনরক্লিবা ব্রহ্মজ্ঞান অসিতনা অরাবা পুম্নমক্ কোক্লনবগী হীদাক্নি ॥২৪॥ তোঙাল্ তোঙান্বা মীশক্না মাগী মাগী সঙ্কল্পদগী তোঙাল্ তোঙান্বা পোৎশক্ অমমম্ পুথোরক্লিবসি প্রকৃতিনা শাবা ডাক্তনি। প্রকৃতিসিদগী ইহান্ হান্বদা কারণ অমগা লোয়ননা † বিশ্বজগৎ অসি পোক্লকই ॥২৫॥ থাউমৈ অমদগী নত্রগা মথং মথং থাউমৈ লিশিং লিশিং চম্ চম্তনা থারক্লবসু থাউমৈ অদুগী থোইদোক্পা মাঙ্বা তোংবা লৈতে। মতৌ অদুগুম্না প্রকৃতি অমত্তদগী পোৎ লিশিং লিশিং লৌথোক্কুনা থোক্হন্লবসু প্রকৃতি মাগী থোইদোক্পা হন্থবা রাশ্বা লৈতে। লৌথোক্লিবমথৈ রাশ্বদবা, হাপচিল্লিবমথৈ হেন্গৎলক্তবা পোৎশক্ অদো অনাদিনি, অনন্তনি। হায়বদি মাগী আদি লৈতে, অন্তসু

* হায়রিবশিং অসিগী অশংবা ভাবতি অসিনি — চহী অমগী মহুংদা অমুক্তং লাক্পা বসন্তঋতুগী প্রাকৃতিক অবস্থা অদু, মমাংঙৈগী চহীগী লাক্খিবা বসন্তঋতুদুগী প্রাকৃতিক অবস্থা অদু ঈকায় কায়দনা অদুম্মক্ লাকই। অদুগুম্না কল্প খুদিংগী, যুগ খুদিংগী লাক্লিবা মওং অসি হান্ন হান্নগী কল্প অমদি যুগ অদুগী মওং অদু কায়দনা লাকই।

† জগৎ অসিনা পোক্লক্লিবা লৈরক্লিবসি করিগুম্বা কারণ অমগা লোয়নবকপনি, নত্রবদি পোক্লক্লমোইদবনি।

অব্যক্তকর্মজা বুদ্ধিরহঙ্কারং প্রসূয়তে। আকাশঃ চাপ্যহংকারাৎ বায়ুরাকাশসম্ভবঃ ॥২৭॥
বায়োস্তেজস্ততশ্চাপ অদ্ভ্যো হি বসুধোদ্গতা। মূল প্রকৃতয়ো হ্যষ্টৌ জগদেতাস্ববস্থিতম্ ॥২৮॥
জ্ঞানেন্দ্রিয়াণ্যতঃ পঞ্চ পঞ্চ কর্মেন্দ্রিয়াণ্যপি। বিষয়াঃ পঞ্চ চৈকং চ বিকারো ষোড়শং মনঃ ॥২৯॥
শ্রোত্রং ত্বক্চক্ষুষী জিহ্বা ঘ্রাণং ঘ্রাণেন্দ্রিয়াণি চ। পাদৌ পায়ুরুপস্থশ্চ হস্তৌ বাক্কর্মণী অপি ॥৩০॥
শব্দঃ স্পর্শশ্চ রূপং চ রসো গন্ধস্তথৈব চ। বিজ্ঞেয়ং ব্যাপকং চিত্তং তেষু সর্বগতং মনঃ ॥৩১॥
রসজ্ঞানে তু বিজ্ঞেয়ং ব্যাহৃতে বাক্ তথোচ্যতে। ইন্দ্রিয়ৈর্বিবিধৈর্যুক্তং সর্বং ব্যক্তং মনস্তথা ॥৩২॥
বিদ্যাত্তু ষোড়শৈতানি দৈবতানি বিভাগশঃ। দেহেষু জ্ঞানকর্তারমুপাসীনমুপাসতে ॥৩৩॥

---

অস্তম্ব লৈতে ॥২৬॥ অব্যক্ত প্রকৃতি ( মশক্ মওং ফোঙদোক্লা লৈত্রিবী প্রকৃতি ) দা ঈথক্-ঈপোম্নচিংব লাক্লগা ( হৌরক্লগা ), হৌরক্লিবসি কদাইদগীনো, করিগীনো, কনাননো ? অসিনচিংবা থম্নবগী ঈহান্ হাম্না পোক্লকপী বুদ্ধি অদুদগী অহঙ্কার হায়না কৌবা মহত্তত্ব অসি পোক্খি। অহঙ্কার অদুদগী আকাশ, আকাশদগী নুংশিৎ পোক্খি ॥২৭॥ নুংশিত্তগী মৈ, মৈদগী ঈশিং, ঈশিংদগী পৃথিবী ( লৈপাক্ ) পোক্খি। মতৌ অসুম্না বিশ্বজগৎ অসিগী বিস্তার তৌরক্কম্ মক ( মূল ) প্রকৃতি অসি নিপাল্ন। হায়রিবা নিপাল্ অসিগী মথক্তা বিশ্বজগৎ অসি খিন্দুনা লৈরিবনি ॥২৮॥ প্রকৃতি অসিদগী বিকৃতি লাক্ই। অসুম্না লাক্পা বিকার ( মশক্ মওং মমিং তোংলক্পা ) শিং অদু জ্ঞানেন্দ্রিয় মঙা, কর্মেন্দ্রিয় মঙা, রূপ রস নাচংবা বিষয় মঙা, পূক্নীং মখোয় তরাতরুক্ অসিনি। মাসিদা, পূক্নীং ( মন ) হায়বাসিমদি অহঙ্কার হায়বদুগী বিকারনি। অতৈ তরা-মঙাদুনা, মাগী মাগী কারণগী মশক্ ওইবা বৃপ্রবা পীরবা মহাভূতশিংদুগী বিকার মত্তনি ॥২৯॥ নাকোং, উনশা, মিৎ, লৈ, নাতোল্ মঙা অসিনা জ্ঞানেন্দ্রিয়শিং। খোঙ, খুৎ, গুহ্যদ্বার ( অমাংবা থোরক্ফম্ ), লিঙ্গ অদুগা বাক্ ( রাঙাও রাইহ ) মখোয়সিনা কর্মেন্দ্রিয়নি ॥৩০॥ শব্দ, স্পর্শ ( থোংলি কল্লি হায়বগী অনু-ভূতি ), রূপ, রস, গন্ধ মঙা অসি জ্ঞানেন্দ্রিয় মঙাগী বিষয়নি। মখোয় মঙা খোখোংপাসদা ব্যাপক ( শীন্ থুংনা লৈবা ) ওইনা লৈরবা চেতনাশক্তি অসি হায়বদি থায়-থুম্মি, রাংঙ নোম্মি, কল্লি-থোংলি হায়না খঙ-লিবা চিত্ত অসি পূক্নীং হায়বা ইন্দ্রিয় পূম্নমক্কী নিংথৌ অহানি খঙজ। খোখোংপাদা য়োঙস্বা হায়বদি রূপ, রসমচিংবা বিষয় পূম্নমক্তা য়োঙস্বা পূক্নীংনি ॥৩১॥ থায়, থুম্মি হায়না রসবু খঙলিবা লৈ ( জিহ্বা ) হায়বা ইন্দ্রিয় অসিনা নত্তে; পূক্নীং ( মন ) হায়বাদুনানি। অদুনা রসবু খঙবা মতম্দা পূক্নীং হায়বসি জিহ্বা ( লৈ ) হায়বা ইন্দ্রিয়দুগী মশক্ ওইখি। অদুগা "থুম্মি--থায়" হায়না হেক্ ঙাংথোক্পা মতমদনা পূক্নীং ( মন ) হায়বসি বাগিন্দ্রিয়গী মশক্মক্ ওইখি। অদুনা, তোঙান্ তোঙানবা ইন্দ্রিয়শিংগা তিন্নরুবা মতমদা ইন্দ্রিয় ইন্দ্রিয়দুমক্কী মশক ওইদুনা অব্যক্ত ওইরম্বা পূক্নীং অসি ইন্দ্রিয়-ইন্দ্রিয়দুগী মশক্ লৌদুনা ব্যক্ত হেক্ হেক্ ওই ॥৩২॥ ইন্দ্রিয় তরা, মহাভূত মঙা, পূক্নীং অমা তত্ত্ব তরাতরুক্ অসি হকচাংসিদা বিভাগ ( শরুক ) নাইনা নাইনা লৈ। মখোয় অসি দেবতা অমমম্গী মশক্কি হায়না খঙগদৌবনি। হকচাংগুংসিদা জ্ঞানশিং পীরিবা পরমাত্মাদুগী মনাক্তা জীবাত্মা হায়বসি লৈরি। দেবতা তরুক্ অসিনা মহাক্কী পূজা তৌরি ॥৩৩॥ জিহ্বা

জেহবং সোমগুণা জিহ্বা গন্ধস্তু পৃথিবীগুণঃ। শ্রোত্রং নভোগুণং চৈব চক্ষুরগ্নেস্তথা॥
স্পর্শং বায়ুগুণং বিদ্যাৎ সর্ব্বভূতেষু সর্ব্বদা ॥৩৪॥
মনঃ সত্ত্বগুণং প্রাহুসত্ত্বমব্যক্তজং তথা। সর্ব্বভূতাত্মা ভূতস্থং তস্মাৎ বুধ্যেত বুদ্ধিমান্ ॥৩৫॥
এতে ভাবা সর্ব্বং জগৎ সর্ব্বং বহন্তি সচরাচরম্। শ্রিতা বিরজসং দেবং যমাহুঃ প্রকৃতেঃ পরম্ ॥৩৬॥
নবদ্বারং পুরং পুণ্যমেতৈর্ভাবৈঃ সমন্বিতম্। ব্যাপ্য শেতে মহানাত্মা তস্মাৎ পুরুষ উচ্যতে ॥৩৭॥
অজরঃ সেহমরশ্চৈব ব্যক্তাব্যক্তোপদেশবান্। ব্যাপকঃ সগুণঃ সূক্ষ্মঃ সর্ব্বভূতগণাশ্রয়ঃ ॥৩৮॥
যথা দীপপ্রকাশাত্ম হ্রস্বো বা যদি বা মহান্। জ্ঞানাত্মানং তথা বিদ্যাৎ পুরুষং সর্ব্বজন্তুষু ॥৩৯॥
শ্রোত্রং বেদয়তে বেদ্যং স শৃণোতি স পশ্যতি। কারণং তস্য দেহোহয়ং স কর্ত্তা সর্ব্ব কর্ম্মণাম্ ॥৪০॥
অগ্নির্দারুগতো যদ্বৎ ভিন্নে দারৌ ন দৃশ্যতে। তথৈবাত্মা শরীরস্থো যোগেনৈবাত্র দৃশ্যতে ॥৪১॥
অগ্নির্যথোপায়েন মথিত্বা দারু দৃশ্যতে। তথৈবাত্মা শরীরস্থো যোগেনৈবাত্র দৃশ্যতে ॥৪২॥

---

(লৈ) হায়বসি ঈশিংগী কার্য্যনি। নাতোল্ হায়বসিনা পৃথ্বী (লৈপাক্) গী কার্য্যনি। নাকোংনা আকাশগী কার্য্যনি। মিৎ কৌবা ইন্দ্রিয়না মৈগী কার্য্যনি। অচচত্ত জীব পুম্বগী দেহগী কুয়োম্ উন্শা হায়বা ইন্দ্রিয় অসিনা নুংশিৎকী কার্য্যনি ॥৩৪॥ পূক্নীং (মন) হায়বা অসিবুনা মহত্তত্ত্বগী কার্য্যনি হায়না খঙগদবনি। অদুনা বুদ্ধিমান্ ওইবা মীনা তৌগদবা হায়ববু— ভূত পুম্নমক্ অসিগী আত্মাগী মশক্ ওইরবা পরমেশ্বর অসিবু জীব পানবা পুম্নমক্না লৈবিবনি হায়না খঙগদবনি ॥৩৫॥ মতৌ অসুম্না পোৎ পুম্নমক অসিনা অচচত্ত জগৎ পুম্নমক্ অসিগী ভার পুরি। পুম্নমক্ অসি, প্রকৃতিসিদগী লান্থোক্খিদুনা, রজোগুণ য়াওদনা লৈরিবা অদু-গুম্বা পরমেশ্বর পরমাত্মাদুগী আশ্রয় লৌদুনা লৈবিবনি ॥৩৬॥ পদার্থ কুন্গা মরি অসিনা তিল্লবা থোঙ মাপল্ ফাংলিবা পুর (হকচাং) অসিদা লৈরিবা, খ্বাইদগী অচেন্বা আত্মা হায়বসিনা শয়ন তৌদুনা ইন্নুং ক্লাঙাইনা লৈরি। মহাক্ অদুবু পুরুষ হায়না কৌই ॥৩৭॥ পুরুষ অসিদি অহল্ ওইবা, শিবা লৈতবনি, মফম্ পুম্নমক্তা শীন্থুংনা লৈবনি। অচৌ অপীক্ তত্ত্ব পুম্নমক্পু মাগী মাগী মথোদা ঈঙ্খিল্লিবা সর্ব্বজ্ঞ (থোং থোংপা থঙবা ওম্বগী শক্তি) গুণ তিল্লবা, কুপ্ত্রিক্ কুপ্পদি ওইরগা ভূত পুম্নমক্কী গুণ পুম্নমক্কী আশ্রয় ওইনা লৈরিবনি ॥৩৮॥ থাউমৈ অদুনা পীক্লবসু চাউরবসু মঙাল্গী মশক্ত মওইবা অদুগুম্না অচৌ পীশক্ জীব পানবা পুম্নমক্কা লৈবা জীবাত্মা হায়বসে জ্ঞানতগী মশক্নি, অদুম্ হায়না খঙউ ॥৩৯॥ মহাক্ অসিতনা খঙবা য়াবা শব্দগী জ্ঞানবু নাকোং কৌবা ইন্দ্রিয়দা পীবিরি। হায়রিবসিগী মন্থংগী ভাবতি মিৎ নাকোং-নচিংবা ইন্দ্রিয়শিং অসিনা খুৎলায় ওইদুনা মহাক্না উরিবনি তাবিরিবনি। হকচাং অসিদি শব্দনচিংবা বিষয় অদুগী অনুভব তৌনবা নিমিত্ত (কারণ) ওইদুনা লৈজবতনি ॥৪০॥ উ (শীঙ) গী মফম্ পুম্ন-মক্তা, মন্থংদা মপান্দা মৈ লৈ। অদুবু উ (শীঙ) খায়দোকুনা য়েংবা মতমদদি মৈ য়াওরমদে হায়বদি মৈ মশক্ উদে। মতৌ অদুগুম্না আত্মা হায়বদি হকচাংগুংদদি লৈ হায়ববু মন্থংদা হন্দোকুনা য়েংবদদি উদে। উদবদুবু উননবা যোগীশিংনা যোগ-সাধন তৌই। খুৎলায়না উ (শীঙ) অদুবু কম্না তক্লপা মাহুদগী থোরক্পা মৈ (মৈরীক্) অদু মতম অদুতদা প্রত্যক্ষ ওইনা উই। মতৌ অদুগুম্না যোগীশিংনা যোগ-

নদীহ্রদো যথা যুক্তা যথা সূর্য্যে মরীচয়ঃ । সংক্ষয়াৎ যথা যান্তি তথা দেহা শরীরিণাম্ ॥৪৩॥
স্বপ্নযোগে যথৈবাত্মা পঞ্চেন্দ্রিয় সমাযুতঃ । দেহমুৎসৃজ্য বৈ যাতি তথৈবাত্মোপলভ্যতে ॥৪৪॥
কর্ম্মণা বাধ্যতে রূপং কর্ম্মণা চোপলভ্যতে । কর্ম্মণা নীয়তেঽন্যত্র স্বকৃতেন বলীয়সা ॥৪৫॥
স তু দেহাৎ যথা দেহং ত্যক্ত্বান্যং প্রতিপদ্যতে । তথান্যং সম্প্রবক্ষ্যামি ভূতগ্রামং স্বকর্ম্মজম্ ॥৪৬॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি
বার্ষ্ণেয়াধ্যাত্মকথনে সপ্তাধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ ॥ ২০৭ ॥

——(*)——

তনা খুৎলায় ওইদুনা হকচাং মনুং অসদা নৈদুনা থিদুনা আত্মা মহাকপু সাক্ষাৎকার তৌনৈ ॥৪১—৪২॥ তুরেল্‌শিংদা ঈশিংনা লৈ, অদুগা, নুমিত্তা মঙাল্লা লৈ। তুরেল্‌গা ঈশিংগা, অদুগা নুমিৎকা মঙাল্‌গা তত্তবা মরী লৈনবনা তুরেল্লা থেঙ্গ-কোইনা চৎপা মফম্ মফম্‌দা, নুমিৎনা চৎপা চৎপা মফম্‌দা—ঈশিংনা মঙাল্লা তত্তনা ইন্নবগুম্না দেহধারী জীবশিংগী সূক্ষ্মশরীর ( কুপ্লবা পীক্লবা হকচাং=লিঙ্গশরীর ) না জীবাত্মাগা তত্তনা লোয়নৈ ॥৪৩॥ স্বপ্নাবস্থা ( মঙ্‌ ) দা জীবাত্মাসিনা হকচাং ( তুম্লিবা ) সিবু থাদোক্লুদা অতৈ অতৈ মফম্‌দা চৎলু য়োক্লবগুম্না, মৃত্যুগী মতুংদা হায়বদি হকচাং অসি থাদোক্লবা তুংদা অতোপ্পা মফম্‌দা হায়বদি দেহ অমদা অমদা হেক্ হেক্ চংথি ॥৪৪॥ কর্ম্মতনা জীবাত্মাসিবু মতম্ খরা দেহসিদা ফাজিন্দুনা থিংদুনা থম্মি। * কর্ম্মতনা মহাকপু অতোপ্পা দেহ অমদা পুরি ॥৪৫॥ লৈরিবা হকচাংসিবু মতৌ কয়না থাদোক্লমদুনা, মতৌ করম্না অতোপ্পা দেহ অমদা চংথিবা, চঙ্‌থিবা··· মাসি পূম্নমক অসি মচা থায়না মথং মথং হায়রক্কে ॥৪৬॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা, শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা,
মোক্ষধর্ম্ম পর্ব্বদা, শ্রীকৃষ্ণগী মমৎদা অধ্যাত্মজ্ঞান তাকপা— বার্ষ্ণেয়াত্মকথনগী
চনীগা-তরেৎশুবা অধ্যায় লোইরে ॥ ২০৭ ॥

——ঃ(*)ঃ——

* জীবসিবু ফাজিন্দুনা দেহসুংসিদা থম্নবগী কর্ম্ম অদুনা খঙ্বদা, মীকুপ অমত্তং পন্থবা য়াদে। লোইথিবা কর্ম্মদুমক্কা মাগী মতীকচাবা অতোপ্পা দেহ অমদা অমুক খিনজিবিরম্মী। ( কালাচাঁদ )

# মণিপুরী মহাভারত

## অষ্টাধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ

( সংসারচক্র অমদি জীবাত্মাসিনা লৈরু লৈরুবগী মওং তাকৃপা )

চনীগা নিপানশুবা অধ্যায়

——(*)——

গুরুরুবাচ।

চতুর্বিধানি ভূতানি স্থাবরাণি চরাণি চ। অব্যক্তপ্রভবান্যাহুরব্যক্ত নিধনানি চ॥

অব্যক্তলক্ষণং বিদ্যাদব্যক্তাত্মাত্মকং মনঃ॥১॥

যথাশ্বত্থকণীকায়ামন্তর্ভূতো মহাদ্রুমঃ। নিষ্পন্নো দৃশ্যতে ব্যক্তমব্যক্তাৎ সম্ভবস্তথা॥২।

অভিদ্রবত্যয়স্কান্তময়ো নিশ্চেতনং যথা। স্বভাবহেতুজা ভাবা যদ্বদন্যদপীদৃশম্॥৩।

---

গুরুনা হায়,— ঈবুঙো! জরায়ুজ ( নাওয়োম্দগী পোকপা ), অণ্ডজ ( মকম্দগী অমুক পোকপা ), স্বেদজ ( কত্ত হৌদি, পাখি কোমখিদগী পোকপা ) অদুগা লৈপাক্কগী পোকপা— তৌরকপা অসুম্না অচচত্ত জীব পূম্নমক অসি মথল্ মবি থোক্না থার্বি। মথোয় পূম্নমক অসি অব্যক্ত ( মশক মওং লৈতবা— ফে ওদোক্তবা ) দগী থোকখিব—পোকখিবা ওাক্তনি অদুগা অমুক অব্যক্তদুদা হঞ্জিন্ খিগদবা ওাক্তনি। মশক, মওং, মমিংনচিংবা করিমত্তা লৈতদুনা অসিনি হায়দুনা তাকফম্ লৈতব— উদবা পোশক অদুবুনি অব্যক্ত হায়রিবসি। মন ( পুক্নীং ) হাযবসি অমুক্ত প্রকৃতি * গী মতৌগুম্না দ্বিগুণাত্মকনি, হায়বসি সত্ত্ব. রজ, তম গুণ অদুম্মকসিনা পূম্নপ্ পুনর্বনি ॥১॥ লৈনু দা লৈবা, পীক্লবা, মশক উদবা বট পাম্বীগী মরূ অদুগী মনু দা অব্যক্ত ওইনা ভু ডুনা লৈরম্বা বটপাম্বীদুনা, মকদুনা পোকথারদুনা হৌরক্লগা মশক উবা, মওং মতৌ মমিং নাইবা পোৎশক অমা ওইনা চোংথোরকপদুগুম্না অব্যক্ত প্রকৃতিদগী ব্যক্ত প্রকৃতি দৃশ্যমান্ মশক উবা ) বিশ্বজগৎ অসি পোক'থবনি ।২॥ যোৎনা মথ্বায় পান্দ্রবস্থ, আশিবা পোৎশক অমা ওইরবস্থ, য়োচ্চাবীগী মায়গৈরোম্দা চিংশিন্ খিবা—হোচ্চিন্ খিবদুগুম্না হকচাংসিদা হেক্ ওইরকপা পোক্লক-

---

* মশক উবী প্রকৃতি, মশক উদবা মওং লৈতবী প্রকৃতি··· অসুম্না প্রকৃতি হায়বীসি মথল্ অনীনি। তৌবগীদি মুম্না থম্বরবদি প্রকৃতিদি অমত্তনি। প্রমাণদি— মপান্দা থোরক্লগা, মশক-মতৌ, রাংচা উবা, মমিং মথা নাইরকপা উপাধীদুমক মশক উদবমথৈ পীক্মনখিদুনা মকগী মনু দা লৈরম্বা উপাধীদুমক্কি; অতোপ্পা অমা নত্তে। অদুনা— মশক উবা প্রকৃতিগ', মশক উদবা প্রকৃতিগা পোৎশক অমত্তনি। লাপমন্দুনা মশক উরমদবা মী অদুমক্কি নকশিল্লক্লগা ব্যক্ত ওইরক্লিবা মী অদুমক; মশা অমত্তনি। ( কালাচাঁদ )

তথাব্যক্তজা ভাবাঃ কর্ত্তুঃ কারণলক্ষণাঃ। অচেতনাশ্চেতয়িতুঃ কারণাদভিসংহতাঃ॥৪॥
ন ভূর্ন খং দ্যৌর্ভূতানি নর্ষয়ো সুরাসুরাঃ। নান্যদাসীদৃতে জীবমাসেদুর্ন তু সংহতম্॥৫॥
পূর্ব্বে নিত্যং সর্ব্বগতং মনো হেতুমলক্ষণম্। অজ্ঞানকর্ম্মনির্দ্দিষ্টমেতৎ কারণলক্ষণম্॥৬॥
তৎকারণৈর্হি সংযুক্তং কার্য্যসংগ্রহকারকম্। যেনৈতদ্বর্ত্ততে চক্রমনাদিনিধনং মহৎ॥৭॥
অব্যক্তনাভং ব্যক্তারং বিকারপরিমণ্ডলম্। ক্ষেত্রজ্ঞাধিষ্ঠিতং চক্রং স্নিগ্ধাক্ষং বর্ত্ততে ধ্রুবম্॥৮॥

---

পদা থরায় পানবা পোৎশক্কী মহৌশাগী সংস্কার, অবিদ্যা, কাম ( অপাম্বা ) অসিনচিংবা অতোপ্ অতোপ্পা গুণশিংছু মেহৎগী মায়গৈরোম্দা, চিংশিন্থি - হোচ্চিন্থি। হায়বদি— সংস্কার, অবিদ্যা কাম, লোভ হায়রিবশিংসি অশিবা ভাক্তনি। অদুবু প্রাণী ( থরায় পান্বা ) অদোম্দা চিংশিন্থি— হোচ্চিন্থি॥৩॥ মতৌ অমুম্বা অব্যক্তদগী থোরক্পা, মথক্তা হায়খ্রিবা কারণগী মশক ওইবা পোৎশক নত্রগা ভাব অদু মথায় পান্দবা অশিবা ওইরবসু, সচেতন ওইবা হায়বদি অহিংবা পোৎশক্কা সম্বন্ধ লৈনবদগী, মহাক্সু অহিংবা পোৎশকম্না থওবা উবনচিংবা থবক্কী মকম্দা হেতু ( কারণ ) ওইবা অদুম্ ময়াওরে॥৪॥ *

অহান্বদা, পৃথ্বী ( লৈপাক্, আকাশ, স্বর্গ, ভূতশিং, ঋষিশিং, দেবতাশিং অদুগা হিংগাবা… হায়রিবশিং অসিগী মমুংদা কনা অমত্তা লৈরমদে। জীব ( অহিংবা, চেতন ) হায়বদু নত্তনা করিগুম্বা পোৎশক্ অমত্তগী সত্তা ( লৈবা হায়বদু ) লৈরমদে। অশিবগা অহিংবগা অনী তিন্নবগী সংযোগ হায়বদুমক লৈরমদে॥৫॥ খ্বাইগী অহানবদা আত্মাতনি লৈরম্বা। মহাক্তি নিত্য, মকম খুদিংদা য়ৌংম্বা, পূর্ক্রীং হায়বদুমক্কীসু হেতুনি, হায়বদি মহাক্না হেতু ( কারণ ) নত্রবদি পূর্ক্রীং হায়না কৌবা অসিমকসু লৈবা যাদে। অদুনা, মহাক্তি পূর্ক্রীংগীসু হেতুনি। অদুগা মহাক্কী করিগুম্বা লক্ষণ ( সংজ্ঞা ) অসিনচিংবসু লৈতবনি। কারণগী মশক ওইবা বিশ্বজগৎ পুম্নমকসি অজ্ঞানগী কার্য্যমক্তনি— অস্তম্নসু হায়রনৈ॥৬॥ হায়রিবা কারণ ( মরম, খুংলায়, মচাক ) শিং অসিগা অমত্তা ওইমিন্নদুনা জীব অসিনা কর্ম্ম ময়াম্ব লৌশিল্লি— পৈশিল্লি। কর্ম্মশিং অদুদগী বাসনা ( হৈনখিবদগী থাগুম্দনা পোকখিবা অপাম্বা ), অদুগা বাসনাশিং অদুদগী অমুক কর্ম্ম মথং মথং… অসিতনি। মতৌ অসুম্না আদি ( অহৌবা ) লৈতবা, করম্বা মতমদগী হৌখিবগে হায়বা খওহৌদবা, অরোইবা লৈতবা, চাউথ্রবা সংসার-চক্র ( কর্ম্ম-চক্র ) অসি অতং অথম্ লৈতনা লৈহনা চাক্লক্লিবনি॥৭॥ পোকপা শিবগী ঈচেল্ গীমশক ওইরবা সংসার অসি চক্রগুম্ন অতং-অথম্ লৈতনা লৈরি, লৈরক্লি। লৈবিবা চক্র ( চাকা )

---

* য়েংবা, নম্বা, শোকপা, তাবা, চাবা অসিনচিংবা থবকশিংসিগী মরু ওইবা হেতু—কারণদি আত্মা মহাক্নি। মহাক হেক য়াওদবদা হকচাং মপূম্ অসিনা কারণ ( খুংলায় ) ওইবা য়াদে। অসিগুম্বা শিবা লৈতবা অহিংবা জীবাত্মাসিগা থানবা লৈতনা তিন্নজরুবদগী অশিবা অচেতন ওইবা হকচাংসিসু থোং থুংশিং অসিসু অহিংবা কারণ মাগুম্না কর্ম্মশিংছুগী হেতু-কারণ ( মরম খুংলায় ) ওইনা অদুম মরৈখ্রে। অনী অসি ( হকচাংগা জীবগা অনী অসি ) অস্থপক্কী মতীক চাম্নজগ্রে, মাদুদি— হকচাংসি য়াওদনা আত্মা ( জীব ) অসি করিগুম্ব। থবক অমগী মথক্তনা কারণ ( মরম খুংলায় ) ওইবা কাওবা ঙমশিল্লকত্রে। ( কালাচাঁদ )

স্নিগ্ধত্বাৎ তিলবৎ সর্ব্বং চক্রেঽস্মিন্ পীড্যতে জগৎ। তিল পীড়ৈরিবাক্রেণ্য ভোগৈরজ্ঞান সম্ভবৈঃ ॥৯॥
কর্ম্ম তৎ কুরুতে তর্ষাদহংকারপরিগ্রহাৎ। কার্য্য কারণ সংযোগে চ হেতুরুপপাদিতঃ ॥১০॥
নাত্যেতি কারণং কার্য্যং ন কার্য্যং কারণং তথা। কার্য্যাণাং তুপকরণে কালো ভবতি হেতুমান্ ॥১১॥
হেতুযুক্তাঃ প্রকৃতয়ো বিকারাশ্চ পরস্পরম্। অন্যোন্যমভিবর্ত্তন্তে পুরুষাধিষ্ঠিতাঃ সদা ॥১২॥
রাজসৈস্তামসৈর্ভাবৈর্যুক্তো হেতু বলান্বিতঃ। ক্ষেত্রজ্ঞমেবানুযাতি পাংশুর্ব তেরিতো যথা ॥১৩॥
ন চ তৈঃ স্পৃশ্যতে ভাবৈর্ন তে তেন মহাত্মনঃ। স রজস্কোঽরজস্কশ্চ নৈব বায়ুর্ভবেৎ যথা ॥১৪॥

নাভি ( খোয়দো—মুগু—ময়োন্ ) না অব্যক্তনা ওইরি। ব্যক্ত ময়াম্না হায়বদি হকচাং ইন্দ্রিয়শিং অসিনা চাকাগী মশাশিং অহুনি। অন্নাবা-মুংঙাইবা, ইচ্ছা-কামনানচিংবশিং অসিনা চাকাহুগী মপান্ অকোয়বা ( হাল্ ) অহুনি। আসক্তি ( কা হন্না বিষয়হুদা লুপ্ শিন্বা ) হায়বহুনা ধন্নানি। চক্র অসি অরেম্না মওং অমত্তা নিয়ম নাইনা লৈরি। মাসিগী তত্ব অসি মুম্না খঙলবা জীবাত্মানা চক্র ( চাকা ) অসিগী চালক ( অথৌবা ) অমা ওইনা চাকা অসিবু কোয়বৈ লৈহুনা পুরি ॥৮॥

থাউগা তিন্নবা লৈরুবদগী থোয়দিংবু
চপ খায়বগুম্ কোল্লুদা থাউশুম্না মীনা
আসক্তিগা তিন্নবা লৈরুবদগী জগৎসিবু
অজ্ঞানদগী পোক্পা বিষয়ভোগশিংসিনা
হন্না হন্না কীং কীং নম্না সংসাব-কর্ম্মচক্রদা
চপ খায়রি তত্তনা অহিং মুংথিন্দা ॥৯॥

অহুগা জীব মশামকস্থ অহঙ্কারগী মথাপোন্থিহুনা খৌরাংবনা পেন্বা লৈতনা কর্ম্মসি তত্তনা তৌহুনা অহুম্ মন্নেরি। অহুগা তৌরি তৌরিবা কর্ম্ম অহুনা থন থননা লাক্কদৌরিবা কর্ম্মশিংহুগী মকমদা হেতুকারণ ওহাক্ ওহাক্ ওইরম্মগা অহুম্ মচংথি ॥১০॥ কার্য্যনা কারণদা চঙ্থিবহ্ন লৈতে, কারণনা কার্য্যদা চঙ্-থিবহ্ন লৈতে। থবক্ অমা তৌরিবৈদা কাল ( মতম ) হায়বহুতনা থদক্ অহুগী সিদ্ধি অসিদ্ধি ( পাঙ্-থোকপা পাঙ্থোক্তব ) দা হেতু কারণ ওই ॥১১॥ মাগী মাগী হেতু ( কারণ ) গা লোয়নবা প্রকৃতি নিপাল্ অহুগা খায়দোক খাক্কজিন্দগী পোক্পা বিকার তন্নাতক্কক্, মথোয় অসি পুরুষগী মথাদা লৈহুনা, হায়বদি—পুরুষনা মখোয়গী অধিষ্ঠাতা ওইহুদা, মতম পুম্বদা অমগ'মগা তিন্নহুনা লৈ ; খাইবুং খাইবুং তানদে। অহুগা মখোয় অসিদা সৃষ্টিগী বিস্তার তৌই ॥১২॥ রাজসিক অমদি তামসিক ওইবা ভাবকা তিন্নবা হেতু ( কারণ ) গী পাঙ্গম্না থৌজিনবা সূক্ষ্মশরীর ( লিঙ্গশরীর ) অসিনা ক্ষেত্রজ্ঞ ওইবা জীবাত্মাগা লোয়ননা অতোপ্পা স্থূল শরীর — অচৌবা হক্চাং ( লিঙ্গশরীর নত্তবা ) অমদা চঙ্থি। প্রমাণ অমদা হায়রগা— মুংশিংনা হুম্না উফুল মপৈনা মুশিং অহুমক্কা লোয়ননা মকম অমত্তগী মকম অমদা চংলি ॥১৩॥ উফুল্ শিং অহুনা পাই পাইহুনা লাক্পদা মখোয়বু পাইহল্লক্লিবা মুংশিং অহুনা উফুল, অহুনা মুংশিং মশাদা তৈহন্দে, করিমত্তা

অথৈতদন্তরং বিদ্যাৎ সত্ত্ব ক্ষেত্রজ্ঞয়ো বুধঃ। অভ্যাসাৎ সত্ত্বা যুক্তো ন গচ্ছেৎ প্রকৃতিং পুনঃ ॥১৫॥
সংদেহযেতমূংপন্নমচ্ছিন্দ্যজ্ঞানবাসুধিঃ। তথা বার্ত্তা সমীক্ষেত কৃতলক্ষণ লক্ষিতাম্ ॥১৬।
বীজান্যগ্ন্যপদগ্ধানি ন রোহন্তি যথা পুনঃ। জ্ঞানদগ্ধৈস্তথা ক্লেশৈর্নাত্মা সম্পদ্যতে পুনঃ ॥১৭॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি
বার্ষ্ণেয়াধ্যাত্মকথনে অষ্টাধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ ॥ ২০৮ ॥

—:0:—

শোক্‌হন্দে, অদুগা উকুল্‌শিং অদুগা অলিপ্ত ( ঈশম শয়নদবা ) ওইনা লৈবস্ত্ন নত্তে ॥১৪॥ মরন অদুনা, জ্ঞানী, বিবেকী ( বিবেক লৈবা ) ওইবা মীনা ক্ষেত্র ( হক্‌চাং ) গী ক্ষেত্রজ্ঞ ( আত্মা ) গা অনীসিগী মন্নুংদা থেন্নরিবসি মুন্না খঙগদবনি। অনী অসিবু মশা অমত্তনি অদুগা তাদাত্ম্য-সম্বন্ধদা হায়বদি ব্রাহ্মণগা ব্রাহ্মণত্বগা অনীনা মশা অমত্তা ওইবা অমগুম্বনি হায়না খন্‌বগী অভ্যাস অসিনা তত্তনা অসুম্‌ মতৌব্রবদি, জীবাত্মা'সি মহাক্কী থাঙ্গৎশংবা শেংলবা মূর্তিহু অমুক্‌হন্না উবা ক'লোইদবগী অবস্থাদা লৈগ্রে হায়বসি খঙগদবনি ॥১৫॥

ভীষ্মনা হায়,— মত্তৌ অসুম্না ভগবান্‌ মহর্ষি গুরুহুনা মাগী শিষ্যগী থম্মোয়দা পোক্লক্লিবা' চিনবহুবু কোক্‌হনখি, মাগী সন্দেহ পুম্বা পুমচম চম্‌হন্‌খি। লোইনা ককথৎপিখি। মরম অসিনা বিদ্বান্‌ ওইবশিংনা অসিগুম্বা উপায় অমা মুন্না য়েংশিন্‌বা তারে, মাহুদি উপায়হুমক্লা, উদ্দেশ্য অমবু থবক্কী পাম্বৈনা সিদ্ধ ওই-হন্‌বদা তেংবা'নবা অমা ওইনবা শাগদবনি ॥১৬॥ মৈসুংদা থাজিন্নবা, মৈথক্তা ভৌকরবা মকনা অমুক্‌ উপাল্‌—পাম্বী অমা ওইনা হৌরক্‌পা য়াখিদবগুম্না, জ্ঞানগী মশক্‌ ওইরবা মৈমুংদা লংশিন্দুনা অবিদ্যানচিংবা অরাবা পূম্নমক্‌ লোইনা ভুমথ্রবা— উৎ ওইথ্রবদা জীবাত্মাসি অমুক্‌হন্না সংসারসিদা পোক্লদ্রে ॥১৭॥

মরম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং-চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা
শান্তিপর্ব্বদা মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বদা বার্ষ্ণেয়াধ্যাত্মকথনগী
চনীগা নিপাল্‌গুবা অধ্যায় লোইরে ॥২০৮॥

—:(:—

# মণিপুরী মহাভারত

## নবাধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ।

### ( তৌবা হৌনদবা কর্ম্ম অমদি আচরণগী মতাং তাকপা। )

### চনীগা মাপলগুবা অধ্যায়।

—— ঃ()ঃ——

ভীষ্ম উবাচ।

প্রবৃত্তিলক্ষণো ধর্ম্মো যথা সমুপলভ্যতে। তেষাং বিজ্ঞাননিষ্ঠানামন্যত্তত্ত্বং ন রোচ্যতে ॥১॥
দুর্লভাঃ বেদবিদ্বাংসো বেদোক্তেষু ব্যবস্থিতাঃ। প্রয়োজনং মহত্ত্বাত্তু মার্গমিচ্ছামি সংস্তুতম্ ॥২॥
সদ্ভিরাচরিতত্বাত্তু বৃত্তমেতদগর্হিতম্। ইয়ং সা বুদ্ধিরন্যেত যয়া যান্তি পরাং গতিম্ ॥৩॥
শরীরবান্ উপাদত্তে মোহাৎ সর্ব্বান্ পরিগ্রহান্। ক্রোধলোভাদিভির্ভাবৈর্যুক্তো রাজসতামসৈ ॥৪॥
নাশুদ্ধমাচরেৎ তস্মাদভীপ্সন্ দেহযাপনম্। কর্ম্মণা বিবরং কুর্ব্বন্ন লোকানাপ্নুয়াচ্ছুভম্ ॥৫॥

---

ভীষ্মনা হায়,— নিংথৌ ! কর্ম্মদা পুক্নীং চঙবা. প্রবৃত্তিমার্গদা নুংঙাইবা ফংবা কর্ম্মমার্গীশিংনা সংসার অসিদা কর্ম্ম তৌবতনা নুংঙাইবা অপেন্‌বা ফংজরি। মতৌসিগুম্না জ্ঞানমার্গীশিংনা কর্ম্মরোম্‌দা থোইনা পুক্নীং চঙহ্‌দনা জ্ঞামতনা সংসারগী তত্ত্ব থিবতদা পুক্নীং চঙহনা মাতুদা নুংঙাইবা— অপেন্‌বা ফংজরি। জ্ঞানগী পাম্বৈতনা সংসারগী তত্ত্ব থিবা নত্তনা করিগুম্বা পোৎ অমত্তনা মখোযদা নুঙাইবা পীবা ঙমদে ॥১॥ বেদ পুম্নমক্পু খঙল হৈরবা, বেদদা তাক্লিবা বিধি নিয়মগী মতুংইন্না কর্ম্মদা পুক্নীং চঙবা মীশক্তি পাক্ পাক্ ফংবদা য়ানা থোক্‌ই। য়াম্না শিংথবা বিদ্যাবান্ ওইবা মীশিংনা বেদদা হায়রিবা কর্ম্ম অনী ( কর্ম্মমার্গ জ্ঞানমার্গ ) অসিদগীসু হেন্না মগুন য়াম্না লৈরিবা মোক্ষমার্গবু কনা কনাগুম্বনা পায়ে ॥২॥ সৎপুরুষশিংনা মতম অয়াম্বদা হায়রিবা মোক্ষমার্গসিবু গ্রহণ তৌই। মরম অদুনা হায়রিবা 'সিমত্তনি নিন্দা তৌননীঙঙাই লৈতবা, দোষ মরীক অম ফাওবা লৈত্রবা মার্গ হায়রবদো। অদুগুম্বী বুদ্ধি অদুগী পাম্বৈনা তাইবংমীনা অথোইবা ভগবান্‌গী পরমধামবু— অথোইবা গতিবু ফংলিবা, বুদ্ধিদুমক্‌নি মোক্ষমার্গ হায়রিবসি ॥৩॥ হক্‌চাংসিবু মামক্লি হায়না অভিমান্ তৌরিবা দেহাভিমানী ওইবা আত্মা মহাক্না শুদ্ধাৎপগী মথা পোন্‌থিদুনা অপাম্বা অশাউবনচিংবা রাজস, তামস ভাবশিং অসিগা তিন্নথিদুনা মুমিৎ খুদিংগী অনৌ অনৌবা মঙংগী পোৎশিংবু ফংননবা হোৎ-নরি ॥৪॥ মরম অদুনা হৌজিক্‌মক্ দেহবন্ধন অসিদগী মুক্ত ওইবা, হায়বদি— "হক্‌চাং অসি ঐনিকো" হায়না অভিমান তৌরিসিদগী নান্থোক্‌পা পাম্বা অদুগুম্বা সাধকনা শেংদবা অমাংবা আচরণ অমদি আচার বিচারবু থক্ তৌবা হৌনদে। অসিদসু নত্তনা মহাক্না নিষ্কামকর্ম্মগী পাম্বৈনা অরান্‌ব-শুভমসিগী থোঙ্‌বু

লোহযুক্তং যথা হেম বিপক্বং ন বিরাজতে। তথাপিক্কষায়াখ্যং বিজ্ঞানং ন প্রকাশতে ॥৬॥
যশ্চ ধর্ম্মং চরেল্লোভাৎ কামক্রোধাবনুপ্লবন্। ধর্ম্ম্যং পন্থানমাক্রম্য সানুবন্ধো বিনশ্যতি ॥৭॥
শব্দাদীন্ বিষয়াংস্তস্মান্ন সংরাগাদনুং ব্রজেৎ। ক্রোধো হর্ষো বিষাদশ্চ জায়ন্তেহত্র পরস্পরাৎ ॥৮॥
পঞ্চভূতাত্মকে দেহে সত্ত্বে রাজসতামসে। কমভিষ্টুবতে চায়ং কং বাক্রোশতি কিং বদন্ ॥৯॥
স্পর্শরূপরসাদ্যেষু সজ্জন্তি বালিশাঃ। নাবগচ্ছন্ত্য বিজ্ঞানাদাত্মানং পার্থিবং গুণম্ ॥১০॥
মৃন্ময়ং শরণং যদ্বন্মৃদৈব পরিলিপ্যতে। পার্থিবোঽয়ং যথা দেহো মৃদ্বিকারান্ন নশ্যতি ॥১১॥
মধু তৈলং পয়ঃ সর্পি মাংসানি লবণং গুড়ঃ। ধান্যানি ফলমূলানি মৃদ্বিকারাঃ সহাম্ভসা ॥১২॥
যদ্বৎ কান্তারমাতিষ্ঠন্নৌৎসুক্যং সমনুব্রজেৎ। গ্রাম্যমাহারমাদদ্যাদস্বাদপি হি যাপনম্ ॥১৩॥

মশানা হাংদোক্চগদবনি। স্বর্গনচিংবা পুণ্যলোকনি হায়রিবশিং অতুবু থক্ খলুরোইদবনি পাম্মুরোইদবনি ॥৫॥ য়োংক তিন্নবা, য়োং য়ান্নবা সনানা মৈদা ইকৃত্রিমথৈ মশাগী অওইবা মওং মচু কোঙদোক্তবহুগুম্না মখোয়দা মহুম্ শাহুনা লৈরিবা অপাম্বা মিংগৌবনচিংবা দোষাংসিবু মাঙ্‌শন্দ্রিংবা থুগাইদ্রিবা অতুকীমথৈ জ্ঞানগী অথক্ ওইরবা আত্মা অসি মশাগী চপ্‌চাবা মওদা ঙান্‌বা কোঙ্‌দোক্‌পা ঙমদে ॥৬॥ মিংগৌবগী মথা পোন্‌থি-হুনা, অপাম্বা অশাউবগী মতুং ইন্নথিহুনা, ধর্ম্মগী লীক্লম্বু থাদোক্লুনা অধর্ম্মগী লম্বীদা চৎপ্রবা মী মহাক্ অতুদি মহাকী শাগৈ-নাতৈ ঙাই-শেলগা লোয়ননা অহুম্ মৎথি ॥৭॥ মশাগী পুন্‌শিদা মঙ্গল ওইববু য়াই-ফববু পাম্লিবা মী মহাক্ অতুদি রাগগী মথা পোন্‌থিহুনা হায়বদি মীথোই মীহৈন্‌বনি, তৌবা ওয়বনি অসিন-চিংবা হায়তরীওবগী মথা পোন্‌থিহুনা, রূপ রস শব্দনচিংবা বিষয়শিং অসিবু ভোগ থক তৌরোইদৌবনি। মরমদি অতুম্ তৌরবদি নুংঙাইবা, অশাউবা, থম্মোয় শোক্লা রাবা অসিনচিংবা সাত্ত্বিক, রাজসিক, তামসিক ভাবনাশিং অসি মথং মথং পোক্‌থনরক্‌ই ॥৮॥ হক্‌চাং অসে কবিস্থ নত্তে মৈ ঈশিংনচিংবা পঞ্চভূতকী বিকার (ওন্থোক্লকপা মশক্) মক্তনি। সত্ত্ব রজ তম গুণ অতম অসিনা মাত্রা হেন্দোক্-হেঞ্জিন্ ওন্থোক্-ওন্‌শিল্ তৌকম ওইহুনা লৈরিবনি। অসিগুম্বা কবিস্থ লৈতবা ক'ম্নক্লবা হক্‌চাংসিগী মহুংদা লৈরগা আত্মাসিনা কনাবু নিন্দা তৌগদৌরিবনো, কনাবু প্রশংসা তৌগদৌরিবনো ? ॥৯॥ জ্ঞান তাদবা পঙ্‌লবা মীনা রূপ রস স্পর্শ গন্ধনচিংবা সাংসারিক বিষয়শিং অসিতদা আসক্তি থমহুনা লৈরি। অসিদগী তোঙালবা ঈচুম্ চুম্বা জ্ঞান য়াওদহুনা অপঙ্‌বা মীনা হক্‌চাং অসি লৈপাক্কীমশক্ ওন্নক্‌পা মীনা অবস্থা অমনি হায়বশিমক্ত খঙজদে ॥১০॥ লৈপাক্কী য়ুমদা লৈপাক্ তৈশিল্লি, অতুগা তেক্ত-কায়দনা লৈ। অতুগুম্না লৈপাক্‌না শাবা হক্‌চাংসিদা লৈপাক্কী বিকার— অচা-অথক্ ঈশিংনচিংবা হৈঞ্জিল্ চাইশিল্লগা মতম থরদং তেক্ত কায়দনা লৈ ॥১১॥ থোইহী, থাউ, শঙ্গোম, ঘী, শা, থুম, চিনি চেং (চাক্), উটৈ-ৱাটৈ ঈশিংনচিংববু লৈপাক্কী হক্‌চাংসিদা হৈঞ্জিল্ চাইশিল্লিবশিং অসিস্থ লৈপাক্কী পোৎশক্ বিকারমক্তনি ॥১২॥ বনদা লৈবা সন্ন্যাসীনা অহাউবা অথুম-অহাও অচা-অথক্‌নচিংববু থোইনা খল্লুদে পাম্মুদে। হক্‌চাং অসিদং মতম থরদং লৈবা য়াননবা অশং অমাং অফংবা উনা রানানচিংবা, গ্রামগী চীঞ্জাক্ তন্‌সু অতুম পেঞ্জহুনা লৈ। মতৌ অতুগুম্না সংসারগী

তদ্বৎ কান্তারবান্তিষ্ঠেৎদুষ্কৃত্যং সমনুব্রজেৎ। মাত্রাৰ্থমন্ত্রপানাবং ব্যাধিতো ভেষজং যথা ॥১৪॥
সত্যশৌচার্জবত্যাগৈর্বচসা বিক্রমেণ চ। ক্ষময়া ধৃত্যাচ বুদ্ধ্যা চ মনসা তপসৈব চ ॥১৫॥
ভাবান্ সর্বানুপাবৃত্তান্ সমীক্ষ্য বিষয়াত্মকান্। শান্তিমিচ্ছন্নদীনাত্মা সংযচ্ছেদিন্দ্রিয়াণি চ ॥১৬॥
সত্ত্বেন রজসা চৈব তমসা চৈব মোহিতঃ। চক্রবৎ পরিবর্ত্তন্তে হ্যজ্ঞানজ্জন্তবো ভৃশম্ ॥১৭॥
তস্মাৎ সম্যক্ পরীক্ষেত দোষানজ্ঞানসম্ভবান্। অজ্ঞানপ্রভবং দুঃখমহঙ্কারং পরিত্যজেৎ ॥১৮॥
মহাভূতানীন্দ্রিয়াণি গুণাঃ সত্ত্বরজস্তমঃ। ত্রৈলোক্যং সেশ্বরং সর্ব্বমহংকারে প্রতিষ্ঠিতম্ ॥১৯॥
যথেহ নিয়তঃ কালো দর্শয়ত্যার্তবান্ গুণান্। তদ্বদ্ভূতেষ্বহংকারং বিদ্যাৎ কর্ম্মপ্রবর্ত্তকম্ ॥২০॥
সম্মোহকং তমোবিদ্যাৎ কৃষ্ণমজ্ঞানসম্ভবম্। প্রীতিদুঃখনিবদ্ধাংশ্চ সমস্তাংস্ত্রীনথো গুণান্ ॥২১॥

---

মশক্ ওইবা বনদা লৈবা গৃহস্থশিংনা যাম্না কম্না নোমজুনা হক্চাংসিবু খরা কুইনা লৈবন্নবগীদমক্তা সাত্ত্বিক ওইবা চাক্লাক্ শীজিন্নে চায়। প্রমাণ অমদি— মশাদা লায়না লৈরবা মীনা হীদাক্পু শীজিন্নব— চাবা অহুগুম্বনি ॥ ৩—১৪॥ পূকচেল্ চাউবা মীনা অচুম্বা, অশেংবা, পূকচেল্ তিংবা থাদোক্পা, মতীক্ মগুণ, মপাঙ্গল্ মথৌনা তপ্ থবা বুদ্ধি, পূক্নীং অমদি তপস্যাগী প্রভাবগী বিষয় পূন্নমক্কী মশক্ ওইরবা ভাব ( ভাবনা ) কী আলোচনাগী মশক্ ওইবী মীৎকমবু থমদুনা শান্তিবু ফংগে হায়বগীদমক্ শাগী ইন্দ্রিয়শিংবু থদুম্নথাদা থম্গদবনি ॥১৫—১৬॥ মশাগী ইন্দ্রিয়শিংবু থদুম চঙদবা, জীবসিনা অজ্ঞানগী মথা পোন্থিদুনা, সত্ত্ব রজ তম গুণ অসিদা তুম্মাংথিদুনা, অতৎ অথম লৈতনা লৈতুনা লৈরিবা, কর্ম্মচক্রথক্তা তোংদুনা কোয়রে লৈতনা লৈরি ॥১৭॥ মরম অসিনা জ্ঞানী ওইবা, ত্ত্ংমাং উবা মীনা তোগদবা হায়ববু, অজ্ঞানদগী পোক্পা দোষশিং অহুবু য়াম্না মুন্না পরীক্ষা তৌবা, অতুগা অজ্ঞান হেক্ হেক্ পোক্লক্পা অৱাবা অমদি অহঙ্কারশিং অহুবু থাদোক্কদৌবনি ॥১৮॥ মৈ ঈশিংনচিংবা পঞ্চমহাভূত, ইন্দ্রিয়শিং, রূপ রস শব্দনচিংবা গুণশিং, সত্ত্ব রজ তমনচিংবা বিকার অহুম, লোকপালশিংগা লোয়ননা লোক অহুম··· হায়রিবা পূন্নমক্সি অহঙ্কারগী মথক্তা প্রতিষ্ঠা তৌদুনা লৈবা ডাক্তনি ॥১৯॥ * উরিবা জগৎ অসিদসু মকম চানা চানা লাক্পা মতমগী তক্ক্ অমমম্না, ঋতু ঋতু অতুগী মগুণ মওং মতৌবু মহৌশাগীগুম্না মপোপ্ ঈকায় কায়দনা উংলক্পগুম্না জীব পান্বা ( থরায় পান্বা ) পূন্নমক্তা অহঙ্কার হায়বসিদনা সাত্ত্বিক, রাজসিক, তামসিক কর্ম্মাশিং অসিবু মতম মতমদা হেক্ হেক্ উংলকই— উংলক্তই হায়বসি খঙগদবনি ॥২০॥ অহঙ্কার হায়বসি সাত্ত্বিক রাজসিক তামসিক অবস্থা অহুমগী মতুংইন্না মথল অহুম থোক্না খায়। তমোগুণ হায়বসি জীববু তুম্নাৎপদা থাদবা, মচুনা অমম্বগুম্না মুশিন্ মৃবা পোৎশক্নি। মাসিবু অজ্ঞানদগী পোক্লকপনি হায়না খঙগদবনি। নুংঙাইবা, হর্ষাওবা ভাব পুথোক্হনবা মহাক্ অহু সাত্ত্বিকভাবনি। অতুগা অৱাবা পীরিবা ফাব অহুনা তামসিকভাব কৌই। মতৌ অসুম্না পূন্নমক অসি গুণ মথল্ অহুম অসিগী স্বরূপ মক্কনি ॥২১॥ ঐ তৌজিক সত্ত্বগুণ

---

* মথক্তা হায়রিবা পোৎশকশিং অসি অহঙ্কারতনা থোরকহনবনি। অহঙ্কার হায়বদু লৈরমদ্রবদি— মথোয়দি অমত্তসু উরম্মোইদৌবনি। ( কালাচাঁদ )

সত্বস্থ রজসশ্চৈব তমসশ্চ নিবোধতান্।
প্রসাদো হর্ষজা প্রীতিরসংদেহো ধৃতিঃ স্মৃতিঃ॥ এতান্ সত্বগুণান্ বিদ্যাদিমান্ রাজসতামসান্॥২২।
কামক্রোধৌ প্রমাদশ্চ লোভমোহৌ ভয়ং ক্লমঃ। বিষাদশোকাবরতির্মানদর্পাবনার্য্যতা॥২৩॥
দোষণামেবমাদীনাং পরীক্ষ্য গুরুলাঘবম্। বিমৃশেদাত্মসংস্থ নবৈকৈকমনুসংততম্॥২৪॥
যুধিষ্ঠির উবাচ।
কে দোষামনসা ত্যক্তাঃ কে বুদ্ধ্যা শিথিলীকৃতাঃ। কে পুনঃ পুনরায়ান্তি কে মোহাদফলা ইব॥২৫॥
কেষাং বলাবলং বুদ্ধ্যা হেতুভির্বিমৃশেৎ বুধঃ। এতমেসংশয়স্তাত তন্মে ব্রূহি পিতামহ॥২৬॥
ভীষ্ম উবাচ।
দোষৈর্মূলাদবিচ্ছিন্নৈ বিশুদ্ধাত্মা বিমুচ্যতে।
বিনাশয়তি সম্ভূতমযস্ময়মযো যথা॥ তথা কৃতাত্মা সহজৈর্দোষৈর্নশ্যতি তামসৈঃ॥২৭।

রজোগুণ অমগা তমোগুণ হায়রিবা গুণ অদুম অসিগী তোঙাল্ তোঙানবা মথোন্থ হায়গে তাও। পেন্বা হরাও-নুংঙাইবা, চিংনবনচিংবা লৈতবা, তপথবা, অমগা স্মৃতি ( নীঙাশংবা ) হায়রিবা মখোয় অসি সত্বগুণগী থবাক হায়বসি খঙঙু। অপাম্বা, অশাউবা, ঙাওবা, মিহৌবা, শুক্মাংবা, অকিবা, চোক্থবা, রাবা, পেন্দবা ঊকায় খুমহন্নীংবা, থোয়বা, নাপল্ অনার্য্যগী মহৌ মখোয়সি রজোগুণ তমোগুণ অনীগী মখোনি হায়বসি খঙগদবনি॥২২—২৩॥ মখোয় অসিগী অমগা অতোপ্ অতোপ্পা গুণ দোষশিং অসিগী মমুংদা করম্ করম্বনা মচানো, করম্ করম্বনা অচৌবনো হায়বদু মুন্না বিচার তৌরগা মখোয়সিগী মমুংদা লৈরিবা দোষশিং অসিগী দোষ অমমম্দি এইতোন্দনু লৈরা লৈতরা হায়বসি বিচার তৌগদবনি। অমগা লৈরবদি মাত্রা—( চাং ) কয়া কয়াদা লৈরি হায়বসি ঈশানা পরীক্ষা তৌদুনা য়েংগদৌবনি। য়েংলবা তুংদা মখোয় অদুবু থাদোক্লবা হোৎনগদবনি॥২৪॥ যুধিষ্ঠিরনা হংই — ঈবুধৌ ! মমাংঙৈগী অরান্বা খুভম পাম্বশিংদুনা করম করম্বা দোষবু পুক্নীংতনা থাদোক্খিবগে? করম করম্ববুনা বুদ্ধিগী পাঙ্গৈতনা কোম্থোক্ হীকৃতোকৃহন্খিবগে? করম করম্বা দোষনা হন্না হন্না লাক্পগে? অমগা করম করম্বা দোষনা শুক্মাৎখিদুনা মহৈ পীবা ঙম্বগুম্ লৈবা ওইনা উবগে?॥২৫॥ বিদ্বান্ ওইবা মীশিংনা বুদ্ধিগী পাঙ্গৈনা নত্রগা যুক্তিনা দোষশিংদুগী মমুংদা করম করম্বনা কন্বা, করম করম্বনা শোন্বা হায়বাসি বিচার তৌগদগে? ঈবুধৌ ! মাসিদা এইগী চিংনবা অমা য়াম্না কন্না লৈশ্রে। মাসি ঈবুধৌনা অমুক্তা নাথৈশেনা তাক্পিয়ু॥২৬॥ ভীষ্মনা হায়,— নিংথৌ ! হায়খ্রিবা দোষশিং অসিগী হৌরকফম্ মকদি অজ্ঞান ( পঙ্থবা – খঙ্দবা ) হায়বসিনি। অদুনা, মরুগা লোয়ননা দোষশিং অসি মৃৎপ্রবত্তদা তাইবংমীগী থম্মোয় অসি পুমংশং শংহৌই। মতম অদুদা সংসারগী বন্ধনদগী নাম্থোক্হৌই। য়োৎনা শাবা য়ো কী হোরায়গী ময়াদুনা য়োৎকী পুনাবু ককৎলগা মশামক্সু তুম্শিন্থিবদুগুম্না মচীন্ তুম্নবী থৌরবী বুদ্ধিনা তমোগুণদগী পোক্পা দোষশিং অদুবু ককৎলগা মাদুগা লোয়ন লোয়ননা বুদ্ধিগী থৌরবা ময়া অদু অদুম্ তুম্জখি। হায়বদি— "এইদি অশিংবনি, বুদ্ধি লৈবনি" অসিনচিংবা অহঙ্কার অদুসু তুম্মিন্নখ্রবনি, মশানা অদুম্ শান্ত ওইজখি॥২৭॥

রাজসং তামসং চৈব শুদ্ধাত্মকমকল্মষম্। তৎ সর্ব্বং দেহিনাং বীজং সত্ত্বমাত্মবতঃ সমম্॥২৮॥
তস্মাদাত্মবতা বর্জ্জ্যং রজশ্চ তম এব চ। রজস্তমোভ্যাং নির্ম্মুক্তং সত্ত্বং নির্ম্মলতামিয়াৎ॥২৯॥
অথবা মন্ত্রবৎ ব্রূয়ুরাত্মাদানায় দুষ্কৃতম্। স বৈ হেতুরনাদানে শুদ্ধধর্ম্মানুপালনে।৩০॥
রজসাধর্ম্মযুক্তানি কার্য্যাণ্যপি সমাপ্নুতে। অর্থযুক্তানি চাত্যর্থং কামান্ সর্ব্বাংশ্চ সেবতে।৩১॥
তমসা লোভযুক্তানি ক্রোধজানি চ সেবতে। হিংসাবিহারাভিরতস্তন্দ্রীনিদ্রাসমন্বিতঃ ॥৩২॥
সত্ত্বস্থঃ সাত্ত্বিকান্ ভাবান্ শুদ্ধান্ পশ্যতি সংশ্রিতঃ। স দেহী বিমলঃ শ্রীমান্ শ্রদ্ধাবিদ্যাসমন্বিতঃ ॥৩৩॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি
বার্ষ্ণেয়াধ্যাত্মকথনে নবাধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ ॥ ২০৯ ॥

——(*)——

রজোগুণ, তমোগুণ অমসুং কাম-ক্রোধনচিংবা দোষ কয়রিমত্তা য়াওদ্রবা সত্ত্বগুণ অমসুং অসিমা মকুগী অসি ওইরক্পা থোরক্পগী মূলকারণ—মক ওইবা মরম্নিদি হায়রবু অমসুংগুম্বা মী মহাক্ অমসুং মশাগী পুক্নীংবু খুদুম্চন্নবা মহাক্ অমসুংগী মফমদদি সত্ত্ব অমসুংতনা চপ্মান্নহন্থিবা তেম্শিন্নরবমসুংগী মরু ওইবা উপায় ( সাধন ) নি ॥২৮॥ মরম অমসুংনা মশানা মশাবু শুমজরবা অমসুংগুম্বা মীশিংনা রজোগুণ তমোগুণ অনীসিবু পুম্থা থাদোক্কদৌবনি। রজোগুণ তমোগুণ অনীসিনা হেক্লাপ্থোকৃথিবদা বুদ্ধি অসি নির্ম্মল ওই, অমক্পা কয়রিমত্তা লৈতে ॥২৯॥ অমসুংগা, বুদ্ধিবু খুদুম্ চন্নবগীদমক্তা শাস্ত্রদা হায়রিবা, মন্ত্রনা তিল্লবা যজ্ঞনচিংবযুম্থ মী থরনদি দোষ লৈবা কর্ম্মনি হায়। অমসুংবু অচুম্বা বিধি মন্ত্রনা তিল্লবা যজ্ঞ দাননচিংবা অনুষ্ঠানম্বু নিষ্কামভাবতা মতৈ পামদনা তৌরবদি কর্ম্মমসুংমক্তা বৈরাগ্যভাব অমসুংম্ পোক্নগনি। অমসুং নত্তনা অমসুংগুম্বা যজ্ঞ দান অমসুংনা শুদ্ধ ধর্ম্মশাস্ত্রদা, অমসুংগা ইন্দ্রিয় খুদুম্ চন্বদা নিমিত্তকারণ অমা ফাওবা ওইবা লৈরিবনি ॥৩০॥ তাইবংমীনা রজোগুণগী মথাপোনপ্রবদা রজোগুণ অমসুংনা মহাক্পু অধর্ম্ম মথল্ মথল্লা তিল্লবা, অমসুংগা অর্থনা তিল্লবা কর্ম্মশিং অমসুং মথং মথং তৌবা হৌরকই। অমসুংগা মহাক্ অমসুং ভোগ মথল্ মথন্দা আসক্তিগা লোয়ননা সেবা তৌই ॥৩১॥ তমোগুণদা লৈথিবনা তাইবংমীনা অপাম্বা, মিহৌবা, অশাউবা পোক্নবা কর্ম্মত তৌই, অমসুংগা মতম অয়াম্বদা উঠনিং-শানিংতি; ঈতল্ তান্নি ॥৩২॥ সত্ত্বগুণদা লৈবা মীদি মাগী রাথল্ তৌথোক্লক্পা কর্ম্ম পুম্নমক্ অসি মুমিংচুম্বা সাত্ত্বিকত মওই। অমসুংগা আশ্রয় লৌরকপা চত্তজরকপা মতমদসু—সাত্ত্বিকভাবনাত্তদা আশ্রয় লৌই। মহাক্তি মসুং মপান্ অনীমক্তা পুম্শেংত শেংমসুংনা লৈ। সাত্ত্বিকভাবকী মক্তবা মতাম্না মায়থোং অমসুং পুম্নং লংমসুংনতা মরৈ। মাগী মফমদদি শ্রদ্ধাগা বিদ্যাগা অনী অসি মরু ওইবা পোৎশক ওইনা লৈ ॥৩৩॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা, শ্লোকলিশিং চাম ন। শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা,
মোক্ষধর্ম্ম পর্ব্বদা, শ্রীকৃষ্ণগী মরমদা অধ্যাত্মজ্ঞান তাকপা— বার্ষ্ণেয়াত্মকথনগী
চনীগা-মাপল্তুবা অধ্যায় লোইরে ॥ ২০৯ ॥

——ঃ(*)ঃ——

# মণিপুরী মহাভারত

## দশাধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ।

## ( জীবগী উৎপত্তিগী জ্ঞান তাকপা। )

## চনীগা তরাশুবা অধ্যায়।

—— ঃ():——

ভীষ্ম উবাচ।

রজসা সাধ্যতে মোহস্তমস ভরতর্ষভ। ক্রোধলোভৌ ভয়ং দর্প এতেষাং সাধনাচ্ছুচিঃ॥১॥
পরমং পরমাত্মানং দেবমক্ষয়মব্যয়ম্। বিষ্ণুমব্যক্তসংস্থানং বিদুস্তং দেবসত্তমম্॥২॥
তস্য মায়াপিনদ্ধাঙ্গা নষ্টজ্ঞান বিচেতসঃ। মানবা জ্ঞানসম্মোহাৎ ততঃ ক্রোধং প্রয়ান্তি বৈ॥৩॥
ক্রোধাৎ কামমবাপ্যাথ লোভ মোহৌ চ মানবাঃ। মানদর্পমহঙ্কারমহঙ্কারাৎ ততঃ ক্রিয়াঃ॥৪॥
ক্রিয়াভিঃ স্নেহসম্বন্ধাৎ স্নেহাচ্ছোকমনন্তরম্। সুখদুঃখক্রিয়ারম্ভাজ্জন্মাজন্মকৃতক্ষণাঃ॥৫॥
জন্মতোগর্ভবাসং তু শুক্রশোণিতসম্ভবম্। পুরীষমূত্রবিক্লেদং শোণিতপ্রভবাবিলম্॥৬॥

ভীষ্মনা হায়,—ভরত-শাগেগী অথোইবা! রজোগুণ তমোগুণ অনীদগী মোহ ( শুদ্ধাংপা জ্ঞান তাদবা ) হায়বর ওংথি—পোকখি। মতোন্দগী অমুক ক্রোধ লোভ ভয ( অকিবা ) অদুগা থোয়বা নাপল্ হায়বা মখোয় অসি পোকই। মখোয় পূম্নমক মাওংল্লবতদা তাইবংমী হায়বসি মগ্ন মপাল্ পূম্নাশং শেংই॥১॥ অদুগুম্বা শুদ্ধাত্মা ওইবা পুরুষ অদুতনা অমাঙ খতা লৈত্রবা, পরমদেব ওইবা, মশক মওং কোঙদোক্তনা লৈবা, পরমাত্মা বিষ্ণুগী তত্ত্ব খঙবা ওস্মি॥ ॥ অদুগুম্বা ঈশ্বর মহাক্কী মায়ানা কুপগ্রবদা তাইবংমীওই-বগী জ্ঞান বিবেক পূম্বা পুম্মাঙ্ মাঙিঙ। অদুগা বুদ্ধিনা থীনা শুদ্ধাংখিন্দগী তাইবংমীনা অশাঙবগী মথা পোন খিবনি॥৩॥ ক্রোধদগী কাম পোকই। কামদগী লোভ অদুদগী মথং মথং মোহ, মান, দর্প ( নাপল্ ) অহঙ্কার… অসি পূম্নমক পোকই। অদুগী তুংদা অহঙ্কারদগী তাইবংমীগী থবক পুম্নগী আরম্ভতু মথং মথংতুমক লাক্লে॥৪॥ অসুম তৌনা কর্ম্ম মথং মথং লাকপসিদগী তাইবং মীওইবদা আসক্তি অমা কল্পা লাকই। আসক্তিতুগী মহৈনা থম্মোয়শোক্না রাবা ফংবা হায়বতুনি। অরা মুংঙাই থংন থংনা পীবা কর্ম্ম মথং মথং পান্ খংলুবদগী তাইবং মীনা পোকপা-শিবগী অরাবাস ফংবা তাবান॥৫॥ পোকপা তাবদগী গর্ভদা অমুক অমুক্ অরাবা ফংবা তাবনি। রজগা বীর্য্যগা অনীনা অমগমগা তিন্নবদগী, জীবনা গর্ভন্নুংদা চঙবা তাবনি। গর্ভন্নুং অদুদা থী-যুংনা ঈচোক্ত চোংতুনা লৈবা, অদুগা ঈগী বিকারনা ঈমোক্ত মোংতুনা লৈবা মকমদা জীবসিনা লৈবা তাবনি॥৬॥ অরাম্-খোরাংবগী মথা পোন্দুনা, ক্রাম ক্রোধ লোভনচিংবা দোবশিং অসিনা

তৃষ্ণাভিভূতৈর্বদ্ধস্তানেবাভিপরিপ্লবম্। সংসারতন্ত্রবাহিন্যস্তু প্রবুদ্ধ্যেতযোষিতঃ ॥৭॥
প্রকৃত্যা ক্ষেত্রভূতাস্তা নরাঃ ক্ষেত্রজ্ঞলক্ষণাঃ। তস্মাদেবাবিশেষেণ নরোত্তীরাৎ বিশেষতঃ ॥৮॥
কৃত্যা হ্যেতা ঘোররূপা মোহয়ন্ত্যবিচক্ষণান্। রজস্যন্তর্হিতা মূর্ত্তিরিন্দ্রিয়াণাং সনাতনী ॥৯॥
তস্মাৎ তদাত্মকাৎ রাগাৎ বীজাৎ জায়ন্তু জন্তবঃ। স্বদেহজান ,স্বসংজ্ঞানন্যথদাত্মকাৎ কৃমীংস্ত্যজেৎ ॥
স্বসংজ্ঞানস্বকাংস্তাবৎ সুতসংজ্ঞানকৃমীংস্ত্যজেৎ ॥১০॥
শুক্রতো রসতশ্চৈব দেহাজ্জায়ন্তি জন্তবঃ। স্বভাবাৎ কর্ম্মযোগাদ্বা তানুপেক্ষেত বুদ্ধিমান্ ॥১১।
রজস্তমসি পর্য্যস্তং সত্ত্বং চ রজসি স্থিতম্। জ্ঞানাধিষ্ঠানমব্যক্তং বুদ্ধ্যহংকারলক্ষণম্ ॥১২॥
তৎ বীজং দেহিনামাহুস্তদ্বীজং জীবসংজ্ঞিতম্। কর্ম্মণা কালযুক্তেন সংসারপরিবর্ত্তনম্ ॥১৩।

ক্রক্ ক্রক্ কাজিন্দুনা, মখোয়না চিংতুনা পুরিবহুগী অসুম মতুং ইন্দুনা, মখোয়না ঈন্দুনা চৎলু চৎলু হায়রবা মফমদা চৎতুনা. হায়নীঙাই লৈতবা অরাবা থুদোংথীববু কংহুনা জীবসিনা লৈরিবনি। মখোয়সিদগী নান্থোক্লীংলবদি সুপী হায়বীসিবু সংসারগী মশক্ ওইবা ফিবু শারিবী ( ফিশাবী ) নি হায়না খঙগু, য়াম্বিমথৈ মখোয়দগী লাপ্থোক্না লৈগদবনি ॥৭॥ সুপী হায়বীসি প্রকৃতি মায়াগা অম্দানি। অহুনা ক্ষেত্রগী মশক্নি। নিপা হায়বসিনা ক্ষেত্রজ্ঞ ( ক্ষেত্রহুবু মশক খঙবা ) গী মশক্নি। ( প্রকৃতি মায়ানা অপঙবা মীবু পুন্শিন্বহুগুম্না— সুপীনা নিপাবু শুন্দ্ধৎপগী লাংদা থুহন্দুনা থম্মি। ) মরম অহুনা নিপা থুদিংমক্না য়াম্না থুকুউ শেন্না সুপীগী সংসর্গদগী লাপ্থোক্না লৈগদবনি ॥৮॥ সুপীশিংসে মীগী ঈ চুপ্পী বলিদানতনা পূজা তৌননিঙাই ওইবী দেবীগী মশক্নি। অপঙবা মী কা ফাহুনা শুন্দ্ধৎলাংদা কাজীন্দুনা থম্বীনি। ইন্দ্রিয়শিংদা বিকার পোক্হন্নবী, সৃষ্টিগী মতমদগী লেংদনা লাক্লবী, সুপী হায়বী মূর্ত্তিসি রজোগুণদা থুপ্তুনা— লোত্তুনা লৈরিবীনি ॥৯॥ মরম অদুনা সুপীগী সম্বন্ধদগী পোক্খিবা অনুরাগহুনা কারণ ওইহুনা নিপাগী বীর্য্যদগী জীবগী উৎপত্তি ( পোক্পা হায়বহু ) ওইথ্রিবনি। মশাগী হক্চাংদগী পোক্চখিবা হীক্ মহীক্লচিংববু মশাদগী তোঙান্বা, মাগী ফত্তনবা তৌবনি হায়না খন্দুনা, হায়বদি— মঙোন্দগী থোক্খিবনি হায়না লৌদনা খন্দনা থাদোক্ তাস্থোক্খিমহুগুম্না ঐগীনি হায়না কৌহন্বা, আত্মা নত্তবা ( অনাত্মা ) মচা হায়বা মিং অসি পুম্বিবা মাবুস্থু থাদোক্কুনা চৎবিগদবনি ॥১০॥ বীর্য্যগী পান্থৈনা হক্চাংসিদগী নত্রগা হুমাংনা মহৌশাগী স্বভাবতগী নত্রগা পূর্ব্বসংস্কারদগী জীবশিং অসিগী পোক্পা হায়বহুমদি ইতত্তনা ’হুম ওইহুনা লৈরাক্লবনি। মাসিদা বিদ্বান্ জ্ঞানী ওইবশিংনা তৌরিবা থৌদোকশিং অসিদা থোইনা য়েংশল্লুবা হৌনদে ॥১১॥ তমোগুণগী মনুংদা লৈবা রজোগুণ, অহুগা রজোগুণগী মনুংদা লৈবা সত্ত্বগুণহুনা রজোগুণ তমোগুণদা লৈবা মতমহুদা অহুগা সত্ত্বগুণনা রজোগুণগী মনুংদা লৈবা মতমহুদা জ্ঞানগী লৈকম ওইহুনা লৈরিবা জ্ঞানাধিকরণ আত্মা অসি বুদ্ধি অমদি অহঙ্কারগা তিন্নবা লৈ ॥১২॥ মশক্ মওং ফোঙদোক্কনা লৈরিবা আত্মাসিত্তনা জীবপানবা পুম্নমক্কী বীজ ( মরু ) নি। বীজগী মশক্ ওইবা, বীজ ওইহুনা লৈবা আত্মা অসিমক্ গুণশিংগা তিন্নহুনা লৈরুবা মরম্না বীজ ওইরম্বদগী জীব অহুম্ মকোৎরে। মহাক অসি অমুক্ কনাগুম্বগী মতুংইন্না লাক্পা কর্ম্মনা ঈথিল্লক্পদগী সংসারচক্র অসিদা কোয়রৈ লৈহুনা লৈরি ॥১৩॥

রমত্যয়ং যথা স্বপ্নে মনসা দেহবানিব। কর্ম্মগর্ভৈর্গুণৈর্দেহী গর্ভে তদুপলভ্যতে ॥১৪॥
কর্ম্মণা জীবভূতেন চোদ্যতেযৎ যদীন্দ্রিয়ম্। জায়তে তদহঙ্কারাৎ রাগযুক্তেন চেতসা ॥১৫॥
শব্দরাগাচ্ছ্রোত্রমস্য জায়তে ভাবিতাত্মনঃ। রূপরাগাৎ তথা চক্ষুর্ঘ্রাণং গন্ধচিকীর্ষয়া ॥১৬॥
স্পর্শনে ত্বক্ তথা বায়ুঃ প্রাণাপানব্যপাশ্রয়ঃ। ব্যানোদানৌ সমানশ্চ পঞ্চধা দেহযাপনম্ ॥১৭॥
সংজাতৈর্জায়তে গাত্রৈঃ কর্ম্মজৈর্ব্রহ্মণা বৃতঃ। দুঃখাদ্যন্তৈর্দুঃখমধ্যৈর্নরঃ শারীরমানসৈঃ ॥১৮॥

স্বপ্নাবস্থা ( মঙ্ ) দা জীব অসিনা পুক্নীংগা লোয়ননা অহুগা পুক্নীংহুগী পাম্বৈনা অতোপ্পা হকচাংদা চঙহুনা শান্নবহুগুম্না কর্ম্মনা মহুং থীংনা চঙলবা গুণশিংহুগী পাম্বৈনা গর্ভম্নুংদা জীব মহাক্ লৈ হায়বসি অহুম্ মকংঙি ॥১৪॥ বীজ ( মরু —মন্না ) ওইহুনা লৈরবা কর্ম্মহুনা মরম ওইহুনা অহুম্ অহুম্ ওইবা ইন্দ্রিয়হুগী উৎপত্তি ( পোক্লনব ) গীদমক্তা প্রেরণা ( ঈঙ্খিল্লকপা ) হেক্ হেক্ ফংবদা, অহুম্ অহুম্বা ইন্দ্রিয় অহু, করিগুম্বা রাগ অমগা লোয়নববা ( তিন্নবা ) থম্মোয়গা, অহুগা থুপ্নুনা লৈরিবা অহঙ্কারগা অনীসিনা পাম্বৈ ওইহুনা হেক্ হেক্ চোংথোরকই ॥১৫॥ *

শব্দগী মরমদা রাগ পোক্লকপা মতমদা হায়বদি খোঙ্গেল অসি ছকপা মতমদা বীজহুনা মাগী জীবাত্মা ওইহন্থ্রবা পুরুষ অহুগী নাকোং কৌবা ইন্দ্রিয় অসি চোংথোকখি। অসুম্না রূপকী রাগ পোকপা মতমদা মীৎ, গন্ধগী রাগ পোক্লকপা মতমদা নাতোল্ চোংথোকখি ॥১৬॥ মতৌ অসুম্না স্পর্শ ( শোকপা ) গী রাগ হেক পোক্লকপদগী হকচাং পুম্নমক কৃপ্পা উনশা হায়না কৌবা ইন্দ্রিয় অসিগা মুংশিংকা অনী অসি পোকখি। মুংশিং হায়বদি প্রাণ অপান অনীগী আশ্রয়নি। উদান, ব্যান, সমান হায়রিবসিসু মহাকমক্তি। মতৌ অসুম্না মঙং মঙা থোক্না পুথোক্নুনা শরীরযাত্রাগী থবক হায়বদি হকচাং অসি তেক্তনবগী কায়দনবগী থবক তৌরি ॥১৭॥ তাইবং মীওইবন। পোকপা পোকপা মতমদা, পূর্ব্বজন্মগী কর্ম্মনা তাহন্বা ওইহন্বা মঙংগী হকচাং হকচাং পুম্নমক্নুগা লোয়নননা মপৃংফানা পোকই। অসিগুম্বা তাইবংমী হায়রিবসি অহোবদসু মরায়-

* গর্ভসিদা হকচাংসিনা মথং মথং লোঠ্রিবা মঙং; মীৎ, নাকোংনচিংবা মথং মথং থিন্দোকখিবগী ক্রম অসি মকম অসিদা উৎলি। তাইবং জীব থুদিংমক্কী গর্ভম্নুংদা লৈরিঙৈগী হকচাংদগী ( মাংসপিণ্ডদগী ) মঙং নাইনা, মথং মথং থিন্দোরকপা— চোংথোরকপা খোঙ্ খুৎ, নাকোং, নাতোন্নচিংবা ইন্দ্রিয় কায়াংশিংসিগী তোংথোক থিন্দোক্লকপগী ক্রম মথং মনাও ) অসি অমত্তা মান্নত্রবর্না হায়বা চিংনবা অমসু মতাং অসিদা পোকহল্লি। পান্বী ওইরক্তিং্রৈঙ ময়োন্ চোংত্রিঙৈদা মরুনা হান্না লৈম্নুংদা চঙহুনা লৈবা হায়বসিমদি শোয়ত্রে। মন্না ( বীজ ) হুদি কর্ম্মনি হায়রি। বীজহুনা জীব কৌরবা কান্দা চোংথোক্লখিবর্না নত্রগা কর্ম্ম ( বীজ ) হুনা জীব ওন্দ্রিঙৈদা হায়বদি জীবাত্মা চঙত্রিঙৈদা হান্না ইন্দ্রিয় কায়াংশিং অসি থিন্দোক থিন্দোক্নুনা লৈরম্লত্তা হায়বা চিংনবা খঙনিংবা অমসু মতাং অসিনা পোকহল্লি। শ্লোক অসিনা তাক্লিবদি হান্নগী মপোক্নুগী কর্ম্ম অহুনা পীরক্ পীরকপা প্রেরণাহুগী মতুংইন্না, য়েংনিংবা, তানিংবনচিংবা রাগ অমমমৃগা লোয়নননা লোইশিন্থ্রিবা অহুগী মতুংইন্না অহঙ্কারগী পাম্বৈনা মথং মথং চোংথোকখি হায়রি ॥১৫॥ ( কালাচাঁদ )

দুঃখং বিদ্যাদুপাদানাদভিমানাচ্চ বর্দ্ধতে। ত্যাগাৎ তেভ্যো নিরোধঃ স্যান্নিরোধজ্ঞো বিমুচ্যতে॥১৯॥
ইন্দ্রিয়াণাং রজস্যেব প্রলয়প্রভাবাবুভৌ। পরীক্ষ্য সংচরেৎ বিদ্বান্ যথাবচ্ছাস্ত্রচক্ষুষা॥২০॥
জ্ঞানেন্দ্রিয়াণীন্দ্রিয়ার্থং নোপসর্পন্ত্যতর্ষুলম্। হীনৈশ্চ করণৈর্দেহী ন দেহং পুনরর্হতি॥২১॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি
বার্ষ্ণেয়াধ্যাত্মকথনে দশাধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ॥ ২১০॥

——(*)——

---

দস্থ অদুগা অরোইবদস্থ হকচাং অমস্থং পুক্লংগী অরাবা মথল্ মথন্দি অদুম ৰংভি॥১৮॥ জীব অসিনা হকচাংবু হেক লৌবা মতমদগী হায়বদি হকচাংদুংদা হেক চংবা হৌবদগী অরাবা ৰংবা হায়বসি অদুম্ মহৌরবনি হায়বসি খঙগদবনি। হকচাংদুংদা লৈরবা অভিমান ( দেহাভিমান ) না অস্থম্ অস্থম্ তৌশল্লকপদুগা লোয়ন লোয়ননা অরাবগী মশীংসিস্থ অস্থম্ অস্থম্ হেনগৎলকই। হায়বদি হকচাংসি ( জীব ) ঐ নিকো হায়বসি খঞ্জলকপদগী অরাবশিং মথং মথং হেনগৎলকপনি। হায়রিবা অভিমান ( অহঙ্কার ) অসিবু হেক্ থাদোকপদা অরাবশিং অসি হেক্ লোই। অরাবশিংবু অস্থম্না থাদোকপগী কলাবিদ্যা অসিবু খঙব-হৈবা মহাক্তনা মুক্ত ওই॥১৯॥ ইন্দ্রিয়শিং অসিগী উৎপত্তি ( পোকপা ) অদুগা প্রলয় ( মাঙখিবা থ,পখিবা ) অনীমক রজোগুণগী মথুংদা ওইবা মক্তনি। জ্ঞানী বিদ্বান্শিংনা শাস্ত্রগী দৃষ্টিদা মাসিবু ময়া পরীক্ষা তৌরগা তৌবা হৌনবা কর্ম্ম পূম্নমক্ তৌগদবনি॥২০॥ করিগুম্বা অনিত্য ওইবা পোৎশক অমত্তগী অপাম্বা থৌবাংবা লৈত্রবা মী অদুবু হায়রিবা ইন্দ্রিয়শিং অসিনা সংসারগী বিষয়রোমদা চিংশিনবা ঙমদে। ইন্দ্রিয়শিং অসিনা বিষয়াসক্তিদগী হেক হন্দোকখিবা মতমদা দেহ পুরিবা দেহী ( আত্মা ) অসি অতোপ্পা দেহদা অমুক চঙডক্তে। পোকপা শিবগী চক্রদা অমুক তারজে॥২১॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং-চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা
শান্তিপর্ব্বদা মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বদা বার্ষ্ণেয়াধ্যাত্মকথনগী
চনীপা তরাশুবা অধ্যায় লোইরে॥২১০॥

—:(:—

# মণিপুরী মহাভারত

## একাদশাধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ

### ( ব্রহ্মচর্য্য অমদি বৈরাগ্যনা পান্থে ওইদুনা মুক্তি ফংননবা তাকপা )

### চনোগা তরামাথোইশুবা অধ্যায়

——(*)——

ভীষ্ম উবাচ।

অত্রোপায়ং প্রবক্ষ্যামি যথাবচ্ছাস্ত্রচক্ষুষা। তত্ত্বজ্ঞানাচ্চরন্ রাজন্ প্রাপ্নুয়াৎ পরমাং গতিম্ ॥১॥
সর্ব্বেষামেব ভূতানাং পুরুষঃ শ্রেষ্ঠ উচ্যতে। পুরুষেভ্যো দ্বিজানাহুর্দ্বিজেভ্যো মন্ত্রদর্শিনঃ। ২॥
সর্ব্বভূতাত্মভূতাস্তে সর্ব্বজ্ঞাঃ সর্ব্বদর্শিনঃ। ব্রাহ্মণা বেদশাস্ত্রজ্ঞাস্তত্ত্বার্থগতনিশ্চয়াঃ ৩॥
নেত্রহীনো যথাহ্যেকঃ কৃচ্ছ্রাণি লভতেঽধ্বনি। জ্ঞানহীনোস্তথালোকে তস্মাজ্জ্ঞানবিদোঽধিকাঃ ॥৪॥
তাং স্তামুপাসতে ধর্ম্মান্ ধর্ম্মকামা যথাগমম্। ন ত্বেষামর্থসামান্যমন্তরেণ গুণানিমান্ ।৫॥
বাগ্দেহমনসাং শৌচং ক্ষমা সত্যং ধৃতিঃ স্মৃতিঃ। সর্ব্বধর্ম্মেষু ধর্ম্মজ্ঞ জ্ঞাপয়ন্তি গুণান্ শুভান্ ॥৬॥

ভীষ্মনা হায়,— নিংথৌ! ঐ হৌজিক নঙোন্দা শাস্ত্রগী দৃষ্টিদা অদুগা শাস্ত্রগী বিধি মতুংময়া মোক্ষ (মুক্তি) ফংননবগী উপায় অদু হায়গে। শাস্ত্রনা তৌ হায়না তাকপা নিত্য নৈমিত্তিক কাম্যকর্ম্মশিং অদুবু নিষ্কামভাবতা হায়বদি মহৈরোয়দা উদ্দেশ তৌরুদনা— মহৈ পাম্মুদনা তৌদুনা লৈরিবা অদুগুম্বা মী মহাক্ অদুনা তত্ত্বজ্ঞানতনা হায়বদি কর্ম্মগী তত্ত্বগী জ্ঞানতনা অথোইবা থুভমবু লায়না ফংবা ঙম্মি॥ ॥ থবাংয় পানবশিংগী মনুংদা মী হায়বাসনা খ্বাইদগী অথোইবনি হায়নৈ। মীশিংগী মনুংদা ব্রাহ্মণনা অথোইবনি, অদুগা অমুক্ ব্রাহ্মণশিংগী মনুংদা বেদজ্ঞ ওইবা, ব্রহ্মতত্ত্ব খঙবা ব্রাহ্মণনা অথোইবনি হায়রি ॥২॥ বেদ শাস্ত্রগী তত্ত্ববু মুপ্না খঙবা ব্রাহ্মণ অদুদি অচচ্চত্ত জীব পানবা পুম্নমক্কী আত্মানি, লোইনা উর খঙদবনি মথোয়দুগী থম্মোয়দা মথা তানিংঙাই লৈত্রবা, ঈরোয় লোইবা তত্ত্ব অসি কয়িনো হায়বদু নিশ্চয় তৌদুনা লৈরবনি ॥৩॥ মমীৎ উদবা মীনা লম্বীদা মথন্তা চৎলগা অরাবা খুদোংথীবা মথল্ মথল্ ফংবদুগুম্না শাস্ত্রজ্ঞান য়াওদ্রবা মীশিংসু পুন্শিগী লম্বীদা মথল্ মথা অয়াম্বা খুদোংথীবা ফংবা তারিবনি। মরম অদুনা জ্ঞানীপুরুষশিংতনা তাইবং মী-সমাজদা খ্বাইদগী অথোইবনি ॥৪॥ পুন্শিদা ধর্ম্মগী তত্ত্ব খঙনা, ধর্ম্ম কাম্বনা লৈনিংবা মীশিংনা শাস্ত্রবিধিগী মতুংইন্না যজ্ঞ-দাননচিংবা সকাম (কামনাগা লোয়নবা) ধর্ম্মগী অনুষ্ঠান তৌরি। অদুবু মতুংদা হায়রককদৌরিবা গুণশিং অসি য়াওদনদি মথোয় পুম্নমক্ চপ্মান্না, পাম্জরিবা মোক্ষ কৌবা পুরুষার্থ অদু ফংদে ॥ ॥ রাজাও, হকচাং, পুক্নীংগী পবিত্রতা (অমকপা অমোংপা

যদিদং ব্রহ্মণোরূপং ব্রহ্মচর্য্যমিতি স্মৃতম্। পরং তৎসর্ব্বধর্ম্মেভ্য স্তেন যান্তি পরাং গতিম্ ॥৭॥
লিঙ্গসংযোগহীনং যচ্ছব্দস্পর্শবিবর্জ্জিতম্। শ্রোত্রেণ শ্রবণং চৈব চক্ষুষা চৈব দর্শনম্।৮॥
বাক্সম্ভাষাপ্রবৃত্তং যৎ তন্মনঃপরিবর্জ্জিতম্। বুদ্ধ্যা চাধ্যবসায়ীত ব্রহ্মচর্য্যমকল্মষম্ ॥৯।
সম্যক্‌বৃত্তির্ব্রহ্মলোকং প্রাপ্নুয়ান্মধ্যমঃ সুরান্। দ্বিজাগ্র্যো জায়তে বিদ্বান্ কন্যসীং বৃত্তিমাস্থিতঃ ॥১০॥
সুদুষ্করং ব্রহ্মচর্য্যমুপায়ং তত্র মে শৃণু। সংপ্রবৃত্তমুদীর্ণং চ নিগৃহ্নীয়াৎ দ্বিজোরজঃ। ১১॥
যোষিতাং ন কথা শ্রাব্যা ননিরীক্ষ্যা নিরম্বরাঃ। কদাচিদ্দর্শনাদাসাং দুর্ব্বলানাং বিশেদ্রজঃ ॥১২॥

লৈতবা ), ওাকৃপিহৈবা— মীহুংশি থওবা, অচুম্বা ঙাঙ্‌বা, তপ্‌থবা— তহা তগাদবা, কাউগন্দবা··· গুণশিং অসি, ধর্ম্মগী তত্ত্ব খঙবশিংনা মহামঙ্গল পীনহৈবা মক্তনি হায়নৈ ॥৬॥ মথোয়সিগীমু মথক্তা ব্রহ্মচর্য্য হায়বা গুণ অসিবুদি শাস্ত্রদা ব্রহ্মমক্কী স্বরূপনি হায়। ধর্ম্ম পুম্নমক্তগী ব্রহ্মচর্য্য ( ব্রহ্মচারী ওইবা ) হায়বা ধর্ম্মসিনা অথোইবনি হায়রি। ব্রহ্মচর্য্য পালন তোবা মীনা পরম–পদ হায়বদি অথোইবা গতি ( থুংনম্ ) বু ফংই ॥৭॥ হায়রিবা পরম-পদ— পরমধাম অসিদি, প্রাণবায়ু মঙা, মন ( পুক্নীং ), বুদ্ধি অমগা ইন্দ্রিয় তরাগী মপৈ ( গ্রাম ) মশক্ ওইবা হক্‌চাংসি সংযোগকা করিমত্তা মরম্ লৈনদে। করিগুম্বা পোৎশক্ অমগা তিন্নবা হায়বসু শূক্লৈ লৈতগনি। মঙোন্দা শব্দ স্পর্শ ( থোঙ্জেল্ অমদি শোক্নবা ) করিমত্তা লৈতবনি। নাকোংনা তাদবা, হায়বদি তারবসু নাকোংনা তাদবা, মীৎনা উদবা, হায়বদি উরবসু মীৎনা উদবা, ঙাঙ্‌লবসু চীন্‌না লৈনা ঙাঙ্‌দবা, মঙোন্দা পুক্নীং কৌবা ইন্দ্রিয় ফাওবা লৈতবা য়াওদবা— মাদুতনি পরম-পদ হায়ববু— ব্রহ্মচর্য্য হায়ববু। তাইবং মীনা বুদ্ধিনা মহাক্‌পু নিশ্চয় তৌদুনা থম্‌গদবনি। অদুগা পরম-পদ ( ব্রহ্ম ) অদুবু ফংননবগীদমক্তা অমক্‌পা দোষ করিমত্তা য়াওদ্রবা ব্রহ্মচর্য্য কৌবা ব্রতবু পালন তৌগদবনি ॥৮—৯॥ ব্রহ্মচর্য্য ব্রতবু নিয়ম কায়দনা, নীঙ্‌থিনা ঙাক্লবা মহাক্ অদুদি ব্রহ্মলোক শোয়দনা ফংই। মধ্যমশ্রেণীগী হায়বদি অদুক্ য়াম্বা অযোৱীনি নত্তবা, মরক্তা থাক্কী ব্রহ্মচারীশিংনা ব্রহ্মলোকমক্ য়ৌদ্রবসু দেবলোকতদি ময়োরে। অদুগা খ্বাইদগী হন্নবা শ্রেণীগী বিদ্বান্ ব্রহ্মচারী অদুনা অথোইবা ব্রাহ্মণগী মশক্ ওইনা পোক্‌পা শিংদগী সংসারদা অমুক্ পোক্লারবাসনি ॥১০॥ ব্রহ্মচর্য্য ব্রতবু পালন তৌবা হায়বসি য়াম্না লুই। মাসবু ঙাক্লনবগী উপায় অদু ঐ হায়গে মুক্তা তাও। ব্রহ্মচর্য্যবু ঙাক্লীবা ব্রাহ্মণনা তৌগদবা হায়ববু রজোগুণনা হেক্ হেক্ হাইগৎলক্‌পা মতমদা মাদুবু থিংবা ফাঙ্জিন্‌বা অসিনি মরু ওইনা তৌগদবা ॥ ১॥ নুপী • হাগী মরমদা রাবী শানবিবশিংগী ররী অদু তারোইদোবনি, য়াওসু য়াওরোইদোবনি। মফী মরোল য়াওদবী নুপীরোমদা থক্ য়েংলুরোইদোবনি। • ত্রাংদি - য়েংশিল্লুরবদি থস্মোয় শোন্‌বা মীগী পুক্নীংদা থঙ্‌হৌদনা রজোগুণ পোক্ই। মতম অদুদা কামভাব হায়বদি নুপী-নহাশিংগা তিন্নথোৎননীংবগী মওং অমদি রাথল্ অসি পুক্নীংদা চংওক্ই। ব্রহ্মচারীগী পুক্নীংদা কামভাব পোক্লক্‌লবদি আত্মশুদ্ধিগীদমক কৃচ্ছ্র ব্রত * ব্রত

* নুমিৎ হুম্নিনা অমুক্ অমুক্তদা, মথং হুম্নি অমদনা হুমিদাং রাইরম্ রাইরম্‌না ঈশানা থিক্ল-লৌকদবা অমরবু চাগদবনি। অদুদগী মথং হুম্নি অমনা করিমত্ত শূক্‌চা চাদ্রোইদবনি। অসুম্বা ব্রতসিবু "প্রজাপত্য-কৃচ্ছ্র" কৌই।

রাগোৎপন্নশ্চরেৎ কৃচ্ছ্রং মহাদ্ভিঃ প্রবিশেদপঃ। মগ্নঃ স্বপ্নে চ মনসা ত্রির্জপেদঘমর্ষণম্ ॥১৩॥
পাপ্মানং বিদ্ধি দেহে বৈ মত্তকর্ত্তৃরজোময়ম্। জ্ঞানযুক্তেন মনসা সংততেন বিচক্ষণঃ ॥১৪॥
কুণপামেধ্যসংযুক্তং যদ্বচ্ছিদ্রবন্ধনম্। তদ্বৎ দেহগতং বিদ্যাদাত্মানং দেহবন্ধনম্ ॥১৫॥
বাতপিত্তকফাৎ রক্তং ত্বঙ্মাংসং স্নায়ুমস্থি চ। মজ্জাং দেহং শিরাজালৈস্তর্পয়ন্তি রসা নৃণাম্ ॥১৬॥
দশবিদ্যাৎধমন্যোঽত্র পঞ্চেন্দ্রিয়গুণাবহাঃ। যাভিঃ সূক্ষ্মাঃ প্রতায়ন্তে ধমন্যো হন্যাঃ সহস্রশঃ ॥১৭॥
এবমেতাঃ শিরানদ্যো রসোদাদেহসাগরম্। তর্পয়ন্তি যথা কালমাপগা ইব সাগরম্ ॥১৮॥
মধ্যে চ হৃদয়স্যৈকা শিরা তত্র মনোবহা। শুক্রং সঙ্কল্পজং নৃণাং সর্ব্বগাত্রৈর্বিমুঞ্চতি ॥১৯॥
সর্ব্বগাত্রপ্রতায়িন্যস্তস্যা হ্যনুগতাঃ শিরাঃ। নেত্রয়োঃ প্রতিপদ্যন্তে বহন্ত্যৈ তৈজসং গুণম্ ॥২০॥

তৌগদবনি। বীর্য্যনা শরূক্ য়াম্না হেন্‌গৎকক্তুনা কামাতুর কয়া ওইরক্লবদি তুরেন্দা নত্রগা পুক্রীদা চোংথ-হুনা স্নান তৌগদবনি, লুপ্‌কদবনি। মগুদা বীর্য্যপাত ওইরম্লবদি ঈশিংদা লুপ্‌তুনা পুক্লীংদা অঘমর্ষণ মন্ত্রবু অহুম্নক্ শোন্‌গদবনি ॥১২—১৩॥ *

রাখল্লেবা অশিংবনা মতৌ অহুম্না য়াম্না জ্ঞান লৌনা, পুক্লীংবু কাজিন্দুনা থম্মোয়দা ফাওরক্লিবা পাপকী মশক্ ওইরবা কাম-বিকার অহুবু জ্ঞানগী মৈদা থাদোক্তুনা উং ওইহন্‌গদবনি ॥১৪॥ অশিবা হক্-চাংগা চপ্‌মান্নবা মাংলবা, অমাংবা—মোংলবমক্তনা তিল্লবা তৈরবা শিংলৌশি সিনা হক্চাংনুংদা য়াম্না কয়া অমগ'মগা কাজিল্লোশিন্—য়েচ্ছিন্নহুনা লৈরিবসিগুম্না জীবাত্মা মশামকসু মথোয়সিগী মনুংদা অজ্ঞান-তনা—পুক্লা কাজিন্‌খিহুনা লৈথোক্পা য়াদনা লৈরিবনি হায়না খঙগদবনি ॥১৫॥ মপান্দগী চাশিন্নকপা অচা'থক্ অহুগী রস অহুন হায়রিবা শিংলৌশিং অসিনা শন্দোক্ চাইথোক্খিহুনা তাইবং মীওইবগী হক্চাংদা বাত, পিত্ত, কফ, ঈ উন্‌শা, শা, শিংলী, শরু, মতোং মতাওশিং অসিবু অহুগা হক্চাং মপূম্ অসিবু নোয় পেল্‌হল্লি ॥১৬॥ হক্চাং অসিগী মনুংদা মথক্তা হায়খ্রিবা কফ, বাতনচিংবা পোংশক তবাসিবু পুরিবা শিংলী তরাথক্ লৈরিব-শিংসিদি ইন্দ্রিয় মগুনা মথোয়গী রূপ রসনচিংবা গুণ বিষয়শিংসিবু লৌননবগী শক্তি পীবী মক্ত'ন। মথোয় তরা অসিগা লোয়নবী পীক্রবা শিংলী লিশিং লিশিংনা হক্চাংগী মফম পুম্নমক্তা কুপ্‌তুনা লৈরি ॥১৭॥ মায়গৈ মরিমক্তগী চেন্নকপী তুরেলশিংনা, মাগী মাগী ঈশিংনা সমুদ্রবু পেলহন্‌বা থল্‌হন্‌বগুম্না রসবু হোল্লিবী পুরিবী তুরেলগী মশক্ ওইবী শিংলৌশিং অসিনা সমুদ্র ঈপাক্কী মশক্ ওইরবা হক্চাং ঈপাকপু মীকুপথুদিং পেলহল্লি ॥ ১৮॥ হৃৎপিণ্ড ( থম্মোয় ) সিগীময়ায়মক্তদা 'মনোবহা" কৌবী শিংলী অমা লৈরি। মহাক্ অসিনা নিপাশিংগী কামগী বিষয় ওইবা সঙ্কল্পনা মরম ওইহুনা হক্চাংগী মফম পুম্নমক্তগী রসবু চিংশিল্‌-খোম্জিল্লগা হক্চাংদগী মপাল্লোমদা থোক্হন্‌খি—চেন্তোক্হন্‌খি ॥১৯॥ হায়রিবী মনোবহা কৌবী শিংলী

* অঘমর্ষণ মন্ত্র হায়বসি মুমিৎখুদিংগী প্রাতঃ সন্ধ্যা তর্পন তৌবদা য়াওরিবনি। মাহুদি— "ওঁ ঋতং চ সত্যঞ্চাভীদ্ধাত্তপমোঽধ্য জায়ত। ততো রাত্র্যজায়ত। ততঃ সমুদ্রোঽর্ণবঃ। সমুদ্রাদর্ণবাদধি সংবৎসরো অজায়ত। অহোরাত্রাণি বিদধদ্ বিশ্বস্যমিষতোবশী। সূর্য্যাচন্দ্রমসৌ ধাতা যথাপূর্ব্বং কল্পয়ৎ। দিবং চ পৃথিবীং চান্তরিক্ষমথো স্বঃ॥" অসিনি।

পয়স্যন্তর্হিতং সর্পির্যদ্বন্নির্মথ্যতে খজৈঃ। শুক্রং নির্মথ্যতে তদ্বদ্দেহসংকল্পজৈঃ খজৈঃ ॥২১॥
স্বপ্নেঽপ্যেবং যথা ভ্যেতি মনঃ সংকল্পজং রজঃ। শুক্রং সংকল্পজং দেহাৎ সৃজন্ত্যস্য মনোবহা ॥২২॥
মহর্ষির্ভগবানত্রির্বেদ তচ্ছুক্রসম্ভবম্। ত্রিবীজমিন্দ্রদৈবত্যং তস্মাদিন্দ্রিয়মুচ্যতে ॥২৩॥
যে বৈ শুক্রগতিং বিদ্যুর্ভূতসঙ্করকারিকাম্। বিরাগা দগ্ধদোষাস্তে নাপ্নুয়ুর্দেহসম্ভবম্ ॥২৪॥
গুণানাং সাম্যমাগম্য মনসৈব মনোবহম্। দেহকর্ম্মা নুদন্ প্রাণানন্তকালে বিমুচ্যতে ॥২৫॥
ভবিতা মনসো জ্ঞানং মন এব প্রজায়তে। জ্যোতিষ্মদ্বিরজো দিব্যং মন্ত্রসিদ্ধং মহাত্মনাম্ ॥২৬॥
তস্মাৎ তদ্বিঘাতায় কর্ম্ম কুর্য্যাদকল্মষম্। রজস্তমশ্চ হিত্বেহ যথেষ্টাং গতিমাপ্নুয়াৎ ॥২৭॥
তরুণাধিগতং জ্ঞানং জরাদুর্ব্বলতাং গতম্। বিপক্কবুদ্ধিঃ কালেন আদত্তে মানসং বলম্ ॥২৮॥

অসিগী মতুংইন্না চৎপী, অহুগা হক্‌চাংগী মফম পুন্নমক্না য়ৌবী, অতোপ্ অতোপ্পী শিংলীশিং কন্না কন্নানা তৈজসগুণ ( মৈগী অশাবা গুণ ) বু লৌনবগী শক্তিবু পুনুনা মীং কাওবা ফোরক্লি ॥২০॥ শঙ্গোম্‌গী মনুংদা লৈবা ঘীবু মথানী শঙ্গোম মাথা চিংনবা চৈ ) না শঙ্গোম্বু ওৎতুনা নৈতুনা ঘী— মাখন পুথোক্‌পাঙ্গুমনা হক্‌চাংদা লৈবা সঙ্কল্প অহুগা ইন্দ্রিয়শিংনা থুংলায় ওইহুনা মুপীগী দর্শন স্পর্শন ( উনব শোক্ক পঙ্গব ) অসিনচিংবনা মথিত ( নৈথাইবা ওৎপা ) ওইরবা 'নপাগী বীর্য্যনা মপান্দা থোরক্‌ই ॥২১॥ থাজেশেন্না মুপীগা লোয়নবা সংসর্গ ওইদ্রবসু, পুক্নীংগী সঙ্কল্পদগী পোক্‌খিবা মুপীগী বিষয় ওহবা রাগ অহু মওদসু অহুম মপোক্‌ই। মতৌ অঙ্গুওন্না মনোবহা কৌবী শিংলী অহুনা, নিপাগী বীর্য্যবু মওদসু মপান্দা থোক্‌হল্লক্‌ই ॥২২॥ ভগবান্ মহর্ষি অত্রিনা বীর্য্যগী উৎপত্তি ( ওইথ্রিবা মওং ) বু অহুগা গতিবু মুন্না খঙিও। অহুম্না হায়,— মনোবহা কৌবা শিংলীগা, সঙ্কল্পগা, অন্নগা অহুম অসিনা বীর্য্যগী উৎপত্তিগী কারণনি। বীর্য্য অসিগী অধিষ্ঠাত্রী দেবতাদি ইন্দ্রনি; অহুনা মাসিবু ইন্দ্রিয় হায়না অহুম্ খঙনখ্রে ॥২৩॥ হায়রিবা বীর্য্য অসিগী গতিঅনা জীব পান্‌বা পুন্নমক্কী বর্ণসঙ্করতাবু পোক্‌হল্লিবনি হায়না খঙবা মহাক্ অহুঙ্মা মশাগী দোষবু উৎ ওইনা মাওহল্লি। মাসিগী তত্ত্বসিবু খঙবা মী অহুদি দেহগী বন্ধনদগী লাম্হোক্‌খ্রে; অমুক্‌হন্না বন্ধনদা তারক্রে ॥ ৪॥ দেহী ( আত্মা ) গী দেহ অসিগী রক্ষাগীদমক্তা নীঙথিবা চীঞ্জাক্‌পু চাং নাইনা চাহুনা, কর্ম্ম অতৈবু নিষ্কামভাবক্তা তৌহুনা লৈরিবা, মী মহাক্ অহুগী অভ্যাসগী পাম্বৈনা গুণ পুন্নমক্কী মওং চপ্‌মান্নবা লৈবগী মশক্ ওইবা সমাধিহুবু ফংহুনা পুক্নীংতনা মনোবহা কৌবা শিংলীবু নিয়ম তৌহুনা থম্লগা অন্তকালদা প্রাণবায়ুশিংবু সুষুম্না শিংলীগী লম্বীদা পুথংথিবা মহাক্ অহুদি সংসারগী কর্ম্মবন্ধনদগী মুক্ত ওইথি ॥৫৫॥ অঙ্গুওম্বা মহাত্মাশিংগী থম্মোয়দা তত্ত্বজ্ঞান মশাম্নক্তা থোরক্‌ই। মরমদি প্রণব উপাসনানা মন্ত্র ওইহুনা পুন্নশেং শেংব্রবা মথোয়গী থম্মোয়দো মতম পুন্নমক্তা মঙাক্তগী মশক্ ওইহুনা, অমকপা ঙাওদনা পুন্নত্তে লাংহুনা লৈ ॥২৬॥ মরম অহুনা পুক্নীংবু থুদম্মথাদ থম্লবা দোষ হিংসা য়াওদবা নিষ্কামকর্ম্মবু তৌগদবনি। অহুম্ তৌরমদি— রজোগুণ অহুগা তমোগুণ অনীমক্কী লাম্হোকখিহুনা তাইবংমীনা মানা অপাম্বা শান্তি ( খুঙম্ ) অহুদা ফংবা য়ৌথিবা ঙম্মি ॥২৭॥ যৌবন অবস্থাদা ফংখিবা জ্ঞান অহু অহল্ ওইরক্লবদা হুন্থখিবা—মাঙ্‌খিবা য়াই। অহুবু মবুদ্ধি মুন্নবা, চনীঙ্‌তানা খঙ্‌প্রবা মথোয় অহুগী মতমগী মতুংইন্না ফংলক্‌পা মানসিকশক্তি অহুনা

স্বর্গমিব পদ্মানমক্ষীভাতণরজ-ম্। যথ পশ্যেৎ তথা যোগানমত্যামৃতমশ্নুতে।২৯।

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি

বার্ষ্ণেয়াধ্যাত্মকথনে একাদশাধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ ॥ ২১১ ॥

—:০:—

---

মহাক্কী জ্ঞান অহু থক মাঙবা হুন্থবা লৈতে ॥২৮॥ অহুগুম্বা মবুদ্ধি মুনপ্রবা মী মহাক্ অহুদি, খুদোংথীরবা লম্বীগা মান্নরবা রজোগুণ তমোগুণগী অকা-অপুন্নবহুবু লাম্বোক্লুনা লাক্লি লাক্লিবা দোষ অহুবু মথানা উজ-খণ্ডজহুনা মাহু পুন্নমক্লুবু লাম্বোক্লুনা অমৃতগী মশক্ গুইরবা পরমাত্মাগী পদবীবু ফংথি ॥২৯॥

মফম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা, শ্লোক লিশিং চাম-না শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা, মোক্ষধর্ম্ম-পর্ব্বদা, শ্রীকৃষ্ণগী মন্ত্রমদা অধ্যাত্মজ্ঞান তাকপা— বার্ষ্ণেয়াত্মকথনগী চনীগা--তরামাথোইশুবা অধ্যায় লোইরে ॥ ২১১ ॥

——:(ঃ):——

# মণিপুরী মহাভারত

## দ্বাদশাধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ।

(সনাতন ব্রহ্মপদবীবু ফংননবগী তাকপা)

চনীগা তরানিথোইশুবা অধ্যায়।

——:():——

ভীষ্ম উবাচ।

দুরন্তেম্বিন্দ্রিয়ার্থেষু সক্তাঃ সীদন্তি জন্তবঃ। যে ত্বসক্তা মহাত্মানস্তে যান্তি পরমাং গতিম্ ॥১॥

জন্মমৃত্যুজরাদুঃখৈর্ব্যাধিভির্ম্মানসক্লমৈঃ। দৃষ্ট্বৈব সন্ততং লোকং ঘটেন্মোক্ষায় বুদ্ধিমান্ ॥২॥

---

ভীষ্মনা হায়,— যুধিষ্ঠির! ইন্দ্রিয়শিংগী লৈরিবা রূপ রসনচিংবা বিষয়শিং অসিদগী লাম্বোক্পা হায়রবসে য়ায়া লুবা থবক অমনি। হায়রিবা বিষয়শিং অসিদা কা হেন্না আসক্তি থম্মুরবা মীশিং অহুদি খুদক্ খুদক্তা অয়াবা খুদোংথীবা ফংঙি। অহুগা মথোয়সিদা আসক্ত ওইদবশিং অহুনা পরম-পদবী (অথোইবা খুডম্) বু ফংবা ঙমি ॥১॥ সংসার অসে পোক্পা শিবা, জরা ব্যাধি, মথল্ মথা অয়াম্বা জায়না অহুগা মানসিক চিন্তাজনা লুনক্ হাপ্তনমা পুন্নখল্ থম্না লৈরমনি। মাসিবু য়েংদুনা শেঙলবা-জ্ঞানী ওইবা মীশিংবা মাসিদগী

যথাসনাভ্যাং শরীরেণ শুচিঃ স্যাদনহংকৃতঃ। প্রশান্তো জ্ঞানবান্ ভিক্ষুর্নিরপেক্ষশ্চরেৎ সুখম্ ॥৩॥
অথবা মনসঃ সঙ্গং পশ্যেৎ ভূতাত্মকল্পয়া। তত্রাপ্যুপেক্ষাং কুর্বীত জ্ঞাত্বা কর্মফলং জগৎ ॥৪॥
যা কৃতং স্যাচ্ছুভং কর্ম পাপং বা যদি বাশ্নুতে। তস্মাচ্ছুভানি কর্মাণি কুর্য্যাৎ বা বুদ্ধিকর্মভিঃ ॥৫॥
অহিংসাসত্যবচনং সর্ব্বভূতেষু চার্জবম্। ক্ষমা চৈবাপ্রমাদশ্চ যস্যৈতে চ সুখী ভবেৎ ॥৬॥
যশ্চৈনং পরমং ধর্মং সর্ব্বভূতসুখাবহম্। দুঃখান্নিঃসরণং বেদ সর্ব্বজ্ঞঃ স সুখী ভবেৎ ॥৭॥
তস্মাৎ সমাহিতং বুদ্ধ্যা মনো ভূতেষু ধারয়েৎ। নাপধ্যায়েন্ন স্পৃহয়েন্নাবদ্ধং চিন্তয়েদসৎ ॥৮॥
অথামোঘপ্রযত্নেন মনো জ্ঞানে নিবেশয়েৎ। বাচামোঘপ্রয়াসেন মনোজ্ঞং তৎপ্রবর্ত্ততে ॥৯॥
বিবক্ষতা চ সদ্বাক্যং ধর্মং সূক্ষ্মমবেক্ষতা। সত্যাং বাচমহিংসাং চ বদেদনপবাদিনীম্ ॥১০॥
কল্কাপেতামপরুষামনৃশংসামপৈশুনাম্। ঈদৃগল্পং চ বক্তব্যমবিক্ষিপ্তেন চেতসা ॥১১॥

লাম্থোক্লবা হোৎনগদবনি ॥২॥ অদুম ওইবা জ্ঞানী পুরুষনা পূক্নীং রাহৈ অমদি হক্চাংদা তশেং তশেংনা লৈদুনা, অহঙ্কারগী শরাক্ করিমত্তা য়াওদনা, পুক্চেল্ তপ্পা— তত্তা তহাদনা কনাগুম্বা অমত্তগী করিগুম্বা পোৎ অমদা অপাম্বা মিহৌবা তৌরুদনা, নোংমগী অফংবা চাদুনা, ভিক্ষাবৃত্তিনা ঈপেন্ত পেন্দুনা মুংঙাইনা পুনশি লেন্গদবনি ॥ ॥ নত্রগা শা উচেকচিংবা জীবশিংদা য়াম্না তুংশিনা তৌরুববসু আসক্তি অমা লাকৃই। অদুনা জীবশিংদা দয়া প্রেমনচিংবা কা হেন্না থম্মুববসু অকায়বা অমা লাক্পা য়াই হায়নসু য়েংশিন-চোক্শিনগদবনি। "মানা মানা তৌজবক্পা কর্ম্মগী ফল ( মহে ) মপোক অসিদা চারব্বিবনি হায়বা" অসোমদা থন্দোকুনা মথোয়রোমদা ঈথৌ থৌওইরুদবা মওংদসু মরৈগনি ॥৪॥ অফবনু ওইরবসু ফত্তবনু ওইরবসু তৌরু তৌরুরিবা কর্ম্মগী মহৈ অদু তাইবংমীনা শোয়দনা ভোগ তৌবা তাই। মরম অদুনা পূক্নীংনা বুদ্ধিনা অদুগা খোঙ খুৎনচিংবগী ক্রিয়াদা শুভকর্ম্ম ত মতৌগদবনি ॥৫॥ হিংসা তৌদবা, অচুম্বা ঙাঙ্বা, জীব পান্বা খুদিংমক্তা ঈচম্ চম্বা মওংদা লৈবা, ঙাক্পিহৈবা অদুগা থোয়দবা- ময়ায় কাদবা··· গুণশিং অসি লৈবা মহাক্তুনা মুংঙাইবা ফংঙি ॥৬॥ অহিংসানচিংবা ধর্ম্মশিং অসিবু অচচত্ত জীব পুম্নমক্কী মুংঙাইনবগী মশকনি হায়না খঙলিবা, মাদুগী মতুংইন্না সংসারদা কর্ম্ম তৌরিবা মহাক অদুনি সর্ব্বজ্ঞ ( লোইনা খঙবা ) হায়বনু। মহাক অদুতনি সংসারদা মুংঙাইনা পান্বা হায়বদো ॥৭॥ মরম অদুনা বুদ্ধিগী পাম্বৈনা পূক্নীংবু কাজিন্দুনা থোম্জিন্দুনা অচচত্ত জীব পান্বা পুম্নমক্তা লৈরিবা পুরুষাত্মাদা চঙহনখিগদবনি। কনাগুম্বা অমত্তগী ফত্তনবা থল্লোইদৌবনি। ওইররোইদৌব ওইথোক্তবা পোৎকী কামনা থক তৌরোইদবনি। অয়েম্বা কায়দ্রবা পোৎশিংগী চিন্তা থক তৌরোইদৌবনি। য়ারিমথৈ কন্না হোৎনদুনা পূক্নীংবু জ্ঞানকর্ম্মদ শীজিন্নগদৌবনি। বেদান্ত শাস্ত্রগী বাক্যশিংবু পূক্নীং চঙ্না শ্রবণ তৌবা, অদুগা মাদুগী মতুংইন্না কর্ম্ম তৌননবা হোৎনবদা মথং মথং অপেংবা জ্ঞানবু ফংবা ঙম্মি ॥৮—৯॥ ধর্ম্মগী তত্ত্বু কূপ্প য়েংশিন্নক্রিবা, থাংদগী ফবা জগৎকী কায়নবা য়াবু ঙাঙ্ নিংলিবা, অদুগুম্বা মীদুনা সত্য ওইবগা লোয়ন লোয়ননা হিংসা অমদি পরনিন্দা ( অতোপ্পবু নিন্দা তৌবা ) য়াওদবা অদুগুম্বা য়াতবু ঙাঙ্গদৌবনি ॥১০॥ মরৈ মরা চাউবা, নম্থাক, তমশিবা, অকন্থবা, চীয়োল্ থারোল্ অসিনচিংবা দোষ করিমত্তা য়াওদ্রবা, অদিগুম্বা য়াঙাঙ কাওবা য়ারিমথৈ

বাক্প্রবন্ধে হি স সারো বিরাগাৎ ব্যাহরেৎ যদি। বুদ্ধ্যাপ্যনুগৃহীতেন মনসা কর্ম্ম তামসম্॥১২॥
রজোভূতৈর্হি করণৈঃ কর্ম্মণা প্রতিপদ্যতে। স দুঃখং প্রাপ্য লোকেঽস্মিন্ নরকায়োপপদ্যতে।
তস্মান্মনোবাক্শরীরৈর্নাচরেৎ ধৈর্য্যমাত্মনঃ॥১৩॥
প্রকীর্ণমেষভারং হি যদ্বদ্ধার্য্যেত দস্যুভিঃ। প্রতিলোমাং দিশং বুদ্ধ্বা সংসারমবুধাস্তথা॥১৪॥
তানেব চ যথা দস্যূন্ ক্ষিপ্ত্বা গচ্ছেচ্ছিবাং দিশম্। তথা রজস্তমঃকর্ম্মাণ্যুৎসৃজ্য প্রাপ্নুয়াচ্ছুভম্॥১৫॥
নিঃসন্দিগ্ধমনীহো বৈ মুক্তঃ সর্ব্বপরিগ্রহৈঃ। বিবিক্তচারী লঘ্বাশী তপস্বী নিয়তেন্দ্রিয়ঃ॥১৬॥

মানা য়াম্না হন্থনা চনীঙ্তপা ঙাঙগদৌবনি ॥১১॥ সংসারগী আচার ব্যবহার পুম্বা রাঙাঙ্ রাহৈ হায়বসিডনা পুল্লিবনি। অদুনা মতম্ পুম্বদা নীঙখিবা অচুম্বা রাতবু ঙাঙ্গদৌবনি। রাঙাঙ্ খোন্দানা সংসারবু ফাজিন্-দুনা পুবা ফাওবদা বৈরাগ্যভাব লাক্লবদ, হায়বদি— পামজবদি বুদ্ধিগী পাম্বৈনা পুক্নীংবু খুদুম্ চন্দুনা নশানা তৌখিবা হিংসানচিংবা তামসিককর্ম্ম অদু ফাওবা মীঙোন্দা হায়দোক্কদবনি। ( মরমদি কর্ত্তানা কর্ম্মদুবু মীঙোন্দা তমথোক্লবদি ফকবা তৌরুবগী পাপকী শরুক্ অদু হন্নৈ। অদুগা হায়দোক্পা ঙমদ্রবদি—ঈকায়রবদি বৈরাগ্য অদুসু শেৎদ্রে, তৌশিন্নবদা তারে। ) ॥১২॥ রজোগুণগী প্রভাবনা, ইন্দ্রিয়শিংনা ঈঙ্খিল্ তক্‌শিল্লক্পদগী তাইবংমীনা সংসারগী বিষয়ভোগকী থবক্ত, হায়বদি মাদুবু পাংথোক্লবা কংনমবগী থবক্তা প্রবৃত্ত ( চঙশিল্-লকপা ) হাযবদু ওইরিবনে। অদুগা, মাদুনা— কায়ন-তিন্নবগী অরাবা কয়া কয়া··· ফংনা পুন্‌শি লেল্লগা মমৈথঙ্দা নরককগামী ( হন্দবা নৈখাতাবা মশোক্তা পোক্লনবগী ) ওইবা মীশক্ অমা ওইথি। মরম অদুনা পুক্নীনা বাহৈনা অদুগা হকচাংনা অসুম্না কর্ম্ম তৌবা তারে, মাদুদি— তৌরিবা কর্ম্ম অদুনা নশাদা তপ্-থবা অপেন্‌বা লাকপা য়াবা ( অসুম্না কর্ম্মদু তৌবা তারে ) ॥১৩॥ লুট তৌবা, হুরান্‌বনা কনাগুম্বা অমগী য়াওবু হুরান্দুনা মরেংবান্দা হাইগৎতুনা, মপুনা তাল্লক্নি হায়বগী কিবনা, লুম্নবা পোৎ অদু মরেংবান্দা থোনগৎতুনা মায়গৈ মরি য়াংনা, অমদগী অমদা মাগী অকিবা অওনা কোকত্রি কাওবা কোয়চেল্ হেল্লি। পাখংপনা চেন্‌কম্ থঙদে, লম্মুক্লি, অদুগা য়াও পুদুনা চেন্‌বদু লুম্মন্‌খিদুনা হেক থাংথদা অরাম্বা পুম্বা কোক্তুনা য়াও অদু হুন্দোক্লমদুনা চংকদবা লম্বীদা চনীঙ্তানা চংখি। মতৌ অদুগুম্না সংসারগী বিষয়গী অরাম্বসিবু কোয়থাং থাদুনা পুবসিদা চনীঙ্ তানা চংখিদবা লম্বী অদু মফম থঙদে। মাসিবু হেক থদোকপদা তাইবংমীনা অরাবা অরাম্ব পূম্নমক্তগী কোক্তুনা শান্তিগী লম্বীদা চংখি ॥১৪॥ হুরান্‌বা ঙকুদুনা, মপুগী পোৎ অদুবু থাদোক্লমদুনা চংখিবদা, কনাগুম্বা অমত্তগী অফ অপুন্নবগী চিংনবা—অকিবা অমত্তা লৈতনা চংনীংবা মায়গৈ-লম্বীদা চংখিবদুগুম্না তাইবংমীনা রাজস তামস কর্ম্মগী পোৎলুম্ থদোকলম্লগা সুখ শান্তিবু ফংজি ফংগনি ॥১৫॥ মখল্ তোঙাল্ তোঙাম্বগী পোৎপু পৈথৎ তান্‌শিম্বগী থবক অমদি মাদুগী রাখল্ য়াওদ্রবা, কনাগুম্বা অমত্তগী মফমদা মবাল্ লংজকদ্রবা, মতোম্-ত ঈচীক চীক্লা লৈবা, য়াম্না চাদবা, চাং মাইনা খিত্ত মচাবা, ধ্যান তপস্যাদা পুক্নীং চঙ্‌বা, তপস্বী ওইবা, ইন্দ্রিয় খুদুমচল্লবা, মাগী অম্বাবা রাখল্ থবক পূম্নমক্ত জ্ঞানগী মৈগ্রংদা চাকথেকহনব্রবা, যোগাসনদা ফমদুনা তুম্মিন্নত লৈনীঙ্‌বা—লৈগান্‌বা

জ্ঞানদগ্ধপরিক্লেশঃ প্রয়োগরতিরাত্মবান্। নিষ্প্রচারেণ মনসা পরং তদধিগচ্ছতি ॥১৭॥
ধৃতিমানাত্মবান্ বুদ্ধিং নিগৃহ্নীয়াদসংশয়ম্। মনো বুদ্ধ্যা নিগৃহ্নীয়াৎ বিষয়ান্ মনসাত্মনঃ ॥১৮॥
নিগৃহীতেন্দ্রিয়স্যাস্য কুর্ব্বাণস্য মনো বশে। দেবতাস্তাঃ প্রকাশন্তে হৃষ্টা যান্তি তমীশ্বরম্ ॥১৯॥
তাভিঃ সংযুক্তমনসো ব্রহ্ম তৎ সম্প্রকাশতে। শনৈশ্চাপগতে সত্ত্বে ব্রহ্মভূয়ায় কল্পতে ॥২০॥
অথবা ন প্রবর্ত্তেত যোগতন্ত্রৈরুপক্রমেৎ। যেন তন্ত্রয়তস্তন্ত্রং বৃত্তিঃ স্যাৎ তৎ তদাচরেৎ ॥২১॥
কণকুল্মাষপিণ্যাকশাকযাবকসক্তবঃ। তথা মূলফলং ভৈক্ষ্যং পর্য্যায়েণোপযোজয়েৎ ॥২২॥
আহারনিয়মং চৈব দেশে কালে চ সাত্ত্বিকম্। তৎ পরীক্ষ্যানুবর্ত্তেত তৎ প্রবৃত্ত্যনুপূর্ব্বকম্ ॥২৩॥
প্রবৃত্তং নোপরুন্ধেত শনৈরগ্নিবিবর্দ্ধয়েৎ। জ্ঞানান্বিতং তথা জ্ঞানমর্কবৎ সম্প্রকাশতে ॥২৪॥

মপুক্রীংবু মথা পোল্‌হল্লবা মহাক অত্তনা মহাক্কী লেঙত্রবা থম্মোয় অমদি পুক্রীংগী পাম্বেনা পরংব্রহ্ম পরমাত্মাবু শোয়দনা ফংঙি ॥১৬—১৭॥ বুদ্ধিমান্ ওইবা, অকন্‌বা মথিল্লেবা মীনা তৌগদবা ক্ষয়ববু মশাগী বুদ্ধিগী গতি লম্বী )বু নিশ্চয় তৌদুনা মশাগী মথাপোম্না থম্লগা, বুদ্ধিদুগী পাম্বেনা পুক্রীংবু, পুক্রীংদুগী পাম্বেনা ইন্দ্রিয়শিংবু বিষয়প্রবৃত্তিদগী তাম্থোক চিংথোবক্তুনা মশাগী মথা পোল্‌হন্‌গদবনি ॥১৮॥ মতৌ অসুম্না ইন্দ্রিয়শিংবু মথা পোল্‌হম্না থম্লবা, পুক্রীংবু লাকৃশিল্লবা, অদুগুম্বা অবস্থাদা মহাক্কী ইন্দ্রিয়শিং অদুগী অধিষ্ঠাতৃদেবতাদু পেল্লদুনা চোংথোরকৃই, অদুগা পবমশ্বরগী মায়গৈরোমদা চঙশিন্‌থি ॥১৯॥ ইন্দ্রিয়গী দেবতাদুগা পুক্রীংনা তিন্নবা মী মহাক অদুগী থম্মোয়দা পরব্রহ্ম পরমাত্মানা তঙুপ্‌-তঙেংনা ঙাম্লোইদুনা লৈ। অদুদগী মথং মথং সত্ত্বগুণ লাক্তুনা, মাদুমক্কী পাম্বেনা পরমাত্মাবু ফংবা ঙম্মি ॥২০॥ মথক্তা হায়খ্রিবা নিয়মশিং অসিনা করিগুম্বা পরমাত্মাগী ধামদু ফংনগী আনন্দবু উপভোগ তৌবা ঙমদ্রবদি যোগসাধননা প্রধান উপায় ওইদুনা অভ্যাস তৌগদবনি। অদুম্ অদুম্ ওইবা হেতুগীদমক্তা যোগাভ্যাস তৌরকপদা যোগী অদুগী স্থিতিনা ব্রহ্মগী হায়বদি ব্রহ্মানন্দগী মনুংদা লৈত্রবা, অদু ওইরবদি অদু অদুগুম্বা হেতু অদু অনুষ্ঠান তৌগদবনি ॥২১॥ *

চেঙ্‌ মরূশিং, অমগ'মগা য়াম্নবা হৱাই মরু চগেম্, হঙ্গাম মরূ নত্রগা থোইদিংগী থাউথি, মনা-মশীং পাকু, যবকী য়ামগী সত্তু (য়াম্ অথীৎপা) পাল্‌ মংগ্রানচিংবা উরু রারু, উহৈ-রাহৈবু ওইরবসু নোংমগী ভিক্ষাদা ফংজবা পোৎশক্তুনা নোংমদুগী অম্মনা জীবিকা ওইহন্‌গদবনি— মাদুদা পেন্‌গদবনি ॥২২॥ দেশ কাল (মফম মতম) গী মতুংইন্না সাত্ত্বিক ওইবা চীঙ্গাক (অন্ন) পু শীজিন্ননবা চাননবগী নিয়ম অমা থমগদবনি। নোংমগী ফংলিবা চাগদবদুগী পোৎশক্তুগী গুণ-দোষবু মুম্না পরীক্ষা তৌদুনা য়েংলগা যোগ সাধনগী লম্বীদা অকায়বা ওইরোইদৌবা পোৎশক্তু শীজিন্নগদবনি— চাগদবনি ॥২৩॥ সাধন তৌবা হৌরব্রবদি মরক্তা লেপ্না তোকপা য়াদে হৌনদে। মৈবু তপ্ন তপ্ন কাম্নবা হৌগৎপা চাকহনবদুগুম্না জ্ঞানযোগসাধনসু

* অমা থগুদে অমা শগুদে, করিগুম্বা পোৎশক্ অমবু হেতু উদ্দেশ্য ওইনা থম্লগা যোগ তৌবদা ব্রহ্মানন্দবু ফংলমদি হেতু অদুমক অনুষ্ঠান তৌগদবনি ॥২১॥ ( কালাচাঁদ )

জ্ঞানাধিষ্ঠানমজ্ঞানং ত্রীঁল্লোকানধিতিষ্ঠতি। বিজ্ঞানানুগতং জ্ঞানমজ্ঞানেনাপকৃষ্যতে ॥২৫॥
পৃথক্ত্বং সম্প্রযোগাচ্চ নাসূয়ুর্বেদ শাশ্বতম্। স তয়োরপবর্গজ্ঞো বীতরাগো বিমুচ্যতে ॥২৬॥
ততো বীতজরামৃত্যুর্জ্ঞাত্বা ব্রহ্ম সনাতনম্। অমৃতং তদবাপ্নোতি যৎ তদক্ষরমব্যয়ম্ ॥২৭॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি
বার্ষ্ণেয়াধ্যাত্মকথনে দ্বাদশাধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ ॥২১২॥

——(*)——

---

তপ্ন তপ্ন তৌগদবনি। অহুম্ তৌরবদি জ্ঞানগী মশক্ ওইবা মুমিৎ অহু থম্মোয় নোংপোক্তিন্নাদা তপ্না তপ্না থোরকই ॥২৪॥ অজ্ঞানগী ভূনক্মপু, মরোল অহুম্মক্তা শীন্থুনা লৈব্রিবা জ্ঞান অহুমক্তি। অজ্ঞান অহুনা কুইনা লৈশিল্লকপনা মরম ওইহুনা বিজ্ঞানগা লোয়নরকপা জ্ঞান অহু অম্নম্ খর খর হন্থরকই ॥২৫॥ বেদান্ত-নচিংবা শাস্ত্রদা হায়রিবা জীবাত্মা অহুগা পরমাত্মা অসি করিগুম্বা মকমদনা তোঙাল্ তোঙান্বা মওংদা হৈরি। করিগুম্বা মকমদনা অমত্তনি হায়নস্থ হৈ। অমগমগা বিরোধী ওইহুনা হৈনরিবা য়েৎনরিবসিদা দোষ ওইনা অরান্বা ওইনা লৌকদনা, সনাতন ওইরবা জ্ঞান অহুবু ফংননবা হোংনগদৌবনি। * হায়নরিবশিং অসি করি করি তত্ত্বদা তোঙাল্ তোঙাল্ পুনরিবনো হায়বহু তোঙান্না লন্নাই ওইনা খঙদোক্লগা মেক্কগী তত্ত্ববু খঙগদবনি। অমগমগা খৎনবা, য়েৎনবা, শাউনরিবা— খণ্ডন মণ্ডন তৌনরিবদোম্দা চঙহুনা বীতরাগ— (অশাউবা অপাম্বা য়াওদবা) ওইনা তৌরিবা মী মহাক্ অহু সংসারগী বন্ধন পুন্নমক্কগী নান্থোরকই ॥২৬॥ অহুগুম্বা মী মহাক্ অহুতনা সনাতন ব্রহ্মবু খঙহুনা, ব্রহ্মগী তত্ত্ববু ফংহুনা, অশাঙ্ অহা লৈত্রবা, মশক্ হোংবা লৈত্রবা, মহামৃতগী মশক্ ওইরবা ব্রহ্মত্ববু ফংই ॥২৭॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং-চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা
শান্তিপর্ব্বদা মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বদা বার্ষ্ণেয়াধ্যাত্মকথনগী
চনীগা তরানিথোইশুবা অধ্যায় লোইরে ॥২১২॥

—:(:—

---

* দার্শনিকশিং অসিগী মতসি অমতা মান্নদে। জীবাত্মা পরমাত্মা অনী অসি মশা অমত্তনি হায়না য়াওরি, তোঙাল্ তোঙাল্লি হায়বা য়াওরি। তোঙাল্ তোঙান্বা পোৎশক্ ওইমিন্নরবস্থ ঈকায় কায়দনা তিঙ্করি হায়বা য়াওরি। অমুকস্থ তোঙাল্ তোঙাল্লি খেন্নে, অমুকস্থ তোঙানদে তিন্নরবদি পোৎশক্ অমতা ওইমিন্নখি হায়বা য়াওরি। তোঙাল্ তোঙান্না উরিবসি মায়ানি থাঙ্গৎশেংবদি তোঙাম্বা নত্তে, তোঙান্না লৈবোই উবনি হায়রি। অম্নম্ তৌহুনা রাপু অমমমগী কাঙলুপ্ (সম্প্রদায়) কাঙলুপ্তুগী লুচিংবশিংহুগী মমিংগী মতুংইন্না বাদ মরাম চোংথোক্লরকপনি। অদ্বৈতবাদ, দ্বৈতবাদ বিশুদ্ধাদ্বৈতবাদ, বিশিষ্টাদ্বৈতবাদ ভেদাভেদবাদ, একেশ্বরবাদ অমদি নাস্তিকবাদ অসিনচিংবা বাদশিংগী বাদী বিবাদীশিং অসি তর্ক বিতর্ক তৌনরি। অমগী মত অমনা খণ্ডন তৌরি। শাউনরি খৎনরি, হাৎনবা ফাওবা য়াওরি। য়াম্না তপথবা চনীও তাবা মীনা মথোয়শিংদগী তোপ্ তোপ্না লৈহুনা, মায়ত্রিবসি করি তংদগীনো হায়বহু তোঙান্না মুন্না থিরগা সনাতন ওইবা মাবু খঙবা ঙমগনি। অয়াম্বনা খৎননবগী কক্লনবগী মচাক্ থিহুনা, মাবুদি খিহৌদনা তাকখি মাহুনদি করিনর্ত্ত ওইরোই। (কালাচাঁদ)।

# মণিপুরী মহাভারত

## ত্রয়োদশাধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ।

(স্বপ্ন-সুষুপ্তি অবস্থাদা লৈবা মন (পুক্নীং) গী স্থিতি তাকপা।)

### চনীগা তরাহুমদোইশুবা অধ্যায়।

—:():—

ভীষ্ম উবাচ।

নিষ্কল্মষং ব্রহ্মচর্য্যমিচ্ছতা চরিতুং সদা। নিদ্রা সর্ব্বাত্মনা ত্যাজ্যা স্বপ্নদোষানবেক্ষতা ॥১॥
স্বপ্নে হি রজসা দেহী তমসা চাভিভূয়তে। দেহান্তরমিবাপন্নশ্চরত্যপগতস্পৃহঃ ॥২॥
জ্ঞানাভ্যাসাজ্জাগরণং জিজ্ঞাসার্থমনন্তরম্। বিজ্ঞানাভিনিবেশাত্তু স জাগর্ত্যনিশং সদা ॥৩॥
অত্রাহ কোন্বয়ং ভাবঃ স্বপ্নে বিষয়বানিব। প্রলীনৈরিন্দ্রিয়ৈর্দেহী বর্ত্ততে দেহবানিব ॥৪॥
অত্রোচ্যতে যথা হ্যেতদ্ বেদ যোগেশ্বরো হরিঃ। তথৈতদুপপন্নার্থং বর্ণয়ন্তি মহর্ষয়ঃ ॥৫॥

---

ভীষ্মনা হায়,— নিংথৌ! মঙ্ তাইবং অনীমক্তা দোষগী শরুক্ করিমত্তা লৈত্রবা ব্রহ্মচর্য্যবু ঙাক্নীংবা মীনা, মঙ্দা উরিবা থৌদোক্ দোষ পুম্নমক অদুবু হেৎশিল্লুগা নিদ্রা (তুম্বা) গী থবক অসি পুম্নমক থাদোক্কদৌরনি ॥১॥ মঙ্গী অবস্থাদা লৈবা জীবাত্মা অসিবু রজোগুণ তমোগুণ অনীনা নম্থনা থম্মি। মতম অদুদা জীব অসি কামনা অমগা লোয়নবা, অতোপ্পা দেহ অমদা চঙ্লুনা লৈবগুম কোয়চং চত্লুনা লৈ। জ্ঞান বিজ্ঞানগী অভ্যাস (নৈনব) ত তৌত্লনতা লৈংবদি জাগরণ তৌত্লনত্ত লৈবগী হৈনখবা অদু অদুম কোকৃখি। অদুগী তুংদা করিগুম্বা অকুপ্পা বিচার অমা তৌননবগীদমক্তা হৌগত্লুনা তুম্মদনা লৈবা হায়বসি থাদোক্পা য় দ্রবা বিষয় অমা ওইনা লৈরকই। অসুম্না তত্ত্বজ্ঞানবু নৈনত্লনা কংবা ঙম্মি ॥৩॥ মঙ্গী মরমদা পূর্ব্বপক্ষ (বাদী) না অসিগুম্বা প্রশ্ন অমা তৌরকপা য়াই, মাদুদি—মঙ্দা উরিবা পোৎ তৌরিবা থবক্শিং অসি তাইবংপী সিগুম্বা অচুম্বমক্তা? নত্রগা অরান্বরা? পঙ্উ উবগা? অচুম্বনা হায়রবসু লাক্লি, মরমদি মঙ্দা পাম্নবা কংলম্বা পোৎ অমত্তা তাইবংদা লৈরমদে। স্বপ্ন অবস্থাদা ইন্দ্রিয় পুম্নমক্ পুক্নীংদা থুপ্লুনা লৈখিবনা লৈম্বিবা মীৎ নাকোংনশিংবা ইন্দ্রিয়শিংসি করিগুম্বা অমত্তা থাঙ্গেশেংনা তৌরমদে। অদুগা, মঙ্দা তৌরিবা উরিবা পুম্বসি অরান্বা লোক্তনি হায়ববসু লাক্লি। মরমদি অরান্বা থবক্কী প্রতীতি (থাঙ্গেশেংনা উবা ফাওবা) লৈবা তৌনদে। মঙ্দু লাক্লি হায়রবদি প্রতীতি ওইরম্মোইদৌবনি, অদুবু, ওইদ্রি। মঙ্দা অক্রিবা উরবা তাইবংদা ফাওবা ঙম্বা য়াওরি। মঙ্দা হায়রবা রা মথেক্ অমত্তা য়াক্তনা নীঙশিংহল্লি; অরান্বা, ওইদবা ওইরবদি অমত্তা নীঙশিংহল্লোইদৌবনি। প্রতীতি অমত্তা পোক্লম্মরোইদৌবনি ॥৪॥ হৌজিক

ইন্দ্রিয়াণাং শ্রমাৎ স্বপ্নমাহুঃ সর্ব্বগতং বুধাঃ। মনসস্ত্বপ্রলীনত্বাৎ তত্ত্বাত্বনিদর্শনম্ ॥৬॥
কার্য্যে ব্যাসক্তমনসঃ সংকল্পো জাগ্রতো হ্যপি। যদ্বন্মনোরথৈশ্বর্য্যং স্বপ্নে তদ্বন্মনোগতম্ ॥৭॥
সংস্কারাণামসংখ্যানাং কামাত্মা ভাবাপ্তয়াৎ। মনস্তত্ত্বহিতং সর্ব্বং স বেদোত্তম পুরুষঃ ॥৮॥

পূর্বপক্ষ উত্তরপক্ষ ( বাদী বিবাদী ) অনীগী খণ্ডন মণ্ডন ময়াম্না কোন্থংদা তাব্রক্পা সিদ্ধান্ত অদু ঐ হায়রগে, স্বপ্নজগৎ হায়বদি অতোপ্পা জগৎ অমনি। স্বপ্নজগৎকী তত্ত্ব শ্রীহরিতনা খণ্ডিও। ভগবান্ শ্রীহরিনা খণ্ড্‌বা অদুগুম্না মহর্ষিনচিংবশিংনসু মাদু ময়েক্ অমত্তা চিথদনা বর্ণন তৌনৈ ॥ ॥ বিদ্বান্ মহর্ষিশিংনা হাঙরিবদি অসিন,— জাগ্রৎ অবস্থাদা হেক্ নোংঙাম্বদগী তুম্নমদাই কাওবদা, রূপ রস শব্দনচিংবা বিষয়শিং অসি লৌবদা মীৎকূপ্ অমত্তা অঙাওবা পোথাবা পীদনা মীৎ নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংবু শীজিন্নবদুদা নাকোং চিংবসি য়াম্না চোক্থৈ, উইরুম শারুম্ তৌরক্ই। মতম অদুদা জীব পান্‌বা পুন্নমক্কী অনুভবতা লাক্পা য়াবা স্বপ্ন ( মণ্ড্ ) অদু মশক্ উৎরক্ই। মতম অদুদা উবা তাবা শোক্পনচিংবা তৌরম্লিবা ইন্দ্রিয়শিং অদুনা চোক্থ হীক্থদুনা লুপ্ত্‌না তুমিন্না লৈপ্রবসু, পুক্নীং কৌবা মহাক্তদি লুপ্ত, চোক্থদে। মরম অদুনা বিষয় পুন্নমক্পু পুক্নীংতনা অনুভব তৌরবদি মাদু মণ্ড্ কৌই। মতাং অসিদা য়াম্না প্রসিদ্ধ ওইরবা থুদম অমা পীনৈ ॥৬॥ *

জাগ্রৎ অবস্থাদা তোঙাল্ তোঙাম্বা থবক্তা আসক্ত ওইরিবা মীদুগী সঙ্কল্প পুন্নমক্ পুক্নীংগী বিভূতিমক্তনি। মণ্ড্‌দসু পুক্নীং কৌবা মাগদি সম্বন্ধ অদুম্ মথন্মি ॥৭॥ করিগুম্বা কামনা অমদা আসক্ত ওইবা, মী অদুনা মণ্ড্‌দা তাইবংদা থোক্খিবা উথিবনচিংবগী সংস্কার লিশিং লিশিংনা দৃশ্য কয়া কয়াবু উই। সংস্কার পুন্নমক্ অদো পুক্নীংদা থুপ্পনা লৈরম্বা ঙাক্তনি। ঐথোয়না কাউপ্রবা লিশিং লিশিংদু ভগবান্ পরমাত্মা অন্তর্য্যামী মহাক্তি লোইনা খঙিও—কাউবিদে ॥৮॥

---

* মণ্ড্ হায়বসি করিনো, করাইবু কৌবগে, কয়ম হায়না মণ্ড্ মতিঙবনো? অসিনচিংবগী মতাং অসিদা নৈনরি। অচৌবনি অপীক্পনি হায়না মীৎমা উরিবসি মীৎ কৌবা ইন্দ্রিয়না থুৎলায় ওইদুদা উবনিদি হায়ববু পীক্ই, চাউই হায়বা অনুভব তৌরিবদি পুক্নীংননি, মীৎনা নত্তে। ঙাতিঙ্ঘ শঙিঙ, থায়-থুম্মি হায়না অনুভব তৌরিবসি মণ্ড্‌তদা নত্তে, তাইবংদসুনি। অদুনদি মণ্ড্‌গা তাইবংগা করি থেন্নরি? অনুভব তৌবদা ইন্দ্রিয়গী মথৌ ( দরকার ) লৈতবসি মণ্ড্ তাইবং অনীমক্তনি। থেন্নবা হায়ববু তাইবংদনা মীৎনচিংবা ইন্দ্রিয় য়াওনা পুক্নীংনা অনুভব তৌই। মণ্ড্‌দনা মীৎ নাকোংনচিংবগা লোয়নননা পুক্নীংতনা অনুভব তৌই অসিতনি। মণ্ড্‌দা উরিবনি হায়রিবসি মীকপ্ থোক্লক্লিংবৈ মণ্ড্‌নি, মণ্ড্‌দনি হায়বা থক্ য়াদোই, তাইবংদা উরিবনি হায়রিবা আসনু মীকপ্ হেক্ থোক্পদা মণ্ড্‌দা উরম্বা তাগদৌরিবনি। মণ্ড্‌দা উরিবদুসু তাইবংদনি হায়না অদুম মৈরিরক্লিবনি। মীকপ্ হেক্ থোক্পদা 'মণ্ড্ ওইরম্লেদনা!" অসিতনি। অদুনা হৌজিক্মক্ তাইবংদা উরিবনি হায়রিবসিসু মণ্ড্‌দা উরিবা ওইরম্বা য়াই। কনানা খঙগনি ভগবান্ শ্রীহরিতনা খঙলমগান। শিরিবা মচাবু মণ্ড্‌দা উরগা কপ্প্রবদু মণ্ড্‌নি হায়না খঙলম্লবদি মণ্ড্‌দসু কপ্পম্লোইদৌবনি। তাইবংনি মণ্ড্ নত্তে হায়না কপ্পিবনি। অদুগা থবুরবদি মণ্ড্‌গা তাইবংগা করিমত্তা থেন্নদে, মশা অমত্তনি। ( কালাচাঁদ )

গুণানামপি যদ্যত্তৎ কর্ম্মণাচাপ্যুপস্থিতম্। তৎ তচ্ছংসন্তি ভূতানি মনো তদ্ভাবিতং যথা ॥৯॥
ততস্তমুপসর্পন্তি গুণা রাজসতামসাঃ। সাত্ত্বিকা বা যথা যোগমানন্তর্য্য ফলোদয়ম্ ॥১০॥
ততঃ পশ্যত্যসংবদ্ধ্যাঃ বাতপিত্তকফোত্তরান্। রজস্তমোগতৈর্ভাবৈস্তদপ্যাহুর্দুরত্যয়ম্ ॥১১॥
প্রসন্নৈরিন্দ্রিয়ৈর্যদ্যৎ সঙ্কল্পয়তি মানসম্। তৎ তৎ স্বপ্নেঽপ্যুপরতে মনোদৃষ্টির্নিরীক্ষতে ॥১২॥
ব্যাপকং সর্ব্বভূতেষু বর্ত্ততেঽপ্রতিঘং মনঃ। আত্মপ্রভাবাৎ তং বিদ্যাৎ সর্ব্বা হ্যাত্মনি দেবতাঃ ॥১৩॥
মনস্যন্তর্হিতং দ্বারং দেহমাস্থায় মানুষম্। যৎ যৎ সদসদব্যক্তং স্বপিত্যস্মিন্নিদর্শনম্ ॥
সর্ব্বভূতাত্মভূতস্থং তমধ্যাত্মগুণং বিদুঃ ॥১৪॥

---

কর্ম্মশিংঙ্গী মতু ইন্না লাকপা সত্ত্বনচিংবা গুণশিং অহুগী মন্থু দা সত্ত্বব্ ওইরবস্থ, রজব্ ওইরবস্থ নত্রগা তমোগুণব্ ওইরবস্থ করিগুম্বা গুণ অমা হেক্ লাকপা, কাওরকপা মতমদা মাহু পুক্নীংদা সংস্কার অমা ওইনা হেক্তা তাহৌই। নত্রগা অহুগুম্বা কর্ম্মহুনা মরম ওইহুনা পুক্নীংসিগী মথক্তা প্রভাব অমা তাহৌরবদি, মাহুনা মতম অমদা মওং অমা পুরক্নুনা মঙ্দা লাকই ॥৯॥ করিগুম্বা মঙ্ অমা মঙ্বা মতমদা সাত্ত্বিক রাজসিক তামসিক গুণশিং অসিগী মরক্তা অমনা মাগী মতীকচাবা অরা-ফুত্তাই অহু অনুভব তৌহনগে হায়বগীদমক্ মঙ্দা হেক্ত মরাকই ॥১০॥

অহুগী তুংদা তাইবং মীনা অজ্ঞানগী মথা পোন্না লৈথিবনা, কফ গীরা, নত্রগা বাত গীরা নত্রগা পিত্তগী প্রধানতা তিন্নবা, অহুগা কামমোহনচিংবা রাজস তামস্য ভাবনাগা তিন্নবা মথল মথা অয়াম্বা হকচাংবু মঙ্দা উই। তত্ত্বজ্ঞানগী পান্থে নত্তনা স্বপ্নদর্শন ( মঙ মঙ্বা ) হায়বসিদগী লাম্হোকপদি য়াম্না লুই। অহুনা কনা অমতনা মঙ্ মঙ্তোই হায়বা ঙমদে ॥১১॥ জাগ্রৎ অবস্থাদা ( তুমদ্রিবৈদা ) মকায়াম্না পেন্না লৈরবা ইন্দ্রিয়শিংগী পান্থেনা তাইবংমীনা পুক্নীংদা তৌথ্রিবা অহুম্ অহুম্ ওইবা সংকল্প অহু, স্বপ্নাবস্থাদা ( মঙ্দা ) য়াম্না হুরাও-হুংঙাইনা মপুং ফারবা ওইনা উই ॥১২॥ পুক্নীং হায়বসিগীদি মফম মতম পুম্বদা অবাধ গতিনি। হায়রবদি য়োগে নীঙলবদি, মফম অহু ফাওবা য়োবদা কনা অমতা থিংবা ঙমদে। মহাশক্তি মাগী তুংনফম ওইহুনা লৈরিবা আত্মাহুগী প্রভাবতগী মহাকস্থ অচচত্ত পুম্বদা শীন্থুংনা লৈ। অহুনা আত্মাগী তত্ত্বব্ মুম্না খঙগদবনি। মরমদি দেবতা পুম্নমক্স্থ আত্মাতদা লৈরিবনি ॥১৩॥ স্বপ্নদর্শন ( মঙ্ মঙ্বা ) গী থোঙ্ ওইহুনা ( মরু ওইবা মচাক ওইহুনা ) লৈরিবা, মপানগী অত্তবা-অচৌবা হকচাংসে স্তম্বুপ্তি অবস্থাদা ( তুমখুল হুম তুম্বা মতমদা ) পুক্নীং কোবা অতীন্দ্রিয়দা থম্মুনা চঙহুনা লৈথি। * অসিগুম্বা হকচাংসিগী আশ্রয় লৌহুনা "পুক্নীং" না অব্যক্ত ( মশক মওং কোঙদোক্তবা ) ওইবা, লৈব লৈতবা, অচুম্বা-চুমদবা, অফব-ফত্তব অনীমক্তা স্বরূপ ওইবা, পুম্নমকপু উরিবা অতুগুম্বা আত্মাদা তিনথি, আত্মাগা একাকার ওইথি। অহুগুম্বা আত্মা মখত্তনা জীব পানবা পুম্নমক্তী সাব ওইবা আত্মানি। †

---

* করিগুম্বা বিষয় অমদা য়াম্না কা হেন্না পুক্নীং চঙশ্রবদি হকচাং অসি স্তম্বুপ্তি অবস্থাদা লৈবগুম্বনি। হকচাং মপূম্সি পুক্নীংদা লোইনা চঙথি। অহুমক্তনা "পুক্নীং চঙবা" হায়রিবসিনি। হকচাংনা পুক্নীংদা চঙথনি।

† তোঙান তোঙানবা, অচচত্ত জীব পানবা খুদিংমক্তা লৈরিবা আত্মাসি অমতনি হায়রিবসি হকচাংদা

লিপ্যেত মনসা যশ্চ সঙ্কল্পাদৈশ্বরং গুণম্। আত্মপ্রসাদঃ তং বিদ্যাৎ সর্ব্বা হ্যাত্মনি দেবতাঃ ॥১৫॥
এবং হি তরসা যুক্তমর্করং তমসঃ পরম্। ত্রৈলোক্যপ্রকৃতির্দেহী তমসোঽস্য মহেশ্বরঃ ॥১৬।
তপো হ্যধিষ্ঠিতং দেবৈস্তপোঘ্নমসুরৈস্তমঃ। এতৎ দেবাসুরৈর্গুপ্তং তদাহুর্জ্ঞানলক্ষণম্ ।১৭॥
সত্ত্বং রজস্তমশ্চেতি দেবাসুর গুণান্ বিদুঃ। সত্ত্বং দেবগুণং বিদ্যাদ্বিতরাসুরৌ গুণৌ ॥১৮॥
ব্রহ্ম তৎপরমং জ্ঞানমমৃতং জ্যোতিরক্ষরম্। যে বিদুর্ভাবিতাত্মনস্তে যান্তি পরমাং গতিম্ ॥১৯॥

অদুগুম্বা আত্মবান্ ( আত্মা লোইবা ) মী মহাক অদুবু, অশিংবশিংনা অধ্যাত্মগুণনা তিল্লবা মীনি হায়নৈ ॥১৪॥ পুক্নীংগী লৌচিং অমতনা, সকল্পগী পান্দনা ঐশ্বর্য্যীয় শক্তিবু ফংনিংলিবা অদুগুম্বা যোগী অদুনা আত্মপ্রসাদ ( আত্মানা পেনবিবা, অপেন্ত-পেনবা, অৱাৎপা লৈতবা ) বু ফংবা ঙম্মী। অদুগুম্বা আত্মাদা নোংমদোম্বক্কী দেবতা পুম্নমক্ লৈরিবনি ॥১৫॥ মতৌ অসুম্না তপস্যানা তিল্লবা পুক্নীংনা অজ্ঞানগী অমম্বগী মৱোলদগী থিনগৎ কাওগৎখিদুনা, মুমিৎবুম্না ঙাল্লবা, জ্ঞানগী মশক ওইৱবা মঙাল্তনা পুম্ঙাল্ ঙাল্লি। অসিগুম্বা জীবত্মাদো লোক অহুম্মক্কী কারণগী মশক ওইবা ব্রহ্মাত্মমক্নি। অদুগুম্বা আত্মানা, অজ্ঞানগী নিবৃত্তি ওইথ্রবা তুংদা মহেশ্বর ( থাঙ্গশেংবা পরমাত্মা ) গী রূপতা লেংদনা প্রতিষ্ঠিত ওইদুনা লৈ ॥১৬॥ দেবতাশিংনা তপস্যাগী আশ্রয় লৌই। হিংচাবশিংনা তপস্যা-যজ্ঞ থুগাইননবগী মশক ওইৱবা নাপল থোয়বনচিংববু মথোয়গী শরুক ওইনা লৌরি। অদুবু ব্রহ্মতত্ত্বদি দেবতাশিং হিংচাবশিংদগীসু লোত্তুনা থুপ্তুনা লৈ। তত্ত্ব খঙবশিংনা মাসিবু জ্ঞানস্বরূপ ( জ্ঞান হায়বদুমক্কী মশক ) নি হায়নৈ ॥১৭॥ সত্ত্ব রজ-তম গুণ মথোয় অহুম অসি দেবতাশিং অমদি অমদি অসুর ( হিংচাবা ) শিংগী গুণনি হায়নৈ। হায়রিবা অহুমসিগী মনুংদা সত্ত্বগুণনা লাইশিংগী অদুগা রজগা তমগা অনীনা হিংচাবশিংগী গুণনি ॥১৮॥ ব্রহ্মাদি হায়রিবা গুণ অহুমসিদগী রাংমদনি। অমাঙ অতা লৈতবা, পোকপা-শিবা লৈতবা, মশা মথন্তগী

চঙদুনা লৈরিবা হকচাংসিবু আত্মা ঐনি হায়না খল্লিবা আত্মা অদু আত্মা নত্তে। অদুগুম্বা আত্মাদি য়াম্মি। আত্মানবু য়াম্লবদি থাঙ্গশেংবা আত্মা নত্তে—অনাত্মানি। হকচাংদা চঙদদুনা পুক্নীংদা চঙখিদুনা পুক্নীংগা অমতা ওইমিন্নখিবা আত্মা অদুবুনি, অমতানি হায়রিবসি। গোপাল কৌবা হকচাংদা লৈবা আত্মা "ঐ গোপালনি" হায়দুনা হকচাংদুবু ঐনি হায়না লেপথ্রবদি, অদুগুম্বা আত্মাদু শলগী হকচাংদা লৈবা আত্মাদুগা অমতনি হায়বা য়াদ্রে। মরমদি শলসি ঐনি হায়বা ঙমদ্রি। অদুনা হকচাংদা চংবগী মতুংদা, মতোন্দা হকচাং পুম্নমক্কা চঙথ্রবা অদুগুম্বা আত্মাদুদি অমতনি। অদুনা অশেংবা অচুম্বা আত্মাদি অমতনি। অরানবা আত্মাদি মশীং লাক্তমদে। অচুম্বা হায়বসি অমতনি। ময়াম ওইনা উবিবমথৈ অনিত্যানি, অনিত্যাদি অৱানবনি। "ঐ গোপালনি" হায়না লৈথোকথ্রবা আত্মাদুনা শল শগোল চঙ্গনচিংবদা লৈবা ঙমদে। সর্ব্বব্যাপক ওইবা ঙমদে। মরমদি মহাক গোপাল কৌবা হকচাংদগী হেন্না অতৈদা হাইদোরক্পা, অতৈদা চঙঙক্পা, মক্তম্ পুম্বদা শীন্দুনা লৈবা হায়বদু ওইবা ঙমদ্রি।

( কালাচাঁদ )

হেতুমচ্ছক্যমাখ্যাতুমেতাবজ্জ্ঞনচক্ষুষা। প্রত্যাহারেণ বা শক্যমব্যক্তং ব্রহ্ম বেদিতুম্। ২০॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি বার্ষ্ণেয়াধ্যাত্মকথনে ত্রয়োদশাধিকদ্বিশততমেহধ্যায়ঃ ॥ ২১৩ ॥

—:০:—

মশামা ভাঙবা ; জ্ঞানতগী মশক্কি। থম্মোয়-হকচাং অনীমক্তা পূমশেং শাংলবা মহাত্ম শিংতনা মাগী (ব্রহ্মগী) তত্ত্ববু থঙবা ঙম্মি। অদুগা মখোয়গনা অথোইবা গতিবু ( পদবীবু ) ক.ত্তি ॥১৯॥

জ্ঞানগী মশক্ ওইবী দৃষ্টিতবু লোইহ্নিবা, জ্ঞানগী মীৎতনা উঙম্বা অদুগুম্বা মহাত্মাশিংতনা ব্রহ্মগী বিষয়দা যুক্তিযুক্ত ওইবা প্রমাণ পীনৈ। অদুগা অদুগুম্বা জ্ঞানেনেত্রবান্ ওইবা মখোয়তনসু ব্রহ্মগী বিষয়দা রা ভাঙবা ঙম্মনি। পুক্নীংবু অদুগা ইন্দ্রিয়শিং অতৈ অতৈবু মাগী মাগী বিষয়দা ঈন্থোক্লগা পুক্নীং অনী লোঙদনা ধ্যান তৌরবদি ব্রহ্মগী সাক্ষাৎকার ওইবা য়াই ॥২০॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা, শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা, মোক্ষধর্ম্ম পর্ব্বদা, শ্রীকৃষ্ণগী মৎমৃদা অধ্যাত্মজ্ঞান তাকপা— বার্ষ্ণেয়াত্মকথনগী চনীগা-তরাহুমদোইশুবা অধ্যায় লোইরে ॥ ২১৩ ॥

——:(৺):——

# মণিপুরী মহাভারত

## চতুর্দ্দশাধিকদ্বিশততমোহধ্যায়ঃ

### ( পরমাত্মা-প্রকৃতি-পুরুষ ( জীবাত্মা ) গী মরমৃদা তাকপা )

### চনীগা তরামরিশুবা অধ্যায়

— —(*)——

ভীষ্ম উবাচ।

ন স বেদ পরংব্রহ্ম যো ন বেদ চতুষ্টয়ম্। ব্যক্তাব্যক্তে চ সংতত্ত্বং সম্প্রোক্তং পরমর্ষিণা। ১।

ভীষ্মনা হায় ঃ—নিংথৌ ! সচ্চিদানন্দগী মশক্ ওইবা পরমাত্মা, উবগী মহুৎদা লৈরিবী হায়রবদি উবম য়ানা লৈরিবী প্রকৃতি, উদবী প্রকৃতি অদুগা পুরুষ— হায়রিবা মরি অসিবু থঙদবা মী মহাক অদুদি পরমব্রহ্ম শাসমানবু করিগুম্বা মতমদা উবা থঙবা যংবা ঙমদে— ঙমলোই। পরমঋষি ওইরবা নারায়ণনা ব্যক্ত-অব্যক্ত অনীগী তত্ত্বব তাকপিরম্মি-হায়রিবম্মি। ব্যক্তবর্গ ( দৃশ্যকা উরিবশিং ) অসিদি অসিবগী

ব্যক্তং মৃত্যুমথং বিদ্ধ্যব্যক্তমমৃতং পদম্। প্রবৃত্তিলক্ষণং ধর্ম্মমৃষিনারায়ণোঽব্রবীৎ ॥২॥
তত্রৈবাবস্থিতং সর্ব্বং ত্রৈলোক্যং সচরাচরম্। নিবৃত্তিলক্ষণং ধর্ম্মমব্যক্তং ব্রহ্মশাশ্বতম্ ॥৩॥
প্রবৃত্তিলক্ষণং ধর্ম্মং প্রজাপতিরথাব্রবীৎ। প্রবৃত্তিঃ পুনরাবৃত্তির্নিবৃত্তিঃ পরমা গতিঃ ॥৪॥
তাং গতিং পরমামেতি নিবৃত্তিপরমো মুনিঃ। জ্ঞানতত্ত্বপরো নিত্যং শুভাশুভনিদর্শকঃ ॥৫॥
তদেবমেতৌ বিজ্ঞেয়াবব্যক্তপুরুষাবুভৌ। অব্যক্তপুরুষাভ্যাং তু যৎ স্যাদন্যমহত্তরম্ ॥৬॥

হায়বদি মৃৎথিবগী মায়পৈদা ক্লমিৎ থুদিংগী চঙশিল্লি, চঙলি, চঙগদৌরি। অব্যক্তনা অমৃত ( শিবা লৈতবা ) গী মায়পৈদা অদুম্ মরৈরি। মখোয়গীদি চঙশিনবা হায়বা লৈতে অসুম্ হায়না খঙ্গদবনি। পরমঋষি নারায়ণনা, হায়রিবা তত্ত্ব অসিদগী প্রবৃত্তি মার্গগী ধর্ম অসি হায়বদি চঙ্শিনবগী ধর্ম অসি হৌদোকৃখিবনি। হায়রিবা প্রবৃত্তি ধর্ম অসিগী মথক্তা অমুক্ য়াম্বা অ চচত্ত জীব পানবা পুম্নমক্ অদুগা মবোল অদুম্ হায়দুনা লৈরিবসি প্রতিষ্ঠিত ওইদুনা ( লিংথংদুনা, নন্দুনা ) লৈরিবনি। প্রবৃত্তি অসিনা পুম্নমক্পু ধারণ তৌদুনা পুদুনা লৈ হায়বসিদমক ধর্ম কৌই। অদুগা নিবৃত্তি হায়বা ধর্ম অসিনা অব্যক্ত ব্রহ্ম সনাতন স্বরূপনি ॥১—৩॥ *

প্রজাপতি ব্রহ্মানা প্রবৃত্তিরূপ ধর্মগী উপদেশ পীখি। অদুবু প্রবৃত্তি ধর্মগী লম্বীদি সংসারদা অমুক্ হন্নকবগী লম্বীনি। অদুনা প্রবৃত্তি মার্গদা চংপ্রবদি সংসারদা হন্না হন্না পোক্পা তাই। অদুগা নিবৃত্তি মার্গদি পরমগতিবু ফংনবা লম্বীনি। গতি অসিবু ফংপ্রবদি অমুক্ হন্না সংসার অসিদা পোক্রক্রে ॥৪॥ জ্ঞানতত্ত্বগী রাখন্দা লৈগনবা অকক্কগী মরমদা কুপ্না য়েংগনবা মতম্ পুম্বদা নিবৃত্তি মার্গতদা চচনীংবা কান্নদবা রা থক্ ভাঙগন্দবা অত্তগুধা মহাক্তনা হায়রিবা পরম গাত আসবু ফংঙি ॥৫॥ মতৌ অসুম য়াম্না য়াম্না মুম্না বিচার তৌবা মীনা তৌগদবা হায়দবু অহানবদা অব্যক্ত প্রকৃতি অদুগা পুরুষ হায়বদি জীবাত্মা

* ধর্ম ( পুম্নমকপু হায়বদি ব্যক্ত অব্যক্ত অনীবু পুবা ) হায়বা শব্দ অসি ঈহান হানবদা নরনারায়ণ অনীগী নারায়ণ হায়বা ঋষিনা পুথোক্খিবনি। ধৃ ধাতু মনিন্ (মন্) প্রত্যয় তৌবগা থোক্পান— অসিমচিংবা ব্যুৎপত্তি অসিদি ঙৱাংতা তৌজখিবনি। ধর্ম হায়বসিতনা অব্যক্তগী মনুংদা লৈবা ব্যক্ত ওইংগদৌরিবতুবুসু পুই। ব্যক্তগী মনুংদা লৈবা অব্যক্ত অদুবুসু পুই। অব্যক্ত ব্যক্ত তোঙান্ তোঙান্না লৈরবসু অনীমবুসু অদুম্ মপুই। প্রমাণ অমদা হায়রপা ব্যক্ত ওইবা হক্চাংসুংদা লৈরিবা অব্যক্ত আত্মাবু অব্যক্ত আত্মাগী মনুংদা থুপ্পুনা থুপ্পুনা লৈরিবা অদৃশ্য ব্যক্তবু হায়বদি উদবা হক্চাংবুসু ধর্ম মহাক্তুনা পুদুনা লৌরি। মতম্ খুদিং লৈগদৌরবা ব্যক্তবুসু মানা পুরি, সনাতন ( মতম পুম্বদা লৈরগবা ) অব্যক্তবুসু মানা পুরি। মশাক্ মওংদা চঙশিল্লকপা হায়বদি নামক্তলোংদা প্রবৃত্ত ওইরক্পা মখোয়দুবুসু অদুগা মশাক্ মওংগী হন্দোক্খিবা হায়বদি নিবৃত্ত ওইংখিবা ওইরিবা মহাক্ অদুবুসু ধর্ম মাক্তনা পুদুনা লৈবতগী অনীমক্সি লৈবা য়াবিবনি। অনী অসিবু পুই হায়দুনা ধর্ম ( পুবা ) কৌবনি। অনী অসি তোঙান তোঙানবা মওংদা পুবদগী প্রবৃত্তি মার্গ ধর্ম, নিবৃত্তি মার্গ ধর্ম হায়না অনী থোক্খিবনি। ( কালাচাঁদ )

তং বিশেষমবেক্ষেত বিশেষেণ বিচক্ষণঃ। অনাদ্যন্তাবুভাবেতাবলিঙ্গৌ চাপ্যুভাবপি ॥৭॥
উভৌ নিত্যাবণিচক্ষৌ মহত্তাশ্চ মহত্তরৌ। সামান্যমেতদুভয়োরেবং হ্যন্যদ্বিশেষণম্। ৮॥
প্রকৃত্যা সর্গধর্ম্মিণ্যা তথা ত্রিগুণধর্ম্ময়া। বিপরীতমতো বিদ্যাৎ ক্ষেত্রজ্ঞস্য স্বলক্ষণম্॥৯॥
প্রকৃতেশ্চ বিকারাণাং দ্রষ্টারমগুণান্বিতম্। অগ্রাহ্যৌ পুরুষাবেতাবলিঙ্গ্‌ত্বাৎসমাহতৌ ॥১০॥
সংযোগলক্ষণোৎপত্তিঃ কর্ম্মণা গৃহ্যতে যথা। কারণৈঃ কর্ম্মনির্বৃত্তঃ কর্ত্তা যদ্‌ যদ্‌ বিচেষ্টতে॥
কীর্ত্ত্যতে শব্দসঞ্জ্ঞিঃ কোহ্হমেষোহপ্যসাবিতি ॥১১॥

অনী অসিগী জ্ঞানবু বিশেষ ওইনা য়েংশিনবা অসিতনি ॥৬॥ প্রকৃতি পুরুষ হায়রিবা অনী অসিদি অনাদি ( হৌবা লৈতবা ) নি, অনন্ত ( লোইবা লৈতবা ) নি। অনীমক্ অলিঙ্গনি, নিপা নুপী খুদম চিন্থ লৈতবনি। নিরাকারনি, অনীমক নিত্যনি লেঙবা লৈতবান, মহান্‌দগী মহান্‌নি ( অচৌবদগী অচৌবনি )। হায়রিবা রাক্ষমশিং অসিদা ঐথোয়না অনী অসি চৌরম্ পুম্নমক্তা চপ্ মান্নন উই। অদুবু, অনী অসিগি খেন্নবা রাদু হায়রকে ॥৬—৮॥ প্রকৃতিদি ত্রিগুণ ময়ীনি, সত্ত্ব রজ তম গুণ অহুম্না তিন্বীনি। ব্রহ্মাদগী খোরকুপদগী হৌনা সৃষ্টি তৌবা হায়বসি মাগী লোয়নরকপা পোক্‌মিন্নরকপা ধর্মনি। অদুগা হায়রিবী প্রকৃতি হায়বীসি ক্ষেত্রজ্ঞগী হায়বদি পুরুষগী স্বভাব ( প্রকৃত ) অদুদি মওোন্দগী য়াম্না খেন্না লৈরিবনি হায়বসি খঙগদবনি ॥৯॥ জীবাত্মাগী স্বরূপ ( প্রকৃতি ) দি মাগুম্না গুণ অহুমগা তিন্নদে। প্রকৃতিগী বিকারশিং অসিবু উরিবদি জীবাত্মাগী স্বরূপ প্রকৃতি অদুতনি। প্রকৃতি পুরুষ অনীসিদি ইন্দ্রিয়শিংগী বিষয় নত্তে।* অনীমক মশক্ মওং নাইদবনি। অদুগা মশক মওংদি নাইমিন্নদ্রগা অমদগী অমনা য়াম্না খেন্না বিলক্ষণ ওইনা লৈবনি ॥১০॥ প্রকৃতি-পুরুষ অনীগী সংযোগতগী জগৎকী ( হকচাংসিগী ) উৎপত্তি ( পোক্‌পা ) ওইরিবনি। অদুগুম্বা সংযোগ অদুবু কর্ম হায়বগা খওনৈ। পুক্ষীংগা ইন্দ্রিয়শিংগা খুৎলায় ওইদুনা জীবনা কর্ম অদুবু তৌই। তৌরি তৌরিবা কর্ম অদুগী কর্ম কর্ত্তা অদুবু জীব কৌই। কর্ম কর্ত্তা ওইবা

* প্রকৃতি মখল্ অনীনি। অপরাং প্রকৃতি হায়বা অমা, পরা প্রকৃতি হায়বা অমা। মপান্দা উরিবা বিকার ( মশক্ মওং হোংবা ) ফংলিবী প্রকৃতি অসি অপরা প্রকৃতিনি। মৈ ঈশিংনচিংবসিনি। জীবাত্মাগী মাগী লোয়নবী লনাইগী প্রকৃতি অমা লৈরি। মাদুনা পরা প্রকৃতি কৌই। মাদি মশক্ হোংদে, নিত্যনি, মশক্ মওং নাইদে। অদুগা জীবাত্মা ( পুরুষ ) গা মাগী প্রকৃতিসিগম্ন য়াম্না খেন্নরি। জীবাত্মাগী স্বভাবপ্রকৃতি মহাক্তি সত্ত্ব রাজ তম গুণ অহুম্না তিনবীনি। অদুগা পুরুষ মহাক্তি নির্গুণনি, নির্বিকারনি। অতক্পা হায়রবু জীবসিগা মাগী পরা প্রকৃতিগা থাইবুং থাইনুং তাননদুনা লৈ। মপান্দা উরিবা প্রকৃতি অসিদি ব্যক্তনি। মশক্ মমিং লৈ। জীবগী প্রকৃতিদি মশক্ মওং লৈতে। খ্বাইনা হায়নরিবা চীঙ-মান লৈপাক লৈপাক অসিদি অপরা প্রকৃতি অহুমকম্ন নক্রি। মথোয় অসিদি পরা প্রকৃতিগী হায়বদি মৈ-ঈশিংনচিংবগী বিকারনি। খুদম ওইনা হায়রবদা উরিবা চীঙ অসি লৈপাক্ হায়বা পরা-প্রকৃতিদুগী বিকারনি। ( কালাচাঁদ )

উষ্ণীষবান্ যথা বস্ত্রৈস্ত্রিভির্ভবতি সংবৃতঃ । সংবৃতোঽয়ং তথা দেহী সত্ত্বরাজসতামসৈঃ ॥১২॥
তস্মাচ্চতুষ্টয়ং বেদ্যমেতৈর্হেতুভিরাবৃতম্ । যথা সংজ্ঞো হ্যয়ং সম্যগন্তকালে ন মুহ্যতি ॥১৩॥
শ্রিয়ং দিব্যামভিপ্রেপ্সুর্ব্রহ্মবান্ মনসা শুচিঃ । শারীরৈর্নিয়মৈরুগ্রৈশ্চরেন্নিষ্কল্মষং তপঃ ॥১৪॥
ত্রৈলোক্যং তপসা ব্যাপ্তমন্তর্ভূতেন ভাস্বতা । সূর্য্যশ্চ চন্দ্রমাশ্চৈব ভাসতস্তপসা দিবি ॥১৫॥
প্রকাশস্তপসো জ্ঞানং লোকে সংশব্দিতং তপঃ । রজস্তমোঘ্নং যৎ কর্ম্ম তপসস্তৎ স্বলক্ষণম্ ॥১৬॥
ব্রহ্মচর্য্যমহিংসা চ শারীরং তপ উচ্যতে । বাঙ্মনোনিয়মঃ সম্যঙ্মানসং তপ উচ্যতে ॥১৭॥
বিধিজ্ঞেভ্যো দ্বিজাতিভ্যো গ্রাহ্যমন্নং বিশিষ্যতে । আহারনিয়মেনাস্য পাপ্মা শাম্যতি রাজসঃ ॥১৮॥
বৈমনস্যঞ্চ বিষয়ে যান্ত্যস্য করণানি চ । তস্মাৎ তন্মাত্রমাদদ্যাৎ যাবদত্র প্রয়োজনম্ ॥১৯॥
অন্তকালে বলোৎকর্ষাচ্ছনৈঃ কুর্য্যাদনাতুরঃ । এবং যুক্তেন মনসা জ্ঞানং তদুপপদ্যতে ॥২০॥

হেক্ তোক্লদা দেহশু নির্জীব ওই। "কনা," "ঐ", "মসি", "মাহ্", অসিনচিংবা শব্দশিংসিনা, অমদি সংজ্ঞাশিংনা জীব হায়বসিগী মরমদা বর্ণন তৌনরি ॥১১॥ কোয়েং য়েংপা মীনা বস্ত্র অহুম্না হায়বদি য়োচ্ছিনবা অহুম্না হায়বদি মথক্-মথা অকোয়বা মায়গৈ অহুমদা কোক্শু য়েচ্ছিনবহুগুম্না জীবনা মশা মথন্তবু সত্ত্ব রজ তম গুণ অহুম অসিনা য়োচ্ছিনজে ॥১২॥ হেতুশিং অসিনা আবৃত ( কুপশিনবা ) ওই-রবদা পোশক্ মরীসিবু হায়বদি সচ্চিদানন্দরূপ পরমাত্মা, উবা যাবা হেক্ লৈরিবা অহুবশিং, প্রকৃতি অহুগা পুরুষ মরি অসিবু তত্ত্বগা লোয়ননা খঙগদবনি। মসিবু মুন্না খল্লবা, খঙলবা মী অহুদি শিবগী পোক্শগী লাংদা অমুক্ থুগদ্রে ॥ ৩॥ দিব্যসম্পত্তিবু হায়বদি ব্রহ্মজ্ঞানবু মপোক্নসিদা ফংনিংবা মী মহাক্ অহুদি মশাগী পুক্নীবু মতম লৈবা থিবিক্তা শুদ্ধ ওইনা থম্মনবনি। অহুগা চকচাংসিনা সাধন ওইহনা অকনবা নিয়মব্রতবু পালন তৌহুনা, দোষ পীনংতাই লৈতবা তপপু তৌগদবনি ॥১৪॥ অন্তরগী ( মনুংগী ) তপ ( তপস্যা ) দি চৈতন্যভাব ( ঐনি লানি হায়না উবিবা খঙলিবা ভাব ) সিগী প্রকাশগা তিন্নহনা অহুম মরৈরিবনি। মগাক্তনা মরোল অহুম্ অসি শীন্থনা লৈরিবনি। অকাশদা তান্থনা লৈরিবা সুমিংথা অমি কাওবা তপস্যাগী শক্তিনা তান্দুনা লৈরিবনি ॥১৫॥ তপ ( তপস্যা ) হায়বা রাহৈ অসি লোক বিখ্যাত ওইহনা থাইনা তানদনা খঙনা লৈরি। জ্ঞান স্বরূপ প্রকাশ অসিমক তপ অহুগী মহৈনি। রজোগুণ, তমোগুণ অনীবু মাঙহল্লিবা নিষ্কাম কর্ম্ম হায়রিবসিমক্ তপস্যা হায়বতুগী স্বরূপপু খঙহনবা লক্ষণ অমনি ॥১৬॥ ব্রহ্মচর্য্যগা অহিংসাগা অনী অসিবু শারীরিক তপস্যা হায়না কৌই। পুক্নীংবু অহুগা রাহৈবু ( লৈবু ) সংযম তৌরিবসিনা মানসিক তপস্যানি ॥১৭॥ বৈদিক বিধিবু খঙলিবা অহুগা বিধি অহুগী মতুংইন্না কর্ম তৌরিবা অহুগুম্বা দ্বিজাতি ( ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়, বৈশ্য ) শিং অসিদগী ও অন্নদান লৌগদবনি। অহুগুম্বা অন্ন অহুবু নিয়ম কায়দনা ভোজন-সেবন তৌরবদি রজোগুণদগী পোক্খিবা পাপপুম্বা শান্ত ওইগনি ॥ ৮॥ অহুম তৌরবদি সাধক অহুগী ইন্দ্রিয় পুম্নমকশু সংসারগী বিষয়শিংদগী মশানা অহুম হন্দোক্তরকই। মরম অহুনা ভিক্ষাদা লৌগদৌরিবা অন্ন অহুশু নোংমহুগী জীবন ধারণগীদমক্তং, হায়বদি জীবিকাগী ওকপা অহুগী মথৌদা লৌগদবনি ॥১৯॥ মতৌ অসুম্না যোগযুক্ত ওইনা পুক্নীংগী পাম্বৈনা কখিবা অহুগুম্বা জ্ঞান

রজোবর্জ্যোঽপ্যয়ং দেহী দেহবান্ শব্দবচ্চরেৎ। কার্য্যৈরব্যাহতমতি বৈরাগ্যাৎ প্রকৃতৌ স্থিতঃ ॥২১॥
তত্র দেহাদপ্রমাদাচ্চ দেহ স্তাৎ বিপ্রমুচ্যতে। হেতুযুক্তঃ সদা সর্গে ভূতানাং প্রলয়স্তথা ॥২২॥
পরপ্রত্যয়সর্গেতু নিয়তির্নাতিবর্ত্ততে। ভাব স্তপ্রভবপ্রজ্ঞা আসতেবৈবিপর্য্যয়ম্ ॥২৩।
ধৃত্যা দেহান্ ধারয়ন্তো বুদ্ধিসংক্ষিপ্তচেতসঃ। স্থানেভ্যো ধ্র সমানাশ্চ সূক্ষ্মত্ব স্তদুপাসতে ॥২৪॥
যথ গমং চ গত্বা বৈ বুদ্ধ্যা তত্রৈব বুদ্ধ্যতে। দেহ স্ত কশ্চি দ্ব্যে ভাবিত ত্ম নিরাশ্রয়ম্।২৫।

অহ্ পুনসিগী অয়োইবা মতমহ্ কাওবা, হেক্ লৈজবা শক্তিনা থম্নবা লেঙদনা লৈননবা তপ্ন তপ্ন-হোৎ নগদবনি ॥২০॥ যোগ পয়ায়ণ ওইবা যোগী বুদ্ধিদি থবক্না য়ৈথায়বা পীবা ঙমদে। বৈরাগ্যনা মশাগী মওংদা চপ লেপ্তুনা লৈ। রজোগুণ য়াওদে মশাদা। দেহধারী ওইরবস্থ শব্দগী মতৌগুম্না অপনবা লৈতবী গতিদা মফম পুম্বদা কায়না চংতুনা লৈ ॥২ ॥ দেহ থাদোক্তুনা চৎলমদাই য়োবা ফাওবদা বুদ্ধি চোইদবা পাথক্তবা অহ্গা যোগীদি দেহ থাদোক্লবা তুংদা মুক্তি ফংঙ। অহ্গা সংসার বন্ধনগী কারণ ওইবা অজ্ঞানগা তিন্নহুনা চংখ্রিবা আত্মানা পোকপা শিবগী কারণ ওইবা পঞ্চভৌতিক দেহদা অমুক হেক্তা চঙঙকই ॥২২॥ ব্রহ্মজ্ঞান ফংগ্রবা মী মহাক অহ্দি প্রারব্ধ কর্মনা অমদি কর্মগী মহৈনা মহাক্কী তুং ইন্নরক্তে। হায়বদি, নহালমুক্তী মপোক্কী কর্ম বন্ধনদগী নাহ্তোকই। মসিগী ওহ্-তৈনবা থবক তৌবা মীনা হায়বদি অজ্ঞানদগী মুক্ত ওইখ্রিবা মীনা পোক্পা-শিবা হায়বা চক্রেহ্নদগী নাহ্তোকপা ঙমদে ॥২৩॥ যোগী ওইবা খরনা, মশা মশাগী বুদ্ধিগী পাম্বৈনা থম্মোয় পুক্নীংবু সংসারগী বিষয়শিংদগী ঈহ্নোক তাহ্নোরক্তুনা যোগাসনদগী লেঙদনা, য়াম্না তপথনা, হকচাংসিবু পুনা পুনা মীৎ-নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংসিগী সম্বন্ধবু থা দোক্লমহুনা মাগী বুদ্ধিত য়াম্না মচীন তুম্বা অমা ওইহুনা, মহুমক্না থুংলায় অমদি সাধনা ওইহুনা ব্রহ্মগী উপাসনা তৌই ॥২৪॥ করি করিগুম্বা লাইরিক্তা হায়খ্রিবা তাক্লিবা ক্রম অহ্গী মতুংইন্না, হায়বদি প্রমাণ অমদা হ য়রগা, মৎং মথং অনৌ অনৌবা, অহেন অহেম্বা জ্ঞানগী কৈরাকথক্তা কাখৎলক্তুনা অয়োইবা থাক্ত য়ৌনখিবগী বুদ্ধি ক্রম অহ্গী মতুংইন্না কাখৎলক্তুনা থাইগী লুতোন্দা লৈবা ব্রহ্মবু অনুভব তৌই। মশাগী যোগ সাধনতনা বুদ্ধি শেংদোক খোৎতোক্তুনা মচীল তুমহল্লবা যোগী কনা কনাগুম্বতনা, মপান্গী হকচাংসিনা লেঙ্ ওৎতুনা লৈরিবা অহ্ কাওদা, কনাগুম্বা করিগুম্বা বিষয় অমতগী আশ্রয়দা লৈরুদনা * মশাগী যোগ

* করিগুম্বা আশ্রয় অমদা চঙঙু লৈরুদনা হায়বদি ইষ্টদেব—উপাস্যদেবহ্গী তৌরিবা উপাসনা, তৌরিবা যজ্ঞ পূজানচিংবহুনা, করিগুম্বা বিষয়গী মরুমদা থুংলুনা তৌরবদি কর্ম্মগী ফল (মহৈ) অহ্ ফংনমবগী, অহ্গা মহৈ অহ্ ফংননবগী উদ্দেশ্যগী আশ্রয় চঙঙুদনা উপাসনা অহ্ তৌরবদি পোক্ত্ ফংননবগীদমক্তা তৌবা যজ্ঞ উপাস। পূজা ওইগদৌরি। ইষ্টদেবহ্গীদমক্ নত্রে। চীন্দদি ইষ্টদেবগীদমক্তনিদি হায়জিন্নরগা— সনা লুপা আরোগ্য ধন অসিনচিংবগীদমক্তা ওইরবদি মাহু মীনম্বা নমথাক্ তৌবা উপাসনানি। মাহুনি সকাম উপাসনানি হায়বা ফাওবা য়াদে। সকাম উপাসনাগী মওংদি অহানবদা মহৈগী রাথন্দু থল্লুদনা, ইষ্টদেবগী প্রীতিগীদমক্তা তৌরগা মা (সাধক) না পামজবহু নিজবা অহ্বুনি। মহৈহ্গী রাথন্না য়াঙজোননা, হেক্ মতৌন্নবদি মাহু সকাম উপাসনা কাওবা নত্রি, নিষ্কামদি লায়রুদনা। (কালাচাঁদ)

যুক্তং ধারণয়া সম্যক্ সৎঃ কেচিদুপাসতে। অভ্যসন্তি পরং দেবং বিদ্যুৎসংশব্দিতাক্ষরম্ ॥২৬॥
অন্তকালে হ্যুপাসন্তে তপসা দগ্ধকিল্বিষাঃ। এবং এতে মহাত্মানো গচ্ছন্তি পরমাং গতিম্ ॥২৭॥
সূক্ষ্মং বিশেষণং তেষামবেক্ষেচ্ছাস্ত্রচক্ষুষ। দেহান্তং পরমং বিত্বাৎ বিমুক্তমপরিগ্রহম্॥
অন্তরীক্ষাদন্যতরং ধারণাসক্তমানসম্ ॥২৮॥
মর্ত্ত্যলোকাৎ বিমুচ্যন্তে বিদ্যাসংসক্তচেতসঃ। ব্রহ্মভূতা বিরজসস্ততো যান্তি পরাং গতিম্ ॥২৯॥
এবমেকায়নং ধর্ম্মমাহুর্বেদবিদো জনাঃ। যথোজ্ঞানমুপাসন্তঃ সর্ব্বে যান্তি পরাং গতিম্ ॥৩০॥
কষায়বর্জ্জিতং জ্ঞানং যেষামুৎপদ্যতে চলম্। যান্তি তেঽপি পরাঁল্লোকান্ বিমুচ্যন্তে যথাবলম্ ॥৩১॥
ভগবন্তমজং দিব্যং বিষ্ণুমব্যক্তসংজ্ঞিতম্। ভাবেন যান্তি শুদ্ধা যে জ্ঞানতৃপ্তা নিরাশিষঃ ॥৩২॥

শক্তি—উপাসনা শক্তিতনা ব্রহ্মগী মনুংদা লৈনা লৈনা ব্রহ্ম সাধনা তৌই ॥২৫॥ অসুম তৌহুনা কনা-গুম্বনা যোগসাধনতনা মরম ওইহুনা, সগুণ ব্রহ্মগী উপাসনা তৌই। অদুগুম্বা, নোংথাংগী মতৌগুম্না লংলবা জ্যোতির্ময়, মাঙবা লৈতবা নির্গুণ ব্রহ্মগী উপাসনা তৌই ॥২৬॥ কনা কনাগুম্বনা তপস্যাগী মৈহুংদা মশাগী পাপপুম্বা চাকথেক্তহল্লগা অন্তকালদা মৈনা মৈ মশাদা মূচ্চখিবগুম্না ব্রহ্মগী মনুংদা নির্বাণ (মূংখিবা) ফংখি। অদুগুম্না মহাত্মানা অথোইবা গতি (পদবী) বু ফংখি ॥২৭॥ শাস্ত্রগী দৃষ্টিনা মহাত্মাশিংদুগী কুপ্লবা বিগাল্লশিংদুবু য়েংগদবনি। হকচাংসি থাদোকুনা চত্রিফাওবা, মতম পূম্বদা সংসারদগী মুক্ত (লাম্থোক্লবা) ওইনা লৈবা, করিগুম্বা পোৎশক অমতা লৌশিনবা লৈতবা, আকাশনা ওইরিবা মওং ফীবম অসিদগীসু অতোপ্প তোপ্পা মওং ফীবম অমদা বিলক্ষণ ওইনা লৈরবা পরমাত্মাগী জ্ঞানবু ফংননবা হোৎনগদবনি ॥২৮॥

জ্ঞানগী অমদি জ্ঞান অদু ফংননবগী সাধনাদা পুক্নীং চণ্ডহুনা লৈরবা মী মহাক্ অদুদি মর্ত্ত্যলোককী বিষয় বন্ধন অসিদগী নাম্থোক্ই, অদুগা রজোগুণদগীসু রাংমদা লৈরবা পরব্রহ্মগী পরম পবিত্র ওইরবা পুণ্যচেল্লবা মকমদু য়োৌবা ঙম্মি ॥২৯॥ বেদগী অর্থ তত্ত্ববু খঙলবা বিদ্বান্‌ পুরুষশিংনা পরব্রহ্মবু ফংহনবা, সাধনগী মশক্ ওইরবা ধর্ম্ম হায়বদু বর্ণন তৌরবনি। মাগী মাগী জ্ঞানশক্তিগী মওংগী মতুংইন্না উপাসনা তৌহুনা লৈরিবা সাধকশিং অদু অথোইবা গতিবু য়োৌবা ফংবা ঙম্মি ॥৩০॥ স্থায়ীদি নত্তবা হায়বদি মতম কুইনা লৈরগদবদি নত্তবা অদুগা অপাম্বা অশাউবনচিংবা দোষদি মরীক্ অমতা ফাও য়াওদবা অদুগুম্বা জ্ঞানবু ফংলবসু মাদুনসু নীওথিবা অফবা গতি (ধাম) বু অদুম ফংনৈ। অদুগী তুংদা সাধনগী অমদি অভ্যাসগী পাম্বৈনা অস্থায়ী ওইবা জ্ঞান অদুনা স্থায়ী ওইবা, মপূংফাবা, মতম কুইনা অদুম মরৈরগদবা জ্ঞান অদু ওইশিল্লক্লবদি মাদুনা মোক্ষপদবীবু হায়বদি অরানবা খুভস্মু লায়না ফংডি ॥৩১॥ ঐশ্বর্য্য পূম্নমক্কা তিল্লবা, ঐশ্বর্য্য পূম্নমক্কী মপু অমদি হৌফম ওইরবা, পোক্পা শিবা লৈতবা, নীওথিজরবা, অদুগা মশক্ মওং ফোংদোক্পদি লৈতবা, নিংখোল পুরিবা অদুগুম্বা বিষ্ণুবু ভক্তিভাবনা মরম ওইহুনা নীওজরিবা মী মহাক্ অদুদি, ফংলিবা মপুং ফারবা জ্ঞানহুনা পীবা আনন্দহুমক্কা; জ্ঞানানন্দ অদুমক্কা ঈপেত্ত পেন্দুনা লৈবা, থম্মোয় হকচাং পূমশেং শেংবা, অপাম্বা মিহৌবনচিংবা য়াওদবা মীশকু ওইবকুই ॥৩২॥

জ্ঞাত্বা হৃদিস্থং হরিং চৈব সা নিরস্তস্তু হেত্বর্থাঃ। প্রাপ্য তৎ পরমং স্থানং মোদতেঽক্ষরমব্যয়ম্ ৩৩॥
এতাবদেতদ্ বিজ্ঞানমেতদস্তি চ নাস্তি চ। তৃষ্ণাবদ্ধং জগৎ সর্ব্বং চক্রবৎ পরিবর্ত্ততে॥৩৪।
বিসতন্তুর্যথৈবায়মন্তঃস্থঃ সর্ব্বতো বিসে। তৃষ্ণাতন্তুরনাদ্যন্তস্তথা দেহগতঃ সদা।৩৫॥
সূচ্যা সূত্রং যথা বস্ত্রে সংসারয়তি বায়কঃ। তদ্বৎ সংসারসূত্রং হি তৃষ্ণাসূচ্যা নিবধ্যতে॥৩৬।
বিকারং প্রকৃতিং চৈব পুরুষং চ সনাতনম্। যো যথাবদ্ বিজানাতি স বিতৃষ্ণো বিমুচ্যতে ৩৭॥

---

অদুগুম্বা বিষ্ণুভক্ত ( বৈষ্ণব ) মহাক্ অদুদি শ্রীহরিবু মশামক্কী থম্মোয়মুংদা লৈরিবনি হায়না খঙ-ঙক্লুনা, মশামক্ সাকার ওইনা ওইনা, অব্যক্ত অব্যয় স্বরূপ ( মশক মওং লৈতবা, অমাঙ্ অতা লৈররোই-দৌবা মওংবু পুবা ) ওইরকই। মহাক্ অদুদি পোকপা শিবগী সংসারদা অমুক্ লাক্কদবা নত্রে। অমাঙ অতা লৈত্রবা খুভমগী মশক্ ওইরবা আনন্দ অদুদা লুপ্লুনা লৈখ্রে॥৩৩॥ বিজ্ঞান হায়রিবস্নু অসি ফাওবতনি, মাহুদি উরিবা বিশ্ব জগৎ অসে লৈস্নু লৈ অদুগা লৈস্নু লৈতে। হায়বদি, ব্যবহারিক অবস্থাদদি লৈ অদুগা পারমার্থিক অবস্থাদদি লৈতে। জগৎ পুম্বসে, অপাম্বা ( পেন্দবা ) হায়বদুনা ফাজিন্দুনা পুন্দুনা চক্রগী মতৌগুম্না উরুক লৈদুনা লৈ॥৩৪॥* থম্নাখোক্কী মনুংদা পীক্রবা, মরী ( লং ) শিং অদুনা মংোক্লুগী মনুংদা শীন্থুংনা লৈবদুগুম্মদুনা অহৌবা অরোইবা লৈতবা, অমগা অমগা মশম্ মশম্রবা অপাম্বা খোয়াংবগী লংজাশিংদুনা দেহধারীশিংগী দেহনুংদা অদুম মরৈগনি। মাদুনা থম্নাখোক্কী মতৌগুম্বা কাম-রাগ-তৃষ্ণা ( খোয়াংবা ) গী পীক্রবা মশক্ উদবা শিংলি লিশিং লিশিংনা হক্চাংসিবু ফাজিন-তাশিন্নদুনা থম্মিবনি॥৩৫॥ ফি শাবা, ঈজ্ লাংনচিংবা শাবা বস্ত্রকার তন্তুবায় শিনা য়েত্তুমনা ফিবু লোনবা থিন্বদুগী মতৌগুম্না, তৃষ্ণা ( খোয়াংবা ) গী মশক ওইরবা য়েত্তুম্না লেশিল্ ফাজিন্দুনা লৌরিবা হক্চাংনি॥৩৬॥

প্রকৃতিবু, প্রকৃতিনা তৌরিবা থবক্শিংসদু,† পুরুষ ( জীবাত্মা ) বু, অদুগা মকম মতম পুম্বদা

---

* বৈজ্ঞানিকশিংনা শেম্না শারিবা পোৎশক্শিং অসিনা মতম থম্না থম্নদং লৈরম্মগা কায়াগ্রবা অসি করিগীনো হায়বসি অদুগা করম তোরগা নিত্য ওইগদগে, তেক্পা, মাঙথিবা নাইরোইদবগী হায়বাস থল্লুদে, থল্লুরবস্নু লাম্বা ফংলোই। মরমদি মহাক্না শাবিবা পোৎশিং অদুগী মচাকশিং অদো অমুকস্নু লৈবা অমুকস্নু লৈতবা বিশ্ব জগৎ অসিদগী ফংবা ওাক্তানি। শারগা ওহাক্তং লৌরিবা পোৎ অদু ফাওবা পরমার্থ দৃষ্টিদা মুম্না থল্লুরবদি লৈতবনি। পুরকউ থম্মু হায়বা অসিনচিবগী থবক্না হায়বদি ব্যাবহারিক অবস্থাদা শীজিন্নবা য়াবদুদা লৈবোই নীংবনি। লৈদি লৈতবনি। মাসি বৈজ্ঞানিকশিংনা থল্লুদে। থন্বা থমদে।

† প্রকৃতিনা মশানা তৌজবা শাজবা কর্মনি— পোংনি হায়বসি খঙদদুনা, বৈজ্ঞানিক জ্ঞানী ওইবা ঐনা শারিবনি হায়না থন্ থন্দুনা শাখিবলা শারিবা পোৎশিং অদুনা হেক হেক কায়বনি। গীতাদস্নু হায়রি "প্রকৃতেঃ ক্রিয়মানানি গুনৈঃ কর্ম্মানি সবশঃ। অহংকারবিমূঢ়াত্মা কর্ত্তাহমিতি মন্যতে"—অহংকারনা তম্মৎলবা মীশিংনা প্রকৃতিনা তৌজবা কর্মবু— ঐনা তৌরিবনি, ঐনা শারিবনি হায়না খল্লে। (কালাচাঁদ)

প্রকাশং ভগবানেতদৃষির্নারায়ণোঽমৃতম্। ভূতানামনুকম্পার্থং জগাদ জগতো গতিঃ ॥৩৮॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণ

বার্ষ্ণেয়াধ্যাত্মকথনে চতুর্দ্দশাধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ ॥। ২১৪ ॥

— —(*)——

লৈরিবা পরমাত্মাবু থাংগৈশেংনা খঙলবা মী মহাক অহুদি তৃষ্ণা (থৌরাংবা) অসিদগী কেক্কুনা মোক্ষ পদবী অহুবু ফংঙি ॥৩৭॥ সংসারসিগী চঙজকম ওইবা, চঙজকম-উপায়বু পীরিবা ঋষি অথোইবা ভগবান্ নারায়ণ ঋষিনা, জীবশিং অসিবু চান্‌বিহুনা অমৃতগী মশক্ ওইরবা জ্ঞান অসিবু পুথোকপিখি ॥৩৮॥

মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং-চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা

শান্তিপর্ব্বদা মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বদা বার্ষ্ণেয়াধ্যাত্মকথনগী

চনীগা তরামরিশুবা অধ্যায় লোইরে ॥২১৪॥

—ঃ(ঃ—

# মণিপুরী মহাভারত

## পঞ্চদশাধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ

(নিংথৌ জনকগী মফমদা পঞ্চশিখমুনি লাকপা, নাস্তিকমতবু খণ্ডন তৌবা)

চনীগা তরামঙাশুবা অধ্যায়

- —(*)——

যুধিষ্ঠির উবাচ।

কেন বৃত্তেন বৃত্তজ্ঞ জনকো মিথিলাধিপঃ। জগাম মোক্ষং মোক্ষজ্ঞো ভোগানুৎসৃজ্য মানুষান্ ॥১॥

ভীষ্ম উবাচ।

অত্রাপ্যুদাহরন্তীমমিতিহাসং পুরাতনম্। যেন বৃত্তেন ধর্ম্মজ্ঞঃ স জগাম মহৎসুখম্ ।২॥

জনকো জনদেবস্তু মিথিলায়াং জনাধিপঃ। ঊর্দ্ধদেহিকধর্ম্মাণামাসীদ্ যুক্তো বিচিন্তনে ।৩॥

যুধিষ্ঠিরনা হংই,— সদাচার পুম্নমকপু খঙকিরবা, ঈবুধৌ! মোক্ষধর্ম্মগী তত্ত্বু মুন্না খঙলবা মিথিলাগী নিংথৌ জনকনা তাইবং মীওইবগী বিষয়ভোগ পুম্না থাদোক্কুনা করম্না সদাচারনা মোক্ষ-পদবীবু ফংখিবগে? ॥১॥ ভীষ্মনা হায়,— নিংথৌ! হায়রিবা বিষয় অসিদা, অশিংবশিংনা কুইরবা মমাংঙৈগী ইতিহাসকী থৌদোক অমা থুদম ওইনা হেক্ হেক্ লীনৈ। থৌদোক্-য়ারী অহুগী মনুংদা নিংথৌ জনকনা করম্না সমাচারনা মোক্ষবু ফংখিরগে হায়বগী য়ারীশু য়াওরি ॥২॥ মমাংঙৈগী য়াম্নি, মিথিলা কৌবা দেশকুদা জনকনা নিংথৌ ওইনা

তস্য স্ম শতমাচার্য্যা বসন্তি সততং গৃহে। দর্শয়ন্তঃ পৃথগ্‌ধর্ম্মান্ নানাশ্রমনিবাসিনঃ ॥৪॥
স তেষাং প্রেত্যভাবে চ প্রেত্যজাতৌ বিনিশ্চয়ে। আগমস্থঃ স ভূয়িষ্ঠমাত্মতত্ত্বেন তুষ্যতি ॥৫॥
তত্র পঞ্চশিখো নাম কাপিলেয়ো মহামুনিঃ। পরিধাবন্ মহীং কৃৎস্নাং জগাম মিথিলামপি ॥৬॥
সর্ব্বসন্ন্যাসধর্ম্মাণাং তত্ত্বজ্ঞান বিনিশ্চয়ে। সুপর্য্যবসিতার্থশ্চ নির্দ্বন্দ্বো নষ্টসংশয়ঃ ॥৭॥
ঋষীণামাহুরেকং তং সঙ্কামানাবৃতং নৃষু। শাশ্বতং সুখমত্যন্তমন্বিচ্ছন্তং সুদুর্লভম্ ॥৮॥
যমাহুঃ কপিলং সাংখ্যাঃ পরমর্ষিং প্রজাপতিম্। স মন্যে তেন রূপেণ বিস্মাপয়তি হি স্বয়ম্ ॥৯॥
আসুরেঃ প্রথমং শিষ্যং যমাহুশ্চিরজীবিনম্। পঞ্চস্রোতসি যঃ সত্রমাস্তে বর্ষসহস্রিকম্ ॥১০॥
তং সমাসীনমাগম্য কাপিলং মণ্ডলং মহৎ। পঞ্চস্রোতসি নিষ্ণাতঃ পঞ্চরাত্রবিশারদঃ ॥১১॥

পাল্লম্মি। দেহবু থাদোক্লবা আত্মাগী অস্তিত্ব নাস্তিত্ব লৈব লৈতব ) গী মরমসিদা চিন্তা তৌহ্নুনতা লৈখি ॥৩॥ মহাক্কী রাজসভাদা হৈর হৈরবা আচার্য্য পণ্ডিতমক্কা চাম-চাম লৈরম্মি। মখোয় অহু তোঙাল্ তোঙাল্বা আশ্রমদা লৈবা মক্তনি। মখোয় অহু তোঙাল্ তোঙবা ধর্ম্মগী উপদেশ অমদি তত্ত্ববু পীহুনা লৈবা ঙাক্তনি ॥৪॥ লৈরিবা হক্চাংসিবু থাদোক্লবা তুংদা জীবাত্মা হায়বসি লৈহিত্রা নত্রগা হক্চাংগা লোয়ননা তুম্মিন্নথরবা— লৈত্রবরা ? অহুগা হক্চাং থাদোক্লবা তুংদা অতোপ্পা হক্চাং অমদা চঙহুনা লৈখিত্রা ? হায়বদি পুনর্জন্ম হায়বহুবু লৈত্রা ? অসিনচিংবা প্রশ্ন অমদি সন্দেহ অসিগী বিষয় মৈনহুনা, শাস্ত্রার্থ তৌনহুনা তারক্পা মীমাংসা সিদ্ধান্ত কয়া কয়া নৈনৈ। অহুনু নিংথৌ জনকনা মখোয়গী সিদ্ধান্ত অহুদা পেঙ্গবা— থাজবা তৌখিদে। মখোয়না হায়বা অমত্তা য়ানিংদে ॥ ॥ নোংমা, কপিলাগী মচা পঞ্চশিখ কৌবা মহামুনি অমা পৃথিবীগী মফম পুম্নমক্কা কোয়ন কোয়না অস্সুম লাক্পদা মিথিলাদেশদা থুংলে ॥৬॥ মহাক্ অসি ধর্ম্ম পুম্নমক্কী তত্ত্ব খঙবা, তত্ত্বজ্ঞানগী নির্ণয়, নিশ্চয় তৌবদা য়াম্না হৈবা খঙবা মীশক্ অমনি। নিশ্চয় তৌরবা সিদ্ধান্তবু চিংনবা লৈতনা লৌবা মীনি। মাগী পুক্নীদা করিগুম্বা চিংনবা খঙদবগী শরুক্ অমত্তা লৈত্রবনি। মহাক্ নির্দ্বন্দ্ব ওইনা অপনবা চিংনবা লৈতনা কোয়চৎ চংতুনা লৈবা মীনি ॥৭॥ পঞ্চশিখ হায়রিবসি ঋষিশিংগী মনুংদা মাগুম্বা কনাগুম্বা অমা লৈত্রে হায়নরিবনি। মশাদা করিগুম্বা কামনা অমত্তা লৈত্রবা ঋষি অমনি। তাইবং মীওইবগী থম্মোয়দা মশাগী উপদেশনা, থোইনা তাঙলবা সনাতন ওইবা আনন্দতবু হাপকদবগী কোয়চৎ চংতুনা ধর্ম্মবু প্রচার তৌরম্মি। মাগী উদ্দেশ্যদি মী থুদিংমক্ ঈনুং হুংভাইনা পুনর্শি লেলহনবা অসনি ॥৮॥ সাঙ্খ্যশাস্ত্রগী বিদ্বান্‌শিংনা মহাক্পু থাঙ্গেশেংবা মহর্ষি কপিলমক্কী মশাক্ক হায়নৈ। মহাক্কী মশক্তু অতম্ য়েংবদা থাঙ্গেশেংবা কপিলমুনিমক্কা পঞ্চশিখগী মশক্ লৌহুনা লাক্লরা হায়না চিংনদবা ওমদে। মাবু উবদা মুনি, ঋষি পুম্বা অঙকুপা ফংনৈ ॥৯॥ মহাক্ অসি আসুরিমুনিগী শিষ্যনি, অহুগা য়াম্না চিরঞ্জীবী ( মতম কুইনা পুন্‌শিরবা ) নি হায়নৈ। মহাক্ চহী লিশিং অমা চপ্পা মানস্যজ্ঞ তৌপ্রবনি ॥১০॥

নোংমা, আসুরি মুনিনা মাগী আশ্রমদা ফমহুনা লৈরম্মি। মতমসিমক্তদা কপিল মত-চৎপা ( কপিলশাস্ত্রগী অনুগামী ) মুনি মপৈ অমা মফমদুদা লাকই। মী থুদিংগী হকচাংগুংদা লৈরিবা মশক মওং ফোঙদোক্তবা ( অব্যক্ত ওইবা ) অহুগা মথা তানিঙাই লৈতনা, অরোইবা তত্ত্ব ওইনা লৈরিবা মহাক্কী

পঞ্চস্রোতঃ পঞ্চক্ত পঞ্চগুণঃ পঞ্চশিখঃ স্মৃতঃ। পুরুষাবস্থমব্যক্তং পরমার্থং ন্যবেদয়ৎ ॥১২॥
ইষ্টসত্রেণ স সিদ্ধো ভূয়শ্চ তপসাসুরিঃ। ক্ষেত্রক্ষেত্রজ্ঞয়োর্ব্যক্তিং বুবুধে দেবদর্শনঃ ॥১৩॥
যৎ তদেকাক্ষরং ব্রহ্ম নানারূপং প্রদৃশ্যতে। আসুরির্মণ্ডলে তস্মিন্ প্রতিপেদে তদব্যয়ম্ ॥১৪॥
তস্য পঞ্চশিখঃ শিষ্যো মানুষ্যা পয়সা ভৃতঃ। ব্রাহ্মণী কপিলা নাম কাচিদাসীৎ কুটুম্বিনী ॥১৫॥
তস্যা পুত্রত্বমাগম্য স্ত্রিয়াঃ স পিবতি স্তনৌ। ততঃ স কাপিলেয়ত্বং লেভে বুদ্ধিং চ নৈষ্ঠিকীম্ ॥১৬॥
এতন্মে ভগবানাহ কাপিলেয়স্য সম্ভবম্। তস্য তৎ কাপিলেয়ত্বং সর্ব্ববিত্ত্বমনুত্তমম্ ॥১৭॥
সামান্যং জনকং জ্ঞাত্বা ধর্ম্মজ্ঞো জ্ঞানমুত্তমম্। উপেত্য শতমাচার্য্যান্ মোহয়ামাস হেতুভিঃ ॥১৮॥

বিষয়দা খরদং হায়রিবু—ভাঙ্বিবু হায়না, মখোয়না আসুরিদা হায়জরম্মি। মখোয়গী মতম্তা পঞ্চশিখসু য়াওরম্মি। পঞ্চশিখ অসি ঈচেল্ মন্না থোক্লা চেন্স পুক্রিংগী মথৌ (অমদগী অমদা চোং-চোংদুনা "মখল খণ্ডন-মণ্ডন তৌবা) বু মনুং ভঙ্জিন্না খঙ্বা, পঞ্চরাত্র কৌবা আগমবু অতৈ খ্বাইদগী থোইদোক্লা হেন্না খঙ্জিনবা, হকচাংগী মরোল মঙাবু মুন্না খঙ্বা, হায়রিবা মরোল কুয়োম্ মঙা অসিগী মতুংইন্না লাকপা উপাসনা মখল মঙাগী তত্ত্বু মুন্না খঙজিনবা ওইরম্মি। তপখবা, লাকহংপা, খঙহন্ হন্বা (লেপ্প-থক্পা) খাঙবা অদুগা অমনা ককপা য়াদবা সিদ্ধান্ত পীবা ওম্বা -হায়রিবা গুণ মঙা অসিনা তিন্নবা ঙাকুনি। হায়রিবা মরোল মঙা অসিগী খ্বাইগী মথক্তা, মতোল ইথং থংবদা লৈ হায়বগীদমক ব্রহ্মবু পঞ্চশিখ (পঞ্চ=মঙা, শিখ=মতোল) হায়না খঙনৈ। তত্ত্বশিং অসি খঙবা ঋষি মখেবু পঞ্চশিখ হায়না অদুম মখঙনখ্রে ॥১১—১২॥ আসুরি হায়বসি তপস্যাগী শক্তিনা দিব্যদৃষ্টি ফংলবা ঋষিনি। জ্ঞানযজ্ঞতনা সিদ্ধি ফংলদুনা, মহাক্ অসি ক্ষেত্র (হকচাং) ক্ষেত্রজ্ঞ (জীব) অনীগী মনুংগী অকুপ্পা—অথুপ্পা পুম্ববু, লোইনা খঙদোক্লবা মীশক অমনি ॥১৩॥ অমাঙ-গতা লৈতবদা মখস্তা ঙাম্নখৌরবা, লেঙদবা-মৃৎলহোই লৌবা, অচৎ-চত্ত থুদিংদা তোঙাল্ তোঙানবা মমিং মওং পুদুনা মশাবু লৈ হায়না উৎলিবা, মহাক্কী জ্ঞান-বিষয় অদুবু আসুরিনা মুনিশিং অদুগা তাক্লম্মি ॥১৪॥ মহাক্কী শিষ্যমখৈ পঞ্চশিখ মকুনি। মখোয় অসি, তাইবং মপীগী খোম্লাং অমৃতনা য়োক্থাক্খিবমকুনি। কপিলা হায়না কৌবা কনাগুম্বা গৃহস্থিনী ব্রাহ্মণী অমা লৈরম্মি। ব্রাহ্মণী অসিগী মকমদা মাগী মচা ও দুনা পুত্রত্ব ফংদুনা লৈগ্রবনি। কপিলাগী মচানি হায়দুনা "কাপিলেয়" হায়না কৌনখি। মহাক অসি ব্রহ্মা-ষ্ঠ ওইবা, ব্রহ্মনৈষ্ঠিক বুদ্ধি (ব্রহ্মদা লেপপ্রবী বুদ্ধিবু) ফংলবা, লোইরবা মীশক অমনি ॥১৫—১৬॥ কাপিলেয়গী মপোক্কী রাগী অসি ভগবাননা এইঙোন্দা লোংমা লীবিখি। মহাক্না কপিলাপুত্র ওইখিবা অদুগা মতুংদা সর্বজ্ঞ (লোইনা খঙবা) ওইখিবগী থৌদোক্ অসি থোক্টদোক্ হেন্দোক্লা কান্নরবা তাবদা ফুংঙাইরবা রাগী অমনি ॥১৭॥ ধর্ম্মগী তত্ত্বু খঙলবা পঞ্চ-শিখসিনা অথোইবা জ্ঞানবু ফংগ্রবনি। জনক অসিনা ব্রহ্মণ আচার্য্যশিং চামদা মী থুদিংমক্তা চপ্ মান্নবা ভাব সম্মানবু উত্তুনা লৈবদু উবদা, নিংথৌগী দরবার (রাজসভা) দা পঞ্চশিখ কাপিলেয় অসি চংখি। মকম্ অদুদা চংখিদুনা মহাক্না ভাঙখিবা যুক্তি যুক্তা রাহৈশিং অদু তাবদা অদুক্ য়াম্বা আচার্য্যশিং অদু পুমৃশুম শুম্মাংখি ॥১৮॥ নিংথৌ জনকনা কাপিলানন্দন পঞ্চশিখগী বুদ্ধি অমদি জ্ঞানগী

জনকস্তমভিসংরক্তঃ কাপিলেয়ানুদর্শনাৎ। উৎসৃজ্য শতমাচার্য্যান্ পৃষ্ঠতোঽনুজগাম তম্ ॥১৯॥
তস্মৈ পরমকল্যাণ প্রণতায় চ ধর্ম্মতঃ। অব্রবীৎ পরমং মোক্ষং যৎ তৎ সাংখ্যেঽভিধীয়তে ॥২০॥
জাতিনির্বেদমুক্ত্বা স কর্ম্মনির্বেদমব্রবীৎ। কর্ম্মনির্বেদমুক্ত্বা চ সর্ব্বনির্বেদমব্রবীৎ ॥২১॥
যদর্থং ধর্মসংসর্গঃ কর্ম্মণাং চ ফলোদয়ঃ। তমনাশ্বাসিকং মোহং বিনাশিচলমধ্রুবম্ ॥২২॥
দৃশ্যমানে বিনাশে চ প্রত্যক্ষে লোকসাক্ষিকে। আগমাৎ পরমস্তীতি ব্রুবন্নপি পরাজিতঃ ॥২৩॥

---

গভীরতা ( য়াম্না লুশিনবা ) অদু উবদা মাগী পুক্লীং হকচাং অনীমক্ পঞ্চশিখরোমদা চিংশিনখ্রে। রাজসভাগী আচার্য্য চামবু থাদোক্লমদুনা নিংথৌ অসি পঞ্চশিখগী তুং ইন্নখি ॥১৯॥ নিংথৌনা মখোঙদা তুম্না লৈবদু উবদা ঋষি অথোইবা পঞ্চশিখনা সাংখ্য শাস্ত্রনা তাক্লিবা মোক্ষধর্মগী উপদেশশিং নিংথৌগী মকমদা লীখি ( তাইনখি ) ॥২০॥ পঞ্চশিখনা জাতিনির্বেদগী মরমদা ঙাঙলবা তুংদা, কর্মনির্বেদগী মরমদা ঙাঙ্লিঙ অদুদগী সর্বনির্বেদগী মরমদা ঙাঙখি ॥২১॥*

অদুগুম্বা ভোগ অদুগীদমক্ত ধর্ম্মগী আচরণ, অদুগা ধর্ম্ম কর্ম্মগী অনুষ্ঠাননি হায়নদি তৌরিবা, অদুগা কর্মগী মহৈনি হায়দুনা মহৈ অদু ফংলবা মতম অদুতদা তৌবা ভোগ, হায়বদি মহৈ অদু ফংদ্রিমখৈ ভোগ তৌবা ঙমদবা অদুগুম্বা ভোগ ( বিষয় ভোগ ) অদো নশ্বরনি, মীকুপ অমতদা মাঙথিবা য়ানা লৈবনি। অদুগুম্বা ভোগ্যপদার্থ অদুদা বিশ্বাস, আশা, আস্থা থম্বসি ঈচুম্ চুমদে। ভোগ তৌরিবা অউবা উদবা পোশক্ ( পদার্থ ) অনীমক গুমহৎপা হায়বদুগী মূর্ত্তিনি। মূর্ত্তিদুবু ভোগ তৌবনি। মূর্ত্তি ( মৃত্যু ) বু ভোগ তৌবনি, অদুনা মৃত্যুবু ফংঙিবনি। অদুগুম্বা মোহমূর্ত্তি অদুদি মহাচঞ্চল নি, ঙহাক্তা তুমিন্না লৈতবনি, কোয়রেঙ লেঙবনি ॥২২॥ নাস্তিক থরনা অসুম্না হায়ঃ আত্মা হায়বদু দেহ অসিনি। দেহসি মত্তবা আত্মা হায়বা অমমুক লৈতে। আত্মাগী মশক ওইবা, আত্মামক ওইবা, আত্মা কৌবা দেহসিনা মাঙথিবা

---

* জীবনা গর্ভনুংদা লৈরিঙৈদা রাবা, পোক্পা মতমদা রাবা অসিনচিংবদু নীঙশিংঙক্তুনা মুন্না বিচার তৌরগা মাদুদা পোক্লক্পা বৈরাগ্য অদু "জাতিনির্বেদ" হায়না কৌই। অদুবু হেক্ পোক্পা তুমিত্তগী শিরমদাই কাওবা, মাসি কনা অমতনা নীঙশিংদে। নীঙশিংঙক্পা কনাগুম্বগী মশাদা বৈরাগ্যভাব ( ঈহৈ হৈনিংদবা রাখল্ ) অমা হেক্ লাক্ই। মাদুবু "জাতিনির্বেদ" হায়না খায়না খঙনৈ।

দেহ—যোনি মথল্ মথল্দা চঙদুনা অরাবা খুদোংথীবদা ভারুবা নরকতা তারুবগী যম-যন্ত্রনা কয়া ফংথিবা অসিনচিংবদু নীঙশিংলক্তুনা কাম্যকর্ম্ম কয়া কয়াবু থাদোক্তুনা নৈমিত্তক, কাম্যনচিংবা কর্ম্মশিংদু কাওবা তৌনিংঙক্তবা, হৈনিংদদুনা থাদোক্লক্পা অদু "কর্ম্মনির্বেদ" হায়না কৌই।

বিশ্বজগৎ অসিগী মনুংদা পীক্তগী পীক্রবা জীব অমদগী হৌনা, ব্রহ্মলোকতা লৈরিবা অচচত্ত পুম্নমক্কী ভোগ অাস মীংকুপ্ত কায়বা য়ানা লৈরিবা, কাপ্দু কায়রিবা, অদুদগী ক্লেন্দোক্তুনা ভোগশিং মীংকুপ্ত পাদোক্তুনা চৎথিগদৌরিবা, অদুগা মপোক্ কয়াদা চৎখিবা, অসি পুম্নমক্সি নীঙশিংলক্তুনা থল্লক্তুনা মাদুদা পোক্খিবা বৈরাগ্যভাব অদুবু "সর্ব্বনির্বেদ" হায়না কৌই। ( কালাচাঁদ )

অনাত্মা হ্যাত্মনো মৃত্যুঃ ক্লেশো মৃত্যুর্জরাময়ঃ। আত্মানং মন্যতে মোহাৎ তদসম্যক্ পরং মতম্।২৪॥
অথ চেদেবমপ্যস্তি যল্লোকে নোপপদ্যতে। অজরোঽয়মমৃত্যুশ্চ রাজাসৌ মন্যতে যথা॥২৫॥
অস্তি নাস্তীতি চাপ্যেতৎ তস্মিন্নসতি লক্ষণে। কিমধিষ্ঠায় তদ্ ব্রূয়াল্লোকযাত্রাবিনিশ্চয়ম্॥২৬॥
প্রত্যক্ষং হ্যেতয়োর্মূলং কৃতান্তৈতিহ্যয়োরপি। প্রত্যক্ষেণাগমো ভিন্নঃ কৃতান্তো বা ন কিঞ্চন॥২৭॥
যত্র যত্রানুমানেঽস্মিন্ কৃতং ভাবয়তোঽপি চ। নান্যো জীবঃ শরীরস্য নাস্তিকানাং মতে স্থিতঃ॥২৮॥

উং ওইহুনা তোকৃথিবসি হুমিং থুদিংগী জগৎ পুম্নমক্ সাক্ষী ওইরি। লোক পুম্নমক্না মাসিগী সাক্ষীনি। শাস্ত্র প্রমাণগী মকমদা থংগুনা হক্চাংসিদগী তোঙান্বা আত্মা হায়বা অমা লৈ হায়না হায়জিল্লিবসিদি তাইবং মীগী অনুভবকী ৱাংমদনি। মাসি তাইবংমী খুদিংমক্কী বিচার অনুভবকী বিরুদ্ধনি॥২৩॥ মশক্ মাঙলবদি পোৎশকসু মাঙিও। মশকসি পোৎশক্ত্তমক্নি। হক্চাংসি আত্মাগী মশক্নি। মশক্ ( হক্চাং ) সিমক্ আত্মা হায়রহুনি। দেহগী তোঙান্বা মমিং আত্মা কৌই। হক্চাং অসি মাঙথিবা তুমথিবসি আত্মা হায়রহুনি। নাস্তিকশিংনা অমুক্সু হায়রি,— আত্মা হায়ববু হক্চাং ( দেহ ) অসিনি। দেহসিগী মপু দেহী হায়বা অমমুক্ লৈতে। নারিবা, য়েক্লিবা, থিল্লিবা, অরাবা চৈনা ফংলিবা, উনশা চপ্শিল--খুইজিল্লক্লিবসি অমমম্না দেহসিগী হায়বদি আত্মাসিগী আংশিকমৃত্যু অমমম্নি। হায়বদি মৃত্যু মচেৎ অমমম্ ওইনা কংশিল্লক্পনি। অহুনা দেহসিদগী তোঙান্বা আত্মা হায়বা অমা লৈ হায়বসে যুক্তিযুক্ত ওইদবনি, প্রমাণ চাদবনি॥২৪॥ নাস্তিকশিংনা অমুক্সু হাযরি,— অসিগুম্বা মশক উদবা পোৎপু লৈ হাযরবদি, অহুগা তোঙাল্ তোঙান্বা শাস্ত্রগী প্রমাণ পীহুনা, স্বর্গদা হুংঙাইবা ফঙহুনবা আত্মা হায়বা পোৎশক অমা লৈ মহায়রবদি, নিংথৌগী মাঙ্দা, নিংথৌবু লৈশিলৈথোন্দুনা লৈতবা গুণমক্ত শক্লবা, য়াকায়রোল শক্লিবা ভাটকবি ( বন্দি ) শিংন নিংথৌবু 'অজর অমরনি' হায়জিল্লিবহুসু অচুম্বা ওইবা তাই। ( হায়রিবসিগী মন্নংগী অর্থদি,— নিংথৌগী মশাদা লৈতবা গুণমক্তা, নিংথৌনা চান্নবা হয়াউনবা হায়জিন্বহুগুম্না, আত্ম হায়বহুগী অস্তিত্ব ( লৈব ) গী প্রমাণ পীরিবা শাস্ত্রশিংগী প্রমাণ, যুক্তি ময়াম অহুবু হায়জিহ্ননি, অসিনি। ) অনা অয়েক্ লৈত্রিবা হক্চাং অসিবুনি অজর অমর হায়রিবসি। হৌজিক হৌজিক ফংলিবা হুংঙাইবা বৈভবসিবুনি স্বর্গ হায়রহুনা। স্বর্গ নরক, আত্মা করিমত্তা লৈতে। ফজনবা হায়জিহ্ননি॥২৫॥ হকচাংসিদগী তোঙান্বা আত্মা হায়বা অমা লৈ হায়বসিবু চুম্মিদ্রা হায়না চিংনবা ( সন্দেহ ) থর পোক্লকপা মতমদা শাস্ত্রগী প্রমাণনা অমদি অনুমাননা লৈ হায়না সিদ্ধান্ত পীবা তাররবদি অনুমান অহুগী মশাদা জ্ঞাপকহেতু অমা পীবা তাই। হায়বদি অসিগুম্বনি হায়হুনা দোষ য়াওদবা প্রমাণ থুদম্ অমা পীবা তাই। অহুসু ওইথোক্তবনি। অনুমান ওইনা লোকব্যবহারদা থবক তৌবা হায়বসিসু ওইথোক্তবনি॥২৬॥ অনুমান অমসুং আগম অনীসিগী প্রমাণগী মরুদি— প্রত্যক্ষ ( মীৎমক্না উবা ) হায়বা অহুত্তননি। আগম নত্রগা অনুমান অহুনা প্রত্যক্ষ-অনুভব বাদদা বিরুদ্ধ ওইরবদি আগম অনুমান অনী অহু করিসু কান্নদ্রবা পোৎশক্নি, অরেম্বনি। অদুগুম্বা অনীসিগী উাক্তবু লৌবসিমক ঈচুম চুমদবনি, লৌকম থোক্তে॥২৭॥ করিগুম্বা মকম অমদা থঙদে অমদা, ঈশ্বরগী নত্রগা আত্মা

রেতো বটকণীকায়াং ঘৃতপাকাধিবাসনম্। জাতিঃ স্মৃতিরয়স্কান্তঃ সূর্যকান্তোঽম্বুভক্ষণম্ ।২৭॥

হায়বহুগী অস্তিত্ব ( লৈবা ) গী প্রমাণ পীবা ভাবরবদি, অদুগা আত্মা নত্রগা ঈশ্বরহু অদৃষ্ট ( উদবা ) নিবু হায়রবসু ভাবনানা ভাবনা কংবনিবু হায়রবসু, অনীমক ব্যর্থনি, অর্থ কৱিমতা য়াওদবা রানি। .... অসুম হায়না নাস্তিকশিংনা জীবাত্মাগী, ঈশ্বরগী সত্তাবু খণ্ডন তৌই। মথোয়গী মতদা হকচাং অসিদগী তোঙান্বা আত্মা হায়বা ঈশ্বর হায়বা অমা লৈতে .. অসুম্না মথোয়গী সিদ্ধান্ত অমা চেংনা লৈগ্রবনি ॥২৮॥ মথোয়না হায়রি,— বটপাম্বীগী মরূদা তুদা পইরক উরকদবা, মনা, মপাল, মহৈ, মরূ, মউ-অসিনচিংবা পীক্লা লোৎতুনা থংপুংনা লৈবহুগুম্না, অতুগা শম্বীনা চারিবা নাপী শজীক্ অদুগী মশাদা ঘী শঙ্গোম্নচিংবনা থংপুংনা লৈরম্বদগী চোং থোরকপহুগুম্না। অতুগা চীদাক মনা মশীং কয়া কয়ান থোক্লগা নত্রগা শুগাই তকথায়তুনা য়াম্লশিল্লগা মাতুদগী রসায়নশক্তি অনৌবা কোকহনবগী শক্তি পোক্লকপহুগুম্না, গর্ভাশয়দা চঙখ্রিবা বীর্য্যদুগী মনুংদা পীক্লা থংপুংনা লৈবম্বা হকচাং ইন্দ্রিয় চেতনাশক্তিনচিংবা, অতুগা জ্ঞান বিজ্ঞানগী শক্তি পুম্বা মথং মথং চোংথোক্লকপান। অসি নত্রনা জাতি স্মৃতি, অয়স্কান্তমণি, সূর্য্যকান্তমণি, চন্দ্রকান্তমণিনচিংবনা তৌরিবা, অদুগা বড়বানল কৌবা মৈনা সমুদ্রগী ঈশিংবু চুপ্শিনবা থকপা... অসিনচিংবা খুদমসু হকচাং সিদনী তোঙান্বা চৈতন্য ( জ্ঞান ) গী অস্তিত্বংবু সিদ্ধ থক তৌবা য়ারোই ॥২৯॥ *

* 'জাতি' হায়বাদ জন্ম ( পোকপা ) হায়বনি। চিনি অঙাংবা, রাইকুপ অসিনচিংবা মচাক কয়া কয়ানা য়ুবু শুংলগা, মচাকশিং অদুগী দ্রব্যগুণ অদুদগী তোপ্ তোপ্না বিলক্ষণ ওইবা মহাও, নেশাকাবা, অকনবা মনম্, মথাইকাহনা ভাওহনবগী শক্তি অমা থোরকপহুগুম্না— মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, আকাশ, লৈপাক্ মঙা অসিগী সংযোগতগী থোক্খ্রিবা ওইখ্রবা হকচাং অসিদা জীবচৈতন্য ( নং ঐ মা হায়বগী জ্ঞান ) অদু মরাইনা অদুম্ ওইজরকপনি। অশিবা, কবিমতা থংজদবা পুক্নী হায়বসিদগী অচৎবা অংহংবা স্মৃতি ( নীংশিংবা ) চিংবা অসিদি মশানা অদুম্ থোকচরকপহুগুম্না অশিবা হকচাং অসিদা অচৎবা অতিবা চৈতন্য ( অক ফক খণ্ডনবগী জ্ঞান ) জীব হায়বত্রু হকচাং নশাদগী অদুম্ শুস্তোকচথিবনি। অয়স্কান্তমণ ( যেচচবী ) না অশিবা পোংশক্ অমা ওইরবসু য়োংপু চিংশিন্বহুগুম্না, অশিবা হকচা অসিনসু ইন্দ্রিয়শিংবু লেংহন্-ওংহন্বা, থামজিন্-লোইশিন্বা অদুম্ মতৌই। অদুনা, থবকশিং অসি তৌবিনবা, হকচাংদগী তোঙান্বা আত্মা হায়বা অমা লৈ হায়না অনুমান তৌবগী কবিমতা প্রযোজন ( দরকার ) লৈতে। সূর্য্যকান্তমণি হায়বসি মশামক্ য়াম্না ঈংবা পোংশক অমা ওইরবসু নুমিংকী মঙাল্ ( নুশা ) গা তিম্নবদগী চাকুংথোক্পা ওম্বগী শক্তি অদুম মশাদা ওইজরকই। মতৌ অদুগুম্না বীর্য্য হায়বসি মশানা য়াম্না ঈংলবসু রস অমদি রক্ত ( ঈ ) গী সংযোগতগী মশানা নাওয়োমগী লৈ ( অশাবা ) অদুম ওইজখিবহুগুম্না, অদুগা অঙৌবা ঈশিংদগী পোকচবা বড়বানল কৌবা মৈহুনা সমুদ্রগী ঈশিংবু চিংশিন্-থকচিন্বহুগুম্না বীর্য্যদগী ওইবা পোকচথিবা হকচাং অসিনা মশানা বীর্য্য অদুবু অমুক পত্রনা অতোপ্পা দেহ অমা অমুক শেমজ ওইজখিবনি। অদুনা হকচাংশিবু লেংহন ওংহন্নবা, তাতন্নবা, রা ভাংহন্নবা হকচাং অসিদগী তোঙানবা আত্মা হায়বা অমা লৈ হায়না থনবগী প্রয়োজন

প্রেতীভূতস্যোঽত্যয়শ্চৈব দেবতাদ্যপযাচনম্। মৃতে কর্মনিবৃত্তিশ্চ প্রমাণমিতি নিশ্চয়ঃ ॥৩০॥

অসুম ওইবা নাস্তিকশিংগী মত— নাস্তিকবাদবু মতৌ অসুম্না খণ্ডন তৌরি,— অশিবা, শিবতসু ডায়-রিবা হকচাংদা চৈতন্য ( চেতনাশক্তি ) লৈতে, লৈবা উদে। অসিমক্তনসু হকচাংদগী তোঙান্বা আত্মাবু অমবু কৌরবসু কব্রিগুম্বা পোংশক অমদি লৈ হায়বাসগী প্রমাণনি। চেতনাশক্তিনা দেহগী ধর্ম্মনি, আত্মাগী নত্তে, হায়রবদি মৃতদেহদা চেতনাশক্তি করিগী লৈত্রি? দেহদি অতুম মরৈরি। শিরবা তুংদা মতম খবদংদি হক্চাং ( দেহ অসি লৈরি, মাসিদা চেতনাশক্তি লৈতে। কৌবা তাদে, শোকপা খঙদে, কক্থংলব-কাওবা চৈনা ( যন্ত্রনা ) খাঙবা উদে। মরম অদুনা চেতনাশক্তিগী মশক ওইবা আত্মা হায়বা অমা হকচাং অসিদগী তোঙান্না লৈ। নাস্তিক মখোয় মশামকসু নারবা কান্দা অনাবক্ত কোক্কনবা হীদাক লাংথক তৌরি, মাইবা কৌরি, তান্ত্রিকশাস্ত্রগী মতু ইন্না জপ তৌরি, মন্ত্র শোল্লি, দেবতা অতৈ অতৈগী পূজা আরাধনাসু তৌনরি। মন্ত্রনচিবা শোল্লিনত্তু কনানা তানবনো? দেবতা অদু করিনো? কনানো? দেবতা অদুনা পাঞ্চভৌতিক ওইরবাদ চক্ষু ফিনাচংবনা প্রত্যক্ষ ওইনা লৈরিবা উরিবাসগুম্না উফম থোকই। দেবতা মহাক অদুদি ভৌতিক দেহ অসিদগী তোঙানি হায়রবদি চেতনাশক্তি নত্রগা শক্তিধারী অমা লৈ হায়বত্তাদ মশানা অতুম তারে। মরম অদুনা হকচাংসিদগী তোঙাম্বা আত্মা হায়বা শক্তিমান্ অমা লৈরি। অনুভব অসি মশামক প্রত্যক্ষনি। হকচাংসমক অত্মা হৌন হায়বদি প্রত্যক্ষ অনুভবকী বিরুদ্ধনি। হকচাংনা মত ওইরবদা আত্মাসু মত অতুম্

আবশ্যকতা—দেশান্তর কারণতা লৈতে। অসুম্না চার্ব্বাকনা, অদুগা মাগী মতচংপা নাস্তিকশিংনা জীবগী, আত্মাগী, পরমাত্মাগী অমদি ঈশ্বরগী সত্তা ( লৈব ) দা কন্না প্রতিবাদ তৌই। হকচাং মশানা মথক্কী খুদমশিং অসিগী মতৌগুম্না অদু হায়বদু ওইর্কখিদুনা হকচাং আসবু লৈদা খাদোকখিবা, ফুনদুনা লৈপাক্ ওনথরবদা অতোপ্পা হকচা অমদা চোংশিল্লুনবা, পূর্বজন্ম পরজন্ম ওইরুনবা অত্মা অসি কদায়দগী লাকনি? 'ভস্মী-ভূতস্য দেহস্য পুনরাগমনং কুতঃ?' — আত্মা ওইরম্বা হকচাংসিনা উং ওইখবদা কদায়দগী অমমুক্ লাকনি? পাপ পুণ্য হায়বগী ধারণাসি অরেপ্পান, অন্ধবিশ্বাসনি অসিনচিবাস নাস্তিকশিংনা হায়রি। অনুমান-প্রমাণ, শব্দ প্রমাণ, প্রত্যক্ষ প্রমাণ হায়রিবা প্রমাণ মথল অহুম অসিগী মসুংদা নাস্তিকশিংনা মতম অয়াম্বদা প্রত্যক্ষ প্রমাণতবু চু-পাম্নবগুম পায়। মখোয়গী মততা বেদগী, স্মৃতিগী, কর্ম্মকাণ্ডগী শ্রাদ্ধকর্ম্মনচিবা তৌবগী, প্রেত-লোককী বিচাব, ইহলোক পরলোকক্কী বিচারনচিংবা কাবমতা লৈতে। পাপ পুণ্য য়েংদনা ইন্দক্কী মপোক-সিদা মুংঙাইহৌরগা লোইরে, হায়বসি মখোযগী মতনি। রাবণ কংসনচিংবসি অধর্ম্মা মাসিগী ধারণাসি পুবা নাস্তিকমক্তনি। 'লৈবা লৈতবা" হায়বা অনীসি মখোয়না প্রত্যক্ষ ওইবা পোওদা শীঁজিন্নৈ। অদু ওইরবদি মৈ ঈশিংনচিংবা চপ্‌মান্নবা পোংশক্‌শিংনা ওইজখিবা হকচাংগী মংগল পুনশিন শাংবা তেনবা অমত্তা মান্নত্রিবসিদি করিগীনো? হাযবা আসিনচিবা প্রশ্নশিং লাকপদা মখোয়াদ খরা হত্তক তৌনা লৈ। শিবদা ডাযরিবা মৈ ঈশিং লৈপক্ নচিবা রাত্তনা লৈরিবা নতদেহনা কেংঙত্রিবাসিগী মরম করিগীনো? হায়না হংবা মতমদা মখোয় খরা হঞ্জানবা লৈ। ২৯। (কালাচাঁদ)

নচৈতে হেতবঃ সন্তি যে কেচিন্মূর্ত্তিসংস্থিতাঃ। অমূর্ত্তস্য হি মূর্ত্তেন সামান্যং নোপপদ্যতে ॥৩১॥
অবিদ্যা কর্ম্ম তৃষ্ণা চ কেচিদাহুঃ পুনর্ভবে। কারণং লোভমোহৌ তু দোষাণাং তু নিষেবণম্ ॥৩২॥
অবিদ্যাং ক্ষেত্রমাহুর্হি কর্ম্ম বীজং তথা কৃতম্। তৃষ্ণা সংজননং স্নেহ এষ তেষাং পুনর্ভবঃ ॥৩৩॥
তস্মিন্ গূঢ়ে চ দগ্ধে চ চিত্তে মরণধর্ম্মিণি। অন্যোঽস্মাজ্জায়তে দেহস্তমাহুঃ সত্ত্বসংক্ষয়ম্ ॥৩৪॥

মওইশ্রবনি হায়রবদি— মহাত্মা তৌবা তৌরম্বমখৈস্ম মতম থেকই। অদু ওইরবদি— অমকত্ত কর্ম্ম শিংগী মহৈবু ভোগ তৌননবা কনা অমতা লৈবিহৌররোই। অদুগা হকচাং মাগী উৎপত্তি ( ওইরকপা— থোরকপগা লোয়ন লোয়ননা, ঈতৌ তৌখিদবা কমগী মহৈবু ভোগ তৌবা তাবা হায়বা ওইথোক্কবা রখল অমা থন্বা তাবক্কি। পূন্নমক অসি নৈনরুবদগী দেহসিদগী তোঙান্বা আত্মা হায়বা পোৎশক অমা লৈ, হায়বসি মশানা অদুম্ তাক্লবে। ( ময়াম্ অসি শ্লোক অসিগী মশাদা লৈবম্বা অর্থ মক্কনি। শব্দ য়ৈন য়ৈনা-হন্বা অর্থতনদি ভাবতাবা রারনি হায়দুনা ব্যাখ্যানুবাদ তৌবনি। ) ॥৩০॥

আত্মা হায়বা, হকচাংসিদগী তোঙান্বা পোৎশক অমতা লৈতে হায়বসিগী, হেতু কারণগী মশক ওইবা খুদমশিং থরা নাস্তিকশিংনা পীগ্রবশিং অদুস্ম মৃত ওইবা পোৎশক চাক্কনা পী। মথোয়গী মতদা,, মাসিদগী করি সিদ্ধান্ত তাবগে হায়বদু অশিবা ( মৃত ) দগী, অশিবা ( মৃত ) পোক্ই হায়মসনি। অদুনদি শীৎ ( উ ) দগী মৈ থোকই হায়বসি হায়বা যাবা তারক্কি শীৎস্ম অশিবনি, মৈস্ম অশিবনি। পঞ্চভূততগী আত্মানা পোকচয়কপা তারবদি হায়বদি অশিবা ( মৃত ) দগী আহংবা পোকপা তারবদি পৃথিবী ( লপাক ) ঈশিংনচিংবা ভূতাশংদগী আকাশস্ম পোকপা য়াবা তারক্কি , মাদুদি অসম্ভবনি— ওইথোক্কবনি। আত্মানা অমূর্ত্ত পদার্থনি, অদুগা দেহনা মূর্ত্তনি। অদুনা অমূর্ত্তবু মূর্ত্তগা অদ্ধা' ওই হায়বা নত্রগা মূর্ত্ত ওইবা পঞ্চ-ভূততগী অমূর্ত্ত ওইবা চৈতন্য ( সচেতন পদার্থ ) পোকও হায়বা অসিদি করিগুম্বদস্ম য়াবা পোং নত্তে। অশিবা ( মৃত ) ময়ামগী অমনা অমগী সংযোগতগী অমৃত পোক্লকই হায়বসিমস্ম ওইথোক্কবনি ॥৩১॥ নাস্তিকমী থরনা— অবিদ্যা, কর্ম্ম, তৃষ্ণ ( থোরা বা ), লোভ ( অপাম্বা ), মোহ ( শুম্মৎপা ) অসিনচিংবা দোষশিং অসিবু সেবন তৌরুবনা পুনর্জন্মগী হেতু কারণনি অসুম্না হায় ॥৩২॥ নাস্তিকবাদীশিংগী মত মতুংইন্না লৈরিবা পুনর্জন্মগী মওং অসি অসিনি, মাদুদি ক্ষেত্র ( শরীর ) হায়বদু অবিদ্যা ( অজ্ঞান ) অসিনি। পূর্ব্বজন্ম কয়াদা তৌখিবা কর্ম্মশিং অদুনা ক্ষেত্র অসদা হুম্রনবা বীজ ( মরু ) নি। অদুনা তৃষ্ণা থোরাংবা ) হারবসিনা ময়োল চোংহন্বা স্নেহ হায়বদি ঈশিং অদুনি। মাসি নাস্তিকশিংগী পুনর্জন্ম ওইবগী মওং অমদি হেতু কারণনি ॥৩৩॥ নাস্তিকশিংনা অসুম্না অমুক হায়রি,— অবিদ্যা * কর্ম্ম, তৃষ্ণানচিংবা পুনর্জন্মগী হেতুকারণ

* মপানগী অশিবা দেহ ময়ান অসিনা মপানি মচানি, ফজবনি ফজদবনি য়েক্রবনি মরাপ্নিহাম্বনা আম্না থগ্নরিবা খণ্ডনরিবসিনি অবিদ্যা হায়বাদ। বিদ্যা হায়বদি খণ্ডনবা খুৎলায় অমদি "খণ্ডবা" হায়বনি। আম্না খণ্ডবা অদুগা ঈখণ্ড্ খণ্ড দবনা অবিদ্যা ( বিদ্যা নত্তবা ) কৌবতনি। সংসারগী জীব পুম্বা অবিদ্যা ( মায়া ) অসিদা লুপ্তুনা লৈরিবনি। ঈনং নওববু মানি, অদুনি, হায়না খণ্ডিবসিমক অবিদ্যা মায়া হায়রবনি। ( কালাচাঁদ )

যদা স্বরূপতশ্চান্যো জাতিতঃ শ্রুততোঽর্থতঃ। কথমস্মিন্ স ইত্যেবং সর্ব্বং বা স্যাদসংহিতম্ ॥৩৫॥
এবং সতি চ কা প্রীতির্দানবিদ্যাতপোবলৈঃ। যদন্যাচরিতং কর্ম্ম সর্ব্বমন্যঃ প্রপদ্যতে।৩৬।
অপি হ্যয়মিহৈবান্যৈঃ প্রাকৃতৈর্দুঃখিতো ভবেৎ। সুখিতো দুঃখিতো বাপি দৃশ্যাদৃশ্যবিনির্ণয়ঃ ॥৩৭॥

( মরম মচাক ) ময়াম অসি সুষুপ্তি অবস্থাদা অমদি প্রলয়দা, সংস্কারগী মশক ওইনা য়াম্না পীক্না থুপ্না লৈ। মখোয় অসি লৈনা লৈনা শিবনা মশাগী ধর্ম্ম ওইহনা লৈজরবা হকচাং অসিনা তূমথ্র-মাঙথ্রবস্থ মতমহুদা হকচাংহুদা থুপ্তুনা লৈরম্বা অবিদ্যানচিংবহুদি লৈরিবনিনা; মখোয়হুনা হেতু-কারণ, উপাদান-কারণ ( মচাক মরম ) ওইহনা অতোপ্পা হকচাং অমমুক পোকই। জ্ঞানগী শক্তিনা পোক্লকপা ,মতমদা অবিদ্যানচিংবা দোষশিং অহু জ্ঞানগী মৈহুদা চাকখি। অহুনা পুনর্জন্মগী মচাক ওইগদবা মখোয়না লোইনা উফুল ওইথ্রবনিনা পুনর্জন্ম অমুক ওইদ্রে ফংদ্রে। মতমহুদা সত্ত্ব ( বুদ্ধি – চেতনা ) অহু ক্ষয় ( মুংপা—মাঙবা ) গী মশক ওইবা মোক্ষ ( মুক্তি ) হায়বহু ফংখি ॥৩৪॥ নাস্তিকশিংনা হায়রিবা পীরিবা মত অসি আস্তিকশিংনা অসুম হায়না মরম পীরি,— ক্ষণিক বিজ্ঞানবাদীশিংগী মত অমদি সিদ্ধান্তগী মতুং ইন্না জীব অমদি হকচাং অনীসি ক্ষণিকনি হায়বা মতমদা, ক্ষণ ( মীৎকূপ ) অমগী মমাঙদা লৈরম্বা হকচাং অতুদগী মথংগী মীৎকুপ্তা লৈরক্লবা হকচাংগী মশক. জাতি, ধর্ম্ম অহুগা হকচাংনচিংবসি লৈবা— থম্বগী প্রয়োজন অসি পুন্নমক দৃষ্টি দৃষ্টিশিংদা তোঙাল্লি। হায়বদি হৌজিক হৌজিক মীৎকূপ অসিদা উরিবা হকচাং অসি মীৎকূপ অমগী মমাঙদা লৈরম্বা হকচাংহুদগী তোঙাল্লি। মীৎকূপ অমগী মমাঙদা লৈরম্বী শীজিন্নরম্বী দৃষ্টি ( মীৎকম— মীৎয়েং ) অহুস্থ মীৎকূপ অহুগী মতুংদা লাকপা মীৎকূপ অসিদা লৈরিবী দৃষ্টিদগী তোঙাল্লি। অসিগুম্বা ক্ষণিকবাদ অসিগী মতুংইন্না "মাসি ঙসাইগীহুনি" হায়দুনা নীঙশিংনরিবসি নীঙশিংকম থোক্তবনি। নত্রগা ভোগ, মোক্ষ অসিনচিংবসি ইচ্ছা ঈয়াও য়াওদনা হায়বদি ফংগে চাগে: উগে হায়বা ইচ্ছা অসি পোকত্রিঙৈনা, ঈখঙ খঙতৌদনা ফংবনি হায়না হায়বা তারক্লবনি। অসুম্না হায়বা তারক্লবদি, মোক্ষনু পাম্লম্বা, ইচ্ছা তৌরম্বা মীশক্না অমনি, অহুগা হৌজিক্কী মীৎকুপ্তা ভোগবু ফংলিবা অহু মীশক অসিনা মীশক অতোপ্পা অমনি হায়নস্থ হায়ব তারক্লি ॥৩৫॥ অসিমক য়াবা তারবদি—চুম্মি হায়বা তারবদি, দান, বিদ্যা, তপস্যা. হকচাংগী পাঙ্গল অসিনচিংবসিনা কনাগী মকমদা কন্নম্না অপেনবা—ওহাক সুংঙাইজবগী বিষয় ওইগদৌরিবনো ? করিননো হায়বদা দান তৌরিবা মীশক অহুগা, দান তৌরবা ভুংদা মহৈ ফংলিবা মীশক অহুগা, মীশক অমম্ম ওইবা তারবনিনা মীৎকূপ অমগী মমাঙদা লৈরম্বা দান তৌরম্বনা ফংজগদৌবা মহৈ অহু অতোপ্পা অমদা পীথোকপা তারি। পীদ্রবস্থ অতোপ্পহুনা লৌখিবা ফংখিবা তারি। অহুনদি পাপ-পুণ্যগী কর্ম্মদি অমনা তৌরগা, মহৈ ফংখিবনা অতোপ্পা অমনা ফংখিবনি হায়বা তারক্লে ॥৩৬॥ "থবক তৌবা মতমদা লৈরম্বনা মীশক অমনি, হায়বদি মহৈ ফংগদ্রা ফংলোইদ্রা হায়না য়ারম্বনা মীশক অমনি, মতমস্থ অহুনি। অহুগা হৌজিক থবক মহৈ য়ান্দুনা— ফংহুনা সুংঙাইজরবা মীশক অমা ওই-রক্লবনি তোঙাল্লবনি। মাহুনি ঐখোয়না পামজদ্রিবা মতস্থ। য়েংলিবহুদি ঐখোয়গী ইষ্টপত্তিনি হায়বদি ঐখোয়না হায়হন্নীংবস্থ মাহু য়াক্লি।" অহুম্না নাস্তিকশিংনা হায়রক্লবদি মহৈয়দা হয়গদবা হায়রবু— 'যায়া, নখেয়্না

তথাহি মৃতদেহস্থাঃ শরীরং তৎ পুনর্ভবেৎ। পৃথগ্‌জ্ঞানং মনস্যচ্চ যেনৈতন্নোপপদ্যতে ॥৩৮॥

ঋতুসংবৎসরৌ তিথ্যঃ শীতোষ্ণে২থ প্রিয়াপ্রিয়ে। যথাতীতানি পশ্যন্তি তাদৃশঃ সত্ত্বসংক্ষয়ঃ ॥৩৯॥

জরয়াভিপরীতস্য মৃত্যুনা চ বিনাশিনা। দুর্বলং দুর্বলং পূর্বং গৃহস্যেব বিনশ্যতি ॥৪০॥

---

অদুম্ন হায়রবদি মপোক্ অসিদা হায়বদি জগৎ অসিদা দেবদত্ত কৌবা নিপা অসিনা, দেবদত্ত কৌবা অতোপ্পা অমনা তৌবা কত্তবা কর্ম্মগী মহৈ অদু ৎবা য়ারি। অতোপ্পা অমনা তৌবা অধ্বা কর্মগী মহৈচু অতোপ্পা মা নত্তবা অমনা ভোগ তৌদুনা চুংভাইবা য়ারি। কর্মকর্ত্তানা অমা, ফলভোক্তানা অমা ওইবা তারি। অদুনদি কনাগুম্বা অমগী কমনা অতোপ্পা কনাগুম্বা অমবু অরাবা ও ভাইবা পীবা ঙম্বা তারে। অদুনদি— প্রত্যক্ষ ওইবতা পাম্বা নাস্তিক নখোয়গী অউবা উদবা হায়বদুগী লেপ্পবক্পদা, মাস নখোয়না হায়বা তারবনি, মাদুদি— অহানবা মীৎকুপ্তা উবসি, মথং অনীশুবা মীৎকুপ্তা তদৃশ্য ওইরে— উরে। অদুগা অহানবা মীৎকুপ্তা উরমদবদুনা মথং অনীশুবা মীৎকুপ্ত দৃশ্য ওইরে— উরে। অসুম্না হায়বা তারক্লবনি। ( ময়াম অসি শ্লোক অসিগী ব্যাখ্যানুবাদনি। শব্দ শব্দগী অর্থ য়ৈনা হন্নবদা ভাব লৌবা রারান হায়বগীদমক্ ব্যাখ্যা তৌন তৌনা অনুবাদ তৌবনি ) ॥৩৭॥ মতাং অসিদা "দেবদত্তগী জ্ঞাননা যজ্ঞদত্তগী জ্ঞান ওইথিবা তারে হায়না নাস্তিকশিংনা আপত্তি তৌরিবদো লাক্লি। মরমদি দেবদত্তগী জ্ঞাননা অমনি, যজ্ঞদত্তগী জ্ঞাননা অমনি। সজাতীয় নত্তে, বিজাতীয়নি। কর্ম অমাদি কমফল হায়বসি সজাতীবিজ্ঞান ধারাতদা ওইরিবনি। অদুনা দেবদত্তগী কর্ম অমদি কমফল অদো দেবদত্তদতা ওইগদবনি। মরম অদুনা দেবদত্তনা তৌবা কমগী মহৈ অদো যজ্ঞদত্তনা থক্ ভোগ তৌবা যারোই। অদুনা আস্তিকশিংনা য়েংলিবসে লাক্লি।" অসুম হায়না নাস্তিকশিংনা য়েংলবদা আস্তিকশিংনা মখোয়দা হায়রি,— "মরে নাস্তিক নখোয়গী মতদা সজাতীয়নু হায়রবসু সাদৃশ্য হায়রবসু সজাতীয়-বিজ্ঞান হায়বা অমা পুথোরক্লিবসে— মাসিগী উপাদান কারণ ( মচাক্ ) করি করিনা ওই? অদুগা করিগুম্বা পূর্ব ক্ষণদা ( অহানবা মীৎকুপ্তা ) লৈরম্বা বিজ্ঞানদুনা মচাকনি হায়রবসু, মাদুনদুম্ হেন্না লাক্লে। করিনা হায়বদু— নখোয়গী মতদা অহানবা ক্ষণগী বিজ্ঞান অত্যাদ মাংথরবনি। অদুগা, অপূর্ব ক্ষণগী মাংদ্রবা বিজ্ঞান অদুনা মথংগী ক্ষণদা লাক্লদোরিবা বিজ্ঞানগী মচাক্লি হায়রবসু মাদুনা হেন্না থীনা লাক্লে। মরমদি কনাগুম্বা অমনা অতোপ্পা অমগী হকচাংবু য়োংশুক্লা থাদুনা হাংলবদি অশিবা দেহ অদুদগী অতোপ্পা হকচাং অমমুক্ চোংথোক্লকফম থোক্লে। মবম অদুনা নখোয়গী সজাতীয়-বিজ্ঞান হায়বা অমা পুথোক্লিবসে চুমদে দোষ লৈ। ( মাসি শ্লোক অসিগী ব্যাখ্যানুবাদনি ) ॥৩৮॥ ঋতু, সংবৎসর ( চহী ) যুগ, নীংথমথা, শুলাগথা, চাম্নবা চায়দবা নুংশিবা নুংশিদবা পুম্নমক অসে লাক্লম লাক্লম্নগা তেক তেক চৎথি, চৎথ্র চৎথ্রগা অমুক মুক লাকই। মাসি মী থুদিনা প্রত্যক্ষ ওইনবি—থজনরি। মতৌ অদুম্না, অরৈবমা মাংথিবা উথিদবগী মশক ওইবা মোক্ষ অদুসু লাক্লম্নগা তেক তেক থকথি। করিননো হায়রবু— হায়রিবা বিজ্ঞানধারা অসিদি অনন্তনি, মাসিগী লোইবা হায়বা লৈতে ॥৩৯॥ যুমগী অশোন্ অশোনবা শরূকনা হায়না হায়না কীন্থরকপা, তেন্নবপা, অদুগা মতুং মথং মথং কীন্থরদুনা পুম্নাং মাংথিবদুগুম্না বৃদ্ধাবস্থানা,

ইন্দ্রিয়াণি মনোবায়ুঃ শোণিতং মাংসমস্থি চ। আনুপূর্ব্ব্যা বিনশ্যন্তি স্বং ধাতুমুপযান্তি চ ॥৪১॥
লোকযাত্রা বিধানঞ্চ দানধর্ম্মফলাগমে। তদর্থং বেদশব্দাশ্চ ব্যবহারাশ্চ লৌকিকাঃ ॥৪২॥
ইতি সম্যঙ্ মনস্যেতে বহবঃ সন্তি হেতবঃ। এতদস্তীদমিতি চ ন কিঞ্চিৎ প্রতিদৃশ্যতে ॥৪৩॥
তেষাং বিমৃশতামেবং তৎ সমভিধাবতাম্। কচিন্নিবিশতে বুদ্ধিস্তত্র জীর্য্যতি বৃক্ষবৎ ॥৪৪॥
এবমর্থৈরনর্থৈশ্চ দুঃখিতাঃ সর্ব্বজন্তবঃ। আগমৈরপকৃষ্যন্তে হস্তিপৈর্হস্তিনো যথা ॥৪৫॥
অর্থাংস্তথাত্যন্তসুখাবহাংশ্চ লিপ্সন্ত এতে বহবো বিশুষ্কাঃ। মহত্তরং দুঃখমভিপ্রপন্না হিত্বামিষং মৃত্যুবশং প্রয়ান্তি ॥৪৬॥

সম্পূর্ণশরীরবু মাংঙনবা মৃত্যুনা আক্রমন তৌরক্লবা অঙ্গ ( কার্য্যাৎ ) শিংনা মথং মথং তেকথরক্লগা হায়বদি শোক্লরক্লগা নাংমদি সম্পূর্ণশরীর ( হকচাং মপুম ) অসি পুম্মাক মাংখি ॥৪০॥ ইন্দ্রিয়, পুক্কীং, প্রাণবায়ু, ঈ, শদোং, শরু, মখোয় অসি মথ মথং অতুম মাঙনরক্তুনা মাগী মগী আদিকারণ (তৌরকফম মচাক ) শিং অতুদা হেক হেক চংখি তিনখি ॥৪১॥ অতগা আত্মগী সত্তা ( লৈবা হায়বা ) তুবু মানিত্রবদি ( আত্মা হায়বা অমা লৈতে হায়ববদি ) লোকযাত্রা ( লোক-সমাজদা হিংনা জীবিকাবু পরিচালন তৌবা ) হায়বতুমা থক পাঙথোকপা য়াররোই। দানধর্ম, তপস্যা, যাগযজ্ঞনচিংবদা কনা অমত্তনা আংবা বিশ্বাস থম্মরগনোই। হায়রিবশি অসিদি আয়্ মাবু ঙ্গ পেলহনগে হুংঙাইহনগে হায়বগীদমক্তা তৌনরিবনি ॥৪২॥ *

অস্তুম তৌদুনা অমগংগা, পূর্ব পক্ষ উত্তরপক্ষ ( বাদী বিবাদী ) তর্কবিতর্ক তৌনতুনা শাস্ত্রার্থ তৌনতুনা অতম ভমদ তারবাসনাদি অত্মগী নৈংব লৈত্তবগী মরমদা লেপ্পবা কবিগুম্বা সিদ্ধান্ত অমতা উদি ॥৪৩॥ অতুম্না বিচার বিমর্শ তৌনতুনা তোংবাং তোঙাম্বা মত-সম্প্রদায়শিংগী মী কাংলুপ কাংলুপ্পা মানা মানা পাম্বা মত—ধারণাগী মংঘৈদা মীচঙ্ খোম খোমতুনা হোচ্চিন্নরি চেনশিন্নরি। অতুম্না চেনশিন্নরিবশিং অতুগী জ্ঞান বুদ্ধি অতুদি মফম অমত্তদা চংবি অত্তগা মফম অমতদা লেঙদনা লৈবা, অমদা হাইদোকপা ঙমদবা উপাম্বীগুম্বা, চৎপা লৈকবা মফমতুদা লেপক কংথুনা অতুম কংশিন লোইশিনখি ॥৪৪॥ মতৌ অতুম্না অর্থ ফংলবসু অনর্থ ( অমাঙবা ) ফংলবসু পাইবং জীবনা তাইবং মীনা দুঃখী ওইতুনদি অতুম মরৈ বনি। অতুগুম্বা সংসারগী বিষয়দা লুপ্পুনা লৈরবা, নামা লানবা ঙমদ্রবশিংবু, মাহুতনা শামু মথক্তা তোংলবা, ভাওরবা শামুদা শামুকাটী থাতুনা মথাপোলহনবতুগুম্বা, শাস্ত্রগী বচন উপদেশতনা চৎকদবা লম্বীদা চুম্না পুশিন বিরকই ॥৪৫॥ জ্ঞানগী রস করিমতা য়াওদ্রবা, কংলবা থম্মোয়না মখোয়গী ওইরবা মী অয়াম্বনা সংসারগী বিষয়শিং অসিংগী থন্দুনা ফংনিংতুনা লৈ। ফংনিংলিবতুদি থাইদগী হেন্না হুংঙাইবা পরমসুখ হায়বতুনি। অতুবু হুংঙাইবতু তম্বনা যংথ্রিবা অরাংশিংতুদি মশীং লাকঙমদবনি। খুদোংথীবা কয়া কয়া মায়োক্নাবা তাথ্রিবনি। অতুবু অরোইবদা বিষযভোগশিং অতুবু শিন্নফম থঙদনা থাদোক্লমতুনা চৎখি ॥৪৬॥

* আত্মা ( ঈশ্বর ) বু লৈতে হায়রিবা নাস্তিক অতনা আস্তিক মমান্নবা অমগী মতপু শাস্ত্রার্থদা খণ্ডন তৌরগা মমান্নবতুবু পরাজয় তৌরগা পেপ্পে হুংঙাইদ্রে। অতুগা পেল্লিবতুদি কনানো হায়বা খঙদে। শব্দ-ভান্ড, মাংসপিণ্ডসিনা পেনবা নত্তে। আত্মাননি। ( কালাচাঁদ )

বিনাশিনো হ্যধ্রুবজীবিতস্য কিং বন্ধুভির্মিত্রপরিগ্রহৈশ্চ। বিহায় যো গচ্ছতি সর্ব্বমেব ক্ষণেন গত্বা ন নিবর্ত্ততে চ ॥৪৭॥
ভূর্ব্যোমতোয়ানলবায়বোঽপি সদা শরীরং প্রতিপালয়ন্তি। ইতীদমালক্ষ্য রতিঃ কুতো ভবেৎ বিনাশিনোঽপ্যস্য ন শর্ম্ম বিদ্যতে ॥৪৮॥
ইদমনুপধিবাক্যমচ্ছলং পরমনিরাময়মাত্মসাক্ষিকম্। নরপতিরভিবীক্ষ্য বিস্মিতঃ পুনরনুযুক্তমিদং প্রচক্রমে ॥৪৯॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি
পঞ্চশিখবাক্যে পঞ্চদশাধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ ॥ ২১৫ ॥

—ঃ০ঃ—

নোংমগী মন্নুংদা মীংকুপ্পা ম'ঙথগদবা, অতুগা মহাক্সিনা কয়া কুইনা লৈগদৌরিবহুস্নু খঙ্দবা, অসি-গুম্বা অনিত্য ওইবা হকচাংসিবু কংলগা হক্চাংসিতগী শাগৈ নাতে বন্ধু-বান্ধব ওইশিন্নরিবা মখোয়শিং'হুনা অমুক্ কৈদৌনগদৌরি? মাসিবু মন্না খল্লগা মীংকুপ্পা বৈরাগ্যভাব থম্মোয়দা চঙঙক্কুমা বিষয়ভোগ থাদোক্-তুনা চৎথবা মহাক্ অতুদি মৃত্যুগী তুংদা স সারদা অমুবকহন্না চঙঙক্করে ॥৪৭॥ লৈপাক্, আকাশ, ঈশিং, মৈ, নুংশিৎ · মখোয়সিনা হকচাংসিবু মরম পূম্বদা কন্দুনা ভাক্কনা থম্লি। তৌরিবসিবু মুম্না কুপ্পা থম্নগা অতুগা খঙলগা হক্চাংসিগীদমক্তা অতৈ অতৈ বিষয়ভোগতা অতুক্ যাম্না আসক্তি থম্মুবগী কারি কান্নরি? নোংমা মীংকুপ্পা তুথগদবা, হকচাংসিনা করি লুংঙাইবা পীরমগদৌরিবনো? ॥৪৮॥ অরান্বা নমথাক্ করি-মত্তা য়াওখিদ্রবা, করিগুম্বা হীরমদা দোষগী মরীক্ অমত্তা য়াওখিদ্রবা, আত্মাবু সাক্ষাৎকার তৌরবা পঞ্চ-শিখগী রা অমদি পাউত্তাক্ অসি তাবদা নিংথৌ জনকগী থম্মোয়দা অঙকপা পোক্খি। অমুকহন্না হংগে হায়না থন্খি ॥৪৯॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা, শ্লোক লিশিং চাম না শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা,
মোক্ষধর্ম্ম পর্ব্বদা, পঞ্চশিখ-বাক্যগী মন্নুংদা,— পাথওথওন কৌবা
চনীগা--তরামঙাগুবা অধ্যায় লোইরে ॥ ২১৫ ॥

— ঃ(※)ঃ——

# মণিপুরী মহাভারত

## ( পঞ্চশিখনা জনক নিংথৌদা মোক্ষতত্ত্ব তাকপা। )

## ষোড়শাধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ।

## চনীগা তরাতরুকুণ্ডবা অধ্যায়।

—:():—

ভীষ্ম উবাচ।

জনকো জনদেবস্তু জ্ঞাপিতঃ পরমর্ষিণা। পুনরেবানুপপ্রচ্ছ সাম্পরায়ে ভবাভবৌ ॥১॥

জনক উবাচ।

ভগবন্ যদি ন প্রেত্য সংজ্ঞা ভবতি কস্যচিৎ। এবং সতি কিমজ্ঞানং জ্ঞানং বা কিং করিষ্যতি ॥২॥

সর্ব্বমুচ্ছেদনিষ্ঠং স্যাৎ পশ্য চৈতদ্ দ্বিজোত্তম। অপ্রমত্তঃ প্রমত্তো বা কিং বিশেষং করিষ্যতি ॥৩॥

অসংসর্গো হি ভূতেষু সংসর্গো বা বিনাশিষু। কস্মৈ ক্রিয়েত কল্প্যেত নিশ্চয়ঃ কোঽত্র তত্ত্বতঃ ॥৪॥

ভীষ্মনা হায়— নিংথৌ! মতৌ অসুম্না পঞ্চশিখনা জনকনিংথৌদা উপদেশ পীব্রবদা, জনতাগী মপু জনদেব জনকনিংথৌনা, শিরবা তুংদা, হায়বদি— হক্‌চাং অমা থাদোক্লবা তুংদা আত্মাগী সত্তা লৈব্রিবা মওং অবস্থানচিংবগী মরমদা অমুক্‌হন্না পঞ্চশিখ মহর্ষিদা হংখি ॥১॥ জনকনা হায়— ভগবন্! শিব্রবা হকচাং অসিদা করিগুম্বা চেতনা, চৈতন্য সংজ্ঞা অমতা লৈহৌদে হায়ব্রবদি জ্ঞান-অজ্ঞান হায়ব্রিবসিনা করি কাম্লনি? ॥ ॥ * ব্রাহ্মণ অথোইবা! য়েংবিয়ু, তাইবংমীগী সাধনা চেষ্টা ( নোম্বা, লেগুবা-ওৎপা, হোৎনবা ) অসি মৃত্যুগা লোয়ন-লোয়ননা অচুম্ মুৎপ্র মাণ্ডপ্রবনি। শিত্রিডৈগী মমাঙদা চোকপু চোকশিন্‌হৌদ্রবসু, মাসিদা করি মাঙবা তোংবা লৈ? ॥৩॥ † শিরবা মতুংদা জীবাত্মাসিগী মৈ, ঈশিংনচিংবা পঞ্চমহাভূতশিংসিগা মরী লৈন-

---

* জ্ঞান অজ্ঞান অনীমক জীবসিনা হকচাং মন্নুংদা লৈরিডৈদতনি। জীব মশামক জ্ঞান নত্তে, অজ্ঞানসু নত্তে হায়রি। জীবনা থাদোক্লম্লবা হকচাংদা জ্ঞানসু লৈত্রে, অজ্ঞানসু লৈত্রে। জীব এৈনা লাক্লিবসি অসি-দগীনি, অসিদা চৎলি, অসিদা লৈরে, হায়বচুসু হকচাংমনুংদা লৈত্রবনিনা খণ্ডবিনীঙ্গায় লৈত্রে। অদুনদি জ্ঞান হায়বনে অজ্ঞান হায়বনে অসিনা কৈদৌনগদৌরিবনো? হায়না জনকনা হংবনি।২।

† যাগ-যজ্ঞ, ধর্ম্ম কর্ম্ম, দান তীর্থভ্রমণনচিংবা তৌবগী করি কাম্নরি? তৌইহু মঙায়, তৌদেহু মঙায়; মাঙখিগদবা মরেরে। তৌই হায়চুনা কন্‌বা য়াগদবা নত্তে। নাস্তিকশিংগী মত লৌহ্না জনকনা মশাগী চিংনবা কোক্লনবা হংবনি।৩।

( কালাচাঁদ )

ভীষ্ম উবাচ।

তমসা হি প্রতিচ্ছন্নং বিভ্রান্তমিব চাতুরম্। পুনঃ প্রশময়ন্ বাক্যৈঃ কবিঃ পঞ্চশিখোঽব্রবীৎ। ৫।
উচ্ছেদনিষ্ঠা নেহাস্তি ভাবনিষ্ঠা ন বিদ্যতে। অয়ং হ্যপি সমাচারঃ শরীরেন্দ্রিয়চেতসাম্॥
বর্ত্তন্তে পৃথগন্যোন্যমপ্যপাশ্রিত্য কর্ম্মসু। ৬।
ধাতবঃ পঞ্চভূতেষু খং বায়ুর্জ্যোতিষো ধরা। তে স্বভাবেন তিষ্ঠন্তি বিযুজ্যন্তে স্বভাবতঃ।।৭॥
আকাশোবায়ুরূষ্মা চ স্নেহোযশ্চাপি পার্থিবঃ। এষ পঞ্চসমাহারঃ শরীরমপিনৈকধা।।৮॥
জ্ঞানমূষ্মা চ বায়ুশ্চ ত্রিবিধঃ কার্য্যসংগ্রহঃ। ইন্দ্রিয়াণীন্দ্রিয়ার্থশ্চ ধাবতশ্চাত্র নিঃসৃতাঃ।।৯॥
শ্রবণং স্পর্শনং জিহ্বা দৃষ্টির্নাসাতথৈব চ। ইন্দ্রিয়াণীতি পঞ্চৈতে চিত্তং পূর্ব্বংগতা গুণম্।১০॥
তত্র বিজ্ঞানসংযুক্তা বিবিধা চেতনা ধ্রুবা। সুখদুঃখেতি যামাহুরদুঃখাসুখেতি চ।।১১॥

---

রিবরা? লৈনদ্রবরা? লৈনরি হায়রবদি করিগীদমক্তনো? লৈনদ্রে হায়রবদি দেহ অমদা করিগী অমুক লৈনকরি? হায়রিবা চিংনরিবা বিষয় অসিদা মীমাংসা করিনো? নিশ্চয় করিনো? ॥৪॥

ভীষ্মনা হায়,— নিংথৌ! নিংথৌ জনককী বুদ্ধিহুনা অমম্বদা তাহুনা লৈবা, অদুগা শিরবা তুংদা জীবাত্মানা পুম্মাও মাঙখিবা য়ানা লৈ হায়না শেরাম্না খঙহুনা ররিবা অদুবু উবদা মহাজ্ঞানী মহাত্মা পঞ্চশিখনা নীঙথিবা অতপ্পা রাহৈনা অসুম্না হায়রকই ॥৫॥ নিংথৌ! শিরবা তুংদা হায়বদি— হকচাং অমা থাদোক্লবা তুংদা আত্মাগীদি করিম্ মাঙবা শিবা লৈতে। মশক্ মঙংদা হোংবা লৈতে। অদুগা প্রত্যক্ষ ওইনা মুমিংথুদিং উরিবা মপৈ অসে, মাপিদি হকচাং, ইন্দ্রিয়, পুক্নীং অদুমসিগী হকচাং কৌবা মপৈ অমা ওইনা লৈজবতনি। মখোয় অসি অমনা অমদগী তোঙাল্লবসু অমনা অমদগী আশ্রয় লৌহুনা তোঙাল তোঙান বা থবক্তা চঙলি ॥৬॥ থবারপান্ বশিংগী হকচাংদা মচাক্তী মতৌগুম্না আকাশ, বায়ু, অগ্নি, জল, পৃথিবী ( লৈপাক্ ) ধাতু মঙা অসি লৈ। মখোয় অসি মাগী মগী স্বভাবনা পুল্লপসু লৈ, তোথাহ তোথাইনসু লৈ ॥৭॥ হায়রিবা মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, আকাশ, লৈপাক্ তত্ত্ব মঙা অসিগী পুল্লপা অংচত্ত জীব কয়াগী হকচাং শাগৎখিবনি ॥৮॥ হকচাংগী মনুংদা জ্ঞান ( বুদ্ধি ), অশাবা ( চাকথাওদা লোবা মৈ ), নুংশিৎ ( প্রাণ বায়ু ), মখোয় অহুম অসিগী মপৈনা সংগ্রহ তৌবা সংগ্রহকর্ত্তানি। কাবননো হায়রবু— মখোয় অসিদগী ইন্দ্রিয়শিং, ইন্দ্রিয়গী বিষয়শিং, স্বভাব, চেতনা, পুক্নীং, থরায় ( প্রাণ ), অপান, বিকার খিবিক্ অদুগা ধাতু মখোয় ময়াম লোইনা পোক্খিবনি ॥৯॥ নাকোং, উনশা; লৈতোন্, মীৎ অদুগা নাতোল্ মখোয় মঙাসিনা জ্ঞানেন্দ্রিয়নি। রূপ-রস শব্দনাচিংবনা চিত্ত ( থম্মোয় ) গা লোয়ননা ইন্দ্রিয় মঙাদুগী বিষয় ওইরকই ॥১০॥ বিজ্ঞাননা তিন্বা চেতনা অসি থাজৈশেংনা মথল্ অঙ্কুম্নি। * হায়রিবা অহুম অসি অরাবা লৈতবী চেতনা,

---

* চেতনাবু অহুমথোক্না হায়খিবসিগী মরমদি,— রান্তকংগী, জ্ঞান তাকদবদগী, তুম্মুদনা মঙ্ মঙঙ্ বদগী জ্ঞান জারে মীকপ্ থোক্নে, হায়হুনা তাইবংপানগী বুদ্ধি ওইরে, পোংশক খুদিংমক ময়েক লানা উরে··· অসিনচিংবা হায়নরিবা জ্ঞান ( চেতনা ) অসি— (১ মুপানগী ওইদবা, কায়দবা রূপ রস গন্ধনচিংবা বিষয়শিংনা

শব্দঃ স্পর্শং চ রূপং চ রসোগন্ধশ্চ মূর্ত্তয়ঃ। এতে হ্যামরণাৎ পঞ্চ ষড়্গুণাজ্ঞানসিদ্ধয়ে।।১২।।

মুংঙাইবা লৈতবী চেতনা, অরাবগা মুংঙাইবগা য়ান্নবী চেতনা, হায়না কৌই ॥১১॥ আকাশ, মুংশিৎ, মৈ, লৈপাক্কী মথংশীৎসা ওইরবা,— শব্দ, স্পর্শ, রূপ, রস, গন্ধ মঙা অসিগা, অমুগা মখোয়সিনা থোক্হন্বা মাঙখিগদবা মূর্ত্তি নাইবা পোৎলমগা মখোয় তরুক অসিদি জীবনা হক্চাংদা লৈরিঙৈগী মতুংদা হায়বদি— মৃত্যু ওইদ্রিঙৈগী মমাঙ অতু ফাওবতা ইন্দ্রিয়দগী পোক্চবা জ্ঞানতগী সাধক ওইজবতনি। * মখোয়গা

---

পোকহনখিবনা (২) মাসি যোগীশিংগী মকমদদি কান্নদবা, থাদোকদবা ওইবগী মওংদা লৈবনা, অমুগা— (৩) থাদোক্ত্রবসু কান্নদবা অন্নান্বনিকো হায়না থৌশাদনা খন্দোকপা য়াবা, খদ্বোকদবা ওইবগী মওংদা লৈবনা— মরম অমুম চেতনাগী মশাদা লৈবনা অতমখোক্ থাখিবনি। "বিজ্ঞাননা তিন্বা" হায়বদি— মৈবু মৈমক্তি, ঈশিংবু ঈশিংমক্তি, মুংশিৎপু মুংশিৎমক্তি, অমুকহন্না আকাশগী মশক লৌপ্রগদবনিকো, মতম থরদং মৈ, ঈশিং ওইতুনা লৈশিন্নরিবনি, ঈশিং অসিনা লৈপাক ওন্থিগদবা ঙহাক্তা ঙান্নরে হায়না থন্দনা বৈজ্ঞানিকশিংনা, মৈ ঈশিং মুংশিৎনাচংবনা বিজ্ঞান পন্নিকরদা পুশিন্দুনা শীজিন্নরি। অমুগা মখোয়গী জ্ঞান ( বুদ্ধি—চেতনা ) আসবু "বিজ্ঞাননা তিন্বা চেতনা" হায়বতনি। অমুনা বিজ্ঞাননা শাবা পোৎশকমথৈ— মৈনা ঈশিং ওন্থিবগুম্, মীকুপ্তা কায়খি লৈথিদে, অনিত্য মক্তনি। অমুনা যোগীশিংনা বিজ্ঞানবু অজ্ঞান হায়নসু কৌনৈ। সংদাবগী কান্নদবা রূপ-রসনচিংবা বিষয় মশীং হেঙ্গংহনবতনা বিজ্ঞানগী মথৌনি। ( কালাচাঁদ )

* হায়রিবসিগী ভাবতি— ঈপাগী মশক্তি, ঈচাগী ঈস্গী মশক্তি ( রূপনি ) হায়না উনন্নিবসিদি ঈপাতুগী ঈচা ঈশূতুগী রূপ নত্তে; "মৈ" কৌবা মহাভূত মহাক্কীনি। নম্লিবা—কংলিবা মনম্ ( গন্ধ ) অমুসু ঈপা অমুগী ঈচা ঈশূতুগী মনম্ নত্তে লৈপাক্ ( মৃত্তিকা ) গীনি। অমুগা লৈপাক্তা হায়বদি হক্চাংদা লৈরিবা গন্ধ ঈশিং ( ঈ ) দা লৈরিবা রস অসিনচিংবমুসু জীবসিনা হকচাংদা লৈরিঙৈসি ফাওবতগীনি। জীব মহাক্তা হেক থোকথিবা হায়বদি মৃত্যুগী মতুংদা আকাশ বায়ুনচিংবদা লৈরম্মিবা শব্দ স্পর্শনচিংবা লৈরম্বমু অমতা লৈরব্রোইদৌবনি। অশিবা হকচাংদা শেংক্তা পায়রগা কল্লি থোংলি হায়বগী স্পর্শজ্ঞান অমা থঙলি লৈরিবমুদি পায়ন্নিবা অহিংবা শিন্দ্রিবা মহাক্তনা থঙজবান। শিরবা জীব য়াওজবা মানা থঙ্বা নত্তে। অমুনা মৃত্যুগী মতুংদা রূপ রসনচিংবা লৈত্রে। শিন্নিবা মী অমুনা শিন্দ্রিঙৈগী মমাঙ্দা— "ঐগী ঈশকনি, ঐগী রূপনি" হায়না উজরান্নবমু জীবাত্মা অমুনা হোঙলা চাউবা কৌরিবা দেহমুংদুদা লৈরিঙৈ অমুফাওবতনি। মাসিগী মতুংদা, হায়বদি জীবসিনা দেহমুংদা লৈরিঙৈদা, বৈজ্ঞানিকশিংনা মশা মথন্তা থোক্চরকপা রূপ রস অমুদা মতম থরদং মুংঙাইজহৌবনি। রূপ রস অমুনা অযুক্ অরাবা লাংতক্লবা পীরমগনি। কয়া জ্ঞানী ওইরবা বৈজ্ঞানিক অমনসু মহাক্তা রূপ অমা, রস অমা, শক্তি অমা থোক্হনগদবগী পুক্নীংচঙনা শেম্মি শান্নিঙৈ মতম অমুদা শান্নবসি কন্নিনো? শান্নিবা ঐসিমক্ কনানো? হায়তুনা আধ্যাত্মিক পন্নিকরদা চঙবা ঙমদে। অমুমক্তনা মানা শান্নিবা পোৎ অমু খূদক্তা কায়থিবনি।১২। ( কালাচাঁদ )

হেয়ু কর্ম্মবিসর্গশ্চ সর্ব্বতত্ত্বার্থনিশ্চয়ঃ। তমাহুঃ পরমং শুক্রং বুদ্ধিরিত্যব্যয়ং মহৎ ॥১৩॥
ইমং গুণসমাহারমাত্মভাবেন পশ্যতঃ। অসম্যগ্দর্শনৈর্দুঃখমনন্তং নোপশাম্যতি ॥১৪॥
অনাত্মেতি চ স দৃষ্টং তেনাহং ন সমেত্যপি। বর্ত্ততে কিমধিষ্ঠানাৎ প্রসক্তা দুঃখসংস্থিতিঃ ॥১৫॥
অত্র সম্যগ্বধো নাম ত্যাগশাস্ত্রমনুত্তমম্। শৃণু যৎ তব মোক্ষায় ভাষ্যমানং ভবিষ্যতি ॥১৬॥
ত্যাগ এব হি সর্ব্বেষাং যুক্তানামপি কর্ম্মণাম্। নিত্যং মিথ্যাবিনীতানাং ক্লেশো দুঃখবহো মতঃ ॥১৭॥
দ্রব্যত্যাগে তু কর্ম্মাণি ভোগত্যাগে ব্রতান্যপি। দুঃখত্যাগে তপো যোগং সর্ব্বত্যাগে সমাপনা ॥১৮॥
তস্য মার্গো সমবৈধঃ সর্ব্বত্যাগস্য দৃষ্টিশিতঃ। বিপ্রহাণায় দুঃখস্য দুর্গ ইত্যন্যথা ভবেৎ ॥১৯॥

ইন্দ্রিয়শিংগা সংযোগ ওইবতগী তোঙাল্ তোঙান্বা জ্ঞান পোক্পনি ॥১০॥ মীৎ, নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয়শিং অসিগী মমুংদা মখোয়গী রূপ শব্দনচিংবা বিষয়শিং অতু যজ্ঞ তৌথোক্লবদি, হায়বদি বিসর্জন তৌরবদি—থাজৈশেংবা মোক্ষ ( মুক্তি ) হায়বনু ওই। হায়রিবা জ্ঞান অসিদি ভসাই হায়ব্রিবা বিজ্ঞানচেতনা হায়বনুদগী য়াম্না য়াংনা মথক্ কানা, মঙোন্দগী হেন্বা য়াওব্রবা জ্ঞান অমা ওইনা লৈব্রবনি। অসিগুম্বা জ্ঞানদি—অবিনাশীনি, অমাঙ অতা লৈত্রবনি, মশক্ হোংবা লৈত্রবনি। জ্ঞান অসিবুনি ব্রহ্মপদ ( ব্রহ্মপদ গী—ব্রহ্ম-ধাম ) হায়রিবনি ॥১৩॥ রূপ রসননিংবা গুণশিং অসিতগী মপৈ ( পিণ্ড ) গী মশক্ ওইরবা হকচাংসিবু আত্মা ( ঐ ) হায়না খল্লিবা, হকচাংসিদগী তোঙাম্বা আত্মা হায়বা অমা লৈত্রে হায়না খঙরিবা মখোয়দুদি মখোয়দা লৈরিবা অজ্ঞানহুমক্লা ( মিথ্যাজ্ঞানহুমক্লা ) ওমখৈ লৈতনা অরাবা থুদেংথীবনু ফংঙি। মথং মথংগী পুন্নশিগী মতাংদা অঙৈংবা সুখ-শান্তি হায়বনু থক্ ফঙ্বা ওমদে ॥১৪॥ হায়রিবসিগী ওয়তৈনবদা অতুগুম্বা মখোয়দুগী মীৎয়েংদা, উরিবা জগৎ অসি অনাত্ম নি, আত্মা য়াওদবা জগৎনি হায়বদি হকচাংনি হায়না লেপ্প-রব্রা, মখোয়দুগীদি উরিবা জগৎ অসিদা নুংশিবা হায়বা করিমত্তা লৈতে। মতাং অসিদা নাস্তিকশিং অদুদা হংগদবদি, মখোয়দসু অরাবা মথং মথং, অরাবশিংদুনা করিগীদমক্তা চঙলক্লি? অসিনি। অদুগা মখোয়গী বাক্যশিং অদুগী আধার—তৃংনকম্না করিনা ওইহৌগদৌরি? ॥১৫॥ ঐ হৌজিক্ সাঙ্খ্যশাস্ত্রগী বর্ণন তৌগে, মাসিবু "সম্যগ্বধ" হায়নসু কৌই; হায়বদি থাজৈশেংবা য়া— পাঙ্খতাক্ হায়বনি। হায়রিবা সাঙ্খ্যশাস্ত্রসিনা ত্যাগ ( থাদোক্পা ) হায়বদুনা প্রধান ওইনা লৈ। মাদু ধ্যান তৌনা—থরায় য়াওনা তাও। মাসিগী উপদেশ অসিনা নিংথৌ নহাক্কী মফমদদি মুক্তি পীনহৈবা য়াগনি ॥১৬॥ মুক্তিপাম্বা মীনা তৌগদবদি কর্ম্ম পুম্নমক্কা অদুং ( ঐ হায়বা, ঐনা তৌরিবনি হায়বা ) গী য়াখল অসি থাদোকপা, অদুগা লোয়ন লোয়ননা ঐগীনি হায়বা, কর্ম্মদুদা হকচিন্না পামশিন্নবা, অদুনা কর্ম্মদুগী মহৈগী পাম্বসি থাদোক্পা অসনি। মখোয় অসিবুদি ত্যাগ তৌদনা শম দম-নচিংবগী সাধনাদা পুক্নীং চঙদুনা লৈজরগা য়াম্না জ্ঞান-তারবা মীনি হায়নসু আপত্তি তৌরি। মখোয়দুগুম্বজনা অরাবা মথং মথং ফংদুনা পুন্শি লেল্লি ॥১৭॥ দ্রব্যত্যাগকীদমক্ হায়বদি সনা লুপানচিংবা দ্রব্য ( পোৎ ) শিং অসিবু থাদোক্লবগীদমক্তা যজ্ঞ কৌবা কর্ম, অদুগা ভোগপু থাদোক্লনবগীদমক্ ব্রত কৌবা কর্ম্ম, হকচাংগী নুংঙাইবা থাদোক্লনবগীদমক্ তপস্যা কৌবা কর্ম্ম, অদুগা পুম্নমক্পু থাদোক্লবগীদমক্ যোগ কৌবা কর্ম্মবু তৌগদবনি হায়না শাস্ত্রশিংনা য়াথং ( উপদেশ ) পীরি ॥১৮॥ পুম্নমক্ থাদোক্পা হায়বসিনা

পঞ্চজ্ঞানেন্দ্রিয়াণ্যুক্তা মনঃ ষষ্ঠানি চেতসি। বলষষ্ঠানি বক্ষ্যামি পঞ্চকর্ম্মেন্দ্রিয়াণ্যপি।২০॥
হস্তৌ কর্ম্মেন্দ্রিয়ং জ্ঞেয়মথ পাদৌ গতীন্দ্রিয়ম্। প্রজননানন্দয়োঃ শেফো নিসর্গে পায়ুরিন্দ্রিয়ম্॥২১॥
বাক্ চ শব্দবিশেষার্থমিতি পঞ্চান্বিতং বিদুঃ। এবমেকাদশৈতানি বুদ্ধ্যাত্বশুবিসৃজেন্মনঃ॥২২॥
কর্ণৌ শব্দং চ চিত্তং চ ত্রয়ঃ শ্রবণসংগ্রহে। তথা স্পর্শে তথা রূপে তথৈব রসগন্ধয়োঃ॥২৩॥
এবং পঞ্চত্রিকা হ্যেতে গুণাস্তদুপলব্ধয়ে। যেনায়ং ত্রিবিধো ভাবঃ পর্য্যায়াৎ সমুপস্থিতঃ॥২৪॥
সাত্ত্বিকো রাজসশ্চাপি তামসশ্চাপি তে ত্রয়ঃ। ত্রিবিধা বেদনা যেষু প্রসৃতাঃ সর্ব্বসাধনাঃ॥২৫॥
প্রহর্ষঃ প্রীতিরানন্দঃ সুখং সংশান্তচিত্ততা। অকুতশ্চিৎ কুতশ্চিৎ বা চিন্তিতঃ সাত্ত্বিকো গুণঃ॥২৬॥
অতুষ্টিঃ পরিতাপশ্চ শোকো লোভস্তথাক্ষমা। লিঙ্গানি রজসস্তানি দৃশ্যন্তে হেত্বহেতুতঃ॥২৭॥

অরাবা পুম্নমক্ কোক্লনবগী লম্বীনি হায়না শাস্ত্রনা তাক্লি। হায়রিবশিংগী ওক্লতৈনবা তৌরবদি জীবনা অরাবা খুদোংথীবতা কংহুনা লৈবা তাই॥১৯॥ বুদ্ধিদা লৈরিবা পুক্নীংগা লোয়নবা জ্ঞানেন্দ্রিয় মঙাগী বর্ণন তৌরবা তুংদা কর্ম্মেন্দ্রিয় মঙাগী বর্ণন তৌগে। মঙা অসিগী শক্তি মঙাগী মথক্তা প্রাণশক্তি হায়বীসিনা তরুকশুবী শক্তিনি হায়রি॥২০॥ খুৎ অনীবু থবক্ তৌবা ইন্দ্রিয়নি হায়না খঙগদবনি। খোঙ্ অনীবু চৎননবগী থবক্ তৌবা ইন্দ্রিয়নি হায়না খঙ্গদবনি। লিঙ্গবু মচা পোক্লনবগী অত্তুগা নিপা-নুপী শম্ন থোংনবগী নুংঙাইবত্ত পীননবগী ইন্দ্রিয়নি হায়না খঙগদবনি। হকচাংনুংগী অমাংবা থাদোক্লনবগী ইন্দ্রিয়দি গুহ্যদ্বারনি হায়না খঙ্গদবনি॥২১॥ বাক্ ইন্দ্রিয়না (লৈ না) শব্দ কৌবা বিষয়বু উচ্চারণ তৌননবগীদমক্তনি। মতৌ'সুম্না কর্ম্ম-ইন্দ্রিয় মঙা অসি বিষয় মঙানা তিন্‌বনি হায়না খঙ্নগনি। পুক্নীংগা থানা ইন্দ্রিয় তরামাথোইগী বিষয়-শিংবু বুদ্ধিগী পাম্বৈত্তনা থুনা য়াওনা থাদোক্লনবা হোংনগদবনি॥২২॥ তাব মতমদা নাকেংগী মশক্ ওইবা ইন্দ্রিয় শব্দগী মশক ওইবা বিষয়, থম্মোয়গী মশক ওইবা কর্ত্তা, মথোয় অহুম্ অসি হেক্তা তিনৈ। মতৌ অসিগুম্না স্পর্শ, রূপ, বস, গন্ধ মথোয়বু কংবা অনুভব তৌবা মতমদা ইন্দ্রিয় বিষয় অহুম্‌সিগী সংযোগ পদ্ম থোইনবু থল্লুদে, খন্‌বা ঙমদে॥২৩॥ অসুম্না, অহুম অহুম অসিগী মপে মঙা লৈ। মথোয় অসিবু গুণ কৌই। মথোম্না পাম্বৈ ওইহুনা শব্দনচিংবা বিষয়শিংবু লৌই। লৌবা মতমদা মথোয়সিনা কর্ত্তা, কর্ম্ম, করণনচিংবা ওইবগী ভাব অদু মমুং মমুংদা য়াম্না কুপ্না পীক্না হেক হেক লাকই॥২৪॥ মথোয়সিগী মমুংদা অমমমদা সাত্ত্বিক রাজস তামস ভেদ অহুম অহুম অসি লৈ। মথোয়সিদগী ফংগদৌরিবা অনুভব অহুসু মথল অহুম অহুমি। নুংঙাইবা পেঞ্জবা নুংশিবা অসিনচিংবা পুম্নমক অসি ভাবশিং অদুগী সাধক মক্তনি॥২৫॥ নুংঙাইবা নুংশিবা পেনবা অত্তুগা থম্মোয়দা পোকলকপা শান্তিনচিংবা ভাব পুম্নমক অসি করিগুম্বা কারণ (মরম) অমতা য়াওদনা মশা মথন্তা চোংথোকচন্নকলবদি নত্রগা করিগুম্বা কারণ প্রেমদগী ভক্তি জ্ঞান বৈরাগ্য সৎসঙ্গ অসিনচিংবগী কারণ ওইনা থোরকলবদি, মাদু সাত্ত্বিকগুণ কৌই॥২৬॥ পেন্দবা, অরাবা মৈচাক ফংবা, থম্মোয় শোক্না রাবা. অপাম্বা, মীগী অফ-নুংঙাই উরগা থাঙব ঙমদবা··· অসিনচিংবসিবু করিগুম্বা মরম অমদগীবু ওইরবসু, মরম ঈরৈ লৈতনবু ওইরবসু পোকলবদি মাদু রজোগুণ কৌবগী খুদমনি॥২৭॥ রাথল হন্বনা থন্দবা, ভজ্জৎপা ভাওবা তুম্ব-উইনীংবনচিংবা অতনবা মথোয় অসিদি

অবিবেকস্তথামোহঃ প্রমাদঃ স্বপ্নতন্দ্রিতা। কথঞ্চিদপি বর্ত্তন্তে বিবিধাঃ তামসাগুণাঃ ॥২৮।
অত্র যৎ প্রীতিস যুক্তং কায়েমনসি বা ভবেৎ। বর্ত্তেতে সাত্ত্বিকো ভাবঃ ইত্যপেক্ষেত তৎ তথা ॥২৯॥
যৎ তু সন্তোষস যুক্তমপ্রীতিকরমাত্মনঃ। প্রবৃত্তং রজ ইত্যেবং ততস্তদপি চিন্তয়েৎ ।৩০॥
অথ যন্মোহসংযুক্তং কায়ে মনসি বা ভবেৎ। অপ্রতর্ক্যমবিজ্ঞেয়ং তৎ তমুপধারয়েৎ ॥৩১॥
শ্রোত্রং ব্যোমাশ্রিতং ভূতং শব্দঃ শ্রোত্রং সমাশ্রিতঃ। নোভয়ং শব্দবিজ্ঞানে বিজ্ঞানস্যেতরস্য বা ।৩২॥
এবং ত্বক্‌চক্ষুষী জিহ্বা নাসিকা চেতিপঞ্চমী। স্পর্শে রূপে রসে গন্ধে তানি চেতো মনশ্চ তৎ ॥৩৩।
স্বকর্ম্মযুগপদ্ভাবো দশস্বেতেষু তিষ্ঠতি। চিত্তমেকাদশম্বিদ্ধি বুদ্ধির্দ্বাদশমী ভবেৎ ॥৩৪॥
তেষামযুগপদ্ভাব উচ্ছেদো নাস্তি তা সে। আস্থিতো যুগপদ্ভবো ব্যবহারঃ স লৌকিকঃ ॥৩৫।

কবিগুম্বা মওং অমগীবু ওইববস্থু তমোগুণ হায়বতুগী তোঙাল তোঙানবা মওনি ॥২৮॥ মখোয়সিগী মমুংদা হকচাংদা নত্রগা পুক্কীংদা মুংশিবা অমগা সংযুক্ত ওইরুদবগী পোকলকলবদি মাতু সাত্ত্বিকভাবনি। অতুগুম্বা মী মহাক্ অতুদা সাত্ত্বিকভাব হেন্‌গংলকলে হায়বসি খঙগদবনি ॥২৯॥ মশাগীদমক্তা পেন্দবা অতুগা প্রীতি (মুংশিবা) কবিমতা পোক্‌ত্রবদি মী মহাক অতুদা রজোগুণগী বৃদ্ধি (হেনগৎলকপা) ওইরে হায়বা অসি খঙগদবনি ॥৩০॥ হকচাং নত্রগা পুক্কীংদা থন্নকম থাক্তবা, থন্‌বগীস্থু করিমতা কান্নদবা, য়েৎননীঙায় করিমত্তা লৈতবা, অতুগা শুম্মৎপগী ভাব অমা হেক্ পোকলকলবদি তমোগুণদগী পোকপনি হায়না খঙগদবনি ॥৩১॥ শব্দগী তুংনক্কম নাকোংনি। নাকোংদি আধার আকাশনি। অতুনা শব্দ হায়বসি আকাশগী রূপ (মশক) নি। অসিগুম্বা অবস্থাদা শব্দ অমবু তাব মতমদা আকাশ অতুগা নাকোংগা অনী অসি জ্ঞান নত্রগা অজ্ঞানগী বিষয় থক্ক ওইদে ॥৩২॥ মতৌ অমুম্না উনশা মীৎ লৈ অতুগা নাকোং মখোয় অসিসু মথংশীংনা শোকপা মশক মহাও অতুগা মনমগী আশ্রয় (চঙনফম) অতুগা মখোয়গী আধার ওইরিবা মৈ ঈশিংনচিংবা মহাভূতশিংগী মশক্তি। হায়রিবা পূম্নমক অসিগী আদিকারণদি মন (পুক্কীং) হায়বা অসিনি। অতুনা হায়রিবা পূম্নমক অসে পুক্কীং হায়বসিতগী মশক্তি ॥৩৩॥ হায়রিবা ইন্দ্রিয় তরা অসিগী মমুংদা মাগী মাগী বিষয়শিং অসিবু অমুত্তদা লৌশিনবগী শক্তি অসিস্থু লৈ। তরামাথোইশুবা মন (পুক্কীং). অতুগা তরা নিথোইশুবী বুদ্ধি অসিস্থু ইন্দ্রিয়শিংগী সহাযক (মতেং পাবা) মক্তনি হায়না খঙগদবনি ॥৩৪॥ তমোগুণনা পোকহনবা সুষুপ্তি (তুমখুল হুম্হনা তুম্বা) গী মতমদা থংপুনা লৈখিবা মরম্না ইন্দ্রিয়শিং অসি মাগী মাগী অর্থবু হায়বদি রূপ রসনচিংববু লৌবা ঙমদে। অতুগা মখোয়দি সুষুপ্তি অবস্থাতুদসু মাঙবা লৈতে। মখোয় অসিগী মমুংদা বিষয়শিংতু অমুক্তদা লৌবা ঙম্বা মহাক অতুদি, মপান্‌গী লোককী চৎনবী ব্যবহারতদা হায়বদি থবক্তদা মশক উই ॥৩৫॥ *

* জাগ্রত অবস্থাগা সুষুপ্তি অবস্থাগা অনীসিগী মরক্তা লৈমা স্বপ্নাবস্থাদা কনাগুম্বা অমনা মঙদা কবিগুম্বা পোৎ অমবু পান্নবা লাম্বা মতমদা তাইবং কংগুবদা, তুম্মিংঙ মতমতুদা— মথুৎ তিংথোরকপা য়াওই। মাতু ইন্দ্রিয় অমতনা রূপ রস স্পর্শনচিংবা বিষয়শিং মতম অমত্তদা লৌথিবনা তৌথিবনি। হায়বদি— তুম্মিংঙ মতমতুদা মহাক্না পোৎ অমবু মীৎনা উরুবা নত্তে, পোৎ অতুগী মনাক তান্না খোঙনা চৎলুবসু নত্তে। অতুর খুৎ কৌবী কর্ম্মেন্দ্রিয় মথন্তনা রূপ রসনচিংবা বিষয় পুম্ববু মতম অমত্তদা লৌবা ঙম্বননি। (কালাচাঁদ)

ইন্দ্রিয়াণ্যপি সূক্ষ্মাণি দৃষ্ট্বাপূর্বশ্রুতাগমাৎ। চিন্তয়ন্নাত্মপর্য্যেতি ত্রিভিরেকান্বিতো গুণৈঃ ॥৩৬॥
যৎ তমোপহতং চিত্তমাশুসংহারমধ্রুবম্। করোত্যুপরমং কায়ে তদাহুস্তামসং বুধাঃ ॥৩৭॥
যৎ সদাগমসংযুক্তং ন কৃচ্ছ্রমনুপশ্যতি। অথ তত্রাপ্যুপাদত্তে তমোঽব্যক্তমিবানৃতম্ ॥৩৮॥
এবমেব প্রসংখ্যাতঃ স্বধর্ম্মপ্রভবো গুণঃ। কথঞ্চিৎ বর্ত্ততে সম্যক্ কেষাঞ্চিৎ বা নিবর্ত্ততে ॥৩৯॥
এতদাহুঃ সমাচারং ক্ষেত্রমধ্যাত্মচিন্তকাঃ। স্থিতো মনসি যো ভাবঃ স বৈ ক্ষেত্রজ্ঞ উচ্যতে ॥৪০॥
এবং সতি ক উচ্ছেদঃ শাশ্বতো বা কথং ভবেৎ। স্বভাবাৎ বর্ত্তমানেষু সর্ব্বভূতেষু হেতুতঃ ॥৪১॥
যথার্ণবগতা নদ্যো ব্যক্তীর্জহতি নাম চ। নদ্যশ্চ তা নিযচ্ছন্তি তাদৃশঃ সত্ত্বসংক্ষয়ঃ ॥৪২॥
এবং সতি কুতঃ সংজ্ঞা প্রেত্যভাবে পুনর্ভবেৎ। প্রতিসম্মিশ্রিতে জীবে গৃহ্যমাণে চ সর্ব্বতঃ ॥৪৩॥
ইমাং চ যো বেদবিমোক্ষবুদ্ধিমাত্মানমন্বিচ্ছতি চাপ্রমত্তঃ। ন লিপ্যতে কর্ম্মফলৈরনিষ্টৈঃ পত্রং বিসস্যেব জলেন সিক্তম্ ॥৪৪॥

---

তুম্‌দ্রিবৈদা— জাগ্রৎ অবস্থাদা উথিব তাখিবনচিংবদুমক, অহানবদা পোক্‌খিবা বাসনা অদুগী মথা পোনখিদুনা, হায়বদি বাসনা অদু থদৎপা ভমদুনা, মাদুগী মরীদুনা শব্দনচিংব, বিষয় অদু ফংদুনা মঙ্‌ মঙলিবা মহাক্ অদুনা শীকলবা ইন্দ্রিয় তরামাথোইবু উংনা বিষয়শিংদুগা তিন্নদীভবগী রাখল অদু তৌনা তৌনা সত্ত্বনচংবা গুণ অদুমগা তিন্নখিদুনা, ইক্ষাকুংদুদা মনীংমথা তম্না কোয়চৎ চংলি ॥৩৬॥ সুষুপ্তিগী মতমদা থম্মোয় অসি তমোগুণগী মথা পোনখিদুনা মশাগী প্রবৃত্তিবু অদুগা কোভদোকপগী স্বভাব অদুবু মাঙহন্দুনা, মতম থরগীদমক্ ইন্দ্রিয়শিংগী ব্যবহারবু হায়বদি মথৌ থবক্‌শিং অদুবু থিংদুনা থম্মি। অদুগা মতমদুদা হায়বদি মঙ্‌দুদা ফংবা লুংঙাইবত্ত বিদ্বান্‌শিংনা তামসসুখনি হায়নৈ ॥৩৭॥ সুষুপ্তিগী মতমদা মঙ্‌ মঙলিবা মী অদুনা লাক্‌লিবা অবস্থাদুবু প্রত্যক্ষ, শংশংনা ফংবা উবা) গুম্না অনুভব তৌদে। মরম অদুনা সুষুপ্তিগী মতমদসু তমোগুণনা তিল্লবা তৌশিন্নবা মুংঙাইবাবু অনুভব তৌ ॥৩৮॥ মতৌ অসুম্না মশাগী কর্ম্মগী মতু ইন্না ফংঙকপা গুণগী বিষয়দা হায়রবনি। অজ্ঞানীশিংগী গুণদি প্রবৃত্তিরোমদতা লৈ। হায়বদি লৌশিনবা তান্‌শিনবলোমতদা লৈ। অদুগা জ্ঞানীশিংগী গুণনা নিবৃত্তিমার্গতদা চঙশিল্লি ॥৩৯॥ অধ্যাত্ম-তত্ত্বগী মরমতদা থক্ষম শংনা ভক্তাং অমাদ ইন্দ্রিয়শিংগী মপৈ অসিবু ক্ষেত্র হায়না কৌনৈ। পুক্নীং কোবা ইন্দ্রিয়গী মমুংদা চেতনসত্তা হায়বদি এৌন মানি অদুনি হায়না খঙনরিবা জাগ্রত অবস্থাদা লৈরিবা সত্তা অসিবু জীবাত্মা হায়না কৌনৈ ॥৪০॥ অসিগুম্বা অবস্থা অসিদা আত্মাসিনা করম হায়না মুংথি মাঙ্‌থি-দোরিবনো? অদুগা হেতু···মবম অমমম্ য়াওবা প্রকৃতিগী নিয়মগী মতু ইন্না চঙলক্লিবা পঞ্চভূতশিংসিগা নিত্য ওইনা, থানবা লৈতনা তিন্নগদোরিবসি কদাইদনো? ॥৪১॥ তুরেলশিংনা সমুদ্রদা তাররগা মখোয়গী মশক্ মঙং মমিং থাদোক্‌পদুগুম্না, অদুগা— তুরেল মচা মচাবু তুরেল অচৌবনা মতোন্দা তিল্‌হন্‌বদুগুম্না, জীবাত্মানা পরমাত্মাদা তিন্‌খি। মাংনি অরান্‌বা থুডম হায়রিবসি ॥৪২॥ জীবনা ব্রহ্মদা তিল্লরবা তুংদা জীবদুনা মাগী মশক্ মঙং মিংনচিংবদু অমুক্ লৌবা ঙম্‌দ্রে। অসিগুম্বা অবস্থাদা জীবাত্মাগী সংজ্ঞা অদু করম্না অমুক্ লৈবা য়াংদোরিবনো? মোক্ষবিদ্যা অসিবু খঙলিবা অদুগা য়াম্না চোক্‌শিন্না আত্মাতত্ত্ববু থিজিবা মহাক্ অদুদি ঈশিং পক্‌প থম্নাগী মতৌগুম্না কর্ম্মগী মহৈদা থক্ চঙঙদে— চোৎলুদে ॥৪৩॥ মচা-মশূশিংগী

দৃঢ়ৈশ্চ পাশৈর্বহুভির্বিমুক্তঃ প্রজানিমিত্তৈরপি দৈবতৈশ্চ। যদা হ্যসৌ সুখদুঃখে জহাতি মুক্তস্তদাগ্র্যাং গতিমেত্যলিঙ্গঃ ॥৪৫॥
শ্রুতিপ্রমাণাগমমঙ্গলৈশ্চ শেতে জরামৃত্যুভয়াদভীতঃ। ক্ষীণে চ পুণ্যে বিগতে চ পাপে ততো নিমিত্তে চ ফলে বিনষ্টে ॥
অলেপমাকাশমলিঙ্গমেবমাস্থায় পশ্যন্তি মহত্ত্বসক্তাঃ ॥৪৬॥
যথোর্ণনাভিঃ পরিবর্ত্তমানস্তন্তুক্ষয়ে তিষ্ঠতি পাত্যমানঃ। তথা বিমুক্তঃ প্রজহাতি দুঃখং বিধ্বংসতে লোষ্ট ইবাদ্রিমৃচ্ছন্ ॥৪৭॥
যথা রুরুঃ শৃঙ্গমথো পুরাণং হিত্বা ত্বচং বাপ্যুরগো যথা চ। বিহায় গচ্ছত্যনবেক্ষমাণস্তথা বিমুক্তো বিজহাতি দুঃখম্ ॥৪৮॥
দ্রুমং যথা বাপ্যুদকে পতন্তমুৎসৃজ্য পক্ষী নিপতত্যসক্তঃ। তথা হ্যসৌ সুখদুঃখে বিহায় মুক্তঃ পরার্দ্ধ্যাং গতিমেত্যলিঙ্গঃ ॥৪৯॥

ভীষ্ম উবাচ।

অপি চ ভবতি মৈথিলেন গীতং নগরমুপাহিতমগ্নিনাভিবীক্ষ্য। ন খলু মম হি দহ্যতেঽত্র কিঞ্চিৎ স্বয়মিদমাহ কিল স্ম ভূমিপালঃ ॥৫০॥

---

পেন্নবগীদমক, তোঙান্ তোঙাম্বা দেব দেবী পূম্নমক্কী পেন্নবগীদমক্তা, অজ্ঞানীশিংনা তৌখিবা সকাম কর্মশিং অচুদি ভাইবংমী মশাগী য়াম্না কন্থবা ত্রক্ ত্রক্ কাজিনথবা বন্ধন অমনি। হায়রিবা বন্ধনশিং অচুদগী লাম্থোক্লুনা, অরা-দুংঙাইগী চিন্তা করিমতা তৌদ্রবা মতমচুদা, সূক্ষ্মশরীরগী হায়বদি— লিঙ্গশরীরদা লৈবগী অহঙ্কার অচু কাওবা জীবসিনা থাদোরকৃই। মতম অচুদা জীবাসনা অথোইবা গতিবু ফংই ॥৪৪—৪৫॥ শ্রুতিনা হায়রিবা প্রমাণশিংসিগী, অচুগা শাস্ত্রনা তাক্লিবা মঙ্গলগী মশক্ ওইবা সাধনাশিং অসিখু অনুষ্ঠান তৌরবদি, হায়বদি পাঙথোক্লবদি, মী মহাক্ অচুদি অহল্ ওইরক্পা শিবা অসিনচিংবগী অকিবা য়াওদনা শান্তিগা লোয়ননা চনীঙ্তনা তুম্বা ফতি। পাপ-পুণ্যগী কর্ম্মগী অরা-নুংঙাইবা অনীগী মশক্ ওইরবা মহৈ অসি হেক্ মাঙথিবা মতমদা, সংসারগী করিগুম্বা পোৎশক্ অমদা আসক্তি থম্দবা মীশক্ অচু ওইরকুনা মচু দদি মহাক অচু আকাশগী মতৌগুম্বা করিগুম্বা অমগা সম্বন্ধ থম্দবা নির্গুণ পরম থাদা লৈদুনা পরমাত্মা মশামক্পু উবা শোক্পা ওন্মি ॥৪৬॥ মিনা লাং শায়গা লাম্তুগী মকম পূম্বদা কোয়তুনা লৈ। লাং মরীশিং অচুনা হেক্ হেক্ তুমখি মাঙখিবদা মহা ক্তু মকম অমদা তুমিন্না তাদুনা লৈ। মতৌ অচুগুম্বা— অবিদ্যা ( মায়া ) গী মথাপোন্খিবা মীনা মথারোমদা অসুম তারকপা মমায় ওস্থরকপ কর্ম্ম-লাংগী মরীশিংগী অকোয়বা অচুদা কোয়চৎ চৎতুনা লৈ। কর্মগী লাং অমদগী হেক্ নাম্থোকখিবদা অবাবা পুম্নমগীসু নাম্থোকখি। চীঙমায়দা লংশিন্ থাজিন্বা লৈতুম্বা মচেৎ মচেৎ কায়খীবগুম্, কর্মগী লাংদগী নাম্থোকথবা মী মহাক অচুগী অরাবা পুম্বা মচেৎ মচেৎ থোক্লা কায়খি ॥৪৭॥ রুরু হায়বা শজী অচুনা মাগী কুইরবা, থাক্লবা মচী অচুবু থাদোক্লরগুম্, অচুগা লিল্না মাগী মকুবু থাদোকলম্লগা হন্নমক্ত শেংঙমদনা চৎথিবগুম্, সংসারগী অপাম্বা, কমক-মিহৌবা অচুগা মাস ঐগীনি হায়বা অরান্বা রাখল্ পুম্নমকপু থাদোকলম্লবা মী মহাক অচুদি— সংসারগী অরাবা পুম্নমক্কগী লাম্থোকখি ॥৪৮॥ ঈশিংদা তুথরকপা উপাম্বীবু থাদোক্তুন, উথক্তুদা তোংদুনা লৈরম্বা উচেক্লা থুদক্তা পাইথোকখিবগুম্— সংসারগী কর্মগী বন্ধন অচুগা বিষয়শিংদগী লাম্থোকলকলবা মী মহাক অচুদি অরাবা নুংঙাইবা অনীমক্কগী মুক্ত ওইখিদুনা আত্মাদুনা লিঙ্গশরীরমক্কগী লাম্তোম্থোকখিদুনা অথোইবা পদবী ( থুভম ) বু ফংঙি ॥৪৯॥ ভীষ্মনা হায়,— নিংথৌ যুধিষ্ঠির ! আচার্য্য পঞ্চশিখগী অমৃতগী মশক ওইরবা ধর্ম্মগী অমদি জ্ঞানগী পাউতাকশিং অসি তাবদা নিংথৌ জনক অসি মহাকী হোৎনরোইদৌবা

ইদমমৃতপদং নিশম্য রাজা স্বয়মিহ পঞ্চশিখেন ভাষ্যমাণম্। নিখিলমভিসমীক্ষ্য নিশ্চিতার্থঃ পরমসুখী বিজহার বীতশোকঃ ॥৫১॥
ইমং যঃ পঠতি বিমোক্ষনিশ্চয়ং মহীপতে সততমবেক্ষতে তথা। উপদ্রবান্নানুভবত্যদুঃখিতঃ প্রমুচ্যতে কপিলমিবৈত্য মৈথিলঃ ॥৫২॥

শ্রুত্বা তাং নৃপশার্দূল যথার্থং দীপিতং পুরা। বহ্নিনা দীপিতা সা তু তস্য শশ্বন্মহীপতে ॥৫৩॥
জনকো জনদেবস্তু কর্ম্ম ন্যধায় চাত্মনি। সর্ব্বভাবমনুপ্রাপ্য ভাবেন বিচচার সঃ ॥৫৪॥
যজন্ দদংস্তথা জুহ্বন্ পালয়ন্ পৃথিবীমিমাম্। অধ্যাত্মবিন্মহাপ্রাজ্ঞস্তন্ময়ত্বেন নিষ্ঠিতঃ ॥৫৫॥
স তস্য হৃদিসঙ্কল্পং জ্ঞাতুমৈচ্ছৎ স্বয়ম্প্রভুঃ। সর্ব্বলোকাধিপস্তত্র দ্বিজরূপেণ স স্বয়ং ॥৫৬॥
মিথিলায়াং মহাবুদ্ধের্ব্যলীকং কিঞ্চিদাচরন্। স গৃহীত্বা দ্বিজশ্রেষ্ঠৈর্নৃপায় প্রতিবেদিতঃ ॥
অপরাধং সমুদ্দিশ্য তং রাজা প্রত্যভাষত ॥৫৭॥

জনক উবাচ।

ন ত্বাং ব্রাহ্মণ দণ্ডেন বিমোক্ষ্যামি কথঞ্চন। মমরাজ্যাৎ বিনির্গচ্ছ যাবৎ সীমাভবো মম ॥৫৮॥

মশাগী অরেপ্পা সিদ্ধান্ত অমবু লাপ্ল কংখি। পঞ্চশিখনা হায়খিবা রা মযাম অদু মুন্না কুপ্পা বিচার তৌরগা অরাবা রাথল করিগুম্বা অমতা য়াওদনা ঈনুং মুংঙাইনা লৈপোকখি। অদুম্না মুংঙাইমা ফংদুনা লৈরবা মী মহাক অদুগী মপান্‌গী অবস্থাদি ঈতোপ্‌ তোপ্পা মওং ফীভম অমদা লৈরবা নিংথৌ জনককী অবস্থা অমা ওইখ্রে, মাদুদি,— নোংমা মিথিলানগরী পুম্বদু মৈনা পুমচাক চাকখ্রবদু উবদা অসুম্না হায়খি,— "মিথিলা নগরীদি লোইনা চাক্‌খ্রে, অদুবু ঐগীদি করিমত্তা চাকখিবা লৈতে ॥৫০—৫১॥ নিংথৌ! মোক্ষধর্মগী মরমদা লেপ্লখিবা রাকম অসিবু তত্তনা স্বাধ্যায় তৌরিবা নৈনরিবা মী মহাক্কুগীদি ইহলোক অসিদা করি রাকম থোকপগে, মঙোন্দা করি উপদ্রবনচিংবা অরাবা থুদোংথীবা লাকনি? মহাক্তি করিমত্তা অরাবা তাকম লৈত্রে। সংসারগী অরাবা হায়বদুনা মঙোন্দা করিমত্তা চঙউক্পা উম্মরোই। থুদমদি,—কপিলমতগী অনু-যায়ী ওইবা, কপিলমুনিগী ধর্ম্মবু চংলিবা মহাবিদ্বান্‌ পঞ্চশিখগী সঙ্গদগী নিংথৌ জনকতু সংসারগী অকা-অপুল্লবা বিষয়শিংদগী মুক্ত ওইখি, অরান্‌বা থুভম্‌ ফংখি। সৎসঙ্গদগী মহাকতু সংসারগী আসক্তিদগী রাংব লান্‌খি ॥৫২॥ নিংথৌ অথোইবা! মমাংদা মিথিলা নগরবু মৈনা লোইনা চাক্‌খিবদুগী রাদু হায়রগে মুন্না তাও ॥৫৩॥ জনকবংশগী নিংথৌ জনদেবনা পরমাত্মাগী মফমদা পোংনা কথোকখিদুনা, পরমাত্মামক্কী ভাবত্তি লুপখিদুনা পৃথিবীগী মফম পুম্নমক্তা কোয়খি ॥৫৪॥ থোইদোক্না শিংলবা জনক অসি অধ্যাত্মতত্ত্ব পুম্বা খঙলবা মীশক্‌ অমা ওইরবনা, নিষ্কামভাবতা করিগুম্বা মহৈ অমত্তা পামদনা, যজ্ঞ দান হোমনচিংবা তৌন তৌনা, অদুগা লৈপাক্কী শাসননচিংবা থবক পুম্বা তৌন তৌনা, অধ্যাত্মজ্ঞাননা মপুংফানা তিন্‌ব মীশক্তি অদুম মশুই ॥৫৫॥ নোংমা, লোক পুম্নমক্কী মপু ওইবা ভগবান নারায়ণ মশামক্ক জনকনিংথৌগী মপুক্কীংগী ভাব (রাথল) পু পরীক্ষা তৌদুনা য়েংগে হায়বগীদমক, ব্রাহ্মণ অমগী মশক লৌরদুনা লাকই। মহাজ্ঞানী শ্রীহরিনা মিথিলা নগরী অদুগী মথুংদা নত্তবা লমচৎকী কর্ম থরা তৌই। মাদুদা, ব্রাহ্মণ থম্বনা ব্রাহ্মণ শাশিন্নরিবা শ্রীহরিবু ফাদুনা জনক নিংথৌগী নাক্তা পুশিনখি। ব্রাহ্মণ (নারায়ণ হরি) অদুনা তৌরিবা কর্ম অদুগা শাবিরবা মরাল অদু উরগ জনক নিংথৌনা অসুম্না হায়রকই ॥৫৬—৫৭॥ জনকনা হায়,—

ইত্যুক্তঃ স তথা তেন মৈথিলেন দ্বিজোত্তমঃ। অব্রবীত্তং মহাত্মানং রাজানং মন্ত্রিভির্বৃতম্ ॥৫৯॥
ত্বমেব পদ্মনাভস্য নিত্যং পক্ষপদাহিতঃ। অহো সিদ্ধার্থরূপোঽসি গমিষ্যে স্বস্তি তেঽস্তু বৈ ॥৬০॥
ইত্যুক্ত্বা প্রযযৌ বিপ্রস্তজ্জিজ্ঞাসুর্দ্বিজোত্তমঃ। অদহচ্চাগ্নিনা তস্য মিথিলাং ভগবান্ স্বয়ম্ ॥৬১॥
প্রদীপ্যমানাং মিথিলাং দৃষ্ট্বা রাজা ন কম্পিতঃ। জনৈঃ স পরিপৃষ্টস্তু বাক্যমেতদুবাচ হ ॥৬২॥
অনন্তং বত মে বিত্তং ভাব্যং মে নাস্তি কিঞ্চন। মিথিলায়াং প্রদীপ্তায়াং ন মে কিঞ্চন দহ্যতে ॥৬৩॥
তদস্য ভাষমাণস্য শ্রুত্বা শ্রুত্বা হৃদি স্থিতম্। পুনঃ সঞ্জীবয়ামাস মিথিলাং তাং দ্বিজোত্তমঃ ॥৬৪॥
ধর্মে তিষ্ঠতু সত্ত্বো বো বুদ্ধিস্সংস্থং নরাধিপঃ। সত্যে তিষ্ঠস্ব নিবিষ্টঃ স্বস্তি তেঽস্তু ব্রজাম্যহম্ ॥৬৫॥
ইত্যুক্ত্বা ভগবাঞ্ছ্রীশস্তত্রৈবান্তরধীয়ত। এতত্তে কথিতং রাজন্ কিং ভূয়ঃ শ্রোতুমিচ্ছসি ॥৬৬॥

---

ব্রাহ্মণ ! ঐ নঙোন্দা কবিগুম্বা মখলগী দণ্ড ( দণ্ড— চৈরাক ) অমত্তা পীরোই। নহাক, ঐগী লৈপাক্কী সীমানা হেক লৈবিবা অহুগী রাংমদা লৈক। নহাক ঐগী রাজ্যসিবু থাদোক্লুনা কদায়দনো চৎপ্রো ॥৫৮॥ মিথিলা নিংথৌগী অকনবা বাসি তাবদা, মন্ত্রীশিংনা ঈকোঁয় কোয়াশন্না লৌরবা নিংথৌহুদা ব্রাহ্মণ ( হরি ) না অসুম্না হায়রকই ॥৫৯॥ মহারাজ ! মহারাজনদ ভগবান্ শ্রীনারায়ণগী চরণ নীমক্তা ভাক্ত অনুরাগ-নচিংবা মপূ ফানা থম্লবা রাজর্ষি অমা ওইরবনি। অদুগা মতম পুম্বদা শ্রীহরিগী চরণদা থরায় হকচাং লোইনা কথোক্লবা মীশক অমা ওইরবনি। এঃ ! ওন্থোক্লা লাহৎকক্ষবা রানি। ওন্থোক্লা তৌবিমলথঙবা হায়বহুগী মূর্তি ওইহনা লৌবরিবা মহারাজগী মঙ্গল ওইসনু। হৌজিক ঐ মহারাজগী রাজ্যসিগী রাংমদা চৎল্লগে ॥৬০॥ অসি হায়রগা ব্রাহ্মণ অদু মফম অদুদগী চৎখ্রে। চপ চানা নিংথৌগী পরীক্ষা লৌননবগী দমক্তা, ব্রাহ্মণগী মশক পুদুনা লৌরিবা ভগবান্ শ্রীহরি মশানক্ত মিথিলা নগরীন মৈ থাদোক্লখি ॥৬১॥ মিথিলা নগরীনা মৈ চাক্লকপদু উবদা, নিংথৌদু কারিনতা নাচুবাখিদে। মরাম্না হংবা মতমদা মহাক্না খুম্না হায়রবু— “ঐগী থম্মোয়দা মপাম্নাহন্দ্রবা ললগী মশক ওইহরবা আত্মজ্ঞানগী তত্ত্ব পুম্বা লৈ। মহাক্ত মৈনা চাকপা ঙম্পোৎ নত্তে। অদুনা মিথিলা আস লোইনা তুম্না চাকথরবসু ঐগীদ করমতা চাক্তে” অসিনি। ॥৬২—৬৩॥ অহংবশি দা নিংথৌনা খুম্মবা মথুম অদু ভগবান্ শ্রীহরিনসু মুন্না তাখি। নিংথৌগী-মপুক্কীং অদু মুন্না থঙহনা নগরী অদু হান্নগী মতোগুম্না মৈনা কারনতা শোক্লবগুম হান্নগী মতৌ অদু ঈকায় কায়-দনা লৈহনখি ॥৬৪॥ অদুতসু নওনা ভগবান্ মশামক্তা মাগা নারায়ণমূর্তিবু নিংথৌদা উহনখি। অদুগা মঙোন্দা বর পীনপীনা ভগবাননা অসুম্না হায়রকই,— নিংথৌ ! নহাক্না থম্মোয়দা সত্ত্বাব ( থাজৈশংবা অচুম্বা মওং ) অদু চপ চানা পুরে, থাজৈশংবা ধর্মদা নগী থম্মোয়না চঙলক্লি, নহাক্কী বুদ্ধি অসি চপ চানা লেপ কদবা মওংদা লেপ্লি। সংসারগী মপানগী মচি য়াওদবা বিষয়শ অসিদা আসক্তি ( কাহেন্না পামশিনবা ) কবিমতা থম্মুদনা অচুম্বা লম্বীদা লীক্লুন কায়দনা অকুম্মক চৎতুনা লৈয়ু। মঙ্গল ওইসনু, ঐ চৎলগে ॥৬৫॥ মঙোন্দা অসুম্না হায়রবগা ভগবান্ শ্রীহরি অসি মফম অদুদগী অন্তর্ধান ফংখি। নিংথৌ যুধিষ্ঠির ! নীঙ-থিবা প্রসঙ্গ অসি নঙোন্দা লীরবনি। হৌজিক কবি অমমুক তানীডসি ? ॥৬৬॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি
পঞ্চশিখবাক্যং নাম ষোড়শাধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ।॥ ২১৬॥

——(*)——

মথম অসিদা শ্রীমহাভারতকী শ্লোক লিশিং-চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা
শান্তিপর্ব্বদা মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বদা বাক্যৈয়াধ্যাত্মকথনগী
চনীগা তরাতরুকুশুবা অধ্যায় লোইরে ॥২১৬॥

—ঃ()ঃ—

# মণিপুরী মহাভারত

## সপ্তদশাধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ

### ( গৃহস্থধর্ম্মদা লৈনা লৈনা পরমাত্মাবু ফংখিবগী য়ারী )

### চনীগা তরাতরেংশুবা অধ্যায়

——(*)——

যুধিষ্ঠির উবাচ।

অস্তি কশ্চিৎ যদি বিভো সদারো নিয়তে গৃহে। অতীতসর্ব্বসংসারঃ স দ্বন্দ্ববিবর্জ্জিতঃ ॥

তং মে ব্রূহি মহাপ্রাজ্ঞ দুর্লভঃ পুরুষো মহান্ ॥১॥

ভীষ্ম উবাচ।

শৃণু রাজন্ যথাবৃত্তং যন্মাং ত্বং পৃষ্টবানসি। ইতিহাসমিমং শুদ্ধং সংসারভয়ভেষজম্ ॥২॥

---

যুধিষ্ঠিরনা হায়.— থোইদোক্লা শিংলে-হৈরবা ঈবুধৌ! গৃহস্থাশ্রমদা মাগী লোয়নবীগা লোয়ননা লৈমিন্নতুনা, ইন্দ্রিয় খুত্থমচন্না সংসারগী বিষয়দগী লান্থোকখিত্থনা অথোক্রবা পদবীবু ফংখিবা অসিগুম্বা মীশক্ য়াও লাকখিবরা? অরাবা সুংঙাইবা, ঐগী মাগী হায়বা অসিনচিংবা দ্বন্দ্বভাবতগী নির্দ্বন্দ্ব ওইনা ওইনা গৃহস্থাশ্রমদা লৈত্থবা মহাশান্তিগা লোয়ননা মপুনশি লেনখিবা কনাগুম্বা য়াওরবদি মাহু অমুক্তা তাক্পিয়ু, অহুগা মাগী মপুনশি মরেল অহুসু লৌবিয়ু। মরমদি অহুগুম্বা মহাপুরুষ অতুদি জগৎতুদি থম্বা মতাঙ্- লগনি ॥১॥ ভীষ্মনা হায় — নিংথৌ। নংনা ঐডোন্দা হংলিবা বিষয় অতুগী মরমদা ঐ লৌগে, মুন্না তাও। শেংলবা অমদি চপ্চান্না থোকপ্রবা বিষয় অসিগী শ্রবণ তৌবদি সংসার অসিদা লৈরিবা শোকপা। শিবগী

দেবলো নাম বিপ্রর্ষিঃ সর্ব্বশাস্ত্রার্থকোবিদঃ। ক্রিয়াবান্ ধার্ম্মিকো নিত্যং দেবব্রাহ্মণপূজকঃ। ৩।
সুতা সুবর্চলানাম তস্য কল্যাণলক্ষণা। নাতিহ্রস্বা নাতিকৃশা নাতিদীর্ঘা যশস্বিনী ॥৪॥
প্রদানসময়ং প্রাপ্তা পিতা তস্যা হ্যচিন্তয়ৎ। অস্যাঃ পতিঃ কুতোবেতি ব্রাহ্মণঃ শ্রোত্রিয়ঃ পরঃ।
বিদ্বান্ বিপ্রো হ্যকুটিলঃ প্রিয়বাদী মহাতপা ॥৫॥
ইত্যেবং চিন্তয়ানং তং রহস্যাহ সুবর্চলা। অন্বার মাং মহাপ্রাজ্ঞ দেহানন্ধায় বৈ পিতঃ ॥
এবং স্মর সদা বিদ্বন্ যদেবং প্রার্থিতং মুনে ॥৬॥

পিতোবাচ।

ন শক্যং প্রার্থিতং বৎসে ত্বয়াত্র প্রতিভাতি মে। অজ্ঞতানন্ধতা চেতি বিকারো মম জায়তে ॥
উন্মত্তেবাত্তং বাক্যং ভাষতো শুভলোচনে ॥৭॥

সুবর্চলোবাচ।

নাহমুন্মত্তভূতাস্থ বুদ্ধিপূর্ব্বং ব্রবীমি তে। বিদ্যতে চেৎ পতিস্তাদৃক্ স মাং ভবতি বেদবিৎ ॥৮॥

মশক ওইরবা লায়না অহুগী কোক্লনবগী অথোইবা হীদাক্তি ॥২॥ ব্রহ্মর্ষি দেবল হায়বসি ফাওরবা মীশক অমনি। মাগী মমিং জগততা তাদবা লৈতে। শাস্ত্র পূম্নমক্কী তত্ত্ব পুম্বা মুন্না খঙ্‌ল-হৈরবা ঋষি অমনি। কর্মকাণ্ডগী পূজাবিধি লোইনা খঙলবা ব্রাহ্মণশিংগী. দেবী-দেবা খুদিংগী পূজাদা পুক্নীং চঙলবা ঋষি অমনি। ॥৩॥ মাগী মচানুপী অমা লৈ। মাগী মমিং সুবচলা হায়না কৌই। মমিং চৎলবী কন্যা অসি অক্কবা নীঙথিবা লক্ষণ পূম্নমক্কা তিল্লবীনি। যাম্নম্ রাংদে, যাম্নম্ নেমদে, যাম্না নোয়দে, যাম্না কংদে। মীওই-মিতৌ থোইনা ফজবীনি ॥৪॥ অস্তুম মথং মথং চাউথংলকপসিনা বিবাহগী মতিকচাবা চহী মতাং য়ৌশিল্লক্লে। ঐগী ইচানুপীসিগী মপুরোইর্বদি বেদশাস্ত্র যাম্না হৈবা শ্রোত্রিয় ব্রাহ্মণ অমনা ওইকম থোকই হায়না মপা দেবল ঋষিসিনা খল্লকই। বিদ্বান্ পণ্ডিত ওইবগা লোয়ন লোয়ননা রাহৈ খোন্দা ফজবা, নাপল তৌদবা অমুক্ত লুচোংথিত্রিবা মীশক্লা মপুরোয়বা ওইকম থোকই। অহুবু অসিগুম্বা মীশক অসিদি কদাইদা ফংগানি? যাম্না তাঙ্‌বা পোৎনি ॥৫॥ অসুম্না চিন্না তৌহুনা তূমিন্না অচীক্পদা ফমহুনা লৈরিবৈহুদা মচানুপী সুবচলানা মপাগী নাক্ত চঙলক্লনা অসুম্না হায়রৈ,— পিতাজী! নহাক্তি যাম্না বুদ্ধিলৈবা বিদ্বান্ ওইবা ঋষি অমনি। ঐগী ইপুরোয়র্বদি মমীৎস্তু তাঙ্‌বা অহুগা অমুকস্তু তাঙদবা নিপা অমনা ওইকম্ থোকই। অহুনা, অহুগুম্বা মীশক্তা ঐবু মাগী লোয়নবী ওইবা শীনবিয়ু। ঐনা হায়জরিবসে শোয়দনা য়াবিয়ু ॥৬॥ মাগী রাসি তাবদা মপানা অসুম্না হায়রকই,— ঈবেম্মা! নংনা হায়রিবা রাসে, অহুগা, নংনা নীঙলিবসে থুহনবা ঙমগনি হায়না খন্দে। মরমদি মীশক অমত্তনা মমীৎস্তু তাঙ্‌বা, মমীৎস্তু তাঙদবা হায়বসে ওইথোক্তবা পোৎনি। নংগীসিগুম্বা রাসি তাবদা ঐগী পুক্নীংদা শুংঙাইতবা অমদি চিংনবা পোকই। নংসু ঙাওরমাল্লে, নংনা অঙাওবীগুম চোংবোল লোল্লিবরু করিগীনো? ॥৭॥ সুবচলানা হায়— পিতাজী! ঐ ঙাওদে, যাম্না মুন্না বিচার তৌরগা হায়রিবনি। ঐনা পামজরিবা— বেদশাস্ত্রস্ হৈবা মীশক অহুবু ঈপুরোয়বা ওইনা কংজরবদি অহুগুম্বা মীশক অহুনা ঐহাকপু য়োকপী থাকপীবা ঙমগনি ॥৮॥

যেভ্যস্তমহ্যসে দাতুং স্বামিহনিরস্তান্ দ্বিজান্। তাদৃশং তং পতিং তেষু বরয়িষ্যে যথা ভবম্ ॥৯॥
তথেত্যিুক্ত্বা তাং কন্যামৃষিশিষ্যানুবাচ। ব্রাহ্মণান্ বেদসম্পন্নান্ যো নিগোত্রাবশোধিতান্ ॥১০॥
মাতৃতঃ পিতৃতঃ শুদ্ধান্ শুদ্ধ নাচারতঃ শুভান্। অরোগান্ বুদ্ধিসম্পন্নান্ শীলসত্ত্বগুণান্বিতান্ ॥১১॥
অসঙ্কীর্ণাশ্চ গোত্রেষু বেদব্রতসমন্বিতান্। ব্রাহ্মণান্ স্নাতকান্ শীঘ্রং মাতৃপিতৃ সমান্বিতান্।
নিবেষ্টুকামান্ কন্যাং যে দৃষ্ট্বানয়তশিষ্যকাঃ ॥১২॥
তচ্ছ্রুত্বা ত্বরিতাঃ শিষ্যা হৃষ্টাধ্যেষু তস্ততঃ। গ্রামেষু চ ততো গত্বা ব্রাহ্মণেভ্যো ন্যবেদয়ন্ ॥১৩॥
ঋষেঃ প্রভাবং জ্ঞাত্বা তে কন্যায়াশ্চ দ্বিজোত্তমাঃ। অনেকমুনয়ো রাজন্ সম্প্রাপ্তা দেবলাশ্রমম্ ॥১৪॥
অভ্যাগম্য যথান্যায়ং মুনীন্ ঋষিকুমারকান্। অভ্যর্চ্চ বিধিবৎ তত্র কন্যামাহ পিতা মহান্ ॥১৫॥
এতেঽপি নয়ো বংসে স্বপুত্রেকমতা ইহ। বেদবেদাঙ্গসম্পন্নাঃ কুলিনাঃ শীলসম্মতাঃ ॥১৬॥
যেঽত্রী তেষু বর ভদ্রে ত্বমিচ্ছসি মহাব্রতম্। তং কুমারং বৃণীষ্ব ত্বং তস্মৈ দদাম্যহং শুভে ॥১৭॥
তথেতিচোক্ত্বা কল্যাণী তপ্তহেমনিভা তদা। সর্ব্বলক্ষণসম্পন্না বাক্যমাহ যশস্বিনী ॥
বিপ্রাণাং সমিতীর্দৃষ্ট্বা প্রণিপত্য তপোধনান্ ॥১৮॥

পিতাজী! ঐবু মখোয়দা পীবিনীংলিবা অহুম অহুম্বা ব্রাহ্মণশিং অদো মকম অসিদা লোইনা কৌশিন-বিরক্লো। মখোয়হুগী মহুংদ ঐনা অপাম্বদা খঞ্জগে ॥৯॥ মাহু তাবদা মপা ঋষি দেবলনা— "ফরে, মাহুম তৌরনি" হায়হুনা মাগী মাগী শিষ্য ব্রাহ্মণমচাশিং অহুদা অসুম্না হায়রকই,— শিষ্যশা! তাও। বেদশাস্ত্র য়াম্না হৈবা দোষ কলঙ্ক য়াওদবা মমা মপানা পোক্পা, দোষ লৈতবা গোত্রদা পোকপা, আচার বিচার— অশেং অমাংদা য়াম্না কুপ্না য়েংশিন্খা, মশাগী রাশিচক্রনচিংবদা করিমতা হস্তদবা, অকবা লক্ষণতনা তিন্বা, মশাদা লায়না লৈতবা, মবুদ্ধি লৈবা, লমচৎ ব্যবহার রাঙাও খোন্দা য়াম্না কজবা, মাগী বংশদা— শাগৈদা বর্ণসঙ্করনচিংবা পোক্খিবগী দোষ করিমত্তা লৈতবা বেদশাস্ত্রনা তাক্লিবা ব্রত নিয়মচিংবা কয়া ডাক্লিবা গুরু-কুলদা তম্বা লোইহুনা ময়মদা য়পা মমাগীদা হল্লকবা, পী পা শুরিবা, ঐগী ইচানুপীসিবু মশামক্না পামজবা, ব্রাহ্মণ অথোইবশিংদো অকংবমখৈ নথোয়না কৌহুনা হায়জহুনা মকম অসিদা পূরকউ ॥১০—১২॥ দেবল মুনিগী য়াসি তাবদা মতাক্কী শিষ্যশিংনা থুনা য়াঙনা, আশ্রম অমদগী আশ্রম অমদা, খুল অমদগী খুল অমদা হায়রিবা মীতাশিং অসি কোয়থি খিরক্লে ॥১৩॥ নিংথৌ যুধিষ্ঠির! দেবল ঋষিগী অহুগা মাগী মচা-নুপী সুবর্চলা হায়বীসিগী শক্তি প্রভাব অহু খঙহুনা ব্রাহ্মণ অথোইবা মহৈ মশিং হৈবা কয়া কয়া দেবল-ঋষিগী আশ্রমদা থুংগরে ॥১৪॥ কন্যাগী মপা দেবলঋষিনা লাক্লিবা ব্রাহ্মণশিং অহুবু য়াম্না ঈকায়খুম্না স্বাগত লৈকম চানা চানা থম্মি। অহুগী তুংদা দেবলনা মচানুপী সুবর্চলাদা অসুম্না হায়রকই,— ॥১৫॥ ঈবেম্মা! ঐথোয়গীসিদা লাক্লিবা ঋষিকুমারশিং অসে বেদ বেদাঙ্গ লোইনা হৈরবা, শাগৈ জাৎ চাউরবা, আচার ব্যবহার ফজরবমক্তনি। মথোয়শিং অসি ঐগীদি ঈচাগুম্না নুংশিরবমক্তনি। অহুনা, ঈবেম্মা! মথোয়শিং অসিগী মহুংদা নপুক্নিং তাবা মীশক্তো নহাক্ নশানা খল্লু। ঈপানা নহাকপু মডোম্না হয়াও হয়াওনা দান তৌগে ॥১৬—১৭॥ 'য়াম্না ফনি" অহুম্না হায়রগা. ফুদোংদবা সনাগী কুচু পুরবী, নীঙথি-

সুবর্চলোবাচ।

যস্তু সম্মিতৌ বিপ্রো হ্যন্ধোঽনন্ধঃ স মে বরঃ। তৎ শ্রুত্বা মুনয়স্তত্র বীক্ষমাণাঃপরস্পরম্ ॥
নোচুর্বিপ্রা মহাভাগা কন্যাং নত্বা হ্যবেদিকাম্ ॥১৯॥
কুৎসয়িত্বা মুনিং তত্র মনসা মুনিসত্তমাঃ। যথাগতং যযুঃ ক্রুদ্ধা নানাদেশনিবাসিনঃ ॥২০॥
কন্যা চ সংস্থিতা তত্র পিতুর্বেশ্মনি ভামিনী। ততঃ কদাচিৎ ব্রহ্মণ্যো বিদ্বান্ ন্যায়বিশারদঃ ॥
ঊহাপোহবিধানজ্ঞো ব্রহ্মচর্য্যসমন্বিতঃ ॥২১॥
বেদবিৎ বেদতত্ত্বজ্ঞঃ ক্রিয়াকর্মবিশারদঃ। আত্মতত্ত্ববিভাগজ্ঞঃ পিতৃমান্ গুণসাগর ॥২২॥
শ্বেতকেতুরিতিখ্যাতঃ শ্রুত্বা বৃত্তান্তমাদরাৎ। কন্যার্থং দেবলং চাপি শীঘ্রং তত্রাগতোঽভবৎ ॥২৩॥
উদ্দালকসুতং দৃষ্ট্বা শ্বেতকেতুং মহাব্রতম্। যথান্যায়ং চ সংপূজ্য দেবলঃ প্রত্যভাষত ॥২৪॥
কন্যে এষ মহাভাগে প্রাপ্তো ঋষিকুমারকঃ। বরয়ৈনং মহাপ্রাজ্ঞং বেদবেদাঙ্গপরায়ণম্ ॥২৫॥
তৎ শ্রুত্বা কুপিতা কন্যা ঋষিপুত্রমুদৈক্ষত। তাং বন্যামাহ বিপ্রর্ষিঃ সোঽহং ভদ্রে সমাগতঃ ॥২৬॥
অন্ধোঽহমত্র তত্ত্বং হি তথা মনে চ সর্ব্বদা। বিশালনয়নং বিদ্ধি তথ মাং হীনসংশয়ম্ ॥২৭॥

---

অরবা লক্ষণ পুম্নমক্কা তিল্লবী, মিংচৎ চাউরবী, উবদা মঙ্গলগী মশক ওইরবী, সুবর্চলা কৌবী মুনিকন্যাদুনা লাক্লিবা পুম্নমকুবু য়েংলগা, নোল্লুক্লা ময়ামদুদা খুরুম্নগা অসুম্না হায়রকই। সুবর্চলানা হায়রকই,— লাকপী-রিবশিং অসিগী মনুংদা মীৎ তাঙবা, তাঙসু তাঙদবা অদুগুম্বা মীশক্তনা ঐগী ঈপুরোয়বা ওইগদবনি ॥১৮॥ কন্যাদুগী রা তাবদা মুনিশিংদু অমগ'মগা য়েংনৈ। মগুণ লৈরবা ব্রাহ্মণশিং অদুনা কন্যা অদুবু অপঙবী, চোয়রোল লোনবীনি, হায়না খন্দুনা রা অমতা ডাঙদনা তুমিন তুমিন লৈনখি ॥১৯॥ দেশ দেশতগী লাকপা মুনিমচা ব্রাহ্মণকুমারশিং অদু শাউনখিদুনা দেবলঋষিবু নিন্দা তৌনরক্লে। ঈকায়বা অশাউবগা লোয়ননা মা মাগী লৈফমদা হন্নখি। সুবর্চলাসু ঈমুংদা তুমিন্না হংঞ্জন খি ॥২০॥ অদুগী তুংদা নোংমদি য়াম্না বিদ্বান্ জ্ঞানী ওইরবা, ব্রাহ্মণগী ভক্ত ওইবা, ন্যায়শাস্ত্র হৈরবা, মরৈ য়েংনবা খগুন মগুন তৌনবদা য়াম্না হৈরবা ব্রহ্মচারী ওইবা ব্রাহ্মণ অমা লাকই ॥২১॥ বেদশাস্ত্র পুম্নমক্কী তত্ত্ব খঙলবা, কর্মকাণ্ড সেবা-পূজাগী বিধি লোইনা খঙলবা, আত্মতত্ত্ব পুম্বা লোইনা খঙলবা, অপোকপা মপা হিংলিবা, অদুগা নীঙ-থিবা গুণ পুম্নমক্কী ঈপাকুম তুংনকম ওইরবা শ্বেতকেতু কৌবা ঋষি অসি, তৌরিবা থৌদোক্ পুম্নমক অদু তাবদা কন্যা অদুবু মাগী লোয়নবী ওইহনগে খন্দুনা থুনা য়াঙনা, য়াম্না ঙৌখিনা দেবলঋষিগী আশ্রমদুদা থাঙরে ॥২২—২৩॥ উদ্দালকগী মচা মহা ব্রতকল্লবা মহাজ্ঞানী ওইরবা শ্বেতকেতুনা লাকপদু উবদা— দেবলনা স্বাগত তৌরগা মচানুপী সুবর্চলাদা য়েংদুনা অসুম্না হায়রকই,— ॥২৪॥ লাইবক করবী কন্যা! লাক্লিবসি শ্বেতকেতু হায়বা ঋষিকুমারদুনি। মহাকসি মহাপণ্ডিতনি, বেদবেদাঙ্গ পুম্ননক তমদুনা হৈদুনা লৈরবনি। মহাক পণ্ডিত ঋষিকুমার অসিগী লোয়নবী ওইয়ু ॥২৫॥ মপাগী ৱাসি তাবদা সুবর্চলানা য়াম্না শাউনা ঋষি অদুদা য়েংডকই। মাদু উবদা ঋষিকুমার শ্বেতকেতুনা কন্যা অদুদা অসুম্না হায়রকই,— য়েংঙু ঈবেম্মা! নংম্না পাম্লিবা মীশকু— ঐ লাক্লবসিনি ॥২৬॥ ঐ থাঙ্গৎশেংনা মীৎ তাঙবনি। ঐ মীৎ

বৃণীষ্ব তাং বরারোহে ভজে চ ত্বামনিন্দিতে। যেনেদং বীক্ষতে নিত্যং শৃণোতি স্পৃশতেঽথবা ॥২৮॥
জিঘ্রতে বক্তি সততং যেনেদং রসতে পুনঃ। যেনেদং মন্যতে তত্ত্বং যেনবধ্যতি বা পুনঃ ॥২৯॥
ন চক্ষুর্বিদ্যতে হ্যত্র স বৈ কৃষ্ণাঙ্গ উচ্যতে। যস্মিন্ প্রবর্ত্তত চেদং পশ্যন্নশৃণ্বন্ স্পৃশন্নপি ॥৩০॥
জিঘ্রশ্চ রসয়ং স্তবেৎ বর্ত্ততে যেন চক্ষুষ। তস্মান্নাস্তি ততোঽধ্যক্ষো বৃণু তদ্রেঽদ্য নায়কঃ ॥৩১॥
লোকদৃষ্ট্যাকরোমীহ নিত্যনৈমিত্তকাদিকম্। অদৃষ্ট্যা চ তৎসর্ব্বং বিলিপ্যামি চ নিত্যশঃ ॥৩২॥
স্থিতঃ হং নির্ভয়ঃ শান্তঃ কার্য্যকারণভাবনঃ। অবিদ্যা তু নমুক্ত্যং বিদ্যয়া তং তথা মৃতম্ ॥৩৩॥
যথা প্রাপ্ত তু স দৃষ্টা বসামীহ বিমৎসরঃ। ক্রীত ব্যবসিতং তদ্রে ভর্ত্তাহং ত্বং বৃণীষ্ব মাম্ ॥৩৪॥

তাঙবনি করিমতা উত্রবনি হায়বাস ঐ অহিং মুংথিন্দা কাউদে, মাসি ত থন্দুনা লৈ। হায়রিবা রাকম অসিবু শংশংনা উহুনা লৈবনা ঐ থাঙ্গৎশেংনা চিংনবা লৈতনা উবনা ঐ মীৎ তাঙগে। অহুনা, নহাক্না থিরিবা মীত্তাঙব, তাঙ্স্নু তাঙদব মীশক্তু ঐনি। ইন্দা তৌননীঙাই লৈতবী! ঐসি নংগী নপুরোয়বা ওইহল্লু নংনা নীঙব পুম্বা থুংহনগে ॥ ২৭॥ মহাক্কী শক্তিনা জীবাত্মাসিনা উরি, লৌরি, শোক্লি, নাম্লি, ঙাঙ্লি, মুমিৎ থুদিংগী তোঙাল্ তাঙগা মহাওগী পোৎ চারি। সংসার তত্ত্ব থিরি, চিংনবা অমবু বুদ্ধিগী পাম্বৈনা লেপ্পরি, অহুগুম্বা পরমাত্মা মহাক্কনা মীংনি। মীংকী মশক্ ওইরবা পরমাত্মানা হায়বদি—মহাক্কী রাথম্না মহাক্কী থম্মোয়দা লৈত্রবা মী অহুদি মীত্তাঙবা হায়বত্তু ওইরবনি মাগী রাথম্না জগৎপুম্বা উরবদো মীৎ পানবা, মীত্তাঙদব হায়রবদো মহাক্কনি। অহুনা ঐ মীত্তাঙলবনি, তাঙস্তু তাঙদবনি ॥২৮॥ অহুগুম্বা পরমাত্মা অহুগী মতুংদা জগৎ মপুম অসিনা ব্যবহারগী অবস্থাদা চঙহুনা লৈরি ॥২৯॥ *

মপানগী জগৎ অসিবু উরিবা অহুগুম্বা মীৎ, মপানগী শব্দবু তাম্বিবা অহুগুম্ব নাকোং, মপানগী উরিবা পোৎশকসিবুতা শোক্লবা অহুগুম্বা উনশা, নাম্নবা অহুগুম্বা নাতোন, মপানগী রসবু লৌরিবা অহু- গুম্বা লৈ, মপানগী পোৎশক্তা উবা মীংনি হায়হুনা মপানগী জগত্তা ব্যবহার তৌরবা (শীজিন্নরিবা) অসিগা ঐগা করিমতা মরম লৈনদে। মরম অহুনা ঐ মীৎ তাঙলবনি। ঐবু নপুরোয়বা ওইহল্লু ॥৩০— ৩১॥ ঐ লোকসংগ্রহগীদমক্তা য়েংহুনা, হায়বদি— ঐ অমনা তৌত্রবদি অতৈ খোংথোংপস্তু তৌনখিদহুনা লোক পুম্নমকাস মাঙবা তারে হায়না খন্দুনা, নিত্য নৈমিত্তিকনাচংবা কর্ম শংহুদ অহুম মতৌরি। পুম্নমকসি আত্মদৃষ্টি আত্মদর্শনগীদমক্তি হায়না তত্তুনা থনবনা নিত্য নৈমিত্তিক কর্ম্মশিংহুগী কর্ম মশাদা অহুগা কর্মহুগী মহৈদা করিনত্তা পুক্নীং চঙহুদ্রি। কর্মফলগী আসক্তি করিমতা লৈতে ॥৩২॥ কার্য্য কারণগী মশক ওইবা পরমাত্মাবু-ত খন্দুনা কান্নবা তিম্নবগী ঈথক্তা লুপ্পুদনা শান্তিগা লোয়ননা পরমাত্মা মঙোন্দা নির্ভয় তৌহুনা

* তাইবংমীনা শীজিন্নবা য়াবগী অবস্থাদা লৈরিবা, হায়বদি— মৈঙৈশিং মুংশিংনচিংবহু মুমিৎ থুদংগী শীজিন্নবা য়াবগী অবস্থদা লৈরিবা জগৎপুম্বসি পরমাত্মাগী মতুংদা লৈরিবনি ।২৯। (কালাচাঁদ)

* পরমাত্মাদি অহুক্স্থ কার্য্য ওই। হায়বদি যোগী মুনিশিংনা তাম্নরিবা— থংনিংলিবা বিষয়হুস্ন ওই। অমুক্স্থ কারণ ওই। হায়বদি— তাইবংমীনা থংনিংলিবা পোৎশক্ অহুগী মচাক্, পাম্বৈ মকম মতম পুম্ন-

ততঃ সুবর্চলা দৃষ্ট্বা প্রাহ তং দ্বিজসত্তমম্।

সুবর্চলোবাচ।

মনসাস্মি বৃতো বিদ্বন্ শেষবর্ত্তা পিতা মম। বৃণীষ্ব পিতরং মহ্যমেষ বেদবিধিক্রমঃ ॥৩৫॥

ভীষ্ম উবাচ।

ততঃ বিজ্ঞায় পিতা তস্য দেবলো মুনিসত্তমঃ। শ্বেতকেতুং চ সংপূজ্য তথৈবোদ্দালকেন তম্।৩৬॥
মুনীনামগ্রতঃ কন্যাং প্রদদৌ জলপূর্ব্বকম্। উদাহরন্তি বৈ তত্র শ্বেতকেতুং নিরীক্ষ্য তম্॥৩৭॥

হায়বদি মাগী আশ্রয়তদা চঙজহনা লৈরি। কর্ম্মবু-ত তৌহনা মৃত্যুগী রাংমদা লৈহনা—মৃত্যুবু লাম্থোকুনা জ্ঞানগী পাম্বৈনা অমৃত্যু ( অমৃত - শিদবা ) গী মশক্ ওইবা পরমাত্মাগী সাক্ষাৎকার তৌজরবনি। অদুগা প্রারব্ধ কর্ম্মগী ( নহানমুক্কী মপোক্তা তৌখিবা ) কর্ম্মত্বগী মহৈনা ওইজবা মাঙবা, অপাম্বা পামদবা, ফংবা-ফংদববু মশা অমতা ওইনা চপ্ মান্ননা উহনা, কল্পকৃপ মিহৌবা য়েংথীবা লৈতনা পুনশি লেল্লি ॥৩৩॥ ঈবেম্মা নীঙথিজবী। নংগী মতীকচাবা, শুল্ক মংকং—কন্যাগী মমল ) পীননবা শিংননবা শেম শাহনা লৈরে। নংবু য়েক্ থাক্কুনা থম্মনবগী শক্তি অদু ঐভোন্দা লৈরে। অহনা ঐবু নংগী নপুরোয়বা ওইনা থল্লু। মাসি তাবদা সুবর্চলানা শ্বেতকেতুদা মুন্না য়েংলগা অম্নম্না হায়বকই,— ॥৩৪॥ সুবর্চলানা অম্নম্না হায়রকই,— জ্ঞানী ! পৃক্লীংনদি নহাকপু ঐগী পুনশিসিমগী ঈপুরোয়বা ওইনা খল্লবে। পৃক্লীংতনা খল্লগা লোইবদি নত্ত-বনিনা, মথাগী থবক ময়ামহুদি শাস্ত্রগী বিধিগী মতুংইন্না ঐবু পোক্পা ঈপাগী থুত্তা লৈখ্রে। অহনা ঈপাগী অনুমতি অমতা হান্না লৌবিনবা তৌ। হায়জরিবসি বেদ-বিধানগী মতুইননি ॥৩৫॥

ভীষ্মনা হায়,— নিংথৌ যুধিষ্ঠির ! তৌনরিবা রাকম পুন্নমকসি তাবদা সুবর্চলাগী নপা ঋষিদেবলনা উদ্দালকক্কী মচা শ্বেতকেতুগী পূজাবিধি কায়দনা তৌরগা, মুনিশিংগী মাঙদা বিধি কায়দনা আচমন তৌরগা সঙ্কল্পগা লোয়ননা মচানুপী সুবর্চলাবু শ্বেতকেতুদ দান তৌখি ॥ ৩৬ - ৩৭॥ মকম অদুদা শ্বেতকেতুবু য়েংহনা ঋষিশিংনা অম্নম্না হায়খি, য়েংঙু. ভাসিদি শ্বেতকেতুগী মশক্ উবদা লৈবিবা মী থুদিংমক্কী থম্মোয়-থম্মাল-

---

মক্ পরমাত্মা মহাক্তনা ওই। মরমদি - ভগবান্ মশামক্ক হাযরি,— "মত্তঃ পরতরং নান্যং" হায়বদি— ঐভোন্দগী তোঙাননা তাখিবা পোংশক্ অমত্তা ঐভোন্দা লৈতে। কারণ হায়বসি চাউরাক্লা মখল অনীনি। নিমিত্ত কারণ হায়বা অমা, উপাদান কারণ হায়বা অমা। "ফু" না কায্যনি। লৈপ ক্লা উপাদান কারণনি, মচাক্লি। চফুহু শাননবা থুংলায়শিং অদুসু নিমিত্ত কারণনি। পরমাত্মা মহাক্ লৈবতনা কার্য্যসু কারণসু অনীমক্ লৈবা য়াবিবনি। অহনা পরমাত্মা মহাক্তি কার্য্যসু কারণসু অনীমক লৈবা য়ারিবনি। অহনা পরমাত্মা মহাক্তি কার্য্যসু ওই, কারণসু ওই। অহনা কার্য্য কারণ অনীমক্কী মশক্লি। সাধক অমগী থম্মোয়দা পরমাত্মা মাবু ফংননবগী যোগশক্তি শীজিন্নরি। থুংলাম্ন ওইনা লৈরিবা যোগশক্তিসু পরমাত্মা মহাক্কি। ফংননবা ভান্নরিবা কার্য্য অদুসু পরমাত্মা অদুমক্ক। মরম অহনা পরমাত্মাদি কার্য্য কারণগী মশক্নি।৫৩।

( কালাচাঁদ )

হৃৎপুণ্ডরীকনিলয়ঃ সর্ব্বভূতাত্মকো হরিঃ। শ্বেতকেতুস্বরূপেণ উপস্থিতস্তাং সভাং মধুসূদনঃ ॥৩৮॥

দেবল উবাচ।

শ্রীমতাং মাধবো দেবঃ পত্নী চেয়ং সুতা মম। প্রতিপাদয়ামি তে কন্যাং সহধর্ম্মচরীং শুভাম্ ॥৩৯॥

ভীষ্ম উবাচ।

ইত্যুক্ত্বা প্রদদৌ ভীষ্ম দেবলো মুনিপুঙ্গবঃ। প্রতিগৃহ্য চ তাং কন্যাং শ্বেতকেতুর্মহাযশাঃ ॥৪০॥

উপযম্য যথান্যায়ং তত্র কৃত্বা যথাবিধি। সমাপ্য উৎসবং মুনিভির্বৈবাহিকমনুত্তমম্ ॥

স গার্হস্থ্যে বসন্ ধীমান্ ভার্য্যাং তামিদমব্রবীৎ ॥৪১॥

শ্বেতকেতুরুবাচ।

যানি চোক্তানি বেদেষু তৎ সর্ব্বং কুরু শোভনে। ময়া সহ যথান্যায়ং সহধর্ম্মচরী মম ॥৪২॥

অহমিত্যেবভাবেন স্থিতে হ্যহং ত্বং ভবেন চ। তস্মাৎ কর্ম্মাণি কুর্ব্বাণাঃ কুর্য্যাং তে চ তথা পরম্ ॥৪৩॥

ন মমেতি চ ভাবেন জ্ঞানাগ্নিদীপয়েন চ। অনন্তরং তথা কুর্য্যাৎ তানি কর্ম্মাণি তৎপরাৎ ॥৪৪॥

থক্তা লেঙশিন্দুনা লৈরিবা, বিশ্বজগৎকী জীব পানবা পুন্নমক্কী মশক্ ওইবা, ভগবান্ শ্রীমধুসূদনমক্না বিবাহ-সভাসদা ভাক্লোইরে ॥৩৮॥ দেবলনা হায়,— বমগী মশক্ লৌতুনা লৈরিবা লক্ষ্মীপতি ভগবান্ শ্রীহরিনা পেনাবিরসন্থ ওসিদি। অসিগুম্বা বর-দেবতাদা কচ্চরবনি ওসি, মাগী লোয়নবী ওইনবা, ঈচাহুপী কন্যাসি। হে বরদেব ! ওসি নংগী নফমদা ঈচাহুপীসি লোয়নবী ওইননবা, সহধর্ম্মিনী ওইননবা কচ্চরবনি; নথুত্তা শীন্নজরবনি ॥৩৯॥ ভীষ্মনা হায়,— নিংথৌ! মতৌ অসুম্না হাইহে থরসি হায়রগা দেবলঋষিনা— শ্বেতকেতুদা কন্যাদান তৌখি। মিংচৎ চাউরবা শ্বেতকেতুনা কন্যাহুবু পুখিহুনা, শাস্ত্রগী বিধি কায়দনা কন্যা অদুবু বিবাহ তৌখি। মুনিশিংনা বিবাহ পদ্ধতিগী মতু ইন্না বিবাহ-কর্ম্ম পাঙথোক্লবা। তুংদা বর-কন্যা অনী অসি গৃহস্থ শ্রমদা চঙখি। মহাজ্ঞানী ওইবা শ্বেতকেতুনা মহাক্কী লোয়নবী সুবর্চলাদা অসুমদা হায়রকই ॥৪০ - ৪১॥ শ্বেতকেতুনা হায়,— নীওম্বিজবী ! বেদদা হায়রিবা শুভকর্ম্মশিংগী বিধান অদুগী মতুংইন্না ঐগা লোয়ননা, ঐগী লোয়নবী ওইহুনা যাগ যজ্ঞ দান ধর্ম্মনচিংবা শুভকর্ম্মশিং অদু তৌ। থাজৈ-শেংবী সহধর্মচারিনী হায়বদু ওইয়ু ॥৪২॥ ঐ নংগা লোয়ননা, রাখল অসিদা লেঙদমা লৈরি। নহাকসু ঐগা লোয়ননা, রাখল অসিদা লেঙদনা লৈয়ু। অসিগা লোয়ন লোয়ননা মপানগী গৃহস্থ অমা ওইবগী নংগী অপাম্বা শেংনীং চানীংবদো পাঙথোক্লবা অদুম মহোৎনগনি ॥৪৩॥ অদুগা লোয়ন লোয়ননা তৌরিবা কর্ম্মশিং অসে ঐগী নত্তে, ঐনা তৌবা অমতা নত্তে, অসিগুম্বা অহিং হুংথিলগী জ্ঞানাগ্নিদা ( রাখলগী মশক ওইবা মৈহুংদা ) নংনা ঐনা তৌই হায়না নীঙলিবা কর্ম্মশিং অদু হোম তৌথোকউ, উৎ ওইনা মাঙহল্লু; অদুম তৌবহুনা খ্বাইদগী হন্না লাইবকফবী হায়বদু ওইঘু। মুমিৎ থুদিং ঈমুং মনুংগী থবক-থনা তৌবা মতমদা ঐগী মাগী হায়বা রাখল অসিবু অদুগা উরিবা হকচাংসি ঐনিকো হায়বগী অহঙ্কার অদু নাম্থোক্লুনা থবকশিং অদু তৌগদবনি। অথোইবা মীনা তৌরিবা থবক লমচৎ ব্যবহারনচিংবদু. অতোপ্প-শিংনসু মতৌ হেক্তা তম্বনি। অদুনা, লোকব্যবহারগী সিদ্ধি অমদি মশাগী আত্মাগী মঙ্গলগীদমক্তা ঐথোয়

এবং ত্বয়া চ কর্ত্তব্যং সর্ব্বদা সুভগা সদা। যৎ যদাচরতি শ্রেষ্ঠঃ তৎ তদেবেতরো জনঃ ॥
তস্মাল্লোকস্য সিদ্ধ্যর্থং কর্ত্তব্যং চাত্মসিদ্ধয়ে ॥৪৫॥

ভীষ্ম উবাচ।

উক্তৈবং স মহাপ্রাজ্ঞঃ সর্ব্বজ্ঞানৈক ভাজনঃ। পুত্রশ্চাস্যাং পাদ্য তস্যাং চ যজ্ঞঃ সন্তর্প্য দেবতাঃ ॥
আত্মযোগপরো নিত্যং নির্দ্বন্দ্বো নিষ্পরিগ্রহঃ ॥৪৬॥
ভার্য্যাং তাং সদৃশীং প্রাপ্য বুদ্ধিক্ষেত্রজ্ঞয়োরিব। লোকমন্যমনুপ্রাপ্তে ভার্য্যা ভর্ত্তা তথৈব চ ॥৪৭॥
সাক্ষিভূতৌ জগত্যস্মিংশ্চরমাণৌ মুদান্বিতৌ। ততঃ কদাচিৎ ভর্ত্তারং শ্বেতকেতুং সুবর্চলা ॥
প্রপচ্ছ কো ভবানত্র ব্রূহি মে তং দ্বিজোত্তম। তামাহ ভগবান্ বাগ্মী ত্বয়া জ্ঞাতো ন সংশয়ঃ ॥৪৮॥
দ্বিজোত্তমেতি মামুক্ত্বা পুনঃ কথমপৃচ্ছস? সা তমাহ মহাত্মানং পৃচ্ছামি হৃদিশায়িনম্ ॥৪৯॥
উচ্যতাং প্রত্যুবাচৈনাং স ন বক্ষ্যাত ভামিনি। নাম গোত্র সমাযুক্তমাত্মানং মন্যসে যদি ॥৫০॥
অহমিত্যেষ ভাবোঽত্র ত্বয়িচাপি সমাহিতঃ। ত্বমপ্যহমহং সর্ব্বমহমিত্যেব বর্ত্ততে ॥

---

অনীমক্ গার্হস্থ্যগী কর্মবু তত্তনা তৌহ্না লৈমিন্নখি ॥৪৪—৪৫॥ ভীষ্মনা হায়,— নিংথৌ! অসিগুম্বা উপাদেশ অসি পীহ্না বেদশাস্ত্রগী জ্ঞান পূম্নমক্কী তুংনকম ওইরবা, মহাজ্ঞানী শ্বেতকেতুনা সুবর্চ্চলাগী গর্ভদা মচা কয়া পোকখি। যজ্ঞ মথল মথন্না দেবতাশিংবু পেলহনখি। অতুদগী আত্মযোগগী সাধনা তৌহ্না নির্দ্বন্দ্ব ওইনা, হায়বদি,— ঐগী মাগী হায়বা অতুগা অমাবা হুংঙাইবা হায়বনচিংবা অনী থোক্পগী রাথলসিদগী মাংনা লান্নখিহ্না সংসারগী বিষয়বু আসক্তিগা লোয়নন্না লৌশিল্লদনবা পুনশি লেনখি ॥৪৬॥ মশামককী রাথলগী চপ্চানা তুংইনবী লোয়নবী অমবু কংহ্না শ্বেতকেতুনা, ক্ষেত্রজ্ঞ ওইবা হায়বদি,— হকচাংসিগী তত্ত্ববু মুন্না খঙলবা আত্মাসিনা আধ্যাত্মিকী বুদ্ধিবু কংলগা হকচাংদগী মশেক্না লোয়নন্না হাংদোরক্পদা ফজবা অহুগুম্বা, মশেক্ মঙানগা লোয়নন্না থোইনা নীঙথিজখি। মখোয় অনী অদো অতোপ্পা মপোক্ অমদা অমাংবা অথোইবা থুডমদা কামিন্নরম্লিবনি। মাহুগী সাক্ষী ওইনা প্রত্যক্ষ প্রমাণ ওইনা মর্ত্ত্য অসিদা অমুক্ লোক্কমিন্নরবনি ॥৪৭॥ নোংমা, সুবর্চ্চলানা মপূরোইবা শ্বেতকেতুদা অস্নুম্না হংজি,— "ব্রাহ্মণ অথোইবা! নহাকপু থাঙ্গশেংবা কনানো? মাহু ঐঙোন্দা শেংনা হায়বিয়ু।" মাহু তাবদা রাঙাঙ হৈরবা ভগবান্ শ্বেতকেতুনা হায়,— দেবী! নংনা ঐবু মুন্না খঙলে। মাসিদা করিমতা চিংননীঙায় লৈত্রে। ঐঙোন্দা নহাক্না "ব্রাহ্মণ অথোইবা" হায়না কৌখি। ব্রাহ্মণ অথোইবহু নত্তবা অতোপ্পা কররম্বা নিপা অমদা হংলি-বনো? ॥৪৮—৪৯॥ সুবর্চ্চলানা হায়,— থরায়গী মপু! ঐনা হংজরিবদি শ্বেতকেতু কৌবা হকচাংসিগী থম্মোয়গী গুফাহুংদা তুমিন্না তাহ্না লৈরিবা আত্মাদা হংজবনি। মাহু তাবদা শ্বেতকেতুনা হায়,—ঈবেম্মা! মহাক্কি করিমতা থুম্মকওই। নহাক্না আত্মাসিদা শক্ মিং, শাগৈ-জাৎ করিনো হংখিবনিনা মাগীদি মাহু লৈজদবনিমা নংনা হংলিবহু মঙোন্দা মীনম্বা কান্নদবা ওইনা হংবনা মহাক্কী থুম্বগী শক্তি লৈত্রে। মরমদি— নাম গোত্রনচিংবদা আত্মা মাবু লৈহল্লবদি হক্চাংসিগী হায়বাদ সংসারসিগী বন্ধন (অহা-অপুন্) দা লৈজ-বনিনা মীথা পোলজ্জরবনিনা থুম্মকপগী শক্তি মঙোন্দা লৈজত্রে ॥৫০॥ আত্মাসিদা 'ঐ' ঐনি' হায়বা

তস্মিন্ত্যাগোত্র সন্তানে বর্ত্ততে দেহবন্ধনম্। নাত্র তৎপরমার্থং বৈ কিমর্থমনুপৃচ্ছসি ॥৫১॥
ততঃ প্রহস্য সা হৃষ্টা ভর্ত্তারং ধর্মচারিণী। উবাচ বচনং কালে স্ময়মানা তদা নৃপ ॥৫২॥

সুবর্চ্চলোবাচ।

কিমনেন প্রকারেণ বিরোধেন প্রয়োজনম্। ক্রিয়াকল্যাপৈরত্রার্থে জাননষ্টেঽসি সর্ব্বদা ॥
তন্মে ব্রূহি মহাপ্রাজ্ঞ যথাহং ত্বামনুব্রতা ॥৫৩॥

শ্বেতকেতুরুবাচ।

যৎ যদাচরন্তি শ্রেষ্ঠঃ তৎ তদেবেতরো জনঃ। বর্ত্ততে তেন লোকোঽয়ং সংকীর্ণশ্চ ভবিষ্যতি ॥৫৪॥
সংকীর্ণে চ তথা ধর্ম্মে বর্ণসঙ্করমেতি চ। সঙ্করে চ প্রবৃত্তে তু মাৎস্যো ন্যায়ঃ প্রবর্ত্ততে ॥৫৫॥
তদনিষ্টং হরের্ভদ্রে ধাতুরস্য মহাত্মনঃ। পরমেশ্বরসংক্রীড়া লোকসৃষ্টিরিয়ং শুভে ॥৫৬॥

রাখল ( ভাব ) অসি পরম্পরাদগী অসুম থম্লরক্নি। নহাকসু মাহু হৌজিকসু থম্লি। নংসু 'ঐ' গী ঐসিসু ঐগী মহাকসু 'ঐ' গী মশক্ ভাক্তনি। মাসিদা পরমার্থতত্ত্ব করিমত্তা লৈতে। * অদুনা করিগী হংলিবনো ? ॥৫১॥ নিংথৌ যুধিষ্ঠির ! রাসি তাবদা সুবর্চ্চলা কৌবীসি থোইদোক্না পেনখ্রে। মহাক্না মোমোন তৌনা নোক্ন নোক্না শ্বেতকেতুদা অসুম্না হায়রকই ॥৫ ॥ ব্রহ্মর্ষি ! অসুম্না কাম্লদবদা থৎনরগা ক'র কাম্লে ? অসিগুম্বা ঐখোয়গী যুগ্মান-কৈবানবগী থবক-থানা ময়ামসিদা তাদুনা শেংলবা জ্ঞান অদো অসুম থর থরা মাওশিনখ্রগনি। অদুনা, অশিংবা— মহাজ্ঞানী ! মসিগী মরম অসি শেংনা অমুক্তা তাকপীয়ু। মরমদি— ঐদি নহাক্না তাকপীরিবদুগী তু'ইম্লনা চচ্চবী লোয়নবীনি ॥৫৩॥ শ্বেতকেতুনা হায় — চান্নবী ! মীথোইমীহেনবা মীনা তৌথোরকপা শাজৎ ব্যবহার অদু অতোপ্ অতোপ্পশিংনা মতৌ তম্লে। অদুনা ঐনা সংসারগী চৎনবী থবকশিংসিবু কাম্লদবনি হায়না খাদোক্লবদি মী অযাম্বনা মাহু লোইনা তম্লরক্কনা, মাদুনা মী পূম্নমকসি অমগ'মগা তোরোৎ—খাদানরক্কুনা চারোন-মৌরোম্লরক্কুনা সঙ্করতাগী দোষ অদুনা সমাজ পুম্নমক অসি মাঙথোরক্কনি ॥৫৪॥ মতৌ অসুম্না ধর্মদা সঙ্কীর্ণতা ( অথুবা, অমগ'মগা ম্লেচ্ছরবা ) গী থৌদোক অমদি রাখল অদু লাক্ই। মাহু হেক লাকপদা সমাজদা মাৎস্যন্যা'য় হায়বদু চঙ্ওকই। ( ভা অচৌবা মপাঙ্গল কনবনা, অশোনবা ভামচা মচা কাম্লন চাথোক্লববু মাৎস্যন্যায় কৌই ) ॥৫৫॥ ঈবেম্মা ! জগৎ পূম্নমক্কী মপু ওইরিবা, অচচ্চস্ত জীব পূম্নমক্কী য়োকপি-থাকপিবা মপু ওইরিবা ভগবান্ শ্রীহরিনা মাসি পামদে। জগৎ

* "ঐনা নত্তোন্দা হংলি" অসিনচিংবসিদা পরমার্থতত্ত্ব করিমতা লৈতে। হায়বদি থাঙ্গশেংবা তত্ত্ব করিমত্তা য়াওদে হায়বদি অচুম্বা করিমত্তা লৈতে। হংলবা আত্মা মশা অমত্তনা দেহ অমদা লৈরগা— মানা হংণ্ডুরিবা অদুনা মত্তোন্দগী তোঙানবা আত্মা অমনি হায়না লৌরি। আত্মা মাদি অমথক্তনি। মশা মায়াদা থুম্লরে। অদুনা তত্ত্ব করিমত্তা য়াওদে। অদুনা করিগীদমক্তা দেহসিবু আত্মা নহাক্না ঐনি হায়না শেরাম্লনা থন্দুনা পরমার্থতত্ত্ববু হায়বদি অচুম্বা তত্ত্বদুবু করিগী হংলিবনো ? আত্মা নংনা দেহদুদা লৈন লৈনা অদুম্ মহংজো··· হায়বা রানি ॥৫১॥ ( কালাচাঁদ )

যাবৎ পাংসব উদ্দিষ্টাস্তাবন্তোহস্য বিভূতয়ঃ। তাবত্যশ্চৈব মায়াস্তু তাবন্তো হস্য শক্তয়ঃ ॥৫৭॥

এবং স্বহৃদয়ে মুক্তো যত্র মে তত্ত্বরাত্মম্। ছিত্ত্বা জ্ঞানাসিনা গচ্ছেৎ স বিদ্বান্ স চ মে প্রিয়ঃ ॥

সোঽহমেব ন সন্দেহঃ প্রতিজ্ঞা ইতি তস্য বৈ ॥৫৮॥

যে মূঢ়াস্তে দুরাত্মানো ধর্ম্মসঙ্করকারকাঃ। মর্য্যাদাভেদকা নীচা নরকে যান্তি জন্তবঃ ॥

আসুরিযোনিমাপন্না ইতি দেবানুশাসনম্ ॥৫৯॥

ভগবত্যা তথা লোকে রক্ষিতব্যং ন সংশয়ঃ। মর্য্যাদা লোকরক্ষার্থমেবমস্মি তথা স্থিতঃ ॥৬০॥

সুবর্চ্চলোবাচ।

শব্দঃ কোঽত্র ইতি খ্যাত স্তথার্থশ্চ মহামুনে। আকৃত্যাপি তয়োর্ব্রূহি লক্ষণেন পৃথক্ পৃথক্ ॥৬১॥

শ্বেতকেতুরুবাচ।

ব্যঞ্জনেন চ বর্ণানাং পরিবারকৃতো হি যঃ। স শব্দ ইতি বিজ্ঞেয় স্তদ্রূপাতোহর্থ উচ্যতে ॥৬২॥

সুবর্চ্চলোবাচ।

শব্দার্থয়োর্হি সম্বন্ধস্তয়োরস্তি হি বা ন বা। তন্মে ব্রূহি যথাতত্ত্ব শব্দজ্ঞোঽর্থ এব চেৎ ॥৬৩॥

---

পুম্নমক্কী সৃষ্টি (থুংশেম) অসিমক্ জগৎমপু মাগীদি ক্রীড়া (শান্নবা) অমনি ॥৫৬॥ মৃক্তভূমিগী উফুল্ মরীক মশীং লৈবা অদুম্ ভগবান্ পরমাত্মা শ্রীহরিগী সম্পত্তি লৈ। সম্পত্তি লৈবা অদুম্ মায়া লৈ। লৈরিবা মায়া অদুম্ মায়াগী শক্তি লৈ ॥৫৭॥ ভগবান্ শ্রীনারায়ণ মশামক্না হায়,— "সংসারগী পোকপ শিবগী লাংদগী অৱান্বা থুডম পান্বা, মাদুবু কংনবা হোৎনরিবা কনাগুম্বা সাধকনা গিরিগুফানচিংবা অচৌকপা শৃক্রবা মকমদা চংদুনা জ্ঞানগী থাঙশাংনা পোকপা শিবগী থৌরীবু ককথৎদুনা নারায়ণ ঐগী লৈকমদা চংখি। মহাক অদু অশেংবা বিদ্বান্ জ্ঞানীনি, অদুগা ঐগী অথোইবা চান্নবা মরুপনি। অদুগুম্বা যোগী পুরুষ অদু কনা নত্তে ঐমক্তি, মাসিদা করিমত্তা চিংনফম লৈতে…" মাসি ভগবান্ মামক্কী রাশক্তি ॥৫৮॥ পঙ্বা, পঙ্বত নত্তনা মরুকচেল ফত্তবা, ধর্ম্ম অমগা যেচ্ছিনহনবা পান্বা, লোক অমদি সমাজগী মর্য্যাদাবু থুগাইবা মী মহাক অদুদি নরকতা তাই। হিংসা য়াইতম্বগী মপোক্না চংখি—পোকখি। মাদুনি ভগবান্গী অনুশাসন (দণ্ড) হায়বদু ॥৫৯॥ ঈবেম্মা! নহাকন্দু জগৎ (লোক) অসিবু ঙাক্লবগীদমক লোকক্কী মর্য্যাদাবু ঙাককম থোকই; ঙাক্কদবনি। মাসিদা করিমত্তা চিংনগনু। ঐন্দু রাখল অসদা লোক সমাজগী মর্য্যাদা অসিগী মনুংদা লৈরে ॥৬০॥ সুবর্চ্চলানা হংই,— মহামুনি! মফম অসিদা শব্দ হায়বসিনা করিবু কনাবু খঙহল্লিবনো? অদুগা অর্থ হায়নসিমক্তি করিনো? অনী অসিগী মওং অমদি শাক্তং উৎপীদুনা তোঙাল্ তোঙাল্ ব্যাখ্যা তৌবিযু ॥৬১॥ শ্বেতকেতুনা হায়,— অনচিংবা ময়েক মরামগী মপেবু মথং মনাও নাইনা অদুগা মথং মনাও নাইদনবু ওইরবদু থোম্নোকহন্খিবদা, উরমদবদগী হেক্ উরকপা হায়বদি— থম্মোয়দা ঙাম্মোরক্লিবা পোৎশক অদুবুনি "শব্দ" হায়রিবসি। শব্দ মপুম কশা অদু পুগল্লিবা অভিপ্রায় (ওইতম্নীংবা পুনিংবা ভাব) অদুবুনা 'অর্থ' কৌই ॥৬২॥ সুবর্চ্চলানা হংই,— শব্দ অদু লৈরবা থোক্লবদুমক্তদা 'অর্থ' হায়বা তোঙানবা পোৎশক অমা লৈংনবগী লৈহৌরগী অদুগা শোয়দনা লৈরগুম্বা পোৎশক্ অমমু খাংবি।

শব্দার্থয়োর্ন চৈবাস্তি সম্বন্ধো হ্যত্যন্ত এব হি। পুষ্করে চ যথা তোয়ং তথাস্থীতি চ দেহ তৎ ॥৬৪॥

সুবর্চলোবাচ।

অর্থে স্থিতির্হি শব্দস্য নান্যথা চ স্থিতি ভবেৎ। বিদ্যতে মহাপ্রাজ্ঞ বিনার্থং ব্রূহি সত্তম ।৬৫॥

শ্বেতকেতুরুবাচ।

স সংসর্গোঽস্তিমাত্রস্তু বাচকত্বেন বর্ত্ততে। অস্তু চেৎ বর্ত্ততে নিত্যং বিকারোচ্চারণেন বৈ ।৬৬॥

সুবর্চলোবাচ।

শব্দস্থানোঽত্র ইত্যুক্তস্তথার্থ ইতি মে কৃতম্। অথাস্তিতো ন তিষ্ঠেচ্চ বিরুদ্ধমেব ভাষিতম্ ॥৬৭॥

শ্বেতকেতুরুবাচ।

নর্তি কৃতোঽত্র কথিতো নাকাশং হি বিনা জগৎ। সম্বন্ধস্তত্র নাস্ত্যেব তৎ বদিত্যেব মন্যতাম্ ॥৬৮॥

সুবর্চ্চলোবাচ।

সদাহঙ্কারশব্দোঽয়ং ব্যক্তমাত্মনি সংস্থিতঃ। ন বাচস্তত্র বর্ত্তন্তে ইতি মিথ্যা ভবিষ্যতি ।৬৯॥

মাদুবু অর্থ হায়না মিংথোল্লবদি শব্দ অদুগা মতোন্দা ফাওরিবা অর্থ হাযবদুগা করি মরী লৈনৈ? অনী অসিগী মরক্তা লৈনরিবা সম্বন্ধ অদুনা কারিনো? ঐখোয়দা নাখৈশেংনা তাকপিযু॥৬৩॥ শ্বেতকেতুনা হায়, শব্দগা অর্থগা অনীগী মরক্তা অকক্নবা লেঙবা হোংবা য়াদ্রে হায়বা সম্বন্ধ (মরী) অমতা লৈতে। থম্না থক্তা ঈশিংদি লৈ। অদুগা থম্নাদুগা ঈশি দুগা অনীগী মরক্তা তংনবা য়াদ্রবা মরীদি লৈতে। অদুম্ হায়না খঙউ ॥৬৪॥ সুবর্চ্চলানা হায়, — মহাজ্ঞানী! অর্থগী মথক্তা শব্দনা তোংদুনা লৈরিবনি। অর্থ হায়বা মহাক হেক্ লৈতবদা— য়াওদবদা, শব্দ অদু লৈবা শূক্য়া য়াদে। অদুনা অর্থ য়াওদনা লৈব য়াবা করিগুম্বা কনাগুম্বা শব্দ ককা লৈরবদি তাকৃপিযু॥৬৫॥ শ্বেতকেতুনা হায়,— শব্দগা মাগী অর্থগা অনী অসিগী মরক্তা লৈরিবা সম্বন্ধ অসি বাচ্য-বাচক ভাব সম্বন্ধ হায়বদুনি। হায়রিবা সম্বন্ধ সিমতদি নিত্যনি। শব্দ অমত্তুংবু মরৈরবদি করিগুম্বা অর্থ অমা নত্রগা অমদি শোয়দনা মরৈরগনি। মথক মথা ওন্নৈনা খোন খোকহল্লবা ফাওবদা অর্থ অমদি অদুম মরাক্কনি। (মাদুদি,— 'নদী' হায়রবস্থ নত্রগা দীন' হায়না— মথক মথা ওন্নৈনা হায়দোক্লবস্থ অর্থ অমদি অদুম্ মরৈরি।)॥৬৬॥ সুবর্চ্চলানা হায়,— 'শব্দ' গী হায়বদি বেদগী আধার (তুংনকম্) দি অর্থগী মশক ওইবা পরমাত্মানি; অসুম্না বিদ্বান্ জ্ঞানীশিংনা হায়নৈ। মাসি ঐগীস্থ মতনি। অর্থ য়াওদনা শব্দ অমত্তা থিল ওইনা লেঙদনা লৈবা য়াদে। অদুনা মহাজ্ঞানী নহাক্কদি সম্বন্ধ অদু নিত্যনি হায়বসি য়াবিনীংদ্রে। অদুনা নহাক্না হায়রিরিবসিদি পরম্পরাদগী খঙনবক্লিবসিদগী ওন্ন তৈনবা ওইরে॥৬৭॥ শ্বেতকেতুনা হায়,— ঐ চৎনরিবদুগীস্থ ওন্ন-তৈনবা বা থক্ হায়দ্রে। য়েংউ— আকাশ য়াওদনা পৃথিবী (লৈপাক্) অমদি পার্থিব (লৈপাক্না শাবা পোৎ) অমতা নীঙথিনা ওহাক্তং ওইরবস্থ লেঙদনা লৈবা য়াদবনি। অদুবু আকাশগা পার্থিব পদার্থশিংদুগদি মরী করিমত্তা লৈনদে। আকাশগা পৃথিবীগা লৈনবা মরীদুগুম্না লৈনবা শব্দগা অর্থগা অনীগী মরীনি· অসুম্ হায়না খঙ্নগনি॥

সুবর্চ্চলানা হায়,— 'ঐ' হায়বা শব্দ অসি আত্মা তগা মরী লৈনবা রাহৈনি, হক্চাংসিগা থোইনা

শ্বেতকেতুরুবাচ।

অহং শব্দো'হমিত্যাখ্যো নাত্মভাবে শুভব্রতে। ন বর্ত্তন্তে পরেঽচিন্ত্যে বাচঃ সগুণলক্ষণাঃ ॥৭০॥

মৃন্ময়ে হি ঘটে ভাবস্তাদৃগ্ভাব ইহেষ্যতে। অল্পা ভাবঃ পরেঽচিন্ত্যে হ্যাত্মভবো যথা চ তৎ ॥৭১॥

অহ ত্বমেতদিতেত্যপরেসংকল্পনা যদা। তস্মাৎ বাচো নিবর্ত্তন্তে ইতি নৈব বিরুধ্যতে ॥৭২॥

তস্মাৎ বাক্যেন বর্ত্তন্তে মনসা ভীরু সর্ব্বশঃ। যথাকাশগতং বিশ্বং সংসক্তমিব লক্ষ্যতে ॥৭৩॥

সংসর্গে সতি সম্বন্ধাৎ তৎ বিকারং ভবিষ্যতি। অনাকাশগতং সর্ব্বং বিকারে চ সদা গতম্ ॥৭৪॥

তৎব্রহ্ম পরমং শুদ্ধমনৌপম্যং ন শক্যতে। ন দৃশ্যতে তথা তচ্চ দৃশ্যতে চাস্মতি মম ॥৭৫॥

মরী লৈনদে হায়রৈ। অতুগা অমরোমদা 'যতো বাচো ন বর্ত্তন্তে" আত্মা মতোন্দা ঐ নং মানচিংবা করিগুম্বা রাহৈ অমতা চঙবা ওমদে; হেক্ত হন্দোরকৃই হায়নরি অতুমদি আত্মা মতোন্দা ঐ নং মা অসিনচিংবা শব্দ হাপচিল্ কৌশিল্লিবসি অরেম্বা মীনম্বা ওইবা তারি ॥৬৯॥ শ্বেতকেতুনা হায়,— ব্রতচেৎলবী। 'ঐ' হায়বা শব্দসি আত্মগী ভাবতা— মওংদা শীজিন্নবা নত্তে। অহোয়নত্তুম ঐ হায়বা শব্দসিগী ভাব মওং অদুত্তুম্ আত্মাগী ভাবতা শীজিন্নৈ। মরমদি সগুণ ওইবা পোৎশিংতবু খণ্ডনহন্বা রাহৈনা নিগু'ণ ওইবা— পরব্রহ্ম পরমাত্মা খণ্ডনহনবা ওমদে ॥৭০॥ লৈপাক্লা শাবা চফূদা লৈপাক লৈবত্তুঙম্বা পরমাত্মাদগী থোক্খিরা পোৎ থুদিংদা পরমাত্মাগী ভাব লৈ হায়না খন্নদবনি। অতুনা খন্নফম্ থোকৃত্রবা পরব্রহ্ম পরম আত্মাদা লৈবা ( থম্না ) অহম্ভাব ( ঐ হায়বসি মাবুনি হায়না খনবা ) অসিমক্তি অ.ত্মা হায়রিবসি। মাসি চপ্চাবা শোয়দ্রবা রানি ॥৭১॥ ঐ নং মা হায়বসি তাইবংমী ঐখোয়না পরব্রহ্ম পরমাত্মাদা থোন্জিন্বা মিং ওাক্তমি। থাক্লেশেংবদা অচম্বা অমতা নত্তে। মরম অদুনা পরমাত্মা মহাক্তি তাইবংমীনা শেম্বা রাহৈ রাঙাঙদগীন্থ রাংমদা লৈবনি। বানী ( রাহৈ ) না য়ৌবা ঙম্বা লম নত্তে হায়না শ্রুতিনা হায়রিবসিগা, হৌজিক হায়রিবা অসিগা বিরোধী ওইনবা লৈতে। হায়রিবসি তাইবংমীগী রাহৈনা মতোন্দা থোন্জিল্লিবা মিংশিং অসি— কাল্পনিক ( কল্পনা মাত্র ) নি ॥৭২॥ মরম অদুনা, লাল্থ্রগদ্রা হায়না কিগন্বী! তাইবং মীওইবনা অরানবা রাথন্দগী ঐ নংনচিংবা রাহৈশিং অসিবু, উরিবা লৈপাক্লা শাবা হকৃচাংসিদা শীজিন্নরি। আকাশদা সম্বন্ধ অমতা থমদনা তাউদুনা লৈরিবা দৃশ্যজগৎ অসিনা আকাশদা নশ্শিন্দুনা লৈবগুম উরিবসিগুম্বা বিশ্বজগৎ অসিনা পরমাত্মাগা তিন্নদুনা লৈবগুম উবনি ॥৭৩॥ ব্রহ্মগা জগৎকা লৈনরিবা অদুগুম্বা মরী অদুনা জগৎ অসি মাগী থুংলেম্নি হায়না উরি। জগৎ পুম্নমক্সি আকাশদগী তোঙান্না লৈরিবনি। অতুবু জগৎ অসিদি বিকারমক্তনা তত্তনা থম্না লৈবা মতমদা আকাশগা ঈতীত্ত তিন্নদুনা লৈবদুগুম্ উরিবসিগুম্বা জগৎকা ব্রহ্মগা করিগুম্বা সম্বন্ধ অমতা লৈত্রবসু জগৎসিনদি মতোন্দগী মপোক্লকৃলবনিনা মাগা ঈতীত্ত তিন্নদুনা লৈবগুম্ উবতনি ॥৭৪॥ ব্রহ্ম হায়বসিদি থোইদোক্লা শেংলবনি। মাগা চাংদম্নগদবা পোৎশক্ অমতা বিশ্বব্রহ্মাণ্ড অসিদা লৈত্রবনি। মরম অদুনা রাহৈনা মহাকী মরমদা করিগুম্বা অমতা হায়দোকৃপা ওমত্ররি। মপান্থোংগী উন্শানা শাবা মীৎনা করিগুম্বা মতমদা মাবু উবা ফংলরোইদৌবনি। অদুনা জ্ঞানগী মীৎনা মাগী সাক্ষাৎকার তৌবা ওমলদৌরিবনি। মাসি ঐগী মতনি ॥৭৫॥ সুবর্চ্চলানা হায়,— অদুনদি মশক্হোংবা

সুবর্চ্চা উবাচ।

নির্বিকারং হ্যমূর্তিঃ চ নিরয়ং সর্ব্বগং তথা। দৃশ্যতে চ বিয়ন্নিত্যং দৃশাত্মা তেন দৃশ্যতে ॥৭৬॥

শ্বেতকেতুরুবাচ।

ত্বগা স্পৃশন্তি বৈ বায়ুমাকাশস্থ পুনঃ পুনঃ। তৎস্থং গন্ধং তথা ঘ্রাতি জ্যোতিঃপশ্যতি চক্ষুষা ॥৭৭॥

জ্যোতির্গ্রহগণশ্চৈব মেঘজালং তথৈব চ। বর্ষ তারাগণং চৈব নাকাশ দৃশ্যতে ॥৭৮॥

আকাশস্থাপ্যথাকাশং সদ্রূপমিতি নিশ্চিতম্। তদর্থে কল্পিতা হেতে তৎ সত্যং বিক্ষুরেব চ। ৭৯॥

যানি নামানি গৌণানি হ্যুপচারাৎ পরাত্মনি। ন চক্ষুষ ন মনসা ন চান্যেন পরো বিভুঃ॥

চিন্ত্যতে সূক্ষ্মযা বুদ্ধ্যা বাচা বক্তুং ন শক্যতে ৮০।

এতৎ প্রপঞ্চ খিলং তস্মিন্ সর্ব্বে প্রতিষ্ঠিতম্। মহদ্যতে হ্যল্প শ্চৈব যথ মহা প্রতিষ্ঠিতৌ ৮১॥

ন চ স্ত্রীন পুমাংশ্চৈব তথৈব ন নপুংসকঃ। কেবলং জ্ঞানমাত্রং তৎ তস্মিন্ সর্ব্বং প্রতিষ্ঠিতম্ ৮২॥

মশক্ মওং লোইবা থম্বা লৈত্রবা, তমথৈ নাইদ্রবা মফম পুম্বদা শীনথুনা লৈরিব আকাশবু উনরিবা মতৌ অম্মুম্বা জ্ঞানতগী মশক্ আত্মাগী দর্শন ফংবৈ ॥৭৬॥ শ্বেতকেতুনা হায়,— তাইবংমীনা উনশা গৌবা ইন্দ্রিয়গী পাম্বৈনা আকাশনা লৈবা মুংশিংকী স্পর্শবু অনুভব তৌই নত্তোনগী পাম্বৈনা আকাশদা লৈবা মনম্‌বু নম্বা ঙম্মি। মীৎসিনা আকাশদা লৈব মঙালবু উবা ফংঙি ॥৭৭॥ অসি নত্তনা অমম্বা, মঙালগী মপৈ, পাইরিবা নোংগী মপৈ, ঈশিং ওইনা তারক্লিবা নোং, থবান্মিচাকী মপৈ উবা ফংঙি। মতোন্দা লৈবা পোং জিশিং লিশিংবুদি উবা ফংঙি। অদুগ খ্বাইদগী তুংফম ওইরিবা আকাশ মাবুতদি উবা মফংদ্রে ॥৭৮॥ অদুম্বা হায়বনা মহাকী মশক্ ওইরিবা পরমাত্মাদি আকাশগীসু আকাশনি। হায়বদি আকাশদা অহাঙবা হায়বা গুণ ধর্ম অসি পীরিবা মহাকাশ হায়বদু পরমাত্মা মহাক্‌পুনি। মাসিদগী করি লেপ্লবগে হায়রবু— মহাকীদমক্তা, অদুগা মহাক্ মশামক্তনা বিশ্বজগৎ অসিবু শেম্বিথিবনি। খ্বাইদগী হেন্না চুম্বা, মফম মত্তম পুম্বদা শীনথুনা লৈবা হায়বদু পরমাত্মা মহাক্‌পুনি ॥৭৯॥ ভগবানগী গুণশক্তিগা মরম লৈনবা, শীনরিবা, শোন্নরিবা নাম ময়াম অদু পরমাত্মা মহাকীদি ঔপচারিক নাম মক্তনি। হায়বদি মহাকী মতীক্ মগুণগা চুনম্বা নাম মক্তনি। মীৎ পুক্নীং অসিনচিংবা কবিগুম্বা ইন্দ্রিয়গী পাম্বৈনা মফম থুদিংদা শীনথুনা লৈরিবা পরমাত্মা মহাক্‌পু খাম্বা ফংদে। মচৈনা মাগী বর্ণন তৌবা ঙমদে। মচীন তুম্নবী কুপ্লবী বুদ্ধি মাগী পাম্বৈ- তনা পরমাত্মাগী সাক্ষাৎকার তৌবা ঙম্মি ॥৮০॥ লেঙবা ওৎপা তিন্নবা-কাম্নবনাচিংবা থবক্ ময়াম্ অসিদা হাপশিল্লিবা হৈপাল-লৈপাল্ বেদ অশিংনচিংবগী মপুম্ অমদি তোঙান্ তোঙাল্ লৈবগী মওং পুরিবা পুম্নসি অমত্তা ওইবা পরমাত্মা মতোন্তদা লেরিবনি। প্রমাণ অমদা হায়রগা অচৌবা চক্ষুসু লৈপাক্লা লৈ, চকু মচাসু লৈপাক্লা লৈ ॥৮১॥ * পরমাত্মা হায়রিবা অসিদি নিপাসু নত্তে, নুপীসু নত্তে। নপুংসক ( নিপা

* মফম অসিদা 'লৈপাক্লা লৈ' হায়বসিগী ভাবতি—লৈপাক্ মথক্তা—পৃথিবী মথক্তা লৈ হায়বা নত্তে। চকুচুগী মশাদা লৈপাক্ য়াওরি। চকু হায়বা মিংগা মওংগা অনীন লৈরিবসি লৈপাক্তনি। লৈপাক্তু

জুহ্বিস স্থানযোগেন বস্তুন স্থনযোগতঃ। রসতো বা যথা তোয়ে প্রকৃত্যাত্মা তথা।৮৩।
তং বাক্যস্মরণান্নিত্যং তৃপ্তং বারি পিবন্নিব। প্রপেদে তু জ্ঞানমখিলং তেন তং সুখমেধতে ॥৮৪।

সুবর্চলোবাচ।

অনেন সম্যক্ কিং স্যাৎ বৈ শব্দেনেতি মতির্মম। বেদগম্যঃ পরোঽচিন্ত্য ইতি পৌরাণিকা বিদুঃ ॥৮৫॥
নিরর্থকঃ যথা লোকে তৎ বং স্যাদ্বিতি মে মতিঃ। নির্বীক্ষ্যৈবং যথা ন্যায়ং বক্তুমর্হসি মেঽনঘ।৮৬।

শ্বেতকেতুরুবাচ।

বেদগম্যং পরং শুদ্ধমিতি সত্যা পরাশ্রুতিঃ। ব্যাহৃত্যা নৈতদ্বিত্যাহৃদ্ব্যপলিপ্যে চ বর্ত্ততে।৮৭॥

হুপী য়াম্নবা) অহুস্থ নত্তে। মাসি জ্ঞানতগী মশকুনি। * অহুগুম্বা জ্ঞানতগী মশক্ ওইরবা মাগী মথক্তা জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসি নন্দুনা লৈবিবনি ॥৮ ॥ ঈশিং মশা অমত্তদা, লৈপাক্ জাৎ জাৎ তোঙাম্বা অমদি— মন্ন জাৎ জাৎ তোঙাম্বগী তিন্নবদগী তোঙান্ তোঙম্বা রস, মহাও পোক্পহুগুম্না প্রকৃতিগা আত্মাগা অনী তিন্নবদগী গুণকর্মগী মতু ইন্না সৃষ্টি মথল্ মথল্ পোক্খি ॥৮৩॥ ঈশিং থক্লগা থৌরা বা কোক্কুনা তৃপ্তি (অপেন্ বা) ফংবহুগুম্না সাধকনা ব্রহ্মগী মশক্ খঙদন্ বা, ব্রহ্মগী মরী লৈনবা অহুগুম্বা রাবু নৈনরগা নীঙশিংনরগা অপেন্ বা ফংজৈ, অহুগা জ্ঞান হায়বহুবু মপূংফানা ফংজৈ। অহুগুম্বা জ্ঞান অহুদগী সংসারদা মুংডাইবা, থম্মোয়গী মুংডাইবা (চিদানন্দ) হায়নদো মথঃ মথং চাউথংলকই ॥৮৪॥ সুবর্চলানা হায়,— পাপকী শক্ক য়াওদ্রবা মুনি! শব্দ হায়বসিনা পাঙথোক্লিবা পোংশক্ অসি করিনো? ঐনা খল্লদি শব্দ হায়বা অসিনা ঐখোয়দা কাম্নরিবসি কবিনো হায়বা অসিনি। পুরাণদৈবা বিদ্বান্শিংনা হায়নবা হায়ববু পরমাত্মা হায়বসিদি অচিন্ত্যনি রাইনা (শব্দ) না লাম্বা ফংবা অমদি খল্লক্ষম থোকপা বিষয় নত্তে। অহুনা শব্দ অয়াম্বা মতোন্দা নিরর্থক (অর্থ য়াওদব) মরুনি। অসুম তৌহুন বৈদিকশব্দ অয়াম্বসু নিরর্থক মত্তনি; মাসি ঐসু থাজৈ। অহুনা মাসিগী মরমদা চি বিবাস কোক্নবা ঐভোন্দা শেংনা অমুক্তা তাকপিয়ু। ॥৮৫—৮৬॥ শ্বেতকেতুনা হায় — মন্থ মপা। পূমশেং শেংবা পরব্রহ্ম— পরমাত্মা হায়বসিদি বেদগম্য— জ্ঞানগম্যনি, জ্ঞানগী মূর্ত্তিনিনা জ্ঞানতনা ফংকম থোক্পনি। মতাং অসিদা নাস্তিকশিংনা হায়বা হায়ববু প্রত্যক্ষ ওইনা উবা ফংবা পোংশক্ নত্তবনা মাগী মরমদা শ্রুতি বেদনা ভাজিবা শক্লিবা পুম্বা লোয়না তিনবনি। অহুনা অচুম্বা অমত্তা নত্তে মতাং অসিদা আস্তিকশিংন হায়রিবনা— পীক্লবা হক্চাংনা তিন্নবা মপান্গী

হেক্ কৈতবদা চক্ষুহু লৈয়ু য়াদে। চক্ষু মচাস্থ লৈপাক্তা অচৌবস্থ কৈপাক্তা। লৈপাক্তগী হেন্দোক্পা ঈয়া যাদে ৮১।

* পরমাত্মাসি নিপা ত ওইবা, হুপী ত ওইবা নপুংসক ত ওইবা নত্তবনিনা; নিপানি হায়না লৌরিবা জ্ঞান অহুস্থ অসত্যনি। হুপীনি হায়না লৌরিবা জ্ঞান অ স্থ অসত্যনি। অহুনা হুপীনি নিপানি হায়বা অসিনচিংবগী জ্ঞান অহুগী মক্তুংদগী জ্ঞানগী শকক্ অহুতনা পরমাত্মগী স্বরূপনি। নিপানি হায়না খঙবা অসিদগী "খঙবসে" হায়বা শকক্ অসিনা পরমাত্মাগী স্বরূপনি।৮ ! (কালাচাঁদ)

নিরর্থকো ন চৈবাস্তি শব্দো লৌকিক উচ্যতে। অনন্বয়াস্তথা শব্দা নিরর্থা ইতি লৌকিকৈঃ ॥৮৮॥
গৃহ্যন্তে তদ্বদিত্যেব ন বর্ত্তন্তে পরাত্মনি। অগোচরত্বং বচসাং যুক্তমেবং তথা শুভে ॥৮৯॥
সাধনস্তেঽপদেশাচ্চ ছায়ায়াশ্চ চ সূচনাৎ। উপলক্ষণযোগেন ব্যাবৃত্ত্যা চ প্রদর্শনাৎ ॥
বেদগম্যঃ পরঃ ইতি যে ধীমতে মতিঃ ॥৯০॥
অধ্যাত্মাধ্যানসম্ভূতং দীপবৎ স্ফুটম্। জ্ঞানে বিদ্ধি শুভাচারে তেন যান্তি পরাং গতিম্ ॥৯১॥
যদি মে ব্যাহৃতং গুহ্যং শ্রুতং ন তু বিগা শুভে! তথ্যমিত্যেব বা শুভে জ্ঞানং জ্ঞানবিলোচনে ॥৯২॥
নানারূপবদত্রৈশ্চৈশ্বর্য্যং দৃশ্যতে শুভে। ন বায়ুঃ সূর্য্যো ন চাগ্নি স্তত্তু পরং পদম্ ॥
অনেন পূর্ণমেতদ্ধি হৃদি ভূতমিহেষ্যতে ॥৯৩॥

অচৌবা হকচাং অসিদা পরব্রহ্মবু জীবাত্মাগী মশক্ ওইনা প্রত্যক্ষ ওইবা—উবা শোক্পা ঙম্মি। মরমমতুনা প্রত্যক্ষ ওইনা লৈরিবা মাগী মরমদা শ্রুতিনা বেদনা হায়রিবা পুম্বা অচুম্বমক্তনি ॥৮৭॥ নীঙথিজবী! লৌকিকশব্দ খুদিংমক্ নিরর্থক— অর্থ য়াওদবা কান্নদবা অমতা নত্তে। অতুনদি বৈদিকশব্দশিংগীদি করি অমুক্ হায়রুগনি? হায়দোরক্লিবা রাহৈশিংতুনা অমগ মৃগা মরী ঈরৈ লৈনদবা— অন্বয় তৌশিন্নবা য়াদবা, শব্দশিং অতুবুনি লৌকিকতা নিরর্থক শব্দনি হায়রিবসি ॥৮৮॥ অতুদা, ঈবেম্মা— মঙ্গলগী মশক্ ওইবী! লৌকিকশব্দশিংগী মতৌগুম্না বৈদিকশব্দশিংসু সার্থক—অর্থ লৈবনি হায়না লৌরবদি, অতুগুম্বা লৌকিক-শব্দগা অন্না ওইবা বৈদিকশব্দশিং অতুনা পরমাত্মাগী জ্ঞানদি পীবা ঙমদে। মরমদি পরমাত্মাদি লৌকিক-বিষয় অমা ওইদবনা, লৌকিকশব্দশিংনা লাম্বা ফংদে। হায়রিবসিমক্ যুক্তিযুক্তনি ॥৮৯॥

বেদদা ব্রহ্মাগী উপাসনা অতুগা মাবু ফংননবগী মন্ত্রোপদেশ কয়া কয়া য়াওরি। করম হায়না উপাসনা তৌগদগে হায়বগী নিয়ম অতুসু মরক্ মরক্তা পীরি, উৎলি। প্রমাণ অমদা হায়রগা গ্রহণগী মতমদা চন্দ্র নক্ষত্রগা সূর্য্যগা লোয়ন লোয়ননা রাহুগীসু মশক্ উবহুগুম্না উপলক্ষণগী যোগদগী হকচাং খুদিংমক্তী জীবা-ত্মাগী মশক্ ওইনা ব্রহ্মাগী স্থিতি অতু হকচাংমুং অসিদা লেপ্পে। অসিদসু নত্তনা নেতি নেতি ( অতুসু নত্তে অতুসু নত্তে ) হায়বা অথিংবা খণ্ডনবা রাহৈ অসিনা আত্মা নত্তবা পোৎশকমথৈ খণ্ডন তৌরগা ব্রহ্মাগী স্বরূপ অমদি স্থিতিবু লেপ্পরিবনি। অতনা শুদ্ধস্বরূপ ওইবা— মনুং মপাল্ পুমশেং শেংঙ্গবা পরমাত্মা হায়বসিদি বেদতনা হায়বদি জ্ঞানতনা ফংগদবা পোৎশক্নি। মাসি ঐগী লম্নাইগী লেপ্লতুনা লোইরবা রাথল অমনি ॥৯০॥ লমচৎ-শাজৎ ফজবী— মঙ্গলগী মশক্ ওইবী! নহাক, মাসিমদি য়াম্না মুন্না খঙ্ কম থোকই, মাহুদি— আধ্যাত্মিক তত্ত্বু নৈনবতনা, নিত্য ওইবা জ্ঞান অদো মথং মথং চাকুখৎ ঙান্খৎলবা থাউমৈগী মতৌগুম্না মুমিং খুদিংগী ঙাম্মোরকই। অতুগুম্বা জ্ঞান অতুনা তাইবংমীনা পরমাত্মগতিবু— আত্মাগী অথোইবা গতি— খুঙমবু ফংঙি ॥৯১॥ নীঙথিজবী— শেংলবা স্বভাবপু চেন্নবী! জ্ঞানগী মীংয়েংতদা জগৎপু য়েংনিংবী গ! ঐনা ব্রহ্মজ্ঞানগী কুপ্পবা তত্ত্ব থরদং লীরে। মাতু নংনা লোইনা তারেদনকো? ॥৯ ॥ নীতথিজবী! পর-ব্রহ্ম পরমাত্মাগী ঐশ্বর্য্যাদি ঐথোয়না মওং মথল্ তোঙান্ তোঙান্বদা উবা ফংঙি। পরমাত্মানা লৈরিবা মফম অতুদা মুংশিংনা য়ৌবা ঙমদে। মুমিং অমদি মৈনা মহাকপু ঙাল্হনবা ঙমদে। উরিবা বিশ্বজগৎ

এতাবদাত্মবিজ্ঞানমেতাবৎ যদহং স্মৃতম্। আবয়োর্ন চ সত্ত্বে বৈ তস্মাদজ্ঞানবন্ধনম্ ॥৯৪॥

ভীষ্ম উবাচ।

এবং সুবর্চলা হৃষ্টা প্রোক্তা ভর্ত্রা যথার্থবৎ। পরিচর্য্যমানা হ নিশং সত্ত্ববৃত্তিসমন্বিতা ॥৯৫॥

ভর্ত্তা চ তামনুপ্রেক্ষ্য নিত্যনৈমিত্তিকান্বিতঃ। পরমাত্মনি গোবিন্দে বাসুদেবে মহাত্মনি। ৯৬॥

সমাধায় চ কর্ম্মাণি তন্ময়ত্বেন ভাবিতঃ। কালেন মহতা রাজন্ যস্ম ত্বং পরিপৃচ্ছসি ॥৯৭॥

এতত্তে কথিতং রাজন্ যস্মাত্বং পরিপৃচ্ছসি। গার্হস্থ্যং চ সমাধায় গতৌ জায়া পতী পরম্ ॥৯৮॥

যুধিষ্ঠির উবাচ।

কিং কুর্ব্বন্ সুখমাপ্নোতি কিং কুর্ব্বন্ দুঃখমাপ্নুয়াৎ। কিং কুর্ব্বন্নির্ভয়ো লোকে সিদ্ধশ্চরতি ভারত ॥৯৯॥

ভীষ্ম উবাচ।

দমমেব প্রশংসন্তি বৃদ্ধাঃ শ্রুতিসমাধয়ঃ। সর্ব্বেষামেব বর্ণানাং ব্রাহ্মণস্য বিশেষতঃ ॥১০০॥

নাদান্তস্য ক্রিয়াসিদ্ধির্যথাবদুপপদ্যতে। ক্রিয়া তপশ্চ সত্যং চ দমে সর্ব্বং প্রতিষ্ঠিতম্ ॥১০১॥

অসে পরমাত্মা মশা মথন্তনা পুমথল থন্দুনা লৈরবনি। অদুগুম্বা পরমাত্মা পরমেশ্বরনা জীবপানবা খিবক্কী থম্মোয়দা অমমমৃতা ওইবা আত্মাগী মশক ওইনা তুংতুনা লৈরিবনি ॥৯৩॥ মাসিকাওবতনি পরমাত্মাবিজ্ঞানদি। অসিকাও' 'ঐ' হায়বা পোংশক অসিনা লৈরিবনি। ঐখোয় অনীগী সত্তা ( লৈবা ) হায়রিবসি নিত্য নত্তে হায়গুম্বা রা অসিগী কারণদি অজ্ঞান হায়বা অসিতননি ॥৯৪॥

ভীষ্মনা হায়,— নিংথৌ? মগুবোয়বা শ্বেতকেতুগী অসিগুম্বা থাজৈশেংবা পাউতাক অসি ফংবদা সুবর্চলা হায়রবীসি থোইদোক্লা পেনখ্রে। মহাক্ মতমলৈবা খিবিক্কা তত্ত্বজ্ঞানতদা পুক্নীং চঙথিদুনা, জ্ঞান অদুগী মতুংইন্না কর্ম্ম পুম্বা তৌবা হৌরক্লে ॥৯৫॥ শ্বেতকেতুনা মাগী লোয়নবী সুবচ্চলাগা লোয়ননা নিত্য নৈমিত্তক-কর্ম্মদা পুক্নী চঙদুনা লৈখি। মহাক্না থম্মোয় খুদিংদা চপ্‌মান্নবা লৈবা মহাত্মা ওইবা পরমাত্মা বাসুদেব গোবিন্দদা কর্ম্ম পুম্বা অর্পণ তৌথোক্লুনা মহাক্কী ধ্যানদা পুক্নীং হক্চাং অমতা ওইনা লুপথি। নিংথৌ! মতৌ অসুম্না মতম কুইনা পরমাত্মাবু-ত থন্দুনা অথোইবা গতি ( ধাম ) বু ফংখি ॥৯৬—৯৭॥ নিংথৌ! নহাক্না হংখিবা রাহংদুগী চপ্‌চাবা পাউখুমদু ঐনা রারীগী মওংদা খুম্নবনি। মতৌ অসুম্না মত্তে-মনাও অনীদু গৃহস্থাশ্রমদা লৈন লৈনা পরমাত্মাগী পদবীবু ফংবা ঙমখি ॥৯৮॥ যুধিষ্ঠিরনা হায়, ভরত শাগৈদা পোক্পা— হে ভারত! করম্বা উপায়না তাইবংমীনা মুংঙাইবা ফংগদগে? অদুগা করি তৌদুনা অরাবা কংলিবনো? অদুগা করম্ করম্বা থবক তৌরগা সিদ্ধপুরুষ অমগী মতৌগুম্না সংসারদা হক্সং-হন্দা চত্তনা লৈথোক্পা ঙমগদগে? ॥৯৯॥ ভীষ্মনা হায়,— যুধিষ্ঠির! পুক্নীং চঙনা বেদগী তত্ত্বার্থবু নৈনদুনা লৈবা অদুম ওইবা বিদ্বান্‌শিংনা বর্ণ মরিমক্কী, বিশেষ ওইনা ব্রাহ্মণশিংগীদমক্তি পুক্নীং অমদি ইন্দ্রিয়বু লাক্শিন্‌বগী মশক্ ওইবা "দম" হায়বদুতনা বিষয় অসিদা অথোইবা উপায়নি হায়নৈ, অদুগা দম হায়বসিতবু থাগৎনি ॥১০০॥ দম ( ইন্দ্রিয়বু দমন তৌবা ) হায়বসিবু নীঙথিনা ডাক্তরবা মী মহাক্তদি-করিগুম্বা থবক্ অমদা মহৈয়ানবা হায়বদু মপুংফানা কংদে। মরমদি থবক্ তৌবা, তপস্যা তৌবা অদুগা

দমস্তেজো বর্দ্ধয়তি পবিত্রং দম উচ্যতে। বিপাপ্মা নির্ভয়ো দান্তঃ পুরুষো বিন্দতে মহৎ ॥১০২॥
সুখং দান্তঃ প্রস্বপিতি সুখং চ প্রতিবুধ্যতে। সুখং লোকে বিপর্য্যেতি মনশ্চাস্য প্রসীদতি ॥১০৩॥
তেজো দমেন ধ্রিয়তে তন্ন তীক্ষ্ণোঽধিগচ্ছতি। অমিত্রাংশ্চ বহূন্ নিত্যং পৃথগাত্মনি পশ্যতি ॥১০৪॥
ক্রব্যাদ্ভ্য ইব ভূতানামদান্তেভ্যঃ সদা ভয়ম্। তেষাং বিপ্রতিষেধার্থং রাজা সৃষ্টঃ স্বয়ম্ভুবা ॥১০৫॥
আশ্রমেষু চ সর্ব্বেষু দম এব বিশিষ্যতে। যচ্চ তেষু ফলং ধর্ম্মে ভূয়ো দান্তে তদুচ্যতে ॥১০৬॥
তেষাং লিঙ্গানি বক্ষ্যামি যেষাং সমুদয়ো দমঃ। অকার্পণ্যমসংরম্ভঃ সন্তোষঃ শ্রদ্দধানতা ॥১০৭॥
অক্রোধ আর্জবং নিত্যং নাতিবাদোঽভিমানিতা। গুরুপূজানসূয়া চ দয়াভূতেষ্বপৈশুনম্ ॥১০৮॥
জনবাদমৃষাবাদস্তুতি নিন্দা বিবর্জনম্। সাধুকামশ্চ স্পৃহয়েন্নায়তিং প্রত্যয়েষু চ ॥১০৯॥

অচুম্বা তৌবা, অচুম্বা ভাউবা হায়বা অহুম অসি ইন্দ্রিয়বু দমন তৌবা থুহুমচনবা হায়বহুগী মথক্তা নন্দুনা লৈরিবনি ॥১০১॥ দম হায়বসিনা মশেক্-মঙাল্ হেনগৎহল্লি। থাইদগী শেংবা হায়বহু দম বুনি হায়না খঙ্নরবনি। পুরুষীং অমদি ইন্দ্রিয়শিংবু থুহুমচল্লবা মী অহুনা পাপকী মশক অমদি অকিবগী মশক ঈয়াউ য়াওবিদহুনা "মহৎ" হায়বা পদবী অহুবু ফংবা ঙম্মি ॥১০২॥ 'দম' কৌবা ব্রতসিবু তৌরিবা মী মহাক্তুদি মুংঙাইনা ঈংনা, থুম্না তুশিংনা তুম্ম, মুংঙাইনা য়াহৌই, ঈমুং মুংঙাইনা নীঙঙায়বা লৈতনা মনীং তম্না— কোয়চৎ চৎলি। অহুগা মহাক্কী পুক্নীংহু মুমিৎচুপ্পা ঈপেন্ত পেন্দুনা লৈ ॥১০৪॥ মতীক-মগুণ, মশেক-মঙাল্ অমা পুহুনা লৈরিবসিমক্ দম হায়বহুগী পাম্বৈননি। দম ( ইন্দ্রিয় দমন ) গী শরুক্ য়াৎপা, কামবাসনা য়াম্না কনবা, রজোগুণ য়াম্না চেন্বা মী অহুদি করিগুম্বা তেজ বীর্য্য অমতা লোইবা ঙমদে, অহুগা মতম্নেবা খিবিক্তা অপাম্বা অশাউবা অসিনচিংবা য়েরুবশিং অসিবু মশামক্তদগী তোঙান্না তাহুনা লৈরিবনি হায়না লান্না থল্লি ॥ ০৪॥ পুরুষীংবু অমদি ইন্দ্রিয়শিংবু দমন তৌরবা মী মহাক অহুদি, মী খুাইগী মফমদা কৈ, নোংশানা জীবশিং অতৈদা কিনফম্ ওইবহুগুম্না কিনফম্ ওই। অসিগুম্বা লমচৎ কা-হেল্লকপা ইন্দ্রিয় থুহুম চন্বা ঙমদবা মথোয়হুবু লাকহৎনবগী দমক্তা ব্রহ্মানা নিংথৌ হায়বা মীকোক্ অমমুক্ শেমখি ॥১০৫॥

আশ্রম মরিমক্তা দম ( ইন্দ্রিয় দমন ) হায়বসিতনা অথোইবা মচাক্নি হায়না লেপ্পে। আশ্রম মরিদা ধর্ম্ম কর্ম্ম তৌরগা ফংবা পুণ্যফল অহুবু অহুগা মাহুদগী হেনববুস্ত ইন্দ্রিয় থুহুমচন্বা ওম্বা মীশিংনা লায়না ফংবা ঙম্মি ॥১০৬॥ দম হায়বহুনা কারণ ওইবা লক্ষণ খরা হায়গে। অরীক্পা লৈতবা, ফংহৌররোই-দৌবা মতাগুম জ্ঞান তাদনা প্রোক প্রোক চাকশিল্লকপা তৌদবা, ঈপেন্ত পেঞ্জহুনা লৈবা, থবক অমত্তং তৌথোরকপদা মাহুদা পুক্নীং লুপ্পা. অশাউবা হায়বসি শৃক্রে লৈতবা, চাকচা কিজেং য়াঙাঙ-খোন্দাদা ঈচম্ চম্বা, কায়দবদা রায়েম য়াম্না ভাঙ্-শক্তবা, নাপল—থোয়বা লৈতবা, ওঝা গুরুগী সেবা তৌবা, মীগী লৈ-জবা গুণদা দোষ হুমা হুমা থিবা তৌদবা, জীবপান্বা থুদিংদা থৌজাল হৈবা, মীঙোন্দা চীয়োল্-থায়োল্ তৌদবা, মীবু থীনা ভাঙ্বা তৌদবা. কায়রমৃদাইদা মী অমবু থাগংপা থ'দবা তৌদবা, সৎসঙ্গ-ত তৌজ-তৌজনীংবা, ফুংদা লাকদৌরিবা খাইগী কান্নবা অহুতবু পামশিন্বা, মাহু ফংননবা কন্না হোৎনবা, মুংঙাইবদা মথোয়কাবা অহুগা অরাবদা চিন্তা তৌদবা ॥১০৭—১০৯॥

অবৈরকৃৎ সূপচারঃ সমো নিন্দা প্রশংসয়োঃ। সুবৃত্তঃ শীলসম্পন্নঃ প্রসন্নাত্মাত্মবান্ প্রভুঃ ॥১১০॥
প্রাপ্য লোকে চ সৎকারং স্বর্গে বৈ প্রেত্যগচ্ছতি। দুর্গমং সর্বভূতানাং প্রাপয়ন্ মোদতে সুখী ॥১১১॥
সর্বভূতহিতে যুক্তো ন স্ম যো দ্বিষতে জনম্। মহাহ্রদ ইবাক্ষোভ্যঃ প্রজ্ঞাতৃপ্তঃ প্রসীদতি ॥১১২॥
অভয়ং যস্য ভূতেভ্যঃ সর্বেষামভয়ং যতঃ। নমস্যঃ সর্বভূতানাং দান্তো ভবতি বুদ্ধিমান্ ॥১১৩॥
ন হৃষ্যতি মহত্যর্থে ব্যসনে চ ন শোচতি। স বৈ পরিমিতপ্রজ্ঞঃ সদান্তো দ্বিজ উচ্যতে ॥১১৪॥
কর্মভিঃ শ্রুতিসম্পন্নঃ সদ্ভিরাচরিতৈঃ শুচিঃ। সদৈব দমসংযুক্তস্তস্য ভুঙক্তে মহাফলম্ ॥১১৫॥
সংস্থা ক্ষমা শান্তিঃ সন্তোষঃ প্রিয়বাদিতা। সত্যং দানমনায়াসো নৈষমার্গো দুরাত্মনাম্ ॥১১৬॥
কামক্রোধৌ চ লোভশ্চ পরস্যের্ষ্যা বিকত্থনা। কামক্রোধৌ বশেকৃত্বা ব্রহ্মচারী জিতেন্দ্রিয়ঃ ॥১১৭॥

ইন্দ্রিয় দমন তৌবা মীনা কনাগী মকমদা শক্রুতা ( য়েক্ক-থক্নম ) থমদে। মী থুদিংদা তরাম তরাম অহুম তৌই। নিন্দা প্রশংস- অনীমক মতোন্দা চপ্‌মান্নে। লমচং-শাজৎ ফজে, আত্মবান্ ওই, হকচাং অসিবু ঐনি হায়না থন্দে ॥১১০॥ অদুগুম্বা ইন্দ্রিয় খুদুমচন্‌বা মী অদুনা ইহলোক অসিদা লোক সমাজগী সম্মান পুম্নমক ফংদুনা স্বর্গদা নুংঙাইনা লৈরি ॥১১১॥ ইন্দ্রিয় খুদুমচন্‌বা মীদি— জীবপান্‌বা পুম্নমক্কা নুংঙাইবা পীবগা মশাসু মাদুদা থোইদোক্না নুংঙাইবা পেঙ্গবা ফংই। জীব পান্‌বা পুম্নমক্কী নুংঙাইব-ত থল্লিবা, কনা-গুম্বা করিগুম্বা অমগী মকমদা য়েক্কবগী রাথল থম্মুদবা, মহাক অদুদি ঙানচিংবা জলজন্তু কয়াগী তুংনকম ওইবা ঈথক হৌদবা তপ্নবা লেম্লবা চাউরবা পুখ্রী অমগী মশক্নি। মহাক্কী পূক্নিংদা অপাম্বা মিহৌবগী মমি অমা কাওবা তাদে। মহাক্তি নুমিৎচুপ্পা জ্ঞানগী নুংঙাইবগী ঈপাক্তা লূপ্পুনা লৈ ॥১১২॥ করিগুম্বা জীব অমগী মকমদগী অকিবা চিংনবা লৈতবা. অদুগা মহাক্কী মকমদসু, হায়রবদি মহাকপু উরগনু জীব অমত্তগী পূক্নীং মিয়াইবা অকিমা পোক্কবা, অদুগুম্বা ইন্দ্রিয় খুদুমচন্‌বা জ্ঞানী ওইবা মী অদুতনা লোকসমাজদা— ঈকায়খুম্নীঙায় ব্যবহার তৌননীঙায় ওই ॥ ১৩॥ ওইজ-ওইথক য়াম্না ফংলবদসু নুংঙাইমনখিদুনা ঈপা পাখঙ্গবা করিগুম্বা অমা মাঙখিদুনা অরাবা থুদোংথীবগী মতম লাক্লবদসু রামন্দুনা ঈপা পাথৎশিদবা, মী মহাক্কুদবু ইন্দ্রিয় খুদুমচন্‌বা মবুদ্ধি থৌবা মী কৌই ॥১১৪॥ বেদশাস্ত্রগী তত্ত্ব মুন্না খঙ্‌লবা, সাধু মহাত্মা সৎপুরুষ-শিংনা তৌনব-চংনব লম্বী লীক্লম কায়দবা. অফবা কর্ম তৌবতনা মনুং-মপাল্‌ পুম্‌শেং শেংলব, অদুগা হীরম পুম্নদা শুচি লৈরিবা মহাক অদুতনা ইহলোকতা অফবা কর্মদুগী অফবা মহৈ চায় ॥১১৫॥ কনা-গুম্বা অমত্তগী মরাল্‌ থিরুদবা, মীবু ঙাকপীহৈবগী রাথল অদুতা থম্মোয়দা থম্বা, ঈংনা তপ্পা লৈবা, পেঙ্গবা, অথুম্বা রাহৈ অথোৎপা থোম্তোক শীজিন্নবা, অচুম্বা ঙাঙ্‌বা, দান তৌবা, অফবা থবক্‌ তৌদুনা অরাবা থঙদবা,… মথোয় অসি সৎগুণ মকুনি। ফত্তবশিংনা অসিগুম্বা সৎগুণগী লম্বীরোমদা চৎতে— চৎনীঙদে ॥১১৬॥ অসিগুম্বা মীশকশিং অসিগী মকমদদি অংাম্বা অশাউবা মিহৌবা কল্লকপনা প্রোক্ প্রোক্ চাকপা. মশা মথন্তবু থাজঙ্গবা অসিনচিংবা দুগুণ অদিতনা পীক্ থম্না লৈ। মরম অদুনা— ব্রত উপাসনানচিংবা শুভকর্মবু তৌরিবা ব্রাহ্মণশিংনা তৌগদবা হায়রবদু ইন্দ্রিয় দমন তৌদুনা হায়রবদি— ইন্দ্রিয়বু খুদুম চন্দুনা অশাউবা হায়বদুবু মথা পোল্‌দুনা থমগদবনি। মারিদমথৈ ব্রহ্মচারী ওইদুনা, পূক্নীংদা হনুবা

ছিত্ত্বা ঘোরে তপসি ব্রাহ্মণঃ সংশিতব্রতঃ। কালাৎ স জী চরেল্লোকা'ন্ নিরপায় ইব,প্রবান্ ॥১১৮॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্মপর্ব্বণি দমপ্রশংসায়াং সপ্তদশাধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ ॥ ২১৭ ॥

—(*)—

তৌদনা অথবা থরক্নীদমক্ত তপস্যা তৌরুনা লৈগদবনি। সংসারদা লৈরমগদবক্তগী অরোইবা হুমিৎ ভাইদুনা মৈথাই-থিন্‌গাইবা পুম্নমক্‌পু নমহৎলুনা সংসারদা অকিবা চিংনবা লৈতনা ঈমুং নুংঙাইনা— অন্না-অন্না, শোৎ-ভাম্বগী শঙ্কা - অশঙ্কা লৈতনা লৈথোক্কদবনি ॥১১৭ ১ ৮॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং-চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বদা দমপ্রশংসাগী চনীগা তরাতরেৎশুবা অধ্যায় লোইরে ॥২১৭॥

—:(:)—

# মণিপুরী মহাভারত

(যাগ-যজ্ঞ ব্রত-উপাসনানচিংবা পুণ্যচেনবা মহৈগী মরমদা তাকপা।)

## অষ্টাদশাধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ।

## চনীগা তরানিপালশুবা অধ্যায়।

—:():—

যুধিষ্ঠির উবাচ।

দ্বিজ তয়ো ব্রতোপেতা যদিদং ভুঞ্জতে হবিঃ। অন্নং ব্রাহ্মণকামায় কথমেতৎ পিতামহ ॥১॥

ভীষ্ম উবাচ।

অবেদোক্তব্রতোপেতা ভক্ষ'নাঃ কার্য্যকারিণঃ। বেদোক্তেষু ভুঞ্জানা ব্রতলুব্ধা যুধিষ্ঠির ॥২॥

যুধিষ্ঠিরনা হায়, ঈপুথৌ! ব্রত তৌরিবা ব্রাহ্মণশিংনা বেদদা তাক্লিবা নিয়মগী মতুংইন্না যজ্ঞ তৌরগা কত্থিবা মহৈ অমা কাংনিংবদগী, হায়বদি— সকাম কর্ম্মগী মহৈ অমা পাম্বদগী হবিষ্যান্নচিংবা মতৌগী প্রসাদী চক্কনচিংবদু চাগ্নি। মাসি চুম্বরা? তৌকম থোক্‌পরা? ॥ ॥ ভীষ্মনা হায়,— যুধিষ্ঠির! বৈদিক মতনা হায়বদি অবৈদিক ওইবা কত্থিবা ব্রত অমগী আশ্রয় লৌদুনা হবিষ্যান্নবু চাক্লিবলো— মাদা থোক্‌পা তৌগনবা লেচ্ছাচারী হায়বনি। বেদদা তাক্লিবা ব্রত উপাসনানচিংবা থবক্তা চতশিল্লুবা মায়কনা

যুধিষ্ঠির উবাচ।

যদিদং তপ ইত্যাহুরুপবাসং পৃথগ্জনাঃ। এতৎ তপো মহারাজ উতাহো কিং তপো ভবেৎ ॥৩॥

ভীষ্ম উবাচ।

মাসপক্ষোপবাসেন মন্যন্তে যৎ তপো জনাঃ। আত্মতন্ত্রোপঘাতস্তু ন তপ স্তৎ সতাং মতম্ ॥৪॥

ত্যাগশ্চ সংনতিশ্চৈব শিষ্যতে তপ উত্তমম্। সদোপবাসী চ ভবেৎ ব্রহ্মচারী সদা ভবেৎ ॥৫॥

মুনিশ্চ স্যাৎ সদা বিপ্রো দৈবতং চ সদা ভবেৎ। কুটুম্বিকো ধর্ম্মকামঃ সদা স্বপ্নশ্চ ভারত ॥৬॥

অমাংসাশী সদা চ স্যাৎ পবিত্রশ্চ সদা ভবেৎ। অমৃতাশী সদা চ স্যাৎ দেবতাতিথিপূজকঃ ॥৭॥

বিঘসাশী সদা চ স্যাৎ সদা চৈবাতিথিব্রতঃ। শ্রদ্দধানঃ সদা চ স্যাৎ দেবতাদ্বিজপূজকঃ ॥৮॥

যুধিষ্ঠির উবাচ।

কথং সদোপবাসী স্যাৎ ব্রহ্মচারী কথং ভবেৎ। বিঘসাশী কথং চ স্যাৎ সদা চৈবাতিথিব্রতঃ ॥৯॥

---

( অপাম্বা অমগা লোয়নবা সকাম যজ্ঞ তৌরি। অদুগা মাহুদা য়াওরিবা হবিষ্যান্নচিংবা চারুরিবা মহাক অদুম্ব কলকামী ( মহৈ পাম্বা ) ওইবা মীশক্নি। মখোয়দু পোকপা শিবগী মশক ওইরবা সংসার অসিদা হন্না পোক্লে, হন্না হন্না শিরে ॥২॥ যুধিষ্ঠির হায়,— ঈবুধৌ। সংসারদা পোক্লরিবা সাধারণ অয়াম্বনদি চয়াহেনবত্তবু ব্রত নিব্রত তৌরি হায়নৈ চুমরা? মাসিবু থাক্লেংশেংবা ব্রত হায়বদুরা? অসি নত্তবা— অতোপ্পা ব্রত হায়বা অম্না লৈরিবরা? লৈরবদি মাহুগী মওং অমদি তত্ত্ব অদু ঈবুধৌনা তাকপিয়ু ॥৩॥ ভীষ্মনা হায়,— নিংথৌ! মী ময়াম্না— সাধারণশিংনা থা অমদা হুমিং তরামঙানি চয়া হেন্নবদি মাহুবু ব্রতনি তপনি হায়নৈ। মখোয়না তৌরিবা ব্রতনি হায়রিবা থবক অদুদি ধর্ম্ম পুম্নমক্কী খুংলায়গী মশক ওইবা হকচাংসিবু চপ্‌শিল্‌ কংশিল্‌হনবতনি। মরম অদুনা জ্ঞানী ওইবশিংগী মততা মাদু অচুম্বা ব্রত নত্তে— অচুম্বা তপ নত্তে ॥৪॥ মখোয়গী মতত্তদি থাদোক্পা— পীথোকপা হান্নবসিগা য়ায়া নোল্লুকপা হায়বসিগা অনী অসিনা অথোইবা অমদি অচুম্বা তপনি হায়। অসিগুম্বা তপবু ঙাক্লিবা মী মহাক অদুদি হুমিংখুদিংগী চয়া হেন্‌বা ব্রত তৌবা অদুগী ব্রহ্মচারী হায়বদু ওই ॥৫॥ ভরতনন্দন! নিংথৌ! মীপীদমক্তা লোইনা থাদোক্লবা, অদুগা য়ায়ম্ব নোল্লুকপা ব্রাহ্মণ মহাক্ অদুদি মুনি ওইবতা নত্তনা দেবতামক্কি হায়না লৌনৈ। অদুগুম্বা মী মহাক অদুদি শাগৈ নাতৈ পরিবারগা লোয়ননা লৈমিন্নরবস্ত্র ধর্মবু পালন তৌননবগী রাথত্তা তেৈহুনা লৈ। অতনবা, উইবা তুম্নিংবা অসিনচিংবসি মনাক্তা লাকহন্দে ॥৬॥ শা ঙা করিগুম্বা মতমদা চারোইদৌবনি, হুমিংচুপ্পা থম্মোয় হকচাংবু তরু তরুনা লৈহনগদবনি। বৈশ্বদেবনচিংবা যজ্ঞগী লেমহৌবা অমৃতগী মশক ওইরবা অন্ন ( চরু ) দুবু চাগদবনি। অতিথিশিংগী সেবা পূজা তৌগদবনি ॥৭॥ অদুগা মহাক অদু যজ্ঞ তৌথোকপ্রবগী লেমহৌবা অন্নদু চাগদবনি। অতিথি সেবাদা পূক্নীং চঙগদবনি। দেবতা অমদি ব্রাহ্মণশিংবু তরাম তরাম সেবা পূজা তৌবা মীশক্ ওইগদবনি ॥৮॥ যুধিষ্ঠিরনা হায়,— ঈবুধৌ! হুমিংখুদিংগী চয়া হেন্‌বা হায়বসি করম ওইগদৌরিবনো? ঈতত্তত্তনা ব্রহ্মচারী ওইবা হায়বদুনা করিবু হায়রিবনো? করম ওইগদৌরিবনো? অদুগা আতং অথম লৈত্তনা অতিথিসেবা তৌবা হায়বসিনা করি

ভীষ্ম উবাচ।

অন্তরা প্রাতরাশং চ সায়মাশং তথৈব চ। সদোপবাসী চ ভবেৎ যো ন ভুংক্তেঽন্তরা পুনঃ ॥১০॥
ভার্য্যাং গচ্ছন্ব্রহ্মচারী ঋতৌ ভবতি বৈ দ্বিজঃ। ঋতবাদী ভবেন্নিত্য জ্ঞাননিত্যশ্চ য নরঃ ॥১১॥
ন ভক্ষয়েৎ তথা মাংস স মা সাশী ভবিত্যপি। দাননিত্যঃ পবিত্রশ্চ অস্বপ্নশ্চ দিব স্বপন্ ॥১২॥
ভৃত্যাতিথিষু যো ভুঙ্ক্তে ভক্তবৎসু সদ সদা। অমৃতং কেবলং ভুঙ্ক্তে ইতি বিদ্ধি যুধিষ্ঠির ॥১৩॥
অদত্বা যোঽতিথিভ্যোঽন্নং ন ভুঙ্ক্তে সোঽতিথিপ্রিয়ঃ। অন্ত্বন্নং দৈবতেভ্যো যো ন ভুঙ্ক্তে স দৈবতম্ ॥১৪॥
অভুক্তবৎসু নাশ্ননঃ সততং যস্তু বৈ দ্বিজঃ। অভোজনেন তেনাস্য জিতঃ স্বর্গে ভবত্যুত ॥১৫॥

---

হায়রিবনো? অদুগা মাদু করম ওইহনগদৌরিবনো? ॥৯॥ ভীষ্মনা হায়,— যুধিষ্ঠির! সুমিংথুদিংগী অয়ুক্কী চরা চাদনা নোংমদা অমুক্ত সুমিদাং রাইরম চাবা, অদুগা মরক্তা করিমত্তা চা-থকত্রবা অদু ওইরবদি মহাক সুমিংথুদিগী চরাহেন্বা মীশক হায়রবদু ওইরবনি ॥১০॥ মকোক্ লুপ্তবা সুমিৎতা, মাগী লোয়নবীগা উনবা, অহিং সুংথিন্দা অচুম্বতা ড়াঙবা, অনিত্য ওইগদবা জ্ঞানদা— রাথন্দা লৈতবা * অদুগুম্বা মী মহাক অদুদি ব্রহ্মচারীনি হায়না অদুম লৌনৈ ॥১১॥ করিগুম্বা মতমদা শা চাদবা মী মহাক অদু নিরা-মিষ শী (শা ভা চাদবা) অদুম কৌগনি। সুমিংথুদিং অঙম্বা দান থর থরা তৌরিবদু মতম পূম্বদা পবিত্রনি (অশেংবনি) হায়না অদুম মরৌগনি। অয়ুক সুংথিন্দা থক তুমদবা মী মহাক অদু মতম পূম্বদা জাগরণ তৌদুনা লৈবা মীশক অমনি হায়না অদুম লৌগনি ॥১২॥ যুধিষ্ঠির! য়োক-থাক্পদা মতীক চারবা মপা মমাবু শাগে নাতেবু অতিথিবু পেলহনপ্রবা— শীজপ্রবা মতুংদা অরেম্বা থরা চাহৌরিবা মী মহাক অদুনি অমৃত পাম তৌবা, যজ্ঞগী লেমহৌবা শরুক চাবা হায়রবদুনি। অদুম হায়না নহাক খঙও ॥১৩॥ অতিথি অমদা শীজ্জিনথে থক্ চাদবা মহাক অদু অতিথিগী মরূপ, অতিথনা সুংশিহেবা হায়রবা মীশক অদুনি। দেবতাদা করিগুম্বা অমা কত্রিনথে, নত্রগা চাগদৌরিবা পোৎশক অদুদগী দেবতাশিংগী শরুক তমত্রিমথে করিগুম্বা অমতা থক্ চাদবা মীশক অদু দেবভক্তনি ॥১৪॥ ব্রহ্মণ মনাই-মশন্ অদুগা অতিথিশিংনা চাত্রি-মথে মশামক করিমতা চাদবা মহাক্ অদুদি উপবাস তৌরিবা, চাদবদুমক্কী পুণ্যরূপনা স্বর্গলোকতা বিজয়

---

* অনিত্য ওইবা পোৎশক্তা থম্মুরিবা রাথল—জ্ঞান মশাদুমক্সু অনিত্যনি। 'সনা লুপাদবুতনি তান্-শিন্গদবসি' হায়রবা রাথল্ জ্ঞান অসিমক্ অনিত্যনি। সনা লুপাদুনা হেক্ চংনখিদবা সুমিত্তা রাথলদুসু অদুম্ থকত্রে— মশক্ হোংত্রে। তত্তনা মশক্ হোংববু অনিত্য কৌই। মরূম অদুনা অনিত্য ওইনা উরিবা লৈরিবা পোৎশকশিং অসিগী মঙ্গদা লৈরিবা নিত্য ওইবা তত্ত্ব অদুবুসু থন্গদবনি, পাম্গদবনি। রাথল্ অদুগা লোয়ননা "সনা-লুপাবু তন্শিন্গদবনি" হায়রবা রাথল অসিসু নিত্যজ্ঞাননি হায়না লৌবা অদুম্ ময়াগনি। অনিত্য ওইবা সংসারদা, রাথলদা, জ্ঞানদা নিত্য ওইবা মহাকপু ঈকাও কাওদনা অদুম্ লৈবা য়াই। অসিগুম্বা নিত্যবু কাওত্রবদি সংসারদা লৈন লৈনা— গৃহস্থ ওইন ওইনা ব্রহ্মচারী (ব্রহ্মজ্ঞানচারী) নি হায়রবা য়াই।১১।  (কালাচাঁদ)

দেবতাভ্যঃ পিতৃভ্যশ্চ ভৃত্যেভ্যোঽতিথিভিঃ সহ। অবশিষ্টং তু যোঽশ্নাতি তমাহুর্বিঘসাশিনম্। ১৬॥
তেষাং লোকা হ্যপর্য্যন্তাঃ সদনে ব্রহ্মণা সহ। উপস্থিতাশ্চাপ্সরোভিঃ পরিযান্তি দিবৌকসঃ॥১৭।
দেবতাভিশ্চ যে সার্দ্ধং পিতৃভিশ্চোপভুঞ্জতে। রমন্তে পুত্রপৌত্রৈশ্চ তেষাং গতিরনুত্তমা॥১৮॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি
অমৃতপ্রাশনিকো নাম অষ্টাদশাধিকদ্বিশততমেঽধ্যায়ঃ॥ ২১৮॥

—:০:—

কংঙি, মমায় পাকৃই, অয় ওই॥ ৫॥ দেবতাশিং পিতৃলোকশিং মমা-মপানচিংবা গুরুজনশিং অতিথিশিংগা লোয়ননা মনাই-মশল্‌শিংনা চাপ্রবা তুংদা লেমহৌবা শরুক চারিবা মহাক অহু, যজ্ঞদা দেবতাশিং ঋষিশিং পিতৃ-মাতৃলোককী শরুক তমপ্রবা মতুংদা চারিবা মহাক অহু—যজ্ঞগী লেমহৌবা শরুকচাবা, বিঘতাশী ওইবা মীশকুগা চপ্‌মাবৈ॥ ৬॥ অসিগুম্বা মীশকশিং অসি অমাঙ্‌ অতা লৈতবা লোক ( পদবী ) বু কংঙি। ব্রহ্ম মশামক, অহুগা অপ্সরাশিংগা লোয়ননা দেবতা পুন্নমক্কা অসিগুম্বা মীশকুগী মনাক্তা লাকুনা পরিক্রমা তৌরি॥ ১৭॥ দেবতাশিংগ অহুগা পিতৃলোককী পিতৃ মাতৃবর্গগা লোয়ননা চারিবা মহাক অহু ইহলোকতা মচা-মশূনচিংবা সম্পত্তি পুন্নমক্কা লোয়ননা নুংঙাইবা কংলম্নগা লোকতসু নুংঙাইবা অহুম্‌ মফংঙি॥১৮॥

মকম্‌ অসিদা শ্রীমহাভারতদা, শ্লোক লিশিং চাম-না শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা,
মোক্ষধর্ম্ম পর্ব্বদা, অমৃতপ্রাশনিক কৌবা চনীতরানিপালগুবা
অধ্যায় লোইরে॥২১৮॥

—:(#):—

# মণিপুরী মহাভারত

## একোনবিংশত্যধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ

### ( সনৎকুমারনা ঋষিশিংদা জ্ঞান তাক্পা )

### চনীগা তরামাপলগুবা অধ্যায়

——(*)——

যুধিষ্ঠির উবাচ।

কেচিদাহুর্দ্বিজা লোকে ত্রিধা রাজন্নেকধা। ন প্রেত্যয়ো ন চান্যচ্চ দৃশ্যতে ব্রহ্ম নৈব তৎ ॥১॥

নানাবিধানি শাস্ত্রাণি যুক্তাশ্চৈব পৃথগ্বিধা। কিমাধষ্ঠায় তিষ্ঠামি তন্মে ব্রূহি পিতামহ ॥২॥

ভীষ্ম উবাচ।

যে যে যুক্তা মহাত্মনঃ শাস্ত্রেষু প্রভবিষ্ণবঃ। বর্তন্তে পণ্ডিতা লোকে কো বিদ্বান্ কশ্চ পণ্ডিতঃ ॥৩॥

সর্বেষাং তত্ত্বজ্ঞায় যথারুচি তথা ভবেৎ। অস্মিন্নর্থে পুরাবৃত্তমিতিহাসং পুরাতনম্ ॥৪॥

---

যুধিষ্ঠিরনা হংজি,— ঈবুধৌ ! বিদ্বান্ — অহৈ-অথণ্ড্শিং থরনা অশিবা অচঙবা নত্রগা প্রকৃতিপুরুষ অসুম্ হায়না অনী অনী থোক্না লৈবগী রা অসি হায়নৈ। বিদ্বান্ পণ্ডিত থরনা জীব ঈশ্বর প্রকৃতি ’সুম্ হায়না অহুম থোক্না লৈবগী রা হায়। বিদ্বান্ থরনদি অনী অহুম আসদা নত্তনা তত্ত্ব মশীং কয়া কয়া লৈবগী রা হায়। অতুনা, অমনা অমা হায়, অমনা অমা হায়। অতুনা মমতা মান্নত্রবনিনা বিশ্বাস তৌব ঈয়া য়াত্রে। অহুগা অরানবা ভাক্তনি, অচুম্বা অমতা য়াওত্রে হায়রবসু য়াদ্রি। অতুনা, য়েৎনরিউওসিদসু পরংব্রহ্ম পরমাত্মা হায়রিবহুসু মশক্ উত্রিবনি। মাগী মাগী জাতিগী—সম্প্রদায়গী শাস্ত্র মথল্ কয়া লৈখ্রি। শাস্ত্রশিং অহুদা য়াওরিব রা, নিয়মশিং অহুসু অমত্তমক মান্নদে। অতুনা, ঈবুধৌ ! ঐ ময়ামসিগী মনুংদা করম্বদা ঐগী পুন্শিগী সিদ্ধান্ত অসি লেপকদগে ? মাহু ঈবুধৌনা ঐঙোন্দা তাক্পিয়ু ॥,—২॥ ভীষ্মনা হায়,— নিংথৌ। শাস্ত্রশিংগী বিচারদা শক্তি লৈরবা জ্ঞানী ওইবা মহাত্মাশিংনা মাগী মাগী সিদ্ধান্তনা অতৈ অতৈদগী হেন্না মাসিনা মচুম্মবনি হায়না লেপ্নরি। মাহুদা য়েৎলব য়াওরগা মাগী মাগী জ্ঞানশক্তিগী মতুংইন্না খণ্ডন তৌনরি। অসিগুম্বা খণ্ডন-মণ্ডন হৈবা পণ্ডিতশিংদি জগৎ অসিদা য়াম্ন য়াম্মি। ময়াম অহুগী মনুংদা ভাঙলিব-শক্তিবশিং অহুগী মনুংদা থাঙ্গৈশেংবমক্ অমনা কক্পা য়াত্রবা তত্ত্বখঙ্বা মীশক্সিদি কনানো হায়রবসিদি হায়দোক্ দা য়াম্না লুনা থোক্ই ॥৩॥ তোঙাল্ তোঙাম্বা তত্ত্বশিং অসিবু মুন্না নৈনরগা খঙলগা পুক্নীংদা চপ্ম্নংনা থাজনা, লেপ্নরিবহুগী মতু ইন্না চৎকদবনি। ঋষিংসিদা কুইরবা ইতিহাসকী য়ারী’ম অসুম্ লীনৈ।— নোংমা মহাজ্ঞানী ওইরবা মুনিশিংগী সম্মেলন অমদা হায়রিবা বিষয়সিগী মরমদা শাস্ত্রার্থ ( তর্ক )

মহাবিবাদসংযুক্তমৃষীণাং ভাবিতাত্মনাম্। হিমবৎপার্শ্বমাসীনা ঋষয়ঃ সংশিতব্রতাঃ ॥৪॥
যস্যাং তানি সহস্রাণি ঋষীণাং গণসমাহিতম্। তত্র কেচিৎ ধ্রুবং বিশ্বং সেশ্বরং তু নিরীশ্বরম্ ॥
প্রাকৃতং কারণং নাস্তি সর্ব্বং নৈবমিদং জগৎ ॥৬॥
অনেন চাপরে বিপ্রা স্বভাবং কর্ম্ম চাপরে। পৌরুষং কর্ম্ম দিবং চ যৎ স্বভাবাদিরেবতৎ ॥৭॥
নানাহেতুশতৈর্যুক্তা নানাশাস্ত্রপ্রবর্ত্তকাঃ স্বভাবাৎ ব্রাহ্মণা রাজর্ষিশীষস্তঃ পরম্পরম্ ॥৮॥
ততস্ত মৃদমুক্তং বাদিপ্রত্যর্থিসংবৃতম্। পাত্রদণ্ডবিষাত্তং চ বল্কলাজিনবাসসাম্ ॥৯॥
একে মহ্যসমাপন্ন ততঃ শাস্তা দ্বিজোত্তমাঃ। বশিষ্ঠংব্রুবন্ সর্ব্বে ত্বং নোব্রূহি সনাতনম্ ॥১০॥
নাহং জানামি বিপ্রেন্দ্রাঃ প্রত্যুবাচ সতান্ প্রভুঃ। তে সর্ব্বে সহিতা বিপ্রা নারদমব্রুবন্ ॥১১॥
ত্বং নো ব্রূহি মহাভাগ তত্ত্বংবিচ্চ ভবানসি। নাহং দ্বিজা বিজানামি ক গচ্ছাম সংগতাঃ ॥১২॥
ইতি তানাহ ভগবাংস্ততঃ প্রাহ চ স দ্বিজান্। কোহিদ্বানিহ লোকেহস্মিন্মোহোহমৃতং ভূতম্ ॥১৩॥
তচ্চ তে শুশ্রূবুর্বাক্যং ব্রাহ্মণা হ্যশরীরিণঃ। সনৎকুমার দ্বিজা গত্ব পৃচ্ছধ্বং স চ বক্ষ্যতি ॥১৪॥

গী চাউরবা বিবাদ অমা থোক্‌খি ॥৪॥ হিমালয়গী চীংথোঙনা, ব্রত তপস্যা কল্লবা মুনি ঋষি লিশিংতরুক্কী মহাসম্মেলন অমা থোক্‌খি ॥৫॥ মখোয়দুগী মনুংদা খরনা,— উরিবা জগৎ অসিবু অরেপ্পনি হায়না মত পীরম্মি। খরনা,— জগৎ অসিগী উৎপত্তি অসি ঈশ্বরনা থোক্‌হন্‌বনি হায়না ঈশ্বর য়াওনা সিদ্ধান্ত পী। খরনা হায়,— জগৎ অসিগী শরক্তা প্রাকৃত কারণ অমতা লৈতে। খরনা হায় — উরিবা জগৎ অসিদি মীত্ত পওউ উবনি ; থাজৈশেংনা সুপ্লে লৈতবনি ॥৬॥ মতৌ অসুম্না ব্রাহ্মণ পণ্ডিতশিংনা মখোয় খরনা, স্বভাবপু খরনা কর্মবু, খরনা পুরুষার্থবু, খরনা দৈব ( সুম্ থোক্‌উতম্‌খিবা ) বু, খরনা স্বভাব র্মবু জগৎকী উৎপত্তিগী কারণনি হায়খি ॥৭॥ মখোয় অসি শাস্ত্র পূম্নমক্তা য়াম্না হৈশিন্‌খ্রবা ওাক্তনি। মখোয় অসি অমঙমনা প্রমাণ চাবা যুক্তিযুক্ত ওইবা বাদ মথল্ মথল্‌না মাগী মাগী মতপু সমর্থন তৌবা ওস্বা ওাক্তনি। অদুগা মখোয়শিংহ শাস্ত্রার্থ ( তর্ক তৌনবদা ) অমনা অমবু মায়থীবা পীননবগীদমক্তা য়েংপা ওইরম্লে। মখোয়না পাম্বা হাম্ববু— মমাম্ববু পরাজয় তৌবা অসিতনি ॥৮॥ ওহাক্ লৈরগা, মখোয় অদু থৎনরিবা মক্ল ওইবা বিষয় অংগী মরমদা অসুম্ খর খরা খৎনরকৃপনা মমৈথওদদি মহাবিবাদ অমা ওইনা, মখোয় খরদি— শাউমনথিবনা মথুৎ মথুত্তা পায়রিবা দণ্ড, কমণ্ডলু, উক শঙ্কী মউন্ কৈ মউঙচিংবদু ·· কোয়দৎ থদৎনবা হোৌরক্লে। ওহাক্ লৈরগা তপথনরক্তুনা মখোয় পূম্নমক্ মহর্ষি বশিষ্ঠদা অসুম্না হায়রকৃই,— অমত্তা ওইবা লেঙওরোইদৌবা সনাতন ধর্ম্মগী তত্ত্ব অদু মহর্ষি নশামক্তা ঐখোয়দা তাকৃপিয়ু ॥৯—১০॥ অদুগী তুংদা ব্রাহ্মণ পূম্নমক্ অদুনা অমতা ওইনা নারদগী মকমদা হায়রকৃই,— মহামুনি ! মহামুনিনা ঐখোয় পূম্নমক্তা সনাতন ধর্ম্মগী তত্ত্ব অদু তাকৃপিয়ু। মরমদি মহামুনিদি ধর্মগী তত্ত্ববু মুম্না খঙলবা মীশক্ অমনি। মতম অদুদা ভগবান্ নারদনা ব্রাহ্মণশিং অদুদা অসুম্না হায়রকৃই,— ব্রাহ্মণ পূম্নমক ! মম্বায়ম্না খঙনীঙলিবা তত্ত্ব অদো ঐ মুম্না খঙদে। ঐখোয় পূম্নমক্ তিম্নদুনা কদায়দনো চৎলসি। অমৃতগী তত্ত্ববু মুম্না খঙবা, মশাদা মোহগী শরক্ ঈপাও য়াওদবা, বিদ্বান্ পণ্ডিত মহাজ্ঞানী অসিবু জগৎ অসিদা কনা য়াওরিগদগে, থিসি ॥১১—১৩॥

তথাহ কশ্চিৎদ্বিজবর্য্যসত্তমো বিভাণ্ডকোমণ্ডিতবেদরাশিঃ। বক্তুং তথানর্থবিভ্রমমধ্যে ন দৃশ্যসে বাক্যমুদীরয়ং চ ॥১৫॥
অথাহেদং তং ভগবান্ সংস্তং মহামুনে বিদ্ধি মাং পণ্ডিতোঽসি। ঋষিং পুরাণং সততৈবরূপং যথক্রমং বেদবিদো বদন্তি ॥১৬॥
পুনস্তথাহেদমসৌ মহাত্ম স্বরূপসংস্থং বদ আহ পার্থ। ত্বমেকোঽস্মদৃবিপুলবাক্ত ন সৎ স্বরূপমথবা পুনঃ বিম্ ॥১৭॥
অথাহ গম্ভীরতরাল্পাদং বাক্য মহাত্ম হৃশরীর আদিঃ। ন তে মুনে প্রত্যেমুখেঽপি চাস্যং ন পাদহস্তৌ প্রপদাত্মকেন ॥১৮॥
এবন্ মুনীন্ সত্যধথো নিরীক্ষ্য সমাহবিদ্বান্ মনসাধিগম্য। ঋষে কথং বাক্যমিদং ব্রবীষি ন চাস্যমস্য ন চ বিদ্যতে চেৎ ॥১৯॥
ন তচ্ছ্রাবুত্তরম্ভং তু প্রতিবাক্যং দ্বিজোত্তমাঃ নিরীক্ষমানা আকাশং প্রহসন্তস্ততঃ ॥২০॥
আশ্চর্য্যমিতিমত্বা তে যযুর্হিমং মহাগিরিম্। সনৎকুমারসংকাশং সগণা মুনিসত্তমাঃ ॥২১॥

অসুম্না ওাঙনবিতৈ মতম অসিমক্তদা মশক্ উদবা কনাগুম্বা দেবতা অমগী খোঞ্জেল্ অমবু ব্রাহ্মণশিংত্থনা অসুম্না তাখি— "ব্রাহ্মণশা! নখোয় পূম্নমক্ সনৎকুমারগী মফমদা চৎতুনা হংলু। মহাক্তনা ব্রাহ্মণ নখোয়দা তত্ত্বজ্ঞান তাক্লককনি ॥১৪॥ মতম অদুদা বেদশাস্ত্রগী জ্ঞাননা মনুং মপান্ মশা পুম্বগী লৈতেং ওইরবা, ব্রাহ্মণশিংগী কোক্কী লৈতেংগী মশক্ ওইরবা, ময়ামতুগী মরক্তা য়াওরিবা বিভাণ্ডক কৌবত্থনা— মশক্ উদবা দেবতাদুদা অসুম্না হংখি,— "তাবিয়ু হে শক্উদবা! ঐখোয় পূম্নমক্ তত্ত্ববিচারদা মত থেন্নরে। অসিগুম্বা মতম্ অসিদা মশক উহন্দনা ঐখোয়দা রা ওাঙলরিবা নহাক কনানো? মখোনদি তায়, নশক্তি উহন্দে ॥১৫॥ অদুগী তুংদা ভগবান্ সনৎকুমারনা অমুক্ অসুম্না হায়রকই,— মহামুনি! নহাক্তি পণ্ডিত অমনি। মওং অমতদা লেওদনা লৈবা কুইরবা ঋষি সনৎকুমার হায়বত্থ ঐনি হায়না নহাক্না খঙ্জু। বেদখঙবশিংনা হায়নরিবা, অথোইবা অমাঙ-অতা লৈতবা পুরুষ হায়বত্থ ঐবুনি ॥১৬॥ ভীষ্মনা হায়,— কুন্তীনন্দন! মতম অদুদা মহাত্মা ওইরবা বিভাণ্ডকনা অমুক্ অসুম্না হায়রকই,— ঈহান্ হান্বা মুনি অথোইবা মহাক্কী মশাগী রূপ শক্তি অদুগী পরিচয় হায়া পীবিয়ু। মরম্দি হে মুনি! নহাক্তনা ঐখোয় খ্বাইসিদগী তোপ্ তোপ্পা অঙকপা শক্তি অমা পুত্থনা লৈরিবগুম উরি। অদুবু নহাক্কী অদুগুম্বা স্বরূপ অদু হৌজিক ফাওবা ঐখোয়দা প্রত্যক্ষ ওইদ্রি। নহাক্কী অদুগুম্বা অঙকপা শক্তি অমা লৈরবদি,— মাদু কম্দোই? অমুক্তা উজগে ॥১৭॥ মতম অদুদা মশক্ উদবা আদিমুনি অদুনা য়াম্না লুম্নবা লেম্নবা খোঞ্চোক্না অসুম্না হায়রকই,— মুনি! নহাক্কীদি ননাকোং নচীন্ নথুৎ নখোঙ অমদি খোঙথা অমতসু পান্দে ॥১৮॥ মুনিশিংগী মরক্তা রা ওাঙত্থনা লৈরিবা মহাজ্ঞানী বিভাণ্ডকনা, মশক্ উদবা অদুনা হায়খ্রিবা পুম্বত্থ মশাদা হন্থমা অমদি হন্থনা থন্দুনা য়েংবদা ঈচুম্ চুম্বা ওইনা লৈবত্থ উবদা কুপ্না মুম্না বিচার তৌরগা অমুক অসুম্না হায়রকই,— ঋষি! করিগী অদুম্না হায়বিবগে? মাসিবু খঙবা ঙম্বা, খঙবা ঙম্দবা কনা অমতা লৈত্রবা অদু ওইরবদি করিদি কাম্নরি? হায়রিবা য়াহং অসিগী পাউখুম্ করিমতা পীরকত্রবা, করিমতা তাত্রবত্থদা মুনিশিং অদু নোক্তুনা নোংমদোম্বক্তা ওন্থৎতুনা য়েংত্থনা লৈখি ॥১৯—২০॥ "মাসিদি য়াম্না ঙকপ্পবা থৌদোক অমনি" অসুম্ হায়না থন্দুনা মুনি মপৈ অদু সনা লুপানচিংবা ধাতুতনা মশাপুম্বা থম্লবা, সুমেরু চীঙগী চীঙদোন্দা পাঙ্গল্ থেক্না কাখৎখিত্থনা সনৎকুমারগী নাক তান্না চৎখি ॥২১॥

তং পর্ব্বতংসমারুহ্য সদূর্দ্ধ্যানসমাস্থিতাঃ। কুমারং দেবমৈক্ষন্ত যোগপারা বিবর্জ্জিতম্ ॥২২॥
ততঃ সংবৎসরে পূর্ণে প্রকৃতিস্থং মহামুনিম্। সনৎকুমারং রাজেন্দ্র প্রণিপত্য দ্বিজাঃ স্থিতাঃ ॥২৩॥
আগতান্ ভগবানাহ জ্ঞাননির্ধূতকল্মষঃ। জ্ঞাতঃ ময়া মুনিগণা বাক্যং তপশরীরিণঃ ॥
কার্য্যস্তু যথাকালং পৃচ্ছধ্বং মুনিপুঙ্গবাঃ ॥২৪॥
তমব্রুবন্ প্রাঞ্জলয়ো মহামুনিম্ দ্বিজোত্তমং জ্ঞাননিধিং সুনির্ম্মলম্। কথং বয়ং জ্ঞানবিধির্বরেণ্যং যক্ষ্যামহে বিশ্বরূপ কুমার ॥২৫॥
প্রসীদ নো ভগবন্জ্ঞানলেশং মধুপ্রয়াতায় সুধায় সন্তঃ। যৎ তৎ পদং বিশ্বরূপং মহামুনে তত্র ব্রূহি কিং কুত্রমহানুভাব ॥২৬॥
স তৈরিযুক্তো ভগবান্ মহাত্মা যঃ সত্ত্ববান্ সত্যবিৎ ব্রহ্মনুষ্ঠ। অনেকসাংখ্যকলেষু চৈব প্রসন্নধাতুশ্চ তদাজ্ঞয়া তৎ ॥২৭॥
যথাহ পূর্ব্বং যুষ্মাস্তু হৃতশরীরী দ্বিজোত্তমাঃ। তথৈব বাক্যং তৎ সত্যমজ্ঞানস্তচ্চ কীর্ত্তিতম্ ॥২৮॥
শৃণুধ্বং পরমং কারণমস্তি স এব সর্ব্বং বিদ্বান্ বিভেতি ন গচ্ছতি। কুত্রাহং কস্য নাহং কেন কেনেত্যং বহুমায়ো বিজানাতি ॥২৯

---

মখোয়না মফম অদুদা মুনি ঋষি পুম্নমক্কী পূজা তৌননীঙায় ওইবা,' ধ্যানযোগতা লুপ্তুনা লৈরম্বা সন কুমারবু উখি ॥১২॥ নিংথৌ যুধিষ্ঠির। অদুদগীদি, ধ্যানযোগদা লুপ্তুনা চহী অমা ফারবা তুংদা সনৎ কুমার অসি হায়গী মওংদা হজিন্দুনা লৈ। মতমদুমক্তদা অদুকম্বাম্বা ব্রাহ্মণ-মপৈ অদু হৌগৎতুনা মথুং লোয়দুনা সনৎকুমারগী মাঙদা মকোক্ নোম্না লেপতুনা লৈ। জ্ঞানগী পাম্বৈত্তনা মহুং মপান্দা লৈবা পাপ তাপ পূম্বা চাকৃথেকৃহন্ব্রবা সনৎকুমারনা মুনি ঋষিশিং অদুদা— মুনি পুম্নমক্! মশক্ উদবা দেবতা অমনা হায়খিবা রা পুম্বদো ঐ লোইনা তায়, অদুগা খঙস্থ খঙতি। অদুনা মুনি ব্রাহ্মণশিংনা ঐডোন্দা হংখিনীঙবথৈ— হংবিগদৌরিবশিংদো হংবিরো ॥২৩—২৪॥ ভীষ্মনা হায়,— নিংথৌ! সনৎকুমারগী য়াসি তাবদা অদুক্ য়াম্বা ব্রাহ্মণ ঋষিশিং অদুনা মথুং লোয়দুনা মহুং মপান থম্মোয় হক্চাং অদু জ্ঞানগী মঙাত্তনা পূমশেং শেংব্রবা, জ্ঞান পুম্নমক্কী তুংনফম ওইরবা সনৎকুমারদা অহুম্না হায়রকই,— কুমার! জ্ঞানতগী মশক ওইধা, উবিবা বিশ্বজগৎ অসিমক্না মাগী মশক্ ওইবা বিশ্বরূপ ওইবা ভগবান্ পরমাত্মা মহাক্পু করম্বা রাখন্না করম্বা জ্ঞাননা পাম্বৈ ওইদুনা ভজন তৌগদগে? ॥২৫॥ ভগবন্! হে মহামুনি! পূকচেল চাউবা! ঐখোয়বু চানবিয়ু, অমৃতগী মশক ওইবা জ্ঞানগী মরীক অমতং খিকশিদুনা ঐখোয়বু পোকপগী মহৈ য়াল্-হন্বিয়ু। সত্ত মহাপুরুষ ওইবশিংনা, মখোয়দা চঙজরক্রবশিংবু মত্তম পূম্বদা থৌজাম্বি। বিশ্বরূপ পরমাত্মা মহাক্কী পন (পদবী) হায়রিবসিবু করিনো? মাসি ঐখোয়দা অমুক্তা তাকপিয়ু ॥২৬॥ মতৌ অহুম্না য়াম্ন হায়জরবা তুংদা পরব্রহ্ম পরমাত্মাদা থরায় হকচাং লুপগ্রবা, সংসারদা অচুম্বা হায়বহু করিনো হায়বসি মুম্না খঙগ্রবা, মহাত্মা ওইরবা ভগবান্ সনৎকুমারনা অহুম্না হায়বা হৌরকই ॥২৭॥ ব্রাহ্মণ অথোইবশিংনা! মখোত্ত মতাবা, মশক্তি উদবা মহাক্ অদুনা নখোয়দা হায়খ্রিবদো অচুম্বমক্নি। মাহু মুম্না খঙদবদগী ব্রাহ্মণ নখোয়না মহাক্কা অরেম্বদা শাংথনা ভাঙনরুবনি ॥২৮॥ তাবিয়ু, বিশ্বজগৎ পূম্বসিগী মশক্ ওইবা পরমাত্মা মহাক্তুনা অচচ্চত্ত পুম্নমক্কী কারণনি পোক্লফম্নি। পুম্নমক্কী মশক্ ওইবা পরমাত্মা মহাক্পু খঙলবা মহাক্ অদুদি করিগুম্বা বিষয় অমদগী কিবা লৈতে। করিগুম্বা অতোপ্পা মফম অমদস্থ চত্তে। ঐ হৌজিক কদায়দা লৈ? ঐ অসি কনাগীনো? ঐ অসি কনাগী ওইদবগে? করম করম্বা সাধনানা থবক তৌরি? অসিগুম্বা

স যুগতো ব্যাপী। স পৃথক্‌স্থিতঃ। তদপরম্পার্থম্‌ ॥৩০॥
তথাবায়ুরেকঃ সন্‌ বহুধেরিতঃ। যথাবৎ দ্বি জম্মে ব্যাপ্রে চ। মনুজে বেণুস'ব্রো ভিদ্যতে বায়ুরর্থৈঃ॥
আত্ম তথাসৌ পরমাত্মা সা বস্তু ইব ভাতি ॥৩১॥
এবমাত্মা স এব গচ্ছ্‌ত। সর্ব্বমাত্মা পশ্যএ.শৃ.ণাতি॥ ন জিঘ্রতে ন ভাষতে ॥৩২॥
চক্রেঽস্ত তং মহ.আত্মানং পরিতো দশ রশ্ময়ঃ। বিনিক্রম্য যথা সূর্য্যমনুগচ্ছ্‌ন্তি তং প্রভুম্‌। ৩৩॥
দিনে দিনেঽস্তমভ্যেতি পুনরুৎগচ্ছ্‌ত দিশঃ। তা বৃত্তৌ ন রবৌ তাস্তাং তথা বিত্ত শরীরিণম্‌ ॥৩৪॥

বিচারশিং অসিদা থোইনা খল্লুদনা, পরমাত্মাতবু খল্লি ॥২৯॥ পরমাত্মা হায়বসে যুগ যুগ খুদিংদা মরী তৈনা শীনথুংবা লৈরিবনি। হায়রিবা পরমাত্মাদুদগী তোঙান্‌ ভাদুনা লৈরবা পোৎ অদুদি মাগী থাঙ্কেংশংনা লৈবা হায়বদু ওইথোক্তবনি, হায়বদি লৈতে ॥৩ ॥ নুংশিৎ হায়বসিনা অমতদি ওইরগা— মফম মতমদা মওং তোঙাল্‌ তোঙান্‌ শীংলকৃ? । উচেক্‌ শঙ্গী কৈ তাইবংমী অদুগা রা-পাম্বীদা নুংশিংনা তোঙাল্‌ তোঙানবা মওংদা শীংলুবনা তোঙাল্‌ তোঙানবা মওং পুই। পরমাত্মা হায়ববু আত্মা অসিনি। অদুবু জীবাত্মাসিদগীদি তোঙান্না লৈবোই নীঙভি ॥৩১॥ মতৌ অসুম্না পরমাত্মা হায়ববু আত্মাসিমক্না ওইবনি। আত্মাসিতনা পুম্নমক্‌পু উরিবনি। মী পুম্নমকী তোঙাল্‌ তেঙোনবা রাবু আত্মাসিতনা তারিবনি। মনম্‌ মখল্‌ মখলবু আত্মাসিতনা নল্লীবনি। আত্মাসিতনা নী খুদিংমক্না রারী শান্নরি ॥৩২॥ নুমিৎকী মকোয়গী মায়গে পুম্বদা মশেক্‌ তরা তরা লে। হায়রিবা মশেক্‌ মঙাল্‌ অসি নুমিৎ মশামক্তদগী থোরক্লগা নুমিৎকী মতুং ইন্দুনা অদুম্‌ লৈ ॥৩৩॥ নুমিংনা নুমিংখুদিং নোংপোক্‌লোমদা থোরকৃ?, নোংচুপ্লোমদা তাই। অদুবু— থোকপা তাবা অনীমক্‌ নুমিত্তদি লৈতে— থোক্তে তাদে। মতৌ অসিগুম্না হকচাং নুংদা অন্তর্য্যামী ওইনা ভগবান্‌ নারায়ণনা লৈরিবনি হায়না খঙঙু ॥৩৪॥ *

* নুমিৎতগী থোরকপা মঙালশিংগী 'থোরক্‌পা তাখিবা' হায়বা থবক অনীসিদা নুমিত্তি— সূর্য্যদেবদি ঈয়াও য়াওবা নত্তে। মাগীদি থোক্‌পসু লৈতে, তাবসু লৈতে। হায়বদি চথোক-চৎশিন লৈতে; হায়বদি লেঙদে। পরমাত্মাদগী থোক্‌চখিবা হকচাং অসি থোরকপা (পোক্‌লকপা) তাখিবা (চৎখিবা, শিখিবা) থবক অনীসিদা পরমাত্মা মহাক্তি য়াওদে। অদুনা অমুক্‌ শাগংলকপা অমুক কায়খিবদা চফুমুংদা লৈরিবা আকাশ মহাক্তি ঈয়াও য়াওদে। অদুনা পরমাত্মানা শরীরভাব অমদি অশরীরভাব (হকচাং য়াওবা য়াওদবা) হায়বা মাখল অনীমক অসি, অদুগা নুমিৎ— সূর্য্য ভগবান্‌দা উদয় অস্ত (থোকপা তাবা) অনীমক্‌ লৈ হায়রিবসি কল্পনামাত্র-তনি— ভাবনা পঙশা শাবনি। অদুবু ভাবগ্রাহী নারায়ণনিনা মানা মানা পুরিমা ভাবনা অদুদা লৈবিদুনা মাগী উপাসকশিং অদুদা নুংঙাইবা শান্তিনচিবদি অদুম্‌ মপীখিরি। ঈথোক্‌ থোক্তবা নুমিৎনা "নুমিৎ থোক্‌লে" হায়না খঙহনা নুংঙাইজরিবশিং অদুদা নুংঙাইবদি অদুম্‌ মপীরি। নারায়ণ মহাকী মূর্ত্তিদি— মংক্‌চাংদি অসিনি হায়না খঙ্গরিবা ভক্তশিংদা, মূর্ত্তি লৈতবা— অশরীরী ওইবা নারায়ণনা নুংঙাইজবদুদি অদুম্‌ মপীরি।৩৪।                    (কালাচাঁদ)

পতিতে বিম্ব বিপেক্ষা ভক্ষণে চরণে পরঃ। উর্দ্ধমেবস্তথাদন্তাদেকস্তিষ্ঠতি চাপরঃ ॥৩৫॥
হিরণ্যং সদনং জ্ঞেয়ং সমেত্য পরমং পদম্। আত্মনা হ্যাত্মদীপং তদাত্মনি হ্যাত্মপুরুষম্। ৩৬॥
সংচিন্ত্য সংচিত্তং পূর্ব্বং ভ্রমরো বর্ত্ততে ভ্রমণং। যোঽভিমানীব জানাতি ন ন মুহ্যতি ন হীয়তে ॥৩৭।
ন চক্ষুষা পশ্যতি যশ্চ নৈনং হৃদা মনীষা পশ্যতি রূপমস্য। ইজ্যতে যস্ত মন্ত্রেণ যজমানো দ্বিজোত্তমঃ। ৩৮॥
নৈব ধর্ম্মী চাধর্ম্মী দ্বন্দ্বাতীতবিমৎসরঃ। জ্ঞানতৃপ্তঃ সুখং শেতে হ্যমৃতাত্মা ন সংশয়ঃ ॥৩৯॥
এবমেব জগৎসৃষ্টিং কুরুতে মায়য়া প্রভুঃ। ন জানাতি বিমূঢ়াত্মা কারণং চাত্মনো হ্যসৌ ॥৪০॥
ধ্যাতা দ্রষ্টা তথা মন্তা বোদ্ধা দৃষ্টান্ স এব সঃ। কো বিদ্বান্ পরমাত্মানমনন্তং লোকভাবনম্॥
যত্তু শক্যং ময়া প্রোক্তং গচ্ছধ্বং মুনিপুঙ্গবাঃ। ৪১॥

ব্রহ্মজ্ঞানী ওইরবা ব্রাহ্মণ-শা! কম্বদা লেপ্লবা হঙ্গং-হন্দা চৎপদা কোয়বদা, তুম্বা হীপ্লা চাবদা, থবক থৃদিংদা মতম পূম্বদা মায়গৈ পূমদা থক্ খা মফম পূম্বদা দেশ দেশান্তরদা ভগবান্ নারায়ণনা বিরাজমান ওইদুনা লৈরিবনি। হায়বদি থক্ য়াউরোইদৌবনি। লৈরিবত্তুমকপুম্ব অনুভব তৌগদৌবনি—হকচাংদা কাওহনগদবনি ॥৩৫॥ লাইরেম্বাক্কী ওইবা, সনা মণি মুক্তাতগী মশক্ ওইবা অমকপা লৈরবা, পরমাত্মাগী ধাম অদুদনা পরমপদ হায়বদু ওই হায়বসি খঙগদবনি। মাদুবু কংজরবদি পুন্‌শি অমদি খপোক্ অসি মহৈয়াল্লবা হায়বদুনি। পরমাত্মা মহাক্তি মশা নথক্তগী মঙাম্লা মশা মথন্তা ঙালহনজবনি। জীব মহাক্তি মশামক্লা মশা মথন্তদা লূশচখিবা, মশানা মশা মথন্তগী হকচাংমুংদা লৈবা অন্তর্য্যামীনি ॥৩৬॥ খোইমুনা লৈহী চুপ্লগা লৈদুগী অকোয়রদা কোয়পাই পাইদুনা লৈ। মতৌ অদুগুম্না জ্ঞানী ওইবা মীনা জ্ঞানমৃতবু থক্লবা তুংদা লোকসংগ্রহগীদমক্তা দেহ অসিবু মশামক্তি হায়না খঙবা শাত্নুা সংসারগী বিষয় মপাম্থোংদা ভোগ অদুম মতৌই— তৌশিন্নে। অদুগুম্বা জ্ঞানী অদুদি অমহৎপগী লাংদা কৈদৌমুংদম্ব থুরন্দে। করিগুম্বা বিষয় অমগা কায়নবদা থোইনা রাবিদ্রে ॥৩৭॥ উনশানা লৈপাক্‌না শাবা মপানগী মীৎ অসিগী পাম্বৈনা কনা অমত্তনা পরমাত্মাবু উদে। থম্মোয়মুংদা লৈবা মকুত্রবী বুদ্ধিগী পাম্বৈতনা জ্ঞানী ওইবশিংনা থম্মোয়মুংদা পরমাত্মাগী মূর্ত্তিবু উই। অদুগুম্বা পরমাত্মাগী পূজাবু মন্ত্রতনা জ্ঞানীশিংনা তৌনৈ। জ্ঞানী ওইবা অথোইবা ব্রাহ্মণতনা অদুগুম্বা পরমাত্মাগী পূজা অমদি উপাসনা তৌই ॥৩৮॥ অমৃত ( শিদবা ) ওইবা পরমাত্মা মহাক্তি ধর্ম্মীসু নত্তে, অধর্ম্মীসু নত্তে। অনীথোকপগী রাখল— কল্লকপা তাম্বিবা. তুক্কচবনচিংবগী রাংমদা লৈপ্রবা মহাক্তি। জ্ঞানতনা পেজবা ওইরবা মহাক্তা মুংঙাইনা যোগনিদ্রাদা চেপ্তুনা লৈ ॥৩৯॥ অসিগুম্বা ভগবান্ পরমাত্মা মহাক্তা মায়ানা জগৎকী সৃষ্টি তৌই। কাম মোহ লোভ-চিংবনা অমহৎপ্রবশিংনা অসিগুম্বা পরমাত্মাবু খঙদে— উদে ॥৪০॥ মহাক্তনা ধ্যান দর্শন রাখল খন্‌না, অদুগা উপ্রবা পোৎশিংদুগী জ্ঞানবু পোক্‌হল কংহল্লিবনি। বিশ্বজগৎ ব্রহ্মাণ্ড মপূম্ অসিনা মঙোম্দগী থোক্-খিবা অদুম ওইবা পরমাত্মাবু কনানা খঙবা ঙমগনি? মুনি-শা! ঐনা খঙজবমথৈ হায়বনি। পরমাত্মাগী স্বরূপপুম্ব ঐনা খঙজবগী মতুংইন্না হায়রবনি। হৌজিক্তি ময়াম্ হল্লো— চৎপিরো ॥৪১॥

ভীষ্ম উবাচ।

এবং প্রণম্য বিপ্রেন্দ্রা জ্ঞানসাগরসম্ভবম্। সনৎকুমারং সংদৃশ্য জগ্মুস্তে রুচিরং পুনঃ ॥৪২॥

তস্মাৎ ত্বমপি কৌন্তেয় জ্ঞানযোগপরো ভব। জ্ঞানমেব মহারাজ সর্ব্বদুঃখবিনাশনম্ ॥৪৩॥

ইদং মহাদুঃখসমাকরাণাং নৃণাং পরিত্রাণবিনির্মিতং পুরা। পুরাণপুংসা ঋষিণা মহাত্মনা মহামুনীনাং প্রবরেণ তৎ শ্রুতম্ ॥৪৪॥

যুধিষ্ঠির উবাচ।

যদিদং কর্ম্ম লোকেঽস্মিন্ শুভং বা যদি বাঽশুভম্। পুরুষং যোজয়ত্যেব ফলযোগেন ভারত ॥৪৫॥

কর্ত্তাস্তি তস্য পুরুষ উতাহো নেতি সংশয়ঃ। এতদিচ্ছামি তত্ত্বেন ত্বত্তঃ শ্রোতুং পিতামহ ॥৪৬॥

ভীষ্ম উবাচ।

অত্রাপ্যুদাহরন্তীমমিতিহাসং পুরাতনম্। প্রহ্লাদস্য চ সংবাদমিন্দ্রস্য চ যুধিষ্ঠির ॥৪৭॥

অসক্তং ধূতপাপ্মানং কুলে জাতং বহুশ্রুতম্। অস্তব্ধমনহঙ্কারং সত্ত্বস্থং সময়ে রতম্ ॥৪৮॥

---

ভীষ্মনা হায়,— নিংথৌ! জ্ঞানগী ঈপাক্কী পোক্লকমগুম্ব', শাওং-শাদা কজরবা সনৎকুমারবু খুরুম্নমগা ঋষি পুম্নক্ মফম অহুদগী চৎখি ॥৪২॥ মরম অদুনা, নিংথৌ! কুন্তীনন্দন! নংসু জ্ঞানযোগগী সাধনাদা পুক্নীং চঙু। অসিগুম্বা জ্ঞানতনা অরাবা খুদোংথীবা কয়াদগী তাইবংমীবু লান্থোকহনবনি ॥৪৩॥ অরাবা খুদোংথীবা কয়া কয়াগী পোক্লকম্ ওইরবা মীশিং দুগী কন্নবগীদমক্তা আ-মমাংঙৈদা পুরাণ-পুরুষ ওইবা মহাত্মা ঋষি মুনি পুম্নমক্কী কোক্কী লৈত্তেং শ্রীনারায়ণ ঋষিনা জ্ঞান অসিবু পুথোক্খি। অসিগুম্বা জ্ঞান অসিদি অমাঙ-অতা লৈতবনি। অদুনা হৌজিক ফাওবা অসুম চথরক্লিবসিনি ॥৪৪॥ যুধিষ্ঠিরনা হংখি,— ঈবুংথৌ! হে ভারত! সংসার অসিদা অফবা ফত্তবা ওইনা লৈরিবা কর্ম্মশিং অসিনা, মীবু অরা-মুংঙাইগী মশক্ ওইরবা কর্ম্মফলশিং অসিবু ফংহন্নবগীদমক্ত অফ ফত্ত কর্ম্মদা ঈথুল্লি। মতাং অসিদা ঐনা চিংনজরিবদি, পুরুষ (মী) অসিনা অফ-ফত্ত কর্মদুগী কর্ত্তা ওইববা? ওইদববা? অসিনি। অদুনা ঈবুংথৌনা অসেংব তত্ত্বজ্ঞান তাক্পিদুনা ঐগী চিংনরি সে কোক্হন্বিয়ু ॥৪৫—৪৬॥ *

ভীষ্মনা হায়,— মহাক হংলিব বিষয় অসিগী মরমদা মমাংঙৈগী অশিংবা বিদ্বান্শিংনা ইন্দ্রগা প্রহ্লাদগা অনীগী চাঙনখিবা মতাং অদু হেক্ হেক্ লীনৈ ॥৪৭॥ প্রহ্লাদগী পুক্নীংদা করিগুম্বা বিষয় অমগী মফমদা কা-হনবা আসক্তি লৈরমদে। মাগী মশাদগী পাপ পুম্বা লাপ্থোক্ চামথোক্খ্রবনি। মহাক অসি শাগৈ,জাৎ য়াম্না চাউবা অমদি য়াম্না হৈরবা বিদ্বান্ অমনি। মশাগী গর্ব্ব অহঙ্কার (নাপল থোয়বা)

---

* অফ-ফত্ত ওইনা লৈরিবা কর্ম্মশিং অসিনা, তাইবং জীববু অরাবা মুংঙাইবনচিবা কর্মগী মহৈদু ফংন-নবা ঈচ্ছিল্লবদি পুরুষ (জীব) অসিনা কর্ম্মকর্ত্তা ওইত্রা ওইদত্রা হায়না যুধিষ্ঠিরনা চিংনরকপনি। চিংনরুমদু থোকই। থাঙ্গেশেংবা কর্ম্মকর্ত্তাদি ঈচ্ছল্লিবা মীশকুননি। মরাল্লৈববু ফুবি-চৈবিবা হাৎলিবসি ঈচ্ছল্লিবা নিংথৌননি। মথুত্তা থাঙ্ পায়রিবা ঘাতক— কর্ম্মচারী অদুনা নত্তে। অদুনা মথোয়গী দোষ করিমতা লৈতে।৪৬ ( কালাচাঁদ )

তুল্যনিন্দাস্তুতিং দান্তং শূন্যাগারনিবাসিনম্। চরাচরাণাং ভূতানাং বিদিতপ্রভবাপ্যয়ম্ ॥৪৯॥
অক্রুধ্যন্তমহৃষ্যন্তমপ্রিয়েষু প্রিয়েষু চ। কাঞ্চনে বাথ লোষ্ট্রে বা উভয়োঃ সমদর্শনম্ ॥৫০॥
আত্মনি শ্রেয়সি জ্ঞানে ধীরং নিশ্চিতনিশ্চয়ম্। পরাবরজ্ঞং ভূতানাং সর্বজ্ঞং সমদর্শনম্ ॥৫১॥
ভক্তং ভাগবতং নিত্যং নারায়ণপরায়ণম্। ধ্যায়ন্তং পরমাত্মানং হিরণ্যকশিপোঃ সুতম্ ॥৫২॥
শক্রঃ প্রহ্লাদমাসীনমেকান্তে সংযতেন্দ্রিয়ম্। বুভুৎসমানস্তৎপ্রজ্ঞামভিগম্যেদমব্রবীৎ ॥৫৩॥
যৈঃ কৈশ্চিৎ সম্মতো লোকে গুণৈঃ স্যাৎ পুরুষো নৃপ। ভবত্যনপগান্ সর্বান্ তান্ গুণাল্লক্ষয়ামহে ॥৫৪॥
অথ তে লক্ষ্যতে বুদ্ধিঃ সমা বালজনৈরিহ। আত্মানং মন্যমানঃ সন্ শ্রেয়ঃ কিমিহ মন্যসে ॥৫৫॥
বদ্ধঃ পাশৈশ্চ্যুতঃ স্থানাদ্ দ্বিষতাং বশমাগতঃ। শ্রিয়া বিহীনঃ প্রহ্লাদ শোচিতব্যে ন শোচসি ॥৫৬॥
প্রজ্ঞালাভাৎ তু দৈতেয় উতাহো ধৃতিমত্তয়া। প্রহ্লাদ স্বস্থরূপোঽসি পশ্যন্ ব্যসনমাত্মনঃ ॥৫৭॥

---

অনীসি লৈরমদে। ধর্ম্মবু সন্মন তৌবা অদুগা মফম মতম পূম্বদা সত্ত্বগুণতদা লৈবা মীশক অমা ওইরম্মি। লৈবা থাগৎপা অনীমক্পু চপ্ মান্নবা তায়। ইন্দ্রিয় অমদি পুক্নীংবু খুদুম মথাদা থম্বা মীশক্নি। মফম পুম্বদা মথন্তা চীক্না লৈজবা পাম্বা মীশক্নি। অচেতন জীব পুম্বগী পোকপা শিবগী জ্ঞান অসি মঙোন্দা মপুংফানা লৈরম্মি। পামদবা পোৎশকপু ফংলগা নুংঙাইতবা, অপাম্বা পোৎশকপু ফংলগা হরাউবা অনীসি মঙোন্দা লৈরমদে। লৈপাক্ মতুম (লৈতুম) গা অনীবু চপ্ মান্নবা উবা মীশক্নি ॥৪৭—৫০॥ জ্ঞানতগী মশক্ ওইবা জগৎকী মঙ্গলগী মশক ওইবা পরমাত্মগী ধ্যানদা পুক্নীং অনী লোঙত্রবা, পরমাত্মাগী তত্ত্ববু চপ্ চাদা মপুংফানা থম্মোয়দা ফাওত্রবা, মফম পুম্বদা শীনথুংনা লৈরিবা, পরব্রহ্মগী জ্ঞানবু মপুংফানা ফংলবা, জীবপানবা পুম্ববু মীংশেং অমত্তদা চপ্ মান্নবা উরবা, ইন্দ্রিয় পুম্ববু থুতুম চল্লবা, ভগবান্ নারায়ণগী প্রিয়ভক্ত ওইরবা, নারায়ণ মহাক্কী ধ্যানদা লূপত্রবা, অদুগুম্বা হিরণ্যকশিপুগী মচা প্রহ্লাদনা শ্রীহরিগী ধ্যানদা তূমিন্না ফমদুনা লৈবদু উবদা, মহাক্কী পুরিবা ভাব (রাখল) তদুবু মুন্না মথওলগে হায়দুনা, ইন্দ্রনা চৌকপা মফমদুদা লাকুনা অসুম্না হায়রে ॥৫১—৫৩॥ দৈত্যরাজ! অদুগুম্বা গুণশিং অদুবু ফজরবদি কনাগুম্বা অমনা মালেমগী সম্মান ফংবা য়াবা গুণ পুম্নমক অদুবু ঐনা দৈত্যরাজ নহাক্কী থম্মোয়দা লেঙদনা অমত্তা য়াওনা লৈরিবাসি ঐহাক্না উমীৎসিনা উরে ॥৫৪॥ নিংথৌ! নহক্কী বুদ্ধিসে অঙাংগীগুম্না কল্লকপা মিহৌবনচিংবা ইয়াও য়াওরবগুম্না উরি। আত্মবু খাঙ্গেশেংনা মসুভব তৌরগী অবস্থাদা লৈরবগুম্ উরে। অদুনা য়া অমত্তা হংগে। সংসারদা আত্মজ্ঞান ফংনবগী খুইদগী হেনবা সাধন অসি নিংথৌ নহাক্কী মতদা করিনো ॥৫৫॥ প্রহ্লাদজী! নিংথৌ নহাক থৌরীনা ঈকা ফাজিনখিগুম তৌরে। হৌজিক নিংথৌ নহাক্কী লৈপাক্ সিংহাসনদগী নাম্থোকখ্রে। হৌজিক সাধু সন্ন্যাসীশিংনা খুদুম চনখ্রে, রাজলক্ষ্মীনসু থাদোকপিরমলে। প্রহ্লাদজী! হৌজিক ফাওবা মাদুগী মরমদা নুংনাংবা নুংঙাইতবা নীঙঙমদবনচিংবগী খুদম করি উদে ॥৫৬॥ প্রহ্লাদ কৌবা নিংথৌ! নথক্তা তারকপা তারক্ কদৌরবা অকিবা থুদোংথীবা কয়া কয়া লাকখিবা লাক্ কদৌরিবা সিদসু নহাক্তি করিমত্তা নাচুংবিদে। মাসি, নিংথৌ! নহাক্কী আত্মজ্ঞানগী অবস্থানা ওইরিব্রা? নত্রগা 'থাওব-কন্বা" হায়বদুগী মথৈনরা? ॥৫৭॥

ইতি সংকোচিন্তেন ধীরো নিশ্চিতনিশ্চয়ঃ। উবাচ শ্লক্ষ্ণয়া বাচা স্বাং প্রজ্ঞামনুবর্ণয়ন্ ॥৫৮॥

প্রহ্লাদ উবাচ।

প্রবৃত্তিং চ নিবৃত্তিং চ ভূতানাং যো ন বুধ্যতে। তস্য স্তম্ভো ভবেৎ বাল্যান্নাস্তি স্তম্ভোঽনুপশ্যতঃ ॥৫৯॥
স্বভাবাৎ সম্প্রবর্ত্তন্তে নিবর্ত্তন্তে তথৈব চ। সর্ব্বে ভাবাস্তথাভাবাঃ পুরুষার্থে ন বিদ্যতে ॥৬০॥
পুরুষার্থস্য চাভাবে নাস্তি কশ্চিচ্চ কারকঃ। স্বয়ং ন কুর্ব্বতস্তস্য জাতু মানো ভবেদিহ ॥৬১॥
যস্তু কর্ত্তারমাত্মানং মন্যতে সাধ্বসাধু বা। তস্য দোষবতী প্রজ্ঞা অতত্ত্বজ্ঞেতি মে মতঃ ॥৬২॥
যদি স্যাৎ পুরুষঃ কর্ত্তা শক্রাত্মশ্রেয়সে ধ্রুবম্। আরম্ভাস্তস্য সিধ্যেয়ুর্ন তু জাতু পরা ভবেৎ ॥৬৩॥
অনিষ্টস্য হি নির্বৃত্তিরনির্বৃত্তিঃ প্রিয়স্য চ। লক্ষ্যতে যতমানানাং পুরুষার্থস্ততঃ কুতঃ ॥৬৪॥
অনিষ্টস্য হি নির্বৃত্তিমিষ্টস্য বৃত্তমেব চ। অপ্রযত্নেন পশ্যামঃ কেষাঞ্চিত্তৎ স্বভাবতঃ ॥৬৫॥
প্রতিরূপধরাঃ কেচিৎ দৃশ্যন্তে বুদ্ধিমত্তরাঃ। বিরূপেভ্যোঽল্পবুদ্ধিভ্যো লিপ্সমানা ধনাগমম্ ॥৬৬॥

---

ইন্দ্রগী অসিগুম্বা ৱাহং অসি তাবদা, পরমাত্মাগী জ্ঞানদা অহুগা জ্ঞানহুগী অবস্থাদা লেপ্পু না লেঙদনা লৈরবা, যোং-হাত্রবা প্রহ্লাদনা মশানা ফংলিবা জ্ঞানগী অবস্থা অহু, তপ্লবা থুম্লবা ৱাহৈনা অসুম্না হায়-রকই ॥৫৮॥ প্রহ্লাদনা হায় — দেবরাজ! জীব পানবা… থরায় পানবশিংগী লৈনরিবা প্রবৃত্তি নিবৃত্তি (চঙশিনবা হন্দোকপা) হায়বা মার্গ অনী অসিবু মুন্না য়েংশিন্দ্রিবা— খঙদ্রিবা মখোয়দুনি সংসারদা ওম্-হৎলিবা পঙথরিরসি। আত্মজ্ঞানবু ফংলবদা হায়রিবা পঙথবা ওমহৎপা থগৎপমচিংবসি কৱিমতা লৈতে। ॥৫৯॥ লৈবা লৈতবা হায়বা অনী অসে জীব পানবা মহাক মহাকী স্বভাবতগী থোকচখিবা— ওইরকখিবা ঙাক্তনি। মাহুগীদমক্ নিপা থোক্লা হোৎনবমা থক্ য়াদে স্বভাবনা অহুম ওইহনবতনি ॥৬০॥ পুরুষ— (মী) অমগী নোংখা হোৎনবা হায়বহু লৈত্রবদি পুরুষ (মী) অমতা কর্ত্তা ওইবা য়াদে — ঙমদে। অহুনা মহাক মশানা কৱিগুম্বা অমত্তা তৌত্রবস্নু ঐ কর্ত্তানি (ঐনা তৌরিবনি) হায়বগী অভিমান অমত্তি জগৎ অসিদা অহুম্ মরৈ ॥৬১॥ আত্মাসিবু অক-কত্তা কর্ম পুম্বগী কর্ত্তানি হায়না খল্লিবা মী মহাক অহুগী বুদ্ধি অহু ফকলিবা -অহুগা দোষ অমা লৈরবা বুদ্ধিনি। তত্ত্বজ্ঞান কৱিমতা য়াওত্রবী বুদ্ধিনি, হায়বসি ঐগী মতনি ॥৬২॥ ইন্দ্র! পুরুষ (মী) না থাজৈশেংবা কর্ত্তা ওইরম্লবদি শোয়দনা পাঙথোক্লমগদবনি। থবক অহুবু পাঙথোকপা ঙমদবগী— মহৈ চাবা ঙমদবগী কৱিগুম্বা মায়থীবা অমত্তা ফঙঙম্মে'ইদৌবনি ॥৬৩॥ অহুগা মাসিমস্নু উই, মাহুদি— পামজবা পোৎ অমবু ফঙননবগী হোৎনজবা— তৌজবা থবক অহুনা— পামদবা পোৎ অমবু মহৈ ওইবা পোকহনবা ফংহনবস্নু য়াওরি। অহুনদি নিপাথোক্লা থৌনালৈনা থবক্ তৌবগী কাম্নশনা কদায়দনো? ॥৬৪॥ মা (মাহু) ফংগে হায়বা ঈহোৎ হোৎনরুদবা, পামজদবা পোৎশক্ অমবু হেক ফংজবা, পামজবা পোৎশক অহুদি হেক্ মাঙখিবা অসিগুম্বস্নু উরি। মাসি কনানা থোকহন-লিবনো হায়বদা — মী অহুগী স্বভাবননি ॥৬৫॥ মশক ফজত্রবা বুদ্ধি লৈত্রবা মী অমনস্নু মশক থীত্রবা, পঙলবা মী অমগী মফমদগী লমচিংবা অপাম্বা পোৎশক অমা খুংলোম্লহুনা নিবা য়াওরি। মাসি মহাককী পোকতৌদগী লোয়নবকপা স্বভাবতনা থোকহল্লিবনি— তৌহল্লিবনি ॥৬৬॥ অফব ফত্তবা থবক পূর্নমকসি

স্বভাবপ্রেরিতাঃ সর্ব্বে নিবিশন্তে গুণা যদা। শুভাশুভাস্তদা তত্র কস্য কিং মানকারণম্ ॥৬৭॥
স্বভাবাদেব তৎ সর্ব্বমিতি মে নিশ্চিতা মতিঃ। আত্মপ্রতিষ্ঠা প্রজ্ঞা বা মম নাস্তি ততোঽন্যথা ॥৬৮॥
কর্ম্মজং ত্বিহ মন্যন্তে ফলযোগং শুভাশুভম্। কর্ম্মণাং বিষয়ং কৃৎস্নমহং বক্ষ্যামি তচ্ছৃণু ॥৬৯॥
যথা বেদয়তে কশ্চিদোদনং বায়সো হরন্। এবং সর্বাণি কর্ম্মাণি স্বভাবস্যৈবলক্ষণম্ ॥৭০॥
বিকারানেব যো বেদ ন বেদ প্রকৃতিং পরাম্। তস্য স্তম্ভো ভবেৎ বাল্যান্নাস্তি স্তম্ভোঽনুপশ্যতঃ ॥৭১॥
স্বভাবভাবিনো ভাবান্ সর্বানেবেহ নিশ্চয়াৎ। বুধ্যমানস্য দর্পো বা মানো বা কিং করিষ্যতি ॥৭২॥
বেদধর্ম্মবিধিং কৃৎস্নং ভূতানাং চাপ্যনিত্যতাম্। তস্মাচ্ছক্রেন শোচামি সর্বং হ্যেবেদমন্তবৎ ॥৭৩॥

---

স্বভাব হায়বসিতনা থোকহল্লিরনি। অহুনদি অকবস্থ ফত্তবস্থ মুংঙাই-রাইকববু ওইরবস্থ, ফংলিবা ওইরিবা মওং অহুদা মীওইবা হায়বসিনা কন্নিগীদমক মাহুদা অমুক থোয়বা, নাপল্ অসিনচিংব তৌরিবহুগী মরমদি করিনো ? ॥৬৭॥ ঐগী রাখন্দদি মাসি স্বভাব হায়বহুতনা থোকহল্লিবনি হায়নীঙডি। আত্মাদা তুংহুনা লৈরিবী ঐগী বুদ্ধিনস্থ হায়রিবসিগী বিরুদ্ধদা থক্ লৈনিংদে ॥৬৮॥ অফ ফত্তা মহৈবু ফংলিবসি তৌরু তৌরুবা কর্ম্মহুতনা থোকহল্লিবনি হায়বসি সংসারসিদা মী অয়াম্বনা থম্নে। অহুনা কর্ম্ম হায়বহুগী মরমদা ঐ মপুংফানা হায়গে তাও ॥৬৯॥ কাকনা অচা-অথক অমতংবু হেক্ ফংবদা ময়াদা মাহু চীক্লা চীক্লা কাক্ কাক্ হায়না মায়গৈ মরি ওন্দুনা থোংলগা মকম অসিদা অচা-অথক লৈরে হায়না মমাম্ববা ময়ামদা তাক্ই থঙহল্লি। মাসি কনা অমতনা তম্বিবা নতে। কাকী স্বভাবনা মশা মথন্তনা তৌজরকপনি। থবক পুম্ন-নক্ মাগী মাগী স্বভাবপু উৎপনি ॥৭০॥ ঙহাক ঙহাক্তা মশক হোংলিবা— ওল্লিবা মপান্গী থবক্ অমদি পোৎশকশিং অসিবু ত মউবা মথঙবা, অহুগা উরিবশিং অহুগী স্বভাবতি থঙদবা, অহুগুম্বা মীশকশিং অহুতদা রাথল লৈতবদগী পোক্পা, থোয়বা নাপল অসিনচিংবা কত্তবা রাথল আস পোকই। অহুগা পোৎ থুদিংগী থাঙ্গৈশংবা স্বভাবপু চনীঙ তানা থঙলবা মী মহাক অহুগী মফমদা শুমহৎপা নাপল অসিন-চিংবসি চঙঙক্পা ঙমদে ॥৭১॥ পোৎ থুদিংমকী ওল্লিবা ওইরক্লিবা মওং মশক্ পুম্বা পোৎ অহুগী আ-মরুম্দা লৈবা স্বভাব অহুদগী পোক্রকপা ঙাক্তনি। হায়ারবা রা অসিবু মুম্না চনীঙ অনা থঙলবা মী অহুনা তৌরিবা অহঙ্কারনচিংবহুনস্থ মহাকী করিগুম্বা অমাঙবা থৌদোক অমত্তা থোক্হন্বা ঙম্মোই ॥৭২॥ * ইন্দ্র! ঐসে ধর্মগী বিধিবু মপুংফানা থঙজরবা অহুগা অচচ্চত্ত পুম্বগী অনিত্তা ওইবা ( অরেম্বা লৈতবা )

---

* বৈজ্ঞানিকশিংনা মৈ ঈশিং ফুংশিংনচিংবগী য়াম্বোক্ য়াম্বুন্, হৈদোক্ হৈজিন্ তৌ‌ন্দগী থোকপ্রিমা মওং মশক মগুণনচি বসি মৈ ঈশিংনচিংবা পোৎশিং অহুগী আ মরুংদা লৈবা স্বভাব অহুদগীনি। অহুবু তাইবংমী বৈজ্ঞানিকশিনা ওইরক্লিবা মওং মশকশিং অহুবু মথোয়না শেম্বনি শাবনি হায়না থল্লি। বৈজ্ঞা-নিকশিং অহুগী মশাদা নাপল লেম্বা থোয়বা, মী-উশিত্তবা অসিনচিংবসি হেক হেক লাকই। শেম্নি-শারিবা অসি হকচাংথুংসিদা কনাননো হায়বহু বৈজ্ঞানিক অহুনা থন্দে থঙদে। হোঙবা চাউবা কৌবা মানা শাবনি থন্‌বদগী মশাদা নাপল থোয়বনচিংবসি লাকপনি ।৭২। ( কালাচাঁদ )

নির্ম্মমো নিরহঙ্কারো নিরাশীর্নিরুপপ্লবঃ। ব্যপোহ্যাপেতঃ পশ্যামি ভূতানাং প্রভবাপ্যয়ৌ ॥৭৪॥
কৃতপ্রজ্ঞস্য দান্তস্য বিতৃষ্ণস্য নিরাশিষঃ। নায়াসো বিদ্যতে শক্র পশ্যতো লোকমব্যয়ম্ ॥৭৫॥
প্রকৃতৌ চ বিকারে চ ন মে প্রীতির্ন চ দ্বিষে। দ্বেষ্টারং চ ন পশ্যামি যো মামদ্য মমায়তে ॥৭৬॥
নোর্ধ্বং নাবাঙ্ ন তির্য্যক্ চ ন কচিচ্ছক্র কাময়ে। ন হি জ্ঞেয়ে ন বিজ্ঞানে ন জ্ঞানে কর্ম্ম বিদ্যতে ॥৭৭॥

শক্র উবাচ।

যেনৈষা লভ্যতে প্রজ্ঞা যেন শান্তিরবাপ্যতে। প্রব্রূহি তমুপায়ং মে সম্যক্ প্রহ্লাদ পৃচ্ছতঃ ॥৭৮॥

প্রহ্লাদ উবাচ।

আর্জবেনাপ্রমাদেন প্রসাদেনাত্মবত্তয়া। বৃদ্ধশুশ্রূষয়া শক্র পুরুষো লভতে মহৎ ॥৭৯।
স্বভাবাল্লভতে প্রজ্ঞাং শান্তিমেতি স্বভাবতঃ। স্বভাবাদেব তৎসর্ব্বং যৎকিঞ্চিদনুপশ্যসি ॥৮০॥

মওংবু মুন্না খঙজয়বা মী অমনি। অহুনা মাঙত্রিবস্থ মাঙপ্রবস্থ পোৎ খুদি,মক অনিত্যমক্তনি খঙজহুনা, কনাগুম্বা করিগুম্বা পোৎ অমগীদমক কায়নবগী তিম্নবগী অম্না মুংঙাই অমতা ঐঙোন্দা লৈতে ॥৭৩॥ ঐগীনি ঐনি, হায়বগী রাখল, অদুগা করিগুম্বা অমবু পাম্মুবগী রাখল অসিদগী রাংমদা লৈহুনা আম্মা ঐনা আম্মা ঈশাদা অহুম্ লৈজহুনা ঈপেন্ত পেন্না, অচচন্ত থল্লায় পানবা পুম্নমক্কী মতমগী ঈচেন্দা মশক হোং হোংহুনা চেন্থরক্লিবসি, অদুগা মতম খর খরদং পোক্লম পোক্লমগা মুংখিবগী মওং অসিবু, ঈম্নুং মুংঙাইনা ভাবুক ওইনা য়েংহুনা লৈজরি ॥৭৪॥ ইন্দ্র! ঐ অসি বুদ্ধিদা অমাংবগী শরক মরীক অমা ফাওবা চঙহন্দনা ইন্দ্রিয়শিংসিবু আম্মা ঐগী ঈথা পোলহন্দুনা ঈম্নুং মুংঙাইনা ঈপেন্ত পেজহুনা লৈরি। সংসারসিগী করি-গুম্বা পোৎ অমগীদমক্কা অপাম্বা লাংতক্নবা তৌরুদনা লৈরি। হকচাংমুংসিদা লৈরিবা আম্মা ঐনা আম্মা ঈশান্নীদমক্কা থন্দুনা হায়বদি আম্মা ঈথত্তদা দৃষ্টি থমহুনা লৈরি। অহুনা করিগুম্বা বিষয় অমগীদমক্ ঐঙোন্দা অরাবা লাংতক্নবা করিমতা লৈতে ॥৭৫॥ প্রকৃতিদা অদুগা প্রকৃতিনা তৌরিবা থবকশিংসিদা ঐগী অপাম্বা মিহোৎবা করিমতা লৈতে। ঐ কনাগুম্বা অমতবু ঐগী য়েক্নবনি খন্দে। অদুগা, কনাগুম্বা অমতবু ঐগীনি ( আম্মা ঐগীনি ) হায়বা খন্দে ॥৭৬॥ ইন্দ্র! মথক্তা স্বর্গগী, মখাদা পাতালগী, মরক্তা ভূলোক ( মর্ত্তালোক ) অসিগী, অমদি মখোয় অসিদা লৈরিবা করিগুম্বা পোৎ অমগী মকমদা ঐগী অপাম্বা মিহোৎবা লৈতে। জ্ঞানগীদমক নত্রগা বিজ্ঞানগীদমক নত্রগা করিগুম্বা থঙফম থোক্পা বিষয় অমগীদমক্ তৌগদবা কর্ম অমতা ঐঙোন্দা লৈতে ॥৭৭॥ ইন্দ্রনা হায়,— প্রহ্লাদ! অসিগুম্বা বুদ্ধি অসি ফংহুনা শান্তি ওইননবা উপায় অদু ঐঙোন্দা থম্না হায়বিয়ু ॥৭৮॥ প্রহ্লাদনা হায়,— লাইগী নিংথৌ! ঈচম্ চম্বা ( মহুং মপান্ খায়দবা ) চোক্শিনবা বুদ্ধিবু মকশিনহন্দবা, থম্মোয়বু তপ্না লেঙদনা থম্বা, অদুগা অহল্-লমন্ গুরুজনশিংবু সুবা তৌবা, হায়রিবশিং অসিনা সাধক অদুগী মফমদা নীঙথিবা পদবীবু পী ॥৭৯॥ হায়রিবা গুণশিং অসিবু লোইররবা ( চেন্নবা ) মী মহাক্ অদুদি মশানা জ্ঞান অহুম মরাক্চরে। স্বভাব হায়ববু মখোয়সিনি। স্বভাব অসিদগী শান্তি ফংগদৌরিবনি। মহাক্না হেক্ উরিবা পোৎ খুদিংগী মওং

ইত্যুক্তো দৈত্যপতিনা শক্রো বিস্ময়মাগমৎ। প্রীতিমাংশ্চ তদা রাজংস্তদ্বাক্যং প্রত্যপূজয়ৎ ॥৮১॥
স তদাভ্যর্চ্য দৈত্যেন্দ্রং ত্রৈলোক্যপতিরীশ্বরঃ। অনুজ্ঞাপ্য তং জগাম স্বমালয়ম্॥৮২॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি
শক্রপ্রহ্লাদসম্বাদো নাম একোনবিংশত্যধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ ॥ ২১৯ ॥

—:০:—

মতৌ মতু মহাউ পুম্নমক্ মাগী মাগী স্বভাবতনা ওইহনবা ওাক্তনি। মীনা শেম্বা নত্তে ॥৮০॥ নিংথৌ যুধিষ্ঠির! দৈত্যনিংথৌ প্রহ্লাদগী রা অসি তাবদা দেবরাজ ইন্দ্র অসি থোইদোক্লা অঙকৃপা ফংখি। পাউতাকশিং অদু তাবদা থোইদোক্লা পেনপ্রত্তুনা লাইশিংগী নিংথৌ ইন্দ্রনা দৈত্যশিংগী নিংথৌ প্রহ্লাদবু নাঙথিবা রাহৈনা লৈশি লৈথোনুখি ॥৮১॥ তদুতস্তু নত্তনা মরোল্ অদুমগী মপু ওইরিবা, লাইনিংথৌ ইন্দ্রনা দৈত্য অসুর পুম্নমক্কী নিংথৌবু তরাম্ তরাম্না পূজা তৌখি। অদুগী খুদো প্রহ্লাদকী য়াথং লৌদুনা মাগী লৈকম্ ইন্দ্রলোক তাল্লা চংখি ॥৮২॥

মফম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা, শ্লোক লিশিং চাম-না শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা, মোক্ষধর্ম্ম-পর্ব্বদা, শক্রপ্রহ্লাদসম্বাদ কৌবা চনীতরামাপলগুবা
অধ্যায় লোইরে ॥২১৯॥

—:(:):—

# মণিপুরী মহাভারত

## ( ইন্দ্রগা বলিগা ওাঙনবা মতাং )

## বিংশত্যধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ।

## চনীগা কুন্‌গুবা অধ্যায়।

—:():—

যুধিষ্ঠির উবাচ।

যথা বুদ্ধ্যা মহীপালো ভ্রষ্টশ্রীর্বিচরেন্মহীম্। কালদণ্ডবিনিষ্পিষ্টস্তন্মে ব্রূহি পিতামহ ॥১॥

যুধিষ্ঠিরনা হায়,— ঈবুধৌ! লৈপাক্ সিংহাসন অদুগা রাজলক্ষ্মীদগী লৈথা তারক্লবা অদুগা মতম্ কৌবা লাইনী চৈরাকী মতুংইন্না অরাবা খুদোংথীব-ত মতারবা অদুগুম্বা নিংথৌ অদো পৃথ্বী থক্ অসিদা মতৌ করম্না কোয়চৎ চৎতুনা পুন্‌শি লেনগদগে হায়বদু ঈবুধৌনা তাক্পিয়্ ॥১॥

ভীষ্ম উবাচ।

অত্রাপ্যুদাহরন্তীমমিতিহাসং পুরাতনম্। বাসবস্য চ সংবাদং বলের্বৈরোচনস্য চ ॥২॥
পিতামহমুপাগম্য প্রণিপত্য কৃতাঞ্জলিঃ। সর্ব্বানেবাসুরান্ জিত্বা বলিং পপ্রচ্ছ বাসবঃ ॥৩॥
যস্য স্ম দদতো বিত্তং ন কদাচন হীয়তে। তং বলিং নাধিগচ্ছামি ব্রহ্মন্নাচক্ষ্ব মে বলিম্ ॥৪॥
স বায়ুর্বরুণশ্চৈব স রবিঃ স চ চন্দ্রমাঃ। সোঽগ্নিস্তপতি ভূতানি জলং স চ ভবত্যুত ॥৫॥
তং বলিং নাধিগচ্ছামি ব্রহ্মন্নাচক্ষ্ব মে বলিম্। স এব হ্যস্তময়তে স স্ম বিদ্যোততে দিশঃ ॥৬॥
স বর্ষতি স্ম বর্ষাণি যথাকালমতন্দ্রিতঃ। তং বলিং নাধিগচ্ছামি ব্রহ্মন্নাচক্ষ্ব মে বলিম্ ॥৭॥

ব্রহ্মোবাচ।

নৈতত্তে সাধু মঘবন্ যদেনমনুপৃচ্ছসি। পৃষ্টস্তু নানৃতং ব্রূয়াৎ তস্মাৎ বক্ষ্যামি তে বলিম্ ॥৮॥
উষ্ট্রেষু যদি বা গোষু খরেষ্বশ্বেষু বা পুনঃ। বরিষ্ঠো ভবিতা জন্তুঃ শূন্যাগারে শচীপতে ॥৯॥

শক্র উবাচ।

যদি স্ম বলিনা ব্রহ্মন্ শূন্যাগারে সমেয়িবান্। হন্যামেনং ন বা হন্যাং তদ্ব্রহ্মন্নুশাধি মাম্ ॥১০॥

ভীষ্মনা হায়,— নহাক্না হায়রিবা বিষয় অসিদা মমা'ঙৈগী কুইরবা ইতিহাসকী ৱারী অমা খুনম্ ওইনা বিরোচনগী মচা বলিগা ইন্দ্রগা ঙাঙনখিবা মতাং অদু হেক্ হেক্ লীনৈ। ইন্দ্রনা দৈত্য দানব অসুর পুম্নমক্পু জয় তৌরবা তুংদা নোংমা ব্রহ্মাগী মকমদা চৎতুনা অসুম্না হংলুই,— পিতামহ! হৌজিক্ বলি কদায়দা লৈরমগনি? ॥২॥ দান কয়া কয়া তৌরবসু, মহাক্কী লনগৈনা ময়েংতাবা মরৈখিদ্রবা অদুগুম্বা বলি হায়বা দৈত্যনিংথৌ অদুবু ঐনা থিরক্পসি ফংবা মরৈখিদ্রে। অদুনা, পিতামহনা মহাক্কী লৈফম্ তাক্পিয়ু ॥৫॥ বলি হায়বসিনা অমুক্সু নুংশিংমক্কী মশক লৌদুনা ঙকম পুম্নমক্তা পুময়ো য়োই। অমুকসু বরুণদেবতা ওইদুনা নোং চুথহল্লক্ই। অমুকসু থা ওইদুনা নোংমদোন্ পুনঙাল ঙান্দুনা লৈবা ওইরি। অমুকসু মৈ ওইদুনা অচচ্চত্ত জীব পানবা পুম্নমক্তা মৈশা পী। অমুকসু ঈশিং ওইদুনা জীবশিংগী থৌরাংবা কোক্চল্লি। অদুগুম্বা নিংথৌ বলিবু ঐনা থিরক্পসি ফংবা মরৈখিদ্রে। অদুনা, ব্রহ্মন্! বলিগী লৈফম তাক্পিয়ু। মহাক্তি করিগুম্বা মতমদসু অতনবা হৈনিংদবা থাদোক্নুনা মায়গৈ পুম্বদা পুনঙাল্ ঙান্দুনসু লৈথোক্ই ॥৪—৬॥ ডাল্লমদগীসু, তাখিদুনা অমুক অঙৗংবা ওইখিদুনা নোং ওইনা চথরকই। ব্রহ্মন্— পিতামহ! অদুগুম্বা বলি হায়বদুবু ঐনা থিরকপসি ফংবা মরৈখিদ্রে। অদুনা নিংথৌ বলিগী লৈফমসি পিতামহনা তাক্পিয়ু ॥৭॥ ব্রহ্মানা হায়,— ইন্দ্র! নহাক্না ঐঙোন্দা বলিগী লৈফম হঙ্না হঙ্না হংবা অসি য়াম্না চুমদে। অদুবু হংলবনিনা মীনমদুনা খুন্থসু য়াদ্রে। অদুনা ঐ মাগী লৈফম হায়গে তাও ॥৮॥

শচীপতি— ইন্দ্র! করিগুম্বা য়ুম নত্রগা অহাঙবা মফম অমদা উটপু ওইরবসু, শল লোতা নত্রগা শগোলবু ওইরবসু করিগুম্বা জাতি অমগী অথোইবা জীব অবা লৈরম্মবদি মাদু বলিনি হায়না খঙউ ॥৯॥ ইন্দ্রনা হায়,— ব্রহ্মন্! অদুদি করিগুম্বা মফম অহাঙবা অমদা, হায়রিবা মওং অসিদা ঐনা বলিবু ফংলব্রদি মাবু হাৎলোইদ্রা হাৎকদ্রা মাদু তাক্পিয়ু ॥১০॥

ব্রহ্মোবাচ।

মা স্ম শক্রবলিং হিংসীর্নবলিঃ বধমর্হতি। ন্যায়স্তু শক্রপ্রষ্টব্যস্ত্বয়া বাসব কাম্যয়া ॥১১॥

ভীষ্ম উবাচ।

এবমুক্তো ভগবতা মহেন্দ্রঃ পৃথিবীং তদা। চচারৈরাবতস্কন্ধমধিরুহ্য শ্রিয়াবৃতঃ ॥১২॥
ততো দদর্শ স বলিং খরবেষেণ সংবৃতম্। যথা খ্যাতং ভগবতা শূন্যাগারকৃতালয়ম্ ॥১৩॥

শক্র উবাচ।

খরযোনিমনুপ্রাপ্তস্তুষভক্ষোঽসি দানব। ইয়ং তে যোনিরধমা শোচস্যাহো ন শোচসি ॥১৪॥
অদৃষ্টং বত পশ্যামি দ্বিষতাং বশমাগতম্। শ্রিয়াবিহীনং মিত্রৈশ্চ ভ্রষ্টবীর্য্যপরাক্রমম্ ॥১৫॥
যৎ তৎ যান সহস্রৈস্ত্বং জ্ঞাতিভিঃ পরিবারিতঃ। লোকান্ প্রতাপয়ন্ সর্ব্বান্ যাস্যস্মানবিতর্কয়ন্ ॥১৬॥
ত্বন্মুখাশ্চৈব দৈতেয়া ব্যতিষ্ঠন্ তব শাসনে। অকৃষ্টপচ্যা চ মহী তবৈশ্বর্য্যে বভূব হ ॥১৭॥
ইদং চ তেঽদ্য ব্যসনং শোচস্যাহো ন শোচসি। যদাঽতিষ্ঠঃ সমুদ্রস্য পূর্ব্বকূলে বিলেলিহন্ ॥১৮॥

ব্রহ্মানা হায়,— ইন্দ্র! নং বলিবু হাৎকনু; বলিদি হাৎপদা মতীক্ চাদবনি। ইন্দ্র! দহাক্না মঙোন্দা হেক্ হংনীংবা ন্যায় ব্যবহার পূম্নমক্কী বিষয়দা হংবা য়াগনি॥১১॥ ভীষ্মনা হায়,— নিংথৌ যুধিষ্ঠির, ভগবান্ ব্রহ্মানা অসুম্না য়াথং পীরবদা দেবরাজ ইন্দ্রনা ঐরাবত মথক্তা তোংখৎতুনা, রাজলক্ষ্মী মশামক্তা লৈতেং ওইদুনা পৃথিবীগী মকম পূম্নমক্তা বলিবু থিবা চখোরকই॥১২॥ ভগবান্ ব্রহ্মানা তাক্লকপদুগুম্না ইন্দ্রনা য়ুম অহাণ্ডবা অমগী মনুংদা ভুমিন্না কমদুনা লৈবা নিংথৌ বলিবু উরে। য়ুম অদুদা বলি অসি লোলাগী শকলোল পুদুনা লোত্‌না লৈরম্মি॥১৩॥ ইন্দ্রনা হায়,— হে দানব! নংদি গাধাগী মপোক্তা পোক্লমা, চন্না-য়াইন্না য়াইকুপ চাদুনা লৈরি। অসিগুম্বা হৌবা মপোক্তা পোকপসি নহাক্কী পূক্নীং অদুদা মুংঙাইহৌদবা— নীঙঙমহৌদবা কৱিমত্তা লৈতব্রা?॥১৪॥ নহাক্না লৌরিবা পুম্বিবা চাক্‌চা ফিজেৎ লমচৎ অসিদি ঐদি পোকথৌদগী থক্ উথিদ্রি। নহাক্ য়েক্লবগী খুদুম মখাদা লৈরে। মরূপ-মপাং অদুগা রাজলক্ষ্মীনা নহাকপু থাদোক্লমদুনা চৎখ্রে। নশাদা লৈরম্বা পাঙ্গল থৌনা পুম্বা পুম্মাও মাঙখ্রে॥১৫॥ নহাক মতম অমদা শাদোং (বাহন) লিশিং লিশিংনা অদুগা ননাই নশল্ মরূপ-মপাং পাত্র মিত্র লিশিং লিশিংনা উকোর কোয়না থৌগল-লাংগল ওইদুনা চৎলম্বনিদো। কৱিমত্তা অকি-অথং লৈতনা, মী-লাই পূম্নমক্পু অয়াবা চৈনা পীরমদুনা স্বর্গগী লাইশিংমকপু কৱিমতা ওইদনা উদুনা নাপল্‌গা লোয়নননা ফন্দুনা চৎলম্বনি। দৈত্য দানব পূম্নমক্না নংগী মায়খোং ইজিং-ত য়েংদুনা, নংগী য়াকা অমদি য়াথং-ত ঙাইদুনা মখুৎ লোম্নদুনা ভুমিন্ ভুমিন্ লৈনরম্বনি। নংগী শাসনগী মখাদা লৈপাক্কী লৌবুকশিংদা উ-থাই খোইদনা মরূ মরাং খোইদোকপা ছন্নুবা থাক্লবা নাইদনা মহৈ-মরোংতনা লৌবুকথম্না লেঙ্ লেঙ্ চৎলম্বনি। অদুবু ঙসিদি নংগী মথক্তা অয়াবা খুদোংথীবা মপৈ মপৈ তাররে। মাদু খল্লুবদা নহাক্কী পূক্নীংদা নীঙঙমদবা মুংঙাইতবা থক লৈত্রা? সমুদ্রগী মপান্দা থৌগল-লাংগনগা লোয়নননা চানীং শেৎনীংবা পুম্বা শেং চাদুনা হেন্দো হরাউনা মুংঙাইনা কোয়রম্বনি। মতম অদুদা ননাই নশলশিংদা শেল থুম মণি মুক্তা খুজোক্ খুজোক্

অতীন্ বিজয়তো বিত্তং তদাহসীত্তে মনঃ কথম্। যত্তে সংপ্রসমিদ্ধা ননৃতুর্দেবযোষিতঃ প্রিয়া॥১৯॥
বহুনি বর্ষপূগানি বিহরে লীলয়াতঃ প্রিয়া। সর্ব্বা পুষ্করমালিন্যঃ সর্ব্বাঃ কাঞ্চনসপ্রভাঃ॥২০॥
কথমদ্য তদা চৈব মনস্তে দানবেশ্বর। ছত্রং তবাসীৎ সুমহৎ সৌবর্ণং রত্নভূষিতম্॥২১॥
ননৃতুস্তত্র গন্ধর্ব্বাঃ ষটসহস্রাণি সপ্তধা। যূপস্তবাসীৎ সুমহান্ যজতঃ সর্বকাঞ্চনঃ॥২২॥
যত্রাদদঃ সহস্রাণি অযুতানাং গবাং দশ। অনন্তরং সহস্রেণ তদাসীৎ দৈত্য কামতিঃ॥২৩॥
যদা চ পৃথিবীং সর্বাং যজমানোঽনুপর্যগাঃ। শম্যাক্ষেপেণ বিধিনা তদাসীৎ কিং নু তে হৃদি॥২৪॥
ন তে পশ্যামি ভৃঙ্গারং ন ছত্রং ব্যজনে ন চ। ব্রহ্মদত্তাং চ তে মালাং ন পশ্যাম্য সুরাধিপ॥২৫॥

চাইথোক্তুনা য়েংস্থাক্তুনা লাক্লহল্লম্বনি। মতম অদুদা নংগী পুক্লীংদা কয়াদা মুংঙাইরমগবা॥১৭—১৮॥ নংনা চহী মতম কয়া কুইনা য়াজলক্ষ্মীনা নংগী লোয়নবী লৈতেং ওইদুনা মুংঙাইনা পাল্লম্বনি। সনা অহিং-বগী কুচু পুবী, সনয়ীক্ পরেং, থম্বাল পরেং পরেংনা লৈতেংবী, মশক্ ফজত্রবী লাইরৈবাক্তী অপ্সরাশিংনা নংগী লোয়নবীশিংগী মশক্ ওইনা নংগী থৌগল তৌরম্বনি। অদুগা নংগী পুক্লীংবু মুংঙাইহন্‌গে ওমহৎকে হায়দুনা মুংশিরবা ঈশৈ থোম্হোক্‌কা লোয়ননা খেক্লা নৌনা নমাংদা জগোই শারম্বনি। মতম অদুদা নংনা কয়াদা মুংঙাইরমগব ॥ ৯—২০॥ দৈত্য দানব পূম্নমক্কী নিংথৌ। মতম অদুদা নহাক্কী পুক্লীংদা কয়াদা মুংঙাইরমগবা। অদুবু হৌজিক ওইরিবা অবস্থাসিনা কমদৌরিবা? মতম অমদা নকোক্‌থক্তা মণি-মুক্তানা থাম্নবা পে ( ছত্র ) মরোল্ মরোল থাল্লম্বনিদো॥২১॥

মতম্ অদুদা গন্ধর্ব্ব লিশিং তরুক্ক' ঈশৈগা লোয়ননা জগোই শাদুনা নগুপ শক্তুনা মাগী মাগী কলা বিদ্যাগী অরোইবা থাক্‌পু নমাঙ্‌দা উৎলম্বনি। যজ্ঞ ময়াম তৌবা মতমদা যজ্ঞগী য়ুম্বী পুম্বা সনাতনা পূমহৈ ওইনা শারম্বনি অদুগা যজ্ঞশিংদুগী দক্ষিণা ওইনা শম্বী কোটি কোটিবু লিশিং লিশিংলক দান তৌথিবনিদো। দৈত্যরাজ! মতম অদুদা নহাক্কী পুক্লীংদা থোরবা নাপল্‌গা লোয়ননা কয়াদা মুংঙাইরি-গদনো॥২২ ২৩। নহাক্কা শম্যাক্ষেপ * কী বিধিনিয়ম কায়দনা যজ্ঞ তৌ তৌদুনা পৃথিবী পুম্ববু পরিক্রমা তৌথিবনি। মতম অদুদা পুক্লীংদো কমদৌথি, কয়াদা মুংঙাইরমগবা॥২৪॥ অদুবু, হৌজিক্কি দৈত্যরাজ! ননাক্তা সনাগী ঝারী মচা অমত্তাওবা লৈতে। ননাক্তা কাঙ্‌শাই, চামরনচিংবা অমতসু লৈবা উদে। ব্রহ্মানা পীথিবা দুকপিথিবা লৈপরেং অদু কাওবা নগুক্তা লৈবা উদ্রে॥২৫॥ ভীষ্ম। হায়ঃ— যুধিষ্ঠির। ইন্দ্রগী য়াম্না চীংলেম্না হায়রকপা অদুগা মনুংগী ভাবার্থ কয়ানা তিল্লবা য়াঙাঙ্ অদু তাবদা বলিনা নোকৃমি নোকৃমি

---

* শম্য কৌবা চৈতুপ্ অমা লৈ। মখোক্ থুৎপায়কম অদু য়াম্না পীকই। মতোল অদুনা য়াম্না পোঙ্‌থোকই। মাদুবু জকনবা পাশং অমনা পায়দুনা লংবদা চৈগু অদুনা তাবা তাবা মকমদুদা যূপকাষ্ঠ অমমম্ য়ুং য়ুংদুনা যজ্ঞ তৌনা তৌনা বলিনা পৃথিবী পুম্ববু পরিক্রমা তৌথি। অসুম তৌদুনা বলিনা পৃথিবীগী মকম পুম্বদা যূপকাষ্ঠ য়ুং য়ুংদুনা যজ্ঞ লিশিং লিশিং তৌথি। অদুনা শম্য হায়বসি লম ওন্নবা থুৎলায়গুম্বা অমনি॥২৪॥　　( কালাচাঁদ )

ভীষ্ম উবাচ।

ততঃ প্রহস্য চ বলির্মহেন্দ্রেণ সমীরিতম্। নিশম্য ভাবগম্ভীরং সুররাজমথাব্রবীৎ ॥২৬॥

বলিরুবাচ।

অহো হি তব বালিশ্যমিহ দেবগণাধিপ। অত্যুক্তং দেবরাজস্য তব কষ্টমিদং বচঃ ॥২৭॥

ন ত্বং পশ্যসি ভৃঙ্গারং ন ছত্রং ব্যজনে ন চ। ব্রহ্মদত্তাং চ মে মালাং ন ত্বং দ্রক্ষ্যসি বাসব ॥২৮॥

গুহায়াং নিহিতান্ ত্বং মম রত্নানি পৃচ্ছসি। যদা মে ভবিতা কালস্তদা ত্বং তানি দ্রক্ষ্যসি ॥২৯॥

ন ত্বেতদনুরূপং তে যশসো বা কুলস্য চ। সমৃদ্ধার্থোঽসমৃদ্ধার্থং যন্মাং কত্থিতুমিচ্ছসি ॥৩০॥

ন হি দুঃখেষু শোচন্তে ন প্রহৃষ্যন্তি চর্দ্ধিষু। কৃতপ্রজ্ঞা জ্ঞানতৃপ্তাঃ ক্ষান্তাঃ সন্তো মনীষিণঃ ॥৩১॥

ত্বং তু প্রাকৃতয়া বুদ্ধ্যা পুরন্দর বিকত্থসে। যদাহমিব ভাবী স্যাস্তদা নৈবং বদিষ্যসি ॥৩২॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি বলিবাসবসম্বাদো নাম বিংশত্যধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ ॥ ২২০ ॥

——(*)——

তৌদুনা অহুম্না হায়রকই ॥২৬॥ বলিনা হায়:— দেবরাজ ! ইন্দ্র ! নাহৈ পুম্নমক্কী নিংথৌ ওমা ওইরগা ওস্থোক্লা পঙ্না হায়দোক্ ভাঙ্থোরকপসিদা ঐ ওস্তোক্লা ওকখ্রে। নহাক্কি অচম্বা নাহৈ অমসু নত্তে; নাহৈ পুম্নমক্কী নিংথৌনি। অতোপা অমগী নাকোংদা অমদি থম্মোয়দা অরাবা পীবা অসিগুম্বা রাঙাঙ্ অসি নহাককুম্বা অমনা হায়দোকপদা মতীক চাদে ॥২৭॥ ইন্দ্র ! নহাক্ হৌজিক ঐগী ছত্র চামরবু, সনাগী ঝারীবু অমসুং ব্রহ্মানা পীরম্বা লাইরৈবাক্কী লৈপরেং অসু উবা ফংলোই ॥২৮॥ ইন্দ্র ! নহাক্না হৌজিক হায়রিবা পোটচেশিং অমুদি হৌজিক লৈরুংদা লো তুনা, ফুমত্তনা লৈ। অমুক হন্না ঐগী অফবা মতম অমা লাকপদা নংনা হায়রিবা পোটশিং অদো থৃদক্তা উবা ফংগনি ॥২৯॥ মতম আসদা ঐগী সনা লুপা মণিমুক্তা অমদি রাজ লক্ষ্মী কাওবা নহাক্না মতমগী পাজম্না ঐভোন্দগী লোইনা মুনখ্রে। অসিগুম্বা মতবসিদা নহাক্না নশাগী কমুবা হৈবা উংতুনা মীগী অরাবা তারগা মথেং কাখিদুনা নশাবু থাগচ্চরিবা অসি নহাক্কী নকম অমসুং পাজরবদা মতীক চাদে ॥৩০॥ অদুগুম্বা মী মহাক অদুগী বুদ্ধি অদুনা মমুং মপাল্ থায়দনা লুরবা শেংলবা জ্ঞানতনা অপেন্বা হায়বদু ফংলবা, অরাবা পুম্বা থাঙ্হৈবা, অদুগুম্বা মহাক অদুদি, অরাবা খুদোংথীবা তারবদু রাবিদে, চাওথংপা ফংলবা মতমদসু হররাউবনা লুতোন্ কাবিদে ॥৩১॥ ইন্দ্র ! নহাক্কী বুদ্ধি অসু হৌজিক য়াম্না মোংদি। অদুনা নহাক্না নশা নথক্তবু থাগচ্চরি। লৈখা তারবা জীবদা করেম্বরি। নহাক্না হৌজিক ঐভোন্দা হায়রিবা রাসে, নহাক্না ঐগী অবস্থাসিগুম্বদা তারকপা মতমদা অমুক হন্না হায়রবা ঙম্বরোই ॥৩২॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং-চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বদা বলিবাসবসম্বাদদা চনীগা কুন্তবা অধ্যায় লোইরে ॥২২০॥

—:():—

# মণিপুরী মহাভারত

## একবিংশত্যধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়

### ( বলিগা ইন্দ্রগা ওাঙনবা—মথং )

### চনীগা কুম্মাথোইশুবা অধ্যায়

——(*)——

ভীষ্ম উবাচ।

পুনরেব তু তং শক্রঃ প্রহসন্নিদমব্রবীৎ। নিঃশ্বসন্তং যথা নাগং প্রব্যাহারায় ভারত ॥১॥

শক্র উবাচ।

যৎ যৎ যানসহস্রেণ জ্ঞাতিভিঃ পরিবারিতঃ। লোকান্ প্রতাপয়ন্ সর্বান্ যস্যাস্মানবিতর্কয়ন্ ॥২॥

দৃষ্ট্বা সুকৃপণাং চৈমামবস্থামাত্মনো বলে। জ্ঞাতিমিত্র পরিত্যক্তঃ শোচস্যাহো ন শোচসি ॥৩॥

প্রীতিং প্রাপ্যাতুলাং পূর্বংলোকাংশ্চাত্মবশে স্থিতান্। বিনিপাতমিমং বাহ্যং শোচস্যাহো ন শোচসি ॥৪॥

বলিরুবাচ।

অনিত্যমুপলক্ষ্যেহ কালপর্য্যায় ধর্ম্মতঃ। তস্মাচ্ছক্র ন শোচামি সর্বং হ্যেবেদমন্তবৎ ॥৫॥

ভীষ্মনা হায়:—ভরত বংশদা পোকপা, নিংথৌ! অসুম্না হায়রুনা লিলগী মতৌগুম্না খু খু কাম্লবা বলিগী মফমদা ইন্দ্রনা মশাগী চাওখংলকপা অমদি সম্পত্তিবু লেন্নগে হায়বগী মতাগুম্ নোক্ল নোক্লা অমুক হায়-রকই॥ ॥ ইন্দ্রনা হায়: —দৈত্য নিংথৌ বলি! মতম অমদা নহাক্লা ননাই নশক্ শাগে নাতে মরুপ মপাং খোঙ্মী লান্মী লিশিং লিশিংনা পূমকোয় কোয়শিন্দুনা মবোল অহুমবু নৈতনা অন্নাবা পীতুনা; দেবতা ঐখোয়বু করিমতা উশিং থৌওইদনা কোয়চং চংখি। অতুগুম্বা শাগে নাতেশিং অতুনা হৌজিক্তি হুন্দোক-পিরম্লবা নহাক নশানা নশাগী তোল্লবা, হন্থরবা অবস্থা অসিগু উজরি। মাসিবু উরগা নহাক্কী করিমতা ঈকাইবা অৱাবা লৈত্রিবসি করিগীনো? ॥২—৩॥ বলিনা হায়:—ইন্দ্র! মতম হায়বসিগী চক্র ( চাকা ) অসে লেপ্লা নাইদনা অসুম লৈতুনা লৈরিবনি। চক্র অতুগী পাম্বৈনা, সংসার অসিগী পোৎ পূম্নমক অনিত্যমক্তনি হায়বসি ঐনা খঙ্লি উবি। মরম অতুনা অবস্থাগী হোংদোক হোংজিল অসিদা ঐ করিমতা রাবিদে। মরমদি জগৎ মপূং অসিমক হোংদোক হোংজিল তৌতুনা লৈরি হায়বা খঙলবা ঐনা করম্না রাগদৌরিবনো? ইন্দ্রনা হায়: মমাংঙৈদা লোক পূম্নমকপু নহাক্কী খুতুম মখাদা থনম্মি। অতুনা নহাক্লা ওমথৈ লৈতনা পেল্লরম্মি, মুংঙাইথোক্লম্মি। অতুবু হৌজিক্তি জগৎ অসিদা নহাক অসি মখা তানিংঙাই লৈতনা লৈখা তারবা হায়রহ ওইরে মসিগী খল্লুবনা ন'না করিমতা রাত্রিবসি করিগীনো? ॥৪—৫॥ বলিনা হায়:—

অন্তবন্ত ইমে দেহা ভূতানাং চ সুরাধিপ। তেন শক্র ন শোচামি নাপরাধাদিদং মম ॥৬॥
জীবিতং চ শরীরং চ জাত্যৈব সহজায়তে। উভে সহ বিবর্দ্ধেতে উভে সহ বিনশ্যতঃ ॥৭॥
ন হীদৃশমহং ভাবমবশঃ প্রাপ্য কেবলম্। যদেবমভিজানামি কা ব্যথা মে বিজানতঃ ॥৮॥
ভূতানাং নিধনং নিষ্ঠা স্রোতসামিব সাগরঃ। নৈতৎ সম্যগ্বিজানন্তো নরা মুহ্যন্তি বজ্রধৃক্ ॥৯॥
যে ত্বেবং নাভিজানান্তি রজোমোহপরায়ণাঃ। তে কৃচ্ছ্রং প্রাপ্য সীদন্তি বুদ্ধির্যেষাং প্রণশ্যতি ॥১০॥
বুদ্ধিলাভাত্তু পুরুষঃ সর্বং তুদতি কিল্বিষম্। বিপাপ্মা লভতে সত্ত্বং সত্ত্বস্থঃ সম্প্রসীদতি ॥১১॥
ততস্তু যে নিবর্ত্তন্তে জায়ন্তে বা পুনঃ পুনঃ। কৃপণাঃ পরিতপ্যন্তে তৈরর্থৈরভিচোদিতাঃ ॥১২॥
অর্থসিদ্ধিমনর্থং চ জীবিতং মরণং তথা। সুখদুঃখফলে চৈব ন দ্বেষ্মি ন চ কাময়ে ॥১৩॥
হতং হন্তিহতো হ্যেব যো নরো হন্তি কঞ্চন। উভৌ তৌ ন বিজানীতো যশ্চ হন্তি হতশ্চ যঃ ॥১৪॥

লাই পূন্নমক্কী নিংথৌ! জীব পানবা পূন্নমক্কী মপানগী দেহ অসে অরোয়বা নাইবনি। মীৎকুপ খুদিং অরোয়-বদা চত্‌শিন্নরি। অদুনা ঐ করিগুম্বদা অরাবা তৌদে। ঐনা হৌজিক লৌরিবা পুরিবা গাধাগী হকচাং মূর্ত্তিসে ঐগী ইরাল্ অপরাধদগী নত্তে। ঐনা ইনিং তন্না লৌগে পুগে হায়দুনা পুরিবা মূর্ত্তিনি ॥৬॥ পুনশি (হিংদুনা লৈবা) হায়বসিগা হকচাং হায়বসি অনী অসি পোকপদগী অদুম লোয়নবরক্রবনি। মাত্রা চপ্ চপ্ মান্নানা চাওখৎমিন্নে, মীকুপ অমদা চপ্ মান্নানা মাঙখিন্নে ॥৭॥ ঐ লোলাগী হকচাংদা চঙলবস্তু, লোলাগী হকচাং অসি কংলবস্তু করিস্তু রাবিদে, শুংঙাইতবা তৌবিদে। হকচাং অসিগী অনিত্য ওইবা (অৱেপ্পা লৈতবা) মীকুপ খুদিংগী মথক হোংবা অদুগা আত্মাসিগীনা অদুম ওইবা অনিত্য ওইবা হকচাংসিগা মরম লৈনদবসিবু মুন্না খঙ্‌লবা মীনা রাগদবসিবু কদায়দনো? ॥৮॥ বজ্র পায়বা, ইন্দ্র! তুরেল পূন্নমক্কী অরোইবা মফম অদুদি মৃত্যু (শিবা) হায়বসিমক্কা ওই। ম সবু মুন্না খঙলিবা মী মহাক অদুদি অরাবা শুদ্ধৎপদা থক্ তাদে ॥৯॥ মিংচৎ, তৌবা ভত্বনচিংবা রজোগুণগী কামক্রোধনচিংবগী থবক্তদা আসক্ত ওইপ্রবশিং অদুনা হায়রিবা রা অসিবু মুন্না খঙদে। নীংবু নীংশি ঙদে। মখোয়দুগী বুদ্ধি অদু পূম্নাং মাঙখ্রবনি হায়বা য়াই। অরাবা থুদোংথীবগী মতম লাক্লগা য়াম্না কা হেন্না অরাবা ফংডি ॥১০॥

অচুম্বা বুদ্ধিবু ফংলবা মহাক অদুদি বুদ্ধিদুমক্কী পাঙ্গেনা হায়বদি বুদ্ধিদুমক্কা থুংলায় ওইদুনা মহাক্কা তৌখিরা পাপ পূম্বা ককথৎলি। পাপশিংদুনা লৈত্রবদুদদি সত্ত্বগুণ হায়বদু মতোন্দা মশানাদুমক লাকচরে। মহাক সত্ত্বগুণদা লৈরবনিনা সাত্তিক প্রসন্নতা (সত্ত্বগুণনা তিনবা অপেনবা) হায়বদু লায়না ফংডি ॥১১॥ হায়রিবা সৎবুদ্ধি অসিবু ফংদ্রবা মন্দবুদ্ধি ওইরবা মহাক অদুদি সাত্ত্বিক বুদ্ধিদগী ভ্রষ্ট ওইখিদুনা পোকপা শিবগী সংসারসিদা হন্না হন্না পোক্লে শিরে। অদুগা রজো গুণদগী পোক্‌পা কাম ক্রোধনচিংবা লায়না পুদুনা রানা মপুংশি লেপ্লি। ॥১২॥ সম্পত্তিনা পীবা শুংঙাইবা, পুনশি অদুগা অরাবা পীরম্মগা চৎখিগদৌরিবা মহৈ অদুসু পামজদ্রে অদুগা কান্নদবা, শিবা- অংগা ফংলিবা অরাবদুবুসু হুন্নালুবা তৌদ্রে ॥১৩॥ কনাগুম্বা অমনা কনাগুম্বা অমবু হাংলিবা ফুরিবা অনি মশামক অশিবা অম ওইনা অশিবা অমবু হাৎলি ফুরিরনি। ফুরে, হাৎলে, ফুগ্রে হাৎগ্রে (শিহনগ্রে) হায়রিবা অনীসিমক্ অয়ান্‌বা মক্তনি, মপান্দা পঙথন থরবমক্তনি।

হত্বা জিত্বা চ মর্ত্ত্যো যঃ কশ্চিৎ পুরুষায়তে।　অকর্ত্তা হ্যেব ভবতি কর্ত্তা হ্যেব করোতি তৎ ॥১৫॥
কো হি লোকস্য কুরুতে বিনাশপ্রভবাবুভৌ।　কৃতং হি তৎকৃতেনৈব কর্ত্তা তস্যাপি চাপরঃ ॥১৬॥
পৃথিবী জ্যোতিরাকাশমাপো বায়ুশ্চ পঞ্চমঃ।　এতৎ যোনীনি হত্র কা পরিদেবনা ॥১৭॥
মহাবিদ্যোঽল্পবিদ্যাশ্চ বলবান্ দুর্ব্বলশ্চ যঃ।　দর্শনীয়ো বিরূপশ্চ সুভগো দুর্ভগশ্চ যঃ ॥১৮॥
সর্ব্বং কালঃ সমাদত্তে গম্ভীরঃ স্বেন তেজসা।　তস্মিন্ কালবশং প্রাপ্তে কা ব্যথা মে বিজানতঃ ॥১৯॥
দগ্ধমেবানুদহতি হতমেবানুহন্যতে।　নশ্যতে নষ্টমেবাগ্রে লব্ধব্যং লভতেনরঃ ॥২০॥

( মরমদি আত্মা হায়বসি হাৎপা—কুবা হান্‌ব থবক্ ( ক্রিয়া ) অদুগী কর্ত্তাসু নত্তে, কর্ম্মসু নত্তে ) ॥১৪॥

ইন্দ্র ! কনাগুম্বা অমনা অমবু হাৎলে, কুরে, উমলে, হায়না নাপল্‌ তৌরিবা খোরিবদু থাইজ শেখেদি পুরুষার্থ উৎলিবা ( তৌবা ওম্বা উৎলিবা ) অদুগী কর্ত্তাদি মহাক্ মশামক্ নত্তে। কর্ত্তা অশেংবদি জগৎ পুম্বগী কর্ত্তা ওইবা পরমাত্মা মথন্তনি ॥১৫॥ জগৎ অপুম্ অসিগী অশেংবা—মাওহন্‌বা কর্ত্তা অদি কনানো ? থবক অনীমক্সি থরায় পান্‌বা অচচত্তশিংসী কর্ম্মশিং অসিতনা পাম্বৈ ( হেতু-কারণ ) ওইনা পরমাত্মা নহাক্তনা তৌরিবনি। কর্ম্মশিং অদুমক্পুসু ঈঙ্খিন্‌বা কনাগুম্বা করিগুম্বা কর্ত্তা ( ঈশ্বর ) অমা লৈরি। * ॥১৬॥ লৈপাক্, ঈশিং, মৈ নুংশিৎ, আকাশ হায়রিবা মঙা অসিনা অচচত্ত জীব পানবা পুন্নমক্কী হকচাংগী উপাদান কারণ ( মচাক্ ) নি। মখোয় অসিবু হায়বদি মচাকশিং অসিবু উবা-উথিদবা অসিদগী তাইবং জীবনা হরাউনরি রানরি কপ্পরি। মাদুনা আত্মা মঙোন্দা করি তোংলি, করি মাঙ্‌লি ? ॥১৭॥ মহৈ রাম্না হৈপ্রববু ওইরবসু, য়াম্না পঙ্গলববু, অশোনববু ওইরবসু অকন্‌ববু ওইরবসু, অথীববু ওইরবসু ফজববু ওইরবসু মরায়বক্ ফববু ওইরবসু, মরায়বক্ থীরববু ওইরবসু—পুম্নমক্পু মঙোন্দা হাপচিন্নিরমথৈ থন্‌বা লৈরবা চীঙ্‌ লেম্লবা "মতম" হায়বদুনা পুথোক্ পুথোক্লগা মহাক্না মশাগী শক্তিনা অমুক্ লৌশিনখিদুনা মঙোন্দা হাপ্‌চিন্‌খি থম্জিন্‌খি। অদুগুম্বা কাল ( মতম ) হায়বদুগী মথা পোক্লবা তাইবং জীব বলি কৌবা ঐনা কনাগী করিগীদমক্‌ রাবোগদৌরিবনো ? ॥১৮—১৯॥ "মতম্‌" হায়বদুনা হান্না চাকথোক হন্দুনা লোইখ্রবা হকচাংবু মৈনা অমুক থাদোক্লরি। মতম্‌ হায়বদুনা হান্না হাত্নুনা লোইখ্রবা

---

* 'ঈশ্বর লৈতে" হায়রিবা মী মহাক্ মশামকী মঙ্গংদসু "লৈ-লৈতে" হায়না হায়দোরক্পা থবক্ অসিগী কর্ত্তা ( ঈশ্বর ) অমা অদুম মরৈরি। মহাক্না মী অমদা "লৈ হায়" "লৈতে হায়" হায়না ঈঙ্খিন্নি। মহাক্না ঈঙ্খিন্নিরমথৈ "লৈ" সু হায়দোরক্কে, "লৈতে" সু হায়দোরক্কে। অদুনদি লৈনা লৈনা লৈতবা ওইবগী শক্তি, লৈত লৈতনা লৈবা ওইবগী শক্তি অসীমক্ ঈশ্বর মঙোন্দা লৈব তাই। অদুমক্তনবু মহাকপু সর্ব্বশক্তিমান্‌ কৌনৈ, ভগবান্‌ কৌনৈ। মাসিগী থাক্ য়ৌত্রিবা মহাপুরুষ যোগী, সন্ন্যাসী অমবুসু মহাকী অনুগামীশিংনা ভগবান্‌ বুদ্ধ, ভগবান্‌ মহাবীর, ভগবান্‌ যীশু অসুম্না হায়নৈ কৌনৈ। অদুগা হায়রিবা মখোয়শিং অসিগী অশেংবা কর্ত্তা অমদি অসুম্ মরৈ। মহাক্তি বুদ্ধসু কৌদে, মহাবীরসু কৌদে, রামসু কৌদে—ঈশ্বর কৌই। কালাচাঁদ।

নাস্য দ্বীপঃ কুতঃ পারো নাপারঃ সম্প্রদৃশ্যতে। নান্তমস্য প্রপশ্যামি বিধের্দিব্যস্য চিন্তয়ন্ ॥২১॥
যদি মে পশ্যতঃ কালঃ ভূতানি ন বিনাশয়েৎ। স্যান্মে হর্ষশ্চ দর্পশ্চ ক্রোধশ্চৈব শচীপতে ॥২২॥
তুষভক্ষং তু মাং জ্ঞাত্বা প্রবিবিক্তজনেগৃহে। বিভ্রতং গার্দভংরূপমাগত্য পরিগর্হসে ॥২৩॥
ইচ্ছন্নহং বিকুর্য্যাং হি রূপাণি বহুধাত্মনঃ। বিভীষণানি যানীক্ষ্য পলায়েথাস্ত্বমেব মে ॥২৪॥
কালঃ সর্ব্বং সমাদত্তে কালঃ সর্ব্বং প্রযচ্ছতি। কালেন বিহিতং সর্ব্বং মা কৃথাঃ শক্র পৌরুষম্ ॥২৫॥
পুরা সর্ব্বং প্রব্যথিতং ময়ি ক্রুদ্ধে পুরন্দর। অবৈমি ত্বস্য লোকস্য ধর্ম্মং শক্র সনাতনম্ ॥২৬॥
ত্বমপ্যেবং সংপ্রেক্ষস্বাত্মনা বিস্ময়ং গতঃ। প্রভবশ্চ প্রভাবশ্চ নাত্মসংস্থঃ কদাচন ॥২৭॥

শিগ্রবহুবু অমনা অমুক্ হাংলি হাংলে হায়রি। হান্ন মাঙহুনা লৈগ্রবা অহুবু অমনা অহুক. মাঙ্হনগ্রে হায়রি। হায়া কংগদবা ওইনা য়াত্তুনা লৈগ্রবা কংগ্রগুম্বরবু অমনা অমুক কংলে হায়রি হুরাউনরি ॥১০॥ ঐ কনা য়ায়া কূপ্ন খন্দুনা য়েংলবনি; মতম্ ( কাল ) কৌবা বিধাতা অসিগী অহৌবা অরোইবতদি উব মরেন্ত্রে। মতমগী মশক্ ওইরবা ঈপাক্তা করিগুম্বা ঈথং অম কাওবা লৈতে। কদায়দা লৈহুনা কদায়দা লৈহুনা মতম্ ঈপাক্কী চাংজো লাম্ব কংগনি? লাম্বা-য়োবা ওম্বদি লায়রকনা মশক্ ফাউবা উবা কংদে ॥২১॥ শচীপতি! ইন্দ্র! কাল ( মতম্ ) কৌবা লাইসিনা করিগুম্বা ঐগী মাঙ্ অসিদা সংসারদা উরিবা পোৎ পুম্নমক্ অসিবু লেঙদনা মাঙ্হন্দনা শুম্মক্ লৈহল্লমবদি ঐ য়ায় নুংঙাইরমগদবনি। ঐগী শক্তি পাঙ্গলগী মথক্তা য়াপল্ তৌরমগদবনি, অদুগা কাল কৌবা লাইহুগী মথক্তা ঐ য়াম্ন শাউরমগদবনি ॥২২॥ ঐনা ঐনা চীক্লবা য়ুম্ অসিদা লোলা শাহুনা চক্র য়াইক চাহুনা লৈবসি উবদা ঐবু করেমগে নোকুগে হায়বগী দমক্ ঐবু নিন্দা তৌগে হায়বগীদমক্ নহাক্ মকম্ অসিদা লাক্লিবনি ॥২৩॥ ঐনবু তৌগে হান্নবদি ওম্লোক অক্কিবগী মশক্ ফংলবা মূর্ত্তি লৌহুনা লৈবা ঙম্মি। মতম্ অহুদা, নং ঐবু করেম্নবদি হায়রুরন্ন, ঐগী মূর্ত্তিহু উবদা নং ঙসাইনা হৌহুনা চেনগ্রগদবনি ॥২৪॥ ইন্দ্র! পোৎ পুম্নমক মতম্ হায়বহুনা পীবা মকুনি, মতম্ হায়বহুনা লৌশিনখিবা ঙাক্তনি। নংনা পৌজিক কল্লিবা শিংংলিবসে মতম্ হায়বহুনা পীরিবা জ্ঞান ঙাক্তনি। লৌশিনখিগদবন্ন খজিক্তা মঙায়রে। নাপল্ তৌগন্ন ॥২৫॥ পুরন্দর! মতম্ অমদা বলি ঐমা শাউরক্পদা য়রোল্ মন্থম্ থক্ থক্ নীকখিবনি। লৈজম্ থঙখিদবনি। লোক পুম্নমক্ মতমগী থাঙলৈ মচুং ইন্না চাওখৎলিবনি, হুম্বরিবনি। মাসি মতম্ হায়বহুগী লোয়নরকপা ধর্ম্মনি। মাসি ঐ য়ায়া মুম খঙলবনি ॥২৬॥ নহাকসু জগৎ পু হায়রিবা জ্ঞানগী মীৎয়েং অসিনা য়েংহুনা লৈয়ু। নং নপুক্লীংদা থক্ ঙকন্ন, তৌবা ঙম্বা শক্তি, পাঙ্গল নংগী থুহুম মখাদা লৈতবনি * ॥২৭॥

* লম্ভুম্, পাঙ্গল্ নাদয়েক্তবা, চাওখৎপা পুম্নমক্ অসি মতম্ থরদং কাল হায়বহুনা অমগী মনাক্ত থমহুনা শান্নবনি। মহাক্তা লৌশিন্নীংবা মতমদা মখুত্তগী ছুংখিবদা মী মহাক্ অহুনা তঙক্ তঙক্ য়েংহুনা মখুৎ থেক্নুনা লৈহৌবা নত্তনা মঙোন্দা করিমতা তৌরুবা য়ারোই। মরম্ অহুনা তাইবংমীনা মাগী মনাক্তা মাগী ওইবা শাশিন্নদুনা লৈরিবা সনা লুপা ধন জনগীদমক্তা অরেম্বদা নাপল্ থৌরবনচিংবা থক্ তৌয়োই-দৌবনি। কালাচাঁদ।

পশ্যামি ত্বাং বিরাজন্তং দেবরাজমবস্থিতম্। শ্রী ত্বা দ্যুতিমন্তং চ গর্জমানং মমোপরি ॥৩৭॥
এবং নৈব ন চেৎ কালো মামাক্রম্য স্থিতো ভবেৎ। পাতয়েয়মহং ত্বাদ্য সবজ্রমপি মুষ্টিনা ॥৩৮॥
ন তু বিক্রমকালোঽয়ং শান্তিকালোঽয়মাগতঃ। কালঃ স্থাপয়তে সর্বং কালঃ পচতি বৈ তথা ॥৩৯॥
মাং চেদভ্যাগতঃ কালো দানবেশ্বর পূজিতম্। গর্জন্তং প্রতপন্তং চ কঃ মত্তং নাগমিষ্যতি ॥৪০॥
দ্বাদশানাং তু ভবতামাদিত্যানাং মহাত্মনাম্। তেজাংস্যেকেন সর্বেষাং দেবরাজধৃতানি মে ॥৪১॥
অহমেবোদ্বহাম্যাপো বিসৃজামি চ বাসব। তপামি চৈব ত্রৈলোক্যং বিদ্যোতাম্যহমেব চ ॥৪২॥
সংরক্ষামি বিলুম্পামি দদাম্যহম থাদদে। সংযচ্ছামি নিযচ্ছামি লোকেষু প্রভুরীশ্বরঃ ॥৪৩॥
তদদ্য বিনিবৃত্তং মে প্রভুত্বমমরাধিপ। কালসৈন্যাবিগাঢ়স্য সর্বং ন প্রতিভাতি মে ॥৪৪॥

অনীসি ওয় ওয় অহুম্ মরাক্শনি ॥৩৬॥ নহাক্ হৌজিক্ দেবরাজগী পদবী ফংহুনা লৈরি হায়বসি ঐস্থ উই-খত্তি। নতীক্ নগুণগী মশেক্ মত্তাম মায়গৈ পুস্বা পূম্ভান ভাম লৈরি। অহুবু লৈরিবা তেজ শক্তি অহুগী মগুণ ভাক্তনা, মতম্ অমদা নং ওইরম্বা ঐবু নহাক্না নিন্দা তৌরি, ঈমাভদা নাপল্ তৌরি-করেম্মরি ॥৩৭॥ হৌজিকমক্ নথক্ত আক্রমণ তৌনবগী তাঞ্জা অদ্, মতম্ কৌবা লাইদ্না ঐভোন্দ পীরম্বা থোক্লবদি, হৌজিকনক্ নথুত্তা বজ্র পায়বা নহাক্শ, খুদুম্ অসিনা অমুক্তং শুবদা ঐ হৌজিক্ নহাক্পু লৈমায়থক্ত তুগল্লম্গদবনি ॥৩৮॥ অহুস্থ, হৌজিকতি অসি অহুগুম্বা ঐগী পাঙ্গল-থৌনা অহুবু উংননবগী মরম্ নত্রে। তূমিন্না শান্তিগা লোয়ননা লৈননবগী তাঞ্জ হু মতম্ হায়বহুনা পীরি। মতম্ হায়বহুনা অচচন্ত জীব পান্বা পূম্মক্পু অবস্থা অমদগী অমদা ওহোক্ ওক্লিন তৌহুনা জগৎ পুম্বু শাসন তৌরি ॥৩৯॥ মতম্ অমদা ঐ অসি দানব নিংথৌ পূম্মক্না মকোক্ নোম্না পূজা তৌরম্বা মীশক্ অমনি। অহুগা ঐস্থ মায়গৈ পুম্বদা ঐগী প্রতাপ্পু শীন্থংনা শন্দোক্লম্মি। ঐগুম্বা অমবু কাল হায়বহুনা আক্রমণ তৌগ্রবদা, কনাবুনো কাল ( মতম ) হায়বহুনা আক্রমণ তৌরোইদৌবসি ? ॥৪০॥

দেবরাজ ! নখোয় আদিত্য তরানিথোইগী তেজ অহু ইথত্তনা পুরম্মি। মহাত্মা ওইবদা ফনবদা, হৈ-বদা আদিত্য তরানিথোইনি অসুম্না হায়নরম্বা নখোয় তরানিথোইগী শক্তিশিং অহু পুল্লম্বা ঐ ইথত্তনা পুর-ম্বনি ॥৪১॥ ঐ ইশামক্না সূর্য্য কৌবা আদিত্যহু ওইহুনা পৃথিবীদগী ঈশিংহু ইশা ইথত্তগী তেজনা মথক্-লোম্দা চিংথংলম্মি। অহুগা নোং ওইহুনা অমুক্ চুথরম্মি। ঐ ইথত্তনা মরোল্ অহুম্দা মৈশা পীরম্মি। ঐনা নোংথাং ওইহুনা ভাল্হল্লম্মি ॥৪২॥ ঐনা জগৎকী পূজা পূম্মক্পু ভাক্লম্মি। লুট্ তৌবশিংমক্তদগীহু ঐনা মথোয়গী মরল্ মথুম্ অহু অমুক্ নম্হুনা লৌরম্মি। প্রজাশিংদগী শেল্ ( খাজনা ) মতীক্ চানা লৌখংলি। ঐগী লৈজবমখৈ দান তৌথোকই। লোক পূম্মক্কী শাসন কত্তা হায়বহু ঐ ইথত্তনা ওইরম্মি। প্রজা পুম্বু লীচিং অমত্তদা থনম্মি ॥৪৩॥ লাইগী নিংথৌ ! ঐগী শক্তি, সম্পত্তি, জ্ঞান বুদ্ধি পূম্মক্ অদো হৌজিক্তি লোইখ্রে। মতম্ হায়বহুগী লাশ্মীশিংনা ঐবু আক্রমণ তৌখ্রে। ঐভোন্দা লৈম্বিবা ঐশ্বর্য্য মরাম্ অসে হৌজিক্তি থোঙ্দোকপা য়াত্রে ॥৪৪॥

শচীপতি ইন্দ্র ! তৌরিবা থোক্লিবা থোকগ্রিবা থবক থৌদোক্ মরাম অসিগী কর্ত্তা অসে ঐস্থ নত্তে,

নাহং কর্ত্তা ন চৈব ত্বং নান্যো হর্ত্তা শচীপতে। পর্য্যায়েণ হি ভুজ্যন্তে লোকাঃ শক্র যদৃচ্ছয়া ॥৪৫॥
মাসমাসার্দ্ধবেশ্মানমহোরাত্রাভিসংবৃতম্। ঋতুদ্বারং বর্ষমুখ্যমাহুর্বেদবিদো জনাঃ ॥৪৬॥
আহুঃ সর্বমিদং চিন্ত্যং জনাঃ কেচিন্মে। অস্যাঃ পঞ্চৈব চিন্তায়াঃ পর্য্যেষ্যামি চ পঞ্চধা ॥৪৭॥
গম্ভীরং গহনং ব্রহ্ম মহত্তোয়ার্ণবং যথা। অনাদিনিধনং চাহুরক্ষরং ক্ষরমেব চ ॥৪৮॥
সত্ত্বেষু লিঙ্গমাবেশ্য নির্লিঙ্গমপি তৎ স্বয়ম্। মন্যন্তে ধ্রুবমেবৈনং যে জনাস্তত্ত্বদর্শিনঃ ॥৪৯॥
ভূতানাং তু বিপর্য্যাসং কুরুতে ভগবানিতি। ন হ্যেতাব ভবেৎ গম্যং ন যস্মাৎ প্রকৃতে পুনঃ ॥৫০॥

নহাকসু নত্তে, অতোপ্পা কনাগুম্বা অমনসু নত্তে। মতম হায়বতুনা তুমিন্ তুমিন্না নং ঐ পুম্নমক অসিবু খজিক খজিক মীংকুপ্ খুদিংগী লৌশিল্লি— চাশিল্লি ॥৪৫॥ বিদ্বান্-শিংনা অসুম্না হায়নৈ,— থা পক্ষ হায়রিবশিংসিনা কাল ( মতম ) হায়বতুগী হকচাংনি। অহিং নুংথিল হায়বসিনা মহাক্কী কীজোলনি। ঋতুশিং অশিনা মতম হায়বা মহাক অতুগী পুক্নাং ইন্দ্রিয়শিংনি। চহী অমা হায়বসিনা মহাক্কী মচীন্নি। অচচ্ছত্ত জীব পুম্নমক্কী পুন্শি লায়রিবশিনা মতম হায়বতুগী স্বরূপ ( মশক ) নি ॥৪৬॥ বুদ্ধি অমদি জ্ঞানগী পাম্বৈনা বিদ্বান্শিংনা অসুম্না অমুক্ হায়নৈ,— হেক উরিবা পুম্নমক অসি কাল কৌবা ব্রহ্মতুনি। হৌজিক হায়ভ্রিবা মঙংসিদা কাল হায়বা ব্রহ্মতুগী চিন্তন অমদি ধ্যান তৌগদবনি। চিন্তা অমদি ধ্যান অসি তৌরকপা মতমদা হৌজিক হায়ভ্রিবা থা-নচিংবা মঙা অতুনা ধ্যান অতু তৌননবগী বিষয়নি। হায়রিবা ভেদ মঙা অসিনা তিন্নবা কাল হায়বতুবু ঐ মুম্না খঙজি ॥৪৭॥ ব্রহ্মগী মশক ওইরবা কাল হায়বসি চাংজো নাইত্রবা অরোইবা লৈত্রবা মহাসাগর ঈশাক্কী মতৌগুম্না চীং লেম্ন লৈ, অতুগা য়াম্না লুহ। মহাক্কী অরোইবা লৈখা লৈতে। ক্ষর অক্ষর হায়রিবা অনাসিমক কাল মহাপুরুষনি ॥৪৮॥ * তত্ত্ব খঙবা—উবা বিদ্বান্শিংনা হায়নৈ, মাতুঙ্গি কালগী মশক্ ওইবা পর ব্রহ্ম পরমাত্মানা মশামক্তি নিরাকার ওইরগ, থরায়পান্বা পোৎ পুম্নমক্কী হক্-চুম্বা জীব ( জীবাত্মা ) বু চঙইল্লি ॥৪৯॥ কাল কৌবা ভগবন্না থরায় পান্বা পুম্নমক্কী পুক্নীংগী হকচাংগী অবস্থাশিংবু মথক্ মথা থোক্ থাক্ ওল্হাল্লি। মহাত্মা বৈজ্ঞানিক শনানসু কাল কৌবা মহাক্কা মাহিমাবু খঙবা ঙমদে। কালগী খুত্তা মায়থীবা ফংলবা কনাগুম্বা অমতনা কবিমত তৌ ঙম্দে ॥৫০॥ লাই পুম্নমক্কী

* মাঙ্খিবা মাঙদবা হায়বা অনীমক ব্রহ্মরোমদা হায়রগা ক্ষরব্রহ্ম অক্ষরব্রহ্ম হায়বতুনি। হায়রিবা কাল হায়বতুনি। ওরাংগী মতমতু অমুক লাক্রোহদৌর্শনি ; মাঙপ্রবান। অতুবু ওরাংগী মতমতুনা "হক্লেং" কৌতুনা অমুক লাকহ। অতুনদি ক্ষর ( মাঙখিবা ) সু মহাক্কা ওই। অতুগা অক্ষর ( অমাঙবা লৈতবা ) হায়বতুসু মহাক্কা অতুম মওই। প্রমাণ অমদা হায়রগা সাকারব্রহ্ম হায়রিবতুসু নিরাকারব্রহ্ম মহাকপুনি। নিরাকার হায়রিবতুসু সাকার মহাকপুনি। লাকদৌরিবা মতম অতুসু ওরাংগী ওরাংগী চৎখ্রিবা মতম অতুনি, হৌজিক ওইরিবা ওসি হায়রিবা মতমতুসু লাকদৌরবা হয়েং কৌবতুনি। অতুদি লায়রতুনা থরন ক্ষরব্রহ্ম হায়রিবা অতুগা থর অমনা ক্ষরব্রহ্ম হায়রিবসি মতম কৌবা মাগী মমুংদনি। অতুন, মতম হায়বতুনা লৈত্রবা ক্ষর অক্ষর, নিত্য অনিত্য, লৈবা লৈতবা··· হায়নরিবশিংসি অমতসু লৈবা য়ারোই।৪৮। ( কালাচাঁদ )

নৈবং শক্র পুনঃ কার্য্যাঃ শান্তো ভবিতুমর্হসি। ত্বাদৃশোহেবংবিধং জ্ঞাত্বা ক্ষিপ্রমন্যুং গমিষ্যসি ॥৬০॥
ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্মপর্ব্বণি
বলিবাসবসম্বাদো নাম একোনবিংশত্যধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ ॥ ২১৯ ॥

—:o:—

খণ্ডস্নু। মহাক্কি ম্যাম মখোঙ লেঙবীনি, চনীংতানা মফম অমদা ঙহাক্ত নৈনিংদবীনি। ঐঙোন্দগী নঙোন্দ অমুক্ চোংশ্রিবসিনিদো। অমুম তৌহ্নবা নঙোন্দগীসু অমদা অমদা অমুক্ চংশ্রিগদৌরিবীনি ॥৫৯॥ ইন্দ্র! নহাক্ অসিগুম্বা, অমবু করেম্নবা মাহং অদে অমুক্ হংলগনু, মথাতারগনু। ঐঙোন্দগী নঙোন্দা চংশ্রিবসিগুম্বা নঙোন্দগীসু অমদা হয়েংত মঙায়রে চংখিগদবা ॥৬০॥

মফম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা, শ্লোক লিশিং চাম না শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা, মোক্ষধর্ম্ম-পর্ব্বদা, বলিবাসবসম্বাদ কৌবা চনীকুম্মাথোইশুবা অধ্যায় লোইরে ॥২১॥

—:(*):—

# মণিপুরী মহাভারত

## ( শ্রীসংনিধান কৌবা ইন্দ্রলক্ষ্মী সম্বাদগী মতাং )

## দ্বাবিংশত্যধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ।

## চনীগা কুম্নিথোইশুবা অধ্যায়।

——:():——

ভীষ্ম উবাচ।

শতক্রতুরথাপশ্যৎ বলের্দীপ্তাং মহাত্মনঃ। স্বরূপিণীং শরীরাদ্ধি নিষ্ক্রামন্তীং তদা শ্রিয়ম্ ॥১॥
তাং দৃষ্ট্বা প্রভয়া দীপ্তাং ভগবান্ পাকশাসনঃ। বিস্ময়োৎফুল্লনয়নো বলিং প্রপচ্ছ বাসবঃ ॥২॥

শক্র উবাচ।

বলে কেয়মপক্রান্তা রোচমানা শিখণ্ডিনী। ত্বত্তঃ স্থিতা সকেয়ূরা দীপ্যমানা স্বতেজসা ॥৩॥

---

ভীষ্মনা হায়:—নিংথৌ! ঙহাক্ নৈরগা ইন্দ্রনা মহাত্মা ওইরবা বলিগী হকচাংদগী থোইদোক্না নীংথিজরবী, মশেক্ মঙাম্ন পুমথল্ থল্লবী রাজলক্ষ্মীনা মূর্ত্তি নাইনা চোংথোরকপক্ত উখি ॥১॥ ইন্দ্রনা মশেক্-মঙাম্না পুমথল্ থল্লবী লক্ষ্মীগী মূর্ত্তিবু উবদা থোইদোক্না ঙকখি। মমীৎ কুপ্তনা ঈঙক্ ঙক্তনা য়েংনা য়েংনা ইন্দ্রনা লক্ষ্মীদ অম্নমা হংখি ॥২॥ বলি! শম্‌জোই বেণী নীংথিনা পুম্নিবী মশেক্ মঙাম্ন থল্লবী, নহাক্কী

বলিরুবাচ।

নহী মান্নাসুরীং বেদ্মি ন দেবীং চ ন মানুষীম্। ত্বামেনাং পৃচ্ছ বা মা বা যথেচ্ছং কুরু বাসব ॥৪॥

শক্র উবাচ।

কা ত্বং বলেরপক্রান্তা রোচমানা শিখণ্ডিনী। অজানতো মমাচক্ষ্ব নামধেয়ং শুচিস্মিতে ॥৫॥

কা ত্বং তিষ্ঠসি মামেবং দীপ্যমানা স্বতেজসা। হিত্বা দৈত্যবরং সুভ্রু তন্মমাচক্ষ্ব পৃচ্ছতঃ ॥৬॥

শ্রীরুবাচ।

ন মাং বিরোচনো বেদনায়ং বৈরোচনো বলিঃ। আহুর্মাং দুঃসহেত্যেবং বিধিৎসেতি চ মাং বিদুঃ ॥৭॥

ভূতিলক্ষ্মীতি মমাহুঃ শ্রীরিত্যেবং চ বাসব। ত্বং মাং শক্র ন জানীষে সর্ব্বে দেবা ন মাং বিদুঃ ॥৮॥

শক্র উবাচ।

কিমিদং ত্বং মম কৃতে উতাহো বলিনঃ কৃতে। দুঃসহে বিজহাস্যেনং চিরসংবাসিনী সতী ॥৯॥

শ্রীরুবাচ।

না ধাতা ন বিধাতা মাং বিদধাতি কথংচন। কালস্তু শক্র পর্য্যায়াদ্দৈনং শক্রাবমন্যথাঃ ॥১০॥

হকচাং সুংদগী থোরক্লিবী দেবী অসিদি কনানো ? মপম্বোমদা তাল অহুগা খুজী নাচিনা লৈতেং ওইরবী মূর্ত্তি অসিনা মশাগী হকচাংদগী থোরকপা হাহদোরকপা মঙাক্তনা মশাপুম্বা পূম্লং লংলি ॥৩॥ বলিনা হায় :— ইন্দ্র! মহাক্ আস, এনা খঙবাদ, হিংচাব গান্ধর্ব নচিংবা বংশগী সুপী নত্তে। লাইরৈবাকী লাইবেম্বীসু নত্তে। তাইবংমী—সুপীসু নত্তে খঙনীংলমদি নং নশানা মঙোন্দা হংঙু। হংগেরা হংঙোইরা নংনা অপাম্বহু তৌ ॥৪॥ ইন্দ্রনা হায় :—শেংলবা মোমোন্ মীনোক্না তিল্লবী, নীংথজবী! বালগী হকচাংদগী গোংথোরকুনা ইমাঙ্দা লোপ্লবী নংবু কনানো? নংগী নশেক্ নঙান আস য়েংবদা অঙকপা আকবা পোকই। তুংলোমদা লেংবান্দা নীংথজরবা . বগীন। হাইনা হুম্ম .থা.না বা থিজরী। লাইরেম্বী নহাকপু এনা খঙলমদে। অহুনা ঐ নঙোন্দ বা র .গে দনী নহাকী মি অহু ঐঙোন্দ না বিন হায়রু। পীশুম্ ফজবী! দৈত্য নিংথৌ বলিবু থাদোক্লুনা, অহুগ নংগী নশেক নঙান্না ঐবুসু পুমলং লংহন্দুনা থাম্ল। ঐবুসু নংগী নঙান্না পুমলং লংহন্দুনা থাম্ল। এনা হংজরিবাশিংসিগী পাউখুম্ মথং মথং অমুক্ত পীবিয়ু। হংজরিবশিং শিগী মতুংইন্না পরিচয় অমুক্তং তাকপিরকউ ॥৫—৬॥ রাজলক্ষ্মীনা হায় :—ঐ স কনানো হায়বহু বিরোচননসু খঙখিদে। মাগী মচা বলিনসু খঙদে। মীনা ঐবু দুঃসহা হায়না কৌনৈ। খরনা ঐবু বিধিৎসা হায়নসু কৌনৈ ॥৭॥ ইন্দ্র। অথঙ্বশিং খরনা ঐবু ভূতি লক্ষ্মী হায়নমু কৌরকই। ইন্দ্র। নহাক্না ঐবু মুন্ন খঙদ্রি। অহুগা লাই লৈবাক্কী লাইরাম্ কাণ্ডবনা ঐবু মুন্ন খঙদে ॥৮॥ ইন্দ্রন হংঙু :—হে দুঃসহে! নহাক্ মতম কুইনা বলিসিগী হকচাংসুংদি লৈরক্লি। অহুবু তৌজক নহাক্না মহাক্কী হকচাংসুংদগী থোরকুনা মাবু থাদোক্লিরসি করি মরমদগীনো? মাসি মহাক্কীদমক্লা? নত্রগ ঐগী কারনবগীদমক্লা? ॥৯॥ লক্ষ্মীনা হায় :— ইন্দ্র! ধাতা খঙদে, বিধাতা খঙদে কনাগুম্বা অমতনা থৌদাব ঙমদে। অহুবু কাল ( মতম ) কৌবা মহাক্না পীরকপা য়াথংতদি এনা তাক্তব ঙমদে। অহুগুম্বা মতম কৌবা মহাক্না বলিবু থাদোক্লনবা ঐঙোন্দা

কথং ত্বয়া বলিস্ত্যক্তঃ কিমর্থং বা শিখণ্ডিনী। কথং চ ত্বং ন জহ্যাস্তং তন্মে ব্রূহি শুচিস্মিতে ॥১১॥

শ্রীরুবাচ।

সত্যে স্থিতাস্মি দানে চ ব্রতে তপসি চৈব হি। পরাক্রমে চ ধর্ম্মে চ পরাচীনস্ততো বলিঃ ॥১২॥

ব্রহ্মণ্যোঽয়ং পুরা ভূত্বা সত্যবাদী জিতেন্দ্রিয়ঃ। অভ্যসূয়ৎ ব্রাহ্মণানামুচ্ছিষ্টশ্চাস্পৃশদ্ ঘৃতম্ ॥১৩॥

যজ্ঞশীলঃ সদা ভূত্বা মামেব যজতেত্যয়ম্। প্রোবাচ লোকান্ মূঢ়াত্মা কালেনোপনিপীড়িতঃ ॥১৪॥

অপাকৃতা ততঃ শক্র ত্বয়ি বৎস্যামি বাসব। অপ্রমত্তেন ধার্য্যাস্মি তপসা বিক্রমেণ চ ॥১৫॥

শক্র উবাচ।

নাস্তি দেবমনুষ্যেষু সর্ব্বভূতেষু বা পুমান্। যস্ত্বামেকো বিষহিতুং শক্নুয়াৎ কমলালয়ে ॥১৬॥

শ্রীরুবাচ।

নৈব দেবো ন গন্ধর্ব্বো নাসুরো ন চ রাক্ষসঃ। যো মামেকো বিষহিতুং শক্ত কশ্চিৎ পুরন্দর ॥১৭॥

শক্র উবাচ।

তিষ্ঠের্ম যদি নিত্যং ত্বং যথা তং ব্রূহি মে শুভে। তং করিষ্যামি তে বাক্যমৃতং তং বক্তুমর্হসি ॥১৮॥

য়াথং শীংক্রি। ইন্দ্র! অসিগুম্বা কাল কৌবক্তবু নংনা থৌও দবা থক্ তৌগন্নু ॥১॥ ইন্দ্রনা হংঙি—কোকথক্ত বেণীনা নীংখিজবী লক্ষ্মী। নহাক্তা বলিবু করম্না অক্তগীদমক থাদোকংগে? শেংলগা মোমোন্ মীনোক্তা মায়থোংগী লৈতেং ওইবী! কয়ি তৌরবদি নংনা ঐবু থাদোকলোইদগে? মাক্ত ঐ ভান্দা হায়বিয়ু তাকপিয় ॥১১॥ লক্ষ্মীনা হায়:—ঐদি অচুম্বা দান, ব্রত, তপস্যা, পরাক্রম (থৌনা-পাঙ্গল) অহুগা ধর্ম্মগী মনুংদা লৈ। নিংথৌ বলি অসে হায়রিবা গুণ কর্মশিং অসোমদা মমায় ওনশিল্লক্তে ॥১২॥ মহাক্ অসে অহানবদদি ব্রাহ্মণশিংগী কায়বত থনবা, অচুম্বা ভাওবা ইন্দ্রিয় খুদুম্চনবা, নিংথৌ অমা ওইরম্মি। মতুংদদি ব্রহ্মণশিংগী মকমদা দোষগী মীংয়েং য়েংশিল্লকপা হৌখি অহুগা মহাক্তা অমাংবা থুংনা থীবু পায়খি শোকখি ॥১৩॥ অহানবদদি মহাক মশামক্তা যজ্ঞ তৌখি, হোম তৌখি। অহুবু মতুংদদি কাল হায়বহুগী নিয়মগী চৈনা কংহুনা অহুগা শুমহংখিহুনা "মথোয় পুম্নমক্ নযুম নযুমদা বলি ঐগীদমক্তা হুমিং খুদিং যজ্ঞ তৌ"—অসুম হায়না মহাক্ত ময়ামদা খঙহনখি ॥১৪॥

ইন্দ্র! মতৌ অসুম্না বলিনা ঐবু মশানা তাম্থোকচরক্লবনি। অহুনা ঐ নঙোন্দা অমুক আশ্রয় লৌহুনা লৈরগে। অহুনা নহাক্ য়াম্না খুকউ শেম্না নশাগী গুণমক্তনা পাম্বে ওইহুনা ঐবু লোইমু। ননাক্তা থম্মু ॥১৫॥ ইন্দ্রনা হায়ঃ—দেবী! রাজলক্ষ্মী লাই হিংচাবা যক্ষ রক্ষ গন্ধর্ব্ব তাইবং মী পুম্নমকসিগী মনুংদা নহাক্তী অরাম্ববু থাওগবা, পুরগদবা কনা অমতদা লৈতে ॥১৬॥ লক্ষ্মীনা হায়ঃ—পুরন্দর! লাই, গন্ধব্ব, হিংচাবা, গন্ধর্ব্ব মখোয়শিং অসিগী মনুংদনা কনা অমতনা মথস্তনা ঐবু মতম কুইনা পুহুনা খঙহুনা লৈব ওমদে ॥১৭॥ ইন্দ্রনা হায়ঃ নীংথিজবী! দেবী! নহাক্তা মতম কুইনা ঐগী নাক্ত লৈব য়াননবগী উপায় অহু তাকপিয়। ঐ মতম্ পুম্বা নহাক্তী য়াথংবু ঈকোক্ খোংনা পুগনি, কীগাও শানা য়াগনি। মরমদি উপায় পুম্নমক্ তাকপিগদৌরি, ॥ ১৮॥ লক্ষ্মীনা হায়ঃ—লাইগী নিংথৌ! ঐনা নহাক্তী নফমদা মতম কুইনা

শ্রীরুবাচ।

স্থাস্যামি নিত্যং দেবেন্দ্র যথা ত্বয়ি নিবোধ তৎ। বিধিনা বেদদৃষ্টেন চতুর্ধা বিভজস্ব মাম্ ॥১৯॥

শক্র উবাচ।

অহং বৈ ত্বাং বিধাস্যামি যথাশক্তিযথাবলম্। ন তু মেঽতিক্রমঃ স্যাদ্বৈ সদা লক্ষ্মীতবান্তিকে ॥২০॥

ভূমিরেব মনুষ্যেষু ধারিণী ভূতভাবিনী। সা তে পাদং তিতিক্ষেত সমর্থাহীতি মতিঃ ॥২১॥

শ্রীরুবাচ।

এষ মে নিহিতঃ পাদো যো য়ং ভূমৌ প্রতিষ্ঠিতঃ। দ্বিতীয়ং শক্র পাদং মে তস্মাৎ সুনিহিতং কুরু ॥২২॥

শক্র উবাচ।

আপ এব মনুষ্যেষু দ্রব্যন্ত্যং পরিচারিনীঃ। তাস্তে পদং তিতিক্ষন্তামলমাপ স্তিতিক্ষিতুম্ ॥২৩॥

শ্রীরুবাচ।

এষ মে নিহিতঃ পাদঃ যোঽয়মপ্সু প্রতিষ্ঠিতঃ। তৃতীয়ং শক্র পাদং মে তস্মাৎ সুনিহিতং কুরু ॥২৪॥

শক্র উবাচ।

যস্মিন্ বেদাশ্চ যজ্ঞাশ্চ দেবা প্রতিষ্ঠিতাঃ। তৃতীয়ং পাদমগ্নিস্তে সুধৃতং ধারয়িষ্যতি ॥২৫॥

শ্রীরুবাচ।

এষ মে নিহিতঃ পাদো যেঽয়মগ্নৌ প্রতিষ্ঠিতঃ। চতুর্থং শক্র পাদং মে তস্মাৎ সুনিহিতং কুরু ॥২৬॥

লৈবা য়াননবা উপায়শিংদো ঐ মথং মথং হায়রকে। নগাক্ বেদদা তাক্লিবা নিয়মশিং অদুগী মতুং ইমা ঐবু শক্রক্ মরি থোক্না খায়দোকউ ॥১৯॥ ইন্দ্রনা হায়ঃ লক্ষ্মী। ঐনা ঐগী হকচাংগী পাঙ্গল অদুগা পুক্নীংগী শক্তি অনীসিগী পাম্বনা নহাকপু লোয়ননি, পুগনি। অদুগা নহাক্ ঐবু খাদোকনু ॥২০॥ ঐগী-সিগুম্বা অরেপ্প রাখল অম লৈ; মাদুদি মানুষ্য লোক্ ( তাইবংমীগী লোক ) অসিদা অচচ্চত্ত জীব পুন্ন-মকপু পৃথিবী অসিনা পুরী। মহাক্ অসিনা নহাকী খোঙগী ভারবু পুবা ঙমগনি। মরমদি মহাক্ অসি অত্তৈ অতৈ লোকতগী য়াম্না শক্তি লৈবীনি ॥২১॥ লক্ষ্মীনা হায়ঃ— ইন্দ্র চুম্মি, ঐগী খোঙ নামদি পৃথ্বী থক্ অসিদা থম্লবনি। অদুগা খোঙ নামসিমস্থ নহাক্না থম্মু ॥২২॥ ইন্দ্রনা হায়ঃ—লক্ষ্মী মনুষ্য লোক অসিদা ঈশিংতনা মায়গৈ পুম্বদা চেল্লি। মরম অদুনা নহাকী খোঙ নামদুগী ভারদি ঈশিংনা পুসনু। মরমদি অসিগুম্বা ভারসি পুবদা ঈশিংনা য়াম্না নীংথিনা ঙমগনি ॥২৩॥ লক্ষ্মীনা হায়ঃ—ইন্দ্র! য়েংঙুসে, ঐ খোঙ নামবু ঈশিংদা থম্লবনি। অদুগা খোঙসে ঈশিংদ মুম্মক্ লেঙদনা লৈরগদবনি। অদুগা ঐগী অহুমশুবা খোঙ অসি, নহাক্ কদায়দনো লেঙদনা থম্মু ॥২৪॥ ইন্দ্রনা হায়ঃ—দেবী বেদ, যজ্ঞ, অদুগা দেবতা পুম্নমক্না মঙোন্দ লেঙদনা লৈরিবা অগ্নি দবনা নহাকী অহুমশুবা খোঙসিবু পুসনু ॥২৫॥ লক্ষ্মীনা হায়ঃ- ইন্দ্র য়েংঙু, ঐনা ঐগী অহুম শুবা খোঙসিবু মৈদা থম্লবসিনি। হৌজিক্তি মাসি অগ্নিদা লেঙদনা সুম লৈরনি। অদুগা হন্দক্তি মরিশুবা খোঙ অসি মকম চপ চানা থম্মু ॥২৬॥ ইন্দ্রনা হায়ঃ—দেবী! তাইবংমীগী মনুংদা ব্রাহ্মণ-ভক্ত ওইবা, সত্যবাদী ( অচুম্বত ভাঙবা ) ওইবা, মথোয়তনা নহাকী মরিশুবা খোঙ অসিবু পুবসনু। মরমদি

শক্র উবাচ।

যে বৈ সন্তো মনুষ্যেষু রূপণ্যাঃ সত্যবাদিনঃ। তে তে পাদং তিতিক্ষন্তামলং সন্তাপ্তিতিক্ষিতুম্ ॥২৭॥

শ্রীরুবাচ।

এষ মে বিহিতঃ পাদো যোঽস্মৎ সৎসু প্রতিষ্ঠিতঃ। এবং হি নিহিতাং শক্র ভূতেষু পরিধৎস্ব মাম্ ॥২৮॥

শক্র উবাচ।

ভূতানামিহ যো বৈ ত্বাং ময়া বৈ নিহিতাং সতী। উপহন্যাৎ স মে দ্বিষ্যাত্তথা শৃণ্বন্তু মে বচঃ ॥২৯।

ততস্ত্যক্তঃ শ্রিয়া রাজা দৈত্যানাং বলিরব্রবীৎ। যাবৎ পুরস্তাৎ প্রতপেৎ তা বা বৈ দক্ষিণাং দিশম্ ॥

পশ্চিমাং তাবদেবাপি তথোদীচীং দিবাকরঃ ॥৩০॥

তথা মধ্যংদিনে সূৰ্য্যো নাস্তমেতি যদা তদা। পুনর্দেবাসুরং যুদ্ধং ভাবি জেতাস্মিব তদা ॥৩১॥

সর্ব্বলোকান্ যদাঽদিত্য একস্থস্তাপয়িষ্যতি। তদা দেবাসুরে যুদ্ধে জেতাহং ত্বাং শতক্রতো ॥৩২॥

---

অদুগুম্না মীশক্তনা পৃথীদা নহাক্কী মরিগুবা থোঙবু পুবা ওমগনি ॥২৭॥ লক্ষ্মীনা হায়ঃ—য়েংঙু, ঐনা ঐগী খোঙ অসি সৎপুরুষ ওইবশিংদা থম্নবনি। মাসি মখোয়দা লেঙদনা লৈগদবনি। মতৌ অসুম্না নহাক্না অচচ্চত্ত জীব পুম্নমক্তা ঐবু মপুং ফানা থমত্নুনা হীরম পুম্বদ' ঐবু ঙাক্ শেন্নুনা চোক্শিম্না থম্মু ॥২৮॥ ইন্দ্ৰনা হায়ঃ—দেবী। ঐনা মকম চানা থম্নবী নঙোন্দা করিগুম্বা কনাগুম্বা অমগী মফমদগী অৱাবা চৈনা কাওরবা অদু ওইরবদি নহাকপু রাহল্লিবা জীবমহাক্ অদু দণ্ডি ( দণ্ড ) ফংগনি। ঐনা ঙসি হায়রিবা লাইথোক্লিবা রাসি অতৈ অতৈনসু লোইনা তাহৌরসঞ্জ ॥২৯॥ মতুগী তুংদা লক্ষ্মীনা পুমথা থাদোক্রবা বলিনা অস্রুম্না হায়রকই :—সুমিৎসনা নোংপোক্ অতিয়াদা থোরকলিবা অদুগী মথৈ মহাক্না মথা, নোংচুপ্ অদুগা অরাংবুসু অদুম ঙাল্হন্গনি ॥৩০॥

সুমিৎনা সুমিৎ য়ুংবগী মকম দত লেঙদনা লৈরবা অদুগা তারকপা মতমদা অস্তাচল ( নোংচুপ চীং-নোংচুপ্ মায়কৈ ) দা তারকত্রবা মতম অদুগা লাই হিচাবগী লাঞ্জাও অসি অমুক্ থোক্থিগনি। মতম অদুদা বলি ঐনা লাইয়াম্ নখোয়বু অমুক্ মায়থীবা পীগনি ॥৩১॥

ইন্দ্র। সূর্য্যদেব অসিনা ব্রহ্মালোকত লৈতুনা হায়বদি মকম্ অমতদা লেঙদনা লৈতুনা মথাদা লৈরিবা লোক পুম্বদা মাগী থাওঙমদবা মৈশা পীরকপা মতমতুদা লাই হিচাবগী লাঞ্জাও অসি অমুক্ থোক্লকৃথিনি। মাতুদা ঐনা লাইয়াম নখোয়বু অমুক্ ওমগনি * ॥৩২॥ ইন্দ্ৰনা হায়ঃ - বলি। বলি নহাক্পুতদি হাৎকনু

---

* মন্বন্তর খুদিংগী সুমিৎকী গতি হোংঙি। মকম লেঙদনা সুমিৎ অসিগী করম্ হায়না গতি ( খোঙচৎ ) লৈরিবনো হায়না চি নবতু মতাং অসিদা কোক্তহল্লি। গতি ( অয়ন ) হায়রবসি মকম অমদগী মকম অমদা চত্রবসু অদুম ওইবা য়াই। মকম লেঙদনা চক্র ( চাকা ) অমনা উরুরুরু লৈরবদি মাতু চাকাতুগী গতিনি। চা-কাতুগী মপান্ ( ময়াশিং ) শি ছুনা মকম মথং মথং থাদোরক্লিবতু চাকা মশামকুগী গতিনি। অদুগা চাকাতুদি মকম লেঙব্রি। অদুগুম্না মকম লেঙদনা সুমিৎকীসু গতি ( খোঙচৎ ) লৈ। মহাক্না খোঙচৎ হোংবনা

শক্রঃ উবাচ।

ব্রহ্মণাঽপি সমাদিষ্টো ন হন্তব্যো ভবানিতি। তেন তেঽহংবলে বজ্রং বিমুঞ্চামি মূর্দ্ধনি ॥৩৩॥
যথেষ্টং গচ্ছ দৈত্যেন্দ্র স্বস্তি তেঽস্তু মহাসুর। আদিত্যো নৈব তাপিতা কদাচিন্মধ্যতঃ স্থিতঃ ॥৩৪॥
স্থাপিতোহস্য সময়ঃ পূর্ব্বমেব স্বয়ম্ভুবা। অজস্রং পরিযাত্যেষ সত্যেনাবতপন্ প্রজাঃ ॥৩৫॥
অয়নং তস্য ষণ্মাসানুত্তরং দক্ষিণং তথা। যেন সংযাতি লোকেষু শীতোষ্ণে বিসৃজন্ রবিঃ ॥৩৬॥

ভীষ্ম উবাচ।

এবমুক্তস্তু দৈত্যেন্দ্রো বলিরিন্দ্রেণ ভারত। জগাম দক্ষিণামাশামুদীচীং তু পুরন্দরঃ ॥৩৭॥
ইত্যেতদ্ বলিনা গীতমনহঙ্কার সংজ্ঞিতম্। বাক্যং শ্রুত্বা সহস্রাক্ষঃ খমেবারুরুহে তদা ॥৩৮॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি
ইন্দ্রলক্ষ্মীসম্বাদো নাম দ্বাবিংশত্যধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ

——(*)——

হায়না ব্রহ্মানা ঐভোন্দা য়াথ পীংকপনি। অদুনা নংগী নকোক্ অদুদা ঐনা ঐগী বজ্রবু থাগ্রবনি ॥৩৩॥ দৈত্যশিংগী নিংথৌ! হৌজিক্তি নহাক্কা চৎনিংবা মায়কৈ মকমদা চৎথিবা য়ারনি হে মহাদৈত্য! বিদায়। মঙ্গল ওইয়্। সুমিৎনা কৈদৌঙৈ-স্তু সুমিৎস্কংবগী মকম অসিদদা মকম লেঙদনা লৈদুনা অতোপ অতোপ্পা লোকশিংবু মৈশা পীব হায়বসে কারিগুম্বা মতমদা থোক্লরোইদৌবা থৌদোক্তি ॥৩৪॥ ব্রহ্মাজীনা সৃষ্টিগী মতম-দগী সুমিৎকীদমক্তা শেমগ্রিবা নিয়ম মর্য্যাদা অদুগী মতুং ইন্না সুমিৎ অসিনা লোকপুম্নমক্ত মৈশা-মঙাল্ পীনা পীনা কোয়না লৈরি-লৈগনি ॥৩৫॥ উত্তরায়ণ-দক্ষিণায়ণ হায়বা মাগী লম্বী অনীনি। থা তরুক উত্তরায়ণ, থা তরুক্কা দাক্ষণায়ণনি। মাদুনা জগৎপুম্বসিদা অঙৈং-অশাগী সৃষ্টি তৌদুনা লৈরক্লি অদুগা লৈখিগনি সৃষ্টি অসি তৌনা তৌনা কোয়না লৈরক্লি-লৈখিগনি ॥৩৬॥ ভীষ্মনা হায়ঃ— ভরত শাগৈদা পোকপা নিংথৌ! ইন্দ্রনা অসুম্না হায়রব তুংদা বলি অসি মথা মায়গৈ পাংনা চৎখি। অদুগা ইন্দ্রনা অরাং পাংনা চৎখি ॥৩৭॥ নিংথৌ বলিনা হায়বনা নাপল্ য়াওদবা রাহৈশিং অদু তাবদা নীংশিংবদা, মখীৎ লিশিং পান্বা ইন্দ্র অসি নোংমদোম্বক্তা পাইথৎখি ॥৩৮॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং-চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা
ইন্দ্র লক্ষ্মী সংবাদগী চনীগা কুন্নিথোইশুবা অধ্যায় লোইরে ॥২২২॥

—:():—

অচীক অশাগী থোঙচৎ (গতি) সু হোংক্তি। অদুগা সুমিৎনা মকম হোংদনা লৈরিবসিসু বৈবস্বত কৌবা মন্বন্তর অসিদনি। মাসিগী মথংদা সাবর্ণিক মন্বন্তরদদি সুমিৎকী মশা মপুম অসিমক্কী গতি লৈগনি, মকম হোংগনি। মতম অদুদা দেবাসুর সংগ্রাম অমুক থোকনি। দৈত্যনা লাইয়ামবু ভমগনি। বলিনা অমুক নিংথৌ ওইরকনি। সুমিৎনা মন্বন্তর, সুমিৎনা চত্তবা মন্বন্তর অসুর লৈ। মন্বন্তর অসিগী মথাদা সুমিৎনা চৎপা মন্বন্তর লাক্কনি। (কালাচাঁদ)

# মণিপুরী মহাভারত

## ত্রয়োবিংশত্যধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ

### ( ইন্দ্র – নমুচি অনীগী ওয়াথেংনবা )

### চনীগা কুনথুমদোইশুবা অধ্যায়

— —(*)— —

ভীষ্ম উবাচ।

অত্রৈবোদাহরন্তীমিতিহাসং পুরাতনম্। শতক্রতোশ্চ সংবাদং নমুচেশ্চ যুধিষ্ঠির ॥১॥

শ্রিয়াবিহীনমাসীন মক্ষোভ্যমিব সাগরম্। ভবাভবজ্ঞং ভূতানামিত্যুবাচ পুরন্দরঃ ।২।

বদ্ধপাশৈশ্চ্যুতঃ স্থানাৎ দ্বিষতাং বশমাগতঃ। শ্রিয় বিহীনে নমুচে শোচস্যহো ন শোচন্তি ।৩॥

নমুচিরুবাচ।

অনিবার্যেন শোকেন শরীরং চোপতপ্যতে। অমিত্রাশ্চ প্রহৃষ্যন্তি শোকে নাস্তি সহায়তা ॥৪॥

তস্মচ্ছক্র ন শোচামি সর্বং হ্যেবেদমন্তবৎ। সন্তাপৎ ভ্রশ্যতে রূপং সন্তাপাৎ ভ্রশ্যতে শ্রিয়ঃ ॥৫॥

ভীষ্মনা হায় ঃ– যুধিষ্ঠির! বিষয় অসিদা হৈশিংলবা ইন্দ্র অমসুং নমুচি অনীগী মমাঙৈগী সংবাদ ( অরাই অথুম্ ) অমতাং অসিদা খুদম-ওয়ারীগী মশক্ ওইনা, হেক্ হেক লৌনৈ ॥১॥

মতম অমদা থোকখিবা অথেংবা দৈত্য পুন্নবকী নিংথৌ নমুচি হায়বদুগী মথুঙগী রাজ-লক্ষ্মী নাম্থোকখি, নিংথৌ মফম তারে অমসুং প্রশান্ত মহাসাগরগী মতৌগুম্না মুংঙচৈতবা মায়থোং লাং-শিন্বা করিমত তৌদনা মহাশান্তিগা লোয়ননা অদুম লৈ। মরমদি মহাক্ অসি মতমগী গতিগী তত্ত্ববু যুম্না খঙবা মীশক অমনি। মতমগী খোঙৌলে মখুং ইন্না অচচ্ছত্ত জীব পান্বা পুন্নমক্কী চাওখৎপা অমদি হুন্থরগী তত্ত্বসিবু মুম্না খঙজি। নোংম দেবরাজ ইন্দ্রনা মাগী মনাক্তা লাক্লুনা হায়রে ॥২॥ নমুচি! নং লৌজিক্ নশা পুম্বা খৌরানা ক্রক্ ক্রক ফাজিল্লে। নিংথৌ খুভম তারে। যেক্নবগী খুত্থম্বাদা লৈরে নমল্ নথুম্ পুন্নমক চংথ্রে নংগী ফত্রবা অবস্থা সি নশানা উজবদা নহাক করিমতা রাত্রা? ॥৩॥ নমুচিনা হায় ঃ— দেবরাজ ইন্দ্র! থম্মোইগী শাক্লা রাবা হায়বদু থিংঙৌত্রবদি মাহুন মখুং মপান্ তকচাং পুম্ববু চাকহল্লি। মতম অমুদা যেক্নশিন্না মাংবু উবগা যাম্না থম্মোয় শোক্লবা হায়বদুনা মৈশা পীরক্লবদা, মাহুবু কোক্লনবা অমুগা লাপথক্নবা গৌথেনবদা কনাগুম্বা অমদগী কাবগুম্বা নত্তে, অমত ফংলোই ॥৪॥ ইন্দ্র! ঐ করিমতা রাবিদে। মরমদি ঐগী নাক্তা মতম খরদং লৈরম্বা ধন সম্পত্তি থজিজহুগীদি করি অমুক্ হায়রকনি। বিশ্ব জগৎ পুম্বসি মাঙগদবগী ওয়াইহুনা লৈরি। অমুগুম্বা ( সন্তাপ ) অরবা হায়রক্লুনা-হুক্লাংগী

সন্তাপাৎ ভ্রশ্যতে রূপং ধর্ম্মশ্চৈব সুরেশ্বর। দ্বিতীয় খলু তৎ দুঃখমাগতং বৈমনস্য জম্ ॥৬॥

ধ্যাতব্যং মনসা হৃদ্য কল্যাণং সংবিজানতা। যদা যদাহি পুরুষঃ কল্যাণং কুরুতে মনঃ ॥

তদা তস্য প্রসিধ্যন্তি সর্ব্বথা নাত্র সংশয়ঃ ।৭॥

একঃ শাস্তা ন দ্বিতীয়োঽস্তি শাস্তা গর্ভে শয়ানং পুরুষং শাস্তি শাস্তা। তেনানুযুক্তঃ প্রবণাদিবোদকম্ যথা নিযুক্তোঽস্মি তথা বহামি ॥

ভবাভবৌ ত্বভিজানন্ গরীয়োঃ জ্ঞানং শ্রেষ্ঠং ন তু তৎ বৈ করোমি। আশাস্য ধর্ম্যাস্য পরাস্য কুর্বন্ যথানিযুক্তোঽস্মি তথা বহামি ॥৯

যথা যথাস্য প্রাপ্তব্যং প্রাপ্নোত্যেব তথা তথা। ভবিতব্য যথা যচ্চ ভবত্যেব তথা তথা ।১০।

---

হকচাংগী কুচুকুমেন্, শক, অসিনচিংবা লোইনা মাঙহল্লি। চীন্‌বান্ থকথা থ্রক থ্রক কংহাল্ল। হকচাংগী তেজ পুম্বা মাঙহল্লি। সন্তাপ ( য়াবা ) হায়বহুনা পুনশিবুস্থ অহুগা ধর্মবু পুম্নাঙ মাঙহল্লি ॥৫॥০॥ মরুম অহুনা জ্ঞান তাবা মীনা পূক্নীং মুংঙাইতবদগী পোকপা অয়াবহুবু থিংহুনা থম্নগা, পূক্নীংতনা থম্মোয়দ লৈব্রিবা, মহা মঙ্গলগী মশক ওইরবা পরমাত্মবু ধান তৌগদবনি ॥৬॥০॥ মহামঙ্গলগী মশক ওইব্রবা পরমাত্মগী ধ্যানদা অসুমসুম পূক্নীং চঙশিনহল্লক্রবদি, মাহুগা লোয়না লোয়ননা নীংজবা মথৈস্থ মথং মথং অসুম থুংজিল্লকই। মাসিদা করিমতা চিংনকম লৈতে ॥৭॥ জগৎ পুম্নবু ভাকশেল্লিবা মহাকতি মথন্তনি, অনীগুদে। গর্ভনুংদা ভুমহুনা লৈব্রিবা জীবহুমকপুস্থ মহাক্লা ভাকশেন্দুনা থম্লিবনি। ঈশিং হায়বসিনা অনেম্বা মফমতদা চেম্বনীংবগুম অহুগা চেম্বহুগুম্না শাসন তৌরিবা মহাক্লা ঈঙ্খিল্লকপদগী জীবাত্মানা মাগী অপাম অপাম্বশিং অদোমদা অসুমসুম চঙশিল্লক্‌লি, অহুনা ঐহাকস্থ পরমাত্মগী থৌঈঙ্খিন্দগী মহাক্লা পীব্রিবা পুহল্লিবা ভার ময়াম অসি পুহুনা লৈব্রি ॥৮॥ অচচ্চত্ত জীব পুম্বনা কংলবা উরিবা অমদি সম্প্রাপ্তি ( লৈখা তাবা ) নচিংবগী তত্ত্ব অসি ঐ য়াম্ন মুম্ন থুঙতি। থ্বাহদগী অখোঙবা তত্ত্বহু মশক থঙতি। মঙ্গল ওইবা, অহুগা পুনশি তোলোইনা লৈবা হায়বসি জ্ঞানগী মপৈনা লাম্বা ফংতি। অহুগা মাহু থবক ওইনা পাঙথোকপদি তৌত্রি। মাসিগা ওম্ন তৈননা, ধর্ম্মন তিনবা নত্রগা অধর্ম্মনা তিন্‌বা আশা ময়াম অসি পূক্নীংদা অসুম তৌনা তৌনা পরমাত্মা মহাক্লা ঈঙ্খিল্লক্‌প মতুং ইন্না ফংঙক্ ফংঙকপা কার্য্যভারশিং অসি পুহনা লৈব্রি ॥৯॥ মা-মানা কংবদা মতীক চাবা অহুগা, মশামক্লা য়েংনবদা ফংবা হৌনবা, কংগনবা ওইবা বিষয় অমদি পোৎশিং অহু সংসারসিদা মী থুদিংমক্লা কংহুনা লৈব্রি। পোৎ অমগী ওইকম্—পুকমৎ গুণ কর্মহু পোৎ থুদিংমক্লা পুহুনা লৈব্রি * ॥১০॥

---

* ইনাক খুল্লবা অমগী ইমুংদা য়াবতনা মশিঙ্গাং ওইব্রবা, অঙ্গভঙ্গ ওইবা কয়া পোকলি। লাইরবগী ইমুংদা নিংথৌমক্লা থুরুম্নীঙবা, নিংথৌমক্লা হায়জকম থোকপা মীশক কয়া কয়া পোকলি। মমা মপা অমতনা পোকপা মচীম্নাওশিংগী মমুংদা অমনা লাক্ষপতি ওইথিবা, অমনা লম্বীগী চাক্লিবা ওইথিবা য়াঙরি। মা-মানা কংকমথোকপা কংগদবা ওইবা কংবদা মতীক পাবা পোৎশক, বিষয়, অবস্থাশিং অহু য়াম্না কুপ্না য়েংহুনা মঙক্ উদবা মপু মহক্লা (ভগবান্‌না) অসুম শিল্লি হৌজিক মীনা অহুগা শা-শম্নচিংবনা কংলিবা পাম্নিবা পোশকশিং অসি মা-মানা কংকম পাম্কম্ থোক্লহুনা কংলিবা পামলিবা ঙাক্লি। কনাগুম্বা অমনা বিত্তা পাম্লি, কমানা ধন পামলি। মাসি মা-মানা পামকম্ থোকহুনা পামলিবনি— ( কালাচাঁদ )

যত্র যত্রৈব সংযুক্তো ধাতা গর্ভং পুনঃ পুনঃ । তত্র তত্রৈব বসতি ন যত্র স্বয়মিচ্ছতি ॥১১॥
ভাবো যোঽয়মনুপ্রাপ্তো ভবিতব্যমিদং মম । ইতি যস্য সদা ভাবো ন স মুহ্যেৎ কদাচন ॥১২॥
পর্য্যায়ৈর্হন্যমানানামভিযোক্তা ন বিদ্যতে । দুঃখমেতৎ তু যদ্ দ্বেষ্টা কর্ত্তাহমিতি মন্যতে ॥১৩॥
ঋষীংশ্চ দেবাংশ্চ মহাসুরাংশ্চ ত্রৈবিদ্যবৃদ্ধাংশ্চ বনে মুনীংশ্চ । কান্নাপদো নোপনমন্তি লোকে পরাবরজ্ঞাস্তু ন সংভ্রমন্তি ॥১৪॥
ন পণ্ডিতঃ ক্রুধ্যতি নাভিপদ্যতে ন চাপি সংসীদতি ন প্রহৃষ্যতি । ন চার্থকৃচ্ছ্রব্যসনেষু শোচতে স্থিতঃ প্রকৃত্যা হিমবানিবাচলঃ ॥১৫॥
যমর্থসিদ্ধিঃ পরমা ন মোহয়েৎ তথৈব কালে ব্যসনং ন মোহয়েৎ । সুখং চ দুঃখং চ তথৈব মধ্যমং নিষেবতে যঃ স ধুরন্ধরো নরঃ ॥১৬॥

---

মনুংদ মশাক উপমা শেম্লিবা শীম্লিবা বিধাতা ( ভগবান্ ) মহাক্না অহুম্ অহুম্ ওইবা গর্ভদা চঙহনা পোকউনবা থৌদাঙ্লিবা জীব ( জীবাত্মা ) অহনা অহুম অহুম ওইবা ওইবা গর্ভতদা চঙহনা পোকলুই। জীবহনা পামজবা পোকনীংবা মফমদা গর্ভদা চঙঙ্ বা য়াদে। অহুগা পামদবা ফত্তবা মকম গর্ভদসু চঙহনা পোকউদবা য়াদে ॥১১॥ ঐনা হৌজিক ফংলিবা অবস্থা অসি ঐনা মতমসিমক্তদা ফংননবা হায়দগী শীন্দুনা লৈখ্রবনি। মী মহাকতুগী য়াখন্দা হায়রিবসিবু লেঙদনা কাউদনা থম্লিবা মী মহাক অহুদি করিগুম্বদা অরাবা শুমহৎপদা ভাদে ॥১২॥ মতমগী মতুং ইন্না ফংলক্লিবা অরাবা মুংঙাইবহনা থম্মোয়দ, চৈনা অমদি মুংঙাই-বগী ময়াই শীন্নিবা অহুগী মরমদা কনামতগী দোষ লৈতে, গুণ লৈতে। হায়বদি কনামতনা নত্তে। রা-ক্লিবসিগী মরমদি, অরাবা ফংলিবা মহাক্না কর্ত্তা ওইহনা নত্তগা অতোপ্পা অমনা কর্ত্তা ওইহনা তৌবদগীনি হায়না খল্লুবহননি ॥১৩॥ অরাবা খুদোংথীবদা তাদবা, ঋষি, মুনি দেবতা অমদি বেদ মরিগী তত্ত্ব খঙবা মহাত্মাশিংগী মনুংদসু কনা য়াওবগে? হায়বদি জ্ঞান লৈতবা মীসু অরাদা তাই, জ্ঞানী মুনিসু অরাবদা তাই। অহুবু খেন্নবিবদি সংসার তত্ত্ববু, অরাবা-মুংঙাইবগী তত্ত্ববু, কায়নবা তিন্নবগী তত্ত্ব মুম্ন খঙলবা জ্ঞানী অহুবুদি অরাবা খুদোংথীবহনা শুমহৎপদা থাদবা ঙমদে। হায়বদি অরাবহনা মাগী থম্মোয়বু আ-ক্রমণ তৌবা ঙমদে * ॥১৪॥ বিদ্বান্ জ্ঞানী ওইবা মীনা থক্ শাউদে। করিগুম্বা পোৎক অমদা কা হেন্না আসক্তি থম্মুদে—পামশিন্নুদে। অমাঙবা-তোংজদবা ফংলবসু কা হেন্না রাবিরুদে। অপাম্বা-ফংগে নীংলম্বা পোৎক ফংলবসু কা হেন্না পাখৎলুদে। শেল থুমগী অরাবা-খুদোংথীবা থোক্লবসু ঙহাক্ রাবহনা পুক্নীংথু থম্মোয়থু কা হেন্না মথা পোলহন্দে। রাবা শোন্থরুবদি লায়রদনা, অহোয়নহুম্ হিমালয়গী মতৌগুম্বা অরাথগী মশক, ওইবা নোং মুংশিং মরক্তা মকোক্ হাইগক্ত্না লেঙদনা থৌশাদনা লৈথোকই ॥১৫॥ অহু-গুম্বা জ্ঞানী বিদ্বান্ মহাকপু সনা লুপা লন্থুম্না ময়ায় কাপ্পা শুমহৎপগী লাংদা থুহনবা ঙমদে। মর্ত্তৌ অমুক্না অরাবা খুদোংথীবদা তান্নকাওবদা মশাগী বিবেক অক-কত্তুগী রাথলবু মরীক অম কাওবা যাঙহন্দ্রিবা; অরা-মুংঙাই অমগী মরক্তা পুংয়ান চপ্ চানা লেঙদনা লৈন লৈনা অরাম্বা মথৌবু তগা তহাদনা তৌরিবা মহাক অহুত্তবু অথোংবা মীনি হায়নৈ ॥১৬॥ লৈরু লৈরুবা অবস্থাদা অরাবা মৈচাক ঈপাং লাংহন্দনা

---

* অসিগুম্বা অরাবা মুংঙাইবনা শেম্বা সংসারগীসদগী তোঙান লৈগে-লাম্বোকে মুক্ত ওইগে হায়বগীদমক বিদ্যা ( জ্ঞান ) তানবনি। অরাবা মুংঙাইবা ফংহনবা থনগীদমক বিদ্যা তানবা নত্তে — (কালাচাঁদ)

যাম্ যামবস্থাং পুরুষোঽধিগচ্ছেৎ তস্যাং রমেতা পরিতপ্যমানঃ। এবং প্রবৃদ্ধং প্রণুদেন্মনোজং সন্তাপনীয়ং সকলং শরীরাৎ ॥১৭॥
ন তৎ সদঃ সৎ পরিষৎ সভা চ সা প্রাপ্য যাং ন কুরুতে সদা ভয়ম্। ধর্মতত্ত্বমবগাহ্য বুদ্ধিমান্ যোঽভ্যুপৈতি স ধুরন্ধরঃ পুমান্ ॥১৮॥
প্রাজ্ঞস্য কর্মাণি দুরন্বয়ানি ন বৈ প্রাজ্ঞো মুহ্যতি মোহকালে। স্থানাচ্চ্যুতশ্চেন্ন স মোহমেতি গৌতমস্ত বং কৃচ্ছ্রগাপন্নং প্রাপ্যবৃত্তঃ ॥১৯

ন মন্ত্রবলবীর্য্যেণ প্রজ্ঞয়া পৌরুষেণ চ। ন শীলেন ন বৃত্তেন তথা নৈবার্থসম্পদা ॥
অলভ্যং লভতে মর্ত্ত্যস্তত্র কা পরিবেদনা ॥২০॥
যদেবমনুজাতস্য ধাতারো বিদধুঃ পুরা। তদেবানুচরিষ্যামি কিং মে মৃত্যু করিষ্যতি ॥২১॥
লব্ধব্যান্যেব লভতে গন্তব্যান্যেব গচ্ছতি। প্রাপ্তব্যান্যেব চাপ্নোতি দুঃখানি সুখানি চ ॥২২॥
এতদ্ বিদিত্বা কাৎস্ন্যেন ন মুহ্যতি মানবঃ। কুশলী সর্ব্বদুঃখেষু স বৈ সর্ব্বধনো নরঃ ॥২৩॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি
ইন্দ্রনমুচিসম্বাদে নাম ত্রয়োবিংশত্যধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ ॥২২৩॥

—:(০):—

---

সুংঙাইনা লৈথোকদোবনি। মরম অহুনা অরাব. সুংঙাইতবগী মৈচাক শীঙবা কাম হায়বহুবু পুক্নীং হকচাং অনীমক্কগী লাপ্না তাথোকখিগদোবনি। ॥১৭॥ মহাক অহুবু ফংলবদি, মাহুতবু য়াওরুরবদি কনানসু অরাবা-অকিবা ফংলরোই হায়বা অহুগুম্বা সভা, সমাজ- পরিষদ অমত লৈতে। ধর্মগী তত্ত্ববু থিবদা অহুগা তম্বহমক্কদা লুপ্লবা অহুগা তত্ত্ব অহুবু মশানা লোইবা, মশাগী পোশক ওইনা লৈহল্লবা মী মহাক অহুবু ধুরংধর (অরাবগী পুঙমত্রবা-লুম্নব। তাববু পুঙম্বা) হায়না কৌই ॥১৮॥ বিদ্বান্ জ্ঞানী ওইবা মীনা তৌ-রিবা থবক পুম্বা সাধারণ ওইবশিংনা পাক থঙবা ঙমদে। শুমহৎপা য়ারবা শুমহৎনীঙায় ওইরবা মতমক্তনা লাক্লবহ্ন কাওবদা বিদ্বান জ্ঞানী ওইব মীদ শুমহৎতে। প্রমাণ অমদি, অহল ওইরবা গৌতম মুনিনা অরাবা য়াম্ন থুদোংথীরবা থৌদোকত তাক্লরবহ্ন পাথৎপিদে শুন্দাত্তে ॥১৯॥ মন্ত্রনা, যন্ত্রনা, বুদ্ধিনা, বিদ্যানা, ললথুম্না, হকচাংগী পাঙল্না থৌনাদা, লমচৎ স্বভাব ফজবনসু ঈফং ফংবা য়াররোদোবা পোশক অহুগী দমক, মহাকপু ফংদ্রে হারবগীদমক কৈদৌনা রারুগদৌরিবনো? ॥২০॥ মমাঙৈদগী বিধাতানা চহী মতাং অংদা অসিগুম্বা পোশক্ নত্রগা অবস্থা অমা ফংলুগদৌবনি হায়না ঐগীদমক্ত য়াৎতুনা থমত্রবা পোশক্ নত্রগা অবস্থা অহু তাম্ন ঐ অসি পোকপদগী ঙসি কাওবা চংলকলি। মাহু তাম্ন লাকপথ। লশীদ ফংবা মৃত্যু (শিব) না ঐঙোন্দা কৈদৌজরনি ॥২১॥ প্রারব্ধ (নহালমুক্কী মপোক্ত নত্রগা ৺হানবদা লেপ্লহুনা লোইত্রবা) হুগী মতুং ইন্না ফংগদবা ওইবা ফংকমথোকপা শরুক পোশক্ অহু তাইবংমীনা শোয়দনা অহুম মফংলগদবনি। মাগী মাগী পুন্সিদা য়ৌরুগদবা, চংলুগদবা, প্রারব্ধনা লেপ্তুনা ঙমত্রবা মফম অহুদা অহুম্ য়ৌরুরগদবনি। ফংগদবদো অহুম মফংঙুরগদবনি। চহী মতাং মতাং অহুদা ফংঙুগদবা মাঙগদবা লেপ্তুনা লৈত্রবা পোশক অহু চহী মতাং মতাং অহুদা অহুম মফংঙুগনি, মাঙথিগনি ॥২২॥ হায়রিবসিবু চনীং তানা মুম্ন থঙলবা মী অহুদি মতম পুম্বদা ঈসুংত সুংঙাইহুনা লৈ। মফম মতম্ পুম্বদা ধনবান্ ওইহুনা অহুম্ মরৈ ॥২৩॥

মফম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিংনা শ্রীব্যাসনা সংহিতাদা শান্তিপর্বদা মোক্ষ ধর্ম্ম
পর্বদা ইন্দ্র-নমুচি-সংবাদগী চনী কুনুহুমদোইশুবা অধ্যায় লোইরে ॥২২৩॥

— : ✽ : —

# মণিপুরী মহাভারত

## চতুস্ত্রিংশত্যধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ

### ( ইন্দ্র—বলি অনীগী ওয়াংনবা )

### চনীগা কুনমরিশুবা অধ্যায়

—(*)—

যুধিষ্ঠির উবাচ।

মগ্নস্য ব্যসনে কৃচ্ছ্রে কিং শ্রেয়ঃ পুরুষস্য হি। বন্ধুনাশে মহীপাল রাজ্যনাশেঽথবা পুনঃ ॥১॥

ত্বং হি নঃ পরমো বক্তা লোকেঽস্মিন্ ভরতর্ষভ। এতৎ ভবন্তং পৃচ্ছামি তন্মে ত্বং বক্তুমর্হসি ॥২॥

ভীষ্ম উবাচ।

পুত্রদারৈঃ সুখৈশ্চৈব বিযুক্তস্য ধনেন বা। মগ্নস্য ব্যসনে কৃচ্ছ্রে ধৃতিঃ শ্রেয়স্করী নৃপ ॥৩॥

ধৈর্য্যেণ যুক্তস্য সতা শরীরং ন বিশীর্য্যতে। বিশোকতা সুখং ধত্তে ধত্তে চারোগ্যমুত্তমম্ ॥৪॥

আরোগ্যাচ্চ শরীরস্য স পুনর্বিন্দতে শ্রিয়ম্। যশ্চ প্রাজ্ঞো নরস্তাত সাত্ত্বিকীং বৃত্তিমাস্থিতঃ ॥৫॥

তস্যৈশ্বর্য্যঞ্চ ধৈর্য্যঞ্চ ব্যবসায়শ্চ কর্ম্মসু। অত্রৈবোদাহরন্তীমমিতিহাসং পুরাতনম্ ॥৬॥

যুধিষ্ঠিরনা হংখি :—পৃথিবী মপু! ঈবুধৌ! মরূপ মপাং শাগৈ নাতৈ অমতা মাওত্রবা লৈত্রবা, মরৈ-বাক্ লম্বুম তুম্না মুংগ্রবা, য়ান্না শাথিনা খুদোংথৌবদা, লৈখা তাবদা মশাপুম্না লুপত্রবা অহুগুম্বা মী অহুগী মঙ্গল ওইননবা, অরা অনা অহুদগী কোক্লনবা করি করি উপায় লৈবগে? ভরতশাগৈগী অথোইবা! ঐগী দমক্তি সংসারদা খাইদগী অহেনবা অথোইবা থবক্তা ঈথিল্লিবা (ৱাঙাংহৈবা) দি ঈবুধৌতনি। মরমমতুদা অসিগুম্বা য়াসি. ঈবুধৌদা হংজহৌবনি। ঐবু চান্নবিক্লনা হংজরিবসে অমুক্ত তাকপিয়্য ॥১—২॥ ভীষ্মনা হায় :—নিংথৌ যুধিষ্ঠির! মচুমচা লোয়না শিত্রবা, নুংঙাইনা পাঙবা পুম্বা লোইনা মুম্নবিত্রবা মরমমতুমক্তনা অরাবা খুদোংথৌবগী কোমদা শাথিনা লুপত্রবা অহুগুম্বা মীহুগী অরাবা কোক্লনবা উপায়দি ধৈর্য্য ( খাঙ্হৈবা তপথবা ) হায়বা অহুতনি। হায়ন্নিবা তপথবা হায়বা গুণ অতুনা তিল্লবা সৎপুরুষ অহুদি চিন্তাগী লায়দা থুহুনা মশাবু থক মাঙহন্দে ॥৩॥০॥ তপথবা খাঙহৈবা হায়বা গুণ অসিনা ওমখৈ লৈতনা নুংঙাইববু, হকচাং নাদয়েক্তববু পোকহল্লি। হকচাংনবু নাদয়েক্তনা মরৈরবদি সনালুপা লম্বুমতু মরাইনা লাকচগনি ॥৪॥০॥ ঈবুঙো, যুধিষ্ঠির! সাত্ত্বিক ওইবা রাখল অমদি কর্মতদা পুক্লীং চঙলিবা মহাক অহুতনা ঐশ্বর্য্য অমদি ধৃতি (তপথবা) বু ফংবা ওম্মি. অহুগা মহাক অহু কর্ম্ম পুম্বদা পুক্লীং চঙনা তৌহুনত লৈ ॥৫॥০॥ যুধিষ্ঠির! বিষয় অসিদা মমাঙৈগী ইতিহাসকী কৃইরবা য়ারী অমা খুদম ওইনা হেক্ হেক্ লীনৈ ॥ ৬॥০ ॥ মমাঙৈদা

বলিবাসবসংবাদং পুনরেব যুধিষ্ঠির। বৃত্তে দেবাসুরে যুদ্ধে দৈত্যদানব সংক্ষয়ে ॥৭॥
বিষ্ণুক্রান্তেষু লোকেষু দেবরাজে শতক্রতৌ। ইজ্যমানেষু দেবেষু চাতুর্বর্ণ্যে ব্যবস্থিতে ॥৮॥
সমৃধ্যমানে ত্রৈলোক্যে প্রীতিযুক্তে স্বয়ম্ভুবি। রুদ্রৈর্বসুভিরাদিত্যৈরশ্বিভ্যামপি চার্ষিভিঃ ॥৯॥
গন্ধর্বৈর্ভুজগেন্দ্রৈশ্চ সিদ্ধৈশ্চান্যৈর্বৃতঃ প্রভুঃ। চতুর্দন্তং সুদান্তং চ বারণেন্দ্রং শ্রিয়াবৃতম্ ॥
আরুহ্যৈরাবতং শক্র ত্রৈলোক্যমনু স যযৌ ॥১০॥

স কদাচিৎ সমুদ্রান্তে কস্মিংশ্চিৎ গিরিগহ্বরে। বলিং বৈরোচনিং বজ্রী দদর্শোপসসর্প চ ॥১১॥
তৈরাবতমূর্দ্ধস্থং প্রেক্ষ্য দেবগণৈর্বৃতম্। সুরেন্দ্রমিন্দ্রং দৈত্যেন্দ্রো ন শুশোচ ন বিব্যথে ॥১২॥
দৃষ্ট্বা তমবিকারস্থং তিষ্ঠন্তং নির্ভয়ং বলিম্। অধিরূঢ়ো দ্বিপশ্রেষ্ঠমিত্যুবাচ শতক্রতুঃ ॥১৩॥
দৈত্য ন ব্যথসে শৌর্য্যাদথবা বৃদ্ধসেবয়া। তপসা ভাবিতত্বাৎ বা সর্ব্বথৈতৎ সুদুষ্করম্ ॥১৪॥
শত্রুভির্বশমানীতো হীনঃ স্থানাদনুত্তমাম্। বৈরোচনে কিমাশ্রিত্য শোচিতব্যে ন শোচসি ॥১৫॥

দৈত্য-দানব পুম্নমকপু মাঙহন্‌-তুম্‌হন্নবগী মশক ওইরবা লাইহিংচাবশিংগী চাউরবা লান্নাও অমা থোকখি। লান্নাও অদুনা লোইরবা তুংদা বামনগী রূপপু পুরিবা ভগবান্ বিষ্ণুনা চরণশিংতনা মরোল অদুমবু পুমকুপ কুপথি। যজ্ঞ চামরক হন্না তৌগ্রবা ইন্দ্রনা লাইরামগী নিংথৌ ওইখ্রে। লাইয়াম্না মায়থৈ মরিমক্তা লেপ্পুনা আরাধানা তৌরি—লৈশি-লৈথোল্লি বর্ণ মরিমকী মী পুম্নমক্না মাগী মাগী মথৌদা, ধর্ম্মদা পুক্নীং চঙনরি। লোক অহুম্মক চাওখৎপগী থাক্ত কাখৎলক্লি। মাদু উরদা স্বয়ম্ভু ব্রহ্মনা যোইদোক্না পেনখি-নুংঙাইখি ॥৭—৮॥ অদুগুম্বা মতম-যুগ অদুগী রারীনি—। রুদ্ররবা ডৌরবা চাউ-শান্নংলবা মরা পানবা, ইন্দ্রক্কী পুম্বনা থল্লবা ঐরাবত শামুগী মথক্তা তোংদুনা নোংমা ইন্দ্রনা মরোল অদুম্ কোয়রগ্নি। মতম অসিদা মরোল অদুমগী মপু ভগবানবু ইন্দ্র, রুদ্র, বসু আদিত্য, অশ্বিনীকুমার, ঋষিগতা, গন্ধর্ব্ব, নাগ ( চাউর-চাউথুরবা লিল ) অদুগা সিদ্ধ সাধ্য বিদ্যাধরনচিংরনা মায়গৈ মরিদা পুমকোয় কোয়শিন্না লেপ্পুনা আরাধন্না তৌরম্মি ॥৯—১০॥ অস্নুম অস্নুম্ কোয়রকপদা নোংমদি সমুদ্রমপান্দা থুংঙুরে। মফম অদুদা চীংগী লোক্লুং অমদা বিরোচনগী মচা বলি অসি লৈবা উরে। মহাকপু হেক্ উবদা ইন্দ্র অসি মথুক্ত বজ্র পাদুনা বলিগী নাক্ত চঙশিনখি ॥১১॥ লাইয়াম্না ঈকোয় কোয়শিল্লবা ইন্দ্রনা ঐরাবত মথক্ত য়াম্ন লেম কমদুনা লৈবদু উরে। মতম অদুদা দৈত্য নিংথৌ বলিগী পুক্নীংদা অরাবা অকিবা অমদি নীংকমহৌদবা করিমত্তা লৈ-তে ॥১২॥ মহাক্না মশক মচু করিমতা ওন্দনা, মায়থোং মকারাম্না লৈবদু উবদা, শামু মথক্ত তোংদুনা লৈরিবা ইন্দ্রনা অসুম্না হায়রকই ॥১৩॥ দৈত্য! বলি! নংনা নংগী য়েক্নবশিংনা চাওখৎলিবসি উবদা কন্নিগী থম্মোয় শোক্না রাক্রিবনো ? নপাঙ্গল কনবনা নত্রগা, অহন্নমনগী সেবানা নত্রগা তপস্যাতনা থম্মোয়দু পুমশোং শেংখিদুনা অরাবা ফাওক্রিবরা ? নহাক্না ফংলিবা অবস্থাদু অতৈ মীচমদদি থাক্কদ্রা রাম্রবা, থাওবা ওন্মরোইদৌবা থৌদোক অমদি অবস্থা অমনি ॥১৪॥ বিরোচনগী মচা! নহাক হৌজিক য়েক্নবশিংগী খুদুম্ ম্থাদা লৈরে। রাং চাউরবা সিংহাসন নথুক্তগী নাম্থোকখ্রে। মহা ওইনা রাক্নম থোক্নবা অদুম্নু অদিদু

অনিশ্চয়ো হি যুদ্ধেষু যয়োর্বিবদমানয়োঃ। একঃ প্রাপ্নোতি বিজয়মেকশ্চৈব পরাজয়ম্ ॥২৪॥
যা চ তেহভূৎ স্বভাবোহয়মিতি তে দেবপুঙ্গব। ঈশ্বরঃ সর্বভূতানাং বিক্রমেণ জিতো বলাৎ ॥২৫॥
নৈতদস্মৎকৃতং শক্র নৈতচ্ছক্র কৃতং ত্বয়া। যৎ তথেবং গতো বজ্রিন্! যদ্বাপ্যেবং গতা বয়ম্ ॥২৬॥
অহমাসং যথাদ্য ত্বং ভবিতা ত্বং যথা বয়ম্। মাবমংস্থা ময়া কর্ম দুষ্কৃতং কৃতমিত্যুত।২৭॥
সুখদুঃখে হি পুরুষঃ পর্য্যায়েণাধিগচ্ছতি। পর্য্যায়েণাসি শক্রত্বং প্রাপ্তঃ শক্র ন কর্মণা ॥২৮॥
কালঃ কালে নয়তি মাং ত্বাং চ কালো নয়ত্যয়ম্। তেনাহং ত্বং যথাদ্য ত্বঞ্চাপি ন যথা বয়ম্ ॥২৯।
ন মাতৃপিতৃশুশ্রূষা ন দৈবত পূজনম্। নান্যো গুণসমাচারঃ পুরুষস্য সুখাবহঃ ॥৩০॥
ন বিদ্যা ন তপো দানং ন মিত্রাণি ন বান্ধবাঃ। শক্নুবন্তি পরিত্রাতুং নরং কালেন পীড়িতম্ ॥৩১॥
নাগামিনমনর্থং হি প্রতিঘাতশতৈরপি। শক্নুবন্তি প্রতিব্যোঢ়ুং ঋতে বুদ্ধিবলান্নরাঃ ॥৩২॥

---

থম্মি। অদুগুম্বা থৌজালহৈবা অকনবদুবু অশিংবা বিদ্বান্‌শিংনা অথোইবা মী, অথোইবা নিপানি হায়নৈ। মহাক্‌পু থাঙ্গৈশেংনা মপাঙ্গললৈবা মীনি হায়না লৌই ॥২৩॥ অনী থংনবদা, য়ৈন-শুনবা, হাংনবদা অমনা ওম্বা— মমায় পাক্‌পা, অমনা মাম্বথীবা ফংবা হায়বদুদি শোয়দ্রবনি। অমনা জয় ফংলবদি অমদুনা পরাজয় ফংবনি। হায়বদি অমনা জয় ওইবা ফংগ্রবদি অমনা ফংলিবদু পরাজয় কৌই ॥২৪॥ অদুনা, দেবরাজ! জীবপানবা পুম্নমক্কী মপু ( স্বামী ) ওইথম্বা বলি কৌবা ঐবু উরিবসি নংগী নথৌনা নপাঙ্গলনা অদুগা— "ঐনা" অসুম হায়বা অরানবা মীচম্‌গী রাথন্না "ঐনা ওম্বনি" হায়বা মিথ্যা ওইব স্বভাব অসি নংগী লৈ-ভবা ওইসম্ম। অদুগা, অদুগুম্বা অরানবা রাথল অদু থক্ থম্‌গনু। নত্রবদি নংমুক্ শোনবা জগত্তা লৈত্রে ॥২৫॥ বজ্র পায়বা ইন্দ্র! শোল্লম্বা নং হৌজিক্তি ধন সম্পত্তি পুম্নমক্কী মপু ওইরে, শক্তি পুম্বনা তিল্লে। কনম্বা ঐনা হৌজিক্তি করিমতা লৈজদ্রবা মীথাশোনবা ওইরে। ওইরিবা অবস্থাসে নংনসু নত্তে ঐনসু নত্তে। হায়রবদি নংনা ঐনা শেম্বা অমতা নত্তে ॥২৬॥ ইন্দ্র! নংগী হৌজিক অবস্থাসে মমাংঙৈদা ঐগী ওইরম্বনি। অদুনা হৌজিক ঐগী ওইরিবা দশা ( অবস্থা ) সে মতম অমদা অমুক নংগী ওইরকপা য়াই। অদুনা তৌরিবা পুম্বসে ইন্দ্র! ঐগী ঈপাঙ্গল ঈথৌননা ঐনা তৌরিবনি হায়না নাপলদা শেরাম্লনা থম্দুনা ঐবু অপমান তৌগনু ॥২৭॥ মী খুদিংমক পালি মাইনা অরাবা নুংঙাইবা হায়বদুবু শিন্ন শিন্ন ফংনরিবনি। ইন্দ্র! ইন্দ্রপদবীবু নংনা ফংলিবসে নংগী নতীক নথৌনানা নত্তে। মতম কৌবা লাইদুগী মতীক মগুণ মথৌনাননি ॥২৮॥ মতম হায়বদুনা হৌজিক ঐবু অরাবা অবস্থারোমদা চিংদুনা পুরি। পুরিবা মঁহাক্‌না মতম অমতদা নুংঙাইরবা অবস্থাগী মায়কৈদা নহাকপু পুদুন- চংলি। অদুনা হৌজিক নংনা লৌরিবা— পুরিবা অবস্থাসে ঐনা পুত্রি লৌত্রি। অদুগা ঐগী ওইরিবা দশাসে, নংগী ওইত্রি ॥২৯॥ মমা মপাগী সেবা, দেবতাশিংগী পূজা, অদুগা, অফবা গুণনা তিল্লবা লমচং ব্যবহাররনচিংবসে মতম অমদা কনাগুম্বা অমগী মফমদা পোন্নফম্— নুংঙাইনফম্ ওইরোই ॥৩০॥

কাল ( মতম ) কৌবা মহাকনা অরাবা চৈনা পীরবা মহাক অদুবু মাগী বিদ্যা তপস্যাগী শক্তি, দানগী মচেং মরূপ্ শাগৈ নাইত্তে, মমামপামক্কা কনবা ঙমদে ॥৩১॥ তাইবং মীনা বুদ্ধিগী পান্থৈ নত্তনা- করিগুম্বা

পর্য্যায়ৈর্হন্যমানানাং পরিত্রাতা ন বিদ্যতে। ইদং তু দুঃখং যচ্ছক্র কর্ত্তাহমিতি মন্যতে ।।৩৩।।
যদি কর্ত্তা ভবেৎ কর্ত্তা ন ক্রিয়েত কদাচন। যস্মাত্তু ক্রিয়তে কর্ত্তা তস্মাৎ কর্ত্তাপ্যনীশ্বরঃ ।।৩৪।।
কালেনাহং ত্বামজয়ম্ কালেনাহং জিতস্ত্বয়া। গন্তা গতিমতাং কালঃ কালঃ কলয়তি প্রজাঃ ।।৩৫।।
ইন্দ্র প্রাকৃতয়া বুদ্ধ্যা প্রলয়ং নাববুধ্যসে। কেচিৎ ত্বাং বহু মন্যন্তে শ্রৈষ্ঠ্যং প্রাপ্তং স্বকর্ম্মণা ।।৩৬।।
কথমস্মদ্বিধো নাম জানল্লোকপ্রবৃত্তয়ঃ। কালেনাভ্যাহতঃ শোচেন্মুহ্যেদ্বাপ্যথ বিভ্রমেৎ ।।৩৭।।
নিত্যং কালপরীতস্য মম বা মদ্বিধস্য বা। বুদ্ধির্ব্যসনমাসাদ্য ভিন্না নৌরিব সীদতি ।।৩৮।।
অহং চ ত্বঞ্চ যে চান্যে ভবিষ্যন্তি সুরাধিপাঃ। তে সর্ব্বে শক্র যাস্যন্তি মার্গমিন্দ্রশতৈর্গতম্ ।।৩৯।।

উপায় অমনা চামচামরক্ ভাকথোক্লবসু, লাকদৌরিবা অমাঙবা অহুবু থিংবা ঙমদে ॥৩২॥ মতম হায়বহুনা মাগী খোঙচৎ মতুং ইন্না চৈনা অমদি অরাববু পীরক্লবদি মাহুবু কন। অমতনা কনবা ঙমদে। ইন্দ্র! মহাক্না অবস্থাশিংসিবু নশানা কর্ত্তা ওইহুনা শেমলিবনি খোকহল্লিবনি হায়না খল্লিবা নংগীদমক্ ঐনা হাবি। নংগুম্বা অমনা অপঙবগী হাখল অম পুন্নিবসি অরাবগী মশক্নি ॥৩॥ তৌরি তৌরিবা থবক্কী কর্ত্তা অহু তৌরিবা মাতনা ওইরবদি, মানা তৌরিবা থবক্ অহু অতৈ অমনা অমুক্ তৌবা য়াররোইদৌবনি। অহুবু মাতনা তৌবনি; হায়না খলবা থবক্ অহু অমনসু মকম অমদা তৌই। অহুনাদি থবক্ অহুগী থাকৈ-শেংবা কর্ত্তা কনানো? মরম অহুন কাল (মতম) হায়বহু নত্তনা অতোপ্পা কনাগুম্বা করিগুম্বা কর্ত্তা অমত্ত সংসারদা লৈতে ॥৩৪॥ মতম কৌবা মাগী মতেংনা ঐন। মখোয়বু মায়থীব পীহুনা ঙমখি। অহুগা ঐঙোন্দা মতেং পীরম্বা মতম অহুনা অমুক নখোয়দা মতেং পীহুনা, নখোয়না ঐবু অমুক মায়থীবা পীরে। অচচত্ত জীব পুম্নমক্না লোয়হুনা ঙাক লৌরবা মতমনি। অচৎপা জীবশিংনা চৎলি চৎলিবা মক্কমদা মতম কৌবা মহাকপু অহুম লোয়নৈ। জীব অমদা চৎননবগী শক্তি পীরিবা অহুমক মতম হায়বহুনি। অচচত্ত জীব পুম্নমকপু লোইশিল্লিবা, মাঙহনখ্রিবা অসিমক মতম হায়বহুনি ॥৩৫॥ ইন্দ্র! নংগী হৌজিক ওইরিবা বুদ্ধি অসিদি সাধারণনি। অসিগুম্বা বুদ্ধিদি ঈচম চম্বা মী খুদিংমক্তা ঈরৈ মরৈ। ইন্দ্র ওইরে হায়বতনি। অহুগা বুদ্ধিদি সাধারণ ওইবা মীশিংদগী খোইদোক হেন্দোকত্রি। অহুনা ভসি নক্রগ' হয়েং, ফংলিবা সম্পত্তি অমদি পদবী অহু মাঙবা য়ানা লৈরিবনি হায়বসি নংনা খক্ খুল্লুত্রি। ঈতাও তাউনা লৈরি। সংসারদা অসিগুম্বা মীদি য়াম্ন লৈবনি। হায়বদি ইন্দ্রনা মশাগী শক্তিনা দৈত্যাশিংবু ঙম্বনি হায়হুনা ইন্দ্র নংগী মহত্ত্ববু য়াম্না থাগৎপা মীদি য়াম্না লৈবনি ॥৩৬॥ জগৎকী প্রবৃত্তি নিবৃত্তি অহুগা উন্নতি অবনতি, মীকুপ্ খুদিংদা মশক্ ওল্লিবসিগী তত্ত্ববু মুম্ন খঙবা অহুগা হোংলিবা অবস্থা পুম্বা মতম হায়বহুনা খোকহল্লিবনি হায়না খঙবা অহুগুম্বা মীনা ইন্দ্র নংবু করম হায়না থাগৎকদৌরিবনো! মতম হায় হুন পীরকপা চৈনাবু ফংলবা অহুদি শুমহৎখিহুনা, খম্মোয় শোক্না ৱাবা, ভাওবা নাম্মুক্নবা অসিনচি বসু কংখা য়াই ॥৩৭॥ ঐসিমক ওই-রবসু নক্রগা ঐগুম্বা কনাগুম্বা মমবু ওইরবসু কাল হায়বহুনা আক্রমণবু তৌগ্রবদি মাগী বুদ্ধি অদো, অরাবা খুদাংখীবগী ঈরৈদা খেংজিনখিহুনা ঈথক্তা অনীথোক্লনা কায়রবা হি অমগী মতোগুম মচেৎ মচেৎ থোক্ল-কায় ॥৩৮॥ ইন্দ্র! মমাঙৈদগী ইন্দ্র লিশিং লিশিংনা চৎনরকপা লম্বী অসিদা ঐ খঙদে, নং খঙদে, মহাক্

ত্বামপ্যেবং সুদুর্দ্ধর্ষং জ্বলন্তং পরয়া শ্রিয়া। কালে পরিণতে কালঃ কালয়িষ্যতি মামিব ॥৪০॥
বহূনীন্দ্রসহস্রাণি দেবতানাং যুগে যুগে। অভ্যতীতানি কালেন কালো হি দুরতিক্রমঃ ॥৪১॥
ইদং তু লব্ধা সংস্থানমাত্মানং বহু মন্যসে। সর্ব্বভূতভবং দেবং ব্রহ্মাণমিব শাশ্বতম্ ॥৪২॥
ন চেদমচলং স্থানমনন্তং বাপি কস্যচিৎ। ত্বং তু বালিশয়া বুদ্ধ্যা মমেদমিতি মন্যসে ॥৪৩॥
অবিশ্বস্তে বিশ্বসিষি মন্যসে বা ধ্রুবেহধ্রুবম্। নিত্যং কালপরীতাত্মা ভবিত্যেবং সুরেশ্বর ॥৪৪॥
মমেয়মিতি মোহাত্ত্বং রাজশ্রিয়মভীপ্সসি। নেয়ং তব ন চাস্মাকং ন চান্যেষাং স্থিরা সদা ॥৪৫॥
অতিক্রম্য বহূনন্যাং স্ত্বয়ি তাবদিয়ং গতা। কঞ্চিৎ কালমিয়ং স্থিত্বা ত্বয়ি বাসব চঞ্চলা ॥৪৬॥
গৌর্নিপানমিবোৎসৃজ্য পুনরন্যং গমিষ্যতি। রাজলোকা হ্যতিক্রান্তা যান্ন সংখ্যাতুমুৎসহে ॥৪৭॥

---

ইন্দ্র অমসুক্ ওইনা লাকখিগদৌরিবনি ॥৩৯॥ ভসিদি নহাক্ য়াম্না অকনবা মীশক অমা ওইনা লৈরে। মশোক্ নত্তনা মাঙ্গৈ পুম্বা পুমভাল তানব্রে। অদুবু মতম হায়বদুনা শকপোল্ তোত্তানবা পুরকপা মতমদুদা নহাকসু ঐখা হৌজিক ওইরিবা পুরিবা অবস্থা অসি পুরকখিগদৌরিবনি ; "মতম" অদুদা নহাক মশি তাইনকপা অরাবা খুদোংথীগম ওইরকখিগদৌরিবনি। মতম অদুদা নহাক ইন্দ্র পদবীদগী অমুক্ না-হোন্নকখিগদৌরিবনি ॥৪০॥ যুগ যুগ খুদিংদা, হায়বদি মন্বন্তর খুদিংদা ইন্দ্র ওইরিবাশিংগী অসুমুক্ ওনবনা দেবতাশিংগী ইন্দ্রশিং কয়া কয়া মতমগী খয়াত্ত তাথ্রবনি-তাগরিবনি। মরম অদুনা কাল ( মতম ) হায়বদগী নিয়মবু লাম্হোকপা হায়বসি য়াম্না লুই ; ওইথোকত্তবনি ॥৪১॥ ইন্দ্র ! নংনা মপানগী হকচাং অসিবু কংলপা, অচচন্ত জীব পাম্বা পুম্নমক্কীসু পোকহনবা ভগবান্ ব্রহ্মা মকুম্ নশাবু খল্লরি। ইন্দ্রপদবী হায়বদি অমগী মখুত্তা লেত্তদনা লৈরগদবনি , হায়বা নিয়ম অসি ভসি কাওবদি চংনদ্রি। ভগবান মত্তুং পোৎ অমনা অনন্ত কাল ফাওবা লৈরনি হায়বসি ওসি ফাওবা সিদ্ধ তৌনদ্রি। মতম হায়বসিগী মহুৎদা কয়া পোকপ্রে, কয়া চংপ্রে। নংভদি নবুদ্ধি থেনবনা লৈগৌখিনি হায়বনি খল্লরি ॥৪২—৪৩॥ লাই পুন্নমুক্ষী মিংথৌ মাওখিগদবা পোশক্ ওইবনা, থাজনিংঙাই ওইত্রবা অদুগুম্বা রাজ্যসিংহাসন অবদি সম্পত্তিদা নহাক্না কয়া থাজরি অদুগা লেত্তদনা নংগী ওইগনি খল্লি। ভহাক্কুং লৈরমগনবা পোশক্শিংবু লেত্তদনা অসুম্ লৈরগদবনি হায়না খল্লি। মাদুসু পোইনা ভক্তম্ শাউকন্ থেংক্কে। মরমদি মতম হায়বদুনা তাও-হনব্রবা শুমহৎপ্রবা মী মহাক্ অদুদি ওন্না তৈনবা জাথল্ তাক্ত তৌই ॥৪৪॥ নংনা শুমহৎখিবদগী "রাজলক্ষ্মী অসি ঐগীনি" অসুম্ হান্না খল্লিবদু ঐগীসু নাত্ত, নংগীসু নত্তে, অতোপ্পা কনা অমগীসু নত্তে। মতম্ হায়বদুনা ভহাক্ ভহাক্ উৎলমলগা মানা অদুম পুদুনা চংখি। কনাগী মকম্দা লেত্তনা লৈহৌবা তৌদে ॥৪৫॥ ইন্দ্র ! রাজ লক্ষ্মী অসে যুগ কয়া কয়দগী নিংথৌ কয়া কয়াগী মনাক্ত ভহাক্ ভহাক্কুং লৈরম্লগা চোং চোংদুনা লাকপিনা হৌজিক্ নংগী মনাক্ত চংশ্রবগোইদৌবগুম্ ভহাক্কুং লৈজরি। নত্তেনদা অমুক্ পুথোকখিগদবনী "মতম্" হায়বদুদা তংজা য়েংদুনা লৈরি। শল্না ভহাক্কুং ঈশিং থকলগা থক্কদা অদুগুম্না হন্না য়েংলপ্রবদা চংখিবগুম্না, ধন সম্পত্তিনা নংথু থাদোক্লগনবা, চংখিগদবা হয়েংত্ত মতাক্তে ॥৪৬॥৩ ॥ ইন্দ্র ! রাজ লক্ষ্মীসিনা নিংথৌ কয়া কয়াবু হন্দোক্লম্দুনা লাকপিখমো হায়বদু ঐনা

সর্ব্বে বেদব্রতপরাঃ সর্ব্বে চৈব বহুশ্রুতাঃ। সর্ব্বে সমস্তমৈশ্বর্য্যমীশ্বরাঃ প্রতিপেদিরে ॥৬০॥
ন চৈশ্বর্য্যমদস্তেষাং ভূতপূর্ব্বো মহাত্মনাম্। সর্ব্বে যথার্হদাতারঃ সর্ব্বে বিগতমৎসরাঃ ॥৬১॥
সর্ব্বে সর্ব্বেষু ভূতেষু যথাবৎ প্রতিপেদিরে। সর্ব্বে দাক্ষায়ণীপুত্রাঃ প্রাজাপত্যা মহাবলাঃ ॥৬২॥
জ্বলন্তঃ প্রতপন্তশ্চ কালেন প্রতিসংহৃতাঃ। ত্বং চৈবেমাং যদা ভুক্ত্বা পৃথিবীং ত্যক্ষ্যসে পুনঃ ॥৬৩॥
ন শক্ষ্যসি তদা শক্র নিয়ন্তুং শোকমাত্মনঃ। মুঞ্চেচ্ছং কামভোগেষু মুঞ্চেমং শ্রীভবং মদম্ ॥৬৪॥
এবং স্বরাজ্যনাশে ত্বং শোকং সম্প্রতি সহিষ্যসি। শোককালে শুচো মা ত্বং হর্ষকালে চ মা হৃষঃ ॥৬৫॥
অতীতানাগতং হিত্বা প্রত্যুৎপন্নেন বর্ত্তয়। মাং চেদভ্যাগতঃ কালঃ সদাযুক্তমতন্দ্রিতঃ ॥৬৬॥
ক্ষমস্ব নাচিরাদিন্দ্র ত্বামপ্যুপগমিষ্যতি। ত্রাসয়ন্নিব দেবেন্দ্র বাগ্ভিস্তক্ষসি মামিহ ॥৬৭॥
সংযতে ময়ি নূনং ত্বমাত্মানং বহুমন্যসে। কালঃ প্রথমমায়ান্মাং পশ্চাত্ত্বামনুধাবতি ॥৬৮॥

---

খিবনি। শাস্ত্র পুম্বদা মহাজ্ঞানী মক্তনি। মানা মানা পাম্বা খুদক্ত ফংব ভমখিবা ভাক্তনি ॥৬০॥ হৌজিক হায়খিবা, মহাত্মা ওইরবা নিংথৌশিংঙুগীদি শক্তি লৈ হায়বগী মরল মথুম্ লৈ হায়বগী নাপল্ থোয়বনচিংবা করিসু লৈরমদে। মখোয়শিং অসি অমমম্না মতীক্ চানা দান তৌখিবা ভাকনি। অমগ অমগ কল্লক্ য়েংথি লৈখিদে ॥৬১॥ মখোয়শিং অহু অচৌ অপিক জীব খুদিংমকী মফমদা মতীক চান চানা সম্মান তরাম্ তরাম্ তৌখিব ভাক্তনি। হায়খ্রিবা মখোয় পুম্নমক দক্ষগী মচাম্নুপীশিংনা পোক্পা মক্তনি। মখোয়গী মপাদি থোইদোক্লা কল্লবা প্রজাপতি দক্ষনি ॥৬ ॥ ইন্দ্র! মশা মশাগী তেজতনা পুম্নং লংলবা কল্লবা নিংথৌশিং অদো মতম্ কৌবা লাইহুনা লোইনা লোইশিনথ্রবনি। নহাক্ জগৎপুম্বগী মপু ওইহুনা মতম খর লৈরম্লগা, পৃথিবীসিবু থাদোক্লনা চৎপা তাথ্রবদা, মতম অহুদা নংগী থম্মোয়দা ওইরক্কদবা অরাবা অহু নশামক্লা খিংবা ঙম্মোই ॥ ৬৩॥০ ॥ অপাম্ববু ফখিনি মাহুবু ভোগ তৌখনি হায়বা মাখল্ অসি থাদোকউ রাজ লক্ষ্মী ফংবগী ময়াই অহ থাদোকউ। অহুগুম্বা অবস্থাহুদা নহাক্লা ধন সম্পত্তিবু থাদোকপা তাব্রবসু অরাবা মুংভাইতবা থোইদোক্লা ফংলবোই। ফলবসু মাহুবু লায়ন থাভবা ঙম্গনি ॥ ৬৪॥০ ॥ অরাবা খুদোংথীবা লাক্লবদসু, পাথৎকনু, কা হেন্না রানু। মুংভাইবা ওইজ ওইথকপা ফংবা মতমদসু ঊপা পাথৎনা হুম্বাউগনু; মথোই কানু। মাঙদা হৌখ্রবা চৎথ্রবা অহুগা মুংগী চিত্ত থাদোক্লনা হৌজিক্ হৌজিক্ ওইরিবা অবস্থা অমদি পোশক্লগী ভত্ত মুন্না পুন্সিহু লেম্লু ॥ ৬৫॥০ ॥ ইন্দ্র! ঐ কনা য়াম্না চোশিন্না, ভুং মাং য়েংনা চৎলম্বা নিপা অমনি অহুবু কাল হায়বহুনা আক্রমণ তৌরক্লনা অবস্থা অসি য়োথ্রবসিনদি, মীবু উশিখোওইদবা, অমগী হম্বরবা অবস্থা উরপা কল্লক্লনা পেম্নহুনা করেম্ববা নহাককুম্বদি য়াম্ন থুনা আক্রমণ তৌরক্লগনি। তাবদদি য়াম্না য়াকপা, চুম্বদি চুম্বা রাভাঙ্ অসিগীদমক্তদি মহাক ঐগী ইরাল ভাকউ ॥ ৬৬॥০ ॥ লাই পুম্নমকী নিংথৌ। চিংনবা কিরবা অমগুম্না নহাক্লা মফম্সিদা লাক্লনা মাহৈগী মশক্ ওইরবা তেম্না হুম্না হুম্না ঐভোন্দা থারি। অহুবু নংনা ফনা য়াম্না করেম্নহুনসু শাউহন্দনসু, ঐনা ঈশ উ শাউদন ভুমিম্ন নংগী মাঙসিদা শাস্তিগা লোয়ননা ক্ষম্নি। ঐনা ভুমিম্ন ফম্হুনা লৈবসিদা নহাক ঐবু কম্নিমতা উশিজ্রে, অহুগা নশাবু নশানা য়াম্না কল্লবা মীশক্ অমনি হংযনা থঞ্জরি ॥৬৭॥ দেবরাজ! ঐগী ঈথক্লা আক্রমণ

তেন গর্জসি দেবেন্দ্র পূর্ব্বং কালহতে ময়ি। কো হি স্থাতুমলং লোকে মম ক্রুদ্ধস্য সংযুগে ॥৬৯॥
কালস্তু বলবান্ প্রাপ্তস্তেন তিষ্ঠসি বাসব। যৎ তৎ বর্ষসহস্রান্তং পূর্ণং ভবিষ্যতীতি ॥৭০॥
যথা মে সর্ব্বগাত্রাণি ন স্বস্থানি মহৌজসঃ। অহমৈন্দ্রাচ্চ্যুতঃ স্থানাৎ ত্বমিন্দ্রঃ প্রকৃতো দিবি ॥৭১॥
সুচিত্রে জীবলোকেঽস্মিন্নুপাস্যঃ কালপর্য্যয়াৎ। কিং হি কৃত্বা ত্বমিন্দ্রোঽদ্য কিংবা কৃত্বা বয়ং চ্যুতাঃ ॥৭২॥
কালঃ কর্ত্তা বিকর্ত্তা চ সর্ব্বমন্যদকারণম্। নাশং বিনাশমৈশ্বর্য্যং সুখং দুঃখং ভবাভবৌ ॥৭৩॥
বিদ্বান্ প্রাপ্যৈবমত্যর্থং ন প্রহৃষ্যেন্ন চ ব্যথেৎ। ত্বমেব হীন্দ্র বেত্থাস্মান্ বেদাহং ত্বাঞ্চ বাসব ॥৭৪॥
কিং কত্থসে মাং কিঞ্চ ত্বাং কালেন নিরুপদ্রবঃ। ত্বামেব হি পুরা বেত্থ যৎ তদা পৌরুষং মম ॥৭৫॥
সমরেষু চ বিক্রান্তং পর্য্যাপ্তং তন্নিদর্শনম্। আদিত্যৈশ্চৈব রুদ্রৈশ্চ সাধ্যৈশ্চ বসুভিঃ সহ ॥৭৬॥

তৌরিবা কাল হায়বসিনা মথংদা নঙোন্দা মমায় ওহিল্লক্রনি। মতম্ হায়বতুনা ঐঙোন্দা হৌজিক্ অরাবা থুদোংথীবা পীরি। মাসি উবদা নহাক্না ঐগী ঈমাঙ্দা লাক্তুনা নাপলগী য়াঙাঙ ঙাঙলরি, ঙংলরি ॥৬৮॥ নত্রবদি সংসারসিদা অকনবা কনানো, লালকমদা শাউরবা ঐগী মাঙদা অস্থুম্না য়া ঙাঙবা ঙম্নগদবা! নংনা ঐগী ঈমাঙদা লাক্তুনা মকন্বা য়া ঙাঙ্বা ঙম্নিবসিস্তু কাল হায়বসিনা ঐবু অরাবা পীরিবসি কাওবতনি ॥৬৯॥০॥ হৌজিক্ লাইশিংগী চহীদা চহী লিশিং অমমম্গী অকক্লবা মতম অতু লোইশিল্লকদৌরে। মরক্ অসিদা মতম থরদং নংনা ইন্দ্র ওইজহৌবনি ॥৭০॥ কালগী প্রভাবতগী থোইনা কল্লবা ঐগী হকচাং খোঙ্ খুৎ অসি হান্নগুম্ অতুপ্ কন্দ্রে। ঐগী ইন্দ্রপদবীদগী লৈথা তারে। অদুগা মতম হায়বতুনা নহাকপু ঐগী ঈহুত্তা ইন্দ্রগী পদবীদা নহাকপু অমুক্ থাংগৎপিরে ॥৭১॥ মতম হায়বতুনা মহাক্কী ওন্থোক্ ওন্থিন্ হৈরবা স্বভাবনা, জীব লোক অসিদা হৌজিক্তি নহাক্পু ঐখোয় খ্বাইগী ঈরাৎনকম্ ওইহল্লে। নং হায়ু, নংন করম্বা অফবা কর্ম তৌরক্তুনা ইন্দ্র ওইররিবনো? অদুগা ঐনা করম্বা ফত্তবা কর্ম তৌরুবনা ইন্দ্র পদবী দগী লৈথা তারিবনো? ॥৭২॥ পোকপা শিবা হায়ব অনীসিগী কর্ত্তাদি কাল হায়বসিতনি। কাল হায়বসি নত্তবা অতোপ্পা পোৎশিংনা কালমৃত্যুগী কারণ অমত্ত ওইবা যাদে, ঙমস্তু ঙমদে অদুনা বিদ্বান্ ওইবা অশিংবশিংনা মাঙ্ব-তোংব, তিন্নবা কায়নবা, অরাবা মুংঙাইবা ঐশ্বর্য্য সম্পত্তি, জয় পরাজয় অসি কংবা মতমদা কা হেন্না রাবিদে, কা হেন্না হরাউ মুংঙাইবিদে ॥ ৭৩॥০॥ ইন্দ্র! ঐখোয়সে করি ওইরিবগে হায়বসি নংনা মথঙলি। ঐ নংবুদি মুন্না খঙি। অদুগা ঈকায়বা হায়বতুবু লুথম্দা থমতুনা ঈকায়ববু তুরেন্দা লোইনা থাদখিতুনা নহাক্না করিগী ঐবু করেম্নরি? কবিগী উশিত্তবা য়াঙাঙ ঙাঙলরি? অতুবু ঐদি শাউদে। মরমদি, নংনা ঙাঙলরিবা শক্লরিবা পূম্নমক অসিস্তু মতম হায়বতুনা তৌহল্লিবনি হায়বসি ঐদি মুন্না খঙি ॥ ৭৪॥০॥ নখোয়না ঙমদবা ঙাক্তা, ঐনা করি করি থবক্ তৌথিবগে হায়বতু নখোয়স্তু মথঙি। লান্কম্ কয়া কয়াদা, অমুক্তস্তু নত্তনা ঐনা ঐগী থৌনা পাজলগী অকন্বা অঙকৃপা থবক্ কয়া তৌদুনা উংথিবগে হায়বতু নখোয় লোইনা খঙি, লোয়না নমিংনা উংশ্রবনি। মাতুগী খুদম্ ওইনা অমতংদি হৌজিকস্তু উৎক্রম্ থোকই। খুদম্ অমতনস্তু মওক্রনি ॥৭৫॥ শচীগী চাম্নখোইবা ইন্দ্র! লাইহিংচাবগী লাজাও অদুদা থোক্থিবা থৌদোক্ অমদি নহাকস্তু হৌজিক কাওবা নীঙশিঙতিগনি। ঐ ঈথত্তনা কনাস্তু কনাস্তু য়াঙদনা

যয়া বিনির্জিতা পূর্বং মরুতশ্চ শচীপতে। ত্বমেব শক্র জানাসি দেবাসুর সমাগমে ॥৭৭॥
সম্মতা বিবুধা ভগ্নাস্তরসা সমরে ময়া। পর্বতাশ্চাসকৃৎক্ষিপ্তাঃ সবনাঃ সবনৌকসঃ ॥৭৮॥
সটঙ্কশিখরাভগ্নাঃ সমরে মূর্দ্ধ্নি তে ময়া। কিং নু শক্যং ময়া কর্তুং কালো হি দুরতিক্রমঃ ॥৭৯॥
ন হি ত্বাং নোৎসহে হন্তুং সবজ্রমপি মুষ্টিনা। ন তু বিক্রমকালোঽয়ং ক্ষমাকালোঽয়মাগতঃ ॥৮০॥
তেন ত্বাং মর্ষয়ে শক্র দুর্মর্ষণতরস্ত্বয়া। ত্বং মাং পরিণতে কালে পরিতং কালবহ্নিনা ॥৮১॥
নিয়তং কালপাশেন বদ্ধং শক্র বিকত্থসে। অয়ং স পুরুষঃ শ্যামো লোকস্য দুরতিক্রমঃ ॥৮২॥
বদ্ধ্বা তিষ্ঠতি মাং রৌদ্রঃ পশুং রশনয়া যথা। লাভালাভৌ সুখং দুঃখং কামক্রোধৌ ভবাভবৌ ॥৮৩॥

---

আদিত্যশিং, রুদ্রশিং সাধ্যশিং, বসুশিং অহুগা মরুৎশিংবু মাঙ্খিবা পীখিবহ্ নীঙশিঙউগনি ॥৭৬—৭৭॥ ঐ ঈথম্ভগী আক্রমণ অমদি শাক্ অহু খাঙবা ঙমদহুনা নখোয় লাই পুম্নমক্ লান্‌কম্ থাদোক্কুনা নাকল্ অমত লৈশিন্দুনা থক্ থক্ নীকনা তু মিন তুমিন্ লৈনখিবদো নীংশিংল্লিবরা ? উমং রামং বন উপবন গ্রাম খুলং কয়া কয়ানা থম্না লৈরবা চীঙজাও কয়া কয়া ফক্কুনা নখোয়গী নথক্তা হুম্ হুম্ লংশিনখিবদো নীশিং-ঙনি। চীং খুং কয়া কয়া ফক্কুনা নখোয়গী নকোক্তা থা থাহুনা মকুপ্ তানা থুগাইখিবদো। অদুবু হৌজিক্তি ঐ করি তৌবা ঙমগনি। মরমদি কাল (মতম) হায়বা অহুনা অসিমখৈ তৌ মথা তাগন্নু হায়না তাকপা য়াথং অমদি নিয়ম অহু লাঙ্ঘোক্পা হীকৃতোকপা ঙমদে। কালগী নিয়মবু নাঙ্ঘোক্পা হায়বসে ওয়া লুই—ওইথোকবনি ॥৭৮—৭৯॥ হৌজিকসু ইন্দ্র নহাকপু বজ্রদুগা কোয়না খুদুম্ সিন্না থাহুনা যমপুরদা থাখিবা ঙম্মোই হায়বা লৈতে। অদুবু, মতম অসে, পান্দ উংননবগী মতম নত্তে, থৌজাল্ উংপা অদুগা শান্তিগা লোইননা লৈবগী মতম্ লাক্লে। মতমগী কর্মক্রম ঐনা থুগাইবা য়াদে ॥৮০॥ ইন্দ্র। লৈথা তাররবা নখুত্ত মায়থীবা ফংলবা অমগী মকমদা অথীবা, উশিত্তবা রাহৈ শিজিন্নবগী মরাল্ অদুবু ঐনা ঙাকপীরিবসে মরম অসি লৈবননি। অদুনা ঐনা অথীবা ফাওবা তাহুনা ঙাঙহুনা লৈরিবনি, অন্নাবা পুন্ থাঙবগী মীগী মরাল্ ঙাকপিবগী মতম্ অদো ঐঙোন্দা লৈরি—অহুমনি। মীনা থীনা কাব্বা তাবদা ঐগী থম্মোয়দা ফাওরক্লিবা অশাঙবগী ঈকুংকী শাক্ অসি থিংবদা ঐঙোন্দা য়াম্না তানা থোক্লবনি। অদুবু মতম্ হায়বা অহুনা থাঙগু হায়রহুনা য়াথং পীরি। অদুনা অশাঙবা ফজোন্নবগী মতমদো হৌজিক্ মমায় ঙমত্রে। মতম্ (কাল) গী মশক্ ওইরবা মৈনা ঐগী হকচাংগী মায়থৈ পুন্ন কোয়শিন্নরে। মাসিগী মথক্তা পাশনা ঐগী হকচাং-থোঙ খুং পুম্না পুমক্না কাজিনখ্রে। অদুমক্সু নহাক্না ঐমক্তা মাঙদা লেপ্লুনা অথীবা রাইংগা লোয়ননা নশাবু থাগজচবগী মীঙ্গা রা ঙাঙ্বা ঙমলিবনি ॥৮১॥ কমাঙ্গা অঙনা শাবু থৌরীনা মথোঙ্ মপুং লাইনা কাজিন্দুনা থম্মুঙ্গা কালপুরুষ (কালগী মশক্ ওইরবা পুরুষ ভগবান্) না ঐবু বরুণ পাশ (বরুনগী থৌরী) না কাজিন্দুনা থম্লে ॥৮২॥ কাজনরা, লাঙ্হোক্পা, অন্নাবা-নুংঙাইবা, অপাম্বা ফংব-ফংদবা, ফংনিংববু ফংদবা, ফংনিংদববু ফংবা, চাওখংপা-হনখৎপা, মায়পাকপা-মায়থীবা, মরাল্ ঈরৈ লৈতবনা কৈরুমদা চংঙ্বা-মাঙ্হোকপা অসিনচিংবসি কালপুরুষনা হায়রা

যশ্চাস্য প্রযোক্তাং চ সর্বকালেন লভ্যতে। নাহং কর্তা ন কর্তাত্বং কর্তা যস্তু সদা প্রভুঃ।৮৪॥
সোঽহং পচন্তি কালো মাং বৃক্ষে ফলমিবাগতম্। যান্যেব পুরুষঃ কুর্বন্ সুখৈঃ কালেন যুজ্যতে।৮৫॥
পুনস্তান্যেব কুর্বাণো দুঃখৈঃ কালেন যুজ্যতে। ন চ কালেন কালজ্ঞঃ স্পৃষ্টঃ শোচিতু র্হসি।৮৬॥
তেন শক্র ন শোচামি নাস্তি শোকে সহায়তা। যদা হি শোচতঃ শোকো ব্যসনং নাপবর্ত্ততে।৮৭॥
সামর্থ্যং শোচতো নাস্তীত্যতোঽহং ন তু শোচিমি। এবমুক্তো সহস্রাক্ষো ভগবান্ পাকশাসনঃ।৮৮॥
প্রতি সংহৃত্য সংরম্ভমিত্যুবাচ শতক্রতুঃ। স বজ্রমুদ্যতং বাহুং দৃষ্ট্বা পাশাংশ্চ বারুণান্।।৮৯।
কাস্যেহ ব্যথতেবুদ্ধির্মৃত্যোরপি জিঘাংসতঃ। স তেন ব্যথতেবুদ্ধিরচলা তত্ত্বদর্শিনী।৯০॥

---

জীব খুদিংমক্কীদমক শেম্‌থিবা নিয়মনা কংবনি ॥৮৩॥ ॥ করিগুম্বা থবক্ অমদি থৌদোক্তা ঐনস্থ কর্ত্তা মল্তে, নমক্ত মল্তে। থে থোংপা ওম্বা, থবক্ থৌদোক্ পুম্নমক্কী কর্ত্তা ওইবা, কালগী মশক্ ওইরবা উপায়দা, মখোয় ঐখোয়সে হায় মুম্মুন লৈথব', কেন্‌গদবগী ভাইতুনা লৈরবা উইংমক্তনি ॥৮৪॥০॥ ভাইবং জীব পুম্বনা, মতম্ কাব পুরুষ মহাক্কী মতে কংতুনা, থবক্ মইহৈ য়াম্লগা হরাউজে। মতম মাগী মতেং কংলবদগী থবক্ মইহৈ য়াম্লগা অরাব কংডি। অম্রাবা মুংভাইবা ফলিবনিস্ত 'মতম্ মাগী মতুংদনি * ॥৮৫॥৮৬॥ ইন্দ্র! অসিগুম্বা, কাল মাগী প্রভাবপু তত্ত্বগা লোয়নন' খঙ্‌তুনা সংসারদা মপুনশি লৌম্রিবা মহাত্মা তিম্রবা কায়নবা পোকপা শিবগী মশক্ ওইরবা সংসারসিনা সুখশান্তি কংডি। মরম্‌দি রবা থুদোংথীবগী মশক্ ওইরবা "মতম্" হায়বতনা লাক্লবা মাংগীদমক্তা ঐগী লনাই ওইনা অমুক্ য়থরুরবদি য়াথকল্‌লুদগী করিগুম্বা সহায়-উপায় পমতা ফংলোই। অতু ওতুনা ঐন অরাব থুদোংথীবাসগীদমক্ মথা চিন্তা অমুক্ তৌথদ্রবদি ॥৮৬॥ ॥ অম্রাবা থুদোংথীবা কংলবা মতমদা মাতুবু কে'ক্লমবগী উপায় লৈত্রবা অমদি লৈরোইদৌবদা, মাতুগীদমক্ ঐগী লনাই ওইনা অমুক্ য়াথরুরবদি, অরাবতু অনী থোম্‌জিত্রনমিনা, মাতুনা ঠেগ্না অমুক উপায় লৈত্ররোই। মাতু খঙতুনা ঐনা য়াখিদবনি॥৮৭॥০॥ বলিনা অসুম্না হায়রক্লবদা, মমীং লিশিং অমা পানবা শতক্রতু ভগবান্ ইন্দ্রনা অশাউবা থাদোক্তুনা বলিদা অসুম্না হায়রকই: দৈত্যরাজ! বলি! বজ্রগা বরুণপাশ লোয়নরবা, থাংগৎলক্লিবা ঐগী পাম্বোম্ (খুৎ) অসি উবদা; নংবু হাৎনাগে হায়না, চেল্‌শিল্লকলিবা মৃত্যু কৌবা লাই মামক্কী লম্মোয় কাওবা, নংগী য়াতৈশিংসি তাবদা, কই চেনজে। অতুনদি সংসারদা কনানো, তত্ত্ব খঙলবা নংগুম্ববু হাংকে হায়তুনা লাকপা মাগী থম্মোয়বু অনুতাপকী মৈনা চাকলোইদৌবসে? নহাক্কী লৈম্বিবী বুদ্ধি অসিদি তত্ত্ব পূম্ববু খঙ্‌লবীনি, অমমমদা লেঙদ্রবীনি অতুনা অসিগুম্বী বুদ্ধিবু লোইরিবা নহাক্‌নসু করিমতা য়াখিদবনি ॥৮৯—৯০॥ ✝

---

* গীতাদসু অসুম্না ভগবান্‌না হায়:—"কালোঽস্মি লোকক্ষয় কৃৎপ্রবৃদ্ধঃ। লোকান্ সমাহর্ত্তু মিহপ্রবৃত্তঃ" —উরিবা বিশ্বজগৎ অসিবু পুথোক্তে-লৌশিনগে হায়বগীদমক্ অমুক্ উইনবা-অমুক্ মাঙহনবতনা মথৌ ওইরবা হায়বদো ঐহাক্নি। ঐ (কাল) না শেম্লিবা শাবিবা পুগাইরিবা পুম্নমক্ অসিসু ঐ (লাল) গী মহুংদা তৌরিবা মক্তনি।—অসুম্না কাল পুরুষ ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা হায়খি।— (কালাচাঁদ)

✝ অসিগুম্বী বুদ্ধিবু লোইবা গুম্বা মী মহাক অতুবু "স্থিতপ্রজ্ঞ" কোই হায়না শ্রীকৃষ্ণনা লালফমদা অর্জুনদা তাকখি—। (কালাচাঁদ)

ক্রথে ন ব্যথসেহত্য ত্বং ধৈর্য্যাৎ সত্যপরাক্রম। কো হি বিশ্বাসমর্হেষু শরীরে বা শরীরভৃৎ ॥৯১॥
কর্ত্তুমুৎসহতে লোকে দৃষ্ট্বা সম্প্রস্থিতং জগৎ। অহমপ্যেবমেবৈনং লোকং জানাম্য শাশ্বতম্ ॥৯২॥
কালাগ্নিবাহিতং ঘোরে গুহ্য সততগেহক্ষরে। ন চাস্য পরিহারোঽস্তি কালস্পৃষ্টস্য কস্যচিৎ ॥৯৩॥
সূক্ষ্মাণাং মহতাং চৈব ভূতানাং পরিপচ্যতাম্। অনীশস্যাপ্রমত্তস্য ভূতানি পচতঃ সদা ॥৯৪॥
অনিবৃত্তস্য কালস্য ক্ষয়ং প্রাপ্তো ন মুচ্যতে। অপ্রমত্তঃ প্রমত্তেষু কালো জাগৃতি দেহিষু ॥৯৫॥
প্রযত্নেনাপ্যপক্রান্তো দৃষ্টপূর্বো ন কেনচিৎ। পুরাণঃ শাশ্বতো ধর্ম্মঃ সর্ব্বপ্রাণভৃতাং সমঃ ॥৯৬॥
কালো ন পরিহর্তব্যশ্চ ন চাস্যাস্তি ব্যতিক্রমঃ। অহোরাত্রাংশ্চ মাসাংশ্চ ক্ষণান্ কাষ্ঠাঃ লবান্ কলাঃ ॥৯৭॥
সম্পীড়য়তি যঃ কালো বৃদ্ধিং বার্দ্ধুষিকো যথা। ইদমদ্য করিষ্যামি শ্বঃ কর্ত্তাস্মীতি বাদিনম্ ।৯৮॥

---

থাজৈশেংনা কন্‌বা, অকন্‌বা, বদি। নহাক্ থাজৈশেংনা ঈংথবা তপ্‌থবা থাওতৈবা হায়রবহুগী পাম্বৈনা সংসারগী চিন্তানা নংগী থম্মোয়বু রাহনবা ওমত্রে। উরিবা জগৎ পূম্বসিনা নোংম নো'মগী মীকুপ্‌ থুদিংগী মূৎথিগদবগী মায়গৈদা চত্তসিল্লকলিবসিবু মীকুপ্‌ থুদিগী মী মহাক্‌তুনা, মাগী লৈরিবা ধন সম্পত্তিদা, ভোগ ঐশ্বর্য্যদা মশামক্কী হকচাংদা আশা-বিশ্বাসনচিংব কবিগী থম্মুনি ? ॥ ৯১॥০ ॥ মকম্ পূম্নমক্তা শীঙ্‌নুংনা লৈরিবা, অমাও অত্তা লৈত্রবা, চোংশিল্লক্তুনা তাহুনা লৈরবা মীকুপ্তা কয়গদবা জগৎনি হায়বসি ঐস্ন খঙতি ॥ ৯২॥০ ॥ কাল ( মতম্ ) গী থয়ান্ত্তা তাররবা মী মহাক্ অতুগী, মাহুদগী লাম্হৈক্লবা উপায় অমত্ত লৈতে। পীকৃপদগী পীক্লবা, কূপ্পদগী কূপ্পবা অতুগা মাঙোন্দগী হেম্না চাউনিংঙাই লৈত্রবা পোৎ কয়া কয়া কালগী মৈমুংদা লৌরি, মুল্লি, উংনা ওইনা মাঙ্‌লি, মাঙখি অতুগা মাঙ্‌গদবগী ঙাইরি। মাসিদগী লাম্হোক্লবগী উপায় অমত্ত লৈতে। খুৎ থিংজিনবা য়াদে। মহাক্‌সু য়াম্ন চোকশিন্না অচচ্চন্ত পোৎ পূম্নমকপু কেল্‌হন্‌গদবগী মুল্‌হল্লি। পোৎ পূম্নমকপু কাল ( মতম্ ) হায়নহুনা মাগী কালাগ্নিদা থোংলি। মহাক্কি অসুম্ মথং মথং চৎথিবহুনা অমুক্ হল্লক্দবা নত্রে। অশিগুম্বা কালগী মথা পোল্লবা ঐখোয় নখোয়গী মাঙোন্দগী নাম্হোক্লবা উপায় অমত্তা লৈরোইদৌরবনি ॥ ৯৩॥০ ॥ কাল ( মতম্ ) হায়বসে, অনাদি ( অহৌব লৈতবা ), সনাতন ( অসুম্মক্ লৈরগদৌবা ), ধর্ম্ম পূম্নমক্কী মশক্ ওইবা অতুগা অচচ্চন্ত পোৎ থুদিংমক্তা মীচঙ্‌ মীথাই নাইদনা মীৎয়েং অমতনা য়েংবনি। কনা অমতনা মাবু পাম্‌দে হায়হুনা ঈম্হোকপা য়ায়রোই-দৌবনি। অতুগা কনা অমতনা মাবু কান্দুনা চোংথোক্তুনা চৎখিবা য়ারোই ॥ ৯৬॥০ ॥

শেম্বুনা শেম্লেপ্‌কী মথক্তা, তোল্লিব মীগী মথক্তা,
সুমিৎ থুদিং শেন্দোয় পাশিল্লক্তুনা,
মরল্‌ তোল্লিববু অরাব পীবগুম্
“মতম্” কৌবা মহাক্না, মীকুপ্‌ নাহুম্, অহিং মুংথিল,
নোংম—চয়োল্‌—থা—চহী, অমত্তা রাক্তনা পাশিন্দুনা,
অচচ্চন্ত জীব পূম্ববু, অরাবা শীরি তত্তনা ॥ ৯৭॥০ ॥
তুরেল্‌গী কল্লবা ঈচেম্না, মপান্দ হৌবা উপাম্বীবু

কালো হরতি সম্প্রাপ্তো নদীবেগ ইব ক্রুপম্। ইদানীং তবদেবাসৌ ময়া দৃষ্টঃ কথং মৃতঃ ॥৯৯॥
ইতি কালেন হ্রিয়তাং প্রলাপঃ শ্রূয়তে নৃণাম্। নশ্যন্ত্যর্থাস্তথা ভোগাঃ স্থানমৈশ্বর্য্যমেব চ ॥১০০॥
জীবিতং জীবলোকস্য কালেনাগম্য নীয়তে। উচ্ছ্রায়া বিনিপাতান্তা ভাবোঽভাবঃ স এব চ ॥১০১॥
অনিত্যমধ্রুবং সর্ব্বং ব্যবসায়ো হি দুষ্করঃ। সা তেন বাধ্যতে বুদ্ধিশ্চলা তত্ত্বদর্শিনী ॥১০২॥
অহমাসং পুরা চেতি মনসাপি ন বুধ্যতে। কালেন ক্রমতো লোকেঽস্মিন্ পচ্যমানে বলীয়সা ॥১০৩॥
জ্যেষ্ঠকনিষ্ঠক ক্ষিপ্যমাণো ন বুধ্যতে। ঈর্ষ্যাভিমানলোভেষু কামক্রোধভয়েষু চ ॥১০৪॥
স্পৃহামোহাভিমানেষু লোকঃ সক্তো বিমুহ্যতি। ভবাংস্তু ভাবতত্ত্বজ্ঞ বিদ্বান্ জ্ঞানতপোঽন্বিতঃ ॥১০৫॥
কালঃ পশ্যতি সুব্যক্তং পানাবামলকং যথা। কালচারিত্রতত্ত্বজ্ঞঃ সর্ব্বশাস্ত্রবিশারদঃ ॥১০৬॥

মরু মরা য়াওনা কূক্‌পগুম্, 'মাসিনা ভসি তৌগনি"
"মাসিনা হয়েং তৌগনি", অসুম্না মুংঙাইহন্দুনা
মহাক্লা লোশিন্‌খিগদবা, অরেপ্পা মুমিং খঙহন্দনা
তৃমিন্ তৃমিন্ লৌশিন্‌খি, অহাঙ্‌ব মকম্ অমমুক্ হাপ্‌চিল্লি ॥ ৯৮॥০ ॥

"হাঃ! কৰিনো হায়রিবসিবো। ঐদি হৌজিক্ত মহাক্না উনরম্মিনা। মহাকপু শিরবা!" অসুম্না হায়নবসি ভক্তনা তায়। অসুম্ হায়না, মতম্ কৌবা মহাক্না তাইবংমীবু রাহল্লি ভক্‌হল্লি নোকহল্লি, কপ্‌হল্লি। অদুসু মতম্ মহাক্না অমুক্ মকাউহল্লি ॥ ৯৯॥০ ॥

লন্থুম্ বিষয় ভোগ, লোইনা মশক্ উগিদে, মতম্‌গী মমুংদা। লৈকম্, ঐশ্বর্য্য লোইনা মুন্‌খি মতম্‌না। অমুক্ করি হায়গনি—জীবজগৎ অসিগী পুন্সি কাওবা মহাক্ (মতম্) না পুথুনা চংখি ॥১০০॥০॥ অয়াংবদা কাবগী অরোয়বদি লৈখাদা অমুক্ তাবা হায়বহুনি! পোক্‌পগী অরোংবদি শিবনি। হেক্ উরিবা পোং মাঙ্‌লগদবা ভক্তনি, অরেপ্পা লৈতপনি। মাসিবু মীকুপ থুদিং অস্তৎ-অথম্ লৈত্তনা নীং-শিংজনা লৈবদি য়াম্না লুই ॥ ১০ ॥০॥ নহাক্কী বুদ্ধি অসি তত্ত্ববু মুম্ন খঙলবীনি। অদুগা অমদমদা লেঙঙরো দৌবনি হায়বসি ঐ খঙ্‌লে। মরম্ অদুনা কৰিগুম্বা বিষয়দা নংনা য়াবিদবনি। মমাঙ্‌ঙৈদা ঐ হায়া সম্পত্তি চাউনা লৈরম্বনিকো হায়ব কাওবা নশানা কাউজরে ॥ ১০২॥০ ॥

মপাঙ্গল মপা লৈতনা কপ্পবা মতম কৌবনা বিশ্বজগৎ অসিবু মথন্তনা আক্রমণ তৌদুনা কাল মাগী মৈ—কালাগ্নিদা মুম্নবা থোংলি। মাসিবু খঙদনা লৈরিবশিংগী মংদা কনানা অচৌবা, কনানা মচা, কনানা ঈনাকৃথুনবা, কনানা লায়রবা? অচৌ অপীক্ পুম্বা কালগী মৈমুংদা চোংশিন্নরি। অদুবু কনামু মাসিবু হনাংমতা চনীঙতানা খন্নরুদে ॥১০৩॥০॥ কল্লকপা, থোয়বা, অপাম্বা, অশাউবা, অকিবা মিংৌবা শুক্কংপা মথোয়সিগী লাংদা থুদুনা কনানসু চনীঙতানা খন্নরুদে, খন্নবসু নংহৌদে ॥১০৪॥০॥ অদুবু. নহাক্তি বিদ্বাননি, জ্ঞানীনি, মহাতপস্বীনি। পোং খুদিংমক্কী তত্ত্ববু নহাক্ মুম্না ভঙলে। শাস্ত্র পুম্নমক্কী জ্ঞান নশাদা হাজিন্দুনা দমলে। কালগী লীলা অদুগা মাদুগী তত্ত্বমুসু মুম্না খঙলে। তত্ত্ববু খিজিনবদসু মহাজ্ঞানী অমা ওইরে নহাক্ পুক্কীংবু অমদি ইন্দ্রিয়শিংবু ফাজনবা অমদি ফাজিন্নবা হোৎনরিবশিংগী ক্রিদন্ফম অমা ওইরে।

বিবেচনে কৃতপ্রজ্ঞাসি স্পৃহণীয় বিজানতাম্। সর্ব্বলোকো হ্যয়ন্তে হ্যা পাকাঙ্ক্ষা ॥১০৭॥
বিহরন্ সর্ব্বতো মুক্তে ন ক্বচিৎ পরিবর্ত্তসে। রজশ্চ হি তমশ্চ ত্বাং স্পৃশতে ন জিতেন্দ্রিয়ম্ ॥১০৮॥
নিষ্প্রীতিং যষ্টসন্তাপমাত্মানং সমুপাসসে। সুহৃৎ সর্ব্বভূতানাং নির্ব্বৈরং শান্তমানসম্ ॥১০৯॥
দৃষ্ট্বা ত্বাং মম সংজাতা ত্বদ্যনুক্রোশনী মতিঃ। নাহমেতাদৃশং বুদ্ধং হন্তুমিচ্ছামি বন্ধনে ॥১১০॥
আনৃশংস্যং পরো ধর্ম্মো হ্যনুক্রোশশ্চ মে ত্বয়ি। মোক্ষ্যন্তে বারুণাঃ পাশাস্তবেমে কালপর্য্যয়াৎ ॥১১১॥
প্রজানামপচারেণ স্বস্তি তেহস্তু মহাসুরঃ। যদা শ্বশ্রূং স্নুষা বৃদ্ধাং পরিচারেণ যোক্ষ্যতে ॥১১২॥

অদুনা, নহাক মতম কৌবা মহাকপু, নথুত্তা চৈগ্রে, অমা পায়বগুম্ লায়না পায়দুনা শাম্মি। নহাক অসি লোক পুম্নমক্কী তম্বু লোইনা খঙলবা মীশক অমনি হায়না ঐনা থাজরে ॥১০৫—১০৭॥ নহাক মক্কম পুম্নমক্তা কোয়চৎ চত্তুনা লৈ, অদুবু কম্বিগুম্বা পোৎ অমতনা নশা লোকহন্দে, পুম্নমক্কী মুক্ত ওইদুনা—লান্থোক্নুনা লৈরি। করিগুম্বা বিষয় অমদা নহাক্কী আসক্তি লৈত্রে হায়বা খঙলে। ইন্দ্রিয় পুম্নমকপু মপুং ফানা খুমেমচল্লবনা নঙোন্দা রজোগুণ অমদি তমোগুণ অনীনা কম্বিমত শোক্পা ঙমদ্রে ॥১০৮॥ নুংঙাইবদা য়াওদবা, অশাবমু ফংদবা, অচচত্তু জীবপানবা পুম্নমকী মরূপ ওনবা কনা অমতগা য়েংথিনদবা, থম্মোয়না মম্পাশান্তিদা তুংনমা লৈরবা, অদুগুম্বা পরমাত্মাগী উপাসনা নহাক্না তৌরি ॥১০৯॥ নহাকপু উবদা ঐগী থম্মোয়দা থোজ্জালগী নুংশি-নুংঙলগী ঈচেল কম্না চেল্লকি। ঐ অসিগুম্বা মীশকপু ফাজিন্দুনা থল্লগা হাৎনীঙদে ॥ ১০॥

কনাগুম্বা অমগী মক্কম্‌দা থঙহৈউখিত্তন অয়াক্পা রাঙাঙ্ ভাঙ্দবা হায়বসিমা থৌইদম্বী চাউবা ধর্ম্মনি *। বদি নগাক্কী নথক্তা লমন্ খুম্বগী মছত্তো থোজালগী, নুংশিবগী ঈচেল্ চেম্বখি। মতম্ গুম্বগী মতুংদা নংবু ফাজিল্লিবা বরুণ পাশ অসি মথন্তা মরাইনা থর কোম্থোক্ নাম্থোকচরকনি ॥১১১॥

দৈত্যরাজ! প্রজাশিংনা হায়বদি তাইবংমীনা, অচুম্বা লমচৎ ব্যবহারগী ওয় তৈনদ থবক্ তৌনরক্লবদি মাহু নঙোন্দদি কান্নবা ওহগনি। মমৌনা মংগম্বোক্ হন্নবীবু মাগী সেবা লাংদা তৌহল্লবা, মচানা লেমথো-রূকপদগী মপাবু অতোপ অতোপ্পা থবক্তা থৌদাবক্লবা, শূদ্রনা ব্রাহ্মণবু মথোঙ মথুং হায়দল্লবা অদুগা

* অহিংসানা অথোইবা ধর্ম্মনি হায়বসি মুম্ন থল্লুরবদি জীববু কনাম্নু হাৎপা তুপ্পা ঙমনবনি। শিব লৈতবব্‌ ফত্রা চৈবা হাৎপদি ফুদবগা, হাৎতবগা অম্মানি। মাদুনা থাক্লৈশেংবা হিংসা নত্তে। হকচাংনা, পুক্নীংনা নত্রগা রাহৈনা মী অমবু থম্মোয় শোক্না রাহন্দুনা, আত্মাদুগী তেজ হন্থহনবা, লৈথাতাহনবা, নিরাশ ওহনবা অদুগা নিস্তেজ ওইনা চংখিদুনা অতোনবা মপোক্তা পোকহন্‌খিবা, অসিনা অথোইবা হিংসানি। মসি তৌদবনা অথোয়বা অহিংসানি মতম অদুনা মী অমদ্ ঈকায়বা পীননবা, নীঙ্বা কায়থিনদবা অথীবা রাঙাঙ্ শীজন্নদবা হায়বসিনা অথোইবা অহিংসানি হায়বনি — নংশ-ঙা চাবনি, জীব হাৎপনি, নং অমাংবনি নংগী ধর্ম্মদি মহা তুক্কচবনীঙাহনি হায়না মী অমগী আত্মাদা শম্মোয়দ চৈনা পীরবদি জৈন-বৌদ্ধ ধর্ম্ম চৎপা মীশু হিংসা অদুম মতৌই।— (কালাচাঁদ)

পুত্রশ্চ পিতরং মোহাৎ প্রেষয়িষ্যন্তি কর্ম্মসু । ব্রাহ্মণৈঃ কারয়িষ্যন্তি বৃষলাঃ পাদধাবনম্ ॥১১৩॥
শূদ্রশ্চ ব্রাহ্মণীং ভার্য্যামুপয়াস্যন্তি নির্ভয়াঃ । বিযোনিষু বিমোক্ষ্যন্তি বীজানি পুরুষা যদা ॥১১৪॥
সঙ্করং কাংস্যভাণ্ডৈশ্চ বলিং চৈব কুপাত্রকৈঃ । চাতুর্ব্বর্ণ্যং যদা কৃৎস্নমমর্য্যাদং ভবিষ্যতি ॥১১৫॥
একৈকস্তে তদা পাশঃ ক্রমশঃ পরিমোক্ষ্যতে । অস্মত্তস্তে ভয়ং নাস্তি সময়ং প্রতিপালয় ॥
সুখী ভব নিরাবাধঃ স্বস্থচেতা নিরাময়ঃ ॥ *॥
ততেযমুক্তা ভগবান্ শতক্রতুঃ প্রতিপ্রযাতে গজরাজবাহনঃ । বিজিত্য সর্বানসুরান্ সুরাধিপো ননন্দ হর্ষেণ বভূব চৈকরাট্ ॥১১৭
মহর্ষয়স্তুষ্টুবুরঞ্জসা চ তং বৃষাকপিং সর্বচরা রেশ্বরম্ । হিমাপহোহব্যবাহ চাধ্বরে তথ মৃতং চাপিতমীশ্বরোপ হি ॥১১৮॥
দ্বিজোত্তমৈঃ সর্বগতেরভিষ্টুতো বিদীপ্ততেজাগতমন্যুরীশ্চঃ । প্রশান্তচেতামুদিতঃ স্বমালয়ং ত্রিবষ্টপং প্রাপ্যমুমোদবাসবঃ ॥১১৯

ব্রাহ্মণগী নীংভোলবু মাগী লোয়নবী ওইহন্নরক্লবা, তাইবংমী নিপানা মাগী হক্কী ঈখু ( বীর্য্যবু ) তাইবং মীগী মুপী নত্তবগী যোনিদা হাপ্নরক্লবা শেঙ্গেংগী পাত্র পুখন্নচিংবদা অতোন্বা শূদ্রনচিংবগা চামিন্নরক্লবা, অমাংবা শেংদবা পাত্রনা দেব পুজানাচংবা তৌনরক্লবা, ব্রাহ্মণ ক্ষাত্রয়না।ংবগী বর্ণ ধর্ম্মবু নিয়ম্ নাইনা ভাক্লরকত্রবা— অসিনংিবসি হেক্ হেক্ তৌরনকপা মতম্ মতম্ অদুদা নহাক্কী ক্বাজল্লিবসি থর থর কোমথোরক্কনি ১১২—১১৫॥* ॥ ঐত্তোন্দগীদি নহাক্কী কিনিংভাই মরম্ কারিমতা লৈত্রে । হায়রিবা নত্তবা কর্ম্মবু তাইবং জীবশিংসিনা তৌনরকপা মতম্ অদো ভাইহনা লৈয় । কনাগুম্বা অমদগী অপনবা অখিংবা লৈতনা অনা-অয়েক্ লৈতনা ঈমুং মুংভাইনা মতম্ লেন্দুনা লৈবা ওইসনু ॥১১৬॥ বলিদা অসুম্না হায়রম্লগা ঐরাবত মথক্তা তোংদুনা ভগবান্ ইন্দ্র অসি মহাক্কী লৈকম্ অমরাবতীপুরদা হনখি। মতৌ অসুম্না দৈত্যদনব হিংচাবা পুন্নমকপু ভমদুনা, দেবরাজগী পদবী অমদি সিংহাসন থক্তা কাখি। মরোল অদুমগী অমত্তা ভায়বা নিংথৌরেল্ ওইদুনা মথ্যা মুংভাইনা লৈখি ॥১১৭॥ মতম অদুদা মহির্ষিশিংনা লোক অদুনগী শাসন কর্ত্তা ওইরব, অ চচন্ত জীব পুন্নমক্কী স্বমী ( মপু ) ওইনা লৈরবা হন্দ্রগী স্তুতি গান তৌদুনা ইন্দ্রবু স্বাগত তৌখি। অগ্নিদেব মশামক্তা দেবতাশিংগীদমক হবিষ্য পুথোকখি। দেবত পুন্নমক্কী নিংথৌ ওইরবা ইন্দ্রনমু সেবকশিংনা পুশিল্ কৎশিল্লরিবা অমৃত অহ পান তৌখি ॥১১৮! মকম পূবদ থুদক্ত মৌওম্বা, অথোইবা দেবর্ষি ব্রহ্মণশিংনা মশেক্ মঙাল হাপথ্রবা, অশাউবা নাপল য়াওব্রবা ইন্দ্রগী স্তুতি তৌখি। অদুগী তুংদা থোইদোক্না পেনথ্রবা ইন্দ্রমু মুংভাইনা মাগী লৈকম অমরাবতীদা মুংভাইনা মতম লেনখি ॥১১৯॥

---

* বলিনা তৌখ্রিবা কত্তবা কর্মগী মহৈ অদু হায়রিবা মীশকশিং অসিনসু থর থর পুনখিবা অমদি পুন-খিগদৌবদুনা, মাগী কত্রবা মহৈ অদু অসুমসুম রাংশিল্লকপগা, কাজিলিবা কিশি মরাম অদুসু মথং মথং মথম্ভ থোকচরক্কনি হায়রনি। মথক্কী পাপীশিং অসিনা তৌরিবা কর্মসিগুম্বা সিশিং বলিনা তৌখি। অদুনা অতৈ অতৈনা ফংগদবা পাপকী মহৈ পূম্বা বলি মথন্তনা পুখি মরম অদুনা পুবিনবা মরাম লৈরকপনা মাগী পাপসু মথং মথং কোকলকপনি।— ( কালাচাঁদ )

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি
বলিবাসবসম্বাদে চতুর্বিংশত্যধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ ॥ ২২৪ ॥

—:o:—

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং-চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা
ইন্দ্র বলি সংবাদদা চনীগা কুন্‌মরিশুবা অধ্যায় লোইরে ॥২২৪॥

—:():—

# মণিপুরী মহাভারত

## পঞ্চবিংশত্যধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ

### ( দৈত্যশিংবু থাদোক্লমদুনা লক্ষ্মীনা ইন্দ্রগী নাক্তা লাকপা )

### চনীগা কুন্‌মঙাশুবা অধ্যায়

— —(*)——

যুধিষ্ঠির উবাচ।

পূর্ব্বরূপাণি মে রাজন্ পুরুষস্যভবিষ্যতঃ। পরাভবিষ্যতশ্চৈব তন্মে ব্রূহি পিতামহ ॥১॥

ভীষ্ম উবাচ।

মন এব মনুষ্যস্য পূর্ব্বরূপাণি শংসতি। ভবিষ্যতশ্চ ভদ্রং তে তথৈব ন ভবিষ্যতঃ ॥২॥

অত্রাপ্যুদাহরন্তীমমীতিহাসং পুরাতনম্। শ্রিয়াশক্রস্য সংবাদং তং নিবোধ যুধিষ্ঠির ॥৩॥

মহতস্তপসো ব্যুষ্ট্যা পশ্যল্লোকৌ পরাবরৌ। সামান্যমৃষিভির্গত্বা ব্রহ্মলোকনিবাসিভিঃ ॥৪॥

যুধিষ্ঠিরনা হংজি—নিংথৌ! ঈবুধৌ! মী অমগী চাউথৎপা নত্রগা হন্থরকপা অনীসিগী মতুংদা অমনা ওইরমদাইরা মহাক্কী অহানবা মওং অসি করি ওইরকপগে—কমদৌরকপগে? মাহু ঐঙোন্দা তাক্‌পিয়ু ॥১॥ ভীষ্মনা হায়ঃ—যুধিষ্ঠির! নহাক্কী মঙ্গল ওইবা ওইসনু। চাওথৎপা হন্থরকপা থোকদোরিবা মী মহাক্ অমহুগী পুক্কীংনা মাগী ঈহান হানবা মওং লক্ষণ অহু হেক্ উৎচে ॥২॥ হায়রিবা বিষয় অসিদা লক্ষ্মীগা ইন্দ্রগা অনীগী তৌনখিবা সম্বাদ অহু কুইরবা ইতিহাসগী থুদম বারীগুম্ হেক্ হেক্ লীনৈ। যুধিষ্ঠির! নহাক, মাসিবু যাম্ম পুক্কীং চঙনা তাউ ॥৩॥ মতমম্ অমদা থোক্‌খিবা বারীনি। নোংমা, মহাতপস্বী ওইরবা পাপকী শক্তক্ যাওত্রবা, নারদ ঋষি অসি, মানা নীওঙকপা মতুং ইন্না মরোল্ অহুম্মক্ত কোয়চৎ চত্নুনা ঈরাং অহুম্ য়েংলম্মী। তপস্যাগী শক্তিনা থকৃখাদা লৈরিবা লোক কয়া কয়া অমুক্তদা উব তুন্নি।

ব্রহ্মবাদিভ্যৌ প্রোক্তাঃ শান্ত পাপ্মা মহাতপাঃ বিচচার যথাকামং ত্রিষু লোকেষু নারদঃ ।।৫।।
কদাচিৎ প্রাতরুত্থায় পিস্পৃক্ষুঃ সলিলং শুচি। ধ্রুবদ্বারভবাং গঙ্গাং জগামাবততার চ ।।৬।।
সহস্রনয়নশ্চাপি বজ্রী শম্বরপাকহা। তস্যা দেবর্ষি জুষ্টায়াস্তীরমভ্যাজগামহ ।।৭।।
তাব প্লুত্যযতাত্মানৌ কৃতজপ্যৌ সমাসতঃ। নদ্যাঃ পুলিনমাসাদ্য সূক্ষ্মকাঞ্চনবালুকম্ ।৮।।
পুণ্যকর্ম্মভিরাখ্যাতা দেবর্ষি কথিতা কথাঃ। চক্রতুস্তৌ তথাসীনৌ মহর্ষি কথিতাস্তথা ।।৯।।
পূর্ব্ববৃত্তব্যপেতানি কথয়ন্তৌ সমাহিতৌ। অথ ভাস্করমুদ্যন্তং রশ্মিজালপুরস্কৃতম্ ।।১০।।
পূর্ণমণ্ডলমালোক্য তাবুত্থায়োপতস্থতুঃ। অভিতস্তূদয়ন্তং তমর্কমর্কমিবা পরম্ ।।১১।।
আকাশে দদৃশে জ্যোতিরুদ্যতার্চিঃ সমপ্রভম্। তয়োঃ সমীপং তং প্রাপ্তং প্রত্যদৃশ্যত ভারত ।।১২।।
তৎ সুপর্ণার্কচরিতমাস্থিতং বৈষ্ণবং পদম্। ভাভিরপ্রতিমং ভাতি ত্রৈলোক্যমবভাসয়ৎ ।।১৩।।
তত্রাভিরূপশোভাভিরপ্সরোভিঃ পুরস্কৃতাম্। বৃহতীমংশুমৎপ্রখ্যাং বৃহদ্ভানারিবার্চিষম্ ।।১৪।।

ব্রহ্মলোক্তা লৈরিবা ব্রহ্মর্ষিশিংমক্তা মান্নথিহনা, ব্রহ্মাগী মতৌগুম্না তেজনা মায়কৈ মখিদা হায়দোকখি ।।৪—৫।। নোংম অমুক ব্রহ্মমুহূর্ত্তদা শেংলবা ঈশিংদা স্নান তৌগে হায়বগীদমক্ ধ্রুবতারাগী থোঙ্‌দগী চেন্থরকপী গঙ্গাগী তোর্বান হিদেন্দা কুমথখি ।।৬।। মতমসিমক্তদা শম্বরাসুর অমদি পাকাসুরবু হাৎতম্বা, মমীৎ লিশিং পানবা বজ্র পায়বা ইন্দ্রসু দেবর্ষি পুন্নমক্তা সেবা পূজা তৌরিবী শ্রীগঙ্গাজীগী তোর্ব্বান্ হিদেন্দুদা হেক্ কুমথরকই ।।৭।।

অনীমক্ গঙ্গাগী ঈশিংদা ইরুপ্তুনা, পুক্নীংদা গায়ত্রী মন্ত্রবু ওহাক্তং জপ তৌরগা স্নানক্রিয়া পুন্না লোইশিন্‌খি। অদুগী তুংদা ইন্দ্র—নারদ অনী অসি, পীক্রবা সনা মকূপ মকুপনা থন্নবা, সনা মরীক মকুপ্তগী মশক্ ওইরবা, লৈডোইতনা কূপ্লবা শ্রীগঙ্গাগী তোর্ব্বান্দুদা কম্বৈ। পূর্ণ্যআ ওইরবা, দেবর্ষি-মহর্ষিশিংনা শানরিব রারী রাতাইশিং অদু মখোয় অনীনা অন্নম্ তারম্মী ।।৮।। মখোয়সু পুক্নীং চঙনা মমাঙগী থৌ-দোকশিংগী মরম্‌দা রারী শান্নুনা নৈনহুনা অস্লুম্ লৈ। মতম্ অদুদা মশেক মঙানগা লোয়ননা ভগবান্ সূর্য্যদেব অসি নোংপোক মায়কৈদগী হাইদোরকই। মুমিৎকী মকোম্ অদু উবদা মখোয় অনীমক্ হৌগত্তুনা সূর্য্যদেবগী উপস্থান স্তুতিনচিংবা তৌখি ।। ১০।।০ ।। থোকলিবা সূর্য্যদেবগী নাক্‌তুমক্তদা, নোংমদোন্দা, অনী ওবা সূর্য্যমক্তী মতৌগুম্না নীংথিজরবা মঙালগী মপৈ অমসু থোরকপা উই। য়েংবদা মৈরি কংনা চাক্রবা মৈগী মশক্কি। মঙাল্ অদু মখোয় অনীগী নাক্তা অশুম্‌সুম্ চঙশিল্লকই ।।১১—১২।। মঙাল মপৈ অদু অতৈ ওইরমত্রে, বিষ্ণু ভগবান্‌গী বিমানমক্কি। বিমানদুগী মশেক্ মঙাল্লা মরোল অশুম্সু পুমঙাল ঙালহন্দুনা নোংমদেম্মক্তগী পাইথরকপনি। সূর্য্যদেবগী গরুড়তনা চৎপ-য়ৌবা লম্বী অদুমক্তদা বিমান অদুসু চৎলি পাংরি বনি ।। ৩।। বিমান অদুগী মথুংদা, থম্বাল লৈকা মথক্তা সাক্ষাৎ লক্ষ্মী দেবীনা তোংহুনা লাক্‌পদু ইন্দ্র নারদ অনীনা উরে। থম্বাল লৈকাথক্তা তোংলিবী অদু থাঙ্গেশেংবা পদ্মা কৌবী লক্ষ্মীহুনি। পদ্মালক্ষ্মীগী অকোয়বদা থোইদোক্লা নীংথিজরবী অপ্সরাশিংনা মথুং লোয় লোয়না লেপ্তুনা লৈরি। লক্ষ্মীদেবীগী মগং কীবম্‌দি-মহা অঙকপগী মশকনি। লংলবা রথ ( বিমান ) অদুগী মথক্তা ভাঙ্গোইহুনা লৈরিবী লক্ষ্মী দেবী

নক্ষত্রহারাভরণাং তাং মৌক্তিকসংস্রজম্। শ্রিয়ং দদৃশতুঃ পদ্মাং সাক্ষাৎ পদ্মতলাস্থিতাম্ ॥১৫॥
সাবরুহ্য বিমানাগ্র্যাদঙ্গনানামনুত্তমা। অভ্যাগচ্ছৎ ত্রিলোকেশং দেবর্ষিং চাপি নারদম্ ॥১৬॥
নারদানুগতঃ সাক্ষান্মঘবাং তামুপাগমৎ। কৃতাঞ্জলিপুটো দেবীং নিবেদ্যাত্মানমাত্মনা ॥১৭॥
চক্রে চানুপমাং পূজাং তস্যাশ্চাপি চ সর্ববিৎ। দেবরাজঃ শ্রিয়ং রাজন্ বাক্যং চেদমুবাচ হ ॥১৮॥

শক্র উবাচ।

কা ত্বং কেন চ কার্য্যেণ সংপ্রাপ্তা চারুহাসিনি। কুতশ্চাগম্যতে সুভ্রু গন্তব্যং ক্ব চ তে শুভে ॥১৯॥

শ্রীরুবাচ।

পুণ্যেষু ত্রিষু লোকেষু সর্বে স্থাবরজঙ্গমাঃ। মমাত্মভাবমিচ্ছন্তো যতন্তে পরমাত্মনা ॥২০॥
সাহং বৈ পঙ্কজে জাতা সূর্য্যরশ্মিবিবোধিতে। ভূত্যর্থং সর্বভূতানাং পদ্মা শ্রীঃ পদ্মমালিনী ॥২১॥
অহং লক্ষ্মীরহং ভূতিঃ শ্রীশ্চাহং বলসূদন। অহং শ্রদ্ধা চ মেধা চ সংনতির্বিজিতিঃ স্থিতিঃ ॥২২॥
অহং ধৃতিরহং সিদ্ধিরহং ত্বিড্ভূতিরেব চ। অহং স্বাহা স্বধা চৈব সংস্তুতির্নিয়তিঃ স্মৃতিঃ ॥২৩॥

অহুমকসু মশাগী মশেক্ মঙাল্লা মুমিৎমক্কী মতৌগুম্না মায়গৈ পূম্বা পূমঙাল ঙালহল্লি। অদুগা মৈগী মৈরীগী মতৌগুম্না মায়গৈ পূম্বা পূমলং লংহন্না ঙাম্থোইদুনা লৈরি। লক্ষ্মীগী কিজেৎ লৈতেং পূম্নমক থরানমিচাক্-শিংনা ঙানবগুম্না তগুপতরেংনা পূমলংলঙই। মণিমুক্তাগী পরেংনা লক্ষ্মীদেবীগী মঙকশম্দা হাইদুনা নীঙ-থিবা লৈতেং ওইরি ॥১৪—১৫॥

স্বর্গ-মর্ত্ত অনীগী মুপীশিংসিগী মমুংদা খ্বাইদগী অথোইবী লক্ষ্মীদেবীনা বিমান্ অদুগী মাঙলোমদগী কুমথরকুনা, মরোল অহুম্ব শাসন তৌরিবা ইন্দ্র অদুগা দেবর্ষি নারদ অনীগী নাক্ত চঙশিন্নকই ॥১৬॥ নারদ ইন্দ্র অনীসু কোক্ নোন্ন থুং অনী লোম্ন-লোম্ননা লক্ষ্মীরোমদা অসুম চঙশিন্নকই। মখোয় অনী থরাম্ন হুকচাংমক য়াওনা লক্ষ্মীদেবীগী পূজা স্তুতিনচিংবা তৌই। নিংথৌ! অদুগী তুংদা, লোইনা খঙলবা দেবরাজ ইন্দ্রনা লক্ষ্মীদেবীদা অসুম্না হায়রকই ॥১৭—১৮॥ খোয়রুম মীনোক্ ফজবী! নংবু কনানো? করিগী-দমক্ত অসোমদা লাকপিরিবা? পীশুম্ তাব নীংথিবী! কদোমদগী 'সোমদা লেঙবিরকলিবনো? নীঙ-থিজরবী! অসিদগী কদাইদা অমুক লেঙবিখিগদৌরিহনো? ॥১৯॥ লক্ষ্মীনা হায়:— পুণ্য চেন্নবা লোক অহুমগী অচচন্ত জীব পূম্বনা লক্ষ্মী ঐবু ফংননবা য়াম্না আশা তৌনা নোম্নরি হোৎনরি ॥২০॥

ঐ জীব পানবা পূম্নমক্ত ঐশ্বর্য্য-সম্পত্তি পীগে হায়বগীদমক্তা সূর্য্যদেবগী মঙাল ফংলগত শাংপী থম্বাল লৈনারক্তগী পোকললকপীনি। ঐগী মিং পদ্ম অদুগা পদ্মমালিনীসু কৌই ॥২১॥ লাই পূম্নমক্কী নিং-থৌ! ইন্দ্র! ঐ লক্ষ্মী হায়বীদুনি ভূতি (সম্পত্তি), শ্রী (চাওখৎপা-ফজবা) হায়বদুসু ঐহাক্নি। শ্রদ্ধা, মেধা (মচীন্থোবী বুদ্ধি). সংনতি (নীংথিনা চাওখৎপা), বিজিতি (য়েক্নববু ঙম্বা), স্থিতি (চনীঙ্ তানা লেংদনা লৈবা), ধৃতি (তপ্থবা-খাঙ হৈবা), সিদ্ধি (থবক্ পাঙথোকপা), কান্তি (মশেক মঙাল), সমৃদ্ধি (মচাক মরল চাওখৎপা), স্বাহা, স্বধা, সংস্তুতি (মীবু পেলহন্নবা লৈশি লৈথোনবা), নিয়তি (শক্ উহন্দনা মী থুদিংগী লাইবক্ত তম্বিগ্রবী) অদুগা স্মৃতি (নীঙশিংবা—কাউদনা লৈবগী শক্তি)—হায়রিবা পূম্নমক অসি

রাজ্ঞাং বিজয়মানানাং সেনাগ্রেষু ধ্বজেষু চ। নিবাসে ধর্ম্মশীলানাং স্ববিষয়েষু পরেষু চ ॥২৪॥
জিতকাশিনি শূরে চ সংগ্রামেষ্বনিবর্ত্তিনি। নিবসামি মনুষ্যেন্দ্রে সদৈব বলসূদন ॥২৫॥
ধর্ম্মনিত্যে মহাবুদ্ধৌ ব্রহ্মণ্যে সত্যবাদিনি। প্রশ্রিতে দানশীলে চ সদৈব নিবসাম্যহম্ ॥২৬॥
অসুরেষ্ববসং পূর্ব্বং সত্যধর্ম্মনিবন্ধনা। বিপরীতাংস্তু তান্ বুদ্ধ্বা ত্বয়ি বাসমরোচয়ম্ ॥২৭॥

শক্র উবাচ।

কথংবৃত্তেষু দৈত্যেষু ত্বমবাৎসীর্ব্বরাননে। দৃষ্ট্বা চ কিমিহাগাস্ত্বং হিত্বা দৈত্যদানবান্ ॥২৮॥

শ্রীরুবাচ।

স্বধর্ম্মমনুতিষ্ঠৎসু ধৈর্য্যাদচলিতেষু চ। স্বর্গমার্গাভিরামেষু সত্ত্বেষু নিরতা হ্যহম্ ॥২৯॥
দানাধ্যয়নযজ্ঞেজ্যা পিতৃদৈবতপূজনম্। গুরূণামতিথীনাঞ্চ তেষাং সত্যমবর্ত্তত ॥৩০॥
সুসংমৃষ্টগৃহাশ্চাসন্ জিতস্ত্রীকা হুতাগ্নয়ঃ। গুরুশুশ্রূষকা দান্তা ব্রহ্মণ্যাঃ সত্যবাদিনঃ ॥৩১॥

---

ঐনি—ঐহাকপুনি ॥২২—২৩॥ লান্দ জয় ওইগদৌরিবা, ওংন্নবা নিংথৌশিংগী লাম্নী মপৈগী মাঙদা য়ুংখৎলিবা, নোংমদোন্থক্ত হাইজুম'লবা কীরাস্তক্রা, পোকতৈদগী ধর্ম্মতদা মীতোন্দ লান্দবতদ পুক্নীং চঙলকপা, মহাত্মা ওইবশিংগী লৈকমদা, অদুগা অদুগুম্বা মীশক্তুনা লৈব্রিবা রাজ্য (নিংথৌ পান্‌বা লৈপাক্) অদুগা নগরশিং অদুদা ঐ লৈ ॥২৪॥ য়েক্রবশিংবু হাৎতুম্বা। মমাম্নবা য়েক্রবা উরগা লালফমদগী নীঙহন্নদবা, লালঙম্ কীরাল থেৎলবা অকনবা নিংথৌশিংগী মশাদা, ঐ মতম্ পুম্বদা লৈ ॥২৫॥ মুমিৎ খুদিং ধর্ম্মগী লমচৎত চৎপা, য়াম্না হৈশিংবা-মীতেক মীরৌ থঙবা, শঙ্ ব্রাহ্মণ লাইগুরুশিংগী ভক্ত ওইবা, সত্যবাদী (অচুম্বত ভাঙবা), দান তৌগনবা, নোল্লুকপা—মখোয়গী মশাদা ঐ তত্তুনা লৈ ॥২৬॥ অচুম্বগা ধর্ম্মগা অনী অসিনা পুন্দুনা অহানবদা ঐ দৈত্যদানবশিংগী মায়গৈদা, মখোয়গী য়ুমদা লৈরম্মি। মখোয়না ধর্ম্মদুগী ওন্না তৈনবা তৌবা হৌরকপদগী ঐ মখোয়বু থাদোক্লমত্তুনা ইন্দ্র নহক্কী লৈফম্‌দা লৈনিংহৌমা লাকপনি ॥২৭॥ ইন্দ্রনা হায়ঃ—নীঙথিবী! অহানবদা মখোয়দা লৈবিরম্বদি মখোয়না কয়ি কয়ি অকব থবক্ তৌদুম্না লৈবিরম্লিবনো? অদুগা হৌজিকনা মখোয়না কয়ি কয়ি তৌরক্তুনা মখোয়বু থাদোকপীরম্লিবনো? ॥২৮॥ লক্ষ্মীনা হায়ঃ ইন্দ্র! মশা মশাগী ধর্ম্মবু নীঙথিনা চুম্না ঙাক্তুনা, তৌরিবা থবক্তুদগী হক্‌না, থাঙ্‌বা কন্‌বগা লোয়ননা স্বর্গ কংননবগীদমক্তা মপূক্নীং থৌগৎপা, হয়াউবগা লোথননা হোৎনরিশংগী থম্মোয় হকচাংদা ঐ লৈ ॥২৯॥ অহানবদা মাদুগীদমক্তা, দৈত্য অসুরশিংনা যাগা যজ্ঞ, দান, অধ্যয়ন (শাস্ত্রবু নৈনবা) অসিনচিংবসি নিয়ম নাইনা বিধি চুম্না তৌরম্মি। মখোয়গী ইষ্টদেবশিংগী, মপামপুগী অতিথিশিংগী সেবা পূজা মতীক চানা তৌরম্মি। অমুক হায়রিবদা হোৎনদবা অচুম্ব ধর্ম্মদুম্ তত্তুনা চৎলম্মি ॥৩০॥

মখোয় অহানবদদি, ময়ুমমকৈ পুম্নমক মুমিৎ খুদিং য়াই শীত্তোক্তুনা তরু তরুনা থনম্মি। মাগী মাগী মুপীবু থম্মোয় শেংনা মুংশিবিত্তুনা মপুং ফানা মথা পোলহল্লম্মি। মুমিৎ খুদিংগী মৈগী পূজা অদুগা মৈদা মপুং ফানা হোম তৌরম্মি। মখোয় পুম্বা গুরুগী সেবাদা পুক্নীং চঙবা, ইন্দ্রিয়বু খুদুম্ চন্‌বা, ব্রাহ্মণগী মকমদা, ভক্তি লৈবা অদুগা অচুম্বা ঙাঙবা মক্ত ওইরম্মি ॥৩১॥

শ্রদ্দধানা জিতক্রোধা দানশীলানসূয়কাঃ। ভৃতপুত্রা ভৃতামাত্যা ভৃতদারা হ্যনীর্ষবঃ ॥৩২॥
অমর্ষেণ ন চান্যোন্যং স্পৃহয়ন্তে কদাচন। ন চ জাতূপতপ্যন্তি ধীরাঃ পরসমৃদ্ধিভিঃ ॥৩৩॥
দাতারঃ সংগৃহীতার আর্য্যাঃ করুণবেদিনঃ। মহাপ্রসাদা ঋজবো দৃঢ়ভক্তা জিতেন্দ্রিয়াঃ ॥৩৪॥
সংতুষ্টভৃত্যসচিবাঃ কৃতজ্ঞাঃ প্রিয়বাদিনঃ। যথার্হমানার্থকরা হ্রীনিষেধা যতব্রতাঃ ॥৩৫॥
নিত্যং পর্ব্বসু সুস্নাতাঃ স্বনুলিপ্তাঃ স্বলঙ্কৃতাঃ। উপবাসতপঃশীলাঃ প্রতীতা ব্রহ্মবাদিনঃ ॥৩৬॥
নৈনানভ্যুদিয়াৎ সূর্য্যো ন চাপ্যাসন্ প্রগেশয়াঃ। রাত্রৌ দধি চ সক্তূংশ্চ নিত্যমেব ব্যবর্জয়ন্ ॥৩৭॥
কল্যং ঘৃতং চান্ববেক্ষন্ প্রযতা ব্রহ্মবাদিনঃ। মঙ্গল্যানপি চাপশ্যন্ ব্রাহ্মণাংশ্চাপ্য পূজয়ন্ ॥৩৮॥

---

তৌরিবা—পাম্বথংলিবা থবক্শিং অচুবু য়াম্না থরায় য়াওন' খাজবগা লোয়ননা তৌরম্মি। অশাউবা, কল্লকপা মিহৌবব নম্হংলম্মি। শীজ শীথকপা দানচিংবা নীংথিনা পাওথোকলম্মি। অতোপ্পশিংগী লৈজরিবা গুণশিংগী মওংদগী দোষ পুথোক্কবা থক্ হোৎনরমদে—পাম্নরমদে। অমগী চাওথংপা অমদি মরল মথুম্ উবগা মাত্থদা থোইনা কল্লক্ মিহৌকদে। দৈত্যগী নিংথৌশিংনা অচানবদদি, মুপী অচাংবু, প্রজাশিংবু অমদি মন্ত্রীশিংবু নীংথিনা য়োক্পি থাক্পিরম্মি ॥৩২॥ মমাঙৈগী য়েংথিনরম্বচুত কাউনচুনা, লমন্ খুম্নগদবগী লুম্নচুনা থক্ লৈনরমদে, মলোম্ থম্নরমদে। মখোয় খুদিংমক্ য়াম্না পূক্চেল ওম্মি। অতোপ্পা অমগী লঙ্গম্ চাওথংপা উবগা থাজ্ঞব ঙমদমখৈ কল্লক্পচু তৌনরমদে ॥৩৩॥ প্রজাশিংদগী মকম মতম্ চানা চানা লোয়্নশাং (খাজনা) লৌখংলি, মখোয়দা অমুক্ য়েন্ বি দান তৌই। আর্য্য ঋষিশিংনা চৎনরব্বা, তৌনরব্বা আচার-বিচার অচু কায়দনা তৌনরম্মি। মীমুংশি খঙ্লম্মি, থোজাল হৈরম্মি, ঙাক্পি হৈরম্মি। অমনা অমগী অরাবা খুদোংথিবদ মতেং পাংনরম্মি। মখোয় খুদিংমক্কী মবুক্চেল অচু ঈশোং শেংলম্মি ঈ ম্চম্মি। অমগমপা য়াম্না চেৎনা, য়ৌশিন্না ভক্তি তৌনরম্মি। মখোয় খুদিংমক মাগী মাগী কা হেল্লকপা ইন্দ্রিয়শিংবু নম্হন্তু থম্ব ওম্মম্মি ॥৩৪॥

মখোয়শিংসি মচা মনাইদা মন্ত্রীশিদা য়াম্না পেন্ বিহৈরম্মি। মীগী তৌবিমল খঙ্বা অচুগা রাওঙ্ কজবমক্ত ওইরম্মি। লাক্লি লাক্লিবশিংচুবু মাগী মাগী মহৈ মশিং, মগুণগী তারম্য য়েংনা সম্মান তৌনরম্মি। অতিথি ওইনা অরাকপমখৈদা লম্মুং দান্ তৌরম্মি। ব্রত নিয়ম পুম্না ঙাক্ক চৎলম্মি ॥৩৫॥ পর্ব্বদিন খুদিংদা নীংথিনা স্নান তৌচুনা মশা পুম্বদ মনম্ মুংশিবা চন্দন তৈরম্মি—থিলম্মি। অশেংবা কজবা কীজোল শেৎলম্মি। তপস্যা তৌরম্মি, ব্রত উপবসনচিংবা নিয়ম নাইনা তৌনরম্মি। খাইমক্কী থাজনকম্ ওইনরম্মি। বেদপাঠনচিংবা নিয়ম নাইনা তৌরম্মি ॥৩৬॥ দৈত্যশিংসে অহানবদদি মুংথিন্দা মখোয় কনা অমত্ত তুম্নরমদে। নোংঙাল্ল ফাওবদা কমুংদা তুমচুনা হীপ্তুনা লৈবচু তৌনরমদে। মখোয়না তুম্মিঙৈদা মুমিং থক্ থোক্কে, হান্নবদি মুমিং থোকত্রিঙৈদা মখোয়না হান্ন হৌগৎলম্মি। অহিংদা মুমিদাংদা মখোয় কনা অমত্ত শঙ্গোম মপান্ সত্তু (য়াম্ অথীৎপা) চানরমদে ॥৩৭॥ পুংবীং ইন্দ্রিয়ান্থু মপুং কানা খুচুম চল্লম্মি। অয়ুক্ ঙন্তা মী শঙ্গোম্ নচিংবগী দর্শন তৌই। বেদপাঠ তৌই, অতোপ্ অতোপ্পা মঙ্গল ওইবা পোশক উননবা থৌ-

সদা হি যজতাং ধর্ম্ম সদা চাপ্রতিগৃহ্নতাম্। অর্দ্ধঞ্চ রাত্র্যাঃ স্বপতাং দিবা চাস্বপতাং তথা ॥৩৯॥
কৃপণানাথবৃদ্ধানাং দুর্ব্বলাতুরযোষিতাম্। দয়াং চ সংবিভাগং চ নিত্যমেবানুমোদতাম্ ॥৪০॥
এতং বিষণ্ণমুগ্ধং ভয়ার্ত্তং ব্যথিতং কৃশম্। হৃতস্বং ব্যসনার্ত্তকানাত্মাশ্বাসয়ন্তি তে ॥৪১॥
ধর্ম্মমেবানুবর্ত্তন্তে ন হিংসন্তি পরস্পরম্। অনুকূলাশ্চ কার্য্যেষু গুরুশুশ্রূষসেবিনঃ ॥৪২॥
পিতৃন্ দেবাতিথীংশ্চৈব যথাবদভ্যচ্চ্য পূজয়ন্। অবশেষাণি চাশ্নন্তি নিত্যং সত্যতপোধৃতাঃ ॥৪৩॥
নৈবেহশ্নন্তি সুসম্পন্নাঃ ন গচ্ছন্তি পরস্ত্রিয়ম্। সর্ব্বভূতেষু বর্ত্তন্তে যথাত্মনি দয়াং প্রতি ॥৪৪॥
নৈবাকাশে ন পশুষু বিযোনৌ চ ন পর্ব্বসু। ইন্দ্রিয়স্য বিসর্গং তে রোচয়ন্তি কদা ন ॥৪৫॥
নিত্যং দানং তথা দাক্ষ্যমার্জ্জবঞ্চৈব নিত্যদা। উৎসাহেঽথানহঙ্কারঃ পরমং সৌহৃদং ক্ষমা ॥৪৬॥

---

রাং তৌনৈ, ব্রাহ্মণশিংগী সেবা পূজা তৌনরম্মি ॥৩৮॥ মতম্ অয়াম্বদা ধর্ম্মগী ভত্তবু নৈনরম্মি। অতোপ্পা অমনা লমন্ শিংঙকপা ওহবা পীরকপা, হল্লকপা দান মথৈ অমত লৌনরমদে। অহিংদনা তংখাই চল্লকপা মতমতদ তুম্নরম্মি। চুংথিন্দা করা অমতনা তুম্নরমদে ॥৩৯॥ অরীকপা, চঙজকম্ লৈত্রবা, অহল্ ওইরবা, মপাঙ্গল শোল্লবা, মশা নারবা, অতুগা বিশেষ ওইনা মুপী নহাশিংগী মকমদা য়াম্না খৌজাল হৈরম্মি। হায়রিবা মীশকপিং অসিদা লম্তুম্ অচাধক্ ফিরোল দান তৌরম্মি। অসিগুম্বা অকবা খক্ পুম্বাস মী পুম্বদসু তৌ হায়না হায়জরম্মি ॥৪০॥

য়াম্না লাংতক্নরবা, অরাবা খুদোংথীবদা ভারবা, ঙীপা পাখৎলবা, মশাদা অকিবা পোল্লবা, মশাদা য়োগ (লায়না) লৈরবা, মপাঙল্ শোল্লবা, মীনা য়াম্না ওৎপ নৈবিরবা, মরল মথুম লোইনা লৌবি মুনবিরবা অতুগুম্বা মীশিংবু মখোয়গী অরাংপশিংক্ত মেনখৎপিত্তনা মখোয়বু থেমজিনবিরম্মি ॥৪১॥

মখোয়শিংসি অহানবদদি ধর্ম্মগী মরম ওইবা আচরণ ব্যবহারত চংলম্মি—তৌরম্মি। অমগমগা হিংসা তৌনরমদে। থবক্ পুম্নমক অমনা অমগী য়েথায়বা-অমতা ওইহন্নরমদে। গুরুজনশিংগী ব্রাহ্মণশিংগী সেবা পূজা তত্তনা পুক্নীং চঙনা তৌনরম্মি ॥৪২॥ প্রেতলোকত লৈরবা মপামপুগী, দেবতাশিংগী অতুগা মমুমদা খোঙ্গান্দা লেপ্পরবা অতিথিশিংগী মতীক চানা চানা সেবা পূজা তৌরম্মি। মখোয়শিংসিবু পীজ পীথকপ্পা লেমহৌবা শরুক অতু মহাপ্রসাদগী মতৌগুম্বা চায়। মখোয় খুদিংমক সত্যবাদী (অচুম্বত ভাঙবা) অমসুং তপস্যা কনবা মীশকনক্ত ওইরম্মি ॥৪৩॥ মখোয় খুদিংমক, মী উতন্দনা অহাঙ্ত জথুসু মত্তোমত্ত চাদে। অতিথিনচিংবা অতোপ অতোপ্পশিংবু হায় পীজথোকপগা অরেম্বা শরুক্তু মখোয়না হন্নাউনা চায়। অতোপ্পগী লোল্লনরীশিংদা লোম্না থুম্না থক চঙভু খোৎলুদে। জীব পুম্বা মখোয়গা অক্ষানি হায়না থন্দোকুনা জীব অতৈ অতৈবু য়াম্না নুংশিনা তৌরম্মি, থনম্মি ॥৪৪॥ আকাশদা হায়বদি অহাঙবা মফমদা, শা-শলনচিংবদা, যোনিগী ওয় তৈনবদা, হায়রবদি যোনি নত্তবদা অতুগা লাংগী পর্ব্বদিন থোকপা মুনিত্ত বীর্য্যবু অরেম্বদা থক ভাহন্দে। অতুম্না বীর্য্যবু ভাহনখিবসি শক্কা নত্তে ॥৪৫॥ নুমিৎ খুদিংগী অভম অভম্বা দান থম্ম থম তৌবা, য়াম্না মীৎ শিংবা, পুকচেল থোয়দবা, ঙাতং তিবা, মশানা মশাবু পুক্নীং খোগৎপা, থৌনাফবা, নাপল খোয়বনচিংবা কল্লিমত লৈনদবা. অমগমগা য়ায় নুংশিনবা মীগী অকনবা অশোয়বা ভাক্পিইবা, অচুম্ব

সত্যং দানং তপঃ শৌচং কারুণ্যং বাগনিষ্ঠুরা। মিত্রেষু চানভিদ্রোহঃ সর্ব্বং তেষ্বভবৎ প্রভো ॥৪৭॥
নিদ্রা তন্দ্রিরসম্প্রীতিরসূয়াথানবেক্ষতা। অরতিশ্চ বিষাদশ্চ স্পৃহা চাপ্যবিশন্ ন তান্ ॥৪৮॥
সাহমেবং গুণেষ্বেষু দানবেষ্ববসং পুরা। প্রজাসর্গমুপাদায় নৈকং যুগবিপর্য্যয়ম্ ॥৪৯॥
ততঃ কালবিপর্য্যাসে তেষাং গুণবিপর্য্যয়াৎ। অপশ্যং নির্গতং ধর্ম্মং কামক্রোধবশাত্মনাম্ ॥৫০॥
প্রভাসদাং চ বৃদ্ধানাং সতাং কথয়তাং কথাঃ। প্রাহসন্নভ্যসূয়ংশ্চ সর্ব্বান্ বৃদ্ধান্ গুণাবরাঃ ॥৫১॥
যুবানশ্চ সমাসীনা বৃদ্ধানপি গতান্ সতঃ। নাভ্যুত্থানাভিবাদাভ্যাং যথাপূর্ব্বমপূজয়ন্ ॥৫২॥
বর্ত্তয়ন্ত্যেব পিতরি পুত্রাঃ প্রভবতে তথা। অমিত্রভৃত্যতাং প্রাপ্য খ্যাপয়ন্তো ন পত্রপাঃ ॥৫৩॥
তথা ধর্ম্মাদপেতেন কর্ম্মণা গর্হিতেন যে। মহতঃ প্রাপ্নুবন্ত্যর্থাংস্তেষাং তত্রাভবৎ স্পৃহা ॥৫৪॥
উচ্চৈশ্চাপ্যবদন্ রাত্রৌ নীচৈস্তত্রাগ্নিরজ্বলৎ। পুত্রাঃ পিতৄনত্যচরন্ নার্য্যশ্চাত্যচরন্ পতীন্ ॥৫৫॥

---

ঙাওবা, পীজ পীথক হৈবা, তপস্যা তৌবা লাইনিংবা তপস্যা তৌবা, অশেং অঙাং য়াম্না থায়বা, মুংশি মুংঙেনবা, য়াঙাও য়াতা য়াহৈ য়াম্না থেংপা, মরুপত বিশ্বাসঘাত তৌদবা, মরুপকী মাঙননবা থক তৌদব—হায়রিবা অকবা গুণ পুম্নমক অসি দৈত্যদানবশিংগী মশাদা য়াম্না লেঙদনা লৈরম্মি ॥৪৬—৪৭॥

উম্ননিং শানিংবা, তনবা, পেনগন্দবা, মীগী কত্তবা দোষত ময়েংবা, তুংমাঙ থন্দবা, ঈর্ষাগত শাউদুনা লৈহনবা, পঙরাত রাগনবা—অসিনচিবা দোষশিং অসি মমখোয়গী মশাদা করিমত য়াওনরমদে ॥৪৮॥ সৃষ্টিগী মতম্‌দগী গুণ পুম্নমক্‌ অসি দৈত্যদানবশিংগী মশাদা য়াওরম্বনা যুগ কয়াদগী লক্ষ্মী ঐ মখোয়গী মশাদা লৈরক্নি ॥৪৯॥ অদুবু মতমগী খোংচৎ মতুং ইন্না হায়রিবশিংসিগী গুণ তৈনবা থবকমক্ত তৌনরক্লে মতুংদা ঐনা অমুমসুম, য়েংলকপদা মখোয়গী মশাদা ধর্ম্মগী লেশ মাত্র য়াওরকত্রে। মখোয় পুম্বা অপাম্বা অশাউবগী মথা পোল্লরকলে ॥৫০॥

সভাদা কপ্লিবা কনা কনাগুম্বা জ্ঞানী ওইরবা অহল্লা, হৌগত্তুনা করিগুম্বা অমা ভাঙজ হায়জরকপদা মগুণ করিমু লৈতবা দৈত্য অমনা অহল অতুগী দোষ খিদুনা, অহলদুবু ঈকাইবা পীগদবগী থুবাক্‌ থুদুনা নোকপা হৌরকই ॥৫১॥ দৈত্যশিং অসে মমাঙৈদদি অহল লমন্‌ লাক্লগা য়াংলবা কক্ষম থক্ত কম্ম-ম্নমত্ম হৌগত্তুনা তরাম তরাম বাবহার তৌরম্বনি। অদুবু হৌজিক্তি অহল লমন লাক্লগা থুরুম্বদি হায়রুরমু. কক্ষমদগী লেঙকাও লেপ্‌দে, কৌকাও কৌবিদে ॥৫২॥ মপা লৈন লৈনা, মচানা মমগী হর্ত্তা কর্ত্তা ওইদুনা মপাবু লৈখা তাহন্ন উশিত্তুনা থম্মি। মমান্নবনা আক্রমণ তৌরক্লগা, মমান্নবা য়েক্নবশিংদুগী মী-নাইগুম মখোয়দা মথুং লোয়ন্তুনা সেবা তৌই—হায়বদি ঈকায়ব থঙদনা লৈজব পুম্বা পীথোক্তুনা য়েক্নবা শিংদুগী মমাঙদা মথুং লোয়ন্তুনা চপ চপ লেপ্লি ॥৫৩॥ ধর্ম্মগী গুন্ন তৈনবা থবক্‌ তৌদুনা নত্তবা উপায়না হিংসাগী থবক্না মীগী মরল্‌ মথুম্‌ মুন্দুনা পৈশা তাল্লি, মরল শাগৎলি। নোংমকাদোক্ত নত্তনা অয়ুক্না লল্‌ তানবসিনা মখোয়গী ব্যবহার ওইনরকলে। অদোমদত মখৌ মখৌগুম পুরুষ চঙনরক্লে ॥৫৪॥

দৈত্যশিং অসি য়াচঙবদা অহিংদা তুমিন্‌ তুমিন্‌ লৈনগদবা মতমদা খোঞ্জেল হৌনা হৌয়া লাউখোংতি নোক্‌-লথ। মমিংত ওইনমবা হোম তৌই। যজ্ঞকুণ্ডদা মৈনা মৈয়ী খোক্তুনা মুংলি মুংলি চাক্তুনা লৈ।

মাতরং পিতরং বৃদ্ধমাচার্য্যমতিথিং গুরুম্। গুরুবচ্চাভ্যনন্দন্ত কুমারান্ নান্ব পালয়ন্ ॥৫৬॥
ভিক্ষাং বলিমদত্ত্বা চ স্বয়মন্নানি ভুঞ্জতে। অনিষ্ট্বা সংবিভজ্যাথ পিতৃদেবাতিথীন্ গুরূন্ ॥৫৭॥
ন শৌচমনুরুধ্যন্ত তেষাং সূদজনাস্তথা। মনসা কর্ম্মণা বাচা ভক্ষ্যমাসীদনাবৃতম্ ॥৫৮॥
বিপ্রকীর্ণানি ধান্যানি কাকমূষিকভোজনম্। অপাবৃতং পয়োঽতিষ্ঠদুচ্ছিষ্টাশ্চাস্পৃশন্ ঘৃতম্ ॥৫৯॥
কুদ্দালং দাত্রপিটকং প্রকীর্ণং কাংস্যভাজনম্। দ্রব্যোপকরণং সর্বং নান্ববৈক্ষৎ কুটুম্বিনী ॥৬০॥
প্রাকারাগারবিধ্বংসান্ ন স্ম তে প্রতি কুর্ব্বতে। নাদ্রিয়ন্তে পশূন্ বদ্ধ্বা যবসেনোদকেন চ ॥৬১॥
বালানাং প্রেক্ষমাণানাং স্বয়ং ভক্ষ্যমভক্ষয়ন্। তথা ভৃত্যজনং সর্ব্বমসংতর্প্য চ দানবাঃ ॥৬২॥
পায়সং কৃসরং মাংসমপূপানথ শষ্কুলীঃ। অপাচয়ন্নাত্মনেঽর্থং বৃথামাংসান্যভক্ষয়ন্ ।৬৩।

---

মমা মপাদা অত্যাচার তৌবত্তা নত্তনা মীগী নুপী-নহাশিংদা, অদুগা নুপীশিংদুগী মপুরোয়বশিংদা হায়নঙাই লৈত্তনা অত্যাচার তৌনরকে ॥৫৫॥ লাই-গুরু, অহল লমন হায়বসিদি গুরুমক্তি, গুরুগী মনুং চল্লিবনি। মাসি থত্তম খত্তনা গুরুজনশিং অদুবু তরাম তরাম তৌদে; অহোইনদুম উশিং থোওইদে। মচা মশূশিংবু মহৈ মশিং তম্বিগনি, য়োক্-থাকনি হায়বগীসু থাইদোক্না থম্ককত্রে ॥৫৬॥ দেবতাশিং মপা-মপুশিং গুরুজনশিং অতিথিশিংবু হান্না লাত্তনা— মখোয়গী সেবা পূজা হান্না তৌদনা দৈত্যশিংনা অহাও অথুম্ অচা অথক্লশিং অদু মখোয়না হান্না চাখোক্ই ॥৫৭॥ দৈত্যশিংসু অদুগা মখোয়গী থোঙ থাক্লিবা পূজারিশিং অদুসু চাহৈবা, চাহৈদবগী, অশেং অমাংগী আচার বিচার করিমত্তা তৌনরক্ত্রে। চান-থক্লবা পোচ্চেশিং অদুসু অহাঙ্বা মফমদা মথুম্ হাংদোক্তুনা অদুম থনমগা চংনখি। শা-ঙাদোনা হল্লক্লিংবা মতমদা হঙ্গিল্লক্লগা মখোঙ মথুং হান্দনা অদুম মচায় ॥৫৮॥ ঈমুংদা শূমাং মাঙ্গোন্দা কৌ-চেং, মরু মরাং, হন্নাই-চেংরাই অদু পূমচায় চায়-মা তাহন্নুনা মোত্তাই সুদাইননা অদুম্ মপৈ। মুমগী অকোয়বদা য়েথাং, থাবৈ-চেগপনচিংবা পূনচায় চায়না তাহনা লৈবদু লোইশিন্ খোমজিন্দনা অদুম মরৈ। শঙ্গোম্নচিংবদু মথুম থুমজিন্দনা অদুম মথম্মি। অদুগা লাক্লগা অমাংবা মথুত্তুনা লৌরগা কোংবল কোংবলগা অদুম মচায় ॥৫৯॥ মুমগী নুপী-নহাশিংদুনসু পুথম্-তেঙ্গোংনচিংবা কোল্লীকশিংদু চামথোক্ খোত্তোক্পা অদুগা লোইশিন খোমজিনবসু তৌদে ॥৬০॥ মখোয়গী খুল্ নগর পূম্নমক্কী চেকপ ফুরা দালান লোহনা কিন্দুনা লৈরে। অদুবু মখোয়না থোইনা নীংশঙ্গুদে। শেমজিন খোত্তনগে থল্লুদে। দৈত্যশিংনা শা শন্নচিংবা ময়ুম ময়ুমদা পুনশিন্দুনদি য়োকই। অদুবু শঙ্গীক, দানা, ঈশিংনচিংবা পীজ পীথক্তুনা নীঙথিনা সেবা পূজাদি থক্ তৌনদে ॥৬১॥ মচা মশূ অঙাংশিংনদি চাগদবগী বায়া আশা তৌনা পুথম্ ফমদুনা মতীন য়োত্তুনা ঙাইদুনা লৈরি। অদুগা মখোয়দি অঙাং-শিং অদুদা হয় য়েংদনা চখোম-চখোম দুর্ক্চিল্লি। মনাই মশল্ অদুগা মচা মশূনুপী অঙাংনচিংবা পরিবার-নচিংবশিং অদুদুদি চরাম চত্তংননা থমলপা মখোয়দি মপূক্ পেন্ন পেন্না চাখোকই। অঙাং নুপীশিংদুনা চপৌ য়েংদুনা লৈ ॥৬ ॥ ক্ষীর, পুরী, পুরা, খিচরিনচিংবা হাউব হাউববা অচাথকশিং মখোয় মশা মশাগী চাননবগীদমক্ত খোংতি-থাকই। অদুনা কনা অমতবু মখোয়না পীজনীংব লৈতে। অদুনা, মথুংনা খোং থাক্লিবদু মখোয় মাথাদগীঙ থোংলিবনি হায়না খন্দোক্তুনা থোংলিবমিনা, মখোয়না থোংলি থাক্লিবদু অরেপ্পা

উৎস্বর্য্যশায়িনশ্চাসন্ সর্ব্বে চাসন্ প্রগে নিশাঃ। অবর্ত্তন্ কলহাশ্চাত্র দিবারাত্রং গৃহে গৃহে।৬৪॥
অনাধ্যশ্চার্য্যমাসীনং পর্য্যুপাসন্ন তত্র হ। আশ্রমস্থান্ বিধর্ম্মস্থাঃ প্রাদ্বিষন্ত পরস্পরম্ ॥৬৫॥
স স্কারশ্চাভ্যবর্ত্তন্ত ন চ শৌচমবর্ত্তত। যে চ বেদবিদো বিপ্রা বিস্পষ্টমনৃচশ্চ যে ॥৬৬॥
নিরন্তরবিশেষাস্তে বহুমানাবমানয়োঃ। হারমভারণং বেষং গতং স্থিতমবেক্ষিতম্ ॥৬৭॥
অসেবন্ত ভুজিষ্যা বৈ দুর্জনাচরিতং বিধিম্। স্ত্রিয়ঃ পুরুষবেষেণ পুংস স্ত্রীবেষধারিণঃ ॥৬৮॥
ক্রীড়ারতিবিহারেষু পরাং মুদমবাপ্নুবন্। প্রভবং ত্তঃ পুরাদায়ানর্হেভ্যঃ প্রতিপাদিতান্। ৬৯॥
নাভ্যবর্ত্তন্ত নাস্তিক্যাৎ বর্ত্তন্তঃ সম্ভবেষ্বপি। মিত্রেণাভ্যর্থিতং মিত্রমর্থসংসক্তিতে ক্বচিৎ ॥৭০॥

য়াননবা থোক্লবনি। অয়েম্বদা মাংস ( শদূম্ ) নচিংবতু চাহুনা লৈরে ॥৬৩॥ অহিং তুংথিলদদি পীক্থম চাশিল্লবনিনা, তুমিৎ থোকত্রিয়থৈ হৌত্রে। অয়ুক্পু মথোয় অহুনা অহিংগুম্বনি হায়না লৌই। মথোয়গী ঈমুং থুদিংদা তুমিৎ চুপ্পা থৎনসৈনবগী য়াক্লবা খোঙ্গেলত মতাই ॥৬৪॥ দৈত্যদাবনশিংগী য়ুম্ থুদিংদা অনার্য্য শিংনা মপৈ মপৈনা, লৈরবনিনা মফম্ অহুদা আর্য্যশিং কনা অমতনা চঙ্বিরকত্রে। চঙলবসু আর্য্যশিংহুগী সেবা পূজা করিমত তৌবিত্রে। অধর্ম্মগী থবক্তদা পূক্লীং চঙবা ওইশ্রবনা দৈত্যশিংসিনা আশ্রমদা লৈরিবা মহাত্মাশিং কাওববু কল্লকুই ॥৬৫॥ মথোয়গী ময়ুম ময়ুমদা বর্ণ সংকর ভাক্ত পোক্লরকলে। পতিব্রতা ওইবী সতী ওইবী তুপী অমত য়াওনরকত্রে। বেদবু হৈবনি খঙবনি হায়রিবা ব্রাহ্মণশিং অহুসু বেদগী মন্ত্র অমতবু নীঙথি তুঙাইনা থীব শক্পা ঙম্রদ্রে। দৈত্যশিংগী মহুংদা কদায়না ব্রাহ্মণ কদায়না ব্রাহ্মণ নত্তবা, মফম্ অমত থঙনরক্ত্রে। মথোয়গী মরক্তা মান অপ মাননচিংবা তৌনরকপদা অমত্ত খেনবা লৈরকত্রে ॥৬৬॥ দৈত্যশিংগী য়ুমশিংদা লৈরিবা য়ুমগী থবক্ থানা তৌবী, মীনায়ম্নবীশিং অহু য়াম্না পূক্লীং হুনলবগী মশক্ ওইবা লীকোল, ফিজেৎ লৈতে, শেৎ চাহুনা লৈ। মরমচৎ ফজদবী ঙক্তবা তুপীশংগী মতৌওম্ব। শাজৎ চৎলি। নিপানহা অমদমদা লোম্না মীৎনা হেক্ হেক্ য়েংঙি। অফংবা নিপানহাগা ঙক্তবীগী থবক্সু হেক্ হেক্ তৌই। মথোয়গা শন্নথোৎনবিবাশং অহুসু মরমমচৎ থীরবা ঙাক্তনি ॥ ৬৭॥০ ॥ হেদো হেন্নাক্তি কাহুনা শান্ন খোৎনবা মতমদা তুপীনা নিপাগী ফিজেৎ, নিপানা তুপীগী ফিজেৎ লৈত্তেং শেৎ চাহুনা শান্নমিন্নৈ, শন্ন খোৎনৈ। মাহুদা মথোয় মশেল য়াম্না পেম্নৈ, তুংঙাহনৈ ॥ ৬৮॥০ ॥

মমাঙৈগী দৈত্যদানবশিংগী মপামপু অহল লমনশিংনা ব্রাহ্মণশিংদা দান ওইনা মনারো কয়া কয়া লোইপোৎ হাদনা পীরাম্ম। মাহু হৌজিক্ত দৈত্যদানব কনা অমতনা পীবিদ্রে। মথোয় অয়াম্বা নাস্তিক ওইরকলে। অত্তোপ অত্তোপ্ম থবক্ তৌংনা মাদ্না মথোয়গী জীবিকা ভানৃব ঙম্নকাওরদা, ব্রাহ্মণশিংদা মপামপুনা মনারো ওনো পীরম্বহুবু মথোয়না মুন্দুনা অমুক্ লৌশন্দুনা, মাহুনা মথোয়গী জীবিকা ওইনরে। অহুদগী ব্রাহ্মণশং অহুসু উপায় লৈতহুনা, মথোয়না তৌরোইদোবা থবক্ ভাক্ত তৌহুনা জীবিকা ভান্নরকলে ॥ ৬৯॥০ ॥ শেল্ থুম্গী লল্গী মরমদা কার চিংনবা থৎনবা অমা লাক্লবদে থোক্লবাদ, হায়বদি লল্ অহুগী থাঙ্গেশেংবা মপু কনা হায়না থাগৎনরক্লবদি, লল্হুগী মপু ওইহুনা লৈরিবা মহাক্ অহুনা, বিচারশঙ্গা লল্ অসিভবু এগী থাঙ্গেশেংবনি হায়নতবু তারক্লবদি, 'নংন পীযু হায়বত পীগনি' হায়না, মা

বালকোট্যগ্রমাত্রেণ স্বার্থেনাত্মন তৎ যন্থ। পরস্বাদানরুচায়া বিপণ্যব্যবহারিণঃ ।।৭১।।
অদৃশ্যন্ত হ্যবর্ণেষু শূদ্রাশ্চাপি তপোধনাঃ। অধীয়তেঽব্রতাঃ কেচিৎ বৃথাব্রতমথাপরে ।।৭২।।
অশুশ্রূষুর্গুরোঃ শিষ্যঃ কশ্চিচ্ছিষ্যসখো গুরুঃ। পিতা চৈব জনিত্রী চ শ্রান্তৌ বৃত্তোৎসবাবিব ।।৭৩।।
অপ্রভুত্বে স্থিতৌ বৃদ্ধাবন্নং প্রার্থয়তঃ সুতান্। তত্র বেদবিদঃ প্রাজ্ঞা গাম্ভীর্যে সাগরোপমাঃ। ৭৪।।
কৃষ্যাদিষু ভবন্ সক্তা মূর্খাঃ শ্রাদ্ধান্যভুঞ্জত। প্রাতঃ প্রাতশ্চ সপ্রশ্নং কল্পনং প্রেষণক্রিয়াঃ ।।৭৫।।
শিষ্যানপ্রহিতাস্তেষামকুর্বন্ গুরবঃ স্বয়ম্। শ্বশ্রূশ্বশুরয়োরগ্রে বধূঃ প্রেষ্যানশাসত ।।৭৬।।
অন্বশাসচ্চ ভর্তারং সমাহূয়া বিজল্পতি। প্রযত্নেনাপি চারক্ষচ্চিত্তং পুত্রস্য বৈ পিতা ।।৭৭।।
ব্যভজচ্চাপি সংরম্ভাৎ দুঃখবাসং তথাবসৎ। অগ্নিদাহেন চৌরৈর্বা রাজভির্বা হৃতং ধনম্ ।।৭৮।।

পুবিরিবা মরূপ অদুদা নত্ত্রগা কর্মচারীদুদা পৈশা মনম মনম্ চৎশিন্দুনা, মাগী হান্না লৈজরম্লিবা মরল অদু লোইনা খুমহল্লি। মরূপনি হায়রিবদুনসু, নাগী শমুম নামগী মতোনমুক্ত পীরুবা স্বার্থগীদমক্ মাগী মরূপ শেলবু অদুগী মরল্ অদু লোইনা ভস্ম ওইহল্লি ॥ ৭০॥০ ॥

দানবশিংগী লৈপাক্তা লৈরিবা ব্যাপারী লল্লোল ইতিক তৌরিবা মখোয়দু অতোপ্পশিংগী মরলবু তুম্ন লৌখোক খোস্তোকদবগী, ঠক (থোক) তৌদুনা মূনগদবগী রাখনত খন্দুনা লৈ। ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয় বৈশ্যশিংগী মরক্তা য়াওশিন্দুনা শূদ্রসু তপস্বী, যোগী, সন্ন্যাসী শাশিন্নৈ। ॥ ৭ ॥০ ॥ ব্রহ্মচর্য্য পালন তৌদবা মী খরনসু বেদ তম্মি। অদুগা খরনা অরেম্বদা, করিসু কান্নদবদা, য়াওদবা, বৈদিক ওইদবা ব্রত উপাসনা-নচিংবা, মপাম্বোংদা তৌনরি ॥৭২॥ শিষ্যশিংনা গুরুগী সেবা তৌনিংডকত্রে। অদুগা কনা কনাগুম্বা গুরু (ওঝা) শিংদি মখোয়গী শিষ্য (ছাত্র) শিংবু চান্নবা মরূপ মপাংদোনা খৌগাক নাইদনা, নখোও নখুৎ শোক্ত থেংননা লোইনৈ। মমা মপানা অহল ওইরক্লবদা, মমগী করিগুম্বা পোত্তা মখুৎ থিংজিন্বা য়ারকত্রবদা, মচাশিংদা খুৎ লোম্নদুনা অচাথক্ নিরি ॥ ৭৩॥০ ॥ দৈত্যদানবকী লৈবাক্তা, বেদ খংবা হৈব জ্ঞানী ওইবা, সমুদ্রগী মতৌগুম্না ঈংবা, চীং লেম্বা মখোয়দুনা লৌউ শিংডুবগী থবক্ তৌবা হৌরকলে। অদুগা মূর্খশিংনা শ্রাদ্ধগী পিণ্ডদান অথুম্ অহাওনচিংবা চাবা হৌরক্লে ॥ ৭৪॥০ ॥ ওঝা গুরু ওইরিবশিংদুনা, সুমিৎ খুদিংগী অয়ুক্তা শিষ্যশিংদা—"নখোয় মুংঙাইরিদনা, অনায়েক য়াওদেদনা···" অসিনচিংবা হায়দুনা হংদুনা তরাম তরামনা মাগী মাগী শিষ্য (ছাত্র) শিংদা ব্যবহার তৌরুরি। অদুদগী হেন্দোকুনা, শিষ্যশিংবু নীংথিনা কীজোম্ন লৈত্তেংবি। অদুগা ওঝা গুরুশিংদুনা তৌগেসু হায়রুদন। শিষ্যশিংনা মাগী মাগী গুরুশিংবু দূত (পাউবুবা) গী মশক্ ওইনা অতোপ্প মকম্ অমদা পাখোল শীরি। ওঝানা গুরুনা ছাত্রশিংগী মীনায়গুম থবক্ তৌরি ॥৭৫॥

মমৌনা মকু মনেমগী মাঙমক্তদা মনাই মশন্দা য়াথং পীরি, পাখোল্ শীরি। অমুক্ করি হায়গনি; মপুরোইব কাওবদা পাখোল্ শীরি, য়াথং তাউথরি। মনেম্ মকুগী মমাংমক্তদা মপুরোয়বতু কৌথোক্লগা য়ারী শারী ॥ ৭৬॥০ ॥ মপানা মচাগী পুক্নীংবু য়াম্না কাজিন্বা থেম্জিনবা হোৎনরি। মচাশিংবু কিমনপ্রদুনা লৌরী ইথোল্ মরল মথুসু মখোয়দা য়েন্দুনা পীথোক্লগা মপানা য়ানা চানীংই লৈতদুনা মতম্ লেপ্লি ॥৭৭॥ কান্নবত

দৃষ্ট্বা দেবাং প্রাহসন্তস্তস্তং সপ্তাবিতথাপি । কৃতঘ্না নাস্তিকা পাপা গুরুদারাভিমর্শিনঃ ॥৭৯॥
অভক্ষ্যভক্ষণরতা নির্মর্য্যাদা হতত্বিষঃ । তেষেবমাসীনাচারানাচারংস্তু বিপর্য্যয়ে ॥৮০॥
নাহং দেবেন্দ্র বৎস্যামি দানবেষ্বিতি মে মতিঃ । তস্মাৎ স্বয়মনুপ্রাপ্তামভিনন্দ শচীপতে ॥৮১॥
ত্বয়ার্চিতাং মাং দেবেশ পুরোধাস্যন্তি দেবতাঃ । যত্রাহং তত্র সংক্রান্তা অধিশিষ্ট মদর্পণাঃ ॥৮২॥
সপ্তদেব্যো জয়াষ্টম্যো বাসংমেষ্যন্তি তেহষ্টধা । আশা শ্রদ্ধা ধৃতিঃ শান্তির্বিজিতিঃ সংনতিঃ ক্ষমা ॥৮৩॥
অষ্টমোবৃত্তিরেতাসাং পুরোগা পাকশাসন । তাশ্চাহং চাসুরান্ ত্যক্ত্বা যুষ্মদ্বিষয়মাগতা ॥৮৪॥
ত্রিদশেষু নিবৎস্যামো ধর্ম্মনিষ্ঠান্তরাত্মসু । ইত্যুক্তবচনাং দেবীং প্রীত্যর্থং চ ননন্দতুঃ ॥৮৫॥
নারদশ্চাত্র দেবর্ষির্বৃত্রহন্তা চ বাসবঃ । ততোহনলসখো বায়ুঃ প্রববৌ দেববেশ্মসু ॥৮৬॥
ইষ্টগন্ধঃ সুখস্পর্শঃ সর্ব্বেন্দ্রিয়সুখাবহঃ । শুচৌ চাভ্যর্চ্চিতে দেশে ত্রিদশাঃ প্রায়শঃ স্থিতাঃ ॥৮৭॥

খনুবা, চায়প্রবা মরূপশি হায়বদুনা মাগী মরূপকী লৈকোক্ লৈকাইগী যুমহুবু মৈনা চাকখেক্প্রবা অদুগা হুয়ানবনা লোইনা পুথ্রবা থুদেক্লম্বহু উরগা, মঙ্গুং মনুংদা কল্লক্ পেরম্মি করেম্মি ॥৭৮॥ ॥ অদুনা হৌজিক্কি দৈত্যশিং অসে তৌবিমল খঙদবা নাস্তিক, মহাপাপী ওঝা গুরুগী লোয়নবীগী কৌজিকৌনা নেংপামক্ত ওই-নরক্রে। চাবা হৌনদবা পোচ্চে ভাক্ত চায়রক্রে। শাস্ত্রদা তাক্পা ধর্ম্মগী মান মর্য্যাদা পূম্বা থুগাইদুনা মাদা মানা থোক্পা আচরণ ব্যবহার মক্ত চৎনরক্রে। অদুনা মথোয়গী মশাপূম্বা কুচু কুমেন্ অমত থোকত্রে, অশিবা ফংনা মশক্ থীজিল্লক্রে ॥ ৭৯॥০ ॥ অদুনা, ইন্দ্র। ধর্ম্মগী লমচৎ ব্যবহার পূম্বা হেক্ থাদোক্পা হৌ-রক্লদগী ঐ মথোয়গী নাক্ত লৈরম্মোই হায়বসি পূরুীংদা হায়দগী লেপ্তুনা লৈরবনি ॥ ৮ ॥০ ॥

লাই পূম্মমক্কী নিংথৌ। শচীপতি। হায়ব্রিবা পূম্মমকসিনা মরম্ ওইদুনা, ইন্দ্র নহাক্কীদ ঐ লৈগে হায়-দুনা লাক্লিবনি। নহাক্ হয়াও হয়াওনা ঐবু ওকৃউ। নহাক্না ঐবু তরাম্ তরাম্না নোমুক্না শমবদি অতৈ দেবতা লৈরিবা পূম্মমকসিনা মরাইনা পূজা তৌজনি ॥ ৮১॥০ ॥ পাক শাসন। ইন্দ্র। ঐনা লৈবা মফমদা অতৈ লাইরেম্বী তরেৎ অমসু লৈগনি, তরেৎ অসিগী লুচিংবী জয়া কৌবী মহাকসু তরেৎসিগা লোয়ননা লৈগনি। লায়রিবী লাইরেম্বী নিপান অসি য়াম্না মতীক মগুণ চাউবী, অথোইবী মক্তনি। ঐডোন্দগী-মক্সু অহেনবী মক্তনি। মথোয় অসি ঐডোন্দা মশা মশা কথোকপ্রবী ড্রাক্তনি ॥ ৮২॥০ ॥ পাক কৌবা হিংচাববু ওম্বা। পাক শাসন ! লাইরেম্বীশিং অদুগী মমিংদি ঃ – আশা, শ্রদ্ধো, ধৃতি, শান্তি, বিজিতি, সং-নতি, ক্ষমা, অদুগা নিপানুনগুবী লুচিংবী জয়া—নিপান্ অসিনি ॥৮৩॥ লাইরেম্বী নিপান অসি ঐগা লোয়ননা নহাকীদা লৈগে হায়দুনা লাক্লি। ঐথোয় দৈত্যদানবশিং অদুবু থাদোক্লমদুনা নংগীদা লাকখ্রবনি। লাইশিংগী অন্তরাত্মাদি ধর্ম্মতদা মমায় ওনশিন্দুনা লৈরিবনি। অদুনা, ঐথোয় নহাকীদা লৈগে হায়দুনা লাক্রবনি ॥ ৮৪॥০ ॥ ভীষ্মনা হায় ঃ—লক্ষ্মীদেবীনা অসুম্না হায়রক্লবদা, ইন্দ্রগা নারদগা অনীমা য়াম্না হয়াউনা লক্ষ্মীদেবীবু স্বাগত তৌখি ॥ ৮৫॥০ ॥ লক্ষ্মী দেবীনা ইন্দ্রগীদা লাকপা তুমিং তুমক্তদা লাইরেম্বাকী লয়ীমা পুক্কীং হুনা মরম্ হুংশিন্নবা, শোক্প থেংবতদা হুংডাইবা পোক্লবা, অগ্নিদেবকী মরূপ্ ওইনা হুংশিংগু, তক্কী-শীংলাক্লি ॥৮৬॥ থোইদোক্লা শেংলবা, পুক্কীংদা থোক্কদারবা লমদম অদুদা, লক্ষ্মীদেবীগা লোয়ননা লৈরিবা-

চ,স্বাগ্নিহোত্রমাসীনং বয়ানন্তং দ্বিজন্মভিঃ ॥৮৮॥

ততো দিব্য প্রাপ্য সংহৃষ্টলোচনঃ প্রিয়োপপন্নঃ সুহৃদা সহর্ষিণা। রথেন হর্য্যশ্বযুজা সুবর্চ্চসঃ সুরঃ সুরাণাম্ ভিসংকৃতো যযৌ ॥৮৯

অথোক্ষিতং বজ্রধরস্য নারদঃ শ্রিয়শ্চক্রেণ্যা মনসা বিচারয়ন্। শ্রিয়ৈ শশংসামরদৃষ্টপৌরুষঃ শিবেন তত্রাগমনং মহর্ষিভিঃ ॥৯০॥

ততো হমৃতং .দ্যৌঃ প্রববর্ষ ভাস্বতী পিতামহস্যা যতনে স্বয়ম্ভুবঃ। অনাহতা দুন্দুভয়োহথনেদিরে তথা প্রসন্নাশ্চ দিশশ্চকাশিরে ॥৯১॥

যথর্ত্তুশস্যেষু ববর্ষ বাসবোর্নধর্ম্মমাগাৎ বিচচাল কশ্চন। অনেকরত্নাকরভূষণা চ ভূঃ সুঘোষা ঘোষা ভুবনৌকসাং জয়ে ॥৯২॥

ক্রিয়াভিরাম্যা মনুজা মনস্বিনো বভুঃশুভে পুণ্যকৃতাং পথিস্থিতাঃ। নরামরাঃ কিন্নরযক্ষরাক্ষসাঃ সমৃদ্ধিমন্তঃ সুমনস্বিনোহভবন্ ॥৯৩॥

ন জাত্বকালে কুসুমং কুতঃ ফলং পপাত বৃক্ষাৎপবনেরিতাদপি। রসপ্রদাঃ কামদুঘাশ্চ ধেনবো ন দারণা বাগ্বিচচার কস্যচিৎ ॥৯৪॥

ইমাং সপর্য্যাং সহ সর্ব্বকামদৈঃ শ্রিয়াশ্চ শক্রপ্রমুখৈশ্চ দৈবতৈঃ। পঠন্তি যে বিপ্রসদঃ সমাগতাঃ সমৃদ্ধকামাঃ শ্রিয়মাপ্নুবন্তি তে। ৯৫

---

ইন্দ্রগী দর্শন তৌগে হায়বগীদমক্ দেবতাশিংসু থুংওরে ॥৮৭—৮৮॥ অদুগী তুংদা মমীং মিশিং অমা পান্বা দেবতা পুম্নমক্কী অথোইবা, ইন্দ্রনা লক্ষ্মীদেবী অদুগা মন্নপ মহর্ষি নারদগা লোয়ননা অশংবা শগোলম্না চিংলবা, রথ মথক্তা তোংদুনা স্বর্গলোক্কী কোম্নুং অমরাবতীদা লাকই। স্বর্গগী লাইশিংবিক্না তরাম্ তরাম্না স্বাগত তৌরমদুনা দেবসভাদা চঙখি ॥৮৯॥ মতম্ অদুদা লাইশিংগী মথৌনাবু থাজেশেংনা উরবা দেবর্ষি নারদনা অতোপ অতোপ্পা ঋষিশিংগা লোয়ননা বজ্রধারী ইন্দ্র অদুগা লক্ষ্মীদেবী ঈজিতকী মতুং ইন্না, পুক্নীংদা অসুম বিচার তৌরগা মকম অদুদা লক্ষ্মীদেবীনা লাকপদু য়াম্না নুংঙাইবা কোঙদোকখি, অদুগা থাংগৎখি। অদুগা লোক্ পুম্নমক্কী মহা মঙ্গলগী মশক্কি হায়না ময়ামদা লাউথোক্লুনা তাহন্থি ॥৯০॥

অদুগী তুংদা, মকুত্রবা, মঙাল্ল থল্লবা অতিয়া মকোয়না স্বয়ম্ভু (মথন্ত ওইজরকপা) ব্রহ্মাগী শঙ্গায়দা অমৃতমক্ত নোং মরীক মরীককুম্ থীকখি। লাইশিংগী স্বর্গগী পুংজাও অদুনা য়ৈবা নাইদনা মথন্ত য়েজরকই। মায়গৈ শঙাই পুম্নমক্ অমকপা য়াওদনা পুমলং লংখি ॥৯১॥ লক্ষ্মীদেবীনা স্বর্গদা লেঙলকপসিদা ইন্দ্রদেবনা ঋতুগী মতুং ইন্না সংসারদা লৌউশীজুবগী খোইরীবা লৌবুকশিংদা ঋতু মতম্ চানা চুথরকই। কনা অমত্তনা ধর্ম্মগী লম্বী লীক্রমদগী খুবৈ নামত হাইদোক্ত চৎলক্তে। সমুদ্র করানা লৈতেং ওইরিবী পৃথিবীন সমুদ্রগী ঈরাওখোল্লা মশক্ ওইনা মরোল অদুমক্তা লৈরিবা অচচত্ত পুম্নমক্কী মঙ্গলগী জয়ধ্বনি লাউখি ॥৯২॥ মতম্ অসিদা রাখল লৈবা লৈবা, জ্ঞানী ওইবা তাইবং মীনা পুণ্য চেল্লবা, মঙ্গলগী মশক্ ওইরবা ধর্ম্মগী মার্গদা লৈদুনা, শক অফবা থবক তৌবগী মহৈবু অদুগা নীংথিজবা অবস্থা অদুবু ফংনবা হৌখি। লাই, কিন্নর, যক্ষ, রক্ষ, তাইবংমী- পুম্নমক অসি লম্দুমদা থোইদোক্না চাওথৎপা অদুগা পুকচেল চাউবা ওইবদু ফংনখি ॥৯৩॥ মতম্ অদু, কালমৃত্যু (মপুং মতম্ চাদন শিবা) হায়বদুগী রাদি থম্মু থমখো, কল্লবা মুংশিংকী ইপোম্না কুজিল হাইজিল্লকল ফাওবদা, উথক্ত শারিবা মপাল অদু কাওবা মতুং মতম্ চাদনা, শংজিইঙদা অম ফাওবা লৈমায়থক্ত তারক্তে. কেল্লক্তে। অদুনদি মহৈদি কদায়রদগী কেল্লক্তমি। শম্নী পুম্নমক্ মরাং কায়না থুম্নবা শজোম পী। শুম্নিবদুনা শোকহন্নীংব মতুপ শম্নীশিংনা শজোম থোক্কহল্লি। কদায়গুম্বা অমগী মচিন্দগী অকনবা অয়াকপা রাহৈ অমত্ত তাদে ॥৯৪॥ কামনা পুম্নমকপু পীজবা ইন্দ্রনচিংবা লাইথিবিকনা লক্ষ্মীদেবীগীদমক্ তৌজিবা পূজাগী রান্নী মতাং অদিবু ব্রাহ্মণশিংগী সভাদা তাহল্লিবা মী মহাক্

স্থানং সূক্ষ্মণাং বরং যৎ প্রচোদিতঃ ভবান্তবস্তেহ পরং নিদর্শনম্। তদস্য সর্ব্বং পরিকীর্ত্তিতমত্র পরীক্ষ্য তত্ত্বম্পরিগন্তুমর্হসি ॥৩৩॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্মপর্ব্বণি

ইন্দ্রলক্ষ্মীসম্বাদো নাম চতুর্ব্বিংশত্যধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ

——(*)——

অদুগী নীংজবা পুন্না মহৈ য়াম্লি। অদুগা ধন সম্পাত্তিবু মরাং কায়না ফংডি ॥১৫॥ কুরু শাগেগী অথোইবা নিংথৌ ইবা নিংথৌ যুধিষ্ঠির! নহাক্না তাইবং মীগী চাওখৎপা-হন্থরকপগী অদুগ জয়-পরাজয়গী মরমদা ঐঙোন্দা হংবদো, ঐনা খুদম নারীগা লোয়ননা নঙোন্দা হায়রবনি - ভাহল্লবনি মাসি তারগা নহাকসু য়াম্ন মুম্না রাখল বিচার তৌরগা চপ চাবা তত্ত্ব খিন্নুনা পুন্সি লেনগদবনি ॥১৮॥

মফম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা মোক্ষ ধর্ম্মপর্বদা শ্রী-বাসবসংবাদগী চনী কুন্মরিশুবা অধ্যায় লোইরে ॥২২৪॥

—:(*):—

# মণিপুরী মহাভারত

## পঞ্চবিংশত্যধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ

### ( জৈগীষব্যনা অসিত দেবলদা সমত্ববুদ্ধিগী মরমদা তাকপা )

### চনীগা কুন্মঙাশুবা অধ্যায়

——(*)——

যুধিষ্ঠির উবাচ।

কিং শীলঃ কিং সমাচারঃ কিংবিদ্যঃ কিং পরাক্রমঃ। প্রাপ্নোতি ব্রহ্মণঃ স্থানং যৎপরং প্রকৃতে ধ্রুবম্ ॥১॥

ভীষ্ম উবাচ।

মোক্ষধর্ম্মেষু নিরতো লঘ্বাহারো জিতেন্দ্রিয়ঃ। প্রাপ্নোতি ব্রহ্মণঃ স্থানং তৎ পরং প্রকৃতে ধ্রুবম্ ॥২॥

অত্রাপ্যুদাহরন্তীমমিতিহাসং পুরাতনম্। জৈগীষব্যস্য সংবাদমসিতস্য চ ভারত।৩॥

যুধিষ্ঠিরনা হংডি—ঈবুথৌ! করম্না থবক্ তৌবা-করিনা মশিল ওইবা, করম্না লমচৎ চৎপা, করম্না বিদ্যা হৈবা, মপাঙ্গল করম্না কন্বা - মীনা প্রকৃতিদগী তোঙাম্না লৈবা ব্রহ্মাগী পদবী ( মফম ) বু ফংব ঙম্বগে? ॥১॥ ভীষ্মনা হায়ঃ—যুধিষ্ঠির। চাং নাইনা চাবা, ইন্দ্রিয় খুদম চন্বা, অদুগা ধর্ম্মগী নিয়মবু ভাক্ক চৎলিবা অদুগুম্বা মীদু। অমাং অতা লৈতবা ব্রহ্মাগী পদবী ( মফম্ ) বু ফংবা ঙম্মি ॥২॥ ভরতবংশদ পোকপা! বিষয় অসিদসু মমাঙৈদা জৈগীষব্যগা অসিত দেবল অনীগা ওাঙ্নখিবা, কুইগ্রবা ইতিহাসগী য়ারী

জৈগীষব্যং মহাপ্রাজ্ঞং ধর্মাণামাগতাগমম্ । অক্রুধ্যন্তমহৃষ্যন্তমসিতো দেবলোঽব্রবীৎ ॥৪॥

দেবল উবাচ ।

ন প্রীয়সে বন্দ্যমানো নিন্দ্যমানো ন কুপ্যসে । কা তে প্রজ্ঞা কুতশ্চৈষা কিং তস্যাঃ পরায়ণম্ ॥৫॥

ভীষ্ম উবাচ ।

ইতি তেনানুযুক্তঃ স তমুবাচ মহাতপাঃ । মহদ্বাক্যমসন্দিগ্ধং পুষ্কলার্থপদং শুচি ॥৬॥

যা গতির্যা পরাকাষ্ঠা যা শান্তিঃ পুণ্যকর্ম্মণাম্ । তাং তেঽহং সম্প্রবক্ষ্যামি মহতীমৃষিসত্তম ॥৭॥

নিন্দৎসু চ সমা নিত্যং প্রশংসৎসু চ দেবল । নিহ্নুবন্তি চ যে তেষাং সময়ং সুকৃতং চ যৎ ॥৮॥

উক্তাশ্চ ন বদিষ্যন্তি বক্তারমহিতেহিতম্ । প্রতিহন্তুং ন চেচ্ছন্তি হন্তারং বৈ মনীষিণঃ ॥৯॥

নাপ্রাপ্তমনুশোচন্তি প্রাপ্তকালানি কুর্বতে । ন চাতীতানি শোচন্তি ন চৈব প্রতিজানতে ॥১০॥

---

অহু খুদম্ ওইনা হেক্ হেক্ লীনৈ ॥৩॥ নোংমা, ধর্ম্ম পুম্নমক্কী তত্ত্ব খঙলবা শাস্ত্র পুম্নমক হৈরবা, মহাজ্ঞানী ওইরবা অশাউবা-হরাওবা অনীমক য়াওদ্রবা জৈগীষব্য মুনিদা অসিত দেবল কৌবা ঋষি অনীনা অস্রুম্না হংঙি ॥৪॥ দেবলনা হায়ঃ—মুনিবর ! মুনি নহাকপু কনাগুম্বনা খুরম খাজমদুনা য়াম্না লুনা তরাম্ তরাম্ তৌরবস্থু থৌদোক্না মাহুদা হরাউরুবস্থু লৈতে; অহুগা নহাকপু চৈরুবস্থু নিন্দা তৌরবস্থু কপ্পিমতা শাউব লৈতে । মায়থোংহুদা হরাউ নুংশাংতবগী মশক্ মচু ওনবা কপ্পিমত লৈতে । মাসিবু করম্বী বুদ্ধিনো ? কদাইদগী ফংবনো ? অহুগা অসিগুম্বী বুদ্ধি অসিগী থাক্লৈশেংবা তত্ত্ব করিনো ? হায়বদি করিগীদমক্ অস্রুম্ তৌরিবনো ? ॥৫॥ ভীষ্মনা হায়ঃ— নিংথৌ মতৌ অস্রুম্না দেবল ঋষিনা হংলবদা মহাজ্ঞানী, মহাতপস্বী জৈগীষব্যনা চিংননীঙায়-য়েৎননীঙায় করিমত লৈত্রবা, তন্নুংদা অর্থ য়াম্না লৈবা, থোইদোক্না শেংলবা মমল য়াম্নবা বাশিং অসি হায়খি ॥৬॥ জৈগীষব্যনা হায়ঃ—মুনি অথোইবা ! পুণ্যকর্ম্মত তৌরবা, মহাত্মা ওইরবা মীশিংনা, অহুগুম্বী বুদ্ধি অহুগী অশ্রয় লৌদুনা ইহলোক পরলোক অনীমক্ত চাওংবা ফংখিবা অহু গুম্বী বুদ্ধি অহুগী মরমদা ঐ হায়গে ॥৭॥ দেবল ! মহাত্মা ওইবশিংনা, মখোয়বু কনাগুম্বনা নিন্দা তৌরবস্থু প্রশংসাবু তৌরবস্থু, থাগৎলবস্থু থাদরবস্থু, অহুগা মখোয়না তৌরিবা চংলিবা অফবা লমচৎ অফবা কর্ম্ম অহুবু নমহত্তুনা কুপশিন্দুনা থম্বিথ্রবস্থু, মখোয়বু থাগৎলিবা মীশিং অহুগী মফমদা থম্বিবা বুদ্ধি অহু মশক্ মওং ঈকায় কায়দনা, মখোয়বু নিন্দা তৌরিবশিং অহুগী মফম-স্থু অহুম্ লৈ ॥৮॥ য়াম্ন রাখল লৈবা মীশিংনা মখোয়দা অথীবা, অয়াকপা বাহৈ হায়রবস্থু মাহুগী লমন্ খুম্বা ওহনা অথীবা অয়াকপা বাহৈহু থক্ হায়দে । অহোয় হুম্ ফত্তনবা তৌবশিং অহুগী মঙ্গল ওইবগী অমদি কাম্নবা ফংননবগী বাত্ত মতৌই । ফুরবা মীশিং অহুগী মশাদা করিগুম্বা অমত্ত শোকহন্দে, খুং হন্দে ॥৯॥ ফংগে হায়না নীংবহু ফংত্রবস্থু, অহুগা মহুংদা ফংবা য়ানা নত্রগা য়াদনা লৈরবস্থু মাহুগীদমক্ থোইনা চিন্তা তৌরুদে । খুদক্ খুদক্ লাক্থবক্ অহুত মখোয়না তৌই । মাহুগী মপুং ফাব ফাদবা মহৈ চাবা চাদবগী মরমদস্থু থোইনা শক্লুদে । হৌথ্রবা ( লোইথ্রবা ) অহুগীদমকস্থু থোইনা খল্লুবা তৌদে । অহুগা করিগুম্বা থবক্ অমগীদমক্তা বাশকলুবা তৌদে ॥১০॥

সম্প্রস্থানাৎ চ পূজ্যানাং কামাবর্থেষু দেবল। যথোপপত্তিং কুর্বন্তি শক্তিমন্তঃ কৃতব্রতাঃ ॥১১॥
পক্কবিদ্যা মহাপ্রাজ্ঞা জিতক্রোধা জিতেন্দ্রিয়াঃ। মনসা কর্ম্মণা বাচা নাপধ্যায়ন্তি কর্হিচিৎ ॥১২॥
অনীর্ষবে হ্যন্যোন্যং বিহিংসন্তি কদাচন। ন চ জাতূপতপ্যন্তে ধীরাঃ পরসমৃদ্ধিভিঃ ॥১৩॥
নিন্দাপ্রশংসে চাত্যর্থং ন বদন্তি পরস্য যে। ন চ নিন্দাপ্রশংসাভ্যাং বিক্রিয়ন্তে কদাচন ॥১৪॥
সর্ব্বশ্চ প্রশান্তাঃ যে সর্ব্বভূতহিতে রতাঃ। ন ক্রুধ্যন্তি ন হৃষ্যন্তি নাপরাধ্যন্তি কর্হিচিৎ ॥১৫॥
বিমুচ্য হৃদয়গ্রন্থিং চঙ্ক্রম্যন্তি যথাসুখম্। ন যেষাং বান্ধবাঃ সন্তি যে চান্যেষাং ন বান্ধবাঃ ॥১৬॥
অমিত্রাশ্চ ন সন্ত্যেষাং যে চামিত্রা ন কস্যচিৎ। য এবং কুর্বতে মর্ত্ত্যাঃ সুখং জীবন্তি সর্বদা ॥১৭॥
যে ধর্ম্মং চানুরুধ্যন্তে ধর্ম্মজ্ঞা দ্বিজসত্তম। যে হ্যতো বিচ্যুতা মার্গাৎ তে হৃষ্যন্ত্যুদ্বিজন্তি চ ॥১৮॥

দেবল! পূর্ক্কীংদা করিগুম্বা হায়নীংবা নত্রগা অপাম্বা অমা লৈবদগী কনাগুম্বা তরাম্ তরাম্ ওক্লনীভায় ওইবা মীশক্ অমনা মখোয়গী নাক্ত লাক্লবদি শক্তি লৈরবা পূকচেল্ চাওরবশিংহুনা মাহুবু পাওথোকপিননবগী য়াম্না কন্ন হোৎনবি ॥১১॥ থাঙ্গশেংবা জ্ঞাননা মুল্লবা মখোয়দি মহাজ্ঞানী ওই, অপাম্বা অশাউববু নম্‌হৎপ ওম্বা মীশক তই অহুগা ইন্দ্রিয় খুতুম চন্‌বা হায়বহু মখোয়তনা ওই। মখোয়দি পূর্ক্কীংনসু, রানসু অহুগা, থবকনসু কনাগুম্বা অমগী মফমদা হিংসা তৌদে ॥১২॥ মখোয়হুগী পূর্ক্কীংদা কনাগুম্বা অমগী মথক্তা লমন্ থুমগদবগী, য়েংথিরূনবগী রাখল অমত লৈতে। করিগুম্বা হীরম অমদা, কনাগুম্বা অমগী মফমদা, হিংসাগী করিগুম্বা থবক অমতা মখোয়না তৌদে। অদুগুম্বা মহাবীর ওইবা জ্ঞানীশিং অহুদি কনাগুম্বা অমগী আধিভৌতিক উন্নতিবু উবগা, হায়বদি সনা লুপা মণিমুক্তা ময়ুম মকৈ ফুরাদলালনচিংনবা চাউথৎপনি থজরিবশিং অহুগী চাওথৎপহুবু উবগা কল্লকউবদি লায়রদনা, মায়ামোহদা মুংভাইথোক্কুনা লৈরিবশিং অহুগীদমক্ত রারি, পূর্ক্কীদা মুংশি মুংভোন্‌বা পোকহ ॥১৩॥ মখোয়দি কনাগুম্বা অমগী নিন্দাসু তৌরুদে, প্রসংসা (থাগৎপা) সু তৌরুদে, কনাগুম্বা অমনা নিন্দা প্রশংসাহু মখোয়দা তৌরবসু শাউদেহরাউদে। পূর্ক্কীংদা করিগুম্বা বিকার (মশক্ হোংবা) অমতা পোক্তে ॥১৪॥ মখোয়দি মফম্ মতম্ পুম্বদা, অবস্থা খুদিংদা তপ্পা তপ্পদনা, ঈতপ্প তপ্প লৈ। মীকুপ জীব পুম্বমক্কী মঙ্গল ওইবা কামবা অসিগী রাখল্ল তৌহুনা লৈ। মখোয়দা কনাগুম্বা অমনা ফু চৈবনচিংবা নিন্দা চৈবথাংকনচিংবা তৌররবসু মাগী মরাল্লি হায়না হায়না থকু থনবিদে। অপরাধ (মরাল) নি হায়না লৌবিদে। অদুগা কনাগুম্বা অমতনা মখোয়দা লাক্লরবনিনা, মখোয়দা শাউননীংভাইগী ভাপ্পা অমত কংদে-লৈতে ॥১৫॥ মখোয়দি মখোয়গী থম্মোয়দা লৈরিবা কাম-ক্রোধগী কিশি অহু থোক্কুনা থম্মোয় ঈহাঙ্ হাঙনা, ঈহাঙ্ হাঙবা অচৌকপ মফমদা কোয়চৎ চল্লুনা লৈ। মখোয়গী অরূপ্‌মপাং কনা অমত লৈতে। মখোয়সু কনা অমতগী মরূপমপাং ভাইশেল ওইরুদে ॥১৬॥ মখোয়দি কনা অমতগী য়েক্লবা ওইরুদে। কনা অমতনসু মখোয়গী য়েক্লবা ওইরদে। অদিগুম্বা মীশকশিংতনা পুন্‌শিবু সুখশান্তিগা লোয়ননা লেল্লি ॥১৭॥ ব্রাহ্মণ অথোইবা! ধর্মগী তত্ত্ব খঙবা হায়ববু ধর্ম কায়দনা চৎলিবা মখোয়হুনি। ধর্মগী লৌকলম্‌দগী নাম্বোরক্কুনা চৎলিবশিং অহুদি মাথায়গী থম্মোয়

আস্থিতস্ত্বহং মার্গমনুস্থিতাস্মি কং কথম্। নিন্দমানঃ প্রশংসন্ বা হৃষ্যেৎ কঃ কেন হেতুনা ॥১৯॥
যৎ যদি বদন্তি তৎ তস্মাদপি গচ্ছন্তু মানবাঃ। ন মে নিন্দাপ্রশংসাভ্যাং হ্রাসবৃদ্ধী ভবিষ্যতঃ ॥২০॥
অমৃতস্যেব সংতৃপ্যেদবমানস্য তত্ত্ববিৎ। বিষস্যেবোদ্বিজেন্নিত্যং সম্মানস্য বিচক্ষণঃ ॥২১॥
অবজ্ঞাতঃ সুখং শেতে ইহ চামুত্র চোভয়ম্। বিমুক্তঃ সর্ব্বদোষেভ্যো যোঽবমন্তা স বধ্যতে ॥২২॥
পরাং গতিং চ যে কেচিৎ প্রার্থয়ন্ত মনীষিণঃ। এতদ্ ব্রতং সমাশ্রিত্য সুখমেধন্ত তে জনাঃ ॥২৩॥
সর্বতশ্চ সমাহৃত্য ক্রতূন্ সর্ব্বান্ জিতেন্দ্রিয়ঃ। প্রাপ্নোতি ব্রহ্মণঃ স্থানং যৎপরং প্রকৃতে ধ্রুবম্ ॥২৪॥

পূক্নীংদা ঈরাঙ্ হৌবা, ঈপা পাখৎপা, পোথাকম থঙ্দবনাচংবা ঈখক্ ইপোম্শিং অসি তত্রনা হৌই ॥১৮॥ * ঐনশু অহুগুম্বা ধর্ম্মগী মার্গ অদুদা লীক্লম্ কায়দনা চংলি। ঐবু নিন্দা তৌরগা করিগীদমক ঐনা কনাদা য়েংথিরুগদৌরিবনো ? ঐবু কৈ হায়দুনা থাগৎলা করিগীদমক ঐনা হরাউগদৌরিবনো ॥১৯॥ অতোপ্পগী নিন্দা অমদি প্রশংসা তৌ তৌদুনা মামাগী কান্নবা ওইজবা ফংলিবদো। ফংজসনু মাদুদা ঐগী মাঙবা তোংবা করিসু লৈতে। হায়বদি ঐবু কনাগুম্বনা নিন্দা তৌরগা প্রশংসা তৌরগা মাগী কান্নবা ফংজরিবদুদা ঐগী শরূক্ করিমত য়াওদে। অদুনা ঐগী মাঙবা তোংবা করিমতা লৈতে। মুহাক্না নিন্দা তৌবদা ঐনা শাউ-রবদি ঐগী মাঙবনি। প্রশংসা তৌরগা হরাউরবাদি ঐগী মাঙবনি। অদুনা ঐবু থাগৎপা চৈবদা ঐগী মাঙবা তোংবা করিমতা লৈতে ॥২০॥

তত্ত্ব খঙবা মীনা তৌগদবদি মতৌন্দা পীরিবা অপমানবু অমৃতমক্নি হায়না লৌদুনা মাদুদা ঈপেন্ত পেন্দুনা লৈবা অদুগা থাগৎপদুবুনা মতৌন্দা হু পীজবনি হায়না খন্দোকপা—অসিনি ॥২১॥ কারিগুম্বা দোষ অমত লৈত্রবা মহাত্মা ওইবা মীদি অপমান ( চোপ্পা মায়থীবা ) ফংলবসু নুংঙাইনা থুযা তুশিংনা তুম্মি। ইহলোক পরলোক অনীমক্তা অকিবা চিংনবা লৈতনা চনীঙতানা পোথাব ফংঙি। অদুগা মাবু নিন্দা তৌবা মী অদুদি পরনিন্দা তৌবগী পাপকী থৌরীনা কাজিন্দুনা লৈখি ॥২২॥ অকবা, অথোইবা খুভম্ ফংনিংবা মীশিংবা হায়রিবা অথোইবা ধর্ম্মগী লম্বী অসিদা লীক্লম কায়দনা চৎকদবনি। মাদুতদা মহাক্কী চাওখৎপা, নুংঙাইবা অঙৈংবা হায়রবদো ফংবা ঙম্মি ॥২৩॥ তাইবংমী ওইবনা তৌগদবা হায়রবু কাম্যকর্ম্ম * থিবিকপু

* ধর্ম্মগী তত্ত্ববু খঙলগা, অদুগা ধর্ম্ম কদায়রবু কৌবগে হায়বগী সংজ্ঞাপরিজ্ঞাযানাচংবদু মুন্না খঙলগা ধর্ম্মগী লম্বীদবু মশামক চত্রবাদ ধর্ম খঙবা কৌদে। হূরানবা অমনা – 'হূরানবা হায়বসি মহাপাপনি" হায়না হন্ন হন্না পারুবা, ঙাল্লুবদুগা ঙক্নানি ধর্মগী তত্ত্ববু খঙলে হৈরে হায়রিবা মহাক্না ধর্মগী লম্বীদবু মচত্রবদি মহাক্না খঙলিবদু আ-য়ৌশিন্ন খঙত্রিবননি। অদুগীদমক্ত "ধর্মস্য তত্ত্বং নিহিতং গুহায়াম্" — হায়রিবনি। ধর্মগী তত্ত্ববু মুন্ন খঙদবদগী, য়ৌশিন্ন খঙবা রাংপদগী ধর্ম্মগী লীক্লম্ কায়না চৎপান। ( কালাচাঁদ )

* নিত্য - নৈমিত্তক-কাম্য হায়বা কর্ম্ম অহুমাসগী মনুংদা য়ারিবমথৈ থদোক্তদবাদ কাম্য কর্ম্ম হায়বসিনি। মহাক্ক য়াওরবসু পুক্নগী জীবিকাদা ঈকায় কায়দবা, মহাক য়াওরগনা কামক্রোধ-ম্ হেন্গৎপা কর্মদু কাম্য কর্ম্মনি। ( কালাচাঁদ )

নাস্য দেবা ন গন্ধর্ব্বা ন পিশাচ ন রাক্ষসাঃ। পদমন্ববরোহন্তি প্রাপ্তস্য পরমাং গতিম্ ॥২৫॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি পঞ্চবিংশত্যধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ ॥ ২২৫ ॥

—:০:—

খাদোক্লনা, ইন্দ্রিয় পুন্নমকপু মাগী খুদুম মথাদ থম্বা—অসিতনি। অদুতদা মহাক্লা অমাঙ অতা লৈত্রবা ব্রহ্মপদবীবু কংবা ঙম্মি ॥২৪॥ কথোইবা খুদমসু কংলবা অদুগুম্বা মী মহাক্লা চৎখিবা লম্বী অমদি থোঙ্গুল অদুগী মতুং ইন্না চৎপদি লাই হিংচাবা, গন্ধর্ব্ব পিশাচ—কনা অমতনা ঙম্মদে ॥২৫॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং-চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা মোক্ষ ধর্মপর্ব্বদা চনীগা কুনমঙাগুবা অধ্যায় লোইরে ॥২২৫॥

—:():—

# মণিপুরী মহাভারত

## ( শ্রীকৃষ্ণগা উগ্রসেনগা ওয়াঙ্‌নবা মতাং )

## ষড়বিংশত্যধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ।

## চনীগা কুন্তরুক্‌গুবা অধ্যায়।

—:():—

যুধিষ্ঠির উবাচ।

প্রিয়ঃ সর্ব্বস্য লোকস্য সর্বসত্ত্বাভিনন্দিতা। গুণৈঃ সর্ব্বৈরুপেতশ্চ কোন্বস্তি ভুবি মানবঃ॥১॥

ভীষ্ম উবাচ।

অত্র তে বর্ত্তয়িষ্যামি পৃচ্ছতো ভরতর্ষভ। উগ্রসেনস্য সংবাদং নারদে কেশবস্য চ ॥২॥

উগ্রসেন উবাচ।

যস্য সংকল্পতে লোকো নারদস্য প্রকীর্ত্তনে। মন্যে সগুণসম্পন্ন ব্রূহ তন্মং পৃচ্ছতঃ ॥৩॥

---

যুধিষ্ঠিরনা হংজিঃ—ঈবুধৌ। মী পুম্নমক্কা নুংশিবা, অচচত্ত জীব পুম্বা নুংঙাংবা পীওম্বা অদুগাগুম পুম্নমক্কসু তিনবা অসিগুম্বা মীশক্সিবু জগত্তা কনানো? ॥১॥ ভীষ্মনা হায়:— ভরতশার্দূলগী অথোইবা! মহাক্লা হংলিবা য়াহংলিবা অসিগী পাউথুমদি, নারদগী মমমদা নিংথৌ উগ্রসেনগা বাসুদেব শ্রীকৃষ্ণগা হংব থম্বখিবা মতাং অদু লীবনা তুচ্চম ওইহল্লু ॥২॥ নোংমা উগ্রসেননা শ্রীকৃষ্ণদা অম্বুম্না হংজি— জনার্দ্দন।

বাসুদেব উবাচ।

কুরুরাধিপ যান্‌স্তে শৃণু তান্মে বিচক্ষতঃ। নারদস্য গুণান্‌ সাধূন্‌ সংক্ষেপেণ নরাধিপঃ ॥৪॥
ন চারিত্রনিমিত্তোঽস্যাহঙ্কারো দেহতাপনঃ। অভিন্নশ্রুতচারিত্রস্তস্মাৎ সর্ব্বত্র পূজিতঃ ॥৫॥
অরতিঃ ক্রোধচাপল্যে ভয়ং নৈতানি নারদে। অদীর্ঘসূত্রঃ শূরশ্চ তস্মাৎ সর্ব্বত্র পূজিতঃ ॥৬॥
উপাস্যো নারদো বাঢ়ম্‌ বাচিনাস্য ব্যতিক্রমঃ। কামতো যদিবা লোভাৎ তস্মাৎ সর্ব্বত্র পূজিতঃ ॥৭॥
অধ্যাত্মবিধিতত্ত্বজ্ঞঃ ক্ষান্তো শক্তো জিতেন্দ্রিয়ঃ। ঋজুশ্চ সত্যবাদী চ তস্মাৎ সর্ব্বত্র পূজিতঃ ॥৮॥

মী পুন্নমক্পা মাগী রাত ভাওননীংবা, মাগী গুণত শীংথানীংবা নারদ হায়বা মুনি অসিতনা ঐগী রাথন্দদি অথোইবরা থল্লি। মরম অহুনা নারদদা লৈরিবা গুণশিং অসি ঐ তানীওভি—অমুক্ত লীয়ু॥৩॥ বাসুদেবনা হায়ঃ— কুরুর শাগৈগী মপু! নিংথৌ? নারদগী মশাদা লৈরিবা, ঐনস্থ য়ানিংলিবা গুণশিং অসে ঐ শন্না হায়জগে। মাহ্র নিংথৌনা থয়ায় য়াওনা তারিয়ু॥৪॥ নারদগী মশাদা শাস্ত্র জ্ঞানগা চরিত্র (লমচৎ) গা অনী অসি পুল্লপ্না লৈ * অনী অসি লৈবদগী য়োকনবা নাপল, য়োয়বা হাবহু নারদগী মশাদা মরীক অমা কাওবা লৈতে। হকচাংবু চাকথোক্লবা, হকচাংদা মৈশা পীরিবসি অভিমান (অহংকার) হায়বসিনি মাসি লৈতবনা নারদবু মী পুন্নমক্পা, মকম মতম পুন্নমক ঈনুংত মুংশি লোক পুন্নমক্পা ব্যবহার তৌই। অহু-মক্তনা মাবু মকম পুম্বদা পূজা তৌনৈ॥৫॥

নারদদা পেন্দবা, অশাউবা, তহাতহাবা, অকিবা হায়বসি লেশ মাত্র লৈতে। থবক্‌ অসি হোৱেল হয়েং মতৌয়গে হায়বসি নারদদা লৈতে। মাঙোন্দা চৈথাংলবা, থীনা তৌবা মীহুগী ওইরিবা আত্মাগী অবস্থাহুবু উরগা অহোয়নহুম মুংশিবীবা অরানবা ঙাকৃপিবা, জ্ঞান্‌ তাকৃপিবা হায়বসি নারদগী স্বভাবনি। অহুমক্তনা মাবু মকম্‌ পুম্বদা পূজা তৌনৈ॥৬॥ থাঙ্গৈস্থ শেংবমক্তি, নারদদদি পূজা তৌননীঙাইনি। অপাম্বা মিহৌবা হায়বহুনা মাগী নীঙ্‌থিবা মানা হায়না চায়থিবা রাহুবু মশক্‌ হোংহনবা ঙমদে অহুমক্তনা মাবু মকম্‌ পুম্বদা পূজা তৌনৈ॥৭॥ নারদদি আধ্যাত্মিক শাস্ত্রগী তত্ত্ব থঙবা, খাঙহৈবা চানবিহৈবা, শক্তি লৈবা, ইন্দ্রিয় খুহুম্‌ চনবা, মহুং মপান্দা ঈচম্‌ চম্বা, অচুম্বত বায়বা মীশক্‌ অমনি। অহুমক্তনা মাবু

* শাস্ত্রজ্ঞানগা চরিত্র (লমচৎ) গা অনী অসি মকম অমতদা চায়বদি মীশক অমতদা পুন্না লৈগন্দে। শাস্ত্রজ্ঞানী, পণ্ডিত, উপধিধারী, তর্কবিতর্কদা য়াম্ন হৈবা, মমিং চংবা মীশক অমা ওইরবদি শাস্ত্রজ্ঞান লৈজ-দবা অমবু থৌওই উশিন্তবা হায়বসি হৌনশা ওইনা তৌই। লাইরিক হৈবনা হৈতববু নাপীদোনা উই। উরিবা মশামক নাপীদগী হেন্ন অমুক তোনগ্রে হায়বসি মহাক খন্দে। অতুক্কী মতীক জ্ঞানী ওইরগা অহুক্কী মতীক মশাবু নাপীদগী হেন্না ভোল্লবনি হায়বসি খঙগদবনি। নাপল, থোইবা, কামক্রে ধনচিংববু মশাদা লৈহল্লোই হায়বগীদমক্ত শাস্ত্রজ্ঞান তানবনি। অহংকার, দম্ভ (থোয়বা) অসিনচিংবা হেক লৈজবদা সচ্চরিত্র হায়বহুদি মশানা অহুম্‌ মরাক্‌ংরে অহুনা লাইরিক হৈয়বনিনা লমচৎ কন্নরে হায়বা য়াদে। চরিত্রগা বিদ্যাগা অনীসি নারদদদি লৈ। (কালাচাঁদ)

তেজসা যশসা বুদ্ধ্যা জ্ঞানেন বিনয়েন চ। জন্মনা তপসা বৃদ্ধস্তস্মাৎ সর্বত্র পূজিতঃ ॥৯॥
সুশীলঃ সুখসংবেশঃ সুভোজঃ স্বাদরঃ শুচিঃ। সুবাক্যশ্চাপ্যনীর্ষ্যশ্চ তস্মাৎ সর্ব্বত্র পূজিতঃ ॥১০॥
কল্যাণং কুরুতে বাঢ়ং পাপমস্মিন্ন বিদ্যতে। ন প্রীয়তে পরানর্থে তস্মাৎ সর্ব্বত্র পূজ্যতে ॥১১॥
বেদশ্রুতিভিরাখ্যানৈরর্থানভিজিগীষতি। তিতিক্ষুরনবজ্ঞাতা তস্মাৎ সর্ব্বত্র পূজিত ॥১২॥
সমত্বাচ্চ প্রিয়োনাস্তি নাপ্রিয়শ্চ কথঞ্চন। মনোঽনুকূলবাদী চ তস্মাৎ সর্ব্বত্র পূজিতঃ ॥১৩॥

মকম পুম্বদা পূজা তৌনৈ ॥৮॥ তেজ (ঈ০ঙ্ থৌবা), বুদ্ধি, মিংচৎ, জ্ঞনে, নোল্লুকপা, পোক্লকম, অদুগা তপস্যা হায়রিবা গুণ কর্মশিং অসি নারদদা পুল্লপ পুল্লা লৈ। অদুমক্তনা মাবু মফম পুম্বদা পূজা তৌনৈ ॥৯॥ য়াহৈ খোনকম ফজবা, ইনুংত মুংঙানা, ইপেন্দা পেন্দুনা লৈবা, শেংলবা অচাথকত সেবন তৌবা, ঈকায়খুম্ন ওইবা, মন্থংমপানদা অশেং অশেংনা লৈবা, মীগী ফননবত ভাউবা, মিহৌবা-য়েংথিবা লৈতবা হায়রিবা গুণ কর্ম্মশিং অসি নারদজীগী মশাদা লোইনা লৈ। অদুমক্তনা মাবু মফক পুম্বদা পূজা তৌনৈ ॥১০॥

কনাগুম্বা অমনা করিগুম্বা অপাম্বা, ফংনিংবা, নীংজবা লৈবদগী অদুগা মাহুবু পাংথোক্লবদগী নকমক নারদগী মফম্দা লাক্লবদি মহাত্মা ওইবা মহাক্রা মঙোন্দা চঙজরক্লিবা মীহুগী নীংজবহ থুংননবগী য়াম্না কন্না হোংনৈ অদুগুম্বা মহাত্মা ওইরবা নারদদি জ্ঞান্ অমদি বুদ্ধিদা মপূং ফানা মুল্লবনি। মহাক্তি ইন্দ্রিয় খুদুম্ চল্লবনি। পুক্লীংনস্থ. য়াইনৈস্থ অদুশা থবক্লস্থ কনাগুম্বগী মফম্দা মবাল্ অমত লওজক্লদ্রবনি। কনাগুম্বা অমত্তগী হিংস তৌরুদ্রবনি কনাগুম্বা অমগী মফম্দা কল্লকপা, য়েংথিবা অমদি শীংনবগী থবক্ তৌরুদ্রবনি। তপ্পবা ধীর পুরুষ ওইরবা পূকচেল্ চাউরবা নারদদি মীগী অক মুংঙাই অমদি চাওথংপহু উরগা কল্লপনা প্রোক্-প্রোক্ চাক্লুনা লৈবা, খাঙবা ভম্দবহু থক তৌদে। অদুগুম্বা পোং থুদিংদ সমদৃষ্টি (চপ্ মান্নবা উবা) থম্নবনি। কনা অমতবু থীনা হায়রুদে অদুগা থাম্থ থাগৎলুদে। অদুগা অতোপ্পা কনাগুম্বা অমনা মাগী নীন্দা নত্রগা প্রশংসা তৌরয়বস্থ পুক্লীংদা মুংঙাইবা অশাউবনচিংবা করিমতা থম্দে। মমায় মায়থোংদা অদুগা পুক্লীংদা বিকার (মশক্ মচু ওন্নবা) করিমতা লৈতে; মহাক্তি মতম্ পুম্বদা মহাশান্তিদা তাউদুনা লৈ। মাবু থাগৎলবা মী অদুগী কান্নবা তৌবদুগা চপ্ মান্নবা মাগী ফত্তনবা তৌরিবা. নিন্দা তৌরিবা মীহুগীস্থ কংম্নবা অদুম মতৌই। করিগুম্বা বিষয় অমনগী শাউবা লৈতে, মুংঙাইবা লৈতে। য়াবা লৈতে হন্নাউবা লৈতে কনা অমতগী মকম্দা অয়ান্বা শীদে। হায়রিবা অশম্বা য়াদি নারদ হান্নবসি পুক্লীংদা করিগুম্বা লৌথুপ লৌকোই অমতা থম্দনা অকবা ফত্তবা মী পুন্নমক্কী চপ্ মান্নবা অফবা কান্নবত তৌই? মাগী পুক্লীংদা পাপকী শরুক লেশমাত্র য়াওদে। মীগী অয়াবা থুদোংথাবহু উরগা কল্লক্ পেল্লবা য়াখল্ অদু মঙোন্দা লৈতে। অদুমক্তনা মাবু মকম্ পুম্বা পূজা তৌনৈ॥ ১॥

নারদ হান্নবসি বেদ শাস্ত্র পুন্নমক্কী শ্রুতি ইতিহাস পুরাণনচিংবগী অমদি উপনিষদ পুন্নমক্কী জ্ঞান পুম্বা মবুক্তা হাল্লবা অদুগা, মাহুগী মতুং ইন্না থবক্লস্থ পাঙথোকপা ভম্নবা, অদুগা পাঙথোক্কে হোংমবা মীশক্ অমনি। মিন্দা প্রশংসাগী মফম্দা পুক্লীং চোইদবা, খাঙবা কন্বা মীশক্ অমা ওইবহুনস্থ কনা অমতবু উশিং থওইদবহু তৌক্লবা লৈত্রে। অদুমক্তনা মকম্ পুম্বা মাবু পূজা তৌনৈ ॥১২॥ মহাক্তি ঈশ্বর পুন্নমক্তা

বহুশ্রুতিশ্চিত্রকথঃ পণ্ডিতোঽলালসোঽশঠঃ। অদীনোঽক্রোধনোঽলুব্ধ স্তস্মাৎ সর্ব্বত্র পূজিতঃ ॥১৪॥
পর্ব্বে ধর্মে বা কামে বা ভূতপূর্ব্বোঽস্য বিগ্রহঃ। দোষাশ্চাস্য সমুচ্ছিন্না স্তস্মাৎ সর্বত্র পূজিতঃ ॥১৫॥
দৃঢ়ভক্তিরনিন্দ্যাত্মা শ্রুতবাননৃশংসবান্। বীতসম্মোহদোষশ্চ তস্মাৎ সর্ব্বত্র পূজিতঃ ॥১৬॥
অসক্তঃ সর্ব্বভূতেষু সক্তাত্মেব চ লক্ষ্যসে। অদীর্ঘসংশয়ো বাগ্মী তস্মাৎ সর্ব্বত্র পূজিতঃ ॥১৭॥
সমাধির্নাস্য কামার্থে নাত্মানং স্তৌতি কর্হিচিৎ। অনীর্ষুর্মৃদুসংবাদ স্তস্মাৎ সর্ব্বত্র পূজিতঃ ॥১৮॥
লোকস্য বিবিধং চিত্তং প্রেক্ষ্যতে চাপ্যকুৎসয়ন্। সংসর্গবিদ্যাকুশল স্তস্মাৎ সর্ব্বত্র পূজিতঃ ॥১৯॥
নাসূয়ত্যাগমং কংচিৎ স্বনয়েনোপজীবতি। অবন্ধ্যকালো বশ্যাত্মা তস্মাৎ সর্বত্র পূজিতঃ ॥২০॥

মকমম্ পুন্নমক্তা চাং চপ্ মান্নমা অতুম্ মরৈবনিনা মাগী চান্নবনা মাসিনা মরোইরে, মাগী য়েক্রবনা মাসিমি হান্নবা কন্নিমতা লৈতে। মহাক্তি মপুক্লীংদা লৈবহুত ঙাঙথোরকই। অমত্তুমক্তনা মাবু মকম্ পুম্বদা পুজা তৌনৈ ॥১৩॥ মহাক্তি শাস্ত্র পুন্নমক্তা মহাবিদ্বন্নি। অত্তুনা মানা হায়দোরক্পসি অতৈগা শূকমান্ মান্নদে মহাপণ্ডিত অমা ওইন ওইনা থোয়রবা-অপাম্বা অনীসি মঙোন্দা লৈতে য়াম্না তোন্বা, ঈকক্ ককচিন্বা অসি-নচিংবা দোষশিং অসি মঙোন্দা শূকলৈ লৈতে। অত্তুমক্তনা মাবু মকম্ পুম্বদা পূজা তৌনৈ ॥ ৪॥ লম্ব্ মণী মরম্দা, অত্তুগা কন্নিগুম্বা বিষয় অমগীদমক্তা কনাগুম্বা অমনা থংন চৈনবা মুংঙাইনদবা হায়বসি নারদজীগী মশাদা লৈতে। মাগী মশাদা সিগুম্বা দোষ অমতংদি লৈ হায়বসি ঐ থঙদ্রি তাদ্রি। অত্তুমক্তনা মাবু মকম্ পুম্বদা পূজা তৌনৈ ॥১৫॥ মহাক অসি কৃষ্ণ ঐ ঙান্দা অথোবা ভক্তি থাম্মি। মাগী থম্মোয়দি পুন-শেং শেঙ্ঙি। মহাবিদ্বান্নি, মহাদয়বান্নি। গুমহৎপা পঙ্থবা হায়বসি মঙোন্দা শূকলৈ লৈতে। অত্তু-মক্তনা মাবু মকম্ পুম্বদা পূজা তৌনৈ ॥১৬॥ অচচ্চত্ত জীবা পান্বা কনাগুম্বা অমগী মকম্দা কা হেক্না মুং-শি পামশিল্লুবা লৈতে। অদুবু মপাম্বোংদদি মীনা উ'দা সংসারগী বিষয়দা হায়বদি থংন চৈনবা কায়নহন্বা ত্তিন হনবা অসিদা য়াম্ন হৈনবা পুক্লীং চঙবা মীশক্ অমা ওইনা উই। পোশক অমগী মকমদা মাগী চিংন-বসি মতম্ কুইনা লৈতে। ব্রা ঙাঙবদস্থ থাইদগী হেন্বা বক্তা ওইনা লৈ। অত্তুমক্তনা মকম পুন্নমক্তা মাবু পূজা তৌনৈ ॥১৭॥ সংসারগী মপাম্বোংগী লৈরিবা বিষয়শিংগী অমদা মহাক্ মতম কুইনা লৈরমদে। ঙহাক্তং পুক্লীং থিংজিন্না লৈরম্বগুম্ তৌই। বিষয় অমতবু মাসিনা মফরে হান্নদা থাগৎপসি নারদনা তৌদে। থাগং-ত্রিবত্তু মুংঙাইতবা অমা লৈত্তুনা তৌবা নত্তে *। হুমিং চুপ্না অথোংপা ফজবা, তাবদা মুংও ইতবা মঙাঙ্ঙি। অত্তুমক্তনা মাবু মকম্ পুম্বদা পূজা তৌনৈ ॥১৮॥ নারদগী অঙকপা হায়ববু উনরুবা মী থুদিংমক্তী থংম্মায়দা পুক্লীংদা লৈরিবসি ঈথঙ্ থঙদোকপস্বুম্বা অমা হেক্ তৌই। কত্তবা থল্লম্নবস্থ মাহুক্নী নিন্দতদি মতৌত্রে। মী তিন্নবসি য়াম্না জ্ঞান তানা তিমৈ। নারদ-ঐবু মানা তিন্নলিবসি কন্নিনো হায়বা অসিনচিংবা হান্না মুন্না থঙ্ঙি। অত্তুমক্তনা মাবু মকম্ পুম্বা পূজা তৌনৈ ॥২৯॥ কন্নিগুম্বা জাতিগী কন্নিগুম্বা শাস্ত্র অমদা লৈ-

---

* মুন্না থল্লুবদি সংসারগী প্রকৃতিবিকৃতিদগী থোরক্পা কন্নিগুম্বা পোশক্ মশানা থম্ থেংনা থাগৎননবগী শরুক্ ঈয়াও য়াওদে। ( কালাচাঁদ )

কৃতার্থঃ কৃতপ্রজ্ঞো ন চ তৃপ্তঃ সমাহিতঃ। নিত্যযুক্তোঽপ্রমত্তশ্চ তস্মাৎ সর্ব্বত্র পূজিতঃ ॥২১॥
নাপত্রপশ্চ যুক্তশ্চ নিযুক্তঃ শ্রেয়সে পরৈঃ। অভেত্তা পরগুহ্যানাং তস্মাৎ সর্ব্বত্র পূজিতঃ ॥২২॥
ন হৃষ্যত্যর্থলাভেষু নালাভে তু ব্যথত্যপি। স্থিরবুদ্ধিরসক্তাত্মা তস্মাৎ সর্ব্বত্র পূজিতঃ ॥২৩॥
তং সর্ব্বগুণসম্পন্নং দক্ষং শুচি মনাময়ম্। কালজ্ঞং চ প্রিয়জ্ঞং চ কঃ প্রিয়ং ন করিষ্যতি ॥২৪॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি কৃষ্ণোগ্রসেনসম্বাদো নাম ষড়্‌বিংশত্যধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ। ২২৬।

—:(০):—

যিবা দোষ অহূ মহাক্না থক্ য়েংশিল্লুদে। মশা মথন্তগী অরেপ্পা নীতি অমগী মতুং ইন্না মপুনশি লেপ্লি। মতম্‌গী পীক্ত অমা কাওবা অরেম্বদা হৌহনখিদে। করুবা তৌগে থনবা, অসিগুম্বা রাথলবু মহাক্না থুংদক্না নমহংলি। অদুমক্তনা মাবু মকম্‌ পুম্বদা পূজা তৌনৈ ॥২০॥

যোগগা ভ্যাসগীদমক্ নারদনা য়াম্না কন্না পরিশ্রম তৌগ্রবনি। যোগাভ্যাসতুমকুস্ মহাক্কী বুদ্ধি, মহাক্কী রাথল্‌ রাবল্‌গী মতুং ইন্না তৌথেরকপা থবক পুম্বস্ পূমশেং শেংগ্রবনি। সমাধিদা লৈবগী অপেনবা লৈতবা মীশক্নি। মথৌ পাওগোকপদা থরায় য়াওই। তৌগে নীংথিবা মথৌ লেম্না থক্ থাদে। অসিমক্তনা মাবু মকমম্ পূম্বদা পূজা তৌনৈ ॥২ ॥ নারদ হায়বসি মশাগী সম্মান য়াম্না ওাকই। মাহূ চাউথোকপনা নত্তে, ঈকায়বা য়াম্না থওবননি। মশাগী থক্ য়েংদে, মীগী ফননবগীদমক্তনি। ঈকায়বা থওদ্রবদি মীগী ফননবস্ তৌবা য়াদে। অদুনা নঅতোপ্পনা নারদবু অকবা থবক্তদা থাজিল্লি। মহাক্না কনাগুম্বা অমতগী অরোন্‌বা অথুপ্পবু হায়দোক্তে। অদুমক্তনা মাবু মকম্‌ পূমমক্তা পূজা তৌনৈ ॥২২॥ ফনিংববু ফংলে মুংঙাই, ফংদ্রে মুংঙাই *। মহাক্তি বুদ্ধিদি অমদমদা চোইদ্রবনি। চোইদবহূ করিগুম্বা অমদা আসক্তি থম্‌দবনি। অদুমক্তনা মাবু মকম্‌ পূম্বদা পূজা তৌনৈ ॥২৩॥ অদুনা নারনদ হায়বসি গুণ পূম্বমা লৈকে'বনি। থবক্তা হৈশিংবনি। মহুং মপান্‌ পূমশেং শেংঙি, মশাদা রোগ লৈতে, মতম্‌গী মমল মুন্না খঙ্‌ঙি, খ্বাইদগী চান্নথোইবা আত্মাগী তত্ত্ববু মুন্না খঙলবা মীশক্নি। অদুনা মাবু কনানা মুংশিরোই ? ॥২৪॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা, শ্লোক লিশিং চাম না শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা, মোক্ষধর্ম্ম-পর্ব্বদা, শ্রীকৃষ্ণ উগ্রসেন সংবাদগী চনীকুনতরুকগুবা অধ্যায় লোইরে ॥২২৬॥

—:(৹):—

* বুদ্ধি চোইদুনা, হায়বদি চোইথোকখিদুনা, ফংলগা মুংঙাইরম্বী বুদ্ধি অহূ ফংদ্রগা অমুক রাবী বুদ্ধি হায়বহূ ওইবনি। ফংলগা মুংঙাইবা ফংদ্রগা রাবা হায়বহূদা লেপলোদনা হায়বস্ য়াদ্রি। ফংলগা রাবা ফংদ্রগা মুংঙাইবস্ হেক মওই। সংসারদা বুদ্ধি চোইদবা ওাওদবা মীদি কনা য়াওরি ? ( কালাচাঁদ )

# মণিপুরী মহাভারত

## সপ্তবিংশত্যধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ

### ( শুক ব্যাস অনীগী ওাঙনবা )

### চনীগা কুন্তরেৎশুবা অধ্যায়

— —(*)— —

যুধিষ্ঠির উবাচ।

আদ্যন্তং সর্বভূতানাং জ্ঞাতুমিচ্ছামি কৌরব। ধ্যানং কর্ম চ কালং চ তথৈবায়ুর্যুগেযুগে ॥১॥

লোকতত্ত্বং চ কাৎস্ন্যেন ভূতানামাগতিং গতিম্। সর্গশ্চ নিধনং চৈব কুত এতৎ প্রবর্ত্তত ॥২॥

যদি তেঽনুগ্রহে বুদ্ধিরস্মাস্বিহ সতাং বর। এতৎ ভবন্তং পৃচ্ছামি তৎ ভবান্ প্রব্রবীতুমে ॥৩॥

পূর্বং হি কথিতং শ্রুত্বা ভৃগুভাষিতমুত্তমম্। ভরদ্বাজস্য বিপ্রর্ষেস্ততো মে বুদ্ধিরুত্তমা ॥৪॥

জাতা পরমধর্ম্মিষ্ঠা দিব্যসংস্থানসংস্থিতা। ততো ভূয়স্তু পৃচ্ছামি তদ্ভবান্ বক্তুমর্হতি ॥৫॥

ভীষ্ম উবাচ।

অত্র তে বর্ত্তয়িষ্যেঽহমিতিহাসং পুরাতনম্। জগৌ যদ্ভগবান্ ব্যাসঃ পুত্রায় পরিপৃচ্ছতে ॥৬॥

---

যুধিষ্ঠিরনা হংই,— কুরুশাগৈগী মুংঙাইনবগী লেম্নবগী মশক্ ওইরবা ঈবুধৌ! ঐনা হৌজিক খঙজনীঙবদি পঞ্চতন্মাত্র অহুগা পঞ্চমহাভূত, পঞ্চভূত অসিনচিংবসিনক্ কদায়দগী কয়ম্না ওইরক্লিবনো? অসিনি। মথোয়গী পরোইবা অহুগা লোইশিনকমসি কদায়দনো? পরমার্থ ফংনবগীদমক হায়বদি মপোক্ অসিমগী মথা তানীবাই লৈতবা উদ্দেশ্য অহু ফংনবগীদমক কনাগী ধ্যান অহুগা করম্বা কর্ম্ম তৌবা তাবগে? পুম্নমকসি মতমগী মনুংদা তৌগদৌরিবনিনা মতম ( কাল ) হায়বহুগী মওংনা কমদৌই? হায়রিবা পুম্নমকসি পুনশিসিমগী মনুংদা তৌগদৌরিবনিনা তোঙান তোঙানবা যুগশিংদা তাঃবং মীগী পুনশিনা কয়া কয়া শাংগি? ॥১॥ লোককী তত্ত্বপুম্বা ঐ মপুংফানা খঙজনীংঙি। জীব পান্বা পুম্নমকী ঈহান হাববদা সংসার অসিদা চঙথোক্ চঙশিন তৌথিবসি কদায়দগী হৌখি? কদায়দা লোইশিনাখিগদৌরি? ॥ ॥ সৎপুরুষশিংগী অথোইবা ঈবুধৌ। ঐখোয়বু মুংশিবিরবদি ঐনা হংজরিবসি অমুক্ত শেংনা তাকপিয়ু ॥৩॥ ব্রহ্মর্ষি ভরদ্বাজগী মকমদা ভৃগুনা তাকখিবা থোইদোক্লা নীঙথিজরবা পাউথুম অহু অহানবদা ঈবুধৌনা ঐখোয়দা তাহনবিরে। মাহুদা থোইদোক্লা কাম্নবা জ্ঞানগী শরুক খরসু ফংজরে ॥৪॥ বুদ্ধি অসি ধর্ম্মগী মায়গৈদা অহুগা দিব্যদৃষ্টি ( লাই-রৈবাকী ওাল্লবা মীৎয়েং ) গী মায়গৈদা চঙশিনরে। হায়বদি— শেংলনা লংলবা জ্ঞানগী মায়গৈদা য়েংশিন খজিন্নীঙরে। অহুনা পুজদহুনা অমুক্সু হংজবনি। অহুনা হন্দক্ হংজরিবসে অমুক্কগা তাকপিয়ু ॥৫॥

ভীষ্মনা হায়,— যুধিষ্ঠির! নংনা হংলিবা বিষয় অসি অহুক্তৈ মচা শুকদেবনা হংবদা ভগবান্ ব্যাসনা

অধীত্য বেদানখিলান্ সাঙ্গোপনিষদস্তথা। অন্বিচ্ছন্নৈষ্ঠিকং কর্ম্ম ধর্মনৈপুণ্যদর্শনাৎ ॥৭॥
কৃষ্ণদ্বৈপায়নং ব্যাসং পুত্রো বৈয়াসকিঃ শুকঃ। প্রপচ্ছ সন্দেহমিমং ছিন্নধর্ম্মার্থসংশয়ম্ ॥৮॥

শ্রীশুক উবাচ।

ভূতগ্রামস্য কর্ত্তারং কালজ্ঞানে চ নিশ্চয়ম্। ব্রাহ্মণস্য চ যৎ কৃত্যং তদ্ভবান্ বক্তুমর্হতি ॥৯॥

ভীষ্ম উবাচ।

তস্মৈ প্রোবাচ তৎসর্ব্বং পিতা পুত্রায় পৃচ্ছতে। অতীতানাগতে বিদ্বান্ সর্ব্বজ্ঞঃ সর্বধর্ম্মবিৎ ॥১০॥

ব্যাস উবাচ।

অনাদ্যন্তমজং দিব্যমজরং ধ্রুবমব্যয়ম্। অপ্রতর্ক্যমবিজ্ঞেয়ং ব্রহ্মাগ্রে সম্প্রবর্ত্তত ॥১১

কাষ্ঠা নিমেষা দশ পঞ্চ চৈব ত্রিংশত্তু কাষ্ঠা গণয়েৎ কলাং তাম্। ত্রিংশৎ কলাশ্চাপি ভবেন্মুহূর্ত্তোভাগো কলায়া দশমশ্চ যঃ স্যাৎ ॥১২
ত্রিংশন্মুহূর্ত্তং তু ভবেদহশ্চ রাত্রিশ্চ সংখ্যা মুনিভিঃ প্রণীতা। মাসঃ স্মৃতো রাত্র্যহনী চ ত্রিংশৎ স বৎসরো দ্বাদশমাস উক্তঃ ॥১৩॥

তাকপিবা বিষয় অদুনি। অদুগুম্না কুইরবা ইতিহাসগী ৱিবরণ অদু ঐ অমুকহন্না তাহল্লগে ॥৬॥ বেদ, বেদাঙ্গ ( ঋক্, যযু সাম, অথর্ব্ব, ন্যায়, ব্যাকরণ, নিরুক্ত, ছন্দ, জ্যোতিষ, শিক্ষা, মীমাংসা ) অদুগা— ঈশাবাস্যোপনিষদ্, কঠোপনিষদ্ নচিংবা পূম্নমক অসিবু তম্বা লোইরবা তুংদা থাঙ্গৎলেংবা কর্ম্মগী তত্ত্ববু খঙ্-নীঙবদগী শুকদেবনা মাবু পোকপা কৃষ্ণদ্বৈপায়ন ব্যাসবু ধর্ম্মজ্ঞানগী বিষয়দা য়াম্না চখোন্না খঙ্‌ল-হৈরবনি, হায়না খঙহন্না মাগী মপুক্কীগী চিংনবা পূম্নমকপু হংখি। ঐবু পোকপা ঈপাসিনা তাকপীরবদি— ধর্ম. অর্থ অনীগী মরমদা চিংনৱিবাস শোয়দনা কোকবি হায়না শুকদেবনা চপন্নুংনা থাজরম্মি ॥৭—৮॥ শুকদেবনা হংডি — পিতৃদেব। অচচ্চত্ত জীব পানবা পূম্নমক্ অসিবু পোকহল্লিবা ( পোকপিরিবা ) মহাক অসি কনানো, কাল ( মতম ) হায়বসিগী তত্ত্বজ্ঞানগী মরমদা পিতাজাগী করি সিদ্ধান্ত ( মত ) লৈ? মতম হায়বসিগী মতুংদা ব্রাহ্মণগী তৌগদবা মখোনা করি কম্বিনো? ॥৯॥ ভীষ্মনা হায়, - যুধিষ্ঠির। ভূত, ভবিষ্যৎ বর্ত্তমান অদুম্বু লোইনা খঙ্‌ল-উরবা ধর্ম পূম্নমকী লোইনা খঙ্‌ল-হৈরবা মহাবিদ্বান্ ব্যাসনা মচানা হংলিবশিংসিগী পাউখুম্বু অম্নম্মা পীখি ॥১০॥

ব্যাসনা হায়ঃ—ঈপাগী ঈবুঙো। শুক! উৱিব বিশ্বজগৎ অসিগী সৃষ্টিগী মমাঙদা অহোবা অরোইবা লৈতব, নহা ওইবা অহল ওইবা হায়বা লৈতবা, মশক্ হোংদবা, লৈ-লৈতে হায়না য়েংকম্ লৈতবা, মাগী ওমথৈ, মশক্ মওংবু জ্ঞান মশামক্তা লেপ্পা ওমত্রবা—হাওরিবা কর্ম্মখিবিক অসিনা পুন্নপ পুন্নবা ব্রহ্ম কৌবা মহাক্কনি সৃষ্টিগী মমাঙদা লৈঃম্নসি ॥১১॥ কাল ( মতম্ ) গী বিভাগতি অম্নম্মা খঙহ্নু:— মীকূপ তরা-মঙা কাষ্ঠা অমা কাষ্ঠ কুন্থ্রানা কলা অমা, কলা কুন্থ্রানা মুহূর্ত্ত অমা। মাসিগী মতুংদা কলাগী শরাক তরাগী শরাক অমা ( হায়বদি কাষ্ঠা অহুম ) তিম্নরি। হায়বদি কলা কুন্থ্রাগা, কাষ্ঠা অহুমগনা মুহূর্ত্ত অমনি ॥১২॥ মুহূর্ত্ত কুন্থ্রানা অহিং নুংথিল ( নোংমা ) ওই। মহর্ষিশিংনা কলাগী বিভাগত অসিকাওত মশাকরম্মি। অহিং নুংথিলগী মতুংদা লৈবা মুহূর্ত্তশিংগী মশীংসি অসিক্কাওবত মথীরম্মি। অহিং নুংথিম্না অমা নোংমা

সংবৎসরং যে স্বয়নে বদন্তি সংখ্যাবিদো দক্ষিণমুত্তরঞ্চ ॥১৪॥
অহোরাত্রে বিভজতে সূর্য্যো মানুষলৌকিকে। রাত্রিঃ স্বপ্নায় ভূতানাং চেষ্টায়ৈ কর্ম্মণামিহ ॥১৫॥
পিত্র্যে রাত্র্যহনী মাসঃ প্রবিভাগস্তয়োঃ পুনঃ। শুক্লোঽহঃ কর্ম্মচেষ্টায়াং কৃষ্ণঃ স্বপ্নায় শর্ব্বরী ॥১৬॥
দৈবে রাত্র্যহনী বর্ষং প্রবিভাগস্তয়োঃ পুনঃ। অহস্তত্রোদগয়নং রাত্রিস্যাদ্দক্ষিণায়নম্ ॥১৭॥
যে তে রাত্র্যহনী পূর্ব্বং কীর্ত্তিতে জীবলৌকিকে। তয়োঃ সংখ্যায় বর্ষাগ্রং ব্রাহ্মে বক্ষ্যাম্যহঃ ক্ষপে ॥১৮॥
পৃথক্ সংবৎসরাগ্রাণি প্রবক্ষ্যাম্যনুপূর্ব্বশঃ। কৃতে ত্রেতাযুগে চৈব দ্বাপরে চ কলৌ তথা ॥১৯॥
চত্বার্য্যাহুঃ সহস্রাণি বর্ষাণাং তৎ কৃতং যুগম্। তস্য তাবচ্ছতী সন্ধ্যা সন্ধ্যাংশশ্চ তথাবিধঃ ॥২০॥
ইতরেষু সসন্ধ্যেষু সন্ধ্যাংশেষু অতস্ত্রিষু। একপাদেন হীয়ন্তে সহস্রাণি শতানি চ ॥২১॥
এতানি শাশ্বতাঁল্লোকান্ ধারয়ন্তি সনাতনান্। এতৎ ব্রহ্মবিদাং তাত বিদিতং ব্রহ্মশাশ্বতম্ ॥২২॥

( নুমিৎ ) কুন্থ্রানা থা অমা, অতুপ্পা থা তরানিথোইনা চহী অমা শাহ ॥১৩॥ বিদ্বান্‌শিনা উত্তরায়ণ, দক্ষিণায়ণ অনীনা চহী অমনি —অসুম্না হায়। অতুনা অয়ণ অনীনা চহী অমা—অসুম্না চহী অমগী সংজ্ঞা পীরেন। হায়বদি নুমিৎ কুন্থ্রানিনা থা অমা, থা তরানিথোইনা চহী অমা—অসুম হায়না হায়নদে ॥ ৪॥ তাইবং মীগী অহিং নুংথিল্ হায়বা বিভাগ অসি সূর্য্যদেব দেবতনা থোকহল্লিবনি। অয়ুক্ নুংথিল্লা তাইবং জীবশিংগী থবক থানা তৌননবগীদমক্তি, অহিংনা পোথাননবগী তুম্-হীপ্পবগী মতম্ ওইনা শেম্মি ॥১৫॥ পিতৃলোকত লৈবা পিতরশিংগী নোংমদি তাইবং মীগী থা অমা শাই। অতুনা শুক্ল পক্ষনা পিতৃলোকশিংগীদা থবক্ থানা তৌননবা নুংথিলগী শরক্তি। কৃষ্ণপক্ষনা মখোয়গী পোথাননবা, তুম্ হীপ্পনবগী অহিংগী শরক্নি ॥১৬॥

তাইবং মীগী চহী অমনা লাইশিংগীদি নোংমতনি। লাইশিংগী অহিং নুংথিলগী বিভাগ ( থায়দোক্নবা শরক্ ) তি অসুম্না তৌই, মাহুদি :—উত্তরায়ণনা মখোয়গী নুংথিলগী শরক্ ওই। দক্ষিণায়ণনা অহিংগী শরক্নি ॥ ৭॥ তাইবং মীগী অহিং নুংথিলগী বিভাগকী মরমদা ঐনা হায়রে থরা হায়রে। মাহুনী মতুং ইন্না ব্রহ্মাগী দিনমান, রাত্রিমানগী গণানা ( হিসাব ) ঐ তৌগে তাও। মাসিগা লোয়ন লোয়ননা সত্য ত্রেতা দ্বাপর, কলি যুগ মরি অসিগী অমমমদা লৈরিবা—কোল্লিবা চহীগী মশীংশিং অহুন্থ ঐ হায়রকে ॥১৮॥ লাইগী চহী লিশিং মরিনা সত্য যুগ শাই। সত্যযুগতা দিব্যবর্ষ চামরি চামরিগী সন্ধ্যা অমুমুক ওই। হায়বদি লাংদাই অমমম্ ওই। অদুগা লৈরিবা চহী অদুপ, সন্ধ্যাংশসু অদুপ ওই। অদুনদি সত্য যুগ হায়বসিদা লাইগী চহী লিশিং মরি চানিপাল লৈ ॥১৯—২০॥

সন্ধ্যা ( অহিং-নুংথিল তিন্নবম ); সন্ধ্যাশিংগী শরকশিংগা লোয়মনা অতোপ্পা যুগ অহুমদা হায়বদি চহী লিশিং মরি চানিপান্দা। হায়রিবা মশীং অসি মথং মথং, শরক মরিগী শরক অমমম্ অসুমসুম রাথরক্লই ॥২১॥ হায়রিব যুগ মরি অসিনা, ঈচেল্ নাইনা চেন্থরকুনা মতম পুম্বদা ওইহুনা ভাক লৈরক্লিবা লোকশিং অসিবু পুরক্লি। ঈবুঙো! শুক! হৌজিক হায়রিবা যুগতগী মশক্ ওইরবা কাল অসি ব্রহ্মতত্ত্ব খঙবশিংগী মকমদদি ব্রহ্মাবকী থাক্লংশেংব মশক্লি ॥২২॥

চতুষ্পাৎ সকলো ধর্ম্মঃ সত্যং চৈব কৃতে যুগে। নাধর্ম্মেণাগমঃ কশ্চিৎ পরস্তস্য প্রবর্ত্ততে ॥২৩॥
ইতরেষ্বাগমাৎ ধর্ম্মঃ পাদশস্ত্ববরোপ্যতে। চৌর্য্যকানৃতমায়াভির্ধর্ম্মশ্চাপচীয়তে ॥২৪॥
অরোগাঃ সর্ব্বসিদ্ধার্থাশ্চতুর্ব্বর্ষশতায়ুষঃ। কৃতে ত্রেতাযুগে ত্বেষাং পাদশো হ্রসতে বয়ঃ ॥২৫।
বেদবাদাশ্চানুযুগং হ্রসন্তীতীহ নঃ শ্রুতম্। আয়ুংষি চাশিষশ্চৈব বেদস্যৈব চ যৎ ফলম্ ॥২৬॥
অন্যে কৃতযুগে ধর্ম্মা ত্রেতায়াং দ্বাপরেঽপরে। অন্যে কলিযুগে নৃণাং যুগহ্রাসানুরূপতঃ ॥২৭॥
তপঃপরং কৃতযুগে ত্রেতায়াং জ্ঞানমুত্তমম্। দ্বাপরে যজ্ঞমেবাহুর্দানমেকং কলৌযুগে ॥২৮।

সত্য যুগতা সত্য অমদি ধর্মগী মখোঙ মরিশুনা পাল্লম্মি। অতুনা মতম অতুগী তাইবংমীনা সত্য (অচুম্বা) অতুগা ধর্ম অনীসিগী মর্য্যাদাবু, বিধি নিয়মবু মপূংফানা ঙাকলম্মি। মতম্ অতুগী ধর্মশাস্ত্রশিং অতু ধর্ম্মগা করিমত্তা মরম লৈনদে। থবক্ পুম্নমক্তা ধর্ম্ম অমদি সত্যদা করি কায়বা লৈবগে হায়বসি, তাই-বংমী পুম্নমক্না য়াম্না মুন্না থম্নরম্মি ॥২৩॥ সত্য যুগ অসিগী মথাদা মথং মথং লাকপা যুগশিং অতুদা খোঙ্ অমমম্ য়াথনরকই। মখোঙশিংদুনা অসুমসুম য়াথনবকপনা হূরানবা, ভাকু, মীনম্বা, ওইদবা ভাঙবা অসি-নচিংবসি অসুম থর থর হেনগৎলকই ॥২৪॥ সত্য যুগতা তাইবংমীগী মশাদা লায়না লৈরমদে। হেক্ নীংবা পুন্না থুংনরম্মি। মী থুদিংমক চহী চামরি-চামরি পুন্সিয়ম্মি। ত্রেতা যুগত শরূক্ মরিগী শরুক অমা হন্থখিদনা চহী অহুমত মপুন্সিরি। মতো অসুম্না দ্বাপরদা চহী চনী অতুগা কলি যুগত চহী চামত মপুনশি ॥২৫॥ ত্রেতানচিংবা মতুংগী যুগশিংদদি বেদশাস্ত্রনচিংবগী স্বাধ্যায় (নীঙথিনা তম্বা খোৎপা-নৈনবা) অতুগা পুন্সি অসি মথং মথং হন্থরকই। অপাম্বা, কংনিংবা পুন্না তান্নরকপদা বাধা বিঘ্ন (য়েথায়বা) য়াম্না লাকই। ধর্ম্ম কর্ম্ম-বেদ পাঠনচিংবগী মহৈনচিংবা কংবদা মাত্রা য়াম্না হন্থরকই ॥২৬॥ যুগশিংগী হীরম পুম্নমক্ত মাত্রা-শিং অসি অসুমসুম্ হন্থবকপগা লোয়ন-লোয়ননা মনৈথংদা ঙৈরোয়লোইবা কলি কৌবা যুগতদি তাইবং-মীগী ধর্ম কর্ম পুম্বা মাগী মাগী লোনরকুনা, শেমদোকনরকুনা অমত ওইবা ধর্মগী মশামরেং য়াম্না শন্দো-রকই * ॥২৭॥ সত্য যুগতা তপস্যানা অথোইবা ধর্মগী কর্ম হায়না লৌনরম্মি লৌনৈ। ত্রেতাদা জ্ঞান যজ্ঞনা অথোইবা সাধননি হায়না লৌনৈ। দ্বাপরদা চুম্নগী যজ্ঞনা অথোইবা ওই। কলি যুগতদি দানতনা অথোইবা

* কলি যুগ অসিদা জাতি থুদিংমকনা মাগী মাগী ধর্মনা অহেনবনি, অচুম্বনি, অতৈনা অরানবা ঙাক্কনি হায়না য়েৎনরক্লিবা তর্ক বতর্ক তৌনরক্লিবসি, মশামরেং ওইবা ধর্মশিংতুগী মরমদা ঙাক্কনি। ধর্ম পুম্নমকসিগী হৌরককম্ মপুংতুগী অমতা নত্তে। মশামরেংনদি অসুম্ য়ামশিন্নকপাননা য়েৎনবগীদু লোয়বা থম্বা নাইরোই। রাম, কৃষ্ণ, বুদ্ধ, মহাবীর, খ্রীষ্ট অল্লা, মহম্মদ,গী মরমদা অতুগা মখোয়দগী অহুপামী ওইবশিংনা য়েৎন-রিবা, হায়রিবা মহাপুরুষশিং অসিগী হৌরককম ওইবা, রামসু, কৃষ্ণসু, খ্রীষ্টসু, বুদ্ধসু কৌদবা, মহাৎকী ধর্মগী মরমদদি অমতা য়েৎনদে। মশামরেংশিং অতুদা শাহিবা মপাল্, মহৈশিংতুগী মকুং মকুন্দা লৈথাদা থগ্রুনা লৈরিবা অমত ওইব মরূ অতুদি অহুম্ ময়াওরি। অতুনদি মপান্থোংগী মহৈ মপালনচিংবতুগী মচু, মওং, মমিংনচিংবা ওইত্রবা বিষয়শিং অসিদা থৎনদুনা তৌক্লি। (কালাচাঁদ)

এতাং দ্বাদশসাহস্রীং যুগাখ্যাং কবয়ো বিদুঃ। সহস্রপরিবর্ত্তং তং ব্রাহ্মং দিবসমুচ্যতে ॥২৯॥
রাত্রিমেতাবতীঞ্চৈব তদাদৌ বিশ্বমীশ্বরঃ। প্রলয়ে ধ্যানমাবিশ্য সুপ্ত্বা সোঽন্তে বিবুধ্যতে ॥৩০॥
সহস্রযুগপর্য্যন্তমহর্যদ্ ব্রহ্মণো বিদুঃ। রাত্রিং যুগসহস্রান্তাং তেঽহোরাত্রবিদো জনাঃ ॥৩১॥
প্রতিবুদ্ধো বিকুরুতে ব্রহ্ম অক্ষয্যং ক্ষপাক্ষয়ে। সৃজতে চ মহদ্ভূতং তস্মাদ্ ব্যক্তাত্মকং মনঃ ॥৩২॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি
শুকব্যাসসম্বাদো নাম সপ্তবিংশত্যধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ।

— —(*)——

---

ধর্ম্ম নি ॥২৮॥ মতৌ অসুম্না লাইশিংগীদি চহী লিশিং তরানিথোইনা যুগ মরি শাই। মাসি বিদ্বান্ পুম্নমক্না যানৈ। অসিগুম্বা যুগ মরিসিনা থুজ্বিং ওইবা যুগ লিশিং অমনা হায়রবদি লাইগী যুগ লিশিং মরিনা ব্রহ্মাগীদি নোংমা ( সুমিং ) অমতনি ॥২৯॥ হায়রিবা যুগশিং অসিনা ব্রহ্মাগী অহিং অম অহুম মওই। ভগবান্ ব্রহ্মনা মহাক্কী অয়ুক ঙুংথিলগী অহানবা শরুক্তা সংসারবু শেম্মি। অহুগা অহিংদা অমুক প্রলয় তৌই— লোইশিন খোমজিল্লি। প্রলয়গী মতম অহুদা বিস্তার তৌরম্লিবা হায়রবদি শন্দোক্লম্লিবা বিশ্বজগৎ অসিবু মশামক্কী মনুংদা লৌশিল্লি। ( চুপশিলহল্লি )। লৌশিল্লিঙৈ মতম অহুনা মহাক যোগনিদ্রাদা হীপ্তু্না তুম-হুনা লৈ। হায়রিবা প্রলয় অসিগী অরোইবদা অহিংগী শরুক অসিনা লোইশ্রবদা মহাক অমুক যাহৌই ॥৩০॥ চতুর্যুগ ( সত্য ত্রেতা দ্বাপর কলি ) লিশিং অমনা ব্রহ্মাগী অয়ুক ঙুংথিলগী হায়না যানখ্রে—থওনখ্রে। হায়রিবা চহী মশিং অসিনা মাগী অহিংগী শরুক্নি। অসিবু তত্ত্বগা লোয়ননা মুম্না খওলবা মী মহাক অহুদি কাল তত্ত্ববু মুম্না খওলবা বিদ্বান্ অমনি ॥৩১॥ অসিগুম্বী অহিং অসিনা লোইরকপদা মীকপ্ থোক্লবা যা-হৌরবা ব্রহ্মানা, অমাঙ অতা লৈত্রবা মশাগী স্বরূপ মায়ানা পান্থে ওইহুনা বিকার ( মশক ওনবা ) কংহল্লি। অহুদগীদি মহত্তত্ত্ব মওা ( মৈ নুংশিং ঈশিং লৈপাক্ আকাশ ) বু শেম্মি। অহুগীদি মতুংদা অউবা অতৌবা জগৎ অসিবু পুম্নিবা পূক্নীং হায়বা ইন্দ্রিয় অসি মশানা অহুম্ চাংথোরক্লে ॥৩২॥

মফম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা
মোক্ষ ধর্ম্মপর্বদা শুকব্যাস সংবাদগী চনী কুনঅরেৎশুবা অধ্যায় লোইরে ॥২২৭॥

—:(*):—

# মণিপুরী মহাভারত

( ব্যাসনা শুকদা স্রষ্টিগী ক্রম তাক্পা )

## অষ্টাবিংশত্যধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ।

## চনীগা কুন্নিপানশুবা অধ্যায়।

——:():——

ব্যাস উবাচ।

অব্যক্তেভ্যোঽভবৎ শুক্রং যস্য সর্ব্বমিদং জগৎ। এবস্তু ব্রহ্মভূতস্য যৎ স্থাবর জঙ্গমম্ ॥ ১॥

অহর্ম্মুখে বিবুদ্ধঃ সন্ সৃজত্যেহবিদ্যয়া জগৎ। অগ্র এব মহদ্ভূতমাশু ব্যক্তাত্মকং মনঃ ॥২॥

অভিভূয়েহ চার্চিষং ব্যসৃজৎ সপ্ত মানসান্। ত্রয়গং বহুধা গায় প্রার্থনাম্ সংশয়াত্মকম্ ॥৩॥

ব্যাসনা হায় :—ঈবুঙো ! শুক ! মঙাক্তুগী মশক ওইব ব্রহ্মতনা উরিবা উড্রিবা পুন্নমকী মরুনি। মঙোন্দগী বিশ্বজগৎ অসি পোকখিবনি। হায়রিবা ব্রহ্মসিমতদগী অচচ্চত্ত অনীমক অসি পোকখিবনি ॥১॥ হৌজিক্ত ঐনস্থ হায়গ্রে—ব্রহ্মানা অমুক মুংথিলগী শরুকী অহানবদা হৌপত্ত্না অবিদ্যা ( গুণ অহুমগী মশক্ ওইবী প্রকৃতি ) গী পাম্বৈনা জগৎ পুন্নমকপু শেমখি। খুঙ্‌গদগী ঈহান হানবদা মহত্তত্ত্ব থোরক্খি। মাসিদগী মশক উরিবা অচৌবা স্রষ্টি ( খুংশেম ) আসগী তুংনফম্-যুম্ফম্ পুক্নীং কৌবা ইন্দ্রিয় অসি চোংথোকখি ॥২॥ পুক্নীং হায়বসিগী গতিদি মীকুপ্তা আ-কদায় কয়া য়োই। মওং শাক্তং তোঙাল্ তোঙানবদা হঙ্গংহন্দা অমদগী অমদা কোয়চৎ চত্ত্না লৈ, ঙহাক্ত তুমিন্না লৈতে। "হায়জবা" গা "চিংনবা" গা * বৃত্তি অনীসিন তিন্নিবা "পুক্নীং" কৌবা মচাক অসিনা 'চৈতন্য" ( জ্ঞানতাবা, পঙথদবা, মীকপ্ খোকপা ) হায়বত্থগা তিন্ন-

* পুক্নীংগী লৈরিবা নীংবা, কাওবা ফংনিংবা—হায়খিবা থবক্ অহুম অসিগী বৃত্তি ( লৈফম্ মওং ) অসি, হায়জবা গা চিংনবা হায়বত্থগা অনীসিতনি। মানি-নস্তে, ফংগনি-ফংলোই, ওইরি-ওইদে, ওইগনি-ওইরোই, অসিনচিংবা "চিংনবা" হায়বত্থদগীনি। করিগুম্বা থবক্ অমা তৌগে হায়না পুক্নীংদা থক্তিংসি চিংনবা অরাংপা অমা লৈবদগীনি। অত্থনা মথক্তা হায়রিবা নীংবা, কাওবা, ফংনিংবা—হায়বা থবক অহুম্ অসি চিংনবা—অরাংপা অমা লৈবদগীনি। চিংনবা—অরাংপা অসিনু কোক্হন্নবগীদমক্তা পুক্নীংসিনা অমুক্ ইন্দ্রিয়শিংগা লোয়ননা ওইহন্নীংলিবা বিষয় পোশক্ অত্থগী মনাক্তা চঙশিল্লকই—চঙজরকই। মাসি প্রার্থনা ( হায়জবা ) হায়বত্থনি। চিংনবা—অরাংপা হায়বত্থগা হায়নবা হায়বসিগা অনী অসি লৈয়মজবদি পুক্নীং হায়বসি লৈনা লৈনা লৈতবগুম্ খপ্পুনা লৈয়মগদবনি। অত্থগা মথৌনা অহুম্ ওইরবস্থ লৈফমগী মওংদি অনী-তনি— ( কালাচাঁদ )

মনঃ সৃষ্টিং বিকুরুতে চোদ্যমানং সিসৃক্ষয়া। আকাশং জায়তে তস্মাৎ তস্য শব্দং গুণং বিদুঃ ॥৪॥
আকাশাৎ তু বিকুর্বাণাৎ সর্বগন্ধবহঃ শুচিঃ। বলবাঞ্জায়তে বায়ু স বৈ স্পর্শগুণো মতঃ ॥৫॥
বায়োরপি বিকুর্বাণাজ্জ্যোতির্ভবতি ভাস্বরম্। রোচিষ্ণু জায়তে শুক্রং তদ্রূপগুণমুচ্যতে ॥৬॥
জ্যোতিষোঽপি বিকুর্বাণাৎ ভবন্ত্যাপো রসাত্মিকাঃ অদ্ভ্যো গন্ধবহা ভূমিঃ সর্বেষাং সৃষ্টিরুচ্যতে ॥৭॥
গুণাঃ সর্বস্য পূর্বস্য প্রাপ্নুবন্ত্যুত্তরোত্তরম্। তেষাং যাবৎ যথাবচ্চ তত্তাবদ্‌গুণং স্মৃতম্ ৮।
উপলভ্যাপ্সু চেদ্গন্ধং কেচিদ্‌ব্রূয়ুরনৈপুণাৎ। পৃথিব্যামেব তং বিদ্যাদপো বায়োশ্চ সংশ্রয়ম্ ॥৯॥

া. হেক লৈরিবা পোৎ পুম্নমকপু নম্‌হন্তুনা, পুক্লীং কৌবা ইন্দ্রিয়সিদগী ঋষি তরেৎকী সৃষ্টি তৌই * ॥৩॥ সৃষ্টি তৌননবগী ইচ্ছানা হেক্ ঊস্থিল্লকপদা পুক্লীং হায়বসিনা সৃষ্টী মথল্ মথল্ পুথোকই। পুক্লীংদগী ইহান ক্লায়া পোক্লপসি অকাশনি। আকাশনা হেক পোকপদগী মাগা লোয়নরকপা গুণদি শব্দনি ॥৪॥ আকাশগী মশাদা বিকার অসি লাকপদা শেংলবা মনম্ পুম্নমকপু হুমলিবা পুরিবা নুংশিৎকী তত্ত্ব পোকই। মহাক্লা পোক্‌পদা স্পর্শ ( শোকপা থেংবদা হকচাংদা কাওবা ) হায়বা গুণ অসি লোয়নবকই ॥৫॥ নুংশিত্তা বিকার অসি হেক লাপদা অগ্নি ( মৈ ) গী তত্ত্ব পোকই। অগ্নিগী মশাগী তত্ত্বদা তগুপ্ তরেংবা, ঊঙং লংবা, অশাবা হায়বদি লাকই। অগ্নিগী গুণদি "রূপ" ( মশক্ মওং ) হায়বসিনি হায়নৈ ॥৬॥ অগ্নিগী তত্ত্বগা বিকার অসি উরকপদা রস ( মহাও ) তগী মশক ওইবা ঈশিংগী তত্ত্ব অসি পোক্‌ই। ঈশিংদগী গন্ধ ( মনম্ ) বু পুরিবা পৃথিবী ( লৈপাক্ ) গী তত্ত্ব অসি পোকই। মতৌ অসুম্না মহাভূত মঙা অসিগী সৃষ্টি ওইথি ॥৭॥ মতুং মতুংদা লাকপা বায়ু ( নুংশিৎ ) নচিংবনা মাগী মাগী মমাঙদা চ খ্রিবা ভূতশিং অহ্নগী গুণ অহু মথোয়সু হেক হেক পুই। হায়রিবা ভূতশিং অসিদা লৈরিবা নিয়মদি অহুগুম্বা ভূত অহুনা মাগী মওং অহু কায়দনা লৈরিবা মতম অস্তপ্ মহাক্কী গুণ অহুসু অতম মরৈ।৮॥ কনা কনাগুম্বনা ঈশিংদা নম্বদা মনম্ অমকাওরবদি মাহুগী মনমদি, ঈশিংদসু মনম্ লৈ হায়নৈ। মাহু লাল্লি। নমলিবা কাওরিবা মনম অহু ঈশিংগী

* "ঋষি" হায়বদি অচুম্ব লম্বীদা চঙশিনবা হায়বনি। অচুম্বা লম্বীদা চঙশিনবা হায়বসি অয়ানবা লম্বীদগী চথোরকপা হায়বনি। সংসার অসি প্রকৃতি বিকৃতি অনীগী তিয়কম, ওইবা মশক্ নাইদা পোশক্ অম ওইনা লৈজরিবতনি। প্রকৃতি বিকৃতি অনীমক্ অয়ান্‌বমক্তনি। চীংমান্ তুরেলনি হায়না উরিবশিং অসি অয়ানবমক্তনি। মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, আকাশ, লৈপাকী বিকারমক্তনি। লৈপাকুনা শারিবা "বিকৃতি অহুসু 'অয়ানবনি। অয়ান্‌বনি, মওংহু যেংল য়েংলগা মমিং অমমম্ থোন্‌জিনবতনি। অয়ান্‌বসিদগী থবন তৌননবা হায়বদি থোয়রকবা হোৎনরিবহু ঋষি কৌই। হোৎনরিবা মথোয়হুগী মওংসু তরেৎনি। মৈদগী থোরকনীংবা, ঈশিংদগী থোরকনীংবা, নুংশিত্তগী থোরক্লীংবা, আকাশদগী থোরক্লীংবা, লৈপাক্তগী থোরক্লীংবা, 'বুদ্ধিদগী থোরকনীংবা, 'অহংকার ( ঐনি হায়না উরিবা ) অসিদগী থোরকনীংবা, ঋষি মথল তরেৎনি। মথোয়হুবু 'সপ্তর্ষি ( ঋষি তরেৎ ) হায়না খঙনৈ। মথোয় অহুবু হিন্দু পুরাণনা মরীচি, অঙ্গিরা, অত্রি, পুলস্ত্য, পুলহ, ক্রতু, বশিষ্ঠ হায়না থোল্লি। শব্দতরেৎ অসিগী অর্থদি মথক্ত হায়খ্রিবা তরেৎ অহুগী অর্থহু অহু মকংলনি। ব্যাখ্যা তৌরবদি য়াম্না শাংগনি। ( 'কালাচাঁদ )

এতে সপ্তবিধাত্মানো নানাবীর্য্যা পৃথক্ পৃথক্। নাশক্নুবন্ প্রজাঃ স্রষ্টুমসমাগম্য কৃৎস্নশঃ ॥১০॥
তে সমেত্য মহাত্মানো হ্যন্যোন্যমভিসংশ্রিতাঃ। শরীরাশ্রয়ণং প্রাপ্তাস্ততঃ পুরুষ উচ্যতে ॥১১॥
শরীরং শ্রয়ণাৎ ভবতি মূর্ত্তিমৎ ষোড়শাত্মকম্। তমাবিশন্তি ভূতানি মহান্তি সহ কর্ম্মণা ॥১২॥
সর্ব্বভূতান্যুপাদায় তপসশ্চরণায় হি। আদিকর্ত্তা চ ভূতানাং তমেবাহুঃ প্রজাপতিম্ ॥১৩॥

মনম নত্তে। লৈপাক্কী, মুংশিংনচিংবগী মনম অমত নত্তে। লৈপাক্কগী মনমনি মতম থরদং তাংলবহৌগুম্বা ঈশিং মুংশিংনচিংবদা, পৃথিবী ( লৈপাক্ ) গী মনম্ অদু মতম থরদং লৈজরম্বনি ॥৯॥ মাগী মাগী শক্তি, গুণ, মথল মথল তোঙাল তোঙাল পুনরিবা ভূতশিং অসিনা অমগমগ তিন্নগ্রিমথৈ মখোয় অমমমদা প্রজা শেম্বগী পুখোকপগী শক্তি লৈতে ॥১০॥

ব্যাপক-পদার্থ তরেৎ অসি হায়রবদি— মকম খুদিংদা শীন্নৈনা লৈবা পোৎশক্ ( লৈপাক ঈশিংমচিংবা মহত্তত্ত্ব, মঙা, মন, অহঙ্কার ) তরেৎ অসি ঈশ্বরগী * ইচ্ছাদগী অমগমগা তিন্নরকপা অদুগা অমমগা মতেং শীনরকপা হৌখি। মতম অদুদা মখোয় খুদিংমক্ তোঙান তোঙানবা শরীর ( হকচাং ) গী মওং অমমম্ পুদুনা লৈখি। হংয়রিব হকচাং অসি পোক্‌খি— থোক্‌খিবগা মখোয়বু তিন্নহল্লম্বা, ইচ্ছাশক্তিপুবা জীবাত্মাসি মশামক্ হকচাংদুমক্কী মন্নংদা চঙখি। অদুদগী মহাক অদু চুমগী জীব ( জীবাত্মা ) কৌরম্বদগী পুরুষ কৌগ্রে ॥ ১১॥ অচৌবা মশক উবা পঞ্চভূত, মীৎ নাকোংনচিংবা ইন্দ্রি তরা অদুগা মন— পুরীং হায়রিব তত্ত্ব তরাতরুকসিনা হকচাং অসি শাথিরবনি। পুন্নমক অসিগী আশ্রয় ওইখিবদগী হকচাং অসিবু শরীর কৌখিবনি। মপানগী অউবা হকচাং অসি শেমগ্রবা ফুংদা জীবশিংদুনা অহানবা দেহদা তৌরম্বা— কর্ম্মগী মশকশিংদুগা লোয়ন লোয়ননা সূক্ষ্মদেহ ( শীরুবা কুপ্নবা মৈ ঈশিংনচিংবা মঙা ) অসি স্থূলশরীর অসিগী মন্নুংদা চংঙি ॥১২॥ হায়রিবা ভূতশিং অসিগী ঈহান হানবা শেম্বা ব্রহ্মানা তপস্যা তৌননবগী দমক্তা সূক্ষ্ম শীরুবা কুপ্নবা ) দ্দতশিং অদুগা লোয়ননা, হায়রবদি— শীরুবা পঞ্চতন্মাত্রশিং অদুবু পুদুনা,

* মৈ ঈশিং মুংশিংনচিংবা অসিগী মশাদা অমগমগ তিন্ননীঙবগী ইচ্ছা লৈ হায়রবা অমা, মত্রগা মখোয়সিবু তিন্ন শম্ননীংবগী ইচ্ছা অদু মখোয়সি নত্তনা অতোপ্পা অমদা লৈ হায়রবা অমা, অমদি হায়রবা তারি। পরমাণুশিং অসিগী মন্নুংদা জীব লৈ, জীবদুগী ইচ্ছানি হায়রবসু অমদি হায়রবা তারিবনি। মতা চাবদগী তিন্নখিবনি হায়রবদি বিশ্ব জগৎ পুর্থসি মতা চারুবদগী থোকখিবনি হায়রবা তাই। অদু ওইরবদি অতু খুদিংগী মহৈ মরোংনচিংবা অমগমগ মওং মচু মহাও মান্নদবা থোরক পোক্লকলিবসিসু মতা চারুবদগী ওইব তারি। মতাচাবসিনা মতম্ চানা নিয়ম নাইনা চহীগী থোংচিন্নকলবদি মাদু মতা চাবা থক কৌবা য়ারোই। মতা চাবদগী ভসি সনামত্তুম অমা লম্বীদা থেনকররবদি মাদু মতা চাবা কৌবা য়াই। মাদুনা হুমিৎ খুদিংদা পুংকম চপ মান্ননা মকম অদুমক্তদা থেংনররবাদ মতা চাবা নত্তে। অদুনা, মতা চাবদগী পরমানু অমগমগ ভন্নিখিবনি হায়রবসি য়াদবনা ইচ্ছশক্তিমান্ ওইবা পোথক অমা তোঙান্ন লৈ। মাদু ঈশ্বরনি। মাসিমসু ঈশ্বর লৈ হায়রবগী চাউগ্রবা প্রমাণ অমা ওইগনি। ( কালাচাঁদ )

স বৈ সৃজতি ভূতানি স্থাবরাণি চরাণি চ। ততঃ স সৃজতি ব্রহ্ম দেবর্ষি পিতৃমানবান্ ॥১৪॥
লোকান্ নদী সমুদ্রাংশ্চ দিশঃ শৈলান্ বনস্পতীন্। নরকিন্নররক্ষাংসি বয়ঃ পশুমৃগোরগান্ ॥১৫॥
যেষাং যে তানি কর্ম্মাণি প্রাক্সৃষ্ট্যাং প্রতিপেদিরে। তান্যেব প্রতিপদ্যন্তে সৃজ্যমানাঃ পুনঃ পুনঃ ॥১৬॥
হিংস্রাহিংস্রে মৃদুক্রূরে ধর্ম্মাধর্ম্মাবৃতানৃতে। তদ্ভাবিতাঃ প্রপদ্যন্তে তস্মাত্তত্তস্য রোচতে ॥১৭॥
মহাভূতেষু নানাত্বমিন্দ্রিয়ার্থেষু মূর্ত্তিষু। বিনিয়োগং চ ভূতানাং ধাতৈব বিদধাত্যুত ॥১৮॥
কেচিৎ পুরুষকারং তু প্রাহুঃ কর্ম্মসু মানবাঃ। দৈবমিত্যপরে বিপ্রাঃ স্বভাবং ভূতচিন্তকাঃ ॥১৯॥
পৌরুষং কর্ম্ম দৈবং চ ফলবৃত্তিঃ স্বভাবতঃ। ত্রয় এতে পৃথগ্ভূতা ন বিবেকং তু কেচন ॥২০॥
এতদেব চ নৈবং চ ন চোভে নানুভে ন চ। কর্ম্মস্থা বিষয়ং ব্রূয়ুঃ সত্ত্বস্থাঃ সমদর্শিনঃ ॥২১॥

উরিবা অচৌবা হকচাং ( স্থূলশরীর ) অসিগী মমুংদা হেক্ হেক্ চঙতি। মরম অসিনা মুনিশিংনা ব্রহ্মা মাবু প্রজাপতি হায়না কৌনৈ ॥১৩॥ অদুগা ব্রহ্মা— প্রজাপতি অসিনা অচচন্ত থরায় পানবা পুন্নমক্পু শেম্মি। মহাক্না দেবতাশিং, ঋষিময়াম, পিতৃলোক, তাইবংমী, লোক মখল কয়া কয়া. তুরেল, সমুদ্র, মায়কৈ তরা, চীঙ অচৌ অচৌবা উপাম্বী, যক্ষ রক্ষ কিন্নর, শা-তচেক্, সজী সঙাই, লিল্ অসিনচিংবসি শেম্মি ॥১৪—১৫॥ মমাঙগী হায়বদি অহানবা কল্পগী সৃষ্টিদা থরায় পানবশিংনা তৌথি তৌখিবা কর্ম্মশিং অদু অতোপ অতোপ্পা কল্পশিংদা জীবশিং মথোয়না হন্না হন্না পোক্লকপদা, হান্না হান্না তেঙ্খিবা কর্মশিংগী বাসনা ( হৈনখিবগী থাওমদবা ) না ঈক্লিন্দুনা হান্নগীগুম্না কর্ম মথাক্ অদু অদুম্ তৌরে ॥১৬॥ মপোক্ অমদা তাইবংমীনাই হিংসা অহিংসা, অথোংপা কনবা, ধর্ম অধর্ম অচুম্বা মীনম্বা অসিনচিংবা থাওমদনা হৈনপ্রবা গুণ দোষশিং অদুগী সংস্কার ( চুখিবা ) অদুগী প্রভাব তাখিবনা মনা মানা পাম্বা গুণ দোষশিংগী বিষয় অদু অদুম্ মতৌনৈ ॥১৭॥ আকাশমচিংবা পঞ্চমহাভূতশিংদা শব্দমচিংবা বিষয়শিংদা, ইন্দ্র বরুণমচিংবা — দেবতাশিংগী মশক মওংদা, লৈরিবা মীশিং অদুগা তোঙান্ তোঙানবা লৈবগী অবস্থাশিং অসি, অদুগা তোঙান্ তোঙানবা মথৌদা থবক্তা চঙশিল্লিবা অসি পুন্নমক লাসি, অদুগা মথোয়গী নিয়ম বিধি পুন্নমক বিধাতা মহাক্না শেম্বনি ॥১৮॥ থবক্তা পাঙথোক্ পাঙথোক্লবগী মতাং অসিদা কনা কনাগুম্বনা নিপা থোক্লা হোৎনবা—নোম্বতনা পাঙথোক্লবগী পাম্বৈনি হায়। অদুগা কনা কনাগুম্বনা — মরাৱবক্তা তম্বনা পাম্বৈনি হায়। হায়বদি কন্ন কন্ন নামদুনসু মরাৱবক্লবু মতমগিংবদি মহৈ য়ানবা— মহৈচাবা তমদে। অদুগা মপানগী মৈ ঈশিংনচিংবা ভূতশিং অসিদা প্রধানতা থমদুনা থবক তৌরিবা নাস্তিকশিংনদি জীবশিংসিগী মাগী মাগী স্বভাবতনা থবক পাঙথোক্লবগী মরু ওইবা পাম্বৈনি হায়নৈ ॥১৯॥ কনা কনাগুম্বা বিদ্বান্-শিংনা হায়নবনা— কন্ন নিপা থোক্লা নোম্বগা লায়বক্তা তম্বগা স্বভাবকা অহুম অসিনা য়াবিরবা অদুগুম্বা কর্মদুতনা চপ্ চানা মহৈ পী। অহুমসিনং তিন্নরগতা থবক্তা মহৈ য়াল্লিবনি। তোঙান্ তোঙান্না লৈবা, অমনা অমগী মতেং লৌনদবা মথোয় খুদিংনা মথন্তনা থবক্ অমগী মহৈ য়ানবদা— পাম্বৈ প্রক্ ওইবা য়াদে ॥২০॥

কর্মবাদীশিংনা খন্নরিব-য়েংনরিবা বিষয় অসিদা পুরুষার্থ ( নিপা থোক্লা পুক্নীং শেংনা নোংম্বা )

তপো নিঃশ্রেয়সং জন্তোস্তস্য মূলং শমোদমঃ। তেন সর্ব্বানবাপ্নোতি যান্ কামান্ মনসেচ্ছতি।২২॥
তপসা তদবাপ্নোতি যদ্ভূত্বা সৃজতে জগৎ। স তদ্ভূতশ্চ সর্ব্বেষাং ভূতানাং ভবতি প্রভুঃ॥২৩।
ঋষয়স্তপসা বেদানধ্যৈষন্ত দিবানিশম্। অনাদিনিধনাবিদ্যা বাগুৎসৃষ্টা স্বয়ম্ভুবা॥২৪॥
ঋষীণাং নামধেয়ানি যাশ্চ বেদেষু সৃষ্টয়ঃ। নানারূপং চ ভূতানাং কর্ম্মণাং চ প্রবর্ত্তনম্॥২৫॥

তনা থবক পাঙথোক্লনবগী অথোইবা পাম্বৈনিসু হায়দে। অদুদি দৈব (লাইনা তম্না-লাইরক্তে তম্বা) হায়বহনবা, অদুসু হায়দে। অদুদি অনীমসি তিন্নরগনা—অদুসু হায়রি। নত্রবদি অনীমসি তিন্নরগসু কার্য্যসিদ্ধি ওইবা য়াম্রেদনা হায়বদা অদুসু য়াদ্রি হায়রি। হায়রিবসিগী তাৎপর্য্যদি কর্মবাদিশিংনা মাসিগী মরমদা করিমতা লেপ্লব ঙমদে। সত্ত্ব স্বরূপ (লৈবদগী হেন্না করিমত্ত তৌদ্রবা, লৈবা হাবরুতনা স্বরূপ) ওইবা পরমাত্মাতদা পুক্নীং থম্মোয় চকসাং থমগ্রবা, পুম্নমকপু চপ মান্নবা উগ্রবা যোগীশিংনদি শম (ব্রহ্ম। তনা কার্য্যসিদ্ধিদা কারন (পাম্বৈ) ওই হায়নৈ ॥২১॥

তপ (তপস্যা) তনা জীবগী মঙ্গল ওইবগী থবক্ত মরু ওইবা সাধন (পাম্বৈ) নি। অদুগা তপস্যাগী মরুদি, যুম্ফমদি শম দম অনীসিনি *। তাইবংমীনা কংনিং কংনিংবা পোৎ থুদিংমক তপস্যাতনা ফংবা ঙম্মি॥২২॥ তপস্যাগী পাম্বৈনা তাইবংমীনা পরমাত্মগী মত্তা (লৈরিবা মওং) দু ফাওবা অনুভাব তৌবা (চকচাংদা ফাওহনবা) ঙম্মি। হায়রিবা অনুভব (পুক্নীদা ফাওরবা) ওইবা পরমাত্মাদুনি, বিশ্বজগৎ জগৎ পুম্নমক্কী হৌরকফম হায়বনু। অসিগুম্বা তপস্যতনা পরমাত্মামক্কী মশক ওইরিবনা তাইবংমীমা জীব পানুবা পুম্নমক্কী মথক্তা মশাগী আধিপত্য (প্রভুত্ব মকোক ওইবা, মপু ওইবা) বু লিংথৎপা ঙম্মি॥২৩॥ তপ (তপস্যা)গী পাঙ্গলা মহর্ষিশিংনা অহৎ অথম লৈতনা, অরাম্ পৌরাবা লৈতনা, তহিং মুংথিল চুপ্পা বেদ পাঠ বেদাধ্যয়ন (বেদবু তম্বা তম্বিবা) অসিত তৌদুনা লৈবা ঙম্মি। তপস্যাগী শক্তিনা ব্রহ্মানা অহৌবা অরোইবা লৈতবা বেদতগী মশক ওইরবা, বানী (শব্দ-নাদব্রহ্ম) বু ঈহান হানবদা উচ্চারণ তৌখি॥২৪॥ ঋষিশিংগী মমিং, বেদদা হায়খ্রিবা সৃষ্টিগী ক্র। অদুগী মতুং ইন্না থোনখ্রিবা পোৎশিংগী মমিং, থরায় পানুবা

* তিন্নবা কায়নবা, মাঙবা তোংবা, ফংব ফংদবা, অর বা মুংঙাইবা অসিনচিংবদা থম্মোয়দা ইপোম হৌহনদা, লেঙদনা তপথনা লৈদুনা তৌরিবা থবক অদুদা পুক্নীং চঙনা লৈবদুবু শম (শান্তি) কৌই। ঈপোম অদু হৌরক্তে তৌবদা ইন্দ্রিয় থুদুম চনা লাকশিনবদুবুনা দম কৌই। অনী অসিগী মথক্তনা লেঙননা থিনগ্রবা তপস্যাদুদনা কার্য্যসিদ্ধিগী মরু ওইবা পাম্বৈনি। তপস্যা হায়বদি অরা অনা, চাদথক্তবগী মৈশা থাঙবা অদুগা থবক অদু পাঙত্রিমথৈ পুক্নীং চকচাংদা মৈশা লাংহনবা হায়বনি অরাবা খাঙবা হায়বনি। অসিগুম্বা তপস্যানা যুম্ফম ওইদুনা তৌরিবা শম-দম অনীদুতনা তৌঙমদবা থবক কয়াগী পাঙথোক্লগী পাম্বৈনি। হায়রিবা পাম্বৈসি য়াঙদনা প্যাঙথোকখিবা থবকশিং অদুগী মহৈদি সাধক (থবক তৌরিব) মহাক অদুবু অরা মুংঙাই ওহাক হঙচক্তুং পীগনি। হায়বদি মাদুনা নিত্যসুখ পীবা থক য়ারোই। অদুগা কংলিবা মহৈদুসু মতাংচাক য়াইদি। (কালাচাঁদ)

বেদশব্দেভ্য এবাদৌ নির্মিমীতে স ঈশ্বরঃ। নামধেয়ানি ঋষীণাং যাশ্চ বেদেষু সৃষ্টয়ঃ ॥২৬॥
শর্ব্বর্য্যন্তে সুজাতানামন্যেভ্যো বিদধাত্যজঃ। নামভেদতপঃকর্ম যজ্ঞাখ্যা লোকসিদ্ধয়ঃ ॥২৭॥
আত্মসিদ্ধিস্তু বেদেষু প্রোচ্যতে দশভিঃ ক্রমৈঃ। যদুক্তং বেদবাদেষু গহনং বেদদর্শিভিঃ ॥
তদন্তেষু যথাযুক্তং ক্রমযোগেন লক্ষ্যতে ॥২৮॥
কর্মজোঽয়ং পৃথগ্ভাবো দ্বন্দ্বযুক্তোঽপি দেহিনঃ। তমাত্মসিদ্ধির্বিজ্ঞানাজ্জহাতি পুরুষো বলাৎ ॥২৯॥

---

অচৎচত্ত পোৎ থুদিংমক্কী মমিং মওং মথোয় থুদিংগী থবক্কী মওং মমিং — অসি পুম্নমক অসি প্রজাপতি ব্রহ্মানা সৃষ্টিগী আদি কালদা, বেদদা হায়রিবা য়াওরিবা শব্দশিং অতুগী মতুং ইন্না শেমখিবা থোনখিবমক্কনি ॥২৫॥০॥ ঋষিশিংগী মমিংবুদি থোনখ্রে লৈখ্রে। অতুগা হৈপাল লৈপান্নচিবা পোৎশিংগী মমিংসু বেদদা হায়রিবা শব্দ-তুগী মতুং ইন্না অতুম্ থোন্খি। নাউয়োম কুয়োম্দগী প্রোক্তবা প্রজাপতি ব্রহ্মানা মহাক্কী অহিংগী মমৈদা, হায়বদি অনৌবা সৃষ্টি ( খুংশেম ) গী অয়ুক্তা, মশানা শেমজবা পোৎশিং অসিগী মমিংশিং অসি, অতোপ-শিংগী দমক্তা, হায়বদি অতোপ্পা জীবশিংনা হায়বদি বিশেষ ওইনা তাইবংমীনা কৌহনা শীজিন্নবগী দমক্তা, থোন্খিবনি ॥২৬॥০॥ অতুগা ব্রহ্মাজীনা ঋগ্নচিংবা বেদশিং অসিগী নাম, ব্রাহ্মণনচিংবা বর্ণশিংগী নাম, অতুগা তোঙান্ তোঙান্বা আশ্রমশিংগী মিং ( নাম ) তপ, শম, দম, কৃষ্ণচান্দ্রায়ণনচিংবা ব্রতশিংগী মমিং, কর্মশিংগী, হায়বদিসন্ধ্যা উপাসনা, যজ্ঞনচিংবগী তোঙাল্ তোঙানব মিং, জ্যোতিষ্টোমনচিংবা কর্মশিং অতুগা মথোয়গী মমিং অসি শেমখি থোন্খি ॥২৭॥

আত্মাগী সিদ্ধিগী হায়বদি আত্মাগী মোক্ষগী ( লান্নবগী ) উপায়শিংদি বেদদা তরাথোক্পা হায়রি *। য়াম্না কুপ্পবা, লুরবা, থূপ্পবা ব্রহ্ম হায়বসিগী মরমদা বেদগী বাক্যদা ( লোন্দাদা ) বেদবু মুন্না খঙল হৈরবা বিদ্বানশিংনা বর্ণন তৌখ্রে। অতুগা বেদান্তগী রাহৈনা, হায়বদি, জ্ঞানগী নৈনবগী অরোইবগী লেপ্পবা রাহৈ অমদি বাক্যনা ব্রহ্মাগী মরমদা কুপ্প বর্ণন তৌখ্রে। হায়রিবা বর্ণন হায়বসিনা কর্ম যোগতা অপান্নবা হায়রিবনি ॥২৮॥ হকচাংসিবু ঐনি হায়না শেন্নাম্নবা খল্লিবা দেহাভিমানী ওইরবা জীবসিনা কংলিবা, তোঙাল তোঙানবা অঙাংবা, অশাবা, অরাবা মুংঙাইবনচিংবা অনী অনী থোক্পা লৈরিবা-কংলিবা অনীথোকপা বিষয় ভোগ অসি কর্ম হায়বতুদগী পোক্খিবমক্তনি। অশিংবা তাইবংনীনা তত্ত্বজ্ঞানগী পাম্বৈনা হায়বদি

---

* উপায়গী মশক্ ওইরবা, তরা থোক্পা খায়রিবা কর্মশিং অসি কর্মকাণ্ডদ স্বাধ্যায় ( বেদ তম্বা, তম্বিবা, নৈনবা ), মাহুবু থবক্তা পাঙথোক্লনবা গার্হস্থ্য, গার্হস্থ্যতুগী মনুংদা লৈবা সন্ধ্যা উপাসনানচিংবা, চান্দ্রায়ণ উপা-সনানচিংবা ব্রত, যজ্ঞ, অতৈ অতৈ কর্মগী শাখাশিং, যোগ সাধন, দান ধর্ম্ম, লাইগুরুগী সেবা, অমদি তরা শুবদা সমাধিদা লৈহুনা আত্মাবু দেহদগী পুথোক্খিবা—হায়রিবা তরা অসিনি দশ কর্ম হায়রিবসি। হায়-রিবা তরা অসিবু 'ক্রমযোগ' কৌই। মথং মনাও নাইনা, অমগমগা সম্বন্ধ থম্না থম্না মথং মথং তৌথ-রকপা হায়বনি। 'অয়াম্বনা সমাধিদা থরায় থাখিবা ওম্দ্রিবসি ক্রম অসি কায়বদগীনি। অতুনা মাসিবু ক্রমযোগ কৌরিবসিনি। ( কালাচাঁদ )

যে ব্রহ্মণী বেদিতব্যে শব্দব্রহ্ম পরং চ যৎ। শব্দব্রহ্মণি নিষ্ণাতঃ পরং ব্রহ্মাধিগচ্ছতি ॥৩০॥
আলম্ভযজ্ঞাঃ ক্ষত্রাশ্চ হবির্যজ্ঞা বিশঃ স্মৃতাঃ। পরিচারযজ্ঞাঃ শূদ্রাস্তু তপোযজ্ঞা দ্বিজাতয়ঃ ॥৩১॥
ত্রেতাযুগে বিধিস্ত্বেষ যজ্ঞানাং ন কৃতে যুগে। দ্বাপরে বিপ্লবং যান্তি যজ্ঞাঃ কলিযুগে তথা ॥৩২॥
অপৃথগ্ধর্ম্মিণো মর্ত্ত্যা ঋক্সামানি যজূংষি চ। কাম্যা ইষ্টীঃ পৃথগ্দৃষ্ট্বা তপোভিস্তপ এব চ ॥৩৩॥
ত্রেতায়াং তু সমস্তা যে প্রাদুরাসন্ মহাবলাঃ। সংযন্তারঃ স্থাবরাণাং জঙ্গমানাঞ্চ সর্ব্বশঃ ॥৩৪॥

অরাংবা অশাবা হায়বসি কয়িনো, কদায়দগী পোক্প্রিবনো হায়বা অসিনচিংবা থাজৈশেংবা মওং চপ্ মানা পুথোকপা জ্ঞাননা, দ্বন্দ্বভাব ( অনীথোকপা ) গী রাথল অসিবু, থাদোক্নবা হোৎনৈ, থাম্নু থাদোক্ই। হকচাং-সিবু ঐনি হায়না থল্লিবসি অনী-থোকপগী রাথল্ অসিদগীনি। অসিদগী লাম্থোকপহৌবনি মোক্ষ ( অরানবা খুঙম্ ) হায়রিবসি ॥২৯॥ পু ব্রহ্মগী স্বরূপ অনীবু মুন্না থঙকম্ থোক্ই। অমনা শব্দ ব্রহ্ম, অমনা পরব্রহ্ম। শব্দব্রহ্মগী মপুং ফারবা বিদ্বান্না, হায়বদি বেদগী পূর্ণবিদ্বান্না ঈশ্বর লায়মা পরব্রহ্মগী সাক্ষাৎ করি তৌই ॥৩০॥

ব্রাহ্মণশিংগী যজ্ঞদি তপ ( তপস্যা ) তনা ওই। হিংসানা মকওইবা লালতনা ক্ষত্রিয়শিংগা যজ্ঞনি। বৈশ্যশিংগীদমক্তি থীনচিংবা হবিষ্যনা মৈদা আহুতি পীবা, হোম তৌরবনা যজ্ঞ তৌবা হায়বনু অহুম মওইরে ॥৩১॥ হায়রিবা যজ্ঞশিংগী বিধান্ নিয়মনচিংবসি ত্রেতাযুগতগী চৎখিননি। সত্যযুগতদি লৈতে। দ্বাপর যুগতদি নিয়মশিং অসি য়াম্না রাথরকলে। কলিযুগ লাক্পদা অমুক্ পূমনুপ্ লুপখিবগা অন্না ওই ॥৩২॥ সত্যযুগতদি অদ্বৈত ধর্ম্মদা থাজবা-অমদি পূর্ক্নীং চঙবশিংনা ঋগ্ বেদ যজুর্বেদ অমদি সামদেববু অহুগা সকাম যজ্ঞনচিংববু জ্ঞান তপস্যাদগী তোংভানবনি হায়না থন্দুনা পুন্নমক্ থাদোক্নুনা জ্ঞান তপস্যাতনা পূর্ক্নীং চঙনৈ ॥৩৩॥ ত্রেতা যুগতা পোক্থিবা কল্প কল্পবা নিংথৌশিং অহু অচচ্চত্ত জীব পূন্নমক্কী হর্ত্তা কর্ত্তা ওইবা ভাক্তসি। মথোয়দি অচচ্চত্ত প্রজাপূন্নমক্কীদমক্তা নিয়ম শেমহুনা মথোয়গী মথক্ত শাসন তৌই, রায়ক্ রাজেন্

পসাধারণ ওইবা যোগীশিংনা অরানবা খুঙম্ ( মোক্ষপদবী ) ত মহায়নি অনী থোকপগী রাথন্দগীদি লাম্থোক্পা ভমদে। ঐ যোগীনি হায়রিবহু হকচাংহুগা কোম্নো অহুম মহায়রি। যোগী নত্তবা অশিবা হকচাংসিমক্ লোয়নরি। ঐ যোগীনি নং যোগী নত্তে হায়না ঐ নংগী অনী থোকপগী রাথল অহুদগীদি লাম্থোকপদি ইওম্ ভমদনা যোগীনি হায়বহুনা অহুম্ মচৎথি-শিথি। অহুনদি শান্তিপর্ব্বদা ভীষ্মনা তাক্লিবা অসিগী মখুং ইম্না হায়রবদি সংসারদা থাজৈশেংবা যোগী অসি য়াম্না তাঙবা তাই। "ঐ যোগীনি" হায়বল্লিদা অহুম মরাল্লে। "ঐ" হায়রিবা হকচাংহুংদা লৈরিবা অহনা হায়বনি হায়রবহু মাদি হকচাংগী যোগী ওইহুবা হায়বদি তিম্নহুনা অহুম্ মরৈরি। অহুনা হেন্না অমুক্ লাল্লে। মরম অহুনা কর্ম যোগীশিংনা ঈশ্বর লায়না পূমিবা ভাবতি অসিনিঃ—স.স.রগী কর্ম পূন্না তৌনা তৌনা গোপাল, শ্যাম রাম কৌবা ঐনা তৌবা নত্তে গোপাল কৌশিল্লবা হকচাং হুংদা লৈবা মহাক্না তৌজবনি অস্নুনা থন্নুনা মহৈ পামজনা কর্ম তৌবতনা অথবা কর্মযোগীনি হায়বদি অশেংবা যোগীনি। ( কাল চাঁদ )

ত্রেতায়াং সংহৃতা বেদা যজ্ঞা বর্ণাশ্রমাস্তথা । সংরোধাদায়ুষস্ত্বেতে ভ্রশ্যন্তে দ্বাপরেযুগে ॥৩৫॥
দৃশ্যন্তে ন চ দৃশ্যন্তে বেদাঃ কলিযুগেঽখিলাঃ । উৎসীদন্তে সযজ্ঞাশ্চ কেবলাধর্ম্মপীড়িতাঃ ॥৩৬॥
কৃতেযুগে যস্তু ধর্ম্মো ব্রাহ্মণেষু প্রদৃশ্যতে । আত্মবৎসু তপোবৎসু শ্রুতবৎসু প্রতিষ্ঠিতঃ ॥৩৭॥
সধর্ম্মব্রত সঃ যোগঃ যথাধর্ম্মং যুগে যুগে । বিক্রিয়ন্তে স্বধর্ম্মস্থা বেদবাদা যথাগমম্ ॥৩৮॥
যথা বিশ্বানি ভূতানি বৃষ্ট্যা ভূয়াংসি প্রাবৃষি । সৃজ্যন্তে জঙ্গমস্থানি তথা ধর্ম্মা যুগে যুগে ॥৩৯॥
যথর্ত্তুষ্বৃতুলিঙ্গানি নানারূপাণি পর্য্যয়ে । দৃশ্যন্তে তানি তান্যেব তথা ব্রহ্মহরাদিষু ॥৪০॥
বিহিতং কালনানাত্বমনাদি নিধনং তথা । কীর্ত্তিতং তৎপুরস্তাত্তে তৎসূতে চাত্তি চ প্রজাঃ ॥৪১॥
দধাতি প্রভবে স্থানং ভূতানাং সংযমো যমঃ । স্বভাবেনৈব বর্ত্তন্তে দ্বন্দ্বযুক্তানি ভূরিশঃ ॥৪২॥

---

বিগায় তৌই ॥৩৪॥ ত্রেতা যুগত বেদ যজ্ঞ অতুগা বর্ণাশ্রম অসি পুম্নমক অসি য়াম্না নীংখিনা, নিয়ম চুম্না তৌনবম্মি। অতুবু দ্বাপরদা তাইবংমীগী পুনশিদি অস্নম হস্নরকপনি। হায়রিবা যজ্ঞনচিংবা ধর্ম কর্মগী নিয়ম বিধিশিং অসিবু ভাকপগী শক্তিস্নু অস্নম্ খর খর হস্নরক্লে। বেদ পাঠ যজ্ঞনচিংবগী অনুষ্ঠানস্নু অস্নমস্নম্ হস্নরকই ॥৩৫॥ কলি যুগ লাক্লবদদি করি করিগুম্বা মকন্দা বেদগী দর্শন কংভি। করি মকমদনা কংদে। যজ্ঞস্নু বেদস্নু অধর্মনা অরাবা পীবগী অতুম্ মুৎখি ॥৩৬॥ সত্যযুগতা মখোঙ মরিগুমনা পান্বা ধর্মগী চর্চা মপুং ফানা তৌনবম্মি। অতুগুম্বা মপুং ফাবা ধর্ম অতু মথংগী অতোপ অতোপ্পা যুগশিংদদি. পুক্নীংবু থুত্নম চন্বা, তপস্বী খরনা অতুগা বেদ বেদান্তগী তত্ত্ব খঙবা ব্রাহ্মণশিং খরতনা নিয়ম বিধি চুপ্পা ভাকই ॥৩৭॥ সত্য যুগত তাইবংমীনা মাগী মাগী স্বভাব সংস্কারগী মতুং ইন্না যজ্ঞ, ব্রত, তীর্থ ভ্রমণ অসিনচিংবসি অপাম অপাম্বা মতুং ইন্না তৌনৈ। সত্য যুগকী মথংদা ত্রেতাযুগ লাক্পদগীদি, বোবাদী ওইবা ধর্ম কর্মদা পুক্নীং চঙলম্বা ব্রাহ্মণশিং অতু, শাস্ত্রশিংনা হায়খিবা অতুগী মতুং ইন্না, ধর্মনা অস্নম্ হস্নবকপনা, পুক্নীংদা হকচাংদা তোঙাল্ তোঙানবা বিকার ফংলকই ॥৩৮॥ বর্ষাগী মতম্দা অচচ্চত্ত জীব পুম্বা হেনগৎ চাওখৎলকপদুগুম্না অতুগা বর্ষ লাইথ্রবা মতুংদা অমুক্ হস্নরকপদুগুম্না যুগ খুদিংদা ধর্ম অধর্ম, অনীনক্ চাওখৎলকপা হস্নরকপা নাই ॥৩৯॥ বসন্তনচিংবা ঋতুশিংদা হৈপাল্ লৈপাল্ উহৈ রাহৈনচিংবদা ঋতু খুদিংগী পরিবর্তন ( মশক্ ওন্বা ) গী খুদম্বু মীৎনা শংশংনা উরম্বতু ঋতুশিংতু নত্তবা অতৈ অতোপ্পা যুগতা অমুক্ উথিদে। মতৌ অতুগুম্না যুগ অমদি কল্প ওন্বা ওন্বগী মতুং ইন্না ব্রহ্মা বিষ্ণু মহেশ্বরগী শক্তিস্নু অপোই অহেন্, হস্নরকপা চাওখৎলকপা নাই। মখোয় অহুম্গী সৃষ্টি, রক্ষা, সংহার, ( শেম্বা, ভাকপা, থুগাইবা ) গী শক্তিস্নু করি করিগুম্বা যুগতা হস্নরকই; করি করিগুম্বা যুগতা হেনগৎলকপা ওইনা উই ॥৪০॥ ব্রহ্মা মশামক্না সত্য ত্রেতানচিংবগী মশক্ মরিংদা কাল ( মতম্ ) গী ভেদশিং অসি শেমখি। মহাক্তি অনাদি ( হৌব লৈতবা ) নি। অনন্ত ( লোইব লৈতবা ) নি। অসিগুম্বা কালদনা লোক্ পুম্নমক্ অসিবু থুগাই। ঈবুঙো! রা অসি ঐনা নঙোন্দা হায়স্নু হায়রে ॥৪১॥ কাল হায়রবসিতনা জীব পান্বা পুম্নমকপু নিয়মদা ফাজিন্দুনা থম্মি। তোঙাল তোঙান্বা মশক্ মওংগী জীবশিং অসিবু শেম্নবগীদমক্ত মহাক্না হায়বদি মতম্ হায়বসিনা তোঙাল্ তোঙান্বা জ্ঞান্ ( মকম্ ) গী মশক্ মওং অমুক্ লোই। জীব পান্বা শুম্বা হেনগৎপা রাখবা অসিনচিংবা

সর্গকালক্রিয়া বেদাঃ কর্ত্তা কার্য্যং ক্রিয়াফলম্। প্রোক্তং তে পুত্রসর্ব্বং বৈ যন্মাং ত্বং পরিপৃচ্ছসি ॥৪৩॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাম্ শান্তিপর্ব্বণি

মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি শুকানুপ্রশ্নে অষ্টাবিংশত্যধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ।

—:০:—

স্বন্দ, ভাব ( অনী অনী থোকপগী মওং ) অসিনা য়াম্না অরাবা ফংঙি ॥৪২॥ ঈবুঙো ! শুক ! নংনা ঐঙোন্দা হংখিবত্বগী মতুং ইন্না নঙোন্দা স্বষ্টি, কাল, ক্রিয়া, বেদ কর্ত্তা, কার্য্য অমদি কর্মগী মহৈ অসিনচিংবা বিবরশিং অসি হায়রবনি ॥৪৩॥

মতম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা, শ্লোক লিশিং চাম না শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা, মোক্ষধর্ম্ম-পর্ব্বদা, চনী কুননিপাল্শুবা অধ্যায় লোইরে ॥২২৮॥

—ঃ(ঃ)ঃ—

# মণিপুরী মহাভারত

## ঊনত্রিংশদধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ

### ( ব্রাহ্মপ্রলয় মহাপ্রলয়গী মরমদা তাকপা )

### চনীগা কুন্মাপল্শুবা অধ্যায়

——(*)——

ব্যাস উবাচ।

প্রত্যাহারং তু বক্ষ্যামি শর্ব্বর্য্যাদৌ গতেঽহনি। যথেদং কুরুতেঽধ্যাত্ম' সুসূক্ষ্মম্ বিশ্বমীশ্বরঃ ॥১॥

দিবি সূর্য্যাস্তথা সপ্ত দহন্তি শিখিনোঽর্চিষঃ। সর্ব্বমেতৎ তদার্চির্ভিঃ পূর্ণ জ জ্বলতে জগৎ ॥২॥

---

ব্যাস হায় :—ঈবুঙো ! শুক ! ঐনা হৌজিক্ অমুক্ নঙোন্দা হায়গদৌরিবদি—ব্রহ্মাগী দিন ( অয়ুক্-সুংথিল ) গী শরক্ লেনগ্রবদা, অত্বগা অহিংগী শরক্কুস্থ লাকত্রিঙৈগী মরক্ অসিদা, মতৌ করম্না স্বষ্টি অসিগী প্রলয় ওইখিবগে হায়বদি লোইশিন্খিবগে; অত্বগা মশক্ উবা চাউরবা বিশ্বজগৎ অসিবু মতৌ করম্না মহাক্না উদবমথৈ য়াম্না পীক্না-কুপ্না মশাদা থুপ্চিল্হন্খিবগে—অসিনি ॥ ॥ হায়রিবা প্রলয় (লোই-শিন্-থুপ্শিন্খিবা ) গী মতম্ অসিনা লাকপদা, নোংমদোম্বকুনা সুমিৎকী. লৈমায়থকুনা মৈগী মঙাল্-মৈরি তরেৎ অসিনা বিশ্বজগৎ অসিবু উৎ ওইহন্নবা তৌরকই। মতম্ অসিদা জগৎ পুম্নমক্ অসি হায়রিবা থক্থাগী মৈরিশিংসিনা জগৎ মপুম্ অসিমা শীস্থনা কুপশিল্লকুনা জগৎ পুম্নমক্ অসি মৈ হৌজুনা

পৃথিব্যাং যানি ভূতানি জঙ্গমানি ধ্রুবাণি চ। তান্যেবাগ্রে প্রলীয়ন্তে ভূমিত্বমুপযান্তি চ ॥৩॥
ততঃ প্রলীনে সর্বস্মিন্ স্থাবরে জঙ্গমে তথা। নির্বৃক্ষা নিস্তৃণা ভূমির্দৃশ্যতে কূর্মপৃষ্ঠবৎ ॥৪॥
ভূমেরপি গুণং গন্ধমাপ আদদতে যদা। আত্তগন্ধা তদা ভূমিঃ প্রলয়ত্বায় কল্পতে ॥৫॥
আপস্ততঃ প্রতিষ্ঠন্তি ঊর্মিমত্যো মহাস্বনাঃ। সর্বমেবেদমাপূর্য তিষ্ঠন্তি চ চরন্তি চ ॥৬॥
অপামপি গুণং তাত জ্যোতিরাদদতে যদা। আপস্তদা আত্তগুণা জ্যোতিঃষূপরমন্তি বৈ ॥৭॥
যদাদিত্যং স্থিতং মধ্যে গূহন্তি শিখিনোঽর্চিষঃ। সর্বমেবেদমর্চিভিঃ পূর্ণং জাজ্বল্যতে নভঃ ॥৮॥
জ্যোতিষোঽপি গুণং রূপং বায়ুরাদদতে যদা। প্রশাম্যতি ততো জ্যোতির্বায়ুর্দোধূয়তে মহান্ ॥৯॥
ততস্তু স্বমাসাদ্য বায়ুঃ সম্ভবমাত্মনঃ। অধশ্চোর্ধ্বং চ তির্যক্ চ দোধবীতি দিশো দশ ॥১০॥
বায়োরপি গুণং স্পর্শমাকাশং গ্রসতে যদা। প্রশাম্যতি তদা বায়ুঃ খং তু তিষ্ঠতি নাদবৎ ॥১১॥
অরূপরসমস্পর্শমগন্ধং ন চ মূর্তিমৎ। সর্বলোকপ্রণদিতং খং তু তিষ্ঠতি নাদবৎ ॥১২॥

---

য়েঙ্-য়েঙ্ চাক্থেক্লকপগুম্ উই ॥২॥ অহান্বদা লৈমায়থক্কী অচৌবা পুম্নমক্ অসি তুম্না চাক্থেক্থিদুনা লৈপাক্ লৈকংগী শক্লক্ত ওায়রবা পৃথ্বীসিগা একাকার ওইথি ॥৩॥ অদুগী তুংদা অচৌবা জীব পান্বা পুম্নমক্ অসিনা থূপ্ত্রবদা হৈপাল্ লৈপাপ্ নাপী শীংবী করিমত্ত য়াওদ্রবা মক্ক ঈকোক্ কোক্লবা পৃথিবী অসি থেঙ্গী মনঙ্গলগী মতৌগুম্না উই ॥৪॥ অদুগী তুংদা মনম্দগী হেন্না করিমত্তা য়াওদ্রবা পৃথিবীগী মনম্ অদুবু, মমুংদা থূপ্তুনা লৈথিবা ঈশিংনা লোইনা লৌশিল্লকপা মতম্তুনা মনম্ য়াওদ্রবী পৃথিবী ( লৈপাক্ ) অসি মাগী থোরকফম্ ঈশিংদা থূপ্খি ॥৫॥ থূপ্লকপা মতম্সিমক্তদা ঈশিংগী মপৈ অদু লুম্ন হৌভং ভংতুনা ঈথক্ ইপোম্ হৌরক্ই। রাং চাউরবা ঈথক্শিংনা কূইনা কূইনা হৌরক্ই। মহাকপ্ত জগৎ পুম্নমক্ অসিবু মশাগী মন্নংদা লূপশিল্হন্গদৌবগী হোৎনরক্ই ॥৬॥ মতম্ অদুদা, মঙাল ( মৈ ) না ঈশিংগী গুণ রস ( মহাউ ) হায়বদুবু লোইনা লৌশিল্লকপা মতম্দা, রস য়াওদ্রবা ঈশিং অসি মৈদা প্রলীন ওইখি -থূপ্খি ॥৭॥ মতম্ অসিদা মৈগী মৈরি মপৈশিং অদুনা নুমিৎ কাওববু কূপশিল্লক্পা মতম্দা নোংমদোন মকোয় মপুম্ অসি মৈতনা কূপ্শিন্খিদুনা জগৎ পুম্বসি মৈতগী মশক্ ওইখি ॥৮॥ অদুগী অমুক্ মঙাল্ ( মৈ ) গী গুণ রূপ ( মশক্ ) পু বায়ু ( নুংশিৎ ) না লৌশিন্খি। লোইনা লৌশিনখিবা মতম্দা মৈ অদু পুম্মুং মুৎখি অদুগা বায়ুদা অদুম্ অদুম্ তিন্খি। মতম্ অদুদা বায়ু ( নুংশিৎ ) অসি মহাক্কী কল্লবা শাকুগা লোয়ননা শীংকৎলকুনা, নোংমদোন্ মকোয় পুল্লপ্ অসিবু ঈথক্ হৌহনবগুম-পুম্নেঙ্ লেঙ লেঙ হনবগুম্ উই ॥৯॥ মহাক্কী কল্লবা শাকুনা অচৌবু ফেং ফেং হায়দুনা থঙহল্লি। অদুগা মাদুদগী থোক্-লকপা থোঙ্গেলবু থক-খা মকম্ পুম্বদা শন্দোক শন্দোক্না মায়গৈ পুম্বদা শীংলি—হুন্নি ॥১০॥

অসিগী তুংদা আকাশনা বায়ুগী গুণ স্পর্শ হায়বদুবু লোইনা তেংজা য়োচ্চিনখি। মতম অদুদা বায়ু ( নুংশিৎ ) হায়বদু শান্ত ওইখি— আকাশদা প্রলীন ওইখি— থূপখি। অদুদগীদি আকাশ অসি বায়ুনা লাক্কুনা তিল্লবদুদা চাউরবা তৌরবা খোঞ্জেল অমা পুদুনা মথঙ্গা ওায়হৌই ॥১১॥ মঙোল্দা— মতমদুদা রূপ রস গন্ধ স্পর্শ শব্দগী মনম কাওবা লৈত্রবনি। জগততা মূর্ত্তি নাইবা পোৎক অমতগী নিত্য ( লেঙদবা )

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি

শুকানুপ্রশ্নে ঊনত্রিংশত্যধিকদ্বিশততমেঽধ্যায়ঃ॥ ২২৯॥

—:০:—

চতুর্যুগ লিশিং অমনা ব্রহ্মাজীগী নোংমা (অমুক নুংথিল) শাই। অসিগুম্বা লিশিং অমনা অহিং অমা শাই, মা অসিবু এৈনা নওোলা হায়া অমুকস্তু লায়থ্রবনি॥১২॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং-চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা মোক্ষ ধর্মপর্ব্বদা চনীগা কুন্থাপনগুবা অধ্যায় লোইরে॥২২৯॥

—:(:—

# মণিপুরী মহাভারত

ব্রাহ্মণশিংগী মথৌ তাক্পা)

## ত্রিংশদধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ।

## চনীগা কুন্থ্রাশুবা অধ্যায়।

——:():——

ব্যাস উবাচ।

ভূতগ্রামে নিযুক্তং যৎ তদেতৎ কীর্ত্তিতং ময়া। ব্রাহ্মণস্য তু সংকৃত্যং তত্তে বক্ষ্যামি পৃচ্ছতু॥১॥

জাতকর্ম্ম প্রভৃত্যস্য কর্ম্মণাং দক্ষিণাবতাম্। ক্রিয়া স্যাদাসমাবৃত্তেরাচার্য্যে বেদপারগে॥২॥

ব্যাসনা হায়, ঈবুঙো শুক! ভূতগ্রামগী বিষয়দা নহাক্না হংখিবস্তুগী মরমদা এৈনা লোইনা হায়রবনি। এৈ হৌজিক্ নংগী নক্তদা ব্রাহ্মণশিংগী মথৌগী মরমদা হায়গে তাও॥১॥ ব্রাহ্মণগী অঙাংগীদি— হেক্ পোকপা মমিংকী জাতকর্ম্মসংস্কার অহৌদগী হৌদুনা সমাবর্ত্তন* কাওবদা লৈরিবা সংস্কার মক্সাম অদু

* খোয়রেলবদগী হৌনা ষষ্ঠীপূজা, চূড়াকরণ কর্ণবেধ, উপনয়ন (মুণ্ডণ থাংবা) অসিনচিংবা সংস্কারশিংবু মথা মথং নিয়ম বিধি কায়দনা তৌরক্লগা গুরুগী আশ্রমদা (গুরুকুলদা) লৈদুনা বেদশাস্ত্র পুম্নমক তমদুনা হৈরবা মতুংদা মমা-মপাগী যুমদা হল্লকপদুবু সমাবর্ত্তন কৌই। হায়রিবা সংস্কারশিং অসি অহৈবা মন্ত্র-যন্ত্রশিং অদুবু মুন্না হৈবা খঙবা ব্রাহ্মণ পণ্ডিতশিংবু তৌহনগদবনি নত্রগদি সংস্কারশিং অদু ঈগৌ তৌদবগা চাল্লি। দক্ষিণা তৌবগী থাদৈশেংবা অর্থদি— পুরোহিত আচার্য্য ব্রাহ্মণদুগী মপুক্ক পেনহনবনি। (কালাচাঁদ)

অধীত্য বেদানখিলান্ গুরুশুশ্রূষণে রতঃ। গুরূণামনৃণো ভূত্বা স সাবর্ত্তেত যজ্ঞবিৎ ॥৩॥
আচার্য্যেণ ভ্যনুজ্ঞাতশ্চতুর্ণামেকমাশ্রমম্। আবিমোক্ষচ্ছরীরস্য সোঽবতিষ্ঠেৎ যথাবিধি ॥৪॥
প্রজাসর্গেণ দারৈশ্চ ব্রহ্মচর্য্যেণ বা পুনঃ। বনে গুরুসকাশে বা যতিধর্ম্মেণ বা পুনঃ ॥৫॥
গৃহস্থস্যৈব ধর্ম্মাণাং সর্ব্বেষাং মূলমুচ্যতে। যত্র পক্ককষায়ো হি দান্তঃ সর্বত্র সিধ্যতি ॥৬॥
প্রজাবাঞ্ছ্রোত্রিয়ো যজ্বা মুক্ত এব ঋণৈস্ত্রিভিঃ। অথান্যানাশ্রমান্ পশ্চাৎ পূতো গচ্ছেত কর্ম্মভিঃ ॥৭॥
যৎ পৃথিব্যাং পুণ্যতমং বিদ্যাৎ স্থানং তদাবসেৎ। যতেত তস্মিন্ প্রামাণ্যং গন্তুং যশসি চোত্তমে ॥৮॥
তপসা বা সুমহতা বিদ্যানাং পারণেন বা। ইজ্যয়া বা প্রদানৈর্বা বিপ্রাণাং বর্দ্ধতে যশঃ ॥৯॥
যাবদস্য ভবত্যস্মিন্ কীর্ত্তির্লোকে যশস্করী। তাবৎ পুণ্যকৃতাং লোকাননন্তান্ পুরুষেঽশ্নুতে ॥১০॥

কর্ম্মকাণ্ডগী ধর্মশাস্ত্র য়াম্না হৈরবা ব্রাহ্মণ পণ্ডিত অমবু তৌহনগদবনি। ব্রাহ্মণতুগী পেন্নবা মতীকচাবা দক্ষিণা কৎকদবনি ॥ ॥

অহৈবা অথওবা কনাগুম্বা ব্রাহ্মণ পণ্ডিত অমগী মন্না লৌরগা ব্রহ্মচর্য্য, গার্হস্থ্য, বানপ্রস্থ অমুগা সন্ন্যাস হায়রিবা আশ্রম মরিসিগী মথুংদা অপাম্বা আশ্রম অমদা চঙশিনুনা অদুবু ক্রম নাইনা মথং মথং তৌরকপনা ফৈ ॥৩ ৪॥ মানা মানা নীংবা পাম্বগী মতুং ইন্না, কনা কনাগুম্বনা বিবাহ কর্ম তৌদুনা মচা মশু পোকখনা দান ধর্ম তৌদুনা পুন্শি লেনবা য়াই। কনাগুম্বনা গার্হস্থ্য আশ্রমলোম্দা চঙডুনা ব্রহ্মচর্য্য আশ্রমদা, বিদ্যার্থী জীবনদা অদুম্ লৈখিবা য়াই। কনাগুম্বনা বান প্রস্থ আশ্রমদা অদুম্ লৈখিগে হায়রবসু য়াই। কনাগুম্বনা গুরুগী আশ্রমদা লৈখিবদগী অদুম্ সন্ন্যাসী ওইখিগে হায়রবসু য়াই ॥৫॥ হায়রিবা আশ্রমশিং অসিগী মথুংদা গৃহস্থাশ্রম হায়বসিনা অতৈ আশ্রমশিংগী মরুনি *। আশ্রম অসিদা লৈদুনা, গৃহস্থীদুনা ইন্দ্রিয় খুদুম্ চন্না, কল্লক্ মিঠৌ থাদোকুনা, দানধর্ম অতিথি সেবানচিংবা তৌদুনা নীংবা পুম্বা থুংবা ঙম্বা য়াই ॥৬॥ গৃহস্থী অমনা মচা মশু পোকদুনা পিতৃ ঋণদগী কোক্ই। বেদ অধ্যায়ন তৌদুনা ঋষি ঋণদগী কোক্ই। যাগ যজ্ঞ তৌদুনা দেব ঋণবু শিংদেকই। হায়রিব লমন্ অহুম্ অসি শিংদোক্লগা শাস্ত্রনা তৌ হায়রিবা কর্মশিং অদু পাঙথোক্লগা পূক্নীং হকচাং পূম্বা পূমশেং শেংডি। অমুম্না শেংদোক্লগা মথংগী আশ্রমদা চঙগদৌবনি ॥৭॥ পৃথিবী অসিদা খ্বাইদগী অশেংবা মফম্নি, তীর্থনি হায়রিবা মফম্ অদুদপুন্শি চুপ্না লৈ-গদবনি। মফম অদুদা লৈরগা অফবা থবক্তা তৌদুনা জগৎকী ফিদম্নকম ওইবা মহা পুরুষ অমা ওইননবা হোৎনগদৌবনি ॥৯॥ তপস্যা কন্না তৌবা, বিদ্যা অধ্যয়ন তৌবা, দান যজ্ঞ তৌরবা অদুগুম্বা ব্রাহ্মণনা লেঙ-

* গৃহস্থশ্রমনা অতৈ অতৈগী মরুনি হায়বগী তাৎপর্য্যদি, শন্না হায়রবদা যোগী সন্ন্যাসী ওইরিবা জগৎকী উপকার তৌরিবা মহাত্মা পুরুষশিং অসি গৃহস্থ শ্রমদা লৈবা মমা মপানা পোকপমক্তনি। অসিগুম্বা সাধু মহাত্মাশিং অসি গৃহস্থ শ্রমদা লৈবা বিধি কায়দনা লৈবা পুণ্যাত্মা ওইবা ওইবীশিংনা পোকখিবমক্তনি। আশ্রমসিমক্ লৈরমত্রবদি জগৎতা শান্তি পীনহৈবা মহাপুরুষ অমতসু পোক্লম্নরোইদৌবনি। অদুবু কনা কনাগুম্বা মহাপুরুষ ওইরক্নবা মীশক্ কয়া কয়া আশ্রম অসিবু মপুং ফাদনা খোক্ হুন্দোক্লমদুনা চৎখিবা য়াওই। মখোয় অদুবু মী অয়াম্বনা মহা স্বর্থীনি হায়নৈ। ( কালাচাঁদ )

অধ্যাপয়েদধীয়ীত যাজয়েত যজেত বা। ন বৃথাপ্রতিগৃহ্ণীয়ান্ন চ দদ্যাৎ কথঞ্চন ॥১১॥
যাজ্যতঃ শিষ্যতো বাপি কন্যায়া বা ধনং মহৎ। যদ্যাগচ্ছেৎ যজেৎ দদ্যান্নৈকোঽশ্নীয়াৎ কথঞ্চন ॥১২॥
গৃহমাবসতো হ্যস্য নান্যৎ তীর্থং প্রতিগ্রহাৎ। দেবর্ষিপিতৃগুর্বর্থং বৃদ্ধাতুরবুভুক্ষতাম্ ॥১৩॥
অন্তর্হিতাভিতপ্তানাং যথাশক্তি বুভূষতাম্। দেবানামতিশক্ত্যাপি দেয়মেষাং কৃতাদপি ॥১৪॥
অর্হতামনুরূপাণাং নাদেয়ং হ্যস্তি কিঞ্চন। উচ্চৈঃশ্রবসমপ্যশ্বং প্রাপনীয়ং সতাং বিদুঃ ॥১৫॥
অনুনীয় যথাকামং সত্যসন্ধো মহাব্রতঃ। স্বৈঃ প্রাণৈর্ব্রাহ্মণপ্রাণান্ পরিত্রায় দিবংগতঃ ॥১৬॥
রন্তিদেবশ্চ সাংকৃত্যো বশিষ্ঠায় মহাত্মনে। অপঃ প্রদায় শীতোষ্ণা নাকপৃষ্ঠে মহীয়তে ॥১৭॥
আত্রেয়শ্চেন্দ্রদমনো হ্যর্হতে বিবিধং ধনম্। দত্ত্বা লোকান্ যযৌ ধীমাননন্তান্ স মহীপতিঃ ॥১৮॥
শিবিরৌশীনরোঽঙ্গানি সুতঞ্চ প্রিয়মৌরসম্। ব্রাহ্মণার্থমুপাকৃত্য নাকপৃষ্ঠমিতো গতঃ ॥১৯॥

ত্রবা মিংচৎপু কংঙি। জগৎ অসিদা অদুগুম্বা ব্রাহ্মণ অদুগী মিংৎপু মীরোম্‌ মীয়োম্না শোন্নরিবা অদুপ, অমাঙ অতা লৈত্রবা পুণ্যলোকতা মহাক্ লৈ অদুদগীদি লাইরম্‌লেন্‌গী নীংথিজরবা ভোগ মক্ত চাবা কংঙি ॥১০॥

ব্রাহ্মণনা তৌগ বদি—বেদ বেদাঙ্গ তম্বা-তম্বিবা, মশাগী যজ্ঞ তৌবা যজমানবুসু তৌহনবা, দান তৌবা দান লৌবা, হায়রিবা কর্ম তরুক্ অসি পাঙথোকপা—অসিনি। অদুগা হৌনদবা, তৌহৈদবা, চুমদবা অমাংবা দান তৌবা—লৌবা অনীমক্ তৌরোইদৌবনি। অর্থ য়াওদবা অয়েবা কান্নদবা দানগু মশানা থক্ তৌরোইদৌবনি ॥ ১॥ যজমানদগী, শিষ্যশিংদগী অদুগা কন্যা দান্ তৌরুদগী মংকং ওইনা কংলকপা শেল্ অদু যজ্ঞনচিংবা কর্মদা শীজিন্নগিদবনি নত্রগা দান তৌথোকখিগদবনি। মাদু ব্রাহ্মণ মশামথন্তনা চাথোক্-লোইদৌবনি ॥ ২॥ দেবতাশিংগী, ঋষিশিংগী, পিতৃলোক-লাইগুরুশিংগী মশা নাৎসা-হৌগৎ কাওথংপা ভম্-ত্রবশিংগী অদুগা অহল ওইরবা লাম্লবশিংগীদমক্তা, হায়বদি মথোয়বু পীজ পীথক্লনবগীদমক্তদি ব্রাহ্মণনা অতোপ্পদগী শেল লৌব য়াই। অসি নত্তনা ব্রাহ্মণ করিগুম্বা হীরম অমগী ব্যবহার তৌদুনা শেল্ তান্বা য়াদে ॥ ৩॥ লায়রবদগী ঈকায়দুনা মীমাঙথোক্পা ভমত্রবা, লৈজদবদগী থম্মোয় শোক্ন রারবা মশাগীদমক্তা নত্তনা দেশগী, সমাজগী কান্নবা নীঙথিবা থবক অম তৌগে হায়না হোৎনরিবা, অদুগুম্বা মীশক্তা ব্রাহ্মণনা মাগী মরম্নাই লৈজরিবা শেল্লগী দান তৌগদবনি। মতীক্ চাররা, পূজা তৌননীঙায় ওইরবা, ব্রাহ্মণ অমগী মকম্‌দা পীবা য়াদবা, দান তৌবা য়াদবা পোৎ অমত্তা লৈতে। অদুগুম্বা সৎপাত্রশিংদদি অমুক্ করি হায়-গনি উচ্চৈঃশ্রবা শগোল কাওবা পীথোকপা দান তৌথোক্পা য়াই ॥১৪—১৫॥ মহাব্রত কল্লবা, নিংথৌ সত্যসন্ধ কৌবনা মশানা য়ানা, অদুগী মথক্তা অমুকসু মশামক্ন য়াম্না হায়জদুনা, মশামক্কী মথরায় কথোক্লুনা ব্রাহ্মণ অমগী মথরায় কন্‌খি। অদুগী তুংদা মহাক্ স্বর্গ কাখি ॥ ৬॥

ভত্রিবংশদা পোক্পা, বুদ্ধি লৈরবা নিংথৌ ইন্দ্রদমনন মতীক্ চাররা ব্রাহ্মণ অমদা মথল্ মথা অয়াম্বা মাগী লম্ভুম পীথোক্লুনা অমাঙ অতা লৈত্রবা লোকতা চ খি ॥১৭—১৮॥ উশীনরগী মচা নিংথৌ শিবিনা কনাগুম্বা ব্রাহ্মণ অমগীদমক্ মাগী হকচাং অদুগা মামকী মুংশিররা মচাবু দান তৌথোক্লুনা স্বর্গলোকত চৎখি

প্রতর্দনঃ কাশিপতিঃ প্রদায় নয়নে স্বকে। ব্রাহ্মণায়াতুলাং কীর্ত্তিমিহ চামুত্র চাশ্নুতে ॥২০॥
দিব্যমষ্টশলাকং তু সৌবর্ণং পরমর্দ্ধিমৎ। ছত্রং দেবাবৃধো দত্ত্বা সরাষ্ট্রোঽভ্যপতদ্দিবম্ ॥২১॥
সাঙ্কৃতিশ্চ তথাত্রেয়ঃ শিষ্যেভ্যো ব্রহ্ম নির্গুণম্। উপদিশ্য মহাতেজা গতো লোকাননুত্তমান্ ॥২২॥
অম্বরীষো গবাং দত্ত্বা ব্রাহ্মণেভ্যঃ প্রতাপবান্। অর্ব্বুদানি দশৈকঞ্চ সরাষ্ট্রোঽভ্যপতদ্দিবম্ ॥২৩॥
সাবিত্রী কুণ্ডলে দিব্যে শরীরং জনমেজয়ঃ। ব্রাহ্মণার্থে পরিত্যজ্য জগ্মতুর্লোকমুত্তমম্ ॥২৪॥
সর্ব্বরত্নং বৃষাদর্ভির্যুবনাশ্বঃ প্রিয়াঃ স্ত্রিয়ঃ। রম্যমাবসথং চৈবং দত্ত্বা সলোকমাস্থিতঃ ॥২৫॥
নিমী রাষ্ট্রঞ্চ বৈদেহো জামদগ্ন্যো বসুন্ধরাম্। ব্রাহ্মণেভ্যো দদৌ চাপি গয়শ্চোর্ব্বীং সপত্তনান্ ॥২৬॥
অবর্ষতি চ পর্জ্জন্যে সর্বভূতানি ভূতকৃৎ। বশিষ্ঠো জীবয়ামাস প্রজাপতিরিব প্রজাঃ ॥২৭॥
করন্ধমস্য পুত্রস্তু কৃতাত্মা মরুত্তস্তথা। কন্যামঙ্গিরসে দত্ত্বা দিবমাশু জগাম হ ॥২৮॥
ব্রহ্মদত্তশ্চ পাঞ্চাল্যো রাজা বুদ্ধিমতাং বরঃ। নিধিং শঙ্খং দ্বিজাগ্র্যেভ্যো দত্ত্বা লোকানবাপ্তবান্ ॥২৯॥
রাজা মিত্রসহশ্চাপি বসিষ্ঠায় মহাত্মনে। মদয়ন্তীং প্রিয়াং দত্ত্বা তয়া সহ দিবং গতঃ ॥৩০॥
সংস্রজিচ্চ রাজর্ষিঃ প্রাণানিষ্টান্ মহাযশাঃ। ব্রাহ্মণার্থে পরিত্যজ্য গতো লোকাননুত্তমান্ ॥৩১॥

॥১৯॥ কাশিরাজ প্রতর্দননা কনাগুম্বা ব্রাহ্মণ অমদা মশামক্কী মমীৎ অনী পীথোকুনা ইহলোক অসিদা অমাঙ অতা লৈত্রবা মিংচৎপু ফংখি। অদুগা পরলোতসু থোইদোক্না মুংঙাইবা ভোগ কংখি ॥২০॥

নিংথৌ দেববৃধনা মচে নিপাল্ পান্বা সনাতনা শাবা মমল য়াম্লবা ছত্র কয়া দান তৌদুনা মহাক্কী লৈপাক্কী প্রজাশিং পুম্নমক্কা লোয়ননা স্বর্গ কাখি ॥২১॥ অত্রিবংশদা পোক্পা তেজ কল্লবা সাংকৃতিনা মহাক্কী শিষ্যশিংদা নিগুণ ব্রহ্মগীতত্ত্ব তক্লগা পণ্য লোকত চখি ॥২২॥ প্রতাপ চাউরবা, মতীক চাউরবা নিংথৌ অম্বরীষনা ব্রাহ্মণশিংদা শঙ্খী অর্বুদ তরানিখোই দান তৌদুনা প্রজাশিং গা লোয়ননা স্বর্গ কাখি ॥২৩॥ সাবী-ত্রিনা লাইরৈবাক্কী তাঙশবা কুণ্ডলনাইন অনীবু মনাদগী লৌথোকুনা দান তৌখি। নিংথৌ জনমেজয়না ব্রাহ্মণশিংগীদমক্তা মপানগী পাঞ্চভৌতিক হকচাংবু থুদক্ত থাদোক্খি। অনীমক্ অথো বা থুত্তম কংখি ॥২৪॥ যুবদর্ভগী মচা যুবনাশ্বনা রত্ন-হীয়াং মখল্ মখল্, নীংথিজরবী নুপী-কন্য কয়া কয়া, কজররবা ফুরা ফলাল্, য়ুম কৈ কয়া কয়া দান তৌরদুগা স্বর্গ কাখি ॥২৫॥

বিদেহ নিংথৌ নিমিনা মহাক্কী লৈপাক্পু অদুগা জগদগ্নিগী মচা পরশুরামনা অদুগা নিংথৌ গয়না নগর-শিংগা লোয়ননা মরৈপাকপু ব্রাহ্মণদা দান তৌথোকপশি ॥২৬॥ নোং কাম্বমতা তাখিজ্রবদা মহর্ষি বশিষ্ঠনা অচিন্তত জীব পানবা পুম্নমকপু শেম্বা, অনীগুবা প্রজাপতিব্রহ্মাগুম, প্রজা পুম্নমক্তা জীবন দান তৌখি ॥২৭॥ করন্ধমগী পুণ্য চেল্লবা মচা নিংথৌ মরুত্তনা মহর্ষি অঙ্গিরাদা কন্যা দান তৌদুনা, মতম্‌মগ্নমক্তদা স্বর্গ কাখি ॥২৮॥ জ্ঞানীশিংগী মনুংদা অথোইবা, পাঞ্চালনিংথৌ ব্রহ্মদত্তনা অথোইবা ব্রাহ্মণশিংদা মমরক্তগী মনুংদা অথোইবা কুবেরগী শঙ্খনিধিবু দান তৌথোক্লমদুনা পুণ্যলোকত চৎখি ॥২৯॥ নিংথৌ মিত্রসহনা মহাত্ম বশি-ষ্ঠদা মহাক্কী চাম্নথোইরবী রাণীদময়ন্তীবু কথোক্লমদুনা স্বর্গ কাখি ॥৩০॥

মিংচৎ চাউরবা রাজর্ষি সংস্রজিৎনা ব্রাহ্মণগীদমক্তা নুংশিজরবা মথরায় থাদোক্লমদুনা অথোইবা অতিবু

সর্ব্বকামৈশ্চ সংপূর্ণং দত্ত্বা বেশ্ম হিরণ্ময়ম্। মুদ্গলায় গতঃ স্বর্গং শতদ্যুম্নো মহীপতিঃ।৩২॥
নাম্না চ দ্যুতিমানাম শাল্বরাজা প্রতাপবান্। দত্ত্ব রাজ্যমৃচীকায় গতো লোকাননুত্তমান্॥৩৩॥
লোমপাদশ্চ রাজর্ষিঃ শান্তাং দত্ত্ব সুতাং প্রভুঃ। ঋষ্যশৃঙ্গায় বিপুলৈঃ সর্ব্বকামৈরযুজ্যত॥৩৪॥
মদিরাশ্বশ্চ রাজর্ষির্দত্ত্ব কন্যাং সুমধ্যমাম্। হিরণ্যহস্তায় গতো লোকান্ দেবৈরভিষ্টুতান্॥৩৫॥
দত্ত্বা শতসহস্রং তু গবাং রাজা প্রসেনজিৎ। সবৎসানাং মহাতেজা গতো লোকাননুত্তমান্॥৩৬॥
এতে চান্যে চ বহবো দানেন তপসৈব চ। মহাত্মানো গতাঃ স্বর্গং শিষ্টাত্মানো জিতেন্দ্রিয়াঃ॥৩৭॥
তেষাং প্রতিষ্ঠিতা কীর্ত্তির্যাবৎ স্থাস্যতি মেদিনী। দান যজ্ঞপ্রজাসর্গৈরেতেহি দিবমাপ্নুবন্॥৩৮॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি
শুকানুপ্রশ্নে একোনত্রিংশদধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ। ২২৯।

—:(০):—

কংখি।৩১॥ নিংথৌ শতদ্যুম্ননা মুদ্গলদ কৌবা ব্রাহ্মণদা সনালুপা মহুল্ মথুম্ মযুম্ মকৈ লোইনা পীথোক্লমহুনা স্বর্গ কাখি ॥৩ ॥ প্রতাপ চাউরবা মতীক্ মগুণ লৈরবা, শাল্বদেশগী নিংথৌ দ্যুতিমানন্না ঋচীক কৌবা ব্রাহ্মণদা মরৈপাক লোইনা পীথোক্লমহুনা অমনা কংওমদ্রবা, অথোইবা খুভম্ কংখি ॥৩৩॥ শক্তি লৈরবা, রাজর্ষি লোমপাদনা মাগী মচানুপী শান্তাবু ঋষ্য শৃঙ্গমুনিদা দান তৌরমহুনা মথল মথা অয়াম্বা ভোগপু কংখি ॥৩৪॥ রাজর্ষি মদিরাশ্বম হিরণ্যহস্তদা মাগী নীংথিজরবী কন্যা অমবু পীথোক্লমহুনা দেবতাশিংমক্না পূজা তৌনবা লোকত চৎখি ॥৩৫॥ মহা তেজ কল্লবা নিংথৌ প্রসেনজিৎনা মচাচেনবী শন্দী লাখ অমা ব্রাহ্মণশিংদা দান তৌরম্বগা অথোইবা খুভম্ ফংখি॥৩৬॥ মথোয়শিং অসি নত্তবা, ইন্দ্রিয় খুত্থম চল্লবা মহাত্মা কয়া কয়ানা দাননা অমদি তপস্যানা মর্ত্ত্যলোক অসি থাদোক্লুনা স্বর্গলোকত চৎনখি ॥৩৭॥ পৃথিবীসিনা ছেক লৈরিবমখৈ মথোয়গী মিংচৎশিং অসি লৈহৌরগদবনি। মথোয়শিংসিনা দান যজ্ঞ অমদি প্রজা সৃষ্টি তৌরমহুনা স্বর্গ কানখিবনি * ॥৩৮॥

মফম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা
মোক্ষ ধর্ম্মপর্বদা শুকানুপ্রশ্নগী চনী কুনমাপললুবা অধ্যায় লোইরে॥২২৯॥

—:❁):—

* গৃহস্থাশ্রমদা লৈদ্রনা মচামশু পোকরিবসি জগৎকী উপকার অমদি শান্তিগী লম্বী পীননবগীদমক্তনি। মহাত্মা ওইবা, মহাজ্ঞানী ওইবা মীশকশিং অসি গৃহস্থাশ্রমদা লৈবা মমা মপানা বিধি নিয়ম কায়দনা পোকখিবা মচা ওাক্তনি। অসুম্না মচা মশু পোকনববু প্রজাসৃষ্টি তৌবা কৌই। হায়বদি জগৎপু ঈনৌ ঈনৌনা অমুকমুক্ শেমগৎপনি। অশান্তিমক্তনা পীক্ থল্লকপা মতমদা বিশ্বজগৎকী প্রলয় অমুকমুক ওই। অশান্তি পীরিবশিং অদুবুসু গৃহস্থাশ্রমদা লৈবা মমা মপানা বিধি কায়না পোকখিব মচা ওাক্তনি। মাদুদি প্রজাসৃষ্টি নত্তে; প্রজাসংহারনি। জগৎকী মাঙনা তাক্লনবা, নাপল, লেম্বা চাউলোকপা, কামক্রোধগী মরীং য়ামহল্লবা গৃহস্থাশ্রম লৈবা নত্তে। মাদুদি শান্তিসহায় তৌবদা মত্তেং পাংবগা চপ মান্নে। অদুনা কনা কনাগুম্না গৃহস্থাশ্রমদা লৈরমদনা সন্ন্যাসী ওইখি। (কালাচাঁদ)

# মণিপুরী মহাভারত

( কালগী মশক্ ওইরবা তুরেলবু লান্নবগী উপায় তাকপা )

## ত্রিংশদধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ।

## চনীগা কুন্থ্রাশুবা অধ্যায়।

——:():——

ব্যাস উবাচ।

ত্রয়ীং বিদ্যামবেক্ষেত বেদেষু ক্তামথাঙ্গতঃ। ঋক্সামবর্ণাক্ষরতো যজুষোঽথর্বণ স্তথা ॥১॥

তিষ্ঠত্যেতেষু ভগবান্ ষট্সু কর্ম্মসু সংস্থিতঃ। বেদবাদেষু কুশলা হ্যধ্যাত্মকুশলাশ্চ যে ॥২॥

সত্ত্ববন্তো মহাভাগা পশ্যন্তি প্রভবাপ্যয়ৌ। এবং ধর্ম্মেণ বর্ত্তেত ক্রিয়াং শিষ্টবদাচরেৎ ॥৩॥

অসংরোধেন ভূতানাং বৃত্তিং লিপ্সেত বৈ দ্বিজঃ। সদ্ভ্য আগতবিজ্ঞানঃ শিষ্টঃ শাস্ত্রবিচক্ষণঃ ॥৪।

স্বধর্ম্মেণ ক্রিয়া লোকে কুর্ব্বাণঃ সত্যসঙ্গরঃ। তিষ্ঠতে তেষু গৃহবান্ ষট্সু কর্ম্মসু স দ্বিজঃ ॥৫॥

পঞ্চভিঃ সততং যজ্ঞৈঃ শ্রদ্দধানো যজেত চ। ধৃতিমান্ প্রযতশ্চ দান্তো ধর্ম্মজ্ঞবান্ ॥৬॥

ব্যাসনা হায়ঃ—ঈবুঙো। ব্রাহ্মণনা তৌগদবা হায়ববু বেদদা হায়রিবা বিদ্যা অহুমবু হায়বদি, অ,উ,ম হায়বা খোঙ্হোক্ ময়েক্ অহুম অসিগা সম্বন্ধ লৈবা প্রণববিদ্যা অহুমবু মতম্ লৈবখিবিক্তা চিন্তন তৌগদবনি, তম্গদবনি, নৈনগদবনি। বেদগী অঙ্গ তরুক্তা লোয়ননা ঋক্ সাম, যজুঃ অদুগা অথর্বগী মন্ত্রশিংবু অচুম্ব স্বরব্যঞ্জনগী খোঙ্হোক্তা লোয়ননা তম্গদবনি। কবিনো হায়ববু যজ্ঞ তৌবা-তৌহনবা, বেদ তম্বা তমহনবা, (তম্বীবা) দান তৌবা দান লৌবা—হায়রিবা কর্ম তরুক অসিদা লৈবা ধর্ম কৌবা ভগবন্ মহাশক্তি বেদশিং অসিদা লেঙদনা শব্দ ব্রহ্মাগী মশক্ লৌহনা লৈরিবনি ॥ ॥ বেদগী ব্যাখ্যা তৌবদা হৈশিংলবা, অধ্যাত্মবিদ্যাদা চঙখোল্লবা, অয়াম্বা সাত্ত্বিক গুণনা তিল্লবা, ময়ায়বক্ ফরবা অহুগুম্বা মখোয় অহুতনা জগৎ অসিগী সৃষ্টি অমদি প্রলয় অনীমক্কী তত্ত্ববু মুন্ন থঙবা ঙম্মি। মরম্ অদুনা ব্রাহ্মণ হায়বদুনা হায়রিবা ধর্মগা মরম শৈনবা কর্মশিং অসিবু তৌন তৌনা, সদাচারবু ঙাক্তুনা পুন্সী লেনগদবনি ॥২—৩॥ ব্রাহ্মণনা কয়িগুম্বা কনাগুম্বা জীব অমতবু অবাবা থক্ পীরোইদৌবনি খদুম্বা অতোপ্পা অমগী জিবিকাদা য়ৈথায়বা পীদনা মশাগী জীবিকা শেমগদবনি তানগদবনি। সংসাধুশিংগী নাক্ত কুন্দুনা তত্ত্বজ্ঞান তাগদবনি তম্গদবনি। সৎপুরুষ অমা ওইবা শাস্ত্রগী ব্যাখ্যানা তৌবদা মীঙোন্দা কোইনা কঙ্গনা তাক্তুনা জ্ঞান-উপদেশ পীগদবনি ॥৪॥ জগৎ অসিদা ধর্মগী অনুকূল ওইবা হায়বদি ধর্মগী বিরুদ্ধ ওইদবা থবক্ অদুতা তেদুনা লৈগদবনি। হায়খিবা য়া হোংদবা মীশক্ ওইগদৌবনি। হৌজিক্ হায়খ্রিবা কর্ম তরুক্ অদুদা ব্রাহ্মণ অমনা পুক্নীং চঙদুনা লৈগদৌবনি ॥৫॥ য়াম্না থাজবগা লোয়ননা ভক্তি শ্রদ্ধা অনীমক্ য়াওনা হায়খ্রিবা

বীতহর্ষমদক্রোধো ব্রাহ্মণো নাবসীদতি। দানমধ্যয়নং যজ্ঞস্তপো হ্রীরার্জবং দমঃ ॥৭॥
এতৈর্বর্দ্ধয়তে তেজঃ পাপ্মানং চাপকর্ষতি। ধুতপাপ্মা চ মেধাবী লঘ্বাহারো জিতেন্দ্রিয়ঃ ॥৮॥
কামক্রোধৌ বশে কৃত্বা নিনীষেৎ ব্রহ্মণঃ পদম্। অগ্নীংশ্চ ব্রাহ্মণাংশ্চার্চ্চেৎ দেবতাঃ প্রণমেত চ ॥৯॥
বর্জয়েদুশতীং বাচং হিংসাং চাধর্ম্মসংহিতাম্। এষ পূর্ব্বাগতা বৃত্তির্ব্রাহ্মণস্য বিধীয়তে ॥১০॥
জ্ঞানাগমেন কর্ম্মাণি কুর্ব্বন্ কর্ম্মসু সিধ্যতি। পঞ্চেন্দ্রিয়জলাং ঘোরাং লোভকূলাং সুদুস্তরাম্ ॥১১॥

---

মহা যজ্ঞ মভা অহুনা পরমাত্মাগী পূজা তৌগদৌবনি। মতম্ পুম্বদা মাম্না চনীঙ তানা, তহা তহাদনা থবক তৌগনি। পুক্নীদা প্রমাদ থক্ থম্মোইদৌবনি, হায়বদি তৌগদববু তৌরোইদবগুম্. তৌরোইদৌবা থবক্পু তৌগদবগুম্ থন্বা—গুমহৎপহু থক্ তৌরোইদৌবনি ॥৬॥ ইন্দ্রিয়শিং অসিবু মখা পোল্হন্না থমগদৌবনি। ধর্মগী তত্ত্বু মুম্ন খঙবা মীশক্ অমা ওইগদৌবনি পুক্নীংনা চিংব চিংবা মায়গৈ জ্ঞান তাদনা থক্ চঙঙ্রোই-দৌবনি * ॥ ৬॥০ ॥ অন্নাবা-নুংঙাইবা, অশাউবা, নাপল, ময়াই কাবা নৈত্রবা ব্রাহ্মণ অহুদি করিগুম্বদা অন্নাবা খুদোংথীববু নংদে। দান, বেদশী অধ্যয়ন, যজ্ঞ, তপস্যা, ঈকায়বা খঙবা ঈচমত চন্বা, ঈন্দ্রিয়বু নম্-হৎপা -থবক্শিংসিবু তৌরিবা ব্রাহ্মণ অহুদি মশাগী তেজবু হেনগৎহন্দুনা মাহুনা পাপপু চাক্থেকহনবা ঙম্মি ॥৭॥৮॥ মতৌ অশুম্না পাপ পুম্বা চামথোক্ খাত্তেকপ্রবা তুদা অশীংবা, জ্ঞানী ওইবা ব্রাহ্মণনা, চাং-নাইনা, মতম নাইনা থর থরদ ত চাহু।, পুক্নীং ইন্দ্রিয় পুম্নমক্পু জয় তৌদুনা, অপাম্বা অশাউববু, নমহন্দুনা অহুদগীদি ব্রাহ্মণ পদবীবু ফংননবা হোৎনগদবনি ॥৮॥০॥ অগ্নি ( মৈ ), ব্রাহ্মণ, অহুগা দেবতাশিং খুরুম-গদবনি অহুগা পূজা সেবা তৌগদৌবনি। অয়াকপা অকনবা বা থক শীজিন্নরোইদৌবনি। কনাগুম্বা করি-গুম্বা অমতগী মকমদা হিংসাগী থবক্ তৌরোইদৌবনি মরমদি হিংসা অমদি অয়াকপা অকনবা বা শীজিন্নবা হায়বদি চাউরবা অধর্ম্মগী মচুং চনি। হৌজিক হায়খিবশিংসে ব্রাহ্মণ হায়বহুগী পরম্পরাদগী চৎনরকলবা মথৌনি ॥৯—১০॥

অনুষ্ঠান তৌগদৌরিবা কর্মহুগী তত্ত্বু মুম্না খঙলগা অনুষ্ঠান অহু তৌরবদি শোয়দনা সিদ্ধি ফংঙি। সংসারগী পুনশি অসে অকিবগী মশক্ ওইরবী তুরেল অমগী মশক্নি। কাল কৌবা মহাক্না তাইবংগী পুনশি ওইবনি

---

* পুক্নীংনা খল্লিবসি হিংহুনা লৈরিবনা খল্লিবনি। হিংহুনা লৈরিবনি হায়বসিমু আত্মানা হকচাংসিদা লৈরিবনা হায়রিবনি। অহুবু, পুক্নীংনা অক কত্ত খল্লিবমথৈ আত্মনা থন্বদি নত্তে। খল্লবমু মাহু আত্মা-নদি নত্রওনিনা অনাত্মা ( ন + আত্মা ) ননি। মরম অহুনা অনাত্মা ওইদনা ( ওইবা তৌরুদনা ) আত্মা অমা ওইনা; হায়বদি হকচাংসিগা সম্পর্ক থমদবা অশেংবা অত্মা অমা ওইনা, করবদা ঈঙ্খিল্লকলিবা পুক্নীং ইন্দ্রিয়শিং অহুবু খুহুম্ মখাদা ংমগদৌবনি। মরম অংনা য়েরুবসু মক্বপসু হকচাংসিদা অহুম মরেয়ে। য়েরুবা অনাত্মানা ঈঙ্খিনবা পুক্নীংবু আত্মানা নমথহুনা খুহুম চন্না থমগদৌবনি। মপান্দা উরিবা হকচাংসিবু ঐনি হায়না খল্লিবা পুক্নীংবু লোইরিবা আত্মাহু আত্মা অশেংবা নত্তে। অনাত্মানি। অনাত্মানা করিগুম্বদা ইন্দ্রিয়শিং খুহুম্ চনবা ঙম্মোই। ( কালাচাঁদ )

মহ্যপঙ্কা যসাধৃষ্যাং নদীং তরন্তি বুদ্ধিমান্। কালমত্যন্তং পশ্যে সত্যমভ্যমথোহমেম্ ॥১২॥
মহতা বিধিদৃষ্টেন বলেনা প্রতিঘাতিনা। স্বভাবস্রোতসা বৃত্তমুহ্যতে সততং জগৎ ॥১৩॥
কালোদকেন মহতা বর্ষাবর্ত্তেন সন্ততম্। মাসোর্মিগর্ত্ত বেগেন পক্ষোলপতৃণেব চ ॥১৪॥
নিমেষোন্মেষকেনেন অহোরাত্রজলেন চ। কামগ্রাহেণ ঘোরেণ বেদযজ্ঞপ্লবেন চ ॥১৫॥
ধর্ম্মদ্বীপেন ভূতানাং চার্থকামজলেন চ। ঋতবাক্ মোক্ষতীরেণ বিহিংসাতরুবাহিনা ॥১৬॥
যুগহ্রদৌঘমধ্যেন ব্রহ্মপ্রায়ভবেন চ। ধাত্রা সৃষ্টানি ভূতানি কৃষ্যন্তে যাদনম্ ॥১৭॥

জ্ঞান ইন্দ্রিয় মডানা, তুরেল্ সিগী ঈশিং ঈচেন্নি
অপাম্বা-মিহোবা অনীনা রাংলবা চাংজৌ অনীনি।
"অশাউবা" ন তুরেল অসিগী, মোৎলবা লৈখা লৈখোম্নি।
তুরেলসিগী রাংমলাম্বদি অরুবা থবক অমনি।
তুরেলসিগী ঈচেলবু, থিংবদি য়াম্না ওইথোক্কবনি।
অশিংবাশিং খরনদি লাপ্‌কুনা চৎনখিবনি।
কাল কৌবা মহাক্কা তগুনা চোৎনচুনা লৈবনি।
অচচ্চত্ত পূম্ববু মহাক্কা, শুমংৎ লাংদা থুংল্লিবনি।
পুন্নমকপু মহাক মথন্তনা, ওন্নব তকশিল্লকপনি।
মাসিবু তত্তনা নহাক্কা, পূরীংদা য়েক্কুন থমগদবনি ॥১১—১২॥

খ্বাইদগী হেন্না পাক চাউরবা, মাগী ওমথৈবু বিধাতা মাতনা খওগম-উওম্বা, মাগী পাঙ্গল-শক্তিবু কনানসু থিংওমদবা, অতুগুম্বা কাল (মতম) গী মথক ওইবা, পাক্ চাউরবা-শাংলবা তুরেল্লা তত্তনা চেল্লুনা লৈয়ল্লি-লৈল্লি।

তুরেলসিগী ইরৈনা চহী কৌবা অমমম্না ওইবনি।
ইরেল অমমমগী মনুংদা "থা" অমমম্না ঈথক ওইবনি।
মনুংগী শাক্ অমমম্না, ঋতু অমমম্না ওইথনি।
পক্ষ অনী অনীনা, উত্রী রাম্বী মাপীনি।
মীকুপ মীৎপাঙ অমমম্না কোক্কোল্ ওইনা কাবনি।
অহিং অুংখিল অনীনা, শিন্ন শিন্না চেল্লিবা ঈচেন্নি।
কাম (অপাম্বা) কৌবনা ঈসুংদা লৈবা কুম্ভীরনি।
বেদ যজ্ঞ অনীন্না লান্নবা হিক্কাউ অনীনি।
জীবশিংগী হিথাংকম্-ঈথৎ পোথাকম্দি, ধর্ম মাতমা ওইবনি।
লল্-অপাম্বা অনীনা, তুরেলসিগী ঈশিং ওইবনি।
সত্য-মুক্তি অনীনা, তুরেলগী তোরবান্ অনীনি।

এতৎ প্রজ্ঞাময়ৈর্ধীরা নিস্তরন্তি মনীষিণঃ । অপ্রজ্ঞাবন্তো হি কিং করিষ্যন্ত্যচেতসঃ ॥১৮॥
উপপন্নং হি যৎ প্রাজ্ঞো নিস্তরেদেকয়ো জনঃ । দুর্ব্বিতো গুণদোষৌ হি যৎ প্রাজ্ঞঃ সর্ব্বত্র পশ্যতি ॥১৯॥
সংশয়ং স তু কামাত্মা চলচিত্তোঽল্পচেতনঃ । অপ্রাজ্ঞে তরত্যেনং যোঽহস্তে ন স গচ্ছতি ॥২০॥
অপ্রবো হি মহাদোষং গুহ্যমানো নিগচ্ছতি । কামগ্রহেণ গৃহীতস্য জ্ঞানমপ্যস্য ন প্লবঃ ॥২১॥
তস্মাদুন্মজ্জনস্যার্থে প্রযতেত বিচক্ষণঃ । এতদুন্মজ্জনং তস্য যদয়ং ব্রাহ্মণো ভবেৎ ॥২২॥

হিংসা কৌবা উ পাম্বীনা কৈগাক কৈনা তাউথরিবনি ।
যুগ-যুগ অমমম্বা, তুরেলসিগী পন্‌কম্ পাৎচাউনি ।
তুরেলগী হৌরক্‌কম্ চীংজাউনা, ব্রহ্ম মহাক্না ওইবনি ।
ঈচেলহংদা তাউরক্লিবদি, বিধাতাগী থুংশেন্ অচচ্চত্নানি ।
মখোয়বু চেক্কব্রি হোইথরি, ম পুর তাম্না পুথরিবনি ॥১৪—১৭॥

জ্ঞানী ওইবা, বুদ্ধি লৈবশিংনা, তহা তগাদনা য়াম্না তপ্‌না চনীঙতানা তুরেল অসিবু জ্ঞানগী মশক্ ওইরবা হিথক্না তোংনা লায়না লাম্বেক্তুনা চংখি। অদুগুম্ব জ্ঞানগী মশক্ ওইরবা হিদুবু লোইদবা লৈদ্রদবা মীশিংনদি তুরেনসিবু করম্না লানগদৌরি ? ॥১৮॥ বিদ্বান্ জ্ঞানী ওইবতনা তুরেল অসিবু লাল্লি। অপণ্ডবনা লানঙমদে, লান্‌বা ঈরোইবা হৌরুবস্থ ঈগ্রাক্লে। মাসিদি মশানা রনি। মরমদি যুক্তি যুক্ত ওইবা মশানা তাবা রাতবু অদুগা পোৎ-হীরম অমগী গুণ দোষ অনীবু জ্ঞানবান্ ওইবা মীশিংতনা উই খঙজি ॥১৯॥ অপাম্বদা আসক্ত ওইরক্, ঙহাক্ত তুমিন্ন লৈতবা, কেয়রেং লেঙবা থম্মোয়বু পুরিবা, মবুদ্ধিস্থ খেল্লগা অখঙবনা হায়বা তাকপস্থ লৌনিদবা চিংনমা য়েংনহুনা অহুম্ মরৈরবা * অদুগুম্বা অপঙবশিংমো তুরেল অসিবু থক্ লাম্বোকপা ঙমদে। অদুগা মখোঙ মথু পুন্দুনা তুমিন্না কমহুনা লৈবা অতনবশিংমস্থ তুরেল অসিবু লাম্বোক্পা ঙমদে ॥২০॥

জ্ঞানগী মশক ওইরবা হি অসিবু লোইদ্রবা মী মহাক্ অদুদি হায়রিবা তুরেল অসিবু লানবা ঙমদনা ঈশ্বাম্বদা কাম ( অপাম্বা মিহৌবা ) গী মশক ওইবনা কুম্ভীরনা উম্‌হুনা থাঙঙমদবা চৈনা কংন থংনা ঈগ্রাক্লে। মশুম অদুদা মাগী জ্ঞান অদুনা মাগী মফমদা হি ওইনা লৈবা ঙমদে ॥২১॥ মরম অদুনা অশিংবা মীনা

* ঈশ্বর লৈ-লৈতে, হয়েংমুক্কী মপোক্ লৈ-লৈতে অসিনচিব হংজিন্নরিবা য়েংনরিবা, চিংনরিবশিংসি অনাম্বা জ্ঞান বিজ্ঞান দর্শননচিংবা য়াম্না কুপ্না নৈনরুরগা মশাগী সিদ্ধান্ত লেপ্ত্রিবা ঙাক্তনি। অথঙবা মীনা কুপ্না হায়রবস্থ মাদুবু লৌননবগী হানজিননবগী মকম্ ( জগহ ) কাওবা লৈত্রবা, লৌবা ঙমত্রবা, মকোক খোঙ্‌না থাঙলগদবা মীশক্না অয়াম্বনি। লেবা ঙমত্রবনিনা ঈকায়হুন তাকলিবহুনা থুম্বা ঙম্নরোইদৌবা রাকম অমা পুথোকলক্তুনা মায়থীবা পীগদবগী হোৎনৈ। অদুগুম্বা চিংনগনবা আত্মা অদু আত্মা নত্তে, অনাত্মানি। মাদুবু গীতানা "সন্দেহাত্ম" কৌই। সন্দেহাত্মা বিনশ্যতি" হায়রবদুম্না তাক্লেপ্‌কম্ খঙত্রবা মহাক্ অদু মাঙজরবনি। ন্যায়শাস্ত্রগী, মনোবিজ্ঞান পী অদুগা দর্শনগী অকুপ্পা বিচার অদু হাজিল্লুবনা পাখৌরক্তুনা অরেম্বদা মাঙলগদবা ঙাক্তনস্থ য়েংনগল্লি। মাদুবা পুনশিদা কাম্বব অমতা কংলোই। ( কালাচাঁদ )

অবদাতেষু সঙ্গাতন্ত্রিসন্দেহ স্ত্রবর্দ্ধকং। তস্মাৎযজ্ঞজনে তিষ্ঠেৎ প্রজয়া নিস্তরেৎ যথা ॥২৩॥
সংস্কৃতস্য হি দান্তস্য নিয়তস্য যতাত্মনঃ। প্রজ্ঞস্যানন্তর সিদ্ধিরিহলোকে পরত্র চ ॥২৪॥
বর্ত্তেত তেষু গৃহবান্ ক্রজায় ন সূযকঃ। পঞ্চভিঃ সততং যজ্ঞৈর্বিঘসাশী যজেত চ ॥২৫॥
সতাং ধর্ম্মেণ বর্ত্তেত ক্রিয়াং শিষ্টবদাচরেৎ। অসংরোধেন লোকস্য বৃত্তিং লিপ্সেদগর্হিতাম্ ॥২৬॥
শ্রুতিবিজ্ঞানতত্ত্বজ্ঞঃ শিষ্টাচারো বিচক্ষণঃ। স্বধর্ম্মেণ ক্রিয়াবাংশ্চ কর্ম্মণ সোহপ্য শঙ্করঃ ॥২৭॥

কালগী মশক ওইরবা তুরেল অসিনু, শাস্ত্রনবগীদমক্তা য়াম্না যেকশিন্না হোৎনগদবনি। মাতুবু লাম্হোকপা হায়বসিগী অর্থদি ব্রাহ্মণ অমগী মফমদদি থাঙ্গৈমক শেংনা ব্রাহ্মণ অমা চপ চানা ওইবা হায়বনি। হায়বদি, ব্রহ্মজ্ঞানবু ফংবা অমদি ফংননবা হোৎনবা হায়বনি ॥২২॥ অকবা অপোইবা শাগেদা পোকপা ব্রাহ্মণ অমনা, তম্বিবা, যজমানগী যজ্ঞ তৌবিবা অমুনা দান লৌবা হায়রিবা কর্ম অহুম অসি য়াম্না কুপ্না য়েংশিনগদবনি; হায়বদি পাক তৌরোইদৌবনি। অহুগা হায়রিবা কর্ম অহুম অসিদা কা হেন্না আসক্তি থমখিনবসি কন্না হোৎনগদবনি * হায়রিবসিনা তাবা অর্থদি মশানা মশাবু তম্বিবা হায়বদি, শাস্ত্রগী অধ্যয়ন—( পাবা, নৈনবা, তম্বা ), মশাগী যজ্ঞ তৌজবা, ( যজমানগীত তৌনবা ) অহুগা দান তৌবা ( দান লৌবগী মহুত্তা )—কর্ম অহুম অসি শোয়দনা ঙাকফম থোকই। কহিগুম্বা উপায় অমনা কালনদী সিবু লাম্হোক্কবা হোৎনগদৌবনি ॥২৩॥

হেক্ পোকপদগী সংস্কার পূম্নমক বিধি কাংদনা তৌথিবা, আশ্রম মথং মনাও কায়দনা নিয়ম পূম্নমকপু ইন্দ্রিয় থুনুম্ চম্ন তৌবকপা, অহুগুম্বা মী মহাক অহুগী মফমদদি ইহলোক-পরলোক অনীমক্ত সিদ্ধি ফংবনি অকবা নত্তে। থুনা হেক্ত মফংলে ॥ ৪॥ গৃহস্থাশ্রমদা লৈরিবা ব্রাহ্মণনা অশাউবা অহুগা মীগী দোষবু থিব-য়েংশিনবা অনীসি থাদোকুনা হৌজিক হাযরিবা নিয়মশিংসিবু চোকশিন্না ঙাকদবনি। হায়রবা পঞ্চমহাযজ্ঞবু মুমিৎ থুদিং তত্তনা তৌরগা মাহুগী লেনহৌবা শরুক অহুকবু ভোগ তৌগদবনি চাগদবনি ॥২৫॥ অথোইবা মহাত্মাশিনা তৌনথ্রিবা-চংশিন্রিবা ধম অহুগী মতুং ইন্না চৎকদবনি। শিষ্টাচার ( অফবা অশেংবা লমচৎ ) তবু ঙাক্কদবনি-চৎকদবনি। অমুগুম্বা পুনশি মরেল অহুতবুস্ন পামগদবনি। অতোপ্পা অমগী জীবিকা অমদদি ব্যবসায় অপনবা-খুরো চেল্লুবা তৌদনা-পীকদনা-নিন্দা তৌননীঙায় লৈত্রবা, হিংসাগী থবকস্থ য়াওদবা ব্যবসায় অহুতনা জীবিকা ওইহনগদবনি ॥২৬॥ বেদবু হৈবা খঙবা নৈনবা, তত্ত্ব জ্ঞানী ( বিষয় পূম্বগী তত্ত্ববু খঙবা ) সদাচারী ( অফবা লমচত্ত চৎপা ) অহুগা য়াম্না শিংবা—মীলৈনাবৈ য়াম্না খঙবা মীশক্তু ব্রাহ্মণ অমা ওইগদৌবনি। মাগী লৈরিবা ধর্ম অহুতগী মতুং ইন্না থবক্ তৌবা, তৌরুবা থবক্তুদা য়াম্না শ্রদ্ধা লৈবা ( থম্বা ), পুক্নীংবু অহুগা ইন্দ্রিয়শিংবু, লাকশিন ফাজিনবা, য়াম্না বিদ্বান্ ওইবা ( ধর্ম শাস্ত্র বেদ বেদাঙ্গ

* মশাগীদি ঈতৌ তৌদনা মীগী ( যজমানগী ) ত তৌবিবা ব্রাহ্মণনা অয়াম্বা ঙাক্কনি। পুরোহিতত্ত ওইহনা যাগযজ্ঞ পূম্বা মীগীতা তেরিবা, মীওোন্নগী দানতা মরোবা মশানদি অমতা তৌদবা, মীঙোপত্ত বেদ শাস্ত্র তম্বিবা পশানাদি ঈচৎ চত্তবা অহুগুম্বা ব্রাহ্মণ অহুনা ব্রহ্ম তত্ত্ববু থক্ ফংবা ঙমদে। ( কালাচাঁদ )

ক্রিয়াবাঞ্ছ্রদ্দধানো হি দান্তঃ প্রাজ্ঞোহনসূয়কঃ। ধর্মাধর্মবিশেষজ্ঞঃ সর্বং তরতি দুস্তরম্ ॥২৮॥
ধৃতিমান্ অপ্রমত্তশ্চ দান্তো ধর্মবিদাত্মবান্। বীতহর্ষভয়ক্রোধো ব্রাহ্মণো নাবসীদতি ॥২৯॥
এষা পুরাতনী বৃত্তির্ব্রাহ্মণস্য বিধীয়তে। জ্ঞানবত্ত্বেন কর্মাণি কুর্বন্ সর্বত্র সিধ্যতি ॥৩০॥
অধর্মং ধর্মকামো হি করোতি হ্যবিচক্ষণঃ। ধর্মং বাধর্মসঙ্কাশং শোচন্নিব করোতি সঃ ॥৩১॥
ধর্মং করোমীতি করোত্যধর্মং ধর্মকামশ্চ করোতি ধর্মম্। উভে বালঃ কর্মণী ন প্রজানন্ স জায়তে ম্রিয়তে চাপি দেহী ॥৩২

হৈবা ) মীগী মরাক্ শীগদবগী কনাগুম্বা অমতগী দোষবু য়েংদবা, ধর্ম অমুগা অধর্ম অনীসিগী বিশেষ ওইমা খেন্নরিবা মকম অমুবু মুন্না খঙবা অমুগুম্বা ব্রাহ্মণ অমুতনা ইহলোক পরলোকত্ত অরাবা পূম্নমক্কগী লাম্থোকপা ঙম্মি। ধর্মগী থবক্ পাংথোই হায়দুনমক্ত পরধর্ম ( অতোপ্পগী ধর্ম ) গা থক য়ানশিন্নরোইদবনি ॥২৭॥ অকবা থবক্ত তৌংনা লৈবা, শ্রদ্ধা লৈবা, ইন্দ্রিয়খুদুম চনবা, মীগা শীনদবা—কল্লক্ মিহৌ লৈতবা, য়াম্না শিংবা ধর্ম অধর্ম অনীগী তত্ত্ববু কূপ্না খঙব', মহাক অমুতনা অরাবা পূম্বদগী নাম্থোকপা নাম্থোকই ॥২৮॥ য়াম্না খাঙবা কনবা, ত শথবা, করিস্থ নত্তবদা ঙুম্ হৎলুদবা, জিতেন্দ্রিয় ওইবা, ধর্মজ্ঞ খঙবা, শিংবা হৈবা, ময়াম্ কাবা হরাও তয়ামগনবা থক্ ওইদবা, করিগুম্বা বিষয়দা অশাউবা লৈতবা অমুগুম্বা ব্রাহ্মণনা করিগুম্বা বিষয়দা অরাবা খুদোংথীবা ফংদে ॥২৯॥ হৌজিক হায়খ্রিবা ব্রহ্মণগী বৃত্তি ( পূনশিমবেল্ ) অসি আপরম্পরাদগী চৎনরক্লবনি। হায়রিবা জ্ঞানসিগী মতুং ইন্না কর্ম তৌরিবা ব্রাহ্মণ মহাক অমুদি থবক পূম্নমক্কা সিদ্ধিবু লায়না ফংবা ঙম্মি ॥৩০॥ জ্ঞান অসি লৈতবা অপঙবা মীদি ধর্ম তৌবগী রাখল অমদি অপাম্বা অমু লৈন লৈনা অধর্মগী থবক অমুম মতৌই। অরাবা অকিবনা থুমহৎখিদুনা ধর্মগী থবক্তি তৌরগা পাঙথোকপদি অধর্মগী মশক্ত অমুম মওই। রাখল লৈতবা মীদি হম্বনা কূপ্না নৈনদবগী "এ ধর্মগী থবক তৌরিনা" দি হায়রগা তৌবদি অধর্মগী থবক অমুম মওই *। অমম্না শনীথোক্লা হায়বদি মায়গৈ অনীমক্কা লৈদুনা থবক তৌবা মীদি সংসার অসিদা হম্না হম্না পোকলৈ—শিরৈ ॥৩১—৩২॥

* ঈশ্বায় লায়না খুদমদা হায়রগা :—কনাগুম্বা য়াম্না তম্নবা হৈরবা অমনা ধর্মগী থবক তৌরিবনি ধর্ম প্রতৌরিবনিদি হায়রগা, তৌরিবা ঐসিনা কনানো করিনো অমুগা কনাদা তৌরিবনো হায়বহ্ থন্দনা তৌবদগী দেহ অমদা লৈরিবা আত্মা মহাক্না অতোপ্পা দেহদা অমুক লৈদুনা মশানা মশাবু ফত্তবনি হায়বদি, মহাক্না চৎলিবা ধর্ম অমুতনা অকবনি হায়না খনবত নত্তনা, অতোপ্পনা চৎলিবা ধর্মগী মমুংদা অয়ানবনি হায়রিবহুবু হায়বদি মানা য়ানিংদবা শরুক অমুবু দোষ লৈবা ওইনা পুথোক্লগা অতোপ্পবু নিন্দা তৌনা তৌনা ঙাঙলি। মহাকম্বা অমনম্ন মাগী মথক্ত। অম্মুম্না লাউবি হায়বসি খঙদে। অমুনা অমগামগা য়েংখিনবা পোকহল্লি। লৈপাক্কা মহী লাঙবা অশান্তিনচিংবা পী। মুংঙাইনদবা পোকহনবা ধর্ম অমুদি ধর্ম নত্তে। তাইবংমীগী খম্মোয়দা অশাউবা কল্লকপনচিংবা শীননবগীদমক্তা ধর্ম হায়বহুনা লৈবা নত্তে; মাসি ধর্ম হায়বহুগী দোষ নত্তে। ধর্মগী থবক তৌরিবনি, ধর্ম প্রচারকনি হায়রিবশিংহুগী দোষনি। অমুনা ধর্মগী থবক তৌরিবনিদি হায়রগা থবকুদি অধর্মগী থবক ওই। হায়রনা, তৌখ্রিবা দূর্গাপূজা, চণ্ডীপাঠনচিংবহু লান্দবা ঈচুম চুম্না,

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি শুকানুপ্রশ্নে ত্রিংশদধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ ।২৩০।

——(*)——

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা, শ্লোক লিশিং চাম না শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা, মোক্ষধর্ম্ম-পর্ব্বদা, চনী কুননিপাল্‌ত্তবা অধ্যায় লোইরে ॥২২৮॥

—:(*):—

# মণিপুরী মহাভারত

## একত্রিংশদধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ

## ( সাংখ্যযোগগী মতাং য়াওনা ব্যাসনা শুকদা জ্ঞান তাকপা )

## চনীগা কুন্থ্রা মাথোইশুবা অধ্যায়

— —(*)— —

ব্যাস উবাচ ।

অথচেৎ রোচয়েদেতদ্দ্রুহ্যেত শ্রোতুমাত্মবান্ যথা । উন্মজ্জংশ্চ নিমজ্জংশ্চ জ্ঞানবান্ প্লববান্ ভবেৎ ।।১।।

প্রজ্ঞয়া নির্ম্মিতৈর্ধীরাস্তারয়ন্ত্যবুধান্ প্লবৈঃ । নাবুধাস্তারয়ন্ত্যন্যানাত্মানং বা কথঞ্চন ।২।।

ছিন্নদোষো মুনির্যোগান্ যুক্তো যুঞ্জীত দ্বাদশ । দেশকর্ম্মানুরাগার্থানুপায়াপায়নিশ্চয়ৈঃ ।৩।।

ব্যাসনা হায়ঃ—ঈবূঙো, শুকদেবা! তাইবংমীনা, ঈশিংগী কল্লবা ঈংন্দা অমুক লুপ্‌, অমুক কাওগৎ তৌদুনা তাউথরকপদা লাইগী নোংদমদগী হি অমা থেংনরবদি মাতনা উপায় ওইদুনা য়াংম লান্নকপহুত্তবা, অইবং ঈপাক মুংসিদা হকৎ হন্দা ওস্থোইদুনা লৈরিবা তাইবংনা অরাবমিদগী লাপ্থোক্লিংলদি জ্ঞান মশক ওইরবা কিথক্তা তোংদুনা লাপ্থোকদবনি ॥১॥

বুদ্ধিগী পাম্বৈজনা হায়রিব তত্ত্ব অসিবু খঙলবা তপ্পথরবা মীনা মশাগী জ্ঞানগী মশক ওইদুরবা হি অদুনা অতোপ্পা অজ্ঞানী ( থঙকদবা ) শিংবুসু সংসার ঈপাক অসিদগী লাপ্থোকপিবা ঙম্মি। অদুগা মশামক অজ্ঞানী ওইবা মীশিংদুদি মশামশাবুসু অদুগা অতোপ্পাশিংবুসু লাপ্থোক হনবা ঙমদে ॥২॥ মবুক-চেল লেপ্পবা, মুনিশিংনা তৌগদবদি— থম্মোয়দা লৈরিবা অশাউবা কল্লকপা অসিনচিংবা লোবশিং অসিবু

ধর্মগী মূর্ত্তি ওইবা রামবু হাংদনবগীদমক্তনি। যাগ যজ্ঞ পূজা পাঠনচিংবসু অধর্মগী থবক অদুম মওই। মাসি পূরমকসি মুম্না থঙদুনা ধর্মগী থবক তৌগদবনি। মাসিনি ব্যাসনা শুকদা হায়রিবসি। ( কালাচাঁদ )

নিদ্রাহারসংহারৈঃ সর্ব্বা দর্শনেন চ। নচ্ছেৎ ব্যাপ্নসীত্ত্যা ন ইচ্ছেৎ জ্ঞানমুত্তমম্ ॥৪॥
জ্ঞানেন যচ্ছেদাত্মানং য ইচ্ছেচ্ছান্তিমাত্মনঃ। এতেষাং চেদনুদ্রষ্টা পুরুষোঽপি সুদারুণং ॥৫॥

মুখৎলগা যোগ সাধনদা সহযন্ত্রা ( মতেং ) পীবা য়াবা লমদম, কর্ম্ম পামজকপা বিষয়, উপায়, অপায় ( মাঙখিননবা হোৎনবগী উপায় ) লেঙভরোইদোবা ওইনা লেপশ্রবা, মীৎনা শংশংনা উগদৌরিবা বিষয় অমদি পোৎ, চীঞ্জাক্, মুখৎপা-মাঙহনবা, পুক্লিং অমদি দর্শন ( উবা য়েংবা ) হায়রিবা যোগগী মতেং তরানিথোই অসিগী আশ্রয় লৌদুনা ধ্যান যোগকী অভ্যাস তৌব— অসিত্তনি ॥৩॥০॥ * অথোইবা জ্ঞানবু ফংনিলবদি, বুদ্ধিগী পাম্বৈনা, পুক্লীংবু অত্থুগা কোঙদোকননব রাহৈ-রাভাওবু য়ারিবমথৈ ফাজিনগদবনি। শান্তিবু পাম্বশিংনা জ্ঞানগী পাম্বৈনা বুদ্ধিবু ( অকফত্তগী তত্ত্বু ) পরমাত্মাদা চঙহনখিগদবনি ॥ ৪॥০ ॥

* হায়রিবা যোগগী উপায় তরানিথোই অসি যোগগী অঙ্গমত্তুনি। মথোয়স্থু যোগ অমমম্নি। শাস্ত্রগী লোন্দা হায়রগা :— মথংশীংনা—দেশ যোগ, কর্ম যোগ, অনুরাগ যোগ, অর্থ যোগ, উপায় যোগ, অপায় যোগ, নিশ্চয় যোগ, চক্ষু যোগ, আহার যোগ, সংহার যোগ, মনো যোগ, দর্শন যোগ, অসুম হায়না মথং মনাও নাইনা লৈরিবনি।

১। দেশ যোগ—যোগ সাধন তৌবদা তোয়না য়ৈখায়বা পীরোইদোবা, চীংনুংমাঙুং, অচৌকপা তীর্থ মফম অসিনচিংবা।

২। কর্ম যোগ—চাবা থকপদা নিয়ম নাইনা, সাত্ত্বিক ওইবা আহার বিহার ( চাবথকপা ) অসিনচিংবা।

৩। অনুরাগ যোগ— ইষ্টদেব পরমাত্মাদুবু ফংননবা থাজবা সুংশিবগা লোয়ননা হোৎনশিনবা অসিনচিংবা।

৪। অর্থ যোগ—কায়বা পোৎ ( দরকার লৈবা ) অত্থুমথৈত নাক্ত থম্বা লৌবনচিংবা … …।

৫। উপায় যোগ—সিদ্ধাসন, পদ্মাসননচিংবা অসি উপায় যোগ হায়বদুনি।

৬। অপায় যোগ—শাগৈ নাতৈ ঈপা ইচানচিংববু নাক্ত লৈহন্দবা, যোগদা অকায়বা ওইগদবশিংবু তাম্মোকপা।

৭। বিশ্বাস যোগ—বেদ শাস্ত্রগী বাকাশিংদা বিশ্বাস থমদুনা অসি মতৌরগে হায়না লেপ্পা।

৮। চক্ষু যোগ—মীৎলু অনীবু লেঙদনা নাত্তোল নাকচিদা থম্বা।

৯। আহার যোগ রজোগুণ, তমোগুণবু পোকহল্লোইদোবা সত্ত্ব গুণত পোক্লনবা চীঞ্জাক চাবা .

১০। সংহার যোগ—বিষয়শিংদা চঙডক্তে তৌবা ইন্দ্রিয়শিংবু নমহৎপা।

১১। মনো যোগ—সংকল্প বিকল্প অনী য়াওদবা সচীন অমতা লোঙবা পুক্লীংনা চঙশিনবা—

১২। দর্শন যোগ—কায়নবা তিয়বা, অরাবা মুংঙাইবনচিংবশিংসিবু য়ান্না কুপ্না য়েংশিনবা।

হায়রিবা তরানীথোই অসি যোগগী উপায় ওইবত নত্তনা, যোগগী অঙ্গ-অমমম্না, যোগাঙ্গ অমমম্নি। মথক্কী অসিত্তবু নীংখিবা য়েংশিন্না—কায়দনা চৎলবদি যোগী হায়বা অত্থম মওয়। যোগ যুক্ত ওইয়ে, সিদ্ধ ওইয়ে হায়বদি য়াদে ( কালাচাঁদ )

যদি বা সর্ববেদজ্ঞো যদি বাপ্যনৃচোঽব্রজঃ। যদি ধার্ম্মিকো যজ্বা যদি বা পাপকৃত্তমঃ ॥৬॥
যদি পুরুষব্যাঘ্রো যদি বা ক্লৈব্যধারিতঃ। তরত্যেবং মহাদুর্গং জরামরণ সাগরম্ ॥৭॥
এবং হ্যেতেন যোগেন যুঞ্জানো হ্যেকমন্ততঃ। অপি জিজ্ঞাসমানোঽপি শব্দব্রহ্মাতিবর্ত্ততে। ৮॥
ধর্ম্মোপস্থো হ্রীবরূথ উপায়াপায়কূবরঃ। অপানাক্ষঃ প্রাণযুগঃ প্রজ্ঞায়ুর্জীববন্ধনঃ ॥৯॥
চেতনা বন্ধুরশ্চারুশ্চাচারগ্রহনেমিবান্। দর্শনস্পর্শনবহো ঘ্রাণশ্রবণবাহনঃ ॥১০॥
প্রজ্ঞানাভিঃ সর্বতন্ত্র প্রতোদো জ্ঞানসারথিঃ। ক্ষেত্রজ্ঞাধিষ্ঠিতো ধীরঃ শ্রদ্ধাদমঃ পুরসরঃ ॥১১॥
ত্যাগঃ সূক্ষ্মানুক্ষেমঃ শৌচগো ধ্যানগোচরঃ। জীবযুক্তো রথো দিব্যো ব্রহ্মলোকে বিরাজতে। ১২॥
অথ সংত্বরমানস্য রথমেবং যুযুক্ষতঃ। অক্ষরং গন্তুমনসো বিধিং বক্ষ্যামি শীঘ্রগম্ ॥১৩।

---

য়াম্না তমপিরবা ওইরবস্, বেদ খঙববু ওইরবস্ খঙদববু ওইরবস্ যাগ যজ্ঞ দাননচিংবদা পূক্নীং চঙববু ওইরবস্ কম্নিমতা তৌত্রবা ব্রাহ্মণবু ওইরবস্, কৈ নোংশাগুম মচাল্লাক থিবদা কল্লবস্, যম্ন শোল্লবা চানীঙ-ঙায় লৈতবা ব্রাহ্মণবু ওইরবস্ অদুগুম্বা ব্রাহ্মণ মহাক অদুনা হায়রিবা যোগাঙ্গ তর নিথোই অসিবু সাধনা তৌরবদি, জরামৃত্যুনা থল্লবা সংসার ঈশাক অসিদগী লশ্তোকপা ঙম্মি ॥৫—৭॥ সিদ্ধি কংত্রিফাওবা হায়-রিবা যোগশিং অসিবু অভ্যাস তৌদুনা লৈরিবা অদুগুম্বা সাধক অদুনা ব্রহ্মগী তত্ত্ব মুম্না খঙনীংলম্লবা মতম অদুদা, বেদদা হায়রিব, যাগ যজ্ঞনচিংবা সকাম কর্মগী ওমথৈ অদুদগীসু মাংম লাম্না কুনা চৎথি ॥৮॥ যোগ অসি রথ অমগুম্বনি। ধর্মনা রথতুগী মনুংদা থাম্বা যম্ফমনি। রথতুগী অকোয়বদা য়েৎলিবা কোয়শিল্লিবদুনা লজ্জা ( ঈকায়বা ) হায়বদুনা ওই। উপায়-অপায় অনীনা মথক্তা কূপলিবা নাকল অনীগী অম্বারি অদুনি। অপান বায়ুনা ধরা ( থোরা ) নি। প্রাণ বায়ুনা জুরাননি। বুদ্ধিনা রথ অদুগী অয়ুনি, হায়বদি, বুদ্ধিনা লৈবিবমথৈ রথ অদু তেক্ত কায়দনা লৈ। পুনশিনা থৌরীনি। চেতনা ( চনীং তাবা জ্ঞান ঙাবা ) হায়বদুনা রথ অদুগী লৈকুৎ লৈতোওদা, খা-য়াংদা লৈথোক লৈশিন তৌননবা মরৈ ( চক্র ) অদুনি। সদাচার ( অফবা লমচৎ ব্যবহার চাকচা ফিজেৎ ) না রথ অদুগী চাককাগী অকোয়বা ( হাল্ ) অদুনি। মীৎ, উনশা, নাতোল, নাকোং মরি অসিনা রথতুগী মনুংদা ময়ায়দা থাম্বিবা আসন অদুনি। প্রজ্ঞা ( লৌ-শিং ) না রথ অদুগী চাকাগী মথোয়দুনি, হায়বদি চাকাগী ময়ায় মুগুা অদুনি। শাস্ত্রগী বিধি পূম্নমক্কা রথগী মশক ওইরবা যোগ অদুগী থৌননবা শাজৈনি। জ্ঞাননা সারথিনি। ক্ষেত্রজ্ঞ ( জীবাত্মা ) না রথী ওইদুনা রথ অদুগী মনুংদা ফম্মি। রথ অদো য়াম্না তপ্প তপ্প চৎলি। তহা তহাদে। শ্রদ্ধাগা দমন ( ইন্দ্রিয় খুদুম চনবা ) গা অনীনা রথ অদুগী মাঙ থানা চৎলিবা রথবু ঙাক শেনবা লান্মী অনীদুনি। রথ অদুগী মতুংদা ঙাক শেন্দুনা চৎলিবা রক্ষক অদুদি ত্যাগ হায়দুনা ওইরি। ধ্যান কৌবা শেংলবা লম্বী অদুদা রথ অসিনা তপ্প তপ্প চৎলি। অদুম্না শিক্লি শিক্লি চৎথিবসিনা ব্রহ্মলোক য়ৌথি। হায়বদি অসি অসিগুম্বা মচাকুনা শাম্বিবা রথগী মশক ওইবা যোগগী আসন ( যোগাসন ) দা ফম্বিবা জীবাত্মানা পরমাত্মাব কংদুনা অমত্ত ওইমিন্নথি ॥৯—১২॥

মতৌ অসুম্না রথগী মশক ওইবা যোগথক্তা তোঙ্খৎতুনা সাধনবু মথৈ য়াংলহল্লিব, অদুগা ক্ষম্ত ফ্তা

সপ্ত যা ধারণাঃ কৃৎস্না বাগ্যতঃ প্রতিপদ্যতে । পৃষ্ঠতঃ পার্শ্বতশ্চান্যাস্তাবত্যস্তাঃ প্রধারণাঃ ॥১৪॥
ক্রমশঃ পার্থিবং যচ্চ বায়ব্যং খং তথা পয়ঃ । জ্যোতিষো যৎ তদৈশ্বর্য্যমহঙ্কারস্য বুদ্ধিতঃ ॥
অব্যক্তস্য তথৈশ্বর্য্যং ক্রমশঃ প্রতিপদ্যতে ॥১৫॥
বিক্রমাশ্চাপি যস্যৈতে তথা যুক্তেষু যোগতঃ । তথা যোগস্য যুক্তস্য সিদ্ধমাত্মনি লক্ষণম্ ॥১৬॥

লৈতবা পরমাত্মাবু ফংনিংবা সাধক অদুনা থুনা ফংবা য়ানববা উপায় অদু ঐ হায়গে ॥১৩॥ জ্ঞানী সাধকনা য়াঙ্গিমথৈ য়া য়ায়া ভাঙদনা,লৈপাক্ ঈশিং মৈ নুংশিৎ আকাশ বুদ্ধি অদুগা অহঙ্কার মখোয় তরেৎ অসিগা মরুম লৈনবা য়াখলশিংবু সিদ্ধ তৌই— খবক্ ওইনা পাঙথোকই। হায়রিবশিং অসিগী বিষয় ওইরিবদি — মনম্ মহাও মশক শোকৃপা ( স্পর্শ ) শব্দ অহঙ্কার বুদ্ধি মখোয় তরেৎ অসিনি। হায়রিবা সম্বন্ধ লৈনবা, ধারণা ( য়াখল ) তরেৎ অসি সাধক অমগী তুং-মাঙদা চৎলিবী থোঙলোয় মক্কনি ॥১৪॥ সাধক ( যোগ অসিবু সাধন তৌরিবা, তৌগে খল্লিবা ) অমনা লৈপাক্ ঈশং মৈ মুংশিৎ আকাশ অহঙ্কার বুদ্ধি তরেৎসিগী শক্তিবু মথং মথং খুত্থম চল্লকই। অদুগী তুংদা অব্যক্ত ( মশক মওং নাইদবা ) ব্রহ্মমকী ঐশ্বরিকশাক্ত কাও-বদা মহাক্না অধিকার তৌরক্ই ॥১৫॥ * যোগাভ্যাস তৌরিবা যোগীশিংগী মমুংদা অদুগুম্বা যোগী অদুনা

* যোগসাধন তৌরিবা সাধক অমগী ধারণা অসি মথং মথং কাখৎলকপগী থাক্ তরেৎনি। অতৈ অতৈ অমা খন্দনা চিত্ত ( পুক্নীং—খম্মোয় ) বু দেশ ( মফম ) অমদা লেংন্দনা ফাজিন্দুনা থম্ববু "ধারণা" কৌই। অষ্টাঙ্গযোগগী ময়ুংদা অমনি। পতঞ্জলি ঋষিনসু মহাক্না যোগশাস্ত্রদা "দেশবন্ধশ্চিত্তস্য ধারণা" হায়না হায়। ধারণাগী সংজ্ঞা পী। মাসিবু চৎনবী সাহিত্যগী লোন্দাদা "চিত্তলয়" হায়না কবিশিংনা হায়নৈ। অহানবা থাক্তা চিত্তলয় অসি পৃথিবীগী তত্ত্বদা হায়বদি লৈপাক্কী তত্ত্বদা থমগদবনি। ভোই মুই হায়রিবা গোপাল, শ্যাম কৌহল্লিবা হুকচাংসিদা থম্মোইদৌবনি। ভৌব মুবা য়াওদবা লৈপাক্কী পিণ্ডনি হায়না খনবদগী হেন্না অতৈ ধারণা অমদা চিত্তসিবু চঙহল্লোইদৌবণি। মাসিবু লৈপাক্কী তত্ত্বদা অধিকার তৌব— অধিকার থম্বা কৌই। অনীশুবকপা থাক্তা— অগুন তৌরকপসিনা পৃথিবীতত্ত্ব অসিবুসু ঈশিংগী তত্ত্বদা পুশিল্লকনি। লৈপাক অসিমক ঈশিংগী কমজিল্লগা অদুগা ঈশিংদগী ওইরকপা মওং অমনি হায়না খঙদুনা লৈপাকসি-মকপু ঈশিং ওইনা উগদবনি। হায়বদি — চিত্তলয় অসি ঈশিংগী তত্ত্বদা থমগদবনি। অদুগী তুংদা লৈপাক মশক উদমথৈ ঈশিংদা থমগ্রবা চিত্ত অসিবু অমুক ঈশিংগী হৌরককম মৈ-ত্তদা থমগদবনি। হায়বদি— ঈশিংসু মৈ ওইনা উরগদবনি। অদুগী তুংদা অমুক মৈ অসিবু বায়ুতত্ত্বদা থমগদবনি। অদুগী মথংদা বায়ু অদুমকপুসু থাদোক্লমদুনা চিত্তবু আকাশগী তত্ত্বদা থমগ্রগদবনি। অদুগী মতুংদা আকাশকী হৌরককম পুক্নীংদা থমগ্রগদবনি। খাইগী তুংদা পুক্নীংবুসু বুদ্ধিগী তত্ত্বদা থমগ্রগবনি। মাসি মওং তরেৎনি। অরোইবা-থাংদা বুদ্ধি হায়বাসিমক অব্যক্ত ব্রহ্মদা থমগ্রগদবনি — তিলহনগ্রগদবনি। অদুগুম্বা বুদ্ধি ( জ্ঞান ) অদু মৈ ঈশিংনচিংবনা শাক্রিবা সংসারসিগী থোক্লান্দগী লীখোকখিদুনা মকারামনা চৎখিদুনা ব্রহ্মদা লীন ওইখি— তিনখি।১৫।

( কালাচাঁদ )

নির্দ্ধ্যোনঃ [illegible] [illegible] [illegible] দৈবিকৈ যথা [illegible] [illegible] মজে ॥১৭॥
তথা দেহাৎ বিযুক্তস্য পূর্ব্ব রূপং [illegible]। অথ [illegible] বিবেক দ্বিতীয়ং রূপদর্শনম্ ॥১৮॥
জলরূপমিবাকাশে তথৈবাত্মনি পশ্যতি। অপাং ব্যতিক্রমে চাস্য [illegible] প্রকাশতে ॥১৯॥
তস্মিন্ পরত্বে [illegible] পীতং [illegible] প্রকাশতে। ঊর্দ্ধ রূপস্য [illegible] তস্য রূপং প্রকাশতে ॥২০॥

[illegible] মথং মথং কাখংজকপগী, অদুগা পৃথিব ( লৈপাক্ ) নচিংবগী [illegible] তৌরকপগী মরম বিধি অদু ঐ হায়গে। ধারণা তৌরেং অদুনা কৈরাক্ ( থাক্ ) ওইদুনা মথং মথং কাখংলকুনা জীব— জীবাত্মানা ব্রহ্ম-তত্ত্ব [illegible] মরম বিধিশিং অদুসু ঐ হায়গে ॥১৬॥ মপান্দা উরিবা অচৌবা ( অপৌরা ), হকচাং অসিবু 'ঐ' নি হায়রিবা, 'ঐ' নি হায়না খল্লিবা অভিমান ( অহঙ্কার ) কৌবা অরানবা [illegible] মুক্ত ওইরকুনা [illegible] লাহোনরকুনা ধ্যানদা চিত্ত অসি চঙখিবা মতমদুদা রাম্মা কুপ্পা দৃষ্টি ( মীথয়েং ) দা [illegible]— হকচাং অসি [illegible] মশেং-মরাং ওইনা লৈবা খুদম অমগুম্বত ওইনা উই। হকচাং অসি লৈপাক্ [illegible] অমদা [illegible] লৈবা ওইনত্তা উরকপা মতমদা— রাকচিঙ্গো থাগৎলকপা লৈচিলগী মশক্ ওইনা লৈবা [illegible]-গুম্বা কুপ্পক পোৎশক্ ( খুদম ) অমনা মোংমদোন মকোর অসিবু কুপশিন্দুনা লৈবন্থ উপনি ॥ ৭॥ মতৌ অদুম্না দেহাভিমানদগী না-ত্থাররবা যোগী সাধক অমনা মাগী চিত্তদা কাওরিবা ( অনুভব তৌরিবা ) মাগী হায়বদি জীবগী ঈহান্ হানবা মশক্নি। অদুদগীদি থাগৎলম্বা লৈচিন অদুনা তাক্লবদা মথংগী মশক্ অমা শমুক উরক্লে ॥৮॥ মথংগী মশক্নি ওসাই হায়প্রিবা ঈশিং হায়বদুগী মশক্নি। হকচাংসিবু ঈশিংতগী মশক্ ওইনা উরকপা মতমদা জগৎ পুম্নমক্সি ঈশিংতগী মশক লৌথি। * মাসি জলতত্ত্বগী ধারণাগী মৃতমগী রানি। অদুম্না ঈশিংগী মশক ওইনা উরব্দগী মৈ-তগী রূপতা চিত্ত অসি লয় ওইথি— খুপথি। মতম অদুদা অমুক জগৎ পুম্বসি মৈ-তগী মশক লৌথি ॥১৯॥ মৈগী রূপ অসিনা মুৎপ্রবদা— মাগী [illegible]-কম লুংকিৎতগী মশক্ জীবসিনা উই। মতমদুনা লুংশিংকী তত্ত্বদা ধারণা অসি কাজিন্দুনা লেপ্পদনা

* জগৎ পুম্বা হায়ববু "হকচাং" অসিবুনি। মৈতগী মশক্ ওইবা ঈশিংতগী মশক্ ওইবা ( [illegible] ) জগৎ [illegible] প্রলয় [illegible] লাহোকরকুনা মুক্ত ওই-ওইদুনা জীব অসি লাক্লবনি। মুক্তিদা হৈনরক্লবনিদা সংসারসিদা হায়বদি হকচাংসিদা হেক্ চঙডকপা জীবসিনা অফা অপুরবা অমত্তা পাদ্রে। হেকত্ত লাহোকনীঙ্গলিবসি অসিননি। অদুনা যোগীশিংগী জীকনা—মুক্তিতত্ত্ব তারবসি অসিননি। [illegible] [illegible] অরাবা খুদোংথীবা, অরাংপা অদুদগীত লাহোকনীংবা অদুগা লাহোজনীংলিবসি মায়াদগীনিক্লো [illegible]-বদুদি খজবা অপডকনা কুম্নবা জীবসিনা অরাবদুমদগী লাহোৎলগা অতোপ্পা [illegible] অমুক [illegible] কাজিন-নবা হোংনৈ। মাদুদগীসু লাহোক্লবা অমুক্ হোংনৈ। অমসুং হোংল হোননা পুনশিনা লৌথিবনা হাম্থিদুনা অরোইবা মুক্তি অদুবু ফংবগদি [illegible] অমত্তসু হোৎনবা নংদে। অদুনা [illegible] [illegible] লাহোক্হল্লিংবা অমিত্তা ওইবা পোৎ মচাক্তনা থম্বা সংসারদা হায়বদি হকচাংদা জীবসিনা অমুক চঙলকলিবসিনি। ( কালাচাঁদ )

অথ শ্বেতাং গতিং গত্বা যাবয্যং স্বয়ংপ্রভং। অমূর্ত্তং ভোক্তাসৌ সূক্ষ্মত্বাৎ ব্রাহ্মণাভ বৈ ॥২১॥
এতেষ্বপি হি জাতেষু কালজাতানি যে শৃণু। জাতস্য পার্থিবৈশ্বর্য্যৈঃ সৃষ্টিরত্র বিধীয়তে ॥২২॥
প্রজাপতিরিবাক্ষোভ্যঃ শরীরাৎ সৃজতে প্রজাঃ। অঙ্গুল্যঙ্গুষ্ঠ পাদেন হস্তপাদেন বা তথা ॥২৩॥
পৃথিবীং কম্পয়ত্যেকো গুণো বায়োরিতি শ্রুতিঃ। আকাশভূতশ্চাকাশে সবর্ণত্বাৎ প্রকাশতে ॥২৪॥

লৈ। অদুগী তুংদা অগ্নিতত্ত্বগী ধারণাদা চিন্তনা চঙখিবা মতমদা মৈত্তগী মশক ওইনা জগৎ অসিবু উরকই। তুর্ধশিংকী মশক ওইনতা উবা মতমদা চাঙ-মান্ উরী-য়ারীনশিংবা খুৎলায় পুম্নমকপু লোইনা লৌখিন-থক-তিনখিবদগী মুংশিংপু "পীতশস্ত্র" (থকাচনপ্রবা খুৎলায়) হায়না কৌই। হায়বদি লৈপাক মীশিং মৈ পুম্ন-মক অসিবু মরুমদা য়োচিছনখিনা বায়ুনা আকাশদা মীকুনা লৈখি। শা মতুগী লংকা অমগী মতৌগুম্না— মশামকপু য়ায়া কুপ্পবা, য়ায়া য়ংলবা, আধার লৈত্রবা, শুদ্ধংদা পাইবা মুংশিংতুগা লোয়ননা মমা ওইনা উখিবদগী, অদুগা উবদগী হেন্না চান্নবক ওইখিবদগী সাধক মশামক লোংমদোন শুদ্ধংদা তাউরুনা লৈখি ॥২০॥

অদুগী তুংদা তেজনা মাঙখিবা অদুগা বায়ু তত্ত্ব গুরব তুংদা বায়ু (মুংশিং) গী কুপ্পবা রূপ অদু আকাশগী মনুংদা লীন ওইখি—থু পথি। অদুদগীদি সাধককী মীত্তা শব্দ উত্তিগা আকাশগী শব্দক অসিত্ত মঙাবহৌরে। অবস্থা অসি য়োঁওরুবদা ব্রহ্মবু কংব হায়বদি সাধককী জীব (জীবাত্মা) অদুনা ব্রহ্মগা একাকার ওইনিংঙবদা সাধক যোগদুগী চিত্ত অদু য়ায় পীরবা কুপ্পবা মওংদা লৈখি। মতম অদুনা মহাত্মা অচৌবা মওং অদু করিমত্ত উখিদে। লৈমু লৈখিদে। মাসিবু বায়ুগী প্রলয় অমদি আকাশ তত্ত্বগী মথক্ক অধিকার থম্বা জয় তৌব কৌই ॥২১॥ হায়রিবা থবকশিং অদুগা লক্ষণশিং অসিনা মথং মথং হোঙলো-রুরব মতমদা সাধক যোগী অদুনা কংবা মহৈশিং অদু মথং মথং ফংখিব মহৈশিং অদু হায়রক্লে তাও। পৃথিবী (লৈপাক) গী ঐশ্বর্য্য (শক্তি) বু সিদ্ধ তৌরবা তুংদা যোগী মশাদা সৃষ্টি শক্তি অসি লাকই ॥২২॥ মতম অদুদা প্রজাপতিমক্কী মতৌগুম্না মশামক্কী পার্থিব শরীরদগী হায়রবদি মপাঙগী লৈপাক্কী হকচাংসিদা প্রজাগী সৃষ্টি তৌবা ঙম্মকই। (পোক্কনসিবা পোৎ অদুবু প্রজা কৌবতনি) অদুগী তুংদা বায়ু তত্ত্বু সিদ্ধ তৌরব তুংদা, হায়বদি, মুংশিংকী তত্ত্বমক্তুদগীসু লাপ্তোরক্রবদা, মশাগী খোঙ খুৎ, খুবী নত্ত্রগা খুৎশাশিংগী মনুংদা অমমা পৃথিবী থক্কা কন্না পৃথিবী পুম্নবু ফেৎ ফেৎ হাইহনবা, থকুথকু নীকহনবা ঙম্মি। অমুম হায়না তায় ॥২৩॥০॥ *

---

* মাসি আধিভৌতিক বিজ্ঞানগী শক্তিগী য়াংমদা লৈবা য়ামি। বৈজ্ঞানিকশিংনা পৃথিবী মপুম্নসিদি লায়রবদমা হৌজিকক্কাওবদা চাউক্ম অমত্তবু মশাগী খোঙ খুৎমদি লায়রবদমা কল য়ন্ত্র—মহৈ) না ত্থাকহনবা য়োস্নহনবা ঙমজ্রি। তৌবগীদি, আনবিক শক্তিগী পোশক অমদা হাপ্পগা পৃথিবী পুম্নবু মচেং মচেং থোক্কা থুগাইগদবগী হোৎনব্রি। মাদুনা য়া অমনি। হায়রিবা থাক্ মসি য়োঁরক্রব সিদ্ধপুরুষশিংদি খুৎলায় উরাও ক্লাওমা অহৈ (শব্দ) ত-মসু পৃথিবীবু লৈক্রক্ চৎহনবা ঙম্মি। অদুনা মখোয়শিংগুম্বগী শক্তিদি বৈজ্ঞানিক-শিংগী য়াংমদা লৈ। (কাল চাঁদ)

সর্বাস্তা জুহুতে চাপি কায়াৎ পিবতি চাপরান্। ন চাস্য তেজসা রূপং দৃশ্যতে শাম্যতে তথ ॥
অহঙ্কারস্য বিজিতে পঞ্চৈতে স্যুর্বশানুগাঃ ॥২৫॥
ষষ্ঠ আত্মনি বুদ্ধৌ চ বিজিতায়াং প্রভত্যথ। নির্দ্দোষপ্রতিভা হ্যেনং কৃৎস্না সংভিবর্ত্ততে ॥২৬॥
তথৈব ব্যক্তমাত্মা ন স ব্যক্তং প্রতপদ্যতে। অতো নিঃসরতে লোকে ভবতি ব্যক্তসংজ্ঞকঃ ॥২৭॥
তত্রাব্যক্তময়ীং বিদ্যাং শৃণু ত্বং বিস্তরেণ মে। তথা ব্যক্তময়ং চৈব সাংখ্যে পূর্ব্বং নিবোধ মে ॥২৮॥

আকাশগী তত্ত্বু সিদ্ধ তৌরবা যোগী সাধকশিংনা আকাশদা আকাশগী মতৌগুম্না সর্বব্যাপক ওইনা কোয়্যো যৌবা ঙম্মি। মতম্ অদুদা সাধক যোগীদুনা, হায়বদি মাগী জীবনা মপান্গী পার্থিব শরীরসিবু আকাশগী মতৌগুম্না মশক্ উত্হন্দব ঙম্মি। মতৌ অমুম্না জল তত্ত্বদা আধকার তৌদুনা সিদ্ধ ওইরবা সিদ্ধ পুরুষশিংনা খুজোক্ অমদা পাক্ চাউরবা পৃথ্রী অমদি সমুদ্রমকপু থকচিন্খিবা ঙম্মি ॥ ২৪॥০ ॥ * অগ্নিতত্ত্বু সিদ্ধ তৌরবা সিদ্ধ পুরুষনা মহাক্কী হকচাংবু তেজতগী মশক্ ওইহন্খিদুনা, মতোন্দা কনা অমত্তনসু মীৎকৃপ্তনা য়েংবা ঙমহন্দে। অদুগা কনানসু তেজ অদুবু মৃত্যুংপা ঙম্দে। অহংকার ( অহংভাব ) বু ঙম্নবা মীনা মতৌ অমুম্না মৈ ঈশিং হুংশি নংবা পঞ্চভূতপু ঙম্মি— মশাগী অধিকারদা থম্মি ॥২৫॥ মৈ ঈশিং হুংশিংনচিংবা পঞ্চভূত অদুগা হংকার হায়রিবা তন্নক্ তরুক্ অসিগী আত্মাদি বুদ্ধিনা ওই। বুদ্ধি অসিবুসু অমুক্ জয় তৌরবা যোগী সাধক অংদি ঐশ্বর্য্য ( ঐশ্বরিক শক্তি ) পুম্নমকপু ফংঙি। যোগী অদুগী থম্মোয়দা লেংলবা তত্ত্ব জ্ঞাননা পুং ফানা ঙাক্লি ॥২৬॥ মথক্তা হায়খ্রিবা পদার্থ ( পোৎ ) তরেৎ অসিনা অউবা থবক্ পোশক্ ওইনা লৈংবা ব্যক্ত জগৎ অসি অমুক্ হন্না অব্যক্ত পরমাত্মাদা থুপখি- প্রলীন ওইখি। মরমদি ব্যক্ত ওইরম্বা হায়বদি, মতম থরদং মশক্ মচু মওং মমিং পুদুনা লৈরম্বা জগৎ হায়বনি হায়রিবা মশক্ মচু মওং লৈতবা হায়বদি অব্যক্ত ওইবা পরমাত্মাদগী থোক্খি-লোক্পিবনি। পোক্লক্রে হায়রগা মতম থরদং ব্যক্ত ওইশিন্নহুনা লৈরম্মি ॥২৭॥ ঈবুঙো! শুক! নহাক্ সাংখ্য যোগদা বর্ণন তৌরিবা অব্যক্তবিদ্যা

* মশাগী হকচাংদা য়াওরিবা মৈ ঈ। ন লৈপাক্, হুংশিং, আকাশদা শক্তি হাপকেদি থন্দবা চুম্নগী মপানগী মৈ ঈশিংনচিংবতদা শক্তি হাপ্তুনা খু লায় শারগা মপানগী পেশকশিংদুত লেঙহন্ ওৎহন্গদবগী হোৎনরিবা আধিভৌতিক বৈজ্ঞানিকশিংনা, অসিগুম্বা আধ্যাত্মিক বৈজ্ঞানিকশিংনা তৌহনবা থবক্পু লাইরিক্তা রারীদা পাক্ষরগা ঈকারগেদি হায়দ্রদুনা অহোয়নদুম্ থাজদবগা লোয়ননা করেম্নেনো, পুরানগী উপনিষদকী রারীবু অন্ধবিশ্বাসনি হায়দুনা খুবাক্ খুদুনা নেংকনৈ। সিদ্ধ পুরুষ জহ্নু মুনিনা ভগীরথনা পুথরক্পা গঙ্গাবু থক্খিবা, যোগেশ্বর কৃষ্ণনা অঙাং ওইরিঙৈ। লৈশ্মে পূগবু শক্চিন্ চিশিন্খিবা, খুদোনবীদা গোবর্দ্ধনবু যোগসাধন তৌনা তৌনা লুক্রাকমুক্ হাংনা পুখিবগী রারীবু তারগা নোক্ই—থাজদে। মাহুমক্তনা মরম্ ওইদুনা মখোয় বৈজ্ঞানিকশিংনা মতম্ চঙনা কজরেমথৈ শাবা পোৎ অদু মীকুপ্ত কায়বনি, তেক্পনি। পোশক্শিং অদুনা জগৎত অশান্তি পীরি। মাদুগুম্বা বিজ্ঞানগী রা নত্তে, মাসিদি, জগত্তা শান্তি পীননবগী শান্তিপর্ব্বগী রানি। ( কালাচাঁদ )

পঞ্চবিংশতিতত্ত্বানি তুল্যান্যুভয়তঃ সমম্। যোগে সাংখ্যেঽপি চ তথা বিশেষং তত্র মে শৃণু ॥২৯॥
প্রোক্তং তৎ ব্যক্তমিত্যেব জায়তে বর্দ্ধতে চ যৎ। জীর্য্যতে ম্রিয়তে চৈব চতুর্ভির্লক্ষণৈর্যুতম্ ॥৩০॥
বিপরীতমতো যত্তু তদব্যক্তমুদাহৃতম্। দ্বাবাত্মানৌ চ বেদেষু সিদ্ধান্তেষ্বপ্যুদাহৃতৌ ॥৩১॥
চতুর্লক্ষণজং ত্বাদ্যং চতুর্বর্গং প্রচক্ষতে। ব্যক্তমব্যক্তজং চৈব তথা বুদ্ধমথেতরৎ
সত্ত্বং ক্ষেত্রজ্ঞ ইত্যেতৎ দ্বয়মপ্যনুদর্শিতম্ ॥৩২॥
দ্বাবাত্মানৌ চ বেদেষু বিষয়েষ্বনুরজ্যতঃ। বিষয়াৎ প্রতিসংহারঃ সাংখ্যানাং সিদ্ধিলক্ষণম্ ॥৩৩॥
নির্ম্মমশ্চানহঙ্কারো নির্দ্বন্দ্বশ্ছিন্নসংশয়ঃ। নৈব ক্রুধ্যতি ন দ্বেষ্টি নানৃতাভ্যভাষতে গিরঃ ॥৩৪॥

( অব্যক্তগী জ্ঞান ) অদু অমুক্ তাবো। ঈশান্ হান্‌বদা সাংখ্য শাস্ত্রদা বর্ণন তৌখ্রবা ব্যক্তবিদ্যাদু হায়রি তাবো ॥ ৮॥

সাংখ্য অদুগা পাতঞ্জল যোগ হায়রিবা দর্শন শাস্ত্র অনীসিদা থেন্নবা লৈতবা তত্ত্ব অসি কুনমুঙাতদি হায়। মাসিগী মনুংদা য়াওরিবা বিশেষ ওইবা রাদু ঐঙোন্দগী তাবো ॥ ৯॥ পোক্‌পা ( জন্ম ) বৃদ্ধি ( অমুক্ত সুম চাউখৎলকপা ). জরা ( কংশিন থুইজিন্নকপা ) অদুগা শিবা ( মশক উথিদবা ) হাঙ্গনিবা বর্ম তত্ত্বগী লক্ষণ মরিসিনা তিন্নিবা তত্ত্ব অদুবু ব্যক্ত কৌই ॥৩০॥ হায়রিবা তত্ত্ব অসিগী ওন্নতৈনবা তত্ত্ববু হায়বদি পোক্‌পনচিংবা বিকার মরি অসি লৈতবা তত্ত্ববু পুরিবা অদু অব্যক্তনি। বেদ শাস্ত্র অমদি উপনিষদশিংদা হায়রিবা অব্যক্ত অসি 'জীবাত্মা" অমদি "পরমাত্মা" অসুম হায়না অনীথোক্না খায়থে ॥৩১॥ অব্যক্তদি ওই হায়ববু জীবাত্মাদি ব্যক্ত ওইব চক্যাংশিগা তিন্নমা লৈবনা পোক্‌পা, শক্তিদা অথোই মহেন্ নাইবা—চাওখৎলকপা. অহল্ ওইংকপা, শিবা হায়রিবা লক্ষণ মরি অসিনা তিন্‌বা ধম অর্থ. কাম, মোক্ষ পুরুষার্থ মরি অসিগা মরী লৈনৈ হায়রি। অদুগা অব্যক্ত ওইবা পরমাত্মা মহাক্তি জ্ঞানতগী মশক্ ওইবনি। অদুগা হায়রিবা ব্যক্ত ( জড় প্রকৃতি অশিবা প্রকৃতি ) অসিসু অব্যক্ত ওইবা পরমাত্মা মঙোন্দগী পোক্‌থনি। ব্যক্ত ( জড প্রকৃতি ) অসিবু ক্ষেত্র জীব ( জীবাত্মা ) সিবু ক্ষেত্রজ্ঞ হায়নসু কৌনৈ খঙনৈ। অসুম্না অনীমসিগী বর্ণন তৌনৈ। বেদ পুন্নমক্ত হায়রিবা অনীসিগী তোঙাল্ তোঙানবা বর্ণন লৈ ইন্দ্রিয়গী বিষয়শিং অসিদা অন্দিক্ত ওইত্রবা জীবাত্মা অদুদি মুক্ত ওইদুনা হায়বদি সংসারগী বিষয়শিং অসিদগী লাম্হোক্‌খিদুনা অব্যক্ত ওইবা পরমাত্মা অদুনা তিন্‌খি সাংখ্যবাদীশিংগী মতদা অরান্‌বা থুডম্ হায়বনু অসিনি। ॥৩২—৩৩॥ ঐগী মাগী হায়বা অরান্‌বা রাখল্ অসি থাদোক্লুনা মনীংতম্ন লৈরবা, অঈংবা অশাবনু অদুগা অরাবা মুংঙাইবনচিংবা অনীনীথোক্লা লৈরিবশিং অসিবু মথা অমতা ওইনা উরবা অদুগা অমতনি খুঙলবা, মশাদা করিগুম্বা চিংননীঙায় পোশক্ অমদি-হীরম্ অমত লৈত্রবা, কন্নক্ য়েংথিবা অশাউবা হায়বদু করি অমত লৈত্রনা, চুম্নবা মীনম্বা কবিমতা ঙাওদ্রবা, কনাগুম্বা অমগী মকমদগী মীনা ঙাওবা-চৈবা কুবগী চৈনাখোল্ তারব কাওবদা, চৈরিবা ফুরিবদুগী ফন্নবা করিমত থন্দ্রনা- তৌদ্রবা, পুন্নমক্কী মকমদা চাং চপ্ মান্নবা মিত্রভাব থম্নবা, পুক্নীংনা রাহৈনা অদুগা থবক্কা করিগুম্বা কনাগুম্বা অমগী মকমদা হিংসাগী থবক্ অমদি রাখল্ কাওবা থনত্রবা, জীব পান্‌বা পুন্নমক্কা অচৌ অপিশক্ থ য়দনা চাং চপ মান্নবা মীৎয়েং

নাক্রুষ্টস্তাড়িতশ্চৈব মৈত্রেণ ধ্যাতি নাশুভম্। বাগ্দণ্ডকর্ম্মমনসাং ত্রয়াণাং চ নিবর্ত্তকঃ ॥৩৫॥
সমঃ সর্ব্বেষু ভূতেষু ব্রহ্মাণমভিবর্ত্ততে। নৈবেচ্ছতি ন চানিচ্ছো যাত্রামাত্রব্যবস্থিতঃ ॥৩৬॥
অলোলুপোঽব্যথো দান্তো ন কৃতী ন নিরাকৃতিঃ। নাস্যেন্দ্রিয়মনেকাগ্রং ন বিক্ষিপ্তমনোরথঃ ॥৩৭॥
সর্ব্বভূতসদৃঙ্মৈত্রঃ সমলোষ্ট্রাশ্মকাঞ্চনঃ। তুল্যপ্রিয়াপ্রিয়ো ধীরস্তুল্যনিন্দাত্মসংস্তুতিঃ ॥৩৮॥
অস্পৃহঃ সর্ব্বকামেভ্যো ব্রহ্মচর্য্যদৃঢ়ব্রতঃ। অহিংস্রঃ সর্ব্বভূতানামীদৃক্ সাংখ্যো বিমুচ্যতে ॥৩৯॥
যথা যোগাৎ বিমুচ্যন্তে কারণৈর্যৈর্নিবোধত। যো যোগৈশ্বর্য্যমতিক্রান্তো যোঽতিক্রামতি মুচ্যতে ॥৪০॥
ইত্যেষা ভাবজা বুদ্ধিঃ কথিতা তে ন সংশয়ঃ। এবং ভবতি নির্দ্বন্দ্বো ব্রাহ্মণং চাধিগচ্ছতি ॥৪১॥

থম্লবা অদুগুম্বা যোগী অদুনা ব্রহ্মভাব পূর্ণব্রহ্মত্তবু ফংবা ঙম্মি ॥ ৩৪—৩৫॥০ ॥ কন্নিগুম্বা পোশক্ অমতবু পাম্মক্ত্রবা, করিমতা পামত্রব-কর্ম কাওবা তৌনিংদ্রবা অদুসু নত্তবা, পুনশি লেন্ননবগীদমক্ নোংমগী অকংবা থম্মদ অদুম পেঙ্গরবা, অপাম্বা মিহৌবা লৈতনা ইন্দ্রিয় থুদম্ চল্লবা *, করিগুম্বা অমতং তৌরবদি কান্নগনিদা হান্নবা লৈত্রবা, অদুগা করিগুম্বা অমতং তৌত্রবদি কান্নগনিদা হান্নবা লৈত্রবা, পূক্লীংনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংবু অমদগী অমদ কোযচোং চোংহন্দুনা থম্লবা, ফংগদবমথৈ ফংলদনা নীঙবা পুম্বা থুংবগী মওংদা লৈরবা, অচচ্চত্ত জীব পান্‌বা পুম্বু ভাংথক নাইদবা মীৎয়েং অমতদা থম্লবা, লৈপাক্ লৈতুম যোক্লুম অদুগা সনা মতুমশিংবু খেন্নবা লৈতনা উন্নগা, মক্লপত্ত থম্লিবা মীৎয়েং অদু করিমত খেন্নদনা য়েক্লবদসু অদুম্ থম্লবা, হাদবা ঈতপ্ত তপ্‌থদুনা লৈবা, নিন্দা তৌবগা থাগৎপগা অমতনি থল্লবা কা হেন্না মিহৌবা-পামশিনবা তৌরুদনা মপান্‌গী পোচ্চেশিং বিষয়শিংগা অদুম্ মরৈমিন্নবা, ব্রহ্মচর্য্যবু কম্না ভাক্‌পা, করিগুম্বা কনাগুম্বা হিংসা তৌরুগে থন্দবা অদুগুম্বা সাংখ্যযোগী ওইবা জ্ঞানীতনা সংসারগী অফা অপুন্নবদগী মুক্ত ওই - লাম্লোকই ॥৩৬—৩৯॥ অদু-গুম্বা মরমশিং অদু লৈবনা অদুগা অদুগুম্বা মওংদা যোগগী মহৈ ওইনা মোক্ষ ( মুক্তি ) ফংখিবা অদুগুম্বা মওং—মরমশিং অদু হায়গে তাও। বৈরাগ্যগী পাম্বৈনা. যোগনা পোক্‌হন্‌বা ঐশ্বর্য্য ( শক্তি ) দগীসু লাম্লোক্-খিদুনা, শক্তিদুগী সীমাদগীসু মহাক্ অদু মুক্ত ওইগ্রবনি ॥৪০॥ ঈবুঙো ! শুক। ঐনা নঙোন্দা ভাবশুদ্ধি ( থল্লিবা মথৈ ঈশেং শেংবা ) মওং অদু ফংননবগীদমক্ত বুদ্ধি অসি ঐনা নঙোন্দা হায়বনি। হায়রিবা উপায় অমদি বিধিশিং অসিনা পাম্বৈ শইদুনা দ্বন্দ্ব ভাব ( অনীখোকপা রাখল ) দগী মুক্ত মাসিদা করিমত চিংন-কম্ লৈত্রবনি ॥৪১॥

---

* মাগী মপোৎ অসিত লৌববদি লোইরে হায়তুনা চাদ থক্তনা অতৈ অমা পাম্মুদনা মীৎ নাকোংনচিংবা চেৎেৎ কাজিন্দুনা, ইন্দ্রিয় থুদম চন্দুনা তপস্যা তৌরবদি মাদু 'মিহৌবা লৈতনা ইন্দ্রিয় থুদম্ চন্‌ব হায়-বদুদি নত্রে। অকবা, মমল্ য়াম্বা পোৎ ওইরবসু কত্তবা বিষয়দা শীজিন্নরবদি, অদুম্ মফত্তে। মীঙোন্দা খিন্দুনা হাৎননবা সনাগী চৈতুপ্ অম শারবদি চৈতুপ্ শাবদা মচাক্ ওইত্রিবা সনা অদু য়াম্লবসু কজরবসু —অথওবা অষ্টবগী মমীত্তা অর্কবগী মশক্ পুগনি মাদু উবদা কিবা ভুকজবা পোক্কনি। ইন্দ্রিয়বু থুদম্ চন্‌বা হায়বসি মমল্ য়াম্লবা পোশক্ বিষয় অমনি। অদুবু মীগী মপোৎ মুন্নবা, মীবু হাৎননবগী তপস্যাদ শীজিন্নরবদি করিসু কান্নত্রে। ( কালাচাঁদ )

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাম্ শান্তিপর্ব্বণি
মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি শুকানুপ্রশ্নে একত্রিংশদধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ।

—:0:—

মফম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা
মোক্ষ ধর্ম্মপর্বদা শুকানুপ্রশ্নগী চনী কুন্থ্রামাথোইশুবা অধ্যায় লোইরে ॥২৩১॥

—:(*):—

# মণিপুরী মহাভারত

( সৃষ্টিদা বুদ্ধিগী প্রধানতা, জীবপান্বশিংগী অথোই-অহেনগী মরম্দাতাকপা )

## দ্বিত্রিংশদধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ।

## চনীগা কুন্থ্রানিথোইশুবা অধ্যায়।

——:():——

ব্যাস উবাচ।

অথ জ্ঞানপ্লবং ধীরো গৃহীত্বা শান্তিমাত্মনঃ। উন্মজ্জংশ্চ নিমজ্জংশ্চ জ্ঞানমেবাভি সংশ্রয়েৎ ॥১॥

শুক উবাচ।

কিং তজ্জ্ঞানমথো বিদ্যা যয়া নিস্তরতে দ্বয়ম্। প্রবৃত্তিলক্ষণো ধর্ম্মো নিবৃত্তিরিতি বা বদ ॥২॥

ব্যাস উবাচ।

যস্তু পশ্যন্ স্বভাবেন বিনাভাবমচেতনঃ। পুষ্যতে চ পুনঃ সর্ব্বান্ প্রজ্ঞয়ামুক্তহেতুকান্ ॥৩॥

যেষাং চৈকান্তভাবেন স্বভাবাৎ কারণং মতম্। পূত্বা তৃণামিষীকাং বা তে লভন্তে ন কিঞ্চন ॥৪॥

ব্যাসনা হায়ঃ— ঐ ভো ! শুক। ব্রাহ্মণশিংগী বৃত্তি ( জীবিকা-পুনসি মরেল্ ) আ-সৃষ্টিগী মতমদগী চৎনরক্লবনি। পুম্নমক্ শাস্ত্রদা বিধান তৌদুনা, তাকুনা লৈরবা কুইরবা য়ামক্তনি। তাক্লিবসিগী মতুং ইন্না জ্ঞানবান্ ওইবশিংতনা সংসারদা লৈনা লৈনা, কর্ম্ম তৌন তৌনা সিদ্ধিদু ফংব ঙম্মি ॥১॥ তৌরিবা কর্ম্মদুদা চিংননীঙায় লৈত্রবদি, মাদু সিদ্ধিনু পী। কর্ম্ম অম তৌরকপদা চিংনগদবা হায়রবনু তৌরিবা কর্ম্ম অসি মশানা মহৌশাদগী সিদ্ধ ওইহনখিবরা—অসিনি ॥২॥

ব্যাসনা হায়ঃ— উরিবা মুকচাং ( উরিবা জগৎ ) অসি মশানা অদুম্ ওইজরকপনি। মাসিগী মরা ওইবা, মূল কারণ ওইবা-আত্মা হায়বনচিংবা অমত লৈত্তে হায়না পুরিবা মখোয় অদুনা তর্ক-কুতর্কনচিংবনা বুদ্ধিগী পাম্বৈতনা অপঙবনা হেতুকারণ য়াওদবা কায়দবা যুক্তিতবু শোগৎলি-নীজিদৈ ॥৩॥ মখোয়না হায়রিবা

যে চৈনং পক্ষমাশ্রিত্য নিবর্তন্ত্যল্পমেধসঃ। স্বভাবং কারণং জ্ঞাত্বা ন শ্রেয়ঃ প্রাপ্নুবন্তি তে ॥৫॥
স্বভাবো হি বিনাশায় মোহকর্ম মনোভবঃ। নিরুক্তমেতয়োরেতৎ স্বভাবপরিভাবয়োঃ ॥৬॥

য়ানিংলিবদি অসিদি—জগৎ অসিগী আদিকারণদি স্বভাব ( মহৌশানা-মশানা ওইজখিবা ) হায়বত্তনা ওই-রিবনি। স্বভাব অসিদগী হেন্‌বা আত্মা ঈশ্বর ককা হায়বা করিমত লৈতে। মাসি যুক্তিযুক্ত নত্তে মরম্‌দি—খোঙ খুত্তা চৈনা পীরম্বা নাপী শীংনাংনচিং দা লৈরিবা, পশিং অদু নাপী শীং ংনচিংবদু শেগায়দুনা য়েংবদা য়াওরমদে *। অসুম্‌ হায়না নাস্তিকশিংনা য়েংলি। অদুবু মখোয়গী ধারণাসে য়াম্ন লাল্লি। মপান্‌গী মীৎ নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংগী পান্থেনা উত্রবসু দিবাজ্ঞানতনা হকচাং ফুংসিদা হায়রবদি জগৎ অসিদা লৈরিবা পরমাত্মাগী অস্তিত্ববু উবা থঙবা ওম্মি ॥৪॥ বুদ্ধি খেল্লবা মীনা নাস্তিকশিংগী মত অসোমদা চংখিদুনা, মহৌশানা মশানা অদুম্‌ ওনজ-ওইজখিবনি হায়বা স্বভাববাদ ( নাস্তিকবাদ ) অসিদা থাজখিদুনা পরমাত্মাগী উপসনানচিংবদা থাজদত্তনা পরমাত্মাগী অস্তিত্ববু য়ানিংদে, লৌদে। মখোয়দু অনিত্য পদার্থনা পীবা অনিত্য সুখদগী হেন্না নিত্য মুখদি অনিত্য দেহসিদা লৈরিবা নিত্য ওইবা মহাক্তুনা পীগদবনি। ( অনিত্য সুখতবু পাম্লিবা মখোয় অদুদি নাস্তিকনি হায়বা কাওবা য়াদ্র ) ॥৭॥ নাস্তিক ওইবশিংনা স্বভাববাদ অসিতদা আশ্রয় লৌদুনা মপান্‌গী ইন্দ্রিয়না মশক্‌ উদবা ঈশ্বরগী সত্তাবু স্বীকার তৌদে—য়ানিংদে মাসি মখোয়গী

---

* হকচাংফুংদা, হায়রবদি জগৎ অসিদা হায়রবসু, আত্মা পরমাত্মা—ঈশ্বর হায়রবা করিগুম্বা অমত্ত লৈতে হায়না প্রমাণ খুদম্‌ পীবদা নাস্তিকশিংনা, মতাংসিদা খোঙদ য়ুবা পশিংগী প্রমাণ পীরিবসি নোকনীংবা অমসু পোক্‌ই। মখোয়না হায়বিবনা খোঙদা য়ুদুনা অনাবা কাওহল্লম্বা পশিং অদু নাপীনচিংবদু থাঙ্‌না কক্তুনা নত্রগা শেগায়দুনা য়েংবদা য়াওরমদে—অ সনি। অদুবু শীনাং রাচেং নাপীনচিংবদু মশাদা কুপ্না শুগায়-দুনা য়েংবদা য়াওরম্লিবা, নাপীদুগী মচাক্‌ ওইদুনা লৈরম্লিবা পশিং লথা লথা অদুদি মীৎনা শংশংনা অদু মউরি। খোঙদা য়ুরম্‌লিবদু মখোয়দুগী মনুংদা অমনি। অদুগা খোঙদগী হন্দোক্তুনা য়াওরম্‌লিবা পশিং অদুসু মখোয়গী মনুংদা অম ওইনা, য়াওরম্বনি - অসিনচিংবসি খন্দনা শুভাঙ্‌শুম্‌ নাস্তিকশিংনা প্রমাণ খুদম্‌ পীরি। পশিংশিংতনা মকম্‌ পুম্বদা খুবক্‌ হাউদনা য়াওরিবা শীংনাংদুগী মশাদা লৈবদুগুম্না থবক্তা ওইরবসু য়াহৈত্তনা ওইরবসু মীগী খন্নোয় হকচাংদা শরা অনা ফুংঙাইব। পীরম্বা মহাক্‌ অদু হকচাংশিংগী তুখোং তুখোংদা শিংলি মাউরি পুম্নমক্তা খুবক্‌ হাউদনা শীন্দুংনা সর্বব্যাপক ওইবা লৈরিবা আত্মানি হায়বসি মখোয়না খঙদে। অদুনা, মখোয়না পীরশারিবা খুদম্‌ অসি আত্মা লৈ হায়বগী প্রমাণদু মওইদ্রে। মসিদা মখোয়মা হায়রক্‌ই :—পশিং লশিং জিশিংনা শাবা হকচাং মপুম্‌সিনা পীরম্বা অরা ফুংঙাইমি। চৈনা কাওরিবসু হকচাং অপুম্‌নিনি। আত্মা হাক্তবা অমনা নত্তে। অদুগা মখোয়গী অত্মা হায়বদুসু অর ফুংঙাই কাওদে পোক্‌পা শিৎ য়াওদে। হায়না—অমম্ম কাওবা য়োচ্ছিল্লক্‌পা য়াই। মাসিদা ঐখোয়মা হংগদবদি হকচাংগী পীরম্বা শরক খুজীন্‌ মতোল্‌ অমতনা মীওোন্দা চৈনা কাওহল্লখিবদু হকচাং মপুম্‌সিমা খিল্লুর্ব্বা? খুজীন্‌ মতোন অদু নত্রা? খুজীন্‌ অত্তোন্দুনা খিজহল্লক্‌ইবদু কমানো? (কালাচাঁদ)

কৃষ্যাদীনীহ কর্ম্মাণি সস্য সংহরণানি চ। প্রজ্ঞাবদ্ভিঃ প্রক্লৃপ্তানি যানাসন গৃহাণি চ ॥৭॥
আক্রীড়ানাং গৃহাণাঞ্চ গদানাম গদস্য চ। প্রজ্ঞাবন্তঃ প্রযোক্তারো জ্ঞানবদ্ভিরনুষ্ঠিতাঃ ॥৮॥
প্রজ্ঞা সংযোজয়ত্যর্থৈঃ প্রজ্ঞা শ্রেয়োঽধিগচ্ছতি। রাজানো ভুঞ্জতে রাজ্যং প্রজ্ঞয়াতুল্যলক্ষণ ॥৯॥
পরাবরং তু ভূতানাং জ্ঞানেনৈবোপলভ্যতে। বিদ্যয়া তাত সৃষ্টানাং বিদ্যৈবেহ পরা গতিঃ ॥১০॥

অনিত্য পদার্থশিংতমা শুমহৎঙ্গবা বুদ্ধিহুনা পোকৃহম্‌বনি। অমো স্বভাববাদ হায়বসি অপণ্ডবশিংহুগী কল্পনানি-পণ্ডশা শ্যাবনি। মখোয়হুনা তাইবংমীগী মপোকৃপু মাওহন্‌গদবগী পরমার্থমু ফাউহন্‌গদবগী কল্পনা অসি লিংখৎখিরনি। জগতা অশান্তি পীরনবগীদমক্তা পোকৃলকৃপনি। স্বভাব ᵖ স্থিভাব অনীগী রাসি অমুক্ মথা অথৌ ॥৬॥ জগৎ অসিদা জ্ঞানী বৈজ্ঞানিকশিংনা অফমবু কজনা খোইদোক্লনবগী দমক্তা জ্ঞান বিজ্ঞানগী লহায়রগা লৌহুনা, অক অকবা মল্ল শেংদোক্‌ চাম্‌খোক্তুনা, খন্দোক্‌ খোতেক্তুনা লৌবুক্তা চুবগা শিংবগা অফ অকবা মহৈ মরোং লোক্লরি। মাসি জগ'না তত্তনা প্রত্যক্ষ ওইনা উনরি-খঙনরি। মথানা মক্ষোশানা ওইজরকপা ওইরবদি অহুগা ওইজনকরবা লৈরবদি কররিগী অহক্‌ য়াম্না নোম্মুনি? য়ুম্‌কৈ ফজ কজবা শানারি, ফজ কজবা, জগ কী মঙ্গল ওইবা হীযাক কয়া কয়া তান্‌শিন্নরি, মাসি মহৌশানা অহুম্‌ ওইজরক্রব্রা? স্বভাববাদীশক্ত ওঃরম্নবদি মী অমসু থবক্‌ তৌরম্মরোই। মী অমতসু যোগ সাধন তৌরম্মরোই। মী পূম্নমক্‌ চপ্‌ মান্ননা ঈনাক্‌ থুন্নমগদবনি নত্রগা চপ্‌ মান্ননা লায়রলম্‌গদবনি। মী খুদিংমক্কী স্বভাব অসি চপ্‌ মান্নবন্নগদবনি ॥৭॥ ঈবুঙো! শুকদেব। অশিংবা জীবনা অহুগা বিশেষ ওইনা তাইবংমীনা ফজ কজবা মফম্‌ শেম্‌গৎলি—শাগৎলি। হকচাং অমনা শেমগৎ শাগংকনি থল্লগা অহুগা থঙলগা অপণ্ডবা হকচাং (দেহ) অমনা থঙখ্রিবসি কররিগীনো? হকচাংসিতনা লোয়রবদি হকচাং লিশিং অমদা থবক্‌ লিশিং অমা খেন্নখিবা কররিনো? কনাগুম্বগী অনাবা অম ফকনবা য়াম্না কূপ্ন থম্মহুনা নৈনহুনা হীদাক্‌ লাংতক্‌ শম্নরি। মাসি হকচাংসিনরা? (মহাক য়াওত্রবদা অশিবা মপানগী হকচাংসিতনা থল্লমগত্রা?—(কালাচাঁদ) জ্ঞান বুদ্ধি পূম্নমক্কী তুংনকম্‌ আত্মা মহাক লৈবতনা থল্লিবনি। স্বভাবতন নত্তে ॥৮॥

বুদ্ধিতনা ধন সম্পত্তি নয়াম অসিবু ফংহল্লিবনি। (হকচাং অসি লৈন লৈনা আত্মা মহাক্‌ অহু চংখিবদা বুদ্ধি অহুসু অহুম্‌ চংখি) আত্মাসিনা লৈরিভৈঙা বুদ্ধিহুনা পাখৈ ওইহুনা তাইবংমীনা মঙ্গল ওইবা অমদি চাওখৎপহু ফংনরি। লক্ষণ অমদি মপানগী মগুং মতৌ চপ্‌মান্নবা হকচাং পুম্নিরিবা নিংথৌশিংগী মঙ্গুংদা অদনা অমসু খারথোবা পীনরি। বুদ্ধিদা অথোই-অহেন্‌ থায়রি। অশিংবা বুদ্ধিলৈবা অমনা বুদ্ধি থেনবা লিশিং লিশিংবু লাকহত্তুনা শাসন তৌরি। মপানগী দেহসিতনা নত্তে। মাসি নত্তবা দেহসিগী মঙ্গুংদা কনাগুম্বা কররিগুম্বা অমা লৈ। (মাহু আত্মা কৌগত্রা, ঈশ্বর কৌগত্রা কৌনিংবা অমা কৌ, হকচাং অসিতনা লোইরে থক্‌ হায়গনু—(কালাচাঁদ) ॥৯॥ ঈবুঙো, শুকদেব। থরায় পামবশিংগী চাওখৎপা হম্বা অহুদগী হেন্দোক্তুনা চপ্‌মান্নে হায়রিবা হকচাংশিংবু চাওখৎহল্লিবা কহল্লিবা পূম্নমক্সি বুদ্ধিতনমি। বুদ্ধিহুসু আত্মাসি লৈরিভৈতর্দনি। অহুনা জগৎ অসিদা জীব পানবা পূম্নমক্কী সৃষ্টিসে বুদ্ধিদগী থোকখিবা মক্তনি।

ভূতানাং জন্ম সর্ব্বেষাং বিবিধানাং চতুর্বিধম্। জরায়ুজাণ্ডজোদ্ভিজ্জ স্বেদজং চোপলক্ষয়েৎ ॥১১॥
স্থাবরেভ্যো বিশিষ্টানি জঙ্গমান্যুপধারয়েৎ। উপপন্নং হি যচ্চেষ্টা বিশিষ্যেত বিশেষতা ॥১২॥
আহুর্বৈ বহুপাদানি জঙ্গমানি দ্বয়ানি তু। বহুপাদ্ভ্যো বিশিষ্টানি দ্বিপদানি বহূন্যপি ॥১৩॥
দ্বিপদানি দ্বয়ান্যাহুঃ পার্থিবানীতরাণি চ। পার্থিবানি বিশিষ্টানি তানি হ্যন্নানি ভুঞ্জতে ॥১৪॥
পার্থিবানি দ্বয়ান্যাহুর্মধ্যমাধমানি তু। মধ্যমানি বিশিষ্টানি জাতিধর্মোপধারণাৎ ॥১৬॥
ধর্মজ্ঞানি দ্বয়ান্যাহুর্বেদজ্ঞানীতরাণি চ। বেদজ্ঞানিবিশিষ্টানি বেদো হ্যেষু প্রতিষ্ঠিতঃ ॥১৭॥
বেদজ্ঞানি দ্বয়ান্যাহুঃ প্রবক্তৄণীতরাণি চ। প্রবক্তৄণি বিশিষ্টানি সর্ব্বধর্ম্মোপধারণাৎ ॥১৮॥

বিদ্যা হায়ববু বুদ্ধি অহনি। অহুগুম্বী বিদ্যাতনা পরমগতিবু কংননবগী গতিনি ॥১০॥ সংসারদা লৈরিবা অচঞ্চত্ত জীব পুম্নমক্ অসি চাউরাক্লা মথল্ মবিতনি। নাউয়োম্ কুয়োম্দগী পোকপা, মরুমদগী পোক্পা, কন্ত-হৌদি হুমাংনচিংবদগী পোক্পা অহুগা লৈপাক্কগী পোক্পা মরি অসিনি। মখোয়গী ওইরিবা মপোক্ অহুগা লৈরিবা অসোমদস্তু য়াম্না বিচার থোক্ই ॥১১॥

চত্তব জীবগী মপোক্কগী, অচংপা জীবগী মশাক্লা হেল্লি।
লেওভি-ওংলি হায়নীবা কোওদোক্ই, চত্তব জীবনা মাসিদু ওম্দে ॥১২॥
অচংপ জীবশিংগী মনুংদস্তু, মখোঙ্'নী পান্বা মরি পান্বা
য়াম পান্বা কয়া কয়া লৈরি, অহুবু অনী পানবনা হেল্লি হায়নৈ ॥১৩॥
মখোঙ্'নী পানবা জীবগী মনুংদা, মথল্'নী থোক্লা অমুক্ থায়রি।
লৈপাক্ থক্তা লৈবা জীব অমা, লৈপাক্ থক্ত লৈতবা জীব অমা।
অনী অসিগী মনুংদস্তু, লৈপাক্ত লৈবনা হেল্লি হায়নৈ।
লৈপাক্ত লৈবনা লৈপাক্কগী হৌবা, চেঙ্ হরাই মহৈমরোং চায় ॥১৪॥
মহৈমরোং চাবগী মনুংদস্তু, মথল্'নী থোক্লা অমুক্ থায়রি।
মরক্কী মহৈমরোং চাবা অমা, অতোন্বা হল্বা চাব জাৎ অমা।
তাইবং মীনা মরক্কী জীবনি, অহুনা মরক্কা অতোনবদগী মহেল্লি ॥১৫॥
মরক্—তাইবং মীগী মনুংদস্তু, মথল্'নী থোক্লা অমুক্ থায়রি।
ধর্ম খঙবা তাইবং মী অমা ধর্ম খঙদবা তাইবং মী অমা।
ধর্ম খঙবনা খঙদবদগী হেল্লি. তৌগদব তৌরোইদোবা মখো খঙডি ॥১৬॥
ধর্ম খঙ্বশিংগী মনুংদস্তু, মথল'নী থোক্ল'মুক্ থায়রি।
বেদবু খঙবা অখঙবা অমা, বেদবু খঙ্দবনা অখঙবা অমা।
বেদ খঙবনা খঙদবদগী হেল্লি, মরমদি বেদনা তুংহনা মখোয়দ লৈ ॥১৭॥
বেদ খঙ্বশিংগী মনুংদস্তু. মথল্'নী থোক্ল অমুক্ থায়রি।
খঙলিবহু হায়দোক্হৈব অমা, খঙ্লিবহু হায়দোকপা ওমদব অমা

বিজ্ঞানহেতু হি বৈ বেদাঃ সধর্ম্মা সক্রিয়াফলাঃ। সধর্ম্ম নিখিলা বেদাঃ প্রবৃত্তেভ্যো বিনিঃসৃতা ॥১৯॥
প্রবৃত্তিং যাহাস্থ হরাত্মজ্ঞানীতরাণি চ। আত্মজ্ঞানীবিনিশ্চিতানি জন্মান্মোপধারণ ৎ ॥২০॥
ধর্ম্মজ্ঞঃ হি যে বেদ স সর্বজ্ঞঃ স সর্ববিৎ। সত্যাগী সত্যসঙ্কল্প সত্যঃ শুচিরথেশ্বরঃ ॥২১॥
ব্রহ্মজ্ঞানপ্রতিষ্ঠং হি তং দেবা ব্রাহ্মণং বিদুঃ। শব্দব্রহ্মণি নিষ্ণাতং পরে চ কৃতনিশ্চয়ঃ ॥২২॥
অন্তঃস্থং চ বহিষ্ঠঞ্চ সাধযজ্ঞ ধিদৈবতম্ জ্ঞানান্বিতানি হি পশ্যন্তি দেবা তাস্ত তে দ্বিজঃ ॥২৩।
তেষু বিশ্বমিদং ভূতং সর্ব্বঞ্চ জগদাহিতম্। তেষাং মহাত্মাভাবস্তু সদৃশং নাস্তি কিঞ্চন ॥২৪॥২৪॥
আদ্যন্ত নিধনঞ্চৈব কর্ম্ম চাতীত্য সর্ব্বশঃ। চতুর্বিধস্য ভূতস্য সর্ব্বস্যেশঃ স্বয়ম্ভুবঃ।

ইতি শ্রী মহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি
শুকানুপ্রশ্নে দ্বাত্রিংশত্যধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ। ২৩২।

—ঃ(০)ঃ—

অভস্বনা ওমদবগী হেল্লি মখোয়দা ধর্ম্ম পুম্বনা লৈ ॥ ৮॥

মথং মথং হায়থরক্লিবশিং অসিগী মচুংদা থ্বাইদগী হল্লবা মখোয়সিনা ধর্ম-কর্ম অমদি বেদগী জ্ঞান, অদুগা জ্ঞান অদুগী মহৈ অসি মখোয়দা লৈবতা নত্তনা অতোপ্পশিংদসু হৈহল্লি ধর্ম কর্মগা লোয়নবা বেদশাস্ত্রগী জ্ঞান মখোয়গী মতৌদগী থোরকই॥১৯॥ হায়রিবা বক্ত (হায়দোকপা মীশক্) ওৎরিবশিং অসিগী মচুংদা অমুকসু মথল অনী থোক্না থায়রি। আত্মতত্ত্ব খঙনা হায়দোরকপা অমা, আত্মতত্ত্ব খঙদনা হায়বদি অনাত্মা ওইনা হায়দোরকপা অমা, অনী অসিনি। মখোয় অনীসিগী মচুংদা অথঙবসিনা খঙদবদগী হেল্লি। অথঙবা অসিনা পোকপা-শিবগী মরম খঙজিনবসি অমচুদগী য়াম্না হোল্লি॥২০॥ প্রবৃত্তি (চঙশিনবা) ধর্ম্ম, নিবৃত্তি (হন্দোকপা) ধর্ম্ম হায়বা ধর্ম্ম অনীগী মার্গ (লম্বী) গী তত্ত্ববু খঙলবা মহাক্ অদুদি লোইনা খঙলবনি, মহাত্যাগীনি, অচুম্বতা তৌরবনি, সত্যবাদীনি, থ্বাইদগী পবিত্র (শেংবা) নি, পুম্নমক্ পাঙথোকপা ঙম্লবনি হায়বা য়াই ॥২১॥ শব্দব্রহ্মবু হায়বদি বেদবু মুম্ন মচুথিংনা খঙলবা মহাক অদুদি, পরব্রহ্মগী তত্ত্ববু চিংনবা খঙলবা তত্ত্বতুবু লেপ্পরবা মীনি। অদুগুম্বা ব্রহ্মজ্ঞানতনা চুংঙাইহনা লৈরবা মহাক অদুবুদি দেবতাশিংনঙসু ব্রাহ্মণনি হায়না লৌই॥২২॥ ঈবুঙো, শুকদেব ং জ্ঞানী ওইরবা মী মহাক্ অহনা জগৎকী মচুং মপাল, অনীমক্তা শীন্নুনো লৈরিবা অধিযজ্ঞ ওইবা পরমাত্মাগী অদুগা অধিদৈব ওইবা পুরুষকী সাক্ষাৎকার (থাদৈ-শোনা উবা) হায়বদু তৌরবদি মহাক অদুদি দ্বিজ (ব্রাহ্মণ) ওইবত নত্তনা স্বর্গগী দেবতামকসুনি॥২৩॥ মরমদি মহাক অদুগী মশাদা বিশ্বব্রহ্মাণ্ড অসি থুপ্পুনা লৈরবনি॥২৪॥ অদুগুম্বা মখোয়হনা জন্ম মৃত্যু কর্ম্ম অদুমসিগী সীমাদগী লাম্থোকখিহনা থরায় পানবা মথল মরিগী মপু ওই। অদুগা মতুংদা স্বয়ম্ভু— (মশা মথন্তনা পোকচবা) হায়বদুসু ওইখি॥২৫॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং-চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা
মোক্ষধর্মপর্ব্বদা চনীগা কুন্থ্রানীথোইশুবা অধ্যায় লোইরে ॥২৩২॥

—ঃ()ঃ—

# মণিপুরী মহাভারত

## ত্রয়স্ত্রিংশদধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ

### ( কর্ম্মতত্ত্ব অমদি যুগধর্ম্ম তাকপা )

### চনাগা কুম্থ হুমদোইশুবা অধ্যায়

—(*)—

ব্যাস উবাচ।

এব পূর্ব্বতরং বৃত্তং ব্রাহ্মণস্য বিধীয়তে। জ্ঞানবানেব কর্ম্মাণি কুর্ব্বন্ সর্ব্বত্র সিধ্যতি ॥১॥

তত্র চেন্ন ভবেদেবং সংশয়ঃ কর্ম্মসম্ভবঃ। কিন্নু কর্ম্মস্বভাবোঽয়ং জ্ঞানং কর্ম্মেতি বা পুনঃ ॥২॥

তত্র বেদবিধিঃ স স্যাজ্জ্ঞানং চেৎ পুরুষং প্রতি। উপপত্ত্যুপলব্ধিভ্যাং বর্ণয়িষ্যামি তচ্ছৃণু ॥৩॥

পৌরুষং কারণং কেচিদাহুঃ কর্ম্মসু মানবাঃ। দৈবমেকে প্রশংসন্তি স্বভাবং অপরে জনাঃ ॥৪॥

পৌরুষং কর্ম্ম দৈবঞ্চ কালবৃত্তস্বভাবতঃ। ত্রয়মেতৎ পৃথগ্ভূতমবিবেকং তু কেচন ॥৫॥

ব্যাসনা হায়,— ঈবুঙো, শুকদেব ! মাসি ব্রাহ্মণশিংগী আ-মমাংঙদগী চৎনররবা—তৌনরক্লবা কৃত্তনি। অদুগা শাস্ত্রশিংদগী বিধান তৌদুনা লেপগ্রবনি জ্ঞানী ওইবা মীওনা সংসারদা কর্ম তৌনা তৌনা মিথিরু ফংলক্লিবনি ॥ ॥ মশাদা চিংনবীগায় লৈত্রবা কম অদুদি সিদ্ধিবু হেক্কপী। চিংনবীগ য় হায়ববু—তৌক্লিবা কর্ম অমিবু মশাগা অদুম সিদ্ধ ওইজবা ওইরিব্রা নত্রগা জ্ঞানগা লেপতনজবা অদুগা জ্ঞান মাওংগোন্না অমদি সিদ্ধ ওইরম্মোইদোবা কর্ম ওইরিব্রা অসিনি ॥১॥ অস্থুম্না চিনবকপা মতমদা, অস্থুম্না হায়নৈ-মাহুদি—বেদগী বিধানগী মখুং ইম্না মাসি শেংলনা তৌফম থোকপা অমা ওইরবদি নত্রগা তৌগদবনি হায়রগা লেপজবদি কর্ম অদু জ্ঞান জন্য কর্মনি, হায়রবদি জ্ঞানদগী পোক্‌পা কর্মনি। নত্রবদি মশাগা তাগদবা মশামা সিদ্ধ ওইজবা কর্মনি, স্বভাবসিদ্ধ কর্মনি। ঐ মাসি যুক্তিগা লোয়নবা অদুগা মকৈ কংনরবগী মমতগী নওোনবা হায়রগে মুন্না তাও ॥৩॥ কনা কনাগুম্না কর্ম অমতা তৌরক্‌পদা অদুগা কর্ম অদুগী সিদ্ধি ওইবদা পুরুষার্থ ( মীপা থোক্না নোম্না ) হায়বদুনা মক ওইবা কারণনি হায়বেদি উপায়নি। অদুগা খরনা হায়:—পুরুষার্থ ভাক্কা চদ্দে। মহাক্‌মুকী প্রারব্ধ কর্মগী মতৈক্কু, লাইবক্তা হায়না তম্‌থবা—অদুবনি। অদুগা খরনা হায়বনা কর্মদুগী স্বভাব-না অদুম মশানা সিদ্ধ ওইজনি—অসিনি ॥৪॥ অদুগা কনা কনাগুম্না মতোংগোম্নরগা থবক অদুগী কারনদি হায়বদি পাওথোক্‌খিবগী উপায়দি কন্না হোংনখিবা, লাইবক্ত হায়না লাইনা তম্‌থবা অদুগা কর্মদুগী অদুম্ন লোইশিনখিগদবগী মতৌশানা হায়রা কর্ম অদুদা লৈজরম্নবা স্বভাব—অহুম্ অসিনি। অহুম্ অসিনা পুংয়ন্ চানা চপ মান্ননা পুল্লগা লৈমিন্নবক্ত থবক্ অদু পাওথোক্লিবনি।

এতদেবং চ নৈবং চ ন চোভে নানুভে তথা। কর্ম্মস্থা বিষয়ং ব্রূয়ুঃ সত্ত্বস্থাঃ সমদর্শিনঃ ॥৬॥
ত্রেতায়াং দ্বাপরে চৈব কলিজাশ্চ সসংশয়াঃ। তপস্বিনঃ প্রশান্তাশ্চ সত্ত্বস্থাশ্চ কৃতে যুগে ॥৭॥

খরনা অহুম্ 'অসি তোঙান্ থেংনা তাইহল্লি। অহুম্‌সিগী মনুংদা অমনা প্রধান ( মপুং ) ওইনা লৈবা মতম্‌দা অনী অমনা প্রধান ওইরিবা কারণতুগী মতেং পাংব ওইনা লৈবনি অস্থুম্না হায়। খরনা মখোয় অহুম্‌সিমক মাত্রা চপ্ মান্না পুল্লপনা প্রধান ওইমিন্নহুনা লৈ। অহুম অসিগী মনুংদা অমগী মাত্রানা শিঙ্কঃ হন্নবিবগা থবক্ অহু পাওখোক্‌পা য়াদে হায় ॥৫॥ কর্ম্মগী তঙ্কনা পুক্নীং চঙ্‌না থিজিন্‌বা কর্ম্মনিষ্ঠা ওই-রবশিংনদি ঘট-পটনচিংবগী বিষয়দা "মাসিমক থোকউ তমগ্রবনি, মাসিমকনি ওইরমগদবনু" অস্থুম্না হায়নৈ। খরনা হায় :—হায়রিবা মত অনীসিমক্ ওইখোক্কবনি। অহুগা সত্ত্বগুণতদা লৈগ্রক যোগীশিংনদি, মচেৎ-মপুম্, লোইহল্লিবা লোইগ্রবা, অথীবা ফজবা, মপুং ফাবা কাদবা অসিনচিংবা পোৎ পুম্বদা মপুং ফাহুনা ঙাক্ লৈরবা, মকম পুম্বদা য়েঙ্গম্বা, মকম পুম্বদা মাগী মওংত ওইনা লৈঙম্বা ব্রহ্ম মহাক্কনা থোকহল্লিবা থোক্‌ল্লিবা কর্ম্মতুগী কারণনি—উপায়নি—অস্থুম হায় ॥৬॥ * অসিগুম্বা পরমার্থগী বিষয়দা য়েংনরকপা-চিংন-রক্‌প হোৌবদি ত্রেতা যুগতগীদি অহুদগী মথং মথং দ্বাপর কলি যুগ ফাওবনি। সত্যযুগতদি যোগী ঋষি অয়াম্বনা তপস্বী জ্ঞানীমক্কনিনা অমগমন্না থোইদোক্‌পা য়েংনবা চিংনবনচিংবা লৈরম্‌দে ॥৭॥

* হায়নরিবশিং অসিগী তোঙান্ তোঙান্‌বা মতশিং অসি, অরায়বা থুদম্‌দা হায়রবদি লাই শাবা, লাই য়েকপা অমনা, য়াম্ন হৈনিংনা পুক্নীং চঙনা করিগুম্বা মূর্ত্তি অম শাবা য়েক্‌পদা লোইরমদাইদব ওইর-বস্থ করিগুম্বা বিঘ্ন অম লাকুনা লোইরমদনা অহুম্ তোক্‌খ্রবদি—মাহু দৈববাদীশিংনা—মরায়বক্তা তম্ থিদবননি হায়। পৌরুষবাদীশিংনদি কয়া থুনা হোৎনবা য়াংখিবদগী নি—বিঘ্ন অহু লাক্কনবা নিপা থোক্না হোংনহৌপদবনি—অস্থুম্না হায়। স্বভাববাদীশিংনদি হৌজিক্ ওইরিবা লোইহৌদে হায়রিবা মওং অহুমক্, মশানা হায়া অহুগুম্বা মওংদা লৈবা তাহুনা লৈরবদি, অহুনা য়েকপা শাবা হায়না কর্ম্মতুমক্কী মশাগী স্বভাব ননি অস্থুম হায়রবতনি। খরনদি অস্থুম্না হায়রি—লোইশিল্লম্লিবা মওং অহু নত্তে। খর অমুক্ তৌথরম্লবদি হৌজিক্ ওইরিবা মওং অহু ওইরম্রোইদোবনি। অহুনা মওং অম ওইনা তাগৌরিবা অহুগা কর্ম্মহুনা মথাক্ ওইনা থনম্লিবা মওং অহু অশেংবা মওং নত্তে। অহুগা খরনদি হায়রিবসি য়াদে ; মখোয়না হায়রি—তারিবা মওংতুমক্কি কর্ম্মতুগী মূর্ত্তিদি। লাইনাতম্বা-তমনবগা করিমত সম্বন্ধ লৈতে। মতাং অসিনা ব্রহ্মবাদী শিংনা হায় :—লাইবক্তা তমদহুনা, ওইনিংবা মওং ওইহৌদহুনা লৈরিবা মওং অতুমক্কী কারনদি মওঙ্ক-মকস্থ পুরিবা ব্রহ্মনা ওই। পৌরুষনস্থ নত্তে, দৈবনস্থ নত্তে। ব্রহ্ম মহাক্কনা মচেৎস্থ মপূমস্থ ওইবনিনা মঙোন্দদি মপূং ফাহুনা ঙাক লৈ। মহাক্‌পু কারণনি হায়না লৌদ্রিমথৈ য়েংনবসি লোইহ্রোই, অহুগা দৈবনি, পৌরুষনি স্বভাবনি হায়না পুনরিবসিস্থ হৈয়াল লাল্লি -অসিনি ব্রহ্মবাদীশিংনা হায়রিবনা। প্রমাণ থুদম্ ওইনা হায়রক্কা জগন্নাথগী হৌজিক ওইরিবা মওংসিগী কারনদি ব্রহ্ম মহাক্কা ওইবনা, ওইরিবক্সিদস্থ মহাক্কা লৈবনা পূর্ণব্রহ্ম মামক্কী মওংনি। ( কালাচাঁদ )

পৃথগ্দর্শনাঃ সর্ব্বে ঋক্সামসু যজুঃষু চ। কামবেশ্যৌ পৃথক্ কৃত্বা তপঃ কৃত উপাসতে ॥৮॥
তপোধর্ম্মেণ সংযুক্তস্তপোনিত্যঃ সুসংশিতঃ। তেন সর্বান্ বাপ্নোতি কামান্ যন্মনসেচ্ছতি ॥৯॥
তপসা তদবাপ্নোতি যদ্ভূত্বা সৃজতে জগৎ। তদ্ভূতশ্চ ততঃ সর্ব্বভূতানাং ভবতি প্রভুঃ ॥১০॥
তদুক্তং বেদবাদেষু গহনং বেদদর্শিভিঃ। বেদান্তেষু পুনর্ব্যক্তং কর্ম্মযোগেন লক্ষ্যতে ॥১১॥
আরম্ভযজ্ঞাঃ ক্ষত্রাশ্চ হবির্যজ্ঞা বিশঃ স্মৃতাঃ। পরিচারযজ্ঞাঃ শূদ্রাশ্চ জপযজ্ঞা দ্বিজাতয়ঃ ॥১২॥

সত্যযুগতা ব্রাহ্মণ পুম্নমক্ ঋগ্‌বেদ, সামবেদ যজুর্বেদশিংবু চপ্ মান্নবা অতম্ মউই। অদুনা; পুক্নীং-দগী য়াথল অসিগুম্বসি থাদোক্লবা, মওংদা তপস্যাগী আশ্রয় লৌনরম্মি ॥৮॥ তপস্যাগী মখক্ ওইরবা ধর্ম্ম থর্ম অনিগী লম্বীদা চত্তুনা, মপূ ক্লানা ইন্দ্রিয়শিংবু থুত্থম্ চন্দুনা, তপস্যা পুক্নীং চঙ্‌ছুনা লৈবা মহাক্ অদুনা, তপস্যা অত্থমক্না পান্থে ওইহুনা ফংনিং ফংনিংবা পোৎশিং অদো, অতুম ফংই ॥৯॥ তপস্যাগী পান্থেনা তাইবংমীনা ব্রহ্মভাব ( ব্রহ্মাগী স্বভাব ) পু ফংহুনা, শক্তি অদুগী মতুংদা লৈহুনা জগৎ মপূম্ অসিবু শেম্বগী শক্তি অদো, অতুম্ মবৈরম্মি। অদুনা ব্রহ্মত্ববু ফংলবা মী মহাক্ অদুনা অচচ্চত্ত জীব পান্‌বা পুম্নমক স্বামী মপু অদুম্ মওই ॥১০॥

হায়রিবা ব্রহ্ম হায়বসি বেদগী কর্মকাণ্ডশিংদদি য়াম্না লো থূপ্পা লৈ। হায়বদি সেবা পূজানচিংবা কর্ম-শিংদদি অকুপ্পা অর্থ— অরোন্‌বা ভাবার্থ অমা পুদুনা লৈ। * অদুনা মপানগী কর্মকাণ্ডগী সেবা পূজা নচিংবা বৈদিকযজ্ঞনচিংবা থবক্তা য়াম্না হৈবা ব্রাহ্মণশিংমকসু শল্লুদে— শঙদে। অদুবু বেদান্তশাস্ত্রদদি হায়-রিবা ব্রহ্মা হায়বসিগী মরমদা য়াম্না শন্দোক্না ইখ্রে। নিষ্কামকর্মযোগগী পান্থেতনা ব্রহ্মাগী সাক্ষাৎকার তৌবা য়াই ॥১১॥ ক্ষত্রিয় হায়বা জাতি অসি আরম্ভ অদু তৌই। বৈশ্যনা হবিষ্যযজ্ঞ তৌই। শূদ্রনা সেবা কৌবা

* ব্রহ্মা বিষ্ণু রুদ্র গণেশ লক্ষ্মী সরস্বতীনচিংবা দেব দেবী সেবা পূজানচিংবদা তৌনরিব দ্রব্যযজ্ঞসিদা স্মৃতিশাস্ত্রগী কর্মকাণ্ডগী বিধি নিয়ম মতুংইন্না থবকপুম্বা তৌরি, স্তুতি তৌনরি। মথোয়না পেন্নবা হায়দুনা অচাপোৎ লৈশূনচিংবা কংলি। হায়রিবা দেবতাশিং অসি থম্মোয়সুংদা ব্রহ্মা বিষ্ণু ইন্দ্র বরুণসু কৌদব— ব্রহ্ম মহাক্তি লৈরি। মপানগী গণেশ কার্ত্তিকনচিংবগী মাগী মাগী উপাসকশিংদা উহল্লিবা মূর্ত্তি মওং মমিং-শিংসিদি ব্রহ্ম পরমাত্মা হায়বদুমক্তসু মূর্ত্তি মমিং নত্তে। মূর্ত্ত মিং মওং মতৌ অসিনচিংবনসু পেনবিগদা —নত্তে মূর্ত্তি মওংশিং অমিদগী তোঙান্না ( পরম্ ওইনা ) লৈবা পরমাত্মা লৈরি। পেনবিগদবদি মহাক্তননি। অদুনা দেবী দেবা অমগী পূজা সেবানচিংবা কর্মকাণ্ডগী যজ্ঞনচিংবগী মন্ত্র স্তুতিনচিংবদা ওঁকার হান্না উচ্চারণ তৌনৈ। অদুনা কর্মকাণ্ডগী তৌনরিবা যাগ যজ্ঞ অসিনচিংবদসু অকুপ্পা বিচার অমা লৈরি। বিচার অসিবু সাধারণ ওইনা পুরোহিত ব্রাহ্মণ পণ্ডিতশিংনা ফাওবা থোইনা তৌরুদে। ব্রহ্ম মহাক্তি মকম মতম পুম্বদা ঈথত্ত থন্না লৈবনা, মাগী অরাংপা, মাগী অপাম্বা কারিমত্তা লৈতে। মাগী করিগুম্বা কামনা অমত্তা লৈতে। মাদু উদুনা যজ্ঞ পূজানচিংবসি দেবী দেব অবগীবু ওইরবস্থ নিষ্কাম ওইনা তৌগদবনি। অদুদগী হেন্দোক্তুনা পুনশিগী থবক থুদিংমক্ নিষ্কাম বুদ্ধিতনা তৌগদবনি হায়না বেদ উপনিষদনাচিংবনা হায়রিবনি। (কালাচাঁদ)

পরিনিষ্ঠিতকার্য্যো হি স্বাধ্যায়েন দ্বিজো ভবেৎ। কুর্য্যাদন্যন্ন বা কুর্য্যাৎ মৈত্রো ব্রাহ্মণ উচ্যতে ॥১৩॥
ত্রেতাদৌ কেবলা বেদা যজ্ঞা বর্ণাশ্রমাস্তথা। সংরোধাদায়ুষস্ত্বেতে ব্যস্যন্তে দ্বাপরে যুগে ॥১৪॥
দ্বাপরে বিপ্লবং যান্তি বেদাঃ কলিযুগে তথা। দৃশ্যন্তে নাপি দৃশ্যন্তে কলেরন্তে পুনঃ কিল ॥১৫॥
উৎসীদন্তি স্বধর্মাশ্চ তত্রাধর্ম্মেণ পীড়িতাঃ। গবাং ভূমেশ্চ যে চাপামোষধীনাঞ্চ যে রসাঃ ॥১৬॥
অধর্মান্তর্হিতা বেদা বেদধর্মাস্তথাশ্রমাঃ। বিক্রিয়ন্তে স্বধর্মস্থাঃ স্থাবরাণি চ চরাণি চ ॥১৭॥
যথা সর্ব্বাণি ভূতানি বৃষ্টির্ভৌমানি বর্ষতি। সৃজতে সর্বতোঽঙ্গানি তথা বেদা যুগে যুগে ॥১৮॥

যজ্ঞত্নু তৌই *। ব্রাহ্মণনা জপযজ্ঞ হায়বত্নু তৌই ॥১২॥ মরমদি ব্রাহ্মণগী মপোক্কি বেদশাস্ত্রগী স্বাধ্যায় (তম্বা তাম্ববা নৈনবা) তনা মহৈ য়ানবা হায়বত্নু ওইরিনি। থবক (ব্যবসায়) অমবু তৌরবস্নু, অমবু তৌরবস্নু জীব পানশা পূম্নমকতা, মতম পুম্বদা থৌজাম্বিশ, অত্নুগা জীব খুদিংদা মুংশিন্নবা তিম্নবা মরূপকুম্ চৎপা অসিতনা ব্রাহ্মণ কৌনরিবনি ॥১৩॥ সত্য অত্নুগা ত্রেতা যুগ অনীসিদা বেদ যজ্ঞ অত্নুগা বর্ণাশ্রম, যাগ যজ্ঞনচিংবসি থাঙ্গশেংনা বিধি কায়দনা তৌনৈ। অত্নবু দ্বাপর যুগতগীদি তাইবং মীওবগী পুনশিনা অস্নুম হন্থরকপনিনা বর্ণাশ্রমগী ধর্ম্ম অত্নুগা যাগ যজ্ঞনচিংদা পূম্নমকস্নু মথং মথং হন্থরকই ॥১৪॥ অত্নগী তুংদা, দ্বাপরগা কলিগা লাকপা মতমদগীদি বেদশিং অত্নু থাঙ্গশেংনা লূপখিবগী মওংদা লৈথি। কলি-যুগকী অরোইবা শরক্তদি বেদ হায়বসি অমুক্নু মশা থর উরমগুম অমুক্নু উথিবগুম তৌই। অস্নুম্ তৌনা মুংলি মুংলি তৌত্নুনা লৈ ॥১৫॥ মতম অত্নুনা অধর্মগী চৈনা অমদি অত্যাচার ফংলবা বর্ণ পুন্নমক্কী ধর্ম-কর্ম অসি পূম্নমক্ পুম্মাঙ্, মাঙখি। তাইবংমী ওইবগী ধর্ম কর্মনা মাঙথরকপনা, শজোম্ ঈশিং, লৈপাক্ মনা মশীং হীদাক্ লাংতক্কী তাকবসনচিংবস্নু মাত্রা হন্থরকই ॥১৬॥ বেদ, বৈদিক ধর্ম, অমদি মাগী মাগী ধর্মগী আশ্রম—অসিনচিংবা পূম্নমক্ অসি মতম্ অত্নুদি অধর্মনা মশা পুম্বা পূম্ কুপ কুপ্ শিল্লকই। অত্নুগা অচ্চত্ত লৈরিবা, থরায় পান্বা পুম্নমকস্নু মাগী মাগী ধর্ম থাদোক্লরকপবগুম তৌই। হায়বদি শম্না হান্ন-রবদা বিকার অমমম্ লাকই ॥১৭॥ বর্ষানা পৃথিবী লৈমায়থক্তা তারগা মহৈ মরোং অয়াম্বা অত্নুগা জীব জন্তু জাৎ জাৎ পোকহনবত্নুগুম্না অত্নুগা মথোয়গী অঙ্গ—প্রত্যঙ্গ (হকচাং কায়াং) শিংবুস্নু নোয়হন্ পেল-

* নিষ্কাম বুদ্ধিনবু মাঙওইননা কর্ম তৌরবদি ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয় বৈশ্য শূদ্রগী মথৌশিং অসি যজ্ঞগী যজ্ঞগী মত্নুংদা চঙখিবদা হিংসা অহিংসা অনীমক্ একাকার ওইথি। ক্ষত্রিয় হায়বসি আলম্ভ হায়বা যজ্ঞ অত্নু তৌবা বর্ণ-জাতি অমনি। "আলম্ভ" হায়বা শব্দ অসিগী অর্থ অনীনি। 'স্পর্শ" (শোক্পা) অত্নুগা "হিংসা" অনীসিনি। দানস্নু যজ্ঞ অমনি। ক্ষত্রিয় নিংথৌনা করিগুম্বা পোৎ অমবু শোক্নুনা পায়ত্নুনা দান তৌনৈ। প্রজাশিংগী মফমদা সুখশান্তি পীননবগীদমক্ মথৃত্তা খুংলায়বু শোক্নুনা হায়বদদি পায়ত্নুনা ডাকু হূরান্বশিংবু প্রাণ দণ্ড কাওবা পী। মাসি হিংসারা? অসিগুম্বা থবক্ অসি ক্ষত্রিয়শিংগী মফমদদি আলম্ভ যজ্ঞ হায়বত্নুনি। মীগী য়েংদনা, মীগী অরা অনা য়েংদনা, মশাগী স্বার্থগী দমক্ তৌরবদি দাননচিংবস্নু হিংসাগী মত্নুং চনগদৌরিবনি। (কালাচাঁদ)

নিশ্চিতং কালনানাত্বমনাদি নিধনং চ তৎ। কীর্ত্তিতং যৎ পুরস্তাত্তে সূতে যচ্চাত্তি চ প্রজাঃ ॥১৯॥
যচ্চেদং প্রভবং স্থানং ভূতানাং সংযমো যমঃ। স্বভাবেনৈব বর্ত্তন্তে দ্বন্দ্বসৃষ্টানি ভূরিশঃ ॥২০॥
সর্গঃ কালো ধৃতির্বেদাঃ কর্ত্তা কার্য্যং ক্রিয়াফলম্। এতত্তে কথিতং তাত যন্মাং ত্বং পরিপৃচ্ছসি ॥২১॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি শুকানুপ্রশ্নে ত্রয়স্ত্রিংশদধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ ॥ ২৩৩ ॥

—:0:—

হনুবক্তুগুম্বা, বেদনা যুগ যুগ খুদিংদা যোম্নগী অজ ( কায়াং ) পূম্নমকপু নোয়পেনহল্লি ॥ ১৮॥ মতৌ অম্নমা কাল ( মতম ) হায়বা মহাকীসু তোঙাল্ তোঙানবদ শক্লোল য়াম্ন লৈ। মহাকী আদি ( অহৌবা ), অন্ত ( অরোইবা ) লৈতে। মতম হায়বা মহাক্না পূম্নমকপু শেংখি, পূম্নমকপু মাঙহল্লি—লোইশিল্লি। মহাক্না লোইনা য়োংশিন্নখি। মাসিদি নঙোন্দা হায়স্নু অমুক্ হায়ব্রে ॥১৯॥ কাল হায়বা তত্ত্ব অসিনা জীব পুম্নমকী অপোক্পা, ঙাক্পিবা লোইশিনবা অতুগা মথোয়সিবু শাসন তৌবা মপুনি। "মতম্" মহাকী মঙ্গুংদা অনী অনী থোক্লা লৈ'ব্রবা মশীং লাক্তম্দনা লৈরিবা জীব কয়া কয়ানা মাগী মাগী স্বভাবকী মথক্তা হায়-বদি মাগী মাগী স্বভাবকা লোয়ননা লৈ'রবনি ॥২০॥ ইবুঙো! শুকদেব! নহাক্না এঙোন্দা হংখিবতুগী মখুং ইন্না, এনা নংগী নকম্দা, নমাঙ্মক্তদা, সৃষ্টি, কাল, ধারণা ( থম্মোয়না মকম্ অমক্তদা তুংক্লনা লৈবা ) বেদ, কর্ত্তা, কর্ম অতুগা তৌরবা থবক্তুগী মহে অসিমচিংবসিগী মরম পুম্না লীরবনি ॥২১॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা, শ্লোক লিশিং চাম-না শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা, মোক্ষধর্ম্ম-পর্ব্বদা, চনী কুম্‌হুমদোইশুবা অধ্যায় লোইরে ॥ ২৩৩॥

—:(※):—

# মণিপুরী মহাভারত

( জ্ঞান সাধন তৌবা অহুগী মণ্ডপ )

## চতুস্ত্রিংশদধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ।

## চনীগা কুন্থ্রামরিশুবা অধ্যায়।

——:():——

ভীষ্ম উবাচ।

ইত্বাক্তোঽভিপ্রশস্যৈতৎ পরমর্ষে তু শাসনম্। মোক্ষধর্ম্মার্থসংযুক্তমিদং প্রষ্টুং প্রচক্রমে ॥১॥

শুক উবাচ।

প্রজ্ঞাবাঞ্ছ্রোত্রিয়ো যজ্বা কশ্চিৎ প্রাজ্ঞোঽনসূয়কঃ। অনাগতমনৈতিহ্যং কথং ব্রহ্মাধিগচ্ছতি ॥২॥

তপসা ব্রহ্মচর্য্যেণ সর্ব্বত্যাগেন মেধয়া। সাংখ্যে বা যদি বা যোগে এতৎ পৃষ্টো বদস্ব মে ॥৩॥

মনসশ্চেন্দ্রিয়াণাং চ যথৈকাগ্র্যমবাপ্যতে। যেনোপায়েন পুরুষৈস্তৎ চ ব্যাখ্যাতুমর্হসি ॥৪॥

ব্যাস উবাচ।

নান্যত্রবিদ্যা তপসো নান্যত্রেন্দ্রিয়নিগ্রহাৎ। নান্যত্র সর্ব্বসত্যাগাৎ সিদ্ধিং বিন্দতি কশ্চনঃ ॥৫॥

মহাভূতানি সর্বাণি পূর্ব্বসৃষ্টিঃ স্বয়ম্ভুবঃ। ভূয়িষ্ঠং প্রাণভৃদ্গ্রামে নিবিষ্টানি শরীরিষু ৬।

ভীষ্মনা হায়ঃ—যুধিষ্ঠির! মতৌ অসুম্না মহর্ষি ব্যাসগী আধ্যাত্মিক ওইবা পাউতকৃশিং অসি তাবদা শুকদেবনা মহা মহাজ্ঞানীবু হন্না থাগৎখি। অদুগী তুংদা মোক্ষ ধর্মগী মরমদা হংনিংদুনা য়াম্না লাংতক্না অসুম্না হায়খিঃ—॥১॥ অপোকৃপা। মহাজ্ঞানী। মীৎনসু উবা ফংদবা, অনুমান প্রমাণনসু লাম্বা ফংদবা ব্রহ্ম হায়বসিবু জ্ঞানী ওইরবা, বেদগী তত্ত্ব খঙবা, যজ্ঞগী তত্ত্ব খঙনা যজ্ঞ তৌবা ব্রাহ্মণনা, কনাগুম্বা করিগুম্বা অমতগী মরাল্‌বু উননবগী মীৎয়েং লৈতবা, শেংলবী-মচীল্‌ অনী লোঙ্‌ব্রবী বুদ্ধিনা মখোয়গী ওইবা—অহুগুম্বশিংতনা ব্রহ্ম মহাকপু হায়রবদি পরমাত্মাবু করম্না ফংবগে। মাগী মশক্‌ মওংদি অসিবু য়েংঙু, অসিগা অমহানি হায়দুনা প্রমাণ খুদম্‌গা লোয়ননা বেদগী করিগুম্বা মকমদা পোশকুনা লোয়ননা উৎত্রি ॥২॥ সাংখ্য, যোগ, তপস্যা, ব্রহ্মচর্য্য, ত্যাগ (থাদোকপা, মেধা শক্তি (মচীন তুম্নবা বুদ্ধি জ্ঞান)— হায়রিবা সাধনশিং অসিগী মনুংদা করম্বনা ব্রহ্ম মহাকী সাক্ষাৎকার (থাঙ্গেংশেংনা উবা) বু ফংগদগে? হংজরি-বসে চান্‌বিদুনা অমুক্ত তাকৃপিয়ু। বিষয় অসিদা পাউতাকসু পীবিয়ু ॥৩॥ হায়রিবা বিষয় অসিদা তাইবং মীনা, করম্বা রীতিনা, করম্বা উপায়না, পুক্নীং অমদি ইন্দ্রিয়শিংবু লেঙদনা থম্বা ঙমগদগে? মাসি শন্দোক্না অমুক্তা তাকৃপিয়ু ॥৪॥ ব্যাসনা হায়— ইবুঙো। বিদ্যা তপস্যা ইন্দ্রিয় খুদুম চন্‌বা, ওইজবা থাদোকপা— হায়রিবা মখোয়সি নত্তনা কনা অমতনা করিগুম্বা থবক্‌ অমদা সিদ্ধি ফংবা ঙমদে ॥৫॥ বিধাতা (অশেম্বা

ভূমের্দেহো জলাৎ স্নেহো জ্যোতিষশ্চক্ষুষী স্মৃতে। প্রাণাপানাশ্রয়ো বায়ুঃ খেষ্বাকাশং শরীরিণাম্ ॥৭॥
ক্রান্তে বিষ্ণুর্বলে শক্রঃ কোষ্ঠেঽগ্নির্ভোক্তুমিচ্ছতি। কর্ণয়োঃ প্রদিশঃ শ্রোত্রং জিহ্বায়াং বাক্ সরস্বতী ॥৮॥
কর্ণৌ ত্বক্চক্ষুষী জিহ্বা নাসিকা চৈব পঞ্চমী। দর্শনীয়েন্দ্রিয়োক্তানি দ্বারাণ্যাহারসিদ্ধয়ে ॥৯॥
শব্দঃ স্পর্শস্তথা রূপং রসো গন্ধশ্চ পঞ্চমঃ। ইন্দ্রিয়ার্থান্ পৃথগ্বিদ্যাদিন্দ্রিয়েভ্যস্তু নিত্যদা ॥১০॥
ইন্দ্রিয়াণি মনো যুঙ্ক্তে বশ্যান্ যন্তেব বাজিনঃ। মনশ্চাপি সদা যুঙ্ক্তে ভূতাত্মা হৃদয়াশ্রিতঃ ॥১১॥
ইন্দ্রিয়াণাং তথৈবৈষাং সর্বেষামীশ্বরং মনঃ। নিয়মে চ বিসর্গে চ ভূতাত্মা মনসস্তথা ॥১২॥
ইন্দ্রিয়াণীন্দ্রিয়ার্থাশ্চ স্বভাবশ্চেতনা মনঃ। প্রাণাপানৌ চ জীবশ্চ নিত্যং দেহেষু দেহিনাম্ ॥১৩॥
আশ্রয়ো নাস্তি সত্ত্বস্য গুণাঃ শব্দো ন চেতনা। সত্ত্বং হি তেজঃ সৃজতি ন গুণান্ বৈ কথঞ্চন ॥১৪॥

মপু ) গী ঈহান হানবা থুংশ্রেম অসি পঞ্চমহাভূত অসিনি। হায়রিবা মঙা অসি থরায় পানবা পূম্নমক্কী অদুগা দেহধারী ( হকচাংবু পুরিবা ) শিসিগী হকচাংশিং অসিদা য়াওরিবমখৈ মরাং কায়না থম্না য়াপরবনি ॥৬॥ হকচাং পানবা জীবশিংগী হকচাংশিং অসি লৈপাক্কা শাবনি। হকচাং অসিদা অনপ্পা, মকে থাংলিবা, অদুগা কাম্নিবা হুমাং অসি ঈশিংনি, ঈশিংদগী পোক্পনি। মীৎ অনী চোংথোক্লক্লিবা অদুগা লননবগী তেজ অসি মৈদগীনি। অদুগা মুংশিন্তুগী প্রাণ অপান হায়বা নুংশাস্বর অনীসি পোক্খি। নাকোং নাতোন্নচিংবগী মরীল—মথুন্দা আকাশনা চঙতুনা লৈরিবনি ॥৭॥ খোঙগী গতিদা হায়বদি লেঙব-ওৎপ, চৎপদা বিষ্ণু লৈ। পাম্বোমগী পাঙন্দা, হায়বদি— হাইবা নোম্বদা ইন্দ্র লৈ। পুক্— চাক্থাওদা অগ্নিদেব লৈ। লৈরিবা অগ্নি-দেবতাসিনা চাখিবা থক্খিবা পুম্না মুলহল্লি — তুমহল্লি। নাকোংদা শ্রবণশক্তি কৌবী দেবতা অদু লৈ। লৈতোন্দা বাণী কৌবী দেবী হায়বদি সরস্বতী কৌবীদু লৈ ॥৮॥ মপানগী মীৎ অনী, নাকোং অনী, উনশা মঙাশুবদা নাতোল অদুগা লৈতোল হায়রিবা মখোয় মঙা অসি জ্ঞানেন্দ্রিয়নি। মখোয় অসিবু রূপ রস-নচিংবা বিষয় অসিবু লৌশিন্নবা থোঙনি হায়রৈ ॥৯॥ শব্দ, স্পর্শ ( শোক্পা ), রূপ, রস ( মহাও ), মনম্ মঙা অসিনা হায়রিবা জ্ঞানেন্দ্রিয়শিং অসিগী বিষয় মক্তনি। অদুগা বিষয় মঙা অসিদি মখোয়বু লৌরিবা ইন্দ্রিয়শিং অদুদগী য়াম্না তোঙাম্না লৈ ॥১০॥

রথগী সারথিনা শগোলশিংবু মশাগী খুত্থম মথাদা থমদুনা, মানা পুনিং পুনিংবা মায়গৈদা মনীং মথা তম্না পুবদুগুম্না পূক্নীং কৌবা মহাক্কা ইন্দ্রিয়শিংবু মানা পুনিং তুনিংবা মায়গৈদা পুই— থৌজিল্লি। অদুগা অমুক্, থম্মোয়দা লৈবা জীবাত্মানা পূক্নীংদুবু শাসন তৌই ॥১১॥ ইন্দ্রিয়শিংগী নিংথৌ পূক্নীং হায়বসিনা— ইন্দ্রিয়শিংবু মাগী মাগী বিষয়শিংদা চঙহনবা থৌজিনবদুগুম্না, অদুগা চঙহন্দতুনা থিংতুনা থম্বা অদুগুম, মাগী মথক্তা থম্মোয়দা তুংতুনা লৈরিবা জীবাত্মানা পূক্নীং কৌবা ইন্দ্রিয় নিংথৌসিবু থিংতুনা থম্বা ঙম্মি ॥১২॥ ইন্দ্রিয়শিং, ইন্দ্রিয়শিংদুগী রূপ রসনচিংবা বিষয়শিং, অঙৈং-অশানচিংবা গুণস্বভাব, চেতনা ( থম্মোয় নম্মুংদা লৈবা জ্ঞানশক্তি ) পূক্নীং, প্রাণবায়ু, অপানবায়ু জীব ( জীবাত্মা ) হায়রিবা মখোয় অসি দেহধারী ( হকচাং পুবা—লোইবা ) শিংগী হকচাংমনুংদা মতম পুম্বদা লৈরিবনি ॥১৩॥ থাজৈশেংবদি হকচাংসিমকতু তত্ত্বগী— বুদ্ধিগী আশ্রয় ( তুংনকম লৈকম ) নত্তে। মরমদি পাঞ্চভৌতিক হকচাংসিমক্ বুদ্ধি মাগী কার্য্য অমা ওইন-

এবং সপ্তদশং দেহে বৃতং ষোড়শভির্গুণৈঃ। মনীষী মনসা বিপ্রঃ পশ্যত্যাত্মানমাত্মনি ॥১৫॥
ন হ্যয়ং চক্ষুষা দৃশ্যো ন চ সর্ব্বৈরপীন্দ্রিয়ৈঃ। মনসা তু প্রদীপেন মহানাত্মা প্রকাশতে ॥১৬॥
অশব্দস্পর্শরূপং তদরসাগন্ধমব্যয়ম্। অশরীরং শরীরেষু নিরীক্ষেত নিরিন্দ্রিয়ম্ ॥১৭॥
অব্যক্তং সর্ব্বদেহেষু মর্ত্ত্যেষু পরমার্চ্চিতম্। যোঽনুপশ্যতি স প্রেত্য কল্পতে ব্রহ্মভূয়সে ॥১৮॥
বিদ্যাভিজনসম্পন্নে ব্রাহ্মণে গবি হস্তিনি। শুনি চৈব শ্বপাকে চ পণ্ডিতাঃ সমদর্শিনঃ ॥১৯॥

ছুনা লৈরিবনি। ( অছুন'দ কার্য্যগী মগুংদা কর্ত্তানা করম হায়না লৈগদৌরি ? ) গুণ, শব্দ, চেতনা অসিন-চিংবসিসু বুদ্ধি ( জ্ঞান ) গী আশ্রয় ( আধার ) নত্তে। মসিংদি বুদ্ধি মশামক্তা চেতনাছুগী পূষ্টি তৌরিবনি। অছুগা বুদ্ধি মামক্লা সত্ত্ব রজ তম কোবা গুণ অছুমাসগী মশক্ ওইছুনা লৈরিবী প্রকৃতি মাবুদি শেমদে। মসুমদি বুদ্ধি মশামক্ হায়রিবী প্রকৃতিসিমক্কী কার্য্যনি, হায়র্বদি -- প্রকৃতিনা কর্ত্তা ওইছুনা শেম্বনি ॥১৪॥

মরম অছুনা জ্ঞানী ওইবা ব্রাহ্মণনা, হকচাং অসিদা লৈরিবা—ইন্দ্রিয় মত্তা, বিষয় মত্তা, স্বভাব, চৈতন্য মন, প্রাণ বায়ু অপান্ অছু জীব হায়রিবা তত্ত্ব তরুক্ অসিনা কুপ্‌শিল্লিবা তরাতরেৎ শুবা পরমতত্ত্ব পরমাত্মাবু বুদ্ধিগী পাম্বৈনা থম্মোয়নুংদা সাক্ষাৎকার তৌহ—উই ॥১৫॥ অছুনা মপান্‌গী মীৎনা অছুগা হায়রিবা ইন্দ্রিয়শিং অসিনসু পরমাত্মা মহাক্‌পু উবা ঙংদে *। পরমাত্ম মহাক্তি শেংলবা পুক্নীংগী মশক্ ওইরবা লংলবা থাউমৈ অছুকনা বুদ্ধিগী মগুংদা মতম পুম্বদা ঙান্দুনা লৈরিবনি ॥ ৬॥ হায়রিবা আত্মাতত্ত্ব অসিগী শব্দ, স্পর্শ, রূপ, রস, গন্ধনচিংবা গুণশিং অছুগা মখোয়াসবু লৌরিব হকচাং ইন্দ্রিয়শিং অসি লৈঙবসু,—হায়রিবা মচাক্‌শিং অসিনা শারিবা হকচাংসগী মগুংদা শোয়দনা থর্কম থোক্‌ই ॥১৭॥ অমাঙবা অমদি মশক্ হোংবা নাইরিবা, তোঙাল্ তোঙানবা মানং মওংগী হকচাংশিং অসগী মগুংদা অব্যক্ত ওইবগী মওংদা লৈরিবা পরমাত্মা মহাক্‌পু জ্ঞানতগী মশক্ ওইবা দৃষ্টি ( মীৎয়েং ) তনা মতম্ পুম্বদা উছুনত লৈরিবা মী মহাক অছুগী অমাদি অন্তকালদা, হায়বাদ শিরমদা-দা শিরবা তুংদসু ব্রহ্ম ভাবপু ফংছুনা চৎখি ॥১৮॥ থাজৈশিংনা জ্ঞানী পণ্ডিত ওইবশিংনা, বিদ্যানা চওখোল্লবা অখোইবা বংশদা পোক্লবা ব্রাহ্মণশিংদা শগোল, শামু, শল, হূইশিং অছুগা চণ্ডাল শাদানবশিং—আসনচিংবা পুম্নমক্‌পু মীৎয়েং অমতনা চপ্ মান্না উই। মপান্‌গী অচৌ অপিক কজব কজদববু উরুদনা তোঙাল্ তোঙান্‌বা হকচাংদা অরেম্মা মওং

* অসুম্মা উগদবা পরমাত্মা—ঈশ্বর মহাকপু মপাম্বোংগী মীৎনাকোংনাচিংবা ইন্দ্রিয়শিং অসিনা উবা তাবদি য়াদবছুদা মপাম্বোংতদা মউননীংবা, মপাম্বোংগী পঙউ উরিব মচামশূ, চক্ষু চনায়সিগুম্না উবা পম্বা নাস্তিক-শিংনা পরমেশ্বর মহাকপু লৈতে হেক্ত মহায়বনি। যোগীশিংনা থম্মোয়মুংদা সাক্ষাৎকার তৌরিবা ( উরিবা ) অসি, হায়জৈরবনি—তৌশিন্নবনি হায়না নাস্তিকশিংনা হায়। অছুগা উরিবা কোল্লিবা—চুপ্‌লিবা মচামশূনি হায়না খল্লিবা পঞ্চভৌতিক ওইবা হকচাং শদূনসিবুদি লৈ—অচুম্বনি হায়না খঞ্জে। লৈতবা পোৎপু লৈ হায়না উরিবা নাস্তিকনা অরৈবা মাবুদি উদে। মপাম্বোংগী উব পায়বা য়াবা পোৎ অছুতবু লৈ হায়নীংঙি। অছুগুম্বা নাস্তিক মামকসু অকুপ্পা বিচারনা ফংগদব পোৎশক ( রাখল ) অমবু উগে হোৎনরকপা মতমদদি মমীৎ উহল্লি। ( কালাচাঁদ )

সর্বেঽন্তবন্তো ইমেলোকা বাহ্যমেষাং ন কঞ্চন। যত্তজ্জগৎ সমাগচ্ছৎ যথাবাণো গুণচ্যুতঃ ॥২৭॥
নৈবাস্তং কারণস্যাস্য যদ্যপি স্যান্মনোজবঃ। তস্মাৎ সূক্ষ্মাৎ সূক্ষ্মতরং নাস্তি স্থূলতরং ততঃ ॥২৮॥
সর্বতঃ পাণিপাদং তৎ সর্বতোঽক্ষিশিরোমুখম্। সর্বতঃ শ্রুতিমল্লোকে সর্বমাবৃত্য তিষ্ঠতি ॥২৯॥
তদেবাণোরণুতরং তন্মহদ্ভ্যো মহত্তরম্। তদন্তঃ সর্বভূতানাং ধ্রুবং তিষ্ঠন্ন দৃশ্যতে ॥৩০॥
অক্ষরঞ্চ ক্ষরঞ্চৈব দ্বৈধীভাবোঽয়মাত্মনঃ। ক্ষরং সর্বেষু ভূতেষু দিব্যং ত্বমৃতমক্ষরম্ ॥৩১॥
নবদ্বারং পুরং গত্বা হংসো হি নিয়তো বশী। ঈশঃ সর্বস্য ভূতস্য স্থাবরস্য চরস্য চ ॥৩২॥
হানি ভঙ্গবিকল্পানাং নবানাং সঞ্চয়েন চ। শরীরাণামজস্যাহুর্হংসত্বং পারদর্শিনঃ ॥৩৩॥
হংসোক্তঞ্চাক্ষরঞ্চৈব কূটস্থং যৎ তদক্ষরম্। তদ্বিদ্বানক্ষরম্ প্রাপ্য জহাতি প্রাণজন্মনী ॥৩৪॥

---

লৈরৌদগী পাইথোক্‌খিবা তেন্না য়াঙ্‌না চৎখিবগুম্ নত্রগা পুক্রীংগী মতৌগুম য়াম্না য়াঙনা পাইখি চৎখি-হুনস্থ জগৎ পুম্নমকী আদি কারণ ওইবা পরমেশ্বর-পরমাত্মা মহাকী অন্তবু (অরোইববু) ফংবা—খঙ্‌বা ঙম্‌দে ॥২৭॥ পরমাত্মাগী সূক্ষ্মস্বরূপ (কুপ্‌প্রবা-পীক্‌প্রবা মওং) অদুগী হেন্না পীক্‌পা পোৎ অমত জগত্তা লৈতে মহাকী স্থূলস্বরূপ (চাউরবা মওং) অদুদগী হেন্না চাওবা পোৎ অমত জগত্তা লৈতে। মকম্ মতম্ পুম্বদা মাগী খুৎকী খু মক্তনি। খোঙগী খোঙমক্তনি, মীংকী মীৎমক্তনি, কোকী কোকমক্তনি, মায়-থোংগী মায়থোংমক্তনি, অদুগা নাকোংগী নাকোংমক্তনি। বিশ্বব্রহ্মাণ্ড অসিগী পোৎ খুদিংমক্ত ঈয়োঁ য়োনা পোৎ খুদিংমক অদুগীস্থ মথুং মপান্ পুম্বা মহাক্ মথন্তনা কুপ্পনা লৈরিবনি ॥২৮॥ মহাক্না মপীক্লে হায়গ-দৌরিবা পোৎ অদুদগীস্থ পরমাত্মানা অমুক্ হেন্না পীক্লে। মহাক্না মচাওরে হায়গদৌরিবা পোৎ অদুদগীস্থ পর-মাত্মানা অমুক্ হেন্না চাউই। অচং চত্ত পোৎ খুদিংমকী মথুং মপান্দা লৈনা লৈনা কনা অমতনা মাবু উবা ফংদে ॥৩০॥ পরমাত্মাগী ক্ষর (মাঙ্‌খিগদবা উখিরোইদোবা) হায়বা অমগা অক্ষর (অমাঙ্ অতা লৈর-রোইদোবা হায়বা অমগা স্বরূপ অনীনি। মপান্‌গী বিশ্বব্রহ্মাণ্ড অসিদা লৈরিবা অচচ্চত্ত পুম্নমক্তা অদুগা খুদিংমক্তা লৈবা মাগী স্বরূপ অসিনা ক্ষরনি। অদুগা মথোয় সদা লৈরিবা সত্যস্বরূপ ওইবা চৈতন্য (জ্ঞান শক্তি) অসিনা পরমাত্মাগী অক্ষয স্বরূপনি। হায়বদি অমাঙ্ অতা লৈত্রবা মওংনি ॥৩১॥

থরায় পান্‌বা অচচ্চত্ত পুম্নমকী হর্তা কর্তা (ঈশ্বর) ওইরিবা পরমাত্মা মহাক্না, খোঙ মাপল্ কাৎপা দেহ (হকচাং) দা হংসগী মশক্ লৌহুনা হায়বদি জীব কৌহুনা হাইব-নোম্বা লেঙব ওৎপা য়াওদনা মতম থরদং স্থির ওইনা লৈ ॥৩২॥

তত্ত্ব জ্ঞান লৈবা, জ্ঞানী পণ্ডিতশিংনা, মমৈথঙদা মাঙখিগগদবা, মীকুপ খুদিংদা মশক্ মওং হোং-লিবা হকচাং হায়বসিবু হন্না হন্না লৌরিবা, অমাঙ অতা লৈতবা পরমাত্মা মহাকী অংশ (শরক্) অমা ওইনা লৈরিবা জীব অসিবু "হংস" হায়না মিংথোল্লি ॥৩৩॥ অমাঙ অতা লৈত্রবা, জীব মহাকপু হংস অসুম হায়না মিংথোনখ্রে মহাক্তি খুইদগী রা না তোঙাম্না তাহুনা লৈবনি। অসুম ওইবা অমাঙ্ অতা লৈত্রবা জীবাত্মা অসিগী থাজৈশংবা তত্ত্ববু খঙনবা অদুগুম্বা জ্ঞানীনা প্রাণ (হিংব) গী, পোক্‌পগী, শিবগী বন্ধনবু থদৎপা ঙম্মি ॥৩৪॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি শুকানুপ্রশ্নে চতুস্ত্রিংশদধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ ।২৩৪।

——(*)——

মফম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা, মোক্ষ ধর্ম্মপর্ব্বদা শুকানুপ্রশ্নগী চনী কুন্থ্রামরিশুবা অধ্যায় লোইরে ॥২৩৪॥

— : ❀ : —

# মণিপুরী মহাভারত

## পঞ্চত্রিংশদধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ

### ( যোগসাধনতনা পরমাত্মা ফংননবগী তাকপা )

### চনীগা কুন্থ্রামঙাশুবা অধ্যায়

——(*)——

ব্যাস উবাচ ।

পৃচ্ছতস্তব সৎপুত্র যথাবদিহ তত্ত্বতঃ । সাংখ্যজ্ঞানেন সংযুক্তং যদেতৎ কীর্ত্তিতং ময়া ॥১॥

যোগকৃত্যং তু তে কৃৎস্নং বর্ত্তয়িষ্যামি তচ্ছৃণু । একত্বং বুদ্ধিমনসোরিন্দ্রিয়াণাং চ সর্ব্বশঃ ॥২॥

আত্মনো ব্যাপিনস্তাত জ্ঞানমেতদনুত্তমম্ । তদেতদুপশান্তেন দান্তেনাধ্যাত্মশীলিনা ॥৩॥

শ্রীব্যাসনা হায়,— ঈপাগী ঈবুঙো, নবায়বক্ ফনা পোক্লবা ! নহাক্না হংবা মতুংইন্না থাঙ্গশেংবা তত্ত্বজ্ঞানগী বিষয়তদা হায়খ্রিবশিং অদো সাংখ্যযোগ অমদি সাংখ্যজ্ঞানগা য়াম্না মন্না লৈনবা ৱানি ॥১॥ হৌজিক্তি যোগগী মতুংইন্না তৌগদবা থবক্ পুম্নমক অহু ঐ হায়গে মুন্ন তাও। ইন্দ্রিয় পুম্নমক অমদি বুদ্ধি মখোয়গী বৃত্তিশিং অসিবু মায়গৈ পুরমক্কগী থিংহুনা মখোয়সিবু মফম পুম্নমক্তা শীন্থুনা লৈরিবা আত্মাদা লোইনা চঙহল্লগা— হাপচিল্লগা আত্মাগা মশা অমতা ওইহন্থিগদবনি। মাসিনা যোগশাস্ত্রগী মতমশিংগী মঙুংদা খ্বাইদগী অথোইবা জ্ঞাননি ॥ ১॥০ ॥ জ্ঞান অসিবু ফংননবগী দমক্তা সাধকনা পুক্নীং হায়বা মহা ইন্দ্রিয় অসিবু বিষয় পুম্নমক্কগী তোঙান্না ঈপ্লোরকুনা শম দমনচিংবা সাধনশিং অসিগা লোয়ননা আত্মতত্ত্ববু খন্নুনতা লৈগদবনি ; অদুগা নৈনহুনা শঙদোকদবনি। মতৌ অসুম্না পরমাত্মাগী ৱাখল্লদা ঈপুং লুপ্তাইনা লৈথোকদবনি। জ্ঞানী ওইবশিংদগী জ্ঞানবু তমথোক্ লৌথোকদবনি। শাস্ত্রনা বিধান তৌরিবা কর্ম্মশিং অদুবু নিষ্কাম ভাবতা— মহৈ পামদনা পাঙথোক্কদবনি। মতৌ অসুম্না কর্ম্মশিংবু তৌনা তৌনা খঙকম থোক্পা থঙগদবমক্ ওইবা কর্মশিং অদুবু পাঙথোক্কদবনি ॥ ৩॥০ ॥ যোগসাধনগী লম্বীদা অকায়বা—

আত্মারামেণ বুদ্ধেন বোদ্ধব্যং শুচিকর্ম্মণা। যোগদোষান্ সমুচ্ছিদ্য পঞ্চ যান্ কবয়ো বিদুঃ ॥৪॥
কামং ক্রোধং চ লোভং চ ভয়ং স্বপ্নং চ পঞ্চমম্। ক্রোধং চ যেন জয়তি কামং সঙ্কল্পবর্জনাৎ ॥৫॥
সত্ত্বসংসেবনা ধীরো নিদ্রামুচ্ছেত্তুমর্হতি। ধৃত্যা শিশ্নোদরং রক্ষেৎ পাণিপাদং চক্ষুষা ॥৬॥
চক্ষুঃ শ্রোত্রে চ মনসা মনো বাচং চ কর্ম্মণা। অপ্রমাদাৎ ভয়ং জহ্যাৎ দম্ভং প্রাজ্ঞোপসেবনাৎ ॥৭॥
এবমেতান্ যোগদোষান্ জয়েন্নিত্যমতন্দ্রিতঃ। অগ্নীংশ্চ ব্রাহ্মণাংশ্চৈব দেবতাঃ প্রণমেত চ ॥৮॥
বর্জয়েদুশতীং বাচং হিংসাযুক্তাং মনোনুগাম্। ব্রহ্ম তেজোময়ং শুক্রং যস্য সর্ব্বমিদং রসঃ ॥৯॥
এতস্য ভূতং ভব্যস্য দৃষ্টং স্থাবরজঙ্গমম্। ধ্যানমধ্যয়নং দানং সত্যং হ্রীরার্জবং ক্ষমা ॥১০॥
শৌচমাচারসংশুদ্ধিরিন্দ্রিয়াণাং চ নিগ্রহঃ। এতৈর্বিবর্দ্ধতে তেজঃ পাপ্মানং চাপকর্ষতি ॥১১॥
সিধ্যন্তি চাস্য সর্ব্বার্থা বিজ্ঞানং চ প্রবর্ত্ততে। সমঃ সর্ব্বেষু ভূতেষু লব্ধালব্ধেন বর্ত্তয়ন্ ॥১২॥

---

অপনবা পীওম্বদি— অপাম্বা, অশাউবা মিহৌবা, অকিবা অদুগা মঙাগুবদা অতনবা তুম্লিং উইনিংবা মখোয় মঙা অসিনি হায়নৈ। মঙা অসিবু মরুফংনা ফুংক্তোকুনা ল'থোক্কদবনি। মনোনিগ্রহ (পুক্নীংবু কাজিল্লাক্‌সিনবা) হায়বতুনা অশাউববু কাজিনগদবনি। অপাম্ব হায়বতুগী সঙ্কল্প থাদোক্লকপা হায়বতুনা মাঙহনগদবনি। সত্ত্বগুণতনা তিনবা অচাপোত্তুনা হায়বদি সাত্ত্বিকভোজনতনা অতনবা তুম্লি-খোংনিংববু থাদোক্‌কদবনি॥৫॥ তপশবা পাখত্তবা হায়বতুনা খুংলায় ওইতুনা তাইবংমীনা লিঙ্গশরীরগা অদুগা অরায়-খোয়াংবগী লৈফম পুক্ হায়বতুবু ঙাক্ শেন্দুনা থমগদবনি। হায়বদি বিষয়ত্তেগকী চিত্তবু অদুগ। অহাউ অথুম তমক্ চাবা চানীওবা হায়বতুবু থাদোক্কদবনি। মীংনা খুংলায় ওইহনা খোঙ খুংপু লাকশিন কাজিন্দুনা থমগদবনি। পুক্নীংনা মীংকা নাকোংগবু অদুগা কর্মতনা পুক্নীংবু, অদুগা মাঙাঙ ময়াইবু ঙাকদোবনি অদুগা চামথোক-শেংদোক্কদবনি। চেকশিনবা তুং-মাঙ য়েংবা হায়বতুনা খুংলায় ওইতুনা অকিবা মিপাইবা হায়বতুবু অদুগা জ্ঞানী ওইবা মীশিংগা সংসঙ্গ তৌবা হায়বতুন খুংলায় ওইতুনা 'নাপল থোয়বা' হায়বতুবু থাদোক্কদবনি, মুত্থৎকদবনি ॥৬—৭॥ মতৌ অসুম্না মতম পুম্নমক্তা য়াম্না চেকশিন্না যোগমার্গদা অপনবা পীরিবা দোষশিং অসিবু ঙমনবা, নমহৎননবা হোৎনগদবনি অদুগা লোয়ননা অগ্নিদেবতা অদুগা ব্রাহ্মণদেবতাবু পূজা তৌগদবনি। অদুগা দেবতাশিংগী পূজা সেবা তত্তনা তৌতুনা লৈগদৌবনি ॥৮॥ মীগী পুক্নীংদা হিংসা পোক্লনবা ওইবা অকনবা তমথীবা ৱাহৈ থক্ শীজিন্নবোহদৌবনি। শেংলবা জ্ঞানগী মঙাত্তগী মশক্ ওইবা ব্রহ্ম হায়বতুতনা অচচ্ছত্তনা থল্লবা বিশ্বজগৎসিগী মরু (বীজ) নি। হেক্ উরিবা লেভিত্ত পাল্লিবা পুম্নমকসি মহাক্কী কার্য্য মক্তনি। অচচ্ছত জীব পুম্নমকসি ব্রহ্ম মহাক্কী সঙ্কল্পদগী পোকখিবা পরিণাম (মমৈ) মক্তনি ॥ ৯।১০ ॥ ধ্যান, বেদবু তম্বা নৈনবা, দান, সত্য (অচুম্বা) লজ্জা (ইকাইবা), শৌচ (অশেংবা অমাং মুম্না থায়বা) আচার ব্যবহার য়াম্না ফজবা শেংবা, অদুগা ইন্দ্রিয়শিংবু কাহেনবা অমদি ফজ্জ। থবক্তগী চিংথোকপা খিংবা হায়রিবা খুংলায়শিংসিনা ব্রহ্মতেজবু চাওখৎহল্লি, অদুগা অমম্বা দোষ পুম্নমকপু মংওহল্লি ॥১০—১১॥

অসিত নত্তনা, হায়খিবা সাধনাশিং অসিগী পাম্বৈনা সাধক ওইরিবা মহাক্কী নীওবা পুম্নমক্ সিদ্ধ ওই। বিজ্ঞানবুসু মহাক্না লায়না ফংব ঙম্মি, হায়বদি বৈজ্ঞানিকশক্তি অমদি বিত্তাবু মহাক্ত ফংঙি। যোগী হায়বুসিনা

ধূত পাপ্মা তু তেজস্বী লঘ্বাহারো জিতেন্দ্রিয়ঃ। কামক্রোধৌ বশে কৃত্বা নিনীষেৎ ব্রহ্মণঃ পদম্ ॥১৩
মনসশ্চেন্দ্রিয়াণাং চ কৃত্বৈকাগ্র্যং সমাহিতঃ। পূর্ব্বাত্রাপরাধং চ ধারয়েন্মন চাত্মান ॥১৪॥
জন্তোঃ পঞ্চেন্দ্রিয়স্যাস্য যদেকং ছিদ্রমিন্দ্রিয়ম্। ততোঽস্য স্রবতে প্রজ্ঞা দৃতেঃ পাদাদিবোদকম্ ॥১৫॥
মনস্তু পূর্ব্বমাদদ্যাৎ কুমীনমিব মৎস্যহা। ততঃ শ্রোত্রং ততশ্চক্ষুর্জিহ্বাং ঘ্রাণং চ যোগবিৎ ॥১৬॥
তত এতানি সংযম্য মনসি স্থাপয়েৎ যত্র। তথৈবাপোহ্য সঙ্কল্পান্ মনো হ্যাত্মনি ধারয়েৎ ॥১৭॥
পঞ্চেন্দ্রিয়াণি সংধায় মনসি স্থাপয়েৎ যতঃ। যদি তান্যেব তিষ্ঠন্তি মনঃ ষষ্ঠানি যথাত্মনি ॥ ৮।
প্রসীদন্তি চ সংস্থায় তদা ব্রহ্ম প্রকাশতে। বিধূম ইব দীপ্তার্চিরাদিত্য ইব দীপ্তিমান্ ॥১৯॥

তৌগদবা হায়বদ্ অচচক্ত জীব খুদিংবু চপ্ মান্নবা মীৎয়েং অমতদা য়েঙবা—অসিনি। নোংমগী অকংবা অতুতদা ঈপেন্ত পেন্ন লৈগদৌবনি। তৌথিবা পাপ্ পুম্নমকপু যোগ শক্তিতনা চাম্থোক্ তৈথোক্কদবনি। তেজ লৈহন্দুনা ঈচঙ থোনা চাং নাইনা খর খরদং চাত্নুনা লেনগদবনি। ইন্দ্রিয় খুত্থুম চন্দুনা কাম-ক্রোধ (অপাম্বা—অশাউবা) অনীবু খুত্থুম মখাদা থম্লুনা ব্রহ্মপদবীবু কংননবগী হোৎনগদবনি॥১২ ১৩॥ সাধক যোগী অমনা, পুক্নীং অমদি ইন্দ্রিয়শিংবু মচীন্ অমতদা পুনশিনহন্দুনা অহিংগী অহান্বা প্রহরদা অমুগা অরোইবা প্রহরদস্থ ধ্যান তৌত্নুনা হৌজিক্কী অমত ওইন পুনশিন্নতনখ্রিবা পুক্নীং অমদি ইন্দ্রিয়শিং অতু আত্মা মথক্তুদা চঙচনখিগদবনি॥১৪॥ পন্দা পীক্রবা মখুল অমতং হেক্ লৈবদা ঈশিং মরীশিংনা মথং মথং মাগী মাগী থোক্ফম্ মখুল্ হূৎ হূক্নুনা চেন্থরকপত্নুগুম্না জীব আত্মাসিগী ইন্দ্রিয় অমত্তুনা করিগুম্বা। অম তেক্ লৈখিবদা, মাত্নুদা বিষয়শিং অতু মংং মথং চেন্শিন্নরকপত্নুদা ইন্দ্রিয় অতৈত্তুস্থ মথং মথং হোনরক্নুনা, বিষয় মখল মখল চঙশিন্নকপত্নুদা বুদ্ধিস্থ ময়াওস্থমস্থম কশিন্নকই ॥১৫॥ ভাকাব (হুম) না ভা মচামচাশিংবু চাথোকপা মক্রবা ফক্রবা চাউরবা ভাশিংবু হান্ন ফাদোকপা হাক্তোকপত্নুগুম্না যোগসাধকশিংনা মরৈমরাং চাউবা পুক্নীংবু হান্ন ফাজিন্দুনা থম্মি। অদুগী তুদা মীং-নাকোং লৈনাচিবা ইন্দ্রিয়শিংবু জ্ঞানগী লাংদা ফাজিন্দুনা থম্মি॥১৬॥ সাধনাদা য়ম্ন চোকশিন্বশিংনা ফাজিল্লবা ইন্দ্রিয়শিং অদুবু অমুক্স্থ হান্ন ফাজিল্লিবা পুক্নীং অদুদা হাপ্চিল্লি। অদুগী তুংদা সংকল্প পুম্নমক্ থাদোক্নুনা পুক্নীং অদুবুস্থ অমুক বুদ্ধি (জ্ঞান দা হাপ-চিল্লি। জ্ঞান (বুদ্ধি) গী শক্তক ভাক্ত ভায়হল্লি॥ ৭॥

মরম্ অদুনা যোগীশিংনা ইন্দ্রিয় মঙাবু বিধি কায়দনা ক্রম কায়দনা মথং মনাও নাইনা—ফাজিল্লগা, পুক্নীং কৌবা অতীন্দ্রিয় মঙোন্দা হাপাচনগদবনি। অদুগী তুংদা ইন্দ্রিয় মঙাগী মথংদা লৈবা তরুকশুবদা লৈবা পুক্নীংসিবু মথোয় মঙাদুগা কোম্নবা জ্ঞানাগ্নিদা থাগদবনি। জ্ঞান মাত্রদা (জ্ঞানতদা) হেক্ চঙশিবদা সাধক অদু ব্রহ্মগা সাক্ষাৎ কার তৌই, হায়বদি ব্রহ্মপদবীবু ফংই॥ ৮॥ মতম্ অসিদা সাধক যোগী অদুনা মশামক্কী থম্মোয় মুংদা মৈথু থাদ্রবা মৈমি কন্না চাক্লবা মৈগী মতৌগুম্বা অদুগা নোংমদোন্থক্কা লেঙ্দনা ভাল্লবা নোংথাগী মপৈগুম্বা অদুবু উই *। আত্মাদুগী মঙংদা সাধক যোগী অদুনা খোখোৎপা উই।

* উরবা কর্ত্তা আত্মাসিনা দ্রষ্টানি। মহাক্না উরবা আত্মা কর্ম অদু নংমা দ্রষ্টব্য আত্মানি। হায়বদি মশানা মশাবু উই—হায়বনি। (কালাচাঁদ)

বৈদ্যুতং হি গিরিবাকাশে দৃশ্যতেহন্তরা তথাত্মনি। সর্বস্তত্র চ সর্বত্র ব্যাপকত্বাচ্চ দৃশ্যতে ॥২০॥
তং পশ্যন্তি মহাত্মানো ব্রাহ্মণা যে মনীষিণঃ। ধৃতিমন্তো মহাপ্রাজ্ঞাঃ সর্বভূতহিতে রতাঃ ॥২১॥
এবং পরিমিতং কালমাচরন্ সংশিতব্রতঃ। আসীনো হি রহস্যেকো গচ্ছেদক্ষরসাত্মতাম্ ॥২২॥
প্রমোহো ভ্রম আবর্ত্তো ঘ্রাণং শ্রবণদর্শনে। অদ্ভুতানি রসস্পর্শে শীতোষ্ণে মারুতাকৃতিঃ ॥২৩॥
প্রতিভামুপসর্গাংশ্চাপ্যুপসংগৃহ্য যোগতঃ। তাংস্তত্ত্ববিন্ন দৃশ্যেত আত্মন্যেব নিবর্ত্তয়েৎ ॥২৪॥
কুর্য্যাৎ পরিচয়ং যোগে ত্রৈকাল্যে নিয়তো মুনিঃ। গিরিশৃঙ্গে তথা চৈত্যে বৃক্ষাগ্রেষু চ যোজয়েৎ ॥২৫॥
সংনিয়ম্যেন্দ্রিয়গ্রামং কোষ্ঠে ভাণ্ডমনা ইব। একাগ্রং চিন্তয়েন্নিত্যং যোগান্নোদ্বেজয়েন্মনঃ ॥২৬॥

সর্বব্যাপক ওইবনা আত্মা অদুবু অচচ্চত্ত পুম্নমক্তসু উই ॥ ১৯॥০ ॥ ব্রহ্মজ্ঞানী ওইবা, য়াম্ন শাস্ত ওইবা, জীব পান্বা পুম্নমক্কী অকবত্ত খনবা, খনবা, জীব পান্বা খুদিংমক্কী কান্নবতা তৌবা মহাত্মা ওইবা মহাক্ অদুত্তনা পরমাত্মাগী দর্শন ফংবা ঙম্মি ॥২০॥ য়াখল্ বিচার য়ম্ম তৌবা, য়াম্ন কুপ্পা নৈনগন্বা, ব্রহ্মজ্ঞানী ওইবা, অরাবা খুদোংথীবা মতমদা ফিংগত্তবা-পাখত্তবা, য়াম্না শিংবা অা-য়োনা উশিন্বা, পূকচেল চাউবা, জগৎকী কান্নবা-ওইজবতা থন্বা অদুগুম্বা যোগী সাধক্ ব্রাহ্মণনা পরমাত্মাদুগী দর্শনবু ফংবা ঙম্মি ॥২১॥ মুমিৎ খুদিংগী অকক্নবা মতম অমদা, অচৌকপা মফম্ অমদা মথন্ত তুমিন্না ফমদুনা পুক্নীং চঙনা যোগভ্যাস তৌরিবা সাধক যোগী মহক্ অদুত্তনা পরব্রহ্মমক্কী সমতা ( মান্নবা ) দা লাকই ॥২২॥ যোগ সাধনাগী লম্বীদ চৎপা হৌরকপদা শুমহৎপা, কাউবা-অরানবা, পুক্নীং হন্বা অসিনচিংবা য়ৈথারবশিং অসি হেক্ হেক্ লাকই। অকান্নবা—অথিংবশিং অসিদগী লাস্তোকখ্রবা তুংদা মুশিরবা মনম্, লাইরেবাক্কী খোঙ্গেল্ ( হৈশৈ ) অদুদা নীঙখিজরবা মূর্ত্তিশিংবু নম্বা, তাবা উবা ফংডি। অঙকপা ফংলবা রস, অঙকপা ফংলবা পোশকশিংবু শোকউ পায়কবগী মুংঙাইবদু ফংডি। অপাম্বা অঙ্গ, অশা পুম্নমক্ ফডি। মুংশিংমক্কী মশক্ লৌদুনা আকাশদা হুংগৎহন্দা চৎপগী শক্তি অসি লাকই ॥২৩॥

প্রতিভা ( চৈরক্ত লাকপা জ্ঞান শশিনচিংবা ) অসি মথং মথং চাওখৎলকই। লাইরমলেন্গী ভোগ্য পদার্থমক্ত মশা মশানা লাক্চি। চায়রিবা মনম মহাওনচিংবসিমকপুসু খোইনা পান্মুদনা, হৈনিংঙ্দনা তন্ত খঙবা যোগী সাধকশিংনা লাকলিবা পোৎশিং অসিবু থোইনা লুনা তৌরুবা নৈতে। অদুগা যোগীশিংনসু মখোয় অসিবু থোইনা লুনা তৌরোইদৌবনি। মরমদি মখোয়সি যোগগী লম্বীদা অপন্বা য়ৈথারবা পী। অদুনা পুক্নীংবু মখোরসিদগী চিংথোরক্না আত্মাদা চঙহন্খিগদবনি ॥২৪॥ নিয়ম্ কান্নদনা, মুমিৎ খুদিংগী তৌগদবা মথোদা পুক্নীং চঙ্লিবা যোগীশিংনা চঙগী চীক্নবা চীঙ্দোন্দা, খোংবট, সনাখোংনা, দেবদারুন-চিংবা উগী উথাদা ফমদুনা, নত্রগা অচীক্পা দেবমন্দিরদা তুমিন্না ফমদুনা, নোংমগী মতম অদুমদা হায়বদি অয়ুক্তা, মধ্যাহ্নদা অদুগা মুমিদাংবাইরমদা যোগাভ্যাস তৌগদবনি ॥২৫॥ মপান্গী সংসারগী বিষয় পদার্থশিবু পাম্বশিংনা মুমিৎ খুদিংগী পোচ্চে মন্নাম পৈখৎপদুগুম্না যোগী সাধক অমনসু ইন্দ্রিয় পুম্নমকপু লোইনা খোমজিন্দুনা থম্মোয়দা থুপ্পুনা লৈবা আত্মাদা তুংহনশিগদবনি। অদুগুম্বা আত্মাবু চিন্তন তৌদুনা লৈগদবনি। পুক্নীংদা কন্নিগুম্ব বিষয় অমগী ইপোম হৌহল্লোইদৌবনি ॥২৬॥

যেনোপায়েন শক্যেত সংনিয়ন্তুং চলং মনঃ। তং চ যুক্তো নিষেবেত ন চৈব বিচলেৎ ততঃ ॥২৭॥
শূন্যা গিরিগুহাশ্চৈব দেবতায়তনানি চ। শূন্যাগারাণি চৈকাগ্রো নিবাসার্থমুপক্রমেৎ ॥২৮॥
নাভিষ্বজেৎ পরং বাচা কর্ম্মণা মনসাপি বা। উপেক্ষকো যতাহারো লব্ধালব্ধে সমো ভবেৎ ॥২৯॥
যশ্চৈনমভিনন্দেত যশ্চৈনমপবাদয়েৎ। সমস্তয়োশ্চাপ্যুভয়োর্নাভিধ্যায়েচ্ছুভাশুভম্ ॥৩০॥
ন প্রহৃষ্যেত লাভেষু নালাভেষু চ চিন্তয়েৎ। সমঃ সর্ব্বেষু ভূতেষু সধর্ম্মা মাতরিশ্বন্ ॥৩১॥
এবং স্বস্থাত্মনঃ সাধোঃ সর্বত্র সমদর্শিনঃ। ষণ্মাসান্নিত্যযুক্তস্য শব্দব্রহ্মাতিবর্ত্ততে ॥৩২॥
বেদনার্ত্তাঃ প্রজা দৃষ্ট্বা সমলোষ্ট্রাশ্মকাঞ্চনঃ। এতস্মিন্ নিরতো মার্গে বিরমেন্ন চ মোহিতঃ ॥৩৩॥

অসি নত্তনা পূক্লৌংবু ক্যাজিন্দুনা ইপোম্ হৌহন্দনা থম্নবা করি উপায় অমনা সাধক যোগী অমনা হোৎনগদৌবনি। অদুগা হোৎনরিবা নিয়ম লীক্লম্ অদুদগী থক্ কায়না চৎলোইদৌবনি ॥২৭॥ পূক্লৌং অনী লোঙ্ত্রবা যোগীনা চীঙ্গী চীক্লবা লোক্নুংদা নক্লগা অচৌকপা লম্‌হাংদা শাবা দেবমন্দির্নুংদা নক্লগা মী কৈত্রবা য়ুম অহাঙবদা লৈগদবনি ॥২৮॥ যগী সাধক অমনা তৌগদবদি পূক্লৌংনা হকচাংনা অমদি ৱাহৈনা করিগুম্বা অতোপ্পা বিষয় অমদা থক্ চঙশিল্লুদবা—অসিনি। করিগুম্বা হীরম অমদা চঙ্‌ঙুদবা, সংসারগী বিষয়শি অসিদা থাম্না চঙশিল্লুদবা পোৎনা তৌরুদবা অদুগা নিয়ম মতম নাইনা খর খরদং থোংমগী অকংবা চাহুনা লেনবা, মাঙ্‌ব তোংববু অমত ওইনা খন্‌বা অমদি উবা—অসিনি যোগ সাধক যোগী অমনা তৌগদবদি ॥ ২৯॥ মগাকুম্ব কনাগুম্ব অমনা নিন্দা তৌরবা থাগংলবা—অনী অসিবু অমত ওইনা চপ্ মান্নবা লৌবা অমগীনা অকবত খন্‌বিবগা অমগীনা অকবত খনবিবা—অসিননিংবসি তৌদবা অদুগুম্বা মীতনা যোগগী সাধক যোগী ওইগদবনি ॥৩০॥

তোংজরা-ওইজরা ওইথক্‌পা ফংলগা কা হেন্না হরাওদবা, অমাঙবা ফংলবা কা হেন্না চিন্না তৌদবা, অদুগা অচচত্ত জীবপান্‌বা খুদিংমক্তা চপ্ মান্নবা অথোই অহেন নাইদবা দৃষ্টিপত ( মীংয়েং তাহনরা ) অসি-নচিংবা কর্ম্মশিং অসিবু যোগী সাধক অমনা চোংশিন্না ঙাকদবনি, খুংশিংমক্তা চপ্ মান্নবা মফম পুম্বদা, বিষয় পুম্বদা ইয়ো, মৌরবস্ মৌরুরিবা বিষয় অমদি মফম অদুদা আসক্তি থম্মোইদৌবনি, অদুগা মাসিনা ঐগী লেঙঙরোইদৌরা য়ুমনি—লৈফম্নি হায়বসি থক্ খল্লোইদোবনি ॥৩১॥ মতৌ অসুম্না, থম্মোয় মকারাম্না, ঈশ্বর খুংঙাইনা পোৎ-জীব খুদিংমক্তা চপ্ মান্নবা রাখল বিচার থম্‌হুনা, তৌরু তৌরুবা কর্ম্মশিংগী মহেৎবু কা হেন্না পাম্‌শিল্লুদনা-খল্লুদনা, থা তরুক চুপ্পা যোগাভ্যাস তৌবা যোগী অদুতনা পরংব্রহ্ম পরমাত্মাগী সাক্ষাৎ কার তৌই ( উবৈ থেংবৈ ) ॥৩২॥ মচা মশুশিংনা শাগৈ নাতৈনা লল্ ( শোল্ ) লৈতবগী অরাবা অনংবগু উবগা ধন সম্পত্তি অদোমদা উদাস ওইগদবনি *। লৈপাক্ মতুমগা সনা মতুমগা চপ্ মান্নবা উপগদবনি।

* ঐবু অমদি ঐগী ঈচা ঈশ্ মরূপ মপাংবু রাহল্লিবসি ধন সম্পত্তি হায়বহুনিকো হায়বসি খন্দুনা অরাবা পীরিমা পোশক অহুবু কা লেন্না থক্ পাম্মোইদৌবনি। মথোয় অসিতনা কাম ক্রোধ লোভ পোকহল্লিব-নিকো হায়বসি চনীংতানা খন্দুনা অমনি খঙহুনা-করনা রাখলবু পোকহল্লিবা পোশকশিং অহুবু থক পাম্মোই-

অপি বর্ণাপকৃষ্টস্তু নারী বা ধর্মকাঙ্ক্ষিণী। তাবপ্যেতেন মার্গেণ গচ্ছেতাং পরমাং গতিম্ ॥৩৪॥
অজং পুরাণমজরং সনাতনম্ যদিন্দ্রিয়ৈরুপ লভত্তে নিশ্চলৈঃ। অনে রণীয়ো মহতোমহত্তরং তদাত্মনা পশ্যতি যুক্তমাত্মবান্ ॥৩৫
ইদং মহর্ষের্বচনং মহাত্মনো যথাবদুক্তং মনসানুদৃশ্য চ। অবেক্ষ্য চেমাং পরমেষ্ঠিসাম্যতাং প্রয়াত চাভূতগতিং মনীষণঃ ॥৩৬

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি
শুকানুপ্রশ্নে পঞ্চত্রিংশদধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ ॥ ২৩৫ ॥

—:০:—

হায়রিবা যোগ মার্গ অসিদগী লীকলম্ খক্ কাম্নরোইদৌবনি। অদুগা করিনো হায়রিবা হায়না শুদ্ধাংপা চিংনবদা থক্ তারোইদৌবনি ॥৩৩॥ সমাজদা তোয়বা-হন্নবা জাতিগী মীশক ওইরবসু, নিপা থঙদে-নুপী থঙদে, হায়রিবা য়াগল অসিদা যোগ সাধন তৌন তৌন মপুনশি লেয়বদি মী মহাক অদু অথোইবা গতি ( পদবী খুত্তম ) বু ফংঙি ॥৩৪॥ অরাল্ অদুই য়েংদনা অমগমগা পঙথক্ত থন্নবগী খুৎলায় ওইরিবা পুক্নীং হায়বসিবু মাগী খুত্তম্ মথাদা থন্নবা অদুগুম্ন। যোগী মহাক অদুদি ফাজিন্ত্রবা লেঙত্রবা পুক্নীং, বুদ্ধি, অদুগা ইন্দ্রিয়শিংগী পাম্বৈনা থম্মোয়দা উব শোক্পনচিংবা ডনপ্রবা অদুম ওইবা পোকপা শিবা লৈতনা মতম লৈবা খিবিক্তা অমাঙ-অতা লৈতনা লৈরবা অশীকৃপদগী পীক্লবা, অগৌবদগীসু চাউরবা পরমাত্মাবু মহাক্কী আত্মানা অনুভব তৌহল্লি ॥৩৪॥ মহর্ষি ব্যাসনা তাক্লিবা পাউত্তাকশিং অসিবু পুক্নীং কৃপ্না কন্ন খন্নহুনা অদুগা খাঙ্গেশেংনা খঙলহুনা, খঙলিবহুগী মতুং ইন্না সংসারদা কর্ম তৌরিবা মী মহাক অদুদি ব্রহ্মমক্তা পাংথক ওই। প্রলয়গী মতম ফাওবা ব্রহ্মলোকত ব্রহ্মাগী নাক্ত লৈহুনা, মমৈথঙদা মুক্তি পদবীবু ফংখি ॥৩৬॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং-চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা
মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বদা শুকানুপ্রশ্নগী চনীগা কুন্থ্রামত্তাশুবা অধ্যায় লোইরে ॥২৩৫॥

—:(;: —

লৌবনি। লোনক্শিং অদুবু অদুক্কী মতীক্ পাম্মুবগা, ফলুবগা অরাবা পীভহ্না, যত্রব রাথলনিং অসি অদুক্কী মতীক্ হেনগৎলকই।— ( কালাচাঁদ )

# মণিপুরী মহাভারত

( কর্ম্মগা জ্ঞানগা থেন্নবা ব্রহ্মপ্রাপ্তিগী জ্ঞান তাক্পা )

## ষটত্রিংশদধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ।

## চনীগাকুন্থ্রাতরুক্শুবা অধ্যায়।

——:():——

শুক উবাচ।

যদিদং বেদবচনং কুরু কর্ম্ম ত্যজেতি চ। কাং দিশং বিদ্যয়া যান্তি কাং চ গচ্ছন্তি কর্ম্মণা ॥১॥

এতদ্বৈ শ্রোতুমিচ্ছামি তদ্ভবান্ প্রব্রবীতু মে। এতদন্যোন্যবৈরূপ্যং বর্ত্ততে প্রতিকূলতঃ ॥২॥

ভীষ্ম উবাচ।

ইত্যুক্তঃ প্রত্যুবাচেদং পরাশরসুতঃ সুতম্। কর্ম্মবিদ্যাময়াবেতৌ ব্যাখ্যাস্যামি ক্ষরাক্ষরৌ ॥৩॥

যাং দিশাং বিদ্যয়া যান্তি যাং চ গচ্ছন্তি কর্ম্মণা। শৃণুষ্বৈকমনা বৎস গহ্বরং হ্যেতদন্তরম্ ॥৪॥

অস্তি ধর্ম্ম ইতি প্রোক্তং নাস্তীত্যত্রৈব যে বদেৎ। তস্য পক্ষস্য সদৃশমিদং মম ভবেৎ যথা ॥৫॥

---

শুকদেবনা হংডি,— পিতৃদেব! বেদগী উপনিষদকী মফম অয়াম্বদা "কর্ম তৌ" "কর্ম থাদোকউ" হায়বা ওয় তৈনবা রাজম অনীসি হেক্ হেক যাওই। মাসিদা এনা পওজনীংবদি য়াম্না জ্ঞান তানা তত্ত্ খঙবা কর্মবু থাদোকপশিং অত্থনা কংবা গতিগা, জ্ঞান তানা কর্মদা চঙলিবা কর্ম তৌরিবা মীশিংত্থগী গতিগা অনীসিগী মনুংদা কনানা হেনবাগে? অমনা কান্না গতি কংগি? অমনা করম্না মাথুগৈদা চংখি? ॥১॥ মাসি য়াম্না শেংনা খঙজনিংঙি, নচাদা পৌজানিত্থনা অমুকা তাবশিনু। অনী অসিনা য়াম্না থেন্নমনথিবা অসিদা কংনরিবা গতি (পদবী) অত্থন্থ য়াম্না ওয়তৈনবম্না তাই ॥২॥ ভীষ্মনা হায়,— নিংথৌ! শুকদেবগী রা অসি তাবদা পরাশরগী মচা ভগবান্ ব্যাসদেবনা অসুম্না খুম্মি,— ঈবুঙো! কর্মতগী মশক ওইবা মার্গ— (লম্বী) অত্থগা জ্ঞানতগী মশক ওইবা লম্বী অসি মথংশীংনা অমনা অমাঙবা অমনা অমাঙবা লৈতবা লম্বীনি। ঐ মাসিগী মরমদি নাথেশেংনা হায়গে, য়াম্না পুক্নীংচঙনা তাও। অনী অসিনা থেন্নবসে— আকাশ পাতালনি। তোঙাল্ তোঙানবা অনীসিগী তোঙাল্ তোঙানবা লমথুংফম অত্থ হায়গে ॥৩—৪॥ মাসি ধর্মনি, মাসি শাস্ত্রনা পীবা পাউতাকনি হায়ত্থনা লৈজরিবা আস্তিক অমগী মফমদা, হায়রিবশিংগী বিরুদ্ধদা মাসি ধর্ম নত্তে, মাসি শাস্ত্রগী উপদেশ নত্তে, ধর্ম হায়বা, ঈশ্বর হায়বা অমা লৈনা নত্তে— অসিনচিংবা নাস্তিকশিংগী রাজাং অত্থনা আস্তিক অত্থগী থম্মোয় অত্থদা থাঙহৈদবা লৈনা পীবত্থশুম্না নংনা হংলিবা র'হং অসিনা ঐঙোন্দা অরাবা পীরি ॥৫॥

দ্বাবিমাবথ পন্থানৌ যত্র বেদাঃ প্রতিষ্ঠিতাঃ। প্রবৃত্তিলক্ষণো ধর্ম্মো নিবৃত্তৌ চ সুভাষিতঃ ॥৬॥
কর্ম্মণা বধ্যতে জন্তুর্বিদ্যয়া তু প্রমুচ্যতে। তস্মাৎ কর্ম্ম ন কুর্ব্বন্তি যতয়ঃ পারদর্শিনঃ ॥৭॥
কর্ম্মণা জায়তে প্রেত্য মূর্ত্তিমান্ ষোড়শাত্মকঃ। বিদ্যয়া জায়তে নিত্যমব্যক্ত হ্যব্যয়াত্মকম্ ॥৮॥
কর্ম্ম ত্বেকে প্রশংসন্তি স্বল্পবুদ্ধিরতা নরাঃ। তেন তে দেহজালানি রময়ন্ত উপাসতে ॥৯॥
যে স্ম বুদ্ধিং পরাং প্রাপ্তা ধর্ম্মনৈপুণ্যদর্শিনঃ। ন তে কর্ম্ম প্রশংসন্তি কূপং নদ্যাং পিবন্নিব ॥১০॥
কর্ম্মণঃ ফলমাপ্নোতি সুখদুঃখে ভবাভবৌ। বিদ্যয়া তদবাপ্নোতি যত্র গত্বা ন শোচতি ॥১১॥
যত্র গত্বা ন ম্রিয়তে যত্র গত্বা ন জায়তে। ন পুনর্জায়তে যত্র যত্র গত্বা নিবর্ত্ততে ॥১২॥
যত্র তৎ পরমব্যক্তমচলং ধ্রুবম্। অব্যক্তাকৃতমনায়াসমব্যক্তং চাবিয়োগি চ ॥১৩॥

---

প্রবৃত্তিলক্ষণ ধর্মস্থ, নিবৃত্তিলক্ষণ ধর্মস্থ লম্বী অনীমক বেদদা য়াওরিবাঅদুগা বেদনা চৎলু হায়না তাকপা লম্বী ওাক্তনি ॥৬॥ সকাম কর্মগী লাংনা ফাজিল্লবা ( জীবাত্মা ) অদু জ্ঞানগী পাম্বৈনা লাম্থোক্নৈ। লাম্থোকনবা উপায় অমা অমুক থিরকপ তাইকো হায়না মাওজোননা খজদ্না ফাজিনবগী কর্মগী লাং অদোম্দা তুংগী য়াবু উশিন্খিবা যতিশিংনা কর্ময়োম্দা প্রবৃত্ত ওইক্রদ্রে, হায়বদি কর্মদোমদা অমুক্ চঙ্‌শিল্লুদ্রে। হায়বদি প্রবৃত্তি মার্গ কোবা লম্বী অদোম্দা অমুক চঙশিল্লুদ্রে ॥৭॥ কর্মদা প্রবৃত্ত ওইরুরবদি মী মহাক্ অদু শিরবা তুংদা হকচাংদুবু খাদোক্লম্লবা জীব ( জীবাত্মা ) নহাক্ তত্ত্ব তরাতরুক্লা শাবা দেহদা অমুক চঙ্-ওক্ই। অদুবু জ্ঞানীশিংগী জীবদুনা জ্ঞানগী পাম্বৈনা নিত্য ওইরবা, অদুগা মাগী মূত্তিনা ময়েক্ শেংনা উত্তম্দবা, অমাওবা লৈত্রবা পরমাত্মাগা তিন্নখি ॥৮॥ ইন্দ্রিয়শিংগা অদুগা মখোয়গী বিষয়শিংদুগা লৈনরিবা সম্বন্ধদুগীত ময়েবা অদুগুম্বা জ্ঞান অদুদি মপুং ফাদবা, জ্ঞান মচেংনি। অদুগুম্বা মপুং ফাদবা জ্ঞাননা জ্ঞানী ওইজরিবশিংনা সকাম কর্ম তৌনরি। দেহ মনুংদা লৈবা জীব মহাক্না সকাম কর্ম তৌব মরমদা তোওান তোওানবা দেহশিংগী মনুংদা চঙ্‌খোক চওলীল তৌদুনা হায় হয়া পোকরি শিররি মাদুনা জীব নহাকী মুংওাইবা হায়বদু ফংনরি ॥৯॥ ধর্মগী তত্ত্ববু মুয় খওদুনা খ্বাইদগী হেল্লবা জ্ঞানবু ফংলবা মখোয়দুনা কর্মবু থোইনা খল্লুদে। থুমিৎ খুদিংগী, ঈচেল নাইনা চেন্থরক্লিবা তুরেলগী ঈশিংতবু থক্লিবা মীজম্নরিবা মখোয়না, তুংশিন্দুনা লৈরিবা ঈচেল নাইনা চেন্দবা গুহাগী ঈশিংদুবু থোইনা নীংশিংওুদে। গুহাদুবু অদুগা মাগী মনুংদা তুংদুনা লৈরিবা ঈশিংদুগী প্রশংসা খক তৌনদে ॥১০॥

ইহলোক অসিগী কর্মগী মহৈ হায়ববু অরাবা-নুংওাইবা অদুগা পোক্‌পা শিবা হায়বা অসিডগী। হায়রিবা মহৈ মথল অনীসি তাইবংমীনা কর্ম ( থবক ) গী পাম্বৈনা ফংতি জ্ঞানগী পাম্বৈনা অনীসিদগী লাম্থোকপা ওশি। লাম্থোকপ্রবা তুংদা জীব ( জীবাত্মা ) অসিনা নীংথিবা অকবা খুত্তমবু ফংখি। অদুগুম্বা খুত্তম্ পদবী অদু য়োকরবা তুংদগীদি পোক্‌পা শিবগী মশক ওইরবা সংসারসিদা অমুক্ লাকত্রে ॥ ১২॥০ ॥ থোইদোক্লা য়াকদনা মকম অমদা হেক্ত ফংবা য়াবা, মহাক ফংলগা অতৈ অমমুক ফংনিংওাইদ্র লৈত্রবা, মহাক অদুবু ফংলবদি মওোন্দগী অমুক তোওান্না তাগে হায়কদু য়াত্রবা, মাসিমক্তি হায়না মূর্ত্তি নাইহন্দুনা তাকপা-কোক্তদোকপা য়াত্রবা মকম অমতদা লৈরগা মকম পুন্নমক পুময়ো য়োওম্বা, চীন্না হায়দোরকপা য়াদবা, মশক

যদৈর্ন যত্র বাধ্যন্তে মানসেন চ কর্ম্মণা। সমা সর্ব্বত্র বৈত্রাশ্চ সর্ব্বতস্ফুটচেতসঃ ॥১৪॥
বিদ্যাযোহন্যঃ পুরুষস্তাত কর্ম্মযোহপরঃ। বিদ্ধিচন্দ্রমসমর্শে সূক্ষ্মা কলয়া স্থিতম্ ॥১৫॥
তদেতদৃষিণা প্রোক্তং বিস্তরেণানুগীয়তে। নবজং শশিনং দৃষ্ট্বা বক্রতন্তুমিবাম্বরে ॥১৬॥
একাদশবিকারাত্মা কলাসম্ভারসম্ভৃতঃ। মূর্ত্তিমানিতি তং বিদ্ধি তাত কর্ম্মগুণাত্মকম্ ॥১৭॥
দেবো যঃ সংশ্রিতস্তস্মিন্ বুদ্ধীন্দুরিব পুষ্করে। ক্ষেত্রজ্ঞং তং বিজানীয়ান্নিত্যং যোগজিতাত্মকম্ ॥১৮॥
তমোরজশ্চ সত্ত্বং চ বিদ্ধি জীবগুণাত্মকম্। জীবমাত্মগুণং বিদ্যাদাত্মানং পরমাত্মনঃ ॥১৯॥

মওং হোংবা-লৈতবা অদুদা পরংব্রহ্ম পরমাত্মাগী দর্শন তৌনৈ ॥১৩॥ মাগী দর্শন ফংলুরবা, মহাক্ অদুবু সংসারগী অরা মুংঙাইব, কায়নবা তিন্নবনচিংবা অনীথোকপগী (দ্বন্দ্বভাব) ভাব অসিনা, পুক্নীংগী করিগুম্বা সংকল্প অমনা অদুগা কৌরিম্বা কর্মগী কর্মসংস্কার অমতনা মাঙোন্দা বাধা তৌবা; বাধা পীবা ঙম্মে। রাংলবা মফম অদুদা য়োরগা মহাক্না বিশ্ব জগৎ অসিদা য়েংথরকা মতমদা অচেত্ত পোৎ থুদিংমক চপ্ মান্না উই। য়েংলব মরূপকী থেমবা মঙোন্দা লৈতে। মরূপকা কায়নবা তৌবদুগুম য়েংলবগী কায়নবসু অদুম মতৌই। জীব পানবা পুম্নমক্কী কায়নবা থবকত তৌই ॥১৪॥ ইবুঙো! শুক! জ্ঞানীশিংগী মওংনো অমান। কর্মদা আসক্তি থম্বশিংগী শাজংকা য়াম্না থেম্নৈ। কৃষ্ণপক্ষদা কলা অমমম নোংম নোংমগী হন্থরক্লুনা অমাবস্যাদ মশক্ উদবমথৈ পীক্রবা কলা অমতং পুদুনা নোংমদোন্দা লৈবা চন্দ্রমাগী অবস্থা অদুগা কর্মদা আসক্ত ওই বশিং অদুগী অবস্থাগা চপ্ মান্নৈ হায়না নহাক্ত খঙঙু। মরমদি চন্দ্রমাসু পক্ষ পক্ষগী মতুং ইন্না চাওথৎপা হন্থবা নাই। অদুগুম্বা কর্মদা আসক্তি থম্বাশিংসু, হায়বদি প্রবৃত্তি মার্গদা লৈবশিংসু অবস্থা অবস্থাদুগী মতুং ইন্না হন্থবা চাওথৎপগী তোঙাল তোঙানবা মওংদা লাকই ॥১৫॥

চন্দ্রমা (থা) দা প্রমাণ থোক্তুনা, হায়রিবা য়াকম অসিবু মমুং ছাপ্রম্না খঙবা কর্নাঙম্বা ঋষিনা অদুম হায়না ব্যাখ্যা তৌই মাসঃ—অমাবস্যাগী মতুংদা থোয়রবা শংজা অমগুম্না পীক্রবা থাবু উবগা তৌথবা প্রমাণনি ॥১৬॥ তৌরু তৌরুবা কর্ম মচেং মচেং অদুগী ভার মশাম্না য়াম্না কর্মগী ভার অদুবু পুরিবা, কর্মদা আসক্ত থম্নিবা, অদুগা ইন্দ্রিয়শিং অমদি পুক্নীং—মখোয় বিকার তরাগা অমক অসি তিন্নরবা জীবনা দেহসিদা চঙলক্লুনা দেহ ধারী ওইরে। অদুগুম্বা জীব (জীবাত্মা) মহাক অদুবু কর্ম মথল মথন্দগী পোক্নলকপা মহৌশংদগী অমুকা পোক্লকপা, অদুগা সত্ত্ব রজঃ তমঃ গুণ অদুম্না তিন্নবা হুকচাংদা লৈরিবনি হায়বসি খঙঙু। অদুগা মহাক্ত চন্দ্রমাগী মতৌগুম্না মতম মতমগী মতুং চাওখোক চাও তৌরুদ্রু লৈ—হায়বসিমসু খঙঙু ॥১৭॥ জীব পানবা পুম্নমক্কী থম্মোয়দা (অতিথাগী মশক ওইবা থম্মোয়দা) মথা মথন্তনা ভানজবা, জ্ঞানতগী মশক ওইবা দেবতা অমনা, থম্ব থক্ত শকপা জীশংগী মগ্নীকুম্, জীবসিনা হুকচাংহুংদা লৈরিবনি। অদুগুম্বা মহাক অদুনা যোগগী পাটৈনা থম্মোয়দুমকপুসু মথা পোজম্না থম্লিবা আত্মতত্ত্ব অদুবু শুকদেব! মহাক্না ক্ষেত্রজ্ঞ (হকচাংসগী মতুং খঙবা) হায়বরুনি হায়না খঙঙু ॥১৮॥ তমোগুণ, রজোগুণ, সত্ত্বগুণ—অদুম অসিবু মহাক্না বুদ্ধি মাগী গুণনি হায়না খঙঙু। অদুগুম্বী বুদ্ধি মসাগী-গুণা তিন্নবগী জীব (জীবাত্মা) অসিসু গুণশিংদুগী মশক ওইনা উই। অদুগা গুণশিংসিসু জীব মহাক্কী

সচেতনং জীবগুণং বদন্তি স চেষ্টতে জীবয়তে চ সর্ব্বম্। ততঃ পরং ক্ষেত্রবিদো বদন্তি প্রাবর্ত্তয়দ্ যো ভুবনানি সপ্ত ॥২০॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি

শুকানুপ্রশ্নে ষট্ত্রিংশদধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ। ২৩৬।

—:(০):—

মশক্ ( স্বরূপ ) ওইনা উবতনি। অদুগা থাওগৈশেংবদি জীব অসে, নিগুণ ( গুণ য়াওদবা ) ওইবা পরমাত্মাদুগী শরুক অমনি। হায়রবদি মওোন্দসু হায়রিবা গুণশিং অসি অমতা য়াওদবনি ॥১৯॥ হকচাং অসিদি মশানা জড় পদার্থ ( অশিবা পোৎ ) অমা ওইরি। অদুবু চেতনা শাক্তিদুগা তিন্নরুবদগী জীবাত্মা-সিগী গুণবু চেতনাগা তিন্নরা লৈবা হায়বা গুণদুনি হায়নৈ। হকচাংসিনা থুংলায় ওইদুনা জীব অসিনা থবক তৌরি। থবকশিং অদুনা জীবসিনা হকচংসিমকীসু জীবন ( পুনশি—হিংদুনা লৈবা ) হায়বদু শেম্মি। অদুবু মরোল তরেৎপু—বিশ্বজগৎপু সৃষ্টি তৌরিবা ( শেম্মিবা ) পরমাত্মা অদুনা জীবাত্মাসিদগী হেন্নি হায়না বিদ্বান্শিংনা লৌনৈ—হায়নৈ ॥২০॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা, শ্লোক লিশিং চাম-না শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা, মোক্ষধর্ম্ম-পর্ব্বদা, শুকানুপ্রশ্নগী চনী কুন্থ্রাতরুকশুবা অধ্যায় লোইরে ॥২৩৬॥

—:(৹):—

# মণিপুরী মহাভারত

## ( ব্রহ্মচর্য্য আশ্রমগী মরমদা তাকপা )

## সপ্তত্রিংশদধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ।

## চনীগাকুন্থ্রাতরেৎশুবা অধ্যায়।

——:():——

শুক উবাচ।

অক্ষরাৎ প্রকৃতি বঃ সর্গঃ সগুণানীন্দ্রিয়াণি চ। বুদ্ধ্যৈশ্বর্য্যাভিসর্গো২য়ং প্রধানস্ত্বাত্মনঃ শ্রুতয়ঃ ॥১॥

শুকদেবনা হংগি:—পিতৃদেব। অক্ষর হায়রবদি মকওইনা তত্ত্ব কুনমরিনা ওইখিবা-শেমখিবা সৃষ্টিনি অদুগা অমমা শঙ্কনচিংবা বিষয়শিংসিগা লোয়নবা ইন্দ্রিয় মতা অসিদি বুদ্ধিতগী সামর্থ্যনা শেমখিবনি অদুগা মরুদি মহাক্কি।, অতৈ অতৈ সৃষ্টিশিংগা মায়দে। মপান্থোংগী সৃষ্টিদগী য়াম্না হেন্দোকপবনি। মহাক্না অচচ্ছত্ত

ত্রয় এব তু লোকেঽস্মিন্ সংবৃত্তিং কালহৈতুকীম্। যথা সন্তঃ প্রবর্ত্তন্তে তদিচ্ছাম্যনুবর্ত্তিতুম্ ॥২॥
বেদে বচনমুক্তং তু কুরু কর্ম্ম ত্যজেতি চ। কথমেতদ্ বিজানীয়াম্ তচ্চ ব্যাখ্যাতুমর্হসি ॥৩॥
লোকবৃত্তান্ততত্ত্বজ্ঞঃ পূতোঽহং গুরুশাসনাৎ। কৃত্বা বুদ্ধিং বিযুক্তাত্মা দ্রক্ষ্যাম্যাত্মানমব্যয়ম্ ॥৪॥

ব্যাস উবাচ।

যথা বৈ বিহিতা বৃত্তিঃ পুরস্তাৎ ব্রহ্মণা স্বয়ম্। এষা পূর্ব্বতরৈঃ সদ্ভিরাচীর্ণা পরমর্ষিভিঃ ॥৫॥
ব্রহ্মচর্য্যেণ বৈ লোকান্ জয়ন্তি পরমর্ষয়ঃ। আত্মনশ্চ ততঃ শ্রেয়াংস্যন্বিচ্ছন্মনসাত্মনি ॥৬॥
বনে মূলফলাশী চ তপ্যন্ সুবিপুলং তপঃ। পুণ্যায়তনচারী চ ভূতানামবিহিংসকঃ ॥৭॥
বিধূমে ন্যস্তমুসলে বানপ্রস্থপ্রতিশ্রয়ে। কালে প্রাপ্তে চরন্ ভৈক্ষ্যং কল্পতে ব্রহ্মভূয়সে ॥৮॥

---

পুরমকপু পুম্নুনা থম্বদগী অহুগুম্বী সৃষ্টি অহুনা খুাইদগী অকনবনি হায়না লৌনৈ। হায়রিবা সৃষ্টি মথল্ অনী অসি পুরুষ ভাগবান্গী মকমদগী প্রকৃতিসিনা পুথোকখিবনি হায়বসি ফাওবা ঐনা তাজরে-থগুজরে ॥১॥ অহুনা সৃষ্টিগী মতমদগী যুগ মথং মথং, মীরোল্ মথং মথং ভদ্রশিষ্ট ওইবা সজ্জনশিংনা তৌনরক্লিবা চৎনরক্লিবা আচারব্যবহার পুম্নমক অহুগী মতুং ইন্না ঐন্ন চৎনিংঙি ॥২॥ বেদদদি মকম অমদা কর্ম থাদোকমু-লৈয়িবা কর্ম তৌ হায়। মকম অমদনা কর্ম থাদোকউ হায়। হায়িবসিগী মন্নুংগী তাৎপর্য্য অসি করি হায়না লৌগদগে? কর্ম তৌ হায়বগা, কর্ম থাদোকউ হায়বগা অনী অসিদি অমনা অমগী মকমদা য়াম্ন বিরুদ্ধ ওইনরি। মাসিগী মরমদা অমুক্ত ব্যাখ্যা তৌহুনা তাকৃপিয় ॥৩॥ অসিগুম্বা গুরুবু ঈপা ওইনা কংজবসি য়াম্না লাইবক ফবনি। গুরুদেবগী পাউতাক্তগী থরায় হকচাং পুম্বা পূমশেং শেংখ্রে। মরম অহুনা ধর্মগী আচরণতনা বুদ্ধিসিগী সংস্কার (শেংদোকপবু) তৌবগা, মপান্গী হকচাংদা থম্লিবা অহংকার অসি থাদো-কুনা অমাঙ অতা নাইত্রবা পরমাত্মাগী দর্শন কংজগে ॥৪॥ ব্যাসনা হায়:— ঈবুঙো! অচুম্বা অশেংবা আচার ব্যবহার হায়বসিগী বিধিবিধান, (নিয়ম্ অমদি নিয়মতগী মতুং ইন্না থবক পাঙথোকপা) অসি ঈহান্ হানবদা ব্রহ্মা মশামক্না পুথোকখি। মতুদগী ঋষিমুনিশিংনা পরম্পরা ওইনা অস্নুম মথং মথং ঙসি ফাওবা তৌথনরক্লি ॥৫॥ বিধিবিধানশিং অসিগী খুাইগী মরু ব্রহ্মচর্য্য হায়বহুবু পালন তৌহুনা লোক পুম্নমক্পু, মী পুম্নমক্পু জয় তৌহুনা লাক্লি। মরম অহুনা পূক্লীংদা নশাগী কল্যাণ (মঙ্গল) বু থজহুনা অওম্বা শক্তিনা ব্রহ্মচর্য্যবু পালন তৌনবা হোৎনৌ ॥৬॥ আশ্রম অসিগী নিয়মবু কায়দনা ঙাক্লবা তুংদা বানপ্রস্থ কৌবা আশ্রমদা চঙহুনা, তীর্থ তীর্থদা কোয়হুনা, কন্নিগুম্বা কনাগুম্বা অমগী মকম্দা হিংসা তৌরদনা পুনশি লেনগদবনি ॥৭॥ অসিগী তুংদ সন্ন্যাসী ওইহুনা, ভিক্ষা নিহুনা, অকংবা অহুবু মতম নাইনা, মতম চানা চাহুনা লৈগদবনি। বানপ্রস্থ আশ্রমদা লৈবশিং মফমদগী ভিক্ষাহু নিগদবনি। কৌওথোওদা, কৌ গুবগী শূক্লী মথোল তাদবা, অহুগা চাক্থোকশওদা চাক্থোংবগী কায়কপা মৈথুগী মনম্ অমদি মশক ঊদ তাদবা য়ুমথোংদগী ভিক্ষা নিগদবনি। অসুম্না নিবা ভিক্ষানা বৃত্তি ওইহুনা পুনশি লেল্লিবা সন্ন্যাসী অহু ব্রহ্ম পদথীবু লায়না ফংবা ঙম্মি ॥৮॥

নিঃস্তুতির্নির্নমস্কারঃ পরিত্যজ্য শুভাশুভে। অরণ্যে বিচরৈকাকী যেন কেনচিদাশিতঃ ॥৯॥

শুক উবাচ।

যদিদং বেদবচনং লোকবাদো বিরুধ্যতে। প্রমাণে বা প্রমাণে চ বিরুদ্ধে শাস্ত্র তা কুতঃ ॥১০॥

ইত্যেতচ্ছ্রোতুমিচ্ছামি প্রমাণং তূভয়ং কথম্। কর্ম্মণামবিরোধেন কথং মোক্ষঃ প্রবর্ত্ততে ॥১১॥

ভীষ্ম উবাচ।

ইত্যুক্তঃ প্রত্যুবাচেদং গন্ধবত্যাঃ সুতঃ সুতম্। ঋষিস্তং পূজয়ন্ বাক্যং পুত্রস্যামিততেজসঃ ॥১২॥

ব্যাস উবাচ।

ব্রহ্মচারী গৃহস্থশ্চ বানপ্রস্থোঽথ ভিক্ষুকঃ। যথোক্তচারিণঃ সর্ব্বে গচ্ছন্তি পরমাং গতিম্ ॥১৩॥

একো বাপ্যাশ্রমানেতান্ যোঽনুতিষ্ঠেৎ যথাবিধি। অকামদ্বেষসংযুক্ত স পরত্র বিধীয়তে ॥১৪॥

চতুষ্পদী হি নিঃশ্রেণী ব্রহ্মণ্যেষা প্রতিষ্ঠিতা। এতামারুহ্য নিঃশ্রেণী ব্রহ্মলোকে মহীয়তে। ১৫॥

শুকদেব। নহাকসু স্তুতি তৌবা, নমস্কার তৌবনচি'বা পূম্নমকসি থাদোক্লুনা হায়বদি হায়জ খোঙচবা নোঙলুকপা থুরম্বনচিংবসিদগী লাপথোক্লা লৈহুনা শুভ অশুভ কর্ম পুম্বা থাদোক্লুনা নোংমগী অকংবা উচৈ রাহৈ থর চাহুনা পুনশি চুপ্প' নংস্ত কোয়চং চত্তুনা লৈয়ু ॥৯॥ শুকদেবনা হায়ঃ—পিতাজী। কর্ম তৌ কর্ম থাদোকয় হায়বা অম, কর্ম থাদোকত্ত হায়বা অমা, অনী অসি বেদ মশা অমতনা অস্থুম্ হায়রি। লোকী চংনবী মীংয়েং অমদি রথন্দদি হায়রিবা বচন অনীসিদি অমগমগা বিরুদ্ধদা লৈনরি। মাসিবু করিগীনো, হায়রিবা অনীসিমক্ প্রামাণিক মক্তরা? প্রমাণ চাবরা? প্রামাণিক ওইরবদি বেদ মশা অমতনা অমগমগা বিরুদ্ধ ওইনবা বচন অনী হায়রিবসি করিগীনো? অহুনদি হায়রিবা প্রবৃত্তি নিবৃত্তি হায়বা মার্গ অনী প্রমাণ চাদনা পঙহায় হায়বা হায়বহু তারোইদরা? মাসি এৈ য়াম শেংনা তাজনীগুচ্চি। কর্মশিং অসিগী ময়ুংদা করিগুম্বা কর্ম অমদা বিরোধী ওইদবা কর্মহু তৌরবতদা মোক্ষ ফংগদৌরিবনি। অমদা বিরুদ্ধ ওইরবা কর্মহু তৌরগা তাইবংমীনা করম্বা সংসারদগী অরান্-বা ফংগদৌরিবনো? ॥১০—১১॥

ভীষ্মনা হায়ঃ—যুধিষ্ঠির। শুকদেবনা অস্থুম্না হংলক্লবদা গন্ধবতী (সত্যবতী) গী মচা মহর্ষি শ্রীব্যাস দেবনা, মাগী মহাতেজ কল্লবা মচা শুকদেবগী মকমদা, য়াম্ন থুংশিনা, পুকচেল চাউবগা লোয়ননা অস্থুম্না হায়রকৃই ॥১২॥ ঈপাগী ঈবুঙো, শুকদেব। ব্রহ্মচারী, গৃহস্থ, বানপ্রস্থ, সন্ন্যাস—হায়রিবা তোঙাল তোঙানবা আশ্রমশিং অসিগী নিয়মবিধিবু চোকশিন্না ভাক্লুনা, আশ্রম—আশ্রম অহুনা তৌ-তৌ হায়রিবা কর্মশিং অসিবু তৌহুনা পুনশি লেল্লবদি শিরবা তুংদা আত্মাসিনা পরমগতি (ব্রহ্মপদবী) বু ফংভি ॥১৩॥ হায়রিবা আশ্রমশিং অসিদা চংকদবা ধর্ম অহুবু চোকশিন্না, অপাম্বা মিহৌবনা পূম্থা থাদোক্লুনা লৈরবা মী মহাক্ অহুতনা পরব্রহ্ম পরমাত্মাগী তত্ত্ববু থগুননবগী অঙ্গগা থিননবগী অধিকার অসি থম্বা ওম্মি ॥১৪॥ হায়রিবা আশ্রম মরি অসি ব্রহ্মতদা লৈরিবনি। মথোর মরি মথং মথং লৈথংগ্রিবসি ব্রহ্মপদবী ফাওবা য়ৌথিনবগী মথং মথং অস্থুম্স্থুম্ কাখৎখিননবগী লৈবা সীটো (সিড়ী) ওম্বনি। লৈরিবা সীটোশিংসিদা মথং মথং কাখৎখিহনা ব্রহ্মপদবীবু লায়না ফংবা ওম্মি ॥১৫॥ দ্বিজ (ব্রাহ্মণ) গী মচা অমনা তৌগদবা হায়রবু

আয়ুষস্তু চতুর্ভাগং ব্রহ্মচর্য্যমনসূয়কঃ। গুরৌ বা গুরুপুত্রে বা বসেৎ ধর্ম্মার্থকোবিদঃ ॥১৬॥
জঘন্যশায়ী পূর্ব্বং স্যাদুত্থায় গুরুবেশ্মনি। যচ্চ শিষ্যেণ কর্ত্তব্যং কার্য্যং দাসেন বা পুনঃ ॥১৭॥
কৃতমিত্যেব তৎ সর্বং কৃত্বা তিষ্ঠেত পার্শ্বতঃ। কিঙ্কর সর্ব্বকারী স্যাৎ সর্ব্বকর্ম্মসু কোবিদঃ ॥১৮॥
কর্ম্মাতিশেষেণ গুরাবধ্যেতব্যম্ বুভূষতা। দক্ষিণোঽনপবাদী স্যাদাহূতো গুরুমাশ্রয়েৎ ॥১৯॥
শুচির্দক্ষো গুণোপেতো ব্রূয়াদিষ্টমিবান্তরা। চক্ষুষা গুরুমব্যগ্রো নিরীক্ষেত জিতেন্দ্রিয়ঃ ॥২০॥
নাভুক্তবতি চাশ্নীয়াদপীতবতি নো পিবেৎ। নাতিষ্ঠতি তথাসীত নাসুপ্তে প্রস্বপেত চ ॥২১॥
উত্তানাভ্যাং চ পাণিভ্যাং পাদাবস্য মৃদু স্পৃশেৎ। দক্ষিণং দক্ষিণেনৈব সব্যং সব্যেন পীড়য়েৎ ॥২২॥

---

ব্রহ্মচর্য্যবু কম্ন ভাকুনা.—গুরু নত্রগা গুরুপুত্রগী সেবা তৌন-তৌনা পুনশিগী শরুক মরিগী অহানবা শরুক অহু হায়বদি চহী কুম্মভাগী অবস্থ কাওবা গুরুকুলতুদা লৈহনা বিন্থা তমগদবনি। হায়রিবা অহানবা আশ্রম অসিদা লৈরিবৈদা কনাগুম্ব-করিগুম্বা দোষবু য়েংক থিকদে। অসুম্না লৈবা ব্রহ্মচারী অহুনা ধর্ম-অর্থ অনীমক্কী জ্ঞানবু মপুং ফানা কংবা ওম্মি। অহুগা মাহু নৈনবদা য়াম্ন হৈশিংবা ওই ॥১৬॥ আশ্রম অসিদা লৈরিবৈদা তৌগদবনি গুরুনা চেপ্‌খ্রবা তুংদা ব্রহ্মচারী ওইরিবহনা গুরুগী শয়াহুদগী লাপ্তরা মথাদা হীপ্‌কদবনি-তুমগদৌবনি। গুরুনা লেংখিদ্রিবৈদা (য়াদৌদ্রিবৈদা) য়ানৌগ দনি। গুরুগী যমদা লৈরিবা সেবা লাংবা শ্রীবা মীশিংনা তৌগদবা থবক পুম্নমক অহু মহাক্না লাইনা মথনা তৌ রকদবনি ॥১৭॥ গুরুহুনা তৌ-তৌ হায়রিবা থবক অদুগী য়াথং অহু তাবমক্কদা থুংলোন্নহনা "গুরুদেব। মাহু তৌজিকমক তৌজরবনি" হায়না হায়রম্নগা থুনা য়াওনা থবক অহু থুদক্ত পাওথোক্‌লুরগা, গুরুহুগী মাওদা খুং লোম্নহুনা তুমিন্না লেপ্তুনা লৈরুগদবনি। "করি অমযুক তাক্‌পিগদবা?" অসুম্না হায়হুনা অতোপ্প য়াথং অমা পাইহনা লৈগদবনি। অহুগা, ব্রহ্মচারী ওইরিবা মহাক অহু থবক পুম্বদা য়াম্ন হৈশিংবা মীশক অমসু ওইগদৌরিবনি ॥১৮॥ মশাগী হুকচাংগী অগদি জ্ঞানগী উন্নতি (চাওখৎপা) পাম্বা শিষ্য ব্রহ্মচারী অমনা তৌগদবনি…গুরুগী সেবা লাংবাগী মরমদা তৌগদবা থবক মখৈ তৌরবতুংদা, গুরুগী নাক্তা কমহুনা ইন্দ্রিয় থুহুম চন্না অধ্যয়ন তৌগদবনি—তম্‌গদবনি তম্মিন্নরিবা, লৈমিন্নরি পুন্নমক্কী মকমদা য়াম্ন তপ্প পূকচেল চাউবগী মশক ওইরবা আচার ব্যবহারগী খুদম্ উৎকদবনি। মশাগী কম্বিগুম্বা বিষয় অমদা করিগুম্বা কলঙ্ক (অয়োম্বপা—অমকপা) অমত থম্মোইদৌবনি। গুরুনা হেক্‌ নীওশিংলক্‌পা—কৌরকপদা থুনা য়াওনা গুরুগী নাক্তা খুংলুগদবনি ॥১৯॥ মপ্তাক মনুং মপান্দা পূমশেং শোংবা লৈগদবনি থবক খুদিংদা হৈশিংগদবনি। মশামু ক্লাম্না গুণ লৈবা, গুণ চেনবা মীশক অমা ওইহন্‌গদবনি। থম্মোয়দা অশোংবা তাবল্ থমহুনা, গুরুগী নাক্তোদা তাবদা হুংশিন্না-হুংতাইবা পোক্কদবা য়াম্ন মরক মরক্ত দেশ কাল পাত্র য়েংনা ওাঙ্গদবনি। য়াম্ন শাস্ত ওইনা, তাকনা থজবা মীংয়েংনা গুরুগী দর্শন তৌগদবনি অহুগা ইন্দ্রিয়শিংবু খুদুম্ মথাদা থজলদবনি ॥২০॥ আচার্য্য (গুরু) না হায়দ্রি মখৈ (চাদ্রিমখৈ) ব্রহ্মচারীশিষ্যগুম্বা করিমত্তা চাথিরোইদৌবনি। গুরুনা ঈশিংনচিংবা থক্‌দ্রিমখৈ থক্ থক্‌লোইদৌবনি। গুরুনা কমথদ্রিমখৈ কম্মোইদৌবনি। গুরুনা চেপ্‌দ্রি তুমদ্রিবৈগী মমাওদা শিন্যনা থক্‌ হুম্ন তুম্মোইদৌবনি ॥২১॥ পাম্বোম্ব অনী তিংথোক্লুম্না খুং য়েংনা গুরুগী য়েথংদা য়েথং অহুনা ওয়না ওয়থংবা চরণ শোকুম্না নোক্লুকা খুক্লম্‌গদবনি ॥২২॥

অভিবাদ্য গুরুং ব্রূয়াদধীষ্ব ভগবন্নিতি। ইদং করিষ্যে ভগবন্নিদং চাপি কৃতং ময়া ॥২৩॥
ব্রূয়াত্তদপি কর্ত্তাস্মি যদ্ ভবান্ বক্ষ্যতে পুনঃ। ইতি সর্ব্বমনুজ্ঞাপ্য নিবেদ্য চ যথাবিধি ॥২৪॥
কুর্য্যাৎ কৃত্বা চ তৎসর্ব্বমাখ্যেয়ং গুরবে পুনঃ। যাংস্তু গন্ধান্ রসান্ বাপি ব্রহ্মচারী ন সেবতে ॥২৫॥
সেবেত তান্ সমাবৃত্তো ইতি ধর্ম্মেষু নিশ্চয়ঃ। যে কেচিদ্ বিস্তরেণোক্তা নিয়মা ব্রহ্মচারিণঃ ॥২৬॥
তান্ সর্বানাচরেন্নিত্যং ভবেচ্চানপগো গুরোঃ। স এবং গুরবে প্রীতিমুপহৃত্য যথাবলম্ ॥২৭॥
আশ্রমাদাশ্রমেষ্বেব শিষ্যো বর্ত্তেত কর্ম্মণা। বেদব্রতোপবাসেন চতুর্থেঽপ্যায়ুষো গতে ॥২৮॥
গুরবে দক্ষিণাং দত্ত্বা সমাবর্ত্তেৎ যথাবিধি ॥২৯॥
ধর্ম্মলব্ধৈর্যুতো দারৈরগ্নীনুৎপাদ্য যত্নতঃ। দ্বিতীয়মায়ুষো ভাগং গৃহমেধী ভবেদ্ব্রতী ॥৩০॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি শুকানুপ্রশ্নে সপ্তত্রিংশদধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ ॥২৩৭॥

— —(*)——

অদুম্মা থুকম্লবা মতুংদা খুং লোম্লদুনা গুরুদা অসুম্না হায়গদবনি,— "ভগবন! গুরুদেব! হৌজিক্তি ঐবু তাম্বিরো। ননাই ঐনা থবক অসিমাদ তৌজরে। থবক অসিমসু তৌজগনি" ॥২৩॥ গুরুদেব! তাকপিখিবা থবকশিং অসি নত্তবা অতৈ থবক লৈরবসু তাকপিয় তৌজগে"। অসুম্না গুরুদুদা হায়রগা অদুগা বিধি নিয়ম কায়দনা গুরুগী য়াথং লৌরগা তৌ হায়রিবা অতোপ্পা থবক অদু তৌগদবনি। মাদুবু তৌবা লোইরগা মাদু অমুক গুরুদা তাকদোবনি ॥ ২৪॥০ ॥ ব্রহ্মচারী অমনা চাবা-থক্‌পা হৌনদবা মতম্ মহাওনচিংবদু থক্ শীজিন্নরোহদোবান। সমাবর্ত্তনগী মতুংদদি হায়দি— লাইরিক তম্বা লোইরবা মুমদা হনখিদুনা গৃহস্থাশ্রমদা লৈরবদি, মাদু শীজিন্নবা চাবা য়াই। মাসি আশ্রমগী নিয়ম অমদি ধর্ম্মনি ॥ ২৫॥০ ॥ ব্রহ্মচারী অমা ওইগী নিয়ম বিধিশিং আস অতৈ অতৈ শাস্ত্রশিংদদি য়াম্না শন্দোক্না হায়রবনি। পূম্নমক্কী মতুংইন্না ব্রহ্মচারী অমনা কায়দনা চংকদবনি। অদুগা মথম মতম পুম্নদা গুরুগী থানদনা লৈগদবনি। ॥ ২৬॥০ ॥ মতৌ অসুম্না শিষ্যনা হেক্ ওইবনৈ গুরুগী সেবাদা পুক্নীং চঙদুনা লৈগদবনি। গুরুবু লোমনগদবনি অদুগা তম্বা লোইরবা তুদা লৈজবা কংলুগা গুরুগী য়াথং লৌরগা অতোপ্পা আশ্রম অমদা চঙগদবনি। আশ্রম অমদা চঙদুরবসু আশ্রমদুগী নিয়ম বিধি মতুংইন্না লৈকগদবনি ॥ ২৭॥০ ॥ বেদগী ব্রত ওইবা হায়বদি— বেদনা অসি অসি তৌ হায়বা ব্রত উপাসনানচিংবদু তৌরগা পুনশিংগী চহি মরিগী শরুক অমদি লেপ্লগা সমাবর্ত্তনগী সংস্কার অদু বিধি কায়দনা তৌরগা গুরুদক্ষিণা তৌগদবনি ॥২৮—২৯॥ শাস্ত্রগী নিয়ম বিধি কায়দনা বিবাহকর্ম তৌদুনা লোয়নবী অদুগা লোয়ননা চেকশিন্না গৃহস্থ শ্রমগী অগ্নিস্থাপননচিংবা হায়বদি যজ্ঞনচিংবদু তৌগদবনি। অসুম্না চহী য়াথেগী অবস্থা ফাওবা গৃহস্থাশ্রমদা লৈতথিবা ব্রত নিয়ম পুম্নমক্ পালন তৌন তৌনা দানধর্মনচিংবা কর্মপুম্না য়াত্তনা তৌদুনা গৃহস্থ ওইনা লৈগদবনি ॥৩০॥

মফম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা, মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বদা শুকানুপ্রশ্নগী চনী কুম্‌ থরেংশুবা অধ্যায় লোইরে ॥২৩৭॥

— :(*): —

বিঘসাশী ভবেন্নিত্যং নিত্যং চামৃতভোজনঃ। অমৃতং যজ্ঞশেষং স্যাৎ ভোজনং হবিষা সমম্ ॥১২॥
ভৃত্যশেষং তু যোঽশ্নাতি তমাহুর্বিঘসাশিনম্। বিঘসং ভৃত্যশেষং তু যজ্ঞশেষমথামৃতম্ ॥১৩॥
স্বদারনিরতো দান্তো হ্যনসূয়ুর্জিতেন্দ্রিয়ঃ। ঋত্বিক্পুরোহিতাচার্য্যৈ মাতুলাতিথি সংশ্রিতৈঃ ॥১৪॥
বৃদ্ধবালাতুরৈর্বৈদ্যৈর্জ্ঞাতিসম্বন্ধিবান্ধবৈঃ। মাতাপিতৃভ্যাং জামীভির্ভ্রাত্রা পুত্রেণ ভার্য্যয়া ॥১৫॥
দুহিত্রা দাসবর্গেণ বিবাদং ন সমাচরেৎ। এতান্ বিমুচ্য সংবাদান্ সর্ব্বপাপৈর্বিমুচ্যতে ॥১৬॥
এতৈর্জিতৈস্তু জয়তি সর্ব্বান্ লোকান্ ন সংশয়ঃ। আচার্য্যো ব্রহ্মলোকেশঃ প্রাজাপত্যে পিতাপ্রভুঃ ॥১৭॥
অতিথিস্ত্বিন্দ্রলোকস্য দেবলোকস্য চর্ত্বিজঃ। জাময়োঽপ্সরসাং লোকে বৈশ্বদেবে তু জ্ঞাতয়ঃ ॥১৮॥

তৌদবা অগ্নিহোত্র ( যজ্ঞ ) নচিংবদি পুমথা থাদোক্লবা হায়বদি ব্রহ্মচর্য্যগী আশ্রমগী মতুংদা গুরুনা অসি অসি তৌ হায়বদু করিমত্তা তৌত্রবা, গুরুদা মীনম্নবা অদুগুম্বা মী অদুস্তু কনাগুম্বা গৃহস্থ অমগী য়ুমদগী চেক্ত-চাক্লচিংবা লৌরুবা নিরুবদি য়াই। মরম্বদি সন্ন্যাসীবু শাগিন্নহুনা লাক্লবস্থু গৃহস্থ অমগী থোঙ্গান্দা লেপ্পা-ম্নবদি মাঙোন্দা দান তৌবগী বিধি অসি গৃহস্থ অমা ওহবগী বিধি নিয়মদা। লৈ। মশাগী চাননবগীদমক মথুংনা থোং-থাকৃম্নবা মী অত্থুদা অন্নদাননচিংবসি গৃহস্থ অমনা শোয়দনা তৌকনু থোকৃই ॥১০—১১॥

গৃহস্থ অমনা বিঘস অত্থুগা অমৃত ওইবা অন্নবু চাগদবনি। যজ্ঞ তৌখিবগী লেমহৌবা অন্ন অত্থুদি হবিষ্যগা চপ মারৈ অহুগা অমৃতমক্তি হায়না লৌনৈ ॥১২॥ পান্নবান্নগী মন্নুংদা য়োক্-থাকপা পীক্ত পীথক্-পদা মতীক্ চাবনা মথোংশিংবু হান্না মপূক্ পেন্না পীজ পীথক্লগা অত্থুগী তুংদা লেমহৌবা শরুক্ অত্থু বিঘস অন্ন কৌই। মাহু চাবহুবু বিঘসাশী কৌহ। মচা-মশূশিংবু পীজপ্রগা লেমহৌবা অন্ন অত্থুবু বিঘস অন্ন কৌই। পঞ্চমহাযজ্ঞ তৌপ্রবা তুংদা লেমহৌবা অদুনা অমৃত কৌই ॥১৩॥ গৃহস্থ শ্রমদা লৈবা নিপানা মহাক্কী মুপী অত্থুতদা পূক্নীং চঙগদবনি। ইন্দ্রিয়শিং অত্থুবু লাবৃশিন্দুনা জিতেন্দ্রিয় হায়বহু ওইগদৌবনি। অতোপ্পা কনাগুম্বা অমগী দোষ য়েংডোক্ট থিরোইদৌবনি। যজ্ঞিক ব্রহ্মণশিং অত্থুগা ঋত্বিজ-ব্রাহ্মণশিং, কুল-পুরোহিত, আচার্য্য ( গুরু ), মাতুল, অতিথি, চঙজরকৃপা মী, অহল্ ওইব্রবা— হন্নুরবা, অঙাং, রোগী—( অনাবা মী ), মাইবা— কবিরাজ, শাগৈগী মচীন্-মনাও থেৱবা, ঙহ-শেল্ থোকুবা, মরূপ মপাং থোক্লবা, মমা-মপা, শাগৈ নাতৈগী কুলবধু, শাগৈগী মৌ, মচীন্মনাও, লোয়নবী মুপী অত্থুগা য়ুম্দা লৈরিবগা সেবক-শাখাশিংগা কান্নগুম্বা মতমদস্থ খৎনবা চৈনবা তৌরোহদৌবনি। মথোয়গা করিমত্তা খৎন-চৈনবা তৌদনা—গৃহস্থ অহুগী পাপ পুণ্যমক্কগী অহুম্ মুক্ত ওইগ্রবনি ॥১৪—১৬॥ লৈমিন্নরিবা মথোয়শিংহুদগী মায়থীবা ফংলবা গৃহস্থ মহাক্ অত্থুগী লোক পূম্নমক্কী মশক্তা বিজয় ফংলবগুম্বনি, লোক পুম্নমকপু ভম্ববনি। মাসিদা করিমত্তা চিংনকম্ লেত্রবনি। গুরুনা ব্রহ্মালোকক্কী স্বামীনি। পিতানা প্রজাপতিলোকক্কী ঈশ্বরনি। অতিথিনা ইন্দ্র-লোকক্কী স্বামীনি। ঋত্বিজনা দেবলোকক্কী স্বামীনি। মুপী-নহানা অপ্সরালোকক্কী স্বামীনি। শাগৈ-নাতৈ মরূপ-মপাংশিংনা বিশ্বদেবনি ॥ ৭—১৮॥ *

---

* গৃহস্থাশ্রমদা লৈম্নমক্রবদি দেবতাশিংসিগী শাগ্নোন, পুন্নিবা মীশকৃশিং অসি অংতা লৈরম্লোইদৌবনি।

সমন্বিবাদবা দিক্ষু পৃথিব্যাং মাতৃমাতুলৌ। বৃদ্ধবালাতুরকৃশাস্ত্বাকাশে প্রভবিষ্ণবঃ ॥১৯॥
ভ্রাতা জ্যেষ্ঠঃ সমঃ পিত্রা ভার্য্যা পুত্রঃ স্বকা তনুঃ। ছায়া স্বা দাসবর্গশ্চ দুহিতা কৃপণং পরম্ ॥২০॥
তস্মাদেতৈরধিক্ষিপ্তঃ সহেন্নিত্যমসজ্বরঃ। গৃহধর্ম্মপরোবিদ্বান্ ধর্ম্মশীলো জিতক্লমঃ ॥২১॥
ন চার্থবদ্ধঃ কর্ম্মাণি ধর্ম্মবান্ কশ্চিদাচরেৎ। গৃহস্থবৃত্তয়স্তিস্রস্তাসাং নিঃশ্রেয়সং পরম্ ॥২২॥
পরং পরং তথৈবাহুশ্চাতুরাশ্রম্যমেব তৎ। যথোক্তা নিয়মাস্তেষাং সর্ব্বং কার্য্যং বুভূষতা ॥২৩॥
কুম্ভধান্যৈরুঞ্ছশিলৈঃ কাপোতীং চাস্থিতা স্তথা। যস্মিং শ্চৈতে বসন্ত্যর্হাস্তৎ রাষ্ট্রমভিবর্ধতে ॥২৪॥

অদুনা গৃহস্থাশ্রমগী মনুষ্যদা হৌজিক ওইরিবা গুরু ঈপা ঈমা, শাগৈ-নাতৈ, মুপী-নহা, মরূপ-মপাং পুন্নমক্সি ব্রহ্মা, প্রজাপতি, ইন্দ্র, অপ্সরা, বিশ্বদেব শিংদুগী শায়োননক্তনি। অদুনা মখোয়গী মতম খরদং গুরু, ঈপা ঈম, শাগৈ নাতৈগী সম্বন্ধদা লৈরিবা দেবতাশিংসিগী সত্ব অধিকারদি আ'স্বর্গলোকতা অদুম্ মরৈ-রিনি। মখোয় অসিব গৃহস্থাশ্রমদা পেল্হল্লবদি পেলহল্লিবশিংদুগীসু সত্ব (পিতৃসত্ব) না অদুম্ লৈপ্রবনি। অদুনা বিধি চুন্না গৃহস্থাশ্রমগী হৌনবী কর্মশিংসিবু হেক্ তৌরবদি স্বর্গদা মাগী মাগী অধিকার, ভোগনচিংবদু ফংলুরগদবনি ॥১৯॥ ময়াম্বা অহল হায়বসি মপাগা চপ্ মান্নবনি। লোয়নবী (ভার্য্যা), মচা হায়রিবা অনী অসি গৃহস্থ মা'মক্তী হক্যাংনি। সেবক সখাশিংনা গৃহস্থ মগাক্তী ছায়ামক্তনি। মখোয়সিগী মনুংদা—মচানুপী—কন্যা হায়বীসিদি গৃহস্থাশ্রমসিদা য়াম্না লুবা ফীভমদা লৈরিবনি। অদুনা মখোয়দা য়াম্না দয়া তৌকম থোক্পনি ॥২০॥

মরম অদুনা মখোয়সিদগী করিগুম্বা য়ানিংদবা রাহৈ অবা তাবদগী পোক্লক্লিবা অশাউবদুসু ভূমিন্না থাওদুনং লৈগদবনি। গৃহস্থাশ্রমগী বিধি নিয়মবু কন্না ভাক্লিগা মীশা অরাবা মুংডা তবা পুন্নমক্পু খমদুনা থুদুম মথাদা খমদুনা অদুগা অর'বা চোকথবা করাবু থাওদুনা গৃহস্থাশ্রমগী ধর্ম্ম অদু কায়খিদনবা হোংনগ-দবনি ॥২১॥ ধর্ম্মখওবা কনা অমত্ত সু শেলথুম প্পায়দগী মাদু ফংনবা করিগুম্বা ধর্মকর্মগী অনুষ্ঠান অমত্তা তৌরোইদৌবনি। গৃহস্থাশ্রমদা লৈরিবা মী মহাক্ অদুগী জীবিকাদি অদুমখোক্না লৈ হায়না মথক্তসু হায়গ্রে, হায়ত্রিবা অদুম অদুগী মনুংদা মথং মথং লাক্লিবা হায়বক্লিবা অদুনা অদুম্ খরা খধ, ফবা হেল্লি। ফবা হেনবতা নত্তনা পুনশি মঙ্গল ওইহল্লি ॥২২॥ অদুগুম্না আশ্রম মরি অসিগী মনুংদা মথং মথং ফবা অনুমনুম্ হেল্লি। আশ্রম আশ্রম অদুগী তোঙান্ তোঙান্ তাক্লিবা নিয়মশিংদুবু আশ্রম আশ্রমশিংদা লৈরিবা নিপা মুপী খুদিংমক্না য়াম্না চোকশিন্না প্রতিপালন তৌগদবনি ॥২৩॥ মাগী নোংমগী চাননবগীত ওক্লনবা ভানশিল্লিবা নত্রগা উঞ্ছবৃত্তিতমা জীবিকা ওইরিবা, অদুগা ব্রাহ্মণনা লৈরিবা দেশ—খুল ধাষ্ট্র পুম্বদ্ চাউ-খৎনবগী থাক্তা মথং মথং কারক্ই ॥২৪॥ পুক্নীংদ করিগুম্বা অরাংপা অমগী দমক্তা মরীক্ অমত্তা রাবি-

---

গৃহস্থাশ্রমদা লৈরুবদগী উনরিবা বিদ্যাগুরু, দীক্ষাগুরু, আদিগুরুনচিংবসি মথংশীংনা ব্রহ্মা, প্রজাপতি ইন্দ্র, গন্ধর্ব্ব, বিশ্বদেবনচিংবশিংদুগী মর্ত্ত্যলোকতা লাক্পা শায়োন্নক্তনি। গৃহস্থাশ্রমদা লৈরুপ্রবদি দেবতাশিংসিবু পিণ্ডদাননচিংবনা পেল্হন্বা ওয়রোইদৌবনি। (কালাচাঁদ)

পূর্বান্ দশ দশ পরান্ পুনাতি চ পিতামহান্। গৃহস্থবৃত্তীশ্চাপ্যেতা বর্ত্তয়েৎ যো গতব্যথঃ ॥২৫॥
স চক্রধরলোকানাং সদৃশীং প্রাপ্নুয়াৎ গতিম্। জিতেন্দ্রিয়াণামথবা গতিরেষা বিধীয়তে ॥২৬॥
স্বর্গলোকে গৃহস্থানামুদার মনসাং হি তঃ। স্বর্গে বিমানসংযুক্তা বেদদৃষ্টঃ সুপুষ্পিতঃ ॥২৭॥
স্বর্গলোকো গৃহস্থানাং প্রতিষ্ঠানিয়তাত্মনাম্। ব্রহ্মণা বিহিতা যোনি রেষা যস্মাৎ বিধীয়তে ॥
দ্বিতীয়ং ক্রমশঃ প্রাপ্যং স্বর্গলোকে মহীয়তে ॥২৮॥
অতঃ পরং পরমুদারমাশ্রমং তৃতীয়মাহুস্ত্যজতাং কলেবরম্। বনৌকসাং গৃহপতিনামুত্তমং শৃণুষ সংশ্লিষ্টশরীরকারিণাম্ ॥২৯॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাম্ শান্তিপর্ব্বণি
মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি শুকানুপ্রশ্নে অষ্টত্রিংশদধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ।

—:0:—

দশা থাওবা কন্নুনা গৃহস্থাশ্রমদা ঈংনা লৈম্বিবা মী মহাক্ অহুদি হৌপ্রবা মপাগ্রেপু মীয়োল তরাবু অহুগা লাক্তদৌরিবা মীয়োল্ তরাবু শেংদোক্ই, অন্নাংবা থাক্তা কাহল্লি ॥২৫॥ অহুগা মহাক্ অহুদি চক্রধারী— শ্রীবিষ্ণু ভগবান্গী বৈকুণ্ঠলোকক চপ্ মান্নবা নীঙথিরবা থামদা চংখি। মত্রগা ইন্দ্রিয়শিংবু থুদ্রম চন্বা তপস্বীশিংতনা কংগদবা অহুগুম্বা থামবু কংতি ॥২৬॥ পুক্চেল চাউরবা গৃহস্থীশিংনা নীঙথিজরবা স্বর্গথামবু লায়না কংতি। গৃহস্থগী বিধি নিয়মগী মতুংইন্না গৃহস্থাশ্রমবু পালন তৌম্বিবা মথোয়গী মমক্তা স্বর্গদা হৈ লৈ মথল্ মথল্লা থল্লবা, নীঙথিরবা বিমানগা লোয়নরবা লৈকোল কয়া কয়া শেম-শাহুনা থম্লি। অহুনা গৃহস্থ অমনি হায়হুনস্থ যোগীশিংনা তপস্বীশিংনা কংবা মকম্ অহু ঈরায় লায়না কংবা ওম্মি। মাসি বেদশিংদা হান্না ময়েক্-লানা ইহুনা লৈরবনি ॥২৭॥ পুক্নীং অমস্তুং ইন্দ্রিয়শিংবু সংযম তৌনা গৃহস্থাশ্রমগী নিয়মবু মপুংফানা পালন তৌবশিংগীদমক্ স্বর্গদা নীঙথিরবা মকম থাজুনা থমপ্রবনি ॥২৮॥ গৃহস্থাশ্রম হায়বসিগী মতুংদা, মাসিদগী অহুক্ হেন্বা, বানপ্রস্থ হায়না কৌবা আশ্রম অমমুক্ লাক্লি। বনদা লৈহুনা বনদা— হুঙং হন্দা চংতুনা হকচাং অসিবু কংশিলহন্নুনা তপস্যা তৌন তৌনা হকচাং অসিবু থাদোক্লবা— অহুগুম্বা আশ্রমনি। মাসি বানপ্রস্থীশিংগী-ত ওইবা আশ্রম অমনি। মাসি গৃহস্থাশ্রমদগীস্থ হেন্না কবা আশ্রমনি, হায়নে। আশ্রম অসিগী ধর্ম অহুগা নিয়ম বিধি ঐ হায়রক্কে মুন্না তাও ॥২৯॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং-চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা
মোক্ষধর্মপর্ব্বদা শুকানুপ্রশ্নগী চনীগা কুন্থ্রানিপানগুবা অধ্যায় লোইরে ॥২৩৮॥

—:():—

# মণিপুরী মহাভারত

## ঊনচত্বারিংশদধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ

### ( বানপ্রস্থ অমসুং সন্ন্যাস আশ্রমগী মহিমা )

### চনীগা কুন্থ্রামাপনশুবা অধ্যায়

——(*)——

ভীষ্ম উবাচ।

প্রোক্তা গৃহস্থবৃত্তিস্তে বিহিতা যা মনীষিভিঃ। তদনন্তরমুক্তং যৎ তন্নিবোধ যুধিষ্ঠির ॥১॥

ক্রমশস্ত্ববধূয়ৈনাং তৃতীয়াং বৃত্তিমুত্তমাম্। সংযোগবতখিন্নানাং বানপ্রস্থাশ্রমৌকসাম্ ॥২॥

শ্রূয়তাং পুত্র ভদ্রং তে সর্ব্বলোকাশ্রমাত্মনাম্। প্রেক্ষাপূর্বং প্রবৃত্তানাং পুণ্যদেশনিবাসিনাম্ ॥৩॥

ব্যাস উবাচ।

গৃহস্থস্তু যদা পশ্যেৎ বলীপলিতমাত্মনঃ। অপত্যস্যৈব চাপত্যং বনমেব তদাশ্রয়েৎ ॥৪॥

তৃতীয়মায়ুষো ভাগং বানপ্রস্থাশ্রমে বসেৎ। তানেবাগ্নীন্ পরিচরেৎ যজমানো দিবৌকসঃ ॥৫॥

নিয়তো নিয়তাহারঃ ষষ্ঠভুক্তেঽপ্রমত্তবান্। তদগ্নিহোত্রং তা গাবো যজ্ঞাঙ্গানি চ সর্বশঃ ॥৬॥

ভীষ্মনা হায় :— ঈবুঙো, যুধিষ্ঠির। গৃহস্থাশ্রমদা অশিংবা জ্ঞানীশিংনা চংনরম্বা বৃত্তি আচরণ পুন্নমক্ অমসু ঐনা নংগী নকমদা নাখৈ শেংনা লৎরবনি। অসিগী মথাগী আশ্রমগী মরমদা ভগবান্ ব্যাসনা শুকদেবদা হায়খিবা পুম্বদা ঐ অমুক্ হায়থরগে, পূক্নীং চংনা তাবো ॥১॥ ঈবুঙো! নংগী মঙ্গল ওইসনু। গৃহস্থগী অস্তুম্ ওইবা, অমুমশুবা, অথোইবা আশ্রম অসিমকপু থওইদনুনা লোয়নবীগা লোয়ননা আশ্রম অসিগী ব্রত নিয়ম বিধি পুন্নমক পালন তৌরকপদা, য়ারবা, মশা চোক্থরবা, অমুশুম্বা গহস্থ—গৃহস্থী অনী অসিনা বানপ্রস্থ কৌবা আশ্রমদা আশ্রয় লৌই। লোক পুন্নমক্, অমুগা আশ্রম পুন্নমক্ মখোয়গী মকমদদি অমাগী অম্মা অমুম্ মওইবা, অমুশুম্বা বাসীশিংনা ব্রত নিয়ম কায়দনা চংথিবা বানপ্রস্থ কৌবা আশ্রমমতুংগী মরমদা হায়গে মুন্না তাও ॥২—৩॥ ব্যাসনা হায় :—গৃহস্থনা মশাগী কোকী শম্না ভোরক্লবদা, মাগী মচাগী মচনা পোক্শিল্লকপা উবদা হায়বদি মশূমচিংবা, পোক্লক্লবদা, পুন্শিগী আহুমশুবা শরুকপু বনদা লেপ্পুরগে থম্মুনা, হায়রিবা বানপ্রস্থ কৌবা আশ্রম প্রসিদা চঙ্ডি, অমুগা চঙ্সু চঙ্গদবনি। হায়রিবা আগ্রমসিদসু, গৃহস্থাশ্রমদা তৌথিবা অগ্নিহোত্রনচিংবসু অমুম্ মতৌগনি। হায়রিবা বানপ্রস্থ হায়বা আশ্রমসিদসু দেবতাগী আরাধনানচিংবসু অমুম্ মতৌগনি ॥৪—৫॥

বানপ্রস্থীশিংনা হীরম্ পুম্বদা নিয়ম নাইনা লৈগদবনি। তুম্বা-হীপ্প চাবা থকপদা নিয়ম্ নাইনা লৈগদবনি। নোংমগী তরুকশুবা শরক্তা হায়বদি অহুমশুবা য়ুথক্তা অমুক্তংত চাগদবনি। অমুগা তমহৎলুহুমা

অশ্মকুট্টং ব্রীহিযবং নীবারং বিঘসানি চ। হবীংষি সম্প্রযচ্ছেত মখেষ্বত্রাপি পঞ্চসু ॥৭॥
বানপ্রস্থাশ্রমেঽপ্যেতাশ্চতস্রো বৃত্তয়ঃ স্মৃতাঃ। সদ্যঃ প্রক্ষালকাঃ কেচিৎ কেচিন্মাসিকসঞ্চয়াঃ ॥৮॥
বার্ষিকং সঞ্চয়ং কেচিৎ কেচিদ্দ্বাদশবার্ষিকম্। কুর্বন্ত্যতিথিপূজার্থং যজ্ঞতন্ত্রার্থমেব বা ॥৯॥
অভ্রাবকাশা বর্ষাসু হেমন্তে জলসংশ্রয়াঃ। গ্রীষ্মে চ পঞ্চতপসঃ শশ্বচ্চ মিতভোজনাঃ ॥১০॥
ভূমৌ বিপরিবর্তন্তে তিষ্ঠন্তি বা প্রপদৈরপি। স্থানাসনৈর্বর্তয়ন্তি সবনেষ্বভিষিঞ্চতি ॥ ১১॥
দন্তোলূখলিকাঃ কেচিদশ্মকুট্টাস্তথা পরে। শুক্লপক্ষে পিবন্ত্যেকে যবাগূং ক্বথিতাং সকৃৎ ॥১২॥
কৃষ্ণপক্ষে পিবন্ত্যেকে ভুঞ্জতে বা যথাগতম্। মূলৈরেকে ফলৈরেকে পুষ্পৈরেকে দৃঢব্রতাঃ ॥১৩॥
বর্তয়ন্তি যথান্যায়ং বৈখানসগতিং শ্রিতাঃ। এতাশ্চান্যাশ্চ বিবিধা দীক্ষাস্তেষাং মনীষিণাম্ ॥১৪॥

ফত্তবা থবক্লোম্দা চঙ্শিন্নীঙ্বদগী মশাবু কঞ্জগদবনি। অদুনা আশ্রম অসিদগী য়াম্ন কন্না ইন্দ্রিয়বু খুম্নম চন্গদবনি। গৃহস্থাশ্রমদা লৈরিঙৈদা তৌখিবা গো সেবা, অগ্নিহোত্রনচিংবা থর্ম কর্মগী আঙ্গ পুম্নমক্ শুনা বানপ্রস্থাশ্রমদসু তৌগদবনি। মাসিমক্ বানপ্রস্থাশ্রমগী ধর্মনি ॥৬॥ বনবাসী ওইরবা মীনা হায়রবদি বানপ্রস্থীনা লৌবুক্তা খোইদনা, থোইনা থারুদনা মথন্ত হৌজরকপা অদুগা লৌবুক্তা তাদুনা লৈগৌরবা কৌমন্ন হন্নাই মন্ন চেং মন্নচিংবনা অদুগা অতিথিগী শরুক্ তম্খিবদগী লেম্হৌবা মথাক্ অদুনা জীবিকা ওইহন্গদবনি ॥৭॥ বাণপ্রস্থাশ্রমদসু বৃত্তি মথল্ মরিসুনা অদুম মরৈ। চাবা থকপা হেক্ লোইবগা পাত্রশিং অদু শেংনা সেঙ্দোকুনা তেক্ থম জিন্বা অদুক্তা চাগদবনি। হায়রিবসি ভাবতি, মথং নোংমদুগীদমক্ হায়দুনা থক্ থাক্লোইদৌবনি। বনবাসীনা গৃহস্থ অমগুম্না ধন-ধান্যনচিংবা সঞ্চয় থক্ তৌরোইদৌবনি। বানপ্রস্থী নত্তবা কনাগুম্বনা থা অমগী চাবা ওক্লনবা পৈখৎতুনা থম্মি ॥৮॥ কনাগুম্বনা চহী অমগী ওক্লনবা, কনা কনাগুম্বনা চহী তরনীথোয় ফাওবা চাননবা অচাপক্ মাঙ্জীননা পৈখৎতুনা থম্মি। তৌরিবা সংগ্রহ অসিদি, অতিথি সবাগীদমক্ অদুগা যজ্ঞদানাচংবা শুভকর্মগীদমক্নি ॥৯॥ বানপ্রস্থী ওইবা মথোক্নগী বর্ষাগী মতম্দা, ঈহাঙ্ হাঙ্বা আকাশগী মথাদা, নিংথমথাদা ঈশিংগী মনুংদা, লেপ্লুনা ধ্যান তৌই। কালেন-থাদা মুংশা মরক্তা মরক্তা, পঞ্চাগ্নিদা মশাবু মৈশা কন্না লাংহল্লি। অদুগা মথোয়দি নোংমগী থজিক্ থজিক্-মক্ চাদুনা মপুনশি লেল্লি ॥১০॥

মহাত্মা ওইবা বানপ্রস্থীশিংনা লৈনীন্ মথক্ত থরো থরো ওন্দুনা লেল্লি। খোঙ্থক্ত লেপ্থল্লি। আসন অমতং থারগা মাদুগী মথক্ত ফম্মি। মতম্ অদুমদা ( অয়ুক মুংমিৎয়ুংবা-নুমিদাংয়াইরমদা ) স্নান তৌই, সন্ধ্যা তর্পণনচিংবা তৌই ॥১১॥ কনা কনাগুম্বা বানপ্রস্থীশিংনা মন্নাবু শূম্বলগুম্ শীজিন্নৈ। অদুনা ঈশং শংবা চেঙ্ হন্নাইনচিংববু মন্নাতনা শায়রগা চায়। কনা কনাগুম্বনা নুংদা নুং অমনা শুগাইরগা-তক্লগা চায়। কনা কনাগুম্বনা যবকী য়াম্ অদু ঈশিংদা চনাং তানা নৈরগা, কৃষ্ণপক্ষ শুক্লপক্ষদা থকই। হায়-রিবশিংসগী অশম্বা রাদি, বানপ্রস্থীশিংনা নোংমগী থোকুউ-থোকুউবা অকং অকংবদু চাদুনা লেল্লি ॥১২॥০॥ বানপ্রস্থাশ্রমদা আশ্রয় লৌদুনা কনা কনাগুম্বনা, উরু রাক্ষ শায়দুনা অকনবা ব্রত তৌদুনা উহৈ কংজ্রবসু মনা মপাক্তন ধর্ম কায়দনা জীবিকা ওইনৈ ॥১৩॥০॥

চতুর্থশ্চৌপনিষদো ধর্মঃ সাধারণঃ স্মৃতঃ। বানপ্রস্থাদ্গৃহস্থাচ্চ ততোঽন্যঃ সম্প্রবর্ত্ততে ॥১৫॥
অস্মিন্নেব যুগে তাত বিপ্রৈঃ সর্বার্থদর্শিভিঃ। অগস্ত্যঃ সপ্তঋষয়ো মধুচ্ছন্দোঽঘমর্ষণঃ ॥১৬॥
সাংকৃতিঃ সুদিবা তণ্ডির্যথাবাসোঽকৃতশ্রমঃ। অহোবীর্য্যস্তথা কাব্যস্তাণ্ড্যো মেধাতিথির্বুধঃ ॥১৭॥
বলবান্ কর্ণনির্বাকঃ শূণ্যপালঃ কৃতশ্রমঃ। এতং ধর্মং কৃতবন্তস্ততঃ স্বর্গমুপাগমন্ ॥১৮॥
তান প্রত্যক্ষধর্মাণ স্তথা যাযাবরা গণাঃ। ঋষীণামুগ্রতপসাং ধর্মনৈপুণ্যদর্শিনাম্ ॥১৯॥
অন্যে চাপরিমেয়াশ্চ ব্রাহ্মণা বনমাশ্রিতাঃ। বৈখানসা বালখিল্যাঃ সৈকতাশ্চ তথা পরে ॥২০॥
কর্মভিস্তে নিরানন্দা ধর্মনিত্যা জিতেন্দ্রিয়াঃ। গতাঃ প্রত্যক্ষধর্মাণস্তে সর্ব্বে বনমাশ্রিতাঃ ॥২১॥
অনক্ষত্রা অনাধৃষ্যা দৃশ্যন্তে জ্যোতিষাং গণাঃ। জরয়া চ পরিদ্যূনে ব্যাধিনা চ প্রপীড়িতঃ ॥২২॥

শিংলবশিংসিগীদমক্ মথল মথা অধাম্বা পুনশি মরেল শাস্ত্রশিংদা হায়রি। মরিগুবা সন্ন্যাস আশ্রমদা বিধান তৌরিবা, উপনিষদ্শিংদা হায়রিবা— তপ্থবা লৈবা, ইন্দ্রিয় খুত্থম চন্থবা, মতুবা বিষয়দগী হন্দোক্পা, খাওবা কন্বা, পূম্নমকপু লোইশিন্ খোমজিনবগী মশক্ ওইরবা ধর্ম— অসিনচিংবসি আশ্রম পূম্নমকী সাধারণ ওইনা অ্মম মতায়। অদুনা, সন্ন্যাসাশ্রমগী ত নত্তনা হায়রিবশিং অসি অতৈ অতৈ আশ্রমদস্থু অদুম চংকদবনি। অদুবু সন্ন্যাসাশ্রমগী ত মিশেষ ওইবা, অতৈ আশ্রমগীগা মান্নদবা ধর্ম (কর্ত্তব্য) থরদি লৈ। নখোয়গী গৃহস্থ বানপ্রস্থগীগা য়াম্না খেন্নে ॥ ৪—৫॥ ঈবুঙো! যুগ অসিদসু ধর্ম অর্থগী তত্ত্ব পূম্নমক্ উরবা ব্রাহ্মণশিংনা বানপ্রস্থাশ্রমগী ধর্মবু পালন তৌবসি অদুগা ধর্ম অসিগী শন্দোক্লবাস তৌনারি— হোৎনরি। অগস্ত্য, সপ্তঋষিশিং, মধুচ্ছন্দ, অঘমর্ষণ, সাংকৃতি, সুদিবা, তণ্ডি, যথাবাস, অকৃতশ্রম, অহোবীর্য্য, কাব্য (শুক্রাচার্য্য) তাণ্ড্য, মেধাতিথি, বুধ শক্তি লৈরবা কর্ণনির্ব্বাক, শূণ্যপাল অদুগা কৃতশ্রম··· হায়রিবশিং আসিনা মথক্তা হায়খ্রিবা ধর্ম নিয়মশিং অসি ঙাকখি। নিয়মশিংসি ঙাকথবনা মখোয় লোইনা স্বর্গ কাখি ॥১৬-১৮॥ ঈবুঙো। অকিবগী মশক্ ফংনা, তপস্যা তৌবা, ধর্মগী তত্ত্ববু য়াম্না শিংনা জ্ঞান তানা খঙবা, ঋষিশিংগী যাযাবর কৌবা গুণ অদুসু বানপ্রস্থগী গুণধর্ম অমনি। মখোয়না ধর্ম অসিগী মহৈবু, থাজৈশেংনা উজ্রখনি। মখোয়শিংসি নত্তবা মশীংলাকতমক্রবা বনবাসী ব্রাহ্মণশিং কয়া কয়ানা— বালখিল্য অদুগা সৈকত কৌব মুনি অমসু বৈখানস ধর্ম্ম হায়বাদ বানপ্রস্থ ধর্ম অসিবু ঙাকখি ॥১৯—২০॥

হায়রিবা ব্রাহ্মণশিং অসি মতম অয়াম্বা অকনবা ব্রত ত তৌবনা অদুগা অদুগা অরাবা হকচাংদা ঐনাত পীওম্বা কর্মত তৌবনা সংসারগী ফুংগাইব পূম্বদগীদি নাম্থোক্লবনি। ইন্দ্রিয় খুত্থম চম্নুনা ধর্ম কর্ম তদা পুক্নীং চঙ্থনা লৈরবনি। মখোয়দি মখোয়না ধর্ম অমদি কর্মশিং অদুগী মহৈদু মমীৎমক্লা উরমখোয় পূম্বা বানপ্রস্থীমক্তনি। লোক আসিদগী চংথরবা তুংদা মখোয়বু নোংমদোন্ থক্ আসিদা নক্ষত্র (থবান্মিচাক) শিং অসি নত্তনা, লংলবা গ্রহশিং আসিগী মশক্ ওইদুনা উনরিবসিনি ॥২১॥০॥ মতৌ অসুম্না বানপ্রস্থাশ্রম অসিগী মতুংদা হায়বদি বানপ্রস্থাশ্রমগী তৌগদবা থবক্ পূম্নমক্ পাঙথোকলব তুংদদি পুনসিগী শরুক মরিগী শরুক অমতা মডায়রে। অহল ওইদুরকলবা মতম অদুদাদি মখোয়গী মশা (হকচং অদু কংশিল্লকলে। অহল ওইবগী লোয়নরকপা লাম্বনা মথল মথন্না মখোয়না ওৎপা নৈবা কৌর

ততঃ শ্রেষ্ঠ ভীবসংস্তেনৈরধিষ্ঠিতং শ্রীনধিবৃত্তিবৃত্তমম্ চতুর্থমুক্তং প্রবরংপ্রবরং শৃণু প্রকীর্ত্ত্যমানং পরমং পরায়ণম্ ॥৩০॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্মপর্ব্বণি

শুকানুপ্রশ্নে ঊনচত্বারিংশদধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ। ২৩৯।

—:(০):—

নিয়ম পুম্বা বিধান তৌরিবা শাস্ত্রগী সূত্রগী মশক ওইবা বচনশিংতুগী মতুং ইন্না ত্যাগকী মশক ওইবা মৈতুংদা লৈজবা পুম্বা খাদোক্লবগীদমক্তা মতম্ পুম্বদা পূক্নীং থোগৎনুনা, মাগীসু থোগৎশিন্নুনা লৈবা মখোয় অত্তুদি মানা মানা হেক্ ফংনিংবা গতি (মুক্তিনচিংবা পদবী) বু ফংতি—ফংবা ঙম্মি। ধর্মদা পুক্নীং চঙলবা, ইন্দ্রিয় থু.ম. চল্লবা অসিগুম্বা মখোয়দা আত্মজ্ঞানগী অমদি মুক্তিগী বিষয়দা করিমত্তা চিনবা অকিবগী মকম লৈত্রে ॥৩০॥ বানপ্রস্থাশ্রমদগীসু হেনবা, আশ্রমত্তুগী মশাগী গুণশিংমক্তনসু খ্বাইদগী হেনবা, মথক্ত লৈবা আশ্রম অহুম (ব্রহ্মচর্য্য গৃহস্থ. বানপ্রস্থ) সিদগীসু মকোক ওইনা লৈবা, শম-দমনচিংবা গুণ পুম্নমক্কা মশক নাইনা কোতদোরক্পা, পুম্নমকী লোংসিন্নকফম্ অপোইবা গতি ওইবা, খ্বাইদগী হেন্বা, আশ্রমশিংগী মন্নু দা করিগুম্বা, অসিগুম্বা সন্ন্যাস কৌবা আশ্রম মসিগী মরমদা শম্নপ্পা খল্লদি হায়রে। অত্তুমক্পু য়াম্ন শন্দোক্না অম্মুক্ হায়গে—য়াম্ন পুক্নীং চঙনা তাব্রো ॥৩১॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা, শ্লোক লিশিং চাম-না শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা,

মোক্ষধর্ম্ম পর্ব্বদা, শুকানুপ্রশ্নগী চনী কুম্নামাপলগুবা

অধ্যায় লোইরে ॥২৩৯॥

—:(ঃ):—

# মণিপুরী মহাভারত

( সন্ন্যাস আশ্রমগী শন্দোকৃপা চিবরণ )

## চত্বারিংশদধিকদ্বিশততমোহধ্যায়ঃ।

## চনীগা নিফুশুবা অধ্যায়।

—— :(): ——

শুক উবাচ।

বর্ত্তমানস্তথৈবান্যে বানপ্রস্থাশ্রমে যথা। মোক্ষমাশ্রমং কথং শক্যা বেত্তুং বৈ কাঙ্ক্ষতা পরম্ ॥১॥

ব্যাস উবাচ।

প্রাপ্য সংস্কারমেতাভ্যামাশ্রমাভ্যাং ততঃ পরম্। যৎ কার্য্যং পরমার্থং তু তদিহৈকমনাঃ শৃণু ॥২॥

কষায়ং পাচয়িত্বাহশু শ্রেণিস্থানেষু চ ত্রিষু। প্রব্রজেচ্চ পরং স্থানং পারিব্রাজ্যমনুত্তমম্ ॥৩॥

তদ্ ভবানেবমভ্যস্য বর্ত্ততাং শ্রূয়তাং তথা। এক এব চরেৎ ধর্ম্মং সিদ্ধ্যর্থমসহায়বান্ ॥৪॥

একশ্চরতি যঃ পশ্যন্ ন জহাতি ন হীয়তে। অনগ্নিরনিকেতশ্চ গ্রামমন্নার্থমাশ্রয়েৎ ॥৫॥

শুকদেবনা হংঙি :—পিতৃদেব! ব্রহ্মচর্য্য অমদি গৃহস্থাশ্রমদা নিয়ম বিধি কায়দনা চৎপত্নুগুম্না বানপ্রস্থাশ্রমদসু শাস্ত্রগী নিয়ম বিধি কায়দনা চৎকদবনি। অসিনচিংবসিদি পিতৃদেব মকমদগীত তাঙ্জরে। এবনা হৌজিক তাঙ্জনীংলিবাদ পরব্রহ্ম পরমাত্মাবু ফংনিংবা মীশিংশুনা মানা মানা ওয়া শক্তিগী মতুং ইন্না, পরমাত্মাগী ধ্যান চিন্তনচিববু করম হায়না তৌগদগে হায়বা অসিনি ॥১॥ শ্রীব্যাসনা হায় :—ইবুঙো শুকদেব! ব্রহ্মচর্য্য অমগ গৃহস্থাশ্রমগী ধর্ম কর্মশিংগী পাৎনা সংসার তৌরবগী মতুংদা, মুক্তিগীদমক্তা তৌগদবা থবক্ পূর্ণহু এ হায়গে। মাসি য়াম্ন পুক্নী চঙ্না তাও ॥২॥ পণ্ডিক নাইনা হায়বদি, মথং মনাও কায়দনা ব্রহ্মচর্য্য, গৃহস্থ, বানপ্রস্থ হায়রিবা অহুম অসিদা থম্মোয়দা লৈরিবা অশাউবা কল্লকপা য়েংথবনচিংবা দোষশিং অহুবু মরু কংনা মাঙ্হনগা থুনা য়াঙ্না, মরক্তা অমদমদা পন্দনা, সন্ন্যাস কৌবা মরিশুবা আশ্রম অসিদা চঙ্গদবনি ॥৩॥ ইবুঙো! হৌজিক্তি সন্ন্যাসগী নিয়মশিং মথং কনাও নাইনা তারো। মাসিবু অভ্যাস তৌদুনা হৌজিক্তগী লৈবা তৌগংলো। কনা অমত্তা য়াওদনা হায়বদি কনা অমত্ত লোয়নদনা, সিদ্ধি দমক্তা (পুনশিবু এহৈ য়ালহন্নবগীদমক্ত) সন্ন্যাসী অমনা সন্ন্যাসগী ধর্মবু পালন তৌগদবনি —ভাকদবনি ॥৪॥ অজ্ঞাতবু থাঙ্গৈশংনা থচ্চদ উরদুনা মথম্ম কোয়চৎ চঙ্না লৈরবা মক্তাক্ অহুনা, মকম পুম্নদা কোয়চৎ চংলবনিনা, মহাক্না করিগুম্বা কনাগুম্বা অমতবু থাদোক্তে মাংসু কনাগুম্বা করিগুম্বা অমত্তনা থাদোক্তে। সন্ন্যাসীনা করিগুম্বা মথদগী অগ্নিহোত্র ( যজ্ঞ ) অমতা তৌদ্রে। লৈনবা য়ুমকৈনংবা অমত শাববু লৈদ্রে। খুল্লক্তা ভিক্ষ নিবা চৎপতনা মাগী মহিপ্পাং ওই ॥৫॥

অশ্বস্তনবিধানঃ স্যাৎ মুনির্ভাব সমাহিতঃ। লঘ্বাশী নিয়তাহারঃ সকৃদন্ননিষেবিতা ॥৬॥
কপালং বৃক্ষমূলানি কুচৈলমসহায়তা। উপেক্ষা সর্ব্বভূতানামেতাবৎ ভিক্ষুলক্ষণম্ ॥৭॥
যস্মিন্ বাচঃ প্রবিশন্তি কূপে প্রস্তা শিলা ইব। ন বক্তারং পুনর্যান্তি স কৈবল্যাশ্রমে বসেৎ ॥৮॥
নৈব পশ্যেন্ন শৃণুয়াদবাচ্যং জাতু কস্যচিৎ। ব্রাহ্মণানাং বিশেষেণ নৈব ব্রূয়াৎ কথঞ্চন ॥৯॥
যৎ ব্রাহ্মণস্য কুশলং তদেব সততং বদেৎ। তূষ্ণীমাসীত নিন্দায়াং কুর্ব্বন্ ভেষজমাত্মনঃ ॥১০॥

সন্ন্যাসীনা হয়েংগী চাননবগীদমক্তনি হায়গুনা ভিক্ষা নিদে নিরোইদৌবনি। থম্মোয়বু মচীল, অমতদা থম্মনবগী মতম পুখ্বদা তুমিন্না লৈগদবনি য়াম্না য়াংব চীঙ্গাক্ নিয়ম নাইনা চাগদবনি। অমুক তুমিদাং নোংমগী মহুংদা অমুরক্তংত চাগদবনি ॥৬॥ ভিক্ষা নিননবা পাত্র অহুগা কমণ্ডলু নাক্ত থমগদবনি। অচীকৃপদা, উগী উখাদা লৈগদবনি। মীনা য়েংবদা কজনা উদবা কিয়োল শীজিন্নগদবনি। নাক্ত কনা থমলোইদৌবনি। অম অমগী লৈরি ঙারিবা মণ্ডহুদা য়েংশিন্নুরোইদৌবনি। মাসি পুম্নমক্ সন্ন্যাসীগী লক্ষণ (থুদম্) মক্তনি ॥৭॥ মকম্ অমদগী অকি-অথংবা ফংসুরবা শামুনা পুখ্রী লাংথোংদা তুমিন্না চঙ্শিন্নুনা লোক্তুনা লৈ। অহুগা ঈকায়খিবনা মাগী হান্নগী মফমদা অমুক্ হল্লকত্রে। মতো অহুগুম্না মীবু থাগৎপা নিন্দা তৌনবা মকম্ অহুদা পাউথুম পীবা ওইনা একম্ অহুদা সন্ন্যাসী অমনা অমুক্ চঙ্ডুত্রে। কনা অমতনা তৌরকৃপা নিন্দা অমদি প্রশংসাদা অশাউবা হুংঙাইতবা তৌদনা লৈরবা অমদি লৈবা ঙম্রবা মী অমতনা সন্ন্যাস আশ্রমদা লৈবা ঙম্মি ॥৮॥

মীগী মরা ঙাঙ্দগনবা, মীগী নিন্দা অমদি প্রশংসা তৌগন্বা মাহুদা হৈনথ্রবা মণ্ডোলোমদা সন্ন্যাসী অমনা মমায় কাওবা হায়গংলুদে, হায়গংলুবসু হৌনদে। কনা অমগী মচীন্দগী চৈব থাংবগী, থাগৎপগী রাহৈ রাঙাং মনাকোঙ্দা হাপলো'দৌবনি, চঙহল্লোইদৌবনি। ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব অমগী মফম্ হায়বা হৌ-নদবা রাহৈ অনত মচীন্দগী থোক্হল্লরোইদৌবনি ॥৯॥ ব্রাহ্মণনচিংবা অকবা ধর্ম কায়দবা মীশিংগী মরমদি মথোয়গী কান্নগদবা রাহু হায়গদবনি, তাকৃপিগদবনি, ঙাহনগদবনি। মতোম্বা কনাগুম্বা অমনা তৌরকৃপা নিন্দা নত্রগা থাগৎপগী রাহু থক্ তাদে, তারোইদৌবনি। তৌরকৃপিবা, নিন্দা প্রশংসা অহুতুম্ সংসারগী শিথাগী মশক্ ওইরবা রোগ (লায়না) বু কোক্তম্নবা হীদাকুনি হায়না থন্দোক্তুনা তুমিন্না পুম্নমক্ অহু সেবন তৌগদবনি * ॥১০॥

---

* মীনা তৌরকৃপা নিন্দাগী রাহৈশিংসি মতৌশানা অয়াকৃপা, অশীন্বা, অথাবা, অশাবা অককৃপামক্ত ওইগনি। লায়না কোক্লনবা হীদাকৃশিংসু অয়াম্বনা অথাবা অয়াকৃপা হাউতবমক্ত ওইগনি। প্রশংসাগী রাহৈগী মতৌগুম্বা অথুম্বা হীদাকসু মরক্ মরকা ময়াও'কৃই। নাব কননবনি হায়তুনা অনাবা রোগী অহুনা মাহুবু তুমিন্না মমীং উংশিন্দুনা সেবন তৌই—চায়। মতৌ অহুগুম্না সংসারগী শাউনিংবা, কল্লকৃপা অপাম্বা, মিহৌবমচিংবা রোগদগী কোক্লনবা হীদাকনি হায়না থন্দুনা নিন্দা প্রশংসাগী অথাবা রাহৈশিং অহুবু সন্ন্যাসীনা তুমিন্ন সেবম' তৌগদৌবনি। (কালাচাঁদ)

যেন পূর্ণমিবাকাশং ভবত্যেকেন সর্ব্বদা। শূন্যং যেন জনাকীর্ণং তং দেবা ব্রাহ্মণং বিদুঃ ॥১১॥
যেন কেনচিদাচ্ছন্নো যেন কেনচিদাশিতঃ। যত্র ক্বচনশায়ী চ তং দেবা ব্রাহ্মণং বিদুঃ ॥১২॥
অহেরিব গণাদ্ভীতঃ সৌহিত্যান্নরকাদিব। কুণপাদিব চ স্ত্রীভ্যস্তং দেবা ব্রাহ্মণং বিদুঃ ॥১৩॥
ন ক্রুধ্যেন্ন প্রহৃষ্যেচ্চ মানিতোঽমানিতশ্চ যঃ। সর্ব্বভূতেষ্বভয়দস্তং দেবা ব্রাহ্মণং বিদুঃ ॥১৪॥
নাভিনন্দেত মরণং নাভিনন্দেত জীবিতম্। কালমেব প্রতীক্ষেত নিদেশং ভৃতকো যথা ॥১৫॥
অনভ্যাহতচিত্তঃ স্যাদনভ্যাহতবাগ্ ভবেৎ। নির্ম্মুক্তঃ সর্ব্বপাপেভ্যো নিরমিত্রস্য কিং ভয়ম্ ॥১৬॥
অভয়ং সর্ব্বভূতেভ্যো ভূতানামভয়ং যতঃ। তস্য দেহাদ্বিমুক্তস্য ভয়ং নাস্তি কুতশ্চন ॥১৭॥
যথা নাগপদেঽন্যানি পদানি পদগামিনাম্। সর্ব্বাণ্যেবাপিধীয়ন্তে পদজাতানি কৌঞ্জরে ॥১৮॥

মকম্ পুম্বদা শীঙ্‌ংনা লৈবগীদমক্তা সন্ন্যাসী অমনা আকাশ মপুম্‌সিনা মথত্তনা কুপ্তনা লৈবগুম্ তৌখি। অদুবু, মহাক্তি কারিগুম্বা বিষয় অমদা আসক্তি থম্‌থিদ্রবা মত্তোন্দদি আকাশগুম্না ঈহাঙ্ হাঙ্‌দনা অদুমক্ মরৈ। মহাকপু স্বর্গগী দেবতাশিংমক্তা ব্রহ্মজ্ঞানীনি হায়না লৌই খঙ্‌ঙি ॥১১॥ মথাবু উকু রাকু নচিংবা কারিগুম্বা পোশক্ অমনা কুপাশন্দুনা লৈ। অকংবা, লম্বীদা তরম্বা উনা শীংনা অমনসু মহাক্কী চীঞ্জাক্ অদুম থওই। নোংমগী থুঙ্‌ থুংঙ্‌বা মকম্‌দা য়ায়রেক্তুনা অদুম মরৈথোক্‌ই। অসিগুম্বা সন্ন্যাসী মহাকপু দেবতাশিংমক্তা ব্রহ্মজ্ঞানীনি হায়না লৌই ॥১২॥ অমগমগা লৌথোক লৌশিন্দ তৌনারিবা, থৎনচৈনরিবা জন সমাজবু উরগা লিলগী মপৈ উরগা কিবগুম্, কিদুনা হন্দোক্‌ই। অহাউ অথুমচিংবা চীঞ্জাক্তা কংবা পেঞ্জবা হারবদুবু নরকমক্কীমক্তি হায়না থন্দুনা লাপ্ন হন্দোকই। মুপীশিংবু শুমহৎপা, ভূত প্রেতগী অশিম্বা হুকচাং অমমমনি থন্দুনা অতনবা অকিবগা লোয়মনা লাপ্ন হন্দোকই অদুগুম্বা সন্ন্যাসী মহাকপু স্বর্গগী দেবতাশিংমক্তা ব্রহ্মজ্ঞানীনি হায়না লৌই—খঙ্‌ঙি ॥১৩॥ ঈকায়খুম্নবগী থাগৎপগী রাহৈ তারগা হরাউ-মুংঙাইবা লৈতবা, চোক্না ঈকাম্বা কংগদবা রাহৈ-রাঙ ঙ্ তারগা শাউরা-মুংঙাহতবা লৈতবা, জীব পুম্নমক্কী থুদিংমক্তা মুংশারীবা কিবা পোকহন্দবা অদুগুম্বা সন্ন্যাসী মহাক্ অদুবু দেবতাশিংমক্তা ব্রহ্মজ্ঞানীনি হায়না লৌই ॥১৪॥ সন্ন্যাসী হায়বদুদি পুনশিবু অমাদ হিংদুনা লৈনবু থাহনা হরাউবা, তরাম্ তুরাম্ শুকৃপা তৌদে। অদুগা শিববুসু রাক্তনা অদুগা পাম্দুনা লৈতে। সেবক (মীনায়) অমনা মপুগী য়াথংত ভাইদুনা মথুং লোম্নদুনা লৈবগুম্না, কাল (মতম্) হায়বদুগী য়াথংত ভাইদুনা লৈ ॥১৫॥ সন্ন্যাসীনা মশাগী থম্মোয় পূক্লীংবু অপাম্বা অশাঙ্‌বনচিংবাশ সিনা মাঙ্‌থোক্‌হন্দে, দোষ লৈহন্দে। মশাগী ভাঙ্‌থোম্বকপা রাহৈশিংদা দোষশিং অদুগী মমি তাহন্দে। মশাগী রাহৈ রাঙাঙ্‌দা মীতোন্দা নিন্দানচিংবা তৌবগীমক্‌শীল্লিবা রাহৈরাঙাগী দোষ লৈহন্দে। পাপ দোষ পুম্বা য়াম্দনা সংসারসিদা মাগী মথক্তা কনাগুম্ব অমত্তগী শক্রুতা লৈহন্দে। সংসারদা মাগী য়েক্লবা কনা অমত্তা লৈতে। অসিগুম্বা অবস্থাদা লাক্লবা মহাক্তা কিক্লগদবসি কনাবুনো—কারিবুনো ? ॥১৬॥ সংসারগী মগুংদা লৈরিবা কারিগুম্বা পোশক্ অমদগী মাগী অকিবা লৈত্রবা, মাবু উবদা কনাগুম্বা-কারিগুম্বা কারিগুম্বা জীব অমত্তগী থম্মোয়দা অকিবা পোক্‌লিত্রবা অদুগুম্বা, শুম্‌হৎপা লাংদগী নাম্থোক্লব্রা মহাক্ অদুনা কনাবুসু চিংনরবে-কিক্লবে ॥১৭॥ মখোঙনা চৎপা

এবং সর্ব্বমহিংসায়াং ধর্ম্মার্থমপি ধীয়তে। অমৃতঃ স নিত্যং বসতি যো হিংসাং ন প্রপদ্যতে ॥১৯॥
অহিংসকঃ সমঃ সত্যো ধৃতিমান্ নিয়তেন্দ্রিয়ঃ। শরণ্যঃ সর্ব্বভূতানাং গতিমাপ্নোত্যনুত্তমাম্ ॥২০॥
এবং প্রজ্ঞানতৃপ্তস্য নির্ভয়স্য নিরাশিষঃ। ন মৃত্যুরতিগো ভাবঃ স মৃত্যুমধিগচ্ছতি ॥২১॥
বিমুক্তং সর্ব্বসঙ্গেভ্যো মুনিমাকাশবৎ স্থিতম্। অস্বমেকচরং শান্তং তং দেবা ব্রাহ্মণং বিদুঃ ॥২২॥
১৮ জীবিতং যস্য ধর্ম্মার্থং ধর্ম্মোঽর্থার্থমেব চ। অহোরাত্রাশ্চ পুণ্যার্থং তং দেবা ব্রাহ্মণং বিদুঃ ॥২৩॥
নিরাশিষমনারম্ভং নির্নমস্কারমস্তুতিম্। নির্ম্মুক্তং বন্ধনৈঃ সর্ব্বৈস্তং দেবা ব্রাহ্মণং বিদুঃ ॥২৪॥

জীব অক্তেগী খোঙ্গুম্না লামুগী পাক্ চাউরবা খোঙ্গুম্না লৃপ্ খিবহৃগুম্না, ভাইবংপানবগী ধর্ম অর্থ অনীমক্ অহিংসা হায়বহুগী মনুংদা লৃপ্ খি। কনাগুম্বা করিগুম্বা অমতগী মকম্‌দা হিংসা তৌরদ্রবা মী মহাক্ অহুদি অশিবগী বন্ধন ( অফা অপুন্ ) দগী নাম্বোক্‌খিহুনা অমৃতত্ব্ কংহুনা চাহনা লৈ ॥১৮—১৯॥ হিংসা তৌদবা, পোং খুদিংমকপু চপ্ মান্না উবা অচুম্বত ভাঙ্‌না, যায় তপ্‌থবা থাজ্ঞৈবা ইন্দ্রিয় খুদুম চন্‌বা, খাইদগী চঙ-অমম্ পীভম্বা মহাক্ অহুদি অখোইবা গতি ( খুভম ) বু ফংভি ॥২০॥ মতৌ অসুমনা জ্ঞানতনা ফংবা মুংভাই-বহুদ পেপ্রথবনা অকিবা অপাম্বা মিতৌব লাংদগী নাম্বোদ্রথবশিংহুগী মনক্ত মৃত্যু ( অশিবা ) হায়বহুনা কদ্মিমত তৌব ভাদে। মরমৃদি মখোয়শিংহুদি মৃত্যু মশা মক্তদগীসু লাম্বোক্তনা চৎথবনি ॥২ ॥ আসক্তি পুম্নম-ক্তগী নাম্বোকখিহুনা মুনিগী বৃত্তি ( মুনিগী পুনশি মরেল্ ) দা লৈথবা মহাক্ অহুদি আকাশগী মতৌগুম্না করিগুম্বা পোং অমতগা শম্নদে *। মশক্ তোংন্না ঈংথনা অহুম মরৈ। করিগুম্বা পোং অমতবু মাগীনি খন্দে। শান্তিগা লোয়নননা মথন্ত কোয়ংৎ চত্তুনা লৈ। মহাক্ অহুবু দেবতা ব্রহ্মজ্ঞানীনি হায়না লৌই ॥২২॥ মী মহাকী পুন্‌শি অহুনা ধর্মগীদমক্তা অহুগা ধর্ম কৌবা ভগবান্ হরিগীদমক্ত ওইথবা অহুগা মী মহাক্ অহুগী অহিং কুংখিম্না ধর্মবু ভাকশেনবগী থবক্তা শীজিন্নথবা মহাক্ অহুবু স্বর্গগী লাশিংমক্তসু ব্রহ্মজ্ঞানীনি হায়না লৌই ॥২৩॥

আত্মাগী মরমদা ওন্ন চত্তুনা করিগুম্বা বিষয় অমদা পুক্কীং চঙথবা, করিগুম্বা বিষয় অমগা কামনা থমথবা, সংসারগী করিগুম্বা বিষয়গী থবক্‌পু পান্‌থংনুবা ( হৌদোকপুবা ) লৈত্রবা, মীনা খুরুমজরবা, লৈশিলৈথোক্ত-রবদগীসু লাপ্পা হন্দোকথবা, মহাক্তসু কনাগুম্বা অমগী মকমদা অনিত্য বিষয় অমগীদমক্ লৈশিলৈথোক্তদবা অহুগুম্বা মহাক্ অহুদি বন্ধন পুম্নমক্তগী লাম্বোকথন্না দেহ্‌তাশিংনা মহাক্ অহুবু ব্রহ্মজ্ঞানীনি হায়না লৌই ॥২৪॥

* আকাশগী মনুংদা অউব-উদবা পোং পুম্নমক্ লৈ। পোং খুদিংমক্তগী মচু-মহাও-মনম্-অকল অথোং অমতা আকাশগা শম্নদে। শব্দ ( খোঞ্জেল ) কাওবা আকাশগী মনুংদা লৈ। আকাশগী গুণমক্তি শব্দ হায়বসি। অহুবু শব্দগা মাগা শম্নদে। আকাশগী মনুংদা নোংমদোন্দগী ঈশিং তারকই। অহুবু আকাশদি তোক্তে। মতৌ অসিগুম্না ব্রহ্মজ্ঞানী সন্ন্যাসীসু সংসারগী বিষয়শিং অসিগী মনুংদা লৈনা লৈনা মতোন্দা করিগুম্বা পোং অমতগী মচু মহাও মনম্ নচিংবদনা চঙবা ভম্‌দে। মহাক অহু ব্রহ্মমক্তী মদাক্তি। ব্রহ্ম-জ্ঞানীদি আকায় ব্রহ্মমক্তি—( কালাচাঁদ )

সর্বাণি ভূত নিভয়েৎ ঈদদস্তেসর্বাণি তুঃ গুভ্রুণ প্রসন্তে । তেভ্যঃ ভগৌৎপাদন আহবেনঃকুর্যাৎ বর্ম পিহিতমমানঃ ॥২৫॥
দানংাহ কৃত্বা অভয়দক্ষিণাভিঃ সর্বাণি দান ণ্যা ৎ উত্তৈহ । তৎক্ষ তয়ং স. প্রথবং অহংত্তিসোহ্নত্যংাপে.ত্য অভয়প্রাজ্ঞঃ ॥২৬॥
উত্তান আস্যোনহাবর্জ্যোতিলোপস্থনা ভির্জিতঃ প্র তৃষ্ঠা । তম্ভ জনকা'ন কৃতাকৃত' চ ঠৈ.শ্বানরঃ সর্ববিদং প্রপেদে ॥২৭॥
প্রাদেশমাত্রে হৃদিনিঃস্থম্রং যৎ জ স্মিন্ প্রাণান আত্ম জীবকেঅভি । তস্থ্য অহে.ত্র হুতমাত্মসংস্থ সর্বেষু লোকেষু দেবেষু ॥২৮॥
দেবং ত্রিধাতুং ত্রিবৃতা সুর্পণং যে বিদ্যুগ্রাং পরমাত্মতাং চ । তে সর্বলোকেষু মহীয়মানা দেবাঃ সমর্থাঃ সুকৃতাঃ অজন্তি ॥২৯॥

---

সংসারগী জীবপানবা পূম্নমক্ অসি হুংভাইবা অবস্থাদা হন্নাওজে পেঙ্গে। অন্নাবা-খুদোংথীববুনা য়াম্না কিজে, খুংশাথীজে। মবম্ অহুনা জীবপানবা কনাগুম্না কয়িগুম্না অমগী মফমদা অকিবা খুদোংথীবা খৌ-দোক্ অমা ভাববা-সাক্পা উবদা মথাগী পূক্নীংদা মুংভাইতবা পোক্লবা, অহুগা মামক্লা ভাক্লবগুম খন্দুনা য়ারবা মতুগুম্না শ্রদ্ধা লৈবা মহাক্ অহুনা মীওোন্দা অকিবা পোক্নীভায় ওইবা করিগুম্না থবক্। অম্রত তৌয়োকদৌবনি ॥২৫॥ জীবশিংদা অভয়-প্রদান ( কিহন্দবা-দান তৌবা ) হনা দান পূম্নমক্কী অথোইবা দাননি। অভয়দক্ষিণাহনা অথোইবা-মমল য়াম্নবা দানদক্ষিণানি। অহানবদগী হৌনা, হিংসাবু থাদোক্লবা মী মহাক অহুদি কয়িগুম্না কনাগুম্না অমগী মফম্দগী অকিবা ফংমনীভায় লৈত্রবনা মুক্তি ( অন্নান্বা থুডম ) হায়বহু "প্রাণায় স্বাহা" হায়চিংবা মন্ত্রনা, প্রাণশিংগীদমক্ত অন্নবু আহুতি পীদবা মাহুদি লায়রহুনা পূক্নীং শক্ত্রিয় পূম্নমকপু আত্মাংহুম্ আহুতি পীরবা ( হোম তৌগোক্লবা ) মহাক অহুগী খোঙ খুৎনচিংবা কায়াৎ পূম্না মৈমক্কী অবয়ব (কায়াৎ) মক্তনি। মক্তাক্কী তৌগ্রবা তৌথিদ্রবা কর্ম পূম্না মৈমক্কী অবয়বমক্তনি। হায়বদি মহাক্ মথামক মৈমক্কী মশক্নি। হায়ব্রিবা মৈসিমক্তি সৃষ্টিগী মতম্দগী জীবপানবা পূম্নমক্কী খোয়দোদা-পূক্তা চাক্‌থাউদা জঠরানল ( চাকথাওগী মৈ ) গী মশক ওইনা লৈবক্রিবনি। জগৎ পূম্নমক্কী আশ্রয় লৌফম ওইনা লৈরবনি। অহুগুম্না বৈশ্বানর কৌবা মৈসিনা জগৎ পূম্নমক শীন্থুংনা কুপ্তুনা লৈরিবনি ॥২৭॥ অসিগুম্না আত্মযজ্ঞবু তৌরিবা ওইবা মহাক্না, খোয়দোদগী থম্মোয় ( হৃদয় ) ফাওবগী মরক্ত লৈরিবা মফমসিদা পোকলক্লিবা ( থে রক্লিবা ) চৈতন্যজ্যোতি ( জ্ঞানগী অহুগা হুন ভাবকপগী মঙাল ) অসিদা জীবপান্বা ( শরীর পান্বা ) পূম্নমক্কী পূক্নীং অমদি ইন্দ্রিয় পূম্নমক্কী আহুতি পী। হায়বদি প্রাণ অপাননচিংবা পূম্নমকপু আত্মাদা হিজহল্লি লুপহল্লি। হায়ব্রিবা প্রাণাগ্নিহোত্র ( প্রাণ-অপান-সমান-উদান ব্যানগী হোম ) অসি হকচাংগী মনুংদা তৌরিবনিদি হায়ববু মহাক্তি সর্বাত্মামক ওইগ্রবনিনা দেবতা পূম্নমক্না লোয়ননা, লোক পূম্নমক্না প্রাণাগ্নিহোত্রবু পাঙথোক্লবনি। হায়বদি, মহাক্কী প্রাণ অপাননচিংবগী তৃপ্ত ( পেন্বা ) দা বিশ্বব্রহ্মাণ্ড মপূম্ অসিগী তৃপ্তি অহুম্ মঙইগ্রবনি ॥২৮॥

জ্ঞানতগী মশক্ ওইহুনা বিশ্বজগৎ অসিদা ঈঙাল্ ভাম্না লৈরিবা, প্রণব কৌবা ধাতু অহুম ( অ-উ-ম ) না মাবু থঙনরিবা, সত্ত্ব-রজ-তম কৌবা মায়াগী গুণ অহুমদা মখোয়গী নিয়ম তৌবা ওইনা লৈরিবা, জগৎকা সম্বন্ধ থম্বা মাগী থবক্ পূম্নমক্না উপাস্যগী ফজরবা মনাশিংনা মায়গে মরি শন্দোক্লা, লৈরিবা— অহুগুম্না অন্তর্যামী পুরুষ ভগবানবু অহুগা মাগী পরংব্রহ্ম ওইবগী স্বরূপপুম্ থঙলবা মী মহাক অহুদি লোক পূম্নমক্ত সম্মান কংভি। ভাইবংমী পূম্নমক লোয়ননা দেবতাশিংনা মহাক্কী 'মীওখিজরবা-পরমার্থগী' থবক্

বেদাংশ্চ বেদ্যঞ্চ বিধিং চ কৃৎস্নমথো নিরুক্তং পরমার্থতাং চ । সর্বং শরীরাত্মনি যঃ প্রবেদ তস্মৈ স্ম দেবায় পরং নমোঽস্তু ॥৩০॥
ভূধাবনত্তং দিব্যং চাপ্রমেয়ং হিরন্ময়ং যং হংসমণ্ডমধ্যে। পতত্রিণং পক্ষিণমন্তরিক্ষে যো বেদ ভোগ্যাত্মনি রশ্মিদীপ্তঃ ॥৩১॥
আবর্ত্তমানমজরং বিবর্ত্তনং ষণ্ণাভিকং দ্বাদশারং সুপর্ব। যস্যেদমাস্যে পরিযাতি বিশ্বং তং কালচক্রং নিহিতং গুহায়াম্ ॥৩২॥
যঃ সম্প্রসাদো জগতঃ শরীরং সর্বান্ স লোকানধিগচ্ছতীহ । তস্মিন্ হিতং তর্পয়তীহ দেবাং স্তে বৈ তৃপ্তাস্তর্পয়ন্ত্যাস্যমস্য ॥৩৩॥
তেজোময়ো নিত্যতনুঃ পুরাণো লোকাননন্তানভয়ানুপৈতি । ভূতানি যস্মান্ন ত্রসন্তে কদাচিৎ স ভূতানাং ন ত্রসতে কদাচিৎ ।৩৪॥

---

অদু থাগৎলি ॥২৯॥ বেদশাস্ত্র পূম্নমক থওফম্ থোকপা – খঙগদবা ওইবা পোৎশিং হায়বদি আকাশনচিংবা পঞ্চভূত, কর্মকাণ্ডগী বিধি নিয়ম পূম্নমক, নিরুক্ত ( শব্দ প্রমাণ ) পূম্নমক, পরমার্থ ওইবা আত্মাগী স্বরূপকী তত্ত্ব পূম্নমক-- অসি, হকচাংসিগী মনুংদা লৈরিবা আত্মাসিদা তুংদুনা লৈরিবনি, হায়না খঙলবা জ্ঞানীপুরুষ অদুগী সেবাদি স্বর্গগী লাইশিং মরুমু খোৎরাংলিবনি ॥৩০॥ পৃথ্বী থক্তা লৈরবসু পৃথিবীগী কৰিগুম্বা পেংচ্ছক আসক্তি থমত্রবা, মপায়াইত্রবা আকাশতু সিদা কনাগুম্বা করিগুম্বা চাংদম্নীংঙায় লৈতনা লৈরিবা হিরণ্ময় ওইনা ( মত্তাম্বগী মশক ওইনা ) লৈরিবা ব্রহ্মাণ্ডগী মনুংদা কাণ্ডরিবা অণ্ড ( মকম ), মাংসপিণ্ড ( শদূম ) গী মশক ও রবা হকচাংসিগী ময়ায়দা লৈবিবা থম্মোয় থম্বাল আসনথক্তা বিরাজমান ওইদুনা লৈরিবা, ভোগ্যাত্মাগী মনুংদা, হায়বদি হকচাংসিগী মনুংদা লৈরিবা থম্মোয় যাত্তিগাদা পীক্র পীক্রবা জীবাত্মা কোৎদুনা লৈরিবা, হকচাং চায়াৎ অমমম্ পুরিবা দেবতাশিংসিনা মহাক্কী মশা - মতু অমমম্ গুম্ কজনা লৈরিবা, মোদ প্রমোদ ( মশান মশাদা নুংঙাইবা - হন্ন নুংঙাইবা কৌবা অনীনা মহাক্কী নাকলগী পাক চাউরবা মশা অনীগুম্না লৈরিবা অদুম ওইবা সনাগী উৎকী মশক ওইবা জীবাত্মাসিনু অদুগা ব্রহ্মবু থঙলবা মহাক অদুদি মহাক্কী মশাদগী জ্ঞানতগী মশক তেজ মযাম্না মায়কৈ পূম্বদা হাইদোরকই। মধাল পূম্নমক অদুনা মহাক্কা খায়গী মাঙদা পূমঙাল ভাম্না— পূমলং লংনো লৈ ॥৩১॥

অতং অথম লৈতনা কোয়চৎ চেতুনা লৈরিবা, কংশিনবা চপ্‌শিন্‌বা লৈতবা, জীব পানবা পূম্নমককী পুনশি অমদি মপানগী কুয়োমসিবু চপ্‌শন থুহজিনহন্নিবা ঋতু তরুক্তা মাগী খোয়দো ওইরিবা থা তরাগা নীথোইনা চক্রগী মশা ( চাকাগী মশা , ওইরিবা, দশপৌর্ণমাসনচিংবনা মাগী তা কক্ অমমম্ ওইনা লৈরিবা, উরিবা পোৎ পূম্নমক অসিনা মহাক্কী য়ানুংদা অচাপোৎ ওইনা শায়হনত্রিব অদুম্ ওইবা কালচক্রনা বুদ্ধিগী মশক ওইবা গুগাদা লৈরি। অসিবু মুম্ন থঙদুনা শুভকর্মবু তৌরিবা মহাত্মাগী প্রাণ সাদি দেবতা পূম্নমক্কা তৌরি। ॥৩২॥ পুক্নীংদা অপেন । পীবিবা, উরিবা বিশ্বব্রহ্মাণ্ড অসিনা মহাক্কী হকচাংনুংদা পীক্লবা শক্কক অমগুম্না লৈরিবা, অদুগুম্বা পরমাত্মা অদুদা জগৎ পূম্নমক অসিবু মণঙনা কোরশিন্দুনা থম্লি। অদুগুম্বা পম্মাত্মাদুদা ধ্যানগী পাম্বৈতনা থমত্রবা পুক্নীং মহাক্কা হকচাংদা লৈরিবা দেবতাশিংবু অদুগা প্রাণবায়ুশিংবু মতম পূম্নমক্কা পেলহল্লি। পেল্লবা প্রাণবায়ুশিং অদুনা জ্ঞানী অদুগী মচীন্দা জ্ঞানতৃপ্তি পীদুনা হরাউহল্লি ॥৩৩॥ অদুম ওইবা জ্ঞানতগী মশক ওইবরা জ্ঞানতনা পূম্থল্ থম্নববা নিত্যব্রহ্মদা পরায়ণ ওইবরা সন্ন্যাসী অদুদি মপান্ নাইত্রবা, অকি-অথং লৈত্রবা লোকতা চৎখি—লৈখি। জগৎকী প্রাণী অনতনা মত্তোম্দা কিনিহাই চিংনীঙায় লৈত্রবা মহাক অদুদি সংসারগী কৰিগুম্বা পোৎশক অমদগী অকিবা লৈতে ॥৩৪॥

অগর্হীবো ন গর্হয়েৎ ন স বৈ বিপ্রঃ পরমাত্মানমীক্ষেত। বিনীতমোহো ব্যপনীতকল্মষো ন চেহ নামুত্র চ যোঽর্থমৃচ্ছতি ॥৩৫॥ অরোষমোহঃ সমলো ষ্ট্রকাঞ্চনং প্রহীণকোশো গতসন্ধিবিগ্রহঃ। অপেতনিন্দাস্তুতিরপ্রিয়াপ্রিয়শ্চরন্নুদাসীনবদেষ ভিক্ষুকঃ ॥৩৬॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাম্ শান্তিপর্ব্বণি

মোক্ষধর্মপর্ব্বণি শুকানুপ্রশ্নে চত্বারিংশদধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ।

—:০:—

মশামক্ করিগুম্বা বিষয়দা নিন্দা তৌননীডায় ওঁ|দ্রব', কনা অমতবৃত্ত মহাক্না নিন্দা তৌব্রবা; অদুগুম্বা ব্রাহ্মণ হায়বদি ব্রহ্মজ্ঞানী অদুতনা পরমাত্মা উবা ঙম্মি *। সোচ শুমচ্চপা), পাপ—পুন্নকপা মতৌন্দবী লাপ্‌থোকপ্রবা মহাক অদুদি ঈহলোক্ পরলোক অনীমক্তা করিগুম্বা বিষয়দা আসক্ত ওইদে ॥৩৫॥ অসিগুম্বা মথলগী সন্ন্যাসীগী মায়গৈদা সংসারগী অপাম্বা অশাউবা কৌবশিংদুনা মমাঙ ফাওবা ওনশিন্‌বা ওমদে। মহাক্তি লৈতুম্ অমগা সনামতুম্ অমতা ওইনা চপ্ মান্ননা অদুম মউচ। ইন্দ্রিয় মডানা পুন্সিনজিন্‌লিবা সম্পত্তিশিং অদুদা মাগী করিগুম্বা অভিমান (অথোইবা—নাপল্‌নচিবা) অমতা লৈতে। চান্নশিনবা, কায়নবা, নিন্দা থাগৎপা মতৌন্দা করিমতা লৈতে। মগাক্নী মীংয়েংনা মন্নপ্-য়েন্নবা, চান্নবা-চান্নদবগী থেন্নবা করিমতা লৈতে। অদুগুম্বা সন্ন্যাসীদি সংসারসিদা করিমতা হৈনিংদনা উদাসী ওইনা কোয়চৎ চত্নুনা অরোইবা মতম ডাইদুনা লৈ ॥৩৬॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং-চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা

মোক্ষধর্মপর্ব্বদা শুকানুপ্রশ্নগী চনীগা নীকুভবা অধ্যায় লোইরে ॥২৪০॥

—:০:—

* থাক্ অসি ফাওবা য়ৌশিন্দবা, মরক্নী জ্ঞানীশি হৈবজ্ঞানিকশিংনা পরমাত্মা—ঈশ্বর মহাকপু লৈতে হায়। "লৈতে" হায়না বা ডাঙ্‌লিবা মহাক (আত্মা) তি হকচাং মুংদুদা অদুম "লৈ"। অদুনদি, মশাক্না মশাবু লৈতে হায়জবনি। লৈতবা মানা লৈ-লৈতে" গী মীমাংসাসু পীব শাই। (কালাচাঁদ)।

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্মপর্ব্বণি
শুকানুপ্রশ্নে একচত্বারিংশদধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ ।২৪১।

——(*)——

মক্কম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা, শ্লোক লিশিং চাম না শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা,
মোক্ষধর্ম্ম-পর্ব্বদা, শুকানুপ্রশ্নগী চনী নীকুমাথোইশুবা
অধ্যায় লোইরে ॥২৪১॥

—ঃ(*)ঃ—

# মণিপুরী মহাভারত

## পঞ্চমহাভূতকী তত্ত্ব তাকপা।

## দ্বিচত্বারিংশদধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ।

## চনীনীকুনীথোইশুবা অধ্যায়।

—— ঃ()ঃ——

শুক উবাচ।

অধ্যাত্মং বিস্তরেণেহ পুনরেব বদস্ব মে। যদধ্যাত্মং যথা বেদ ভগবন্নৃষিসত্তম ॥১॥

ব্যাস উবাচ।

অধ্যাত্মং যদিদং তাত পুরুষস্যেহ পঠ্যতে। তত্তেঽহং বর্ত্তয়িষ্যামি তস্য ব্যাখ্যামিমাং শৃণু ॥২॥

ভূমিরাপস্তথা জ্যোতির্বায়ুরাকাশ এব চ। মহাভূতানি ভূতানাং সাগরস্যোর্ময়ো যথা ॥৩॥

প্রসার্য্যেহ যথাঙ্গানি কূর্ম্মঃ সংহরতে পুনঃ। তদ্বন্মহান্তি ভূতানি যবীয়ঃসু বিকুর্ব্বতে ॥৪॥

---

শুকদেবনা হায়,— ভগবন্। মুনি অথোইবা! অধ্যাত্মজ্ঞানগী বাদো অমুক্তপা শন্দোক্না হায়বিথো, অধ্যাত্ম হায়বসি কনিনো? মাবু ঐনা হকচাং অসিদা কৎন্না খঙগনি?॥১॥ ব্যাসনা হায়, ঈবুঙো! তাইবং মীগীদমক অধ্যাত্ম জ্ঞানগী মরমদা শাস্ত্রদা হায়বা বাদো মাতুগী চপ্ চাবা পরিচয় অদু ঐ হায়গে। অধ্যাত্মাগী ব্যাখ্যা অসি, নহাক্ মুন্না তারে ॥২॥ লৈপাক্, ঈশিং, মঙাল্ (মৈ), নুংশিৎ অদুগা আকাশ —হায়রিবা মহাভূত মঙা অসি জীবপানবা পুম্নমক্কী মশাদা লৈরিবনি। সমুদ্রগী ঈথক্শিংনা কাখৎ কাখৎ-লম্লগা অমুমুক লূপ্খিবা, ঈশিংগা অমত ওইমিন্নখিবহুক্তুম্না পঞ্চমহাভূত অসি থবায় পানবশিংগী হকচাংগী মঙংদা অমুমুক পোক্লক্লি অমুমুক লূপ্খি মাঙখি ॥৩॥ থেঙ্গুনা মাগী মথোঙ মখুৎশিং অদু অমুমুক থিন্দোক্লগা অমুমুক থুপ্চিনখিবহুক্তুম্না হায়রিবা মহাভূত মঙা অসি পীক্ন পীক্নবা হকচাংশিংসিদা পোক্লম্

ইতি তন্ময়মেবৈতৎ সর্বং স্থাবরজঙ্গমম্ । সর্গে চ প্রলয়ে চৈব তস্মিন্ নির্দিশ্যতে তথা ॥৫॥
মহাভূতানি পঞ্চৈব সর্বভূতেষু ভূতকৃৎ । অকরোৎ তাত বৈষম্যং যস্মিন্ যদনুপশ্যতি ॥৬॥

শুক উবাচ ।

অকরোৎ যচ্ছরীরেষু কথং তদুপলক্ষয়েৎ । ইন্দ্রিয়াণি গুণাঃ কেচিৎ কথং তানুপলক্ষয়েৎ ॥৭॥

ব্যাস উবাচ ।

এতত্তে বর্তয়িষ্যামি যথাবদনুপূর্বশঃ । শৃণু তৎ ত্বমিহৈকাগ্রো যথা তত্ত্বং যথা চ তৎ ॥৮॥

পোকলম্লগা হায়বদি থোরক থোরক্লম্লগা অমুমুক মাঙখি, থ্-পু্খি, মশক উখিদে ॥৪॥ মতৌ অস্থম্না উম্রিবা অচঞ্চত্ত্ব পূম্নমক অসি, হায়বদি, বিশ্বজগৎ অসি পঞ্চমহাভূত অসিগী মশক্কি । খুৎশেমবৈঙদা হাম্নরিবা, পঞ্চ মহাভূতশিংসিদগী পূম্নমক্ অসি পোকখিবনি-পোকহনখিবনি । প্রলয়গী মতম্দা অচঞ্চত্ত্ব পূম্নমক্ অসি অঞ্চ-মহাভূতশিং অসিদা লূপ্খিবনি – লোৎখিবনি ॥৫॥ হকচাং পূম্নমক্তা মখোয় মঙা অসিনা চঙ্থোক্ চঙশিন্দি তৌই হায়রবর্, অমনা অমদগী মচু মহাও মশক মাম্নব্রিবা অসিগী মরম্দি পঞ্চমহাভূত অসিদগী সৃষ্টি-কর্ত্তা ( খুৎ শেম্বা ব্রহ্মা কৌবা ) মহাক্না জীবপান্বা খুদিংমক্তা, মানা মানা তৌরকপা কর্ম কর্মফ্গী মতুং ইন্না * অথোই অতেন নাইনা, মাত্রা থেম্নপা ভূতশিং অসিবু হাপ্খি ॥৬॥

শুকদেবনা হায় : গুরুদেব ! পিতৃদেব ! দেবতাশিং তাইবংমী শা, উচেক্নচিংবশিংসিগী হকচাংসিদা অশেম্বা বিধাতা কৌবা কৌবা মহাক্না, মচাকশিং অসিগী মাঙ্গোক্ য়াঙ্খন্ খাইদোক্ খাইজিন্দ মাম্নহন-খিব্রিবা অসিবু অদুগা মাম্নব্রিবলিবু করম্ হায়না উগদগে, মাম্নদে হয়বসি করম্ হায়না খঙগদগে ? হকচাং অসি য়াওম্নিবদি ভূতশিং অসিত্ত নত্তে; ইন্দ্রিয়শিং লৈরি. অদুগা লোয়ননা গুণ কয়া কয়াসু লৈখ্রি । মখোয়শিংফুসু শংশংনা করম্ হায়না উগদগে ? অদুগা মৈ ঈশিংনচিংবা ভূতশিং অসিনা তৌরিবসিদসু কনা কনানা করি করি করম্না তৌরিবা ? মখোয়না অসি-অসি তৌরি হায়বফুসু করম্ উগদগে খঙগদগে ? ॥৭॥

ব্যাসনা হায় : -ঈবুঙো ! নংনা হংলিবা 'বদয় অসিগী মরমদা ঐ মথ' মথং হায়রকে । মাসিদা লৈরিবা

---

* জীবাত্মানা প্রকৃতিশিংদা অসি-চঙঙকপা মওঙওস্ অসি অমতা মান্নদে । চঙঙক্পা হায়বফুমক্কি কর্ম চায়রিবসি । মাম্নখিব্রিবসিগী মরম্দি উগা মশা অমতনা ঈচেল্ মশা অমতদা তাউথরক্লবসু ঈচেলশিং অদুগী মকম্ মতম্ অমমম্দা কনবা থোৎপা, থুবা-তপ্পা অদুগী মতুং ইন্না উনা অদুগী গতিগী মওং অদু অমতা মান্নদে । গতিশিং অসি মান্নদবদগী মা মথন্তনা তৌরক্লিবা কর্মফু অমফু মান্নদ্রে । অদুনা, তৌরক তৌরক্লিবা—কর্মফুগী মাত্রগী মতুং ইন্না মফম্ মতম হাংঙক্ হাংঙকপদা, মঙোন্দা ফুরিবা মৈরিবা মুংশিং মঙাম্নচিংবগী মাত্র অদুসু অমতা মাম্নবরোই । মতৌ অস্থম্না জীবাত্মাসিনা কর্ম মথাং কম্না কম্না লাক্নোক্তুনা লাকপদগী তোঙাল্ তোঙানবা গতিশিংগী অদুগী ঈশ্নোক্ ঈঙ্খিন্ থেম্নবশিংফুনা—মাগী চঙ্শিনকম. ভূতশিং ( মৈ ঈশিংনবশিং ) অসিদা থেম্নব: লাকপনি । অদুনা ফজবা-অশঙ্বা রাহৈদা,—"জীব মহাক্না তৌরক্ তৌরকপা কর্মফুগী মতুং ইন্না তেঙাল তোঙানবা মপোক্তা পোক্লৈ" হায়নখিবফুনি । ( কালাচাঁদ )

শব্দঃ শ্রোত্রং তথা খানি ত্রয়মাকাশসম্ভবম্। প্রাণশ্চেষ্টা তথা স্পর্শ এতে বায়ুগুণাস্ত্রয়ঃ ॥৯॥
রূপং চক্ষুর্বিপাকশ্চ ত্রিধা জ্যোতির্বিধীয়তে। রসোঽথ রসনং স্নেহো গুণাস্ত্বেতে ত্রয়োঽম্ভসঃ ॥১০॥
ঘ্রেয়ং ঘ্রাণং শরীরঞ্চ ভূমেরেতে গুণাস্ত্রয়ঃ। এতাবানিন্দ্রিয়গ্রামো ব্যাখ্যাতঃ পাঞ্চভৌতিকঃ ॥১১॥
বায়োঃ স্পর্শো রসোঽদ্ভ্যশ্চ জ্যোতিষো রূপমুচ্যতে। আকাশপ্রভবঃ শব্দো গন্ধো ভূমিগুণঃ স্মৃতঃ ॥১২॥
মনো বুদ্ধিঃ স্বভাবশ্চ ত্রয় এতে স্বযোনিজাঃ। ন গুণানতিবর্ত্তন্তে গুণেভ্যঃ পরমাগতাঃ ॥১৩॥
যথা কূর্ম্ম ইহাঙ্গানি প্রসার্য্য বিনিযচ্ছতি। এবমেবেন্দ্রিয়গ্রামং বুদ্ধিঃ সৃষ্ট্বা নিযচ্ছতি ॥১৪॥
যদূর্দ্ধং পাদতলয়োরবাঙ্মূর্দ্ধ্নশ্চ পশ্যতি। এতস্মিন্নেব কৃত্যে তু বর্ত্ততে বুদ্ধিরুত্তমা ॥১৫॥
গুণান্ নেনীয়তে বুদ্ধির্বুদ্ধিরেবেন্দ্রিয়াণ্যপি। মনঃষষ্ঠানি সর্ব্বাণি বুদ্ধ্যভাবে কুতো গুণাঃ ॥১৬॥

---

তত্ত্বশিং অসি, মহক্ পুক্নীং অনী লোউদনা তারো ॥৮॥ শব্দ, নাকোং, হকচাংদা ফাংলিবা মখুল্ (খোঙ্) পুম্নমক্—অসুম্ অসি আকাশ হায়রিবা ভূত মতোন্দগী পোকখ্রি-ওইখ্রিবনি। প্রাণবায়ু, থবক্, (নোম্বা খোৎপ) থোৎলিকল্লি হায়না খঙহনবা স্পর্শ (শোকপা) হায়রিবা অসুম্ অসি নুংশিৎ হায়রিবা ভূত মতোন্দগী পোকখ্রি ওইখ্রিবনি। মখোয় অসুম্ অসি নুংশিৎ কৌবা মহাক্কী গুণ কর্মনকনি ॥৯॥ রূপ (মশক্-মওং) মীং, চাকথাওদা লৈবা মৈ, অসুম অসিগী মওদা, মৈ কৌবা ভূত মহাক্কা তৌবা থবকী মওংনি। লৈ (লৈংকল) মহাও স্নেহ অনথা) অসুম অসিনা ঈশিং হায়বা ভূত অসিগী থবকী মওংনি ॥১০॥

মনম নাতোন, হকচাং— অসুম্ অসি লৈপাক্ কৌবা ভূতমহাক্কী গুণ কর্মগী মশক মূর্ত্তি। মতৌ অসুম্না ইন্দ্রিয়শিংগা লোয়ননা লৈরিবা হক্চাং অসি পঞ্চ ভৌতিকনি হায়বদি পঞ্চ ভূতশিং অসিনা মাগী মাগী গুণ কর্ম ধর্মগা লোয়ননা শাবা হকচাংনি হায়বসি নত্তোন্দা হায়রে ॥ ॥ নুংশিংকী গুণনা স্পর্শ (শোকপা, ঈশিংগীনা রস (মহাও, মতাল (মৈ) গীনা রূপ (মশক্, আকাশগীনা শব্দ, লৈবাক্কীনা মনম্ নি ॥১২॥ পুক্নীং, বুদ্ধি, স্বভাব, (অহংকার) হায়রিবা অসুম্ অসি মাগী মাগী হান্নগী করণগী মশক্ ওইবা সংস্কারদগী পোকখিবনি। অসুম্ অসিদি পাঞ্চভৌতিক ওইরবসু ভূতশিং অসিগী নাকোংনচিংবা লৈরিবা গুণকর্মশিং অসিদি থোইদোক্ হেন্দোক্না লৈরিবনি। অদুবু মখোয় অসুমসিসু গুণকর্মশিংদুদগীদি লান্-থোকপা ঙমদে ॥ ৩॥ খেঙ্গুনা মখোঙ মথুং শন্দোক্ কন্দোক্নমগা অমুক খোমজিন্থিবাহুক্তুম্না বুদ্ধি হায়বীসিনা ইন্দ্রিয় পুম্নমকপু মাগী মাগী বিষয়গী মায়কৈগী রোমদা শন্দোক কন্দোকহনম্নগা অমুক লৌশিনথি নত্তগা মায়কৈ অমদা অমুক হিনজিল্লি ॥ ৪॥ খোঙথাদগী কোকতোল ফাওবগী মথুংদা লৈরিবা পঞ্চভূত অমদি ইন্দ্রিয়শিংগী মপৈ চিং অসিবু অহংভাব ('ঐ' হায়বগী রাখল) না উগদোরিবা উবা হায়বা থবক অদুদা বুদ্ধিনা চঙশিল্লি। হায়রিবা অসিগী ভাবত্তি— হকচাং মপুম্ অসিদা থম্লিবা অহংভাব (ঐ হায়বগী রাখল) অসি বুদ্ধি হায়বদুগী অতোপ্পা মশক্ অমনি। হয়বদি বুদ্ধিগী অহঙ্কারনচিংবা মমিংগা লোয়ন লোয়ননা মশকশিং অমু ওইখিবনি ॥ ৫॥

বুদ্ধি কৌবী মহাক্সিতনা রূপরস শব্দনচিংবা গুণশিং অসিবু তোঙাল্ তোঙান লৌথিগদৌরিবা ইন্দ্রিয়শিং অদুগী মনাক্ তাম্ন হন্না হন্না পুথোক্ পুশিল তৌনা লৈরি। বুদ্ধি অসিতনা মন (পুক্নীং) হায়বদুগা লোয়-

ইন্দ্রিয়াণি নরে পঞ্চ ষষ্ঠং তু মন উচ্যতে। সপ্তমীং বুদ্ধিমেবাহুঃ ক্ষেত্রজ্ঞং পুনরষ্টমম্ ॥১৭॥
চক্ষুরালোচনায়ৈব সংশয়ং কুরুতে মনঃ। বুদ্ধিরধ্যবসানায় সাক্ষী ক্ষেত্রজ্ঞ উচ্যতে ॥১৮॥
রজস্তমশ্চ সত্ত্বং চ ত্রয় এতে স্বযোনিজাঃ। সমাঃ সর্ব্বেষু ভূতেষু তান্ গুণানুপলক্ষয়েৎ ॥১৯॥
তত্র যৎ প্রীতিসংযুক্তং কিঞ্চিদাত্মনি লক্ষয়েৎ। প্রশান্তমিব সংশুদ্ধং সত্ত্বং তদুপধারয়েৎ ॥২০॥
যত্তু সন্তাপসংযুক্তং কায়ে মনসি বা ভবেৎ। প্রবৃত্তং রজ ইত্যেব তত্র চাপ্যুপলক্ষয়েৎ ॥২১॥
যত্তু সম্মোহসংযুক্তমব্যক্তবিষয়ং ভবেৎ। অপ্রতর্ক্যমবিজ্ঞেয়ং তমস্তদুপধার্য্যতাম্ ॥২২॥
প্রহর্ষপ্রীতিরানন্দঃ সাম্যং স্বস্থাত্মচিত্ততা। অকস্মাৎ যদি বা কস্মাৎ বর্ত্তন্তে সাত্ত্বিকা গুণাঃ ॥২৩॥
অভিমানো মৃষাবাদো লোভো মোহস্তথাক্ষমা। লিঙ্গানি রজসস্তানি বর্ত্তন্তে হেতুহেতুতঃ ॥২৪॥

মনা মীৎ নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয় পুম্নমকপু বিষয়শিংগী নাক্ত হন্না চিংশন্নুনা শাম্নরি। হায়রিবা মখোয়সিগা লোয়ননা বুদ্ধি হায়বীহু লৈত্রবদি নত্রগা লৈরমত্রবদি অশিবা ইন্দ্রিয়শিং অসিনা শব্দনচিংবা গুণ বিষয়শিং আশিবু কররম্না করিনা অনুভব তৌরমগান? অদুন বুদ্ধি (খঙহন্বী) হায়বা পোশক্ (তত্ত্ব) অমা লৈব তাবান ॥১৬॥ হকচাংনুংদা ইন্দ্রিয় মঙা লে মঙাশুবা তত্ত্বনা মন (পুক্নীং) হায়বসিনি। তরেৎশুবা তত্ত্বনা বুদ্ধি হায়রিবসিনি। খ্বাংগী মথক্তা লৈরবা নিপালশুবনা ক্ষেত্রজ্ঞ (আত্মা) হায়রিবসিনি ॥১৭॥ মীৎনা য়েংবা উবগী থবক তৌই। মাসি উপলক্ষণ অমা ওইনা হায়বতনি। মীৎ মখো শক্তি ময়ামমগী মতুংদা অমতং হৌদোকপনি। ইন্দ্রিয় অতৈ অতৈগী থবক্ ময়াম্ আস মতান্দগী থোকখিবনি। অদুনা মীৎনা তৌরিবসি উব য়েংবতনত্তে। "পুক্নীং"না চিংন চিংনরকপা মতমদা বুদ্ধি হায়বীসিনা হেক্ হেক্ লৌকনবা হোৎনৈ। কোকসু কোকহল্ল। থবকশিং আসগী সাক্ষীদি (মমীৎনা উবা মীশাক্ত) ক্ষেত্রজ্ঞ (আত্মা) হায়বিবসি। অদুনা আত্মা হায়বা পোশক্ অমা লৈতবা য়াদে ॥১৮॥ রজ তম সত্ত্ব হায়রিবা গুণ অহুম্ অসিদি মখোয়গী থোরকফম্ খ্বাইগী মরু মূলপ্রকৃতি হায়বদগীনি। হায়রিবা গুণ অহুম্ আস জীবপানবা খুদিংমক্তা চপ্ চানা অমতা রাত্তনা লৈ। মখোয়না লৈরিবা মও অসি মশানগী তৌরক তৌরক্রিবা থবক শিংহুনা হেক্ হেক্ লৈপ্নে ॥১৯॥

ঈপেন্ত চেপ্পবা, য়াম্না তপ্পা ভাব তাসনা হৌশাদা হেক্ লাকপদা সত্ত্বগুণ চঙলক্লে হায়বসি নশা—আত্মানা অহুম মখঙও ॥২০॥ হকচাংসিদা অহুগা পুক্নীদা লাওতকবা মুংওাইতবা অৱাবগী ভাব অমতং লাকপদা, নশাদা রজগুণ চঙলক্লে হায়বসি নশা (আত্মা) না অহুম মখঙও ॥২১॥ তমহৎপা, অশাউবা, তৌকম খঙদবনা পুক্নীংবু কুম্প্রবা, তর্কবিতর্কনকুসু কৎরমতা লেপ্পা ভনদবনথৈ তমহৎপ্রবা মতম অহুদা—নশাদা তমোগুণ চঙলক্লে হায়বসি নশা (আত্মা) না অহুম মখঙজৌ ॥২২॥ য়াম্না কা-হেম্না হরাওবা, মুংশিক্কব, মুংঙাইবা, হকচাংদা অৱাবা লৈতবা, মকা লাম্বা, অকবা কান্নবা গুণ অমদি রাখম্না মকম খঙদনা নত্রগা কদায়দগীনো খঙহৌদনা হেক নশাদা লাকপদা নশাদা সত্ত্বগুণ চঙলে হায় সি নশানা অহুম খঙজৌ। ॥২৩॥ নাপল্ খোয়বা মীন্দবা ভাওবা, অপাম্ব, কল্লকপা, মীগী অফবা উরগা থাওতমদবা লোযশিংসিনা মফম খঙনা ওইরবসু খঙহৌদনা ওইরবসু হেক লাকপদা অসু পুম্নমক্তা রজোগুণগী চিহ্ননি— খুদমনি

# মণিপুরী মহাভারত

## একচত্বারিংশদধিকদ্বিশততমোহধ্যায়ঃ

### ( পরমাত্মাবু সাক্ষাৎকার তৌননবগী জ্ঞানগী পাউতাক্ )

### চনোঙ্গীকুমাথোইশুবা অধ্যায়

——(*)——

ব্যাস উবাচ।

প্রকৃত্যাস্তু বিকারা যে ক্ষেত্রজ্ঞাস্তৈরধিষ্ঠিতঃ। ন চৈনং তে প্রজানন্তি স তু জানাতি তানপি ॥১॥

তৈশ্চৈব কুরুতে কার্য্যং মনঃ ষষ্ঠৈরিহেন্দ্রিয়ৈঃ। সুদান্তৈরিব সংযন্তা দৃঢ়ৈঃ পরমবাজিভিঃ ॥২॥

ইন্দ্রিয়েভ্যঃ পরে হ্যর্থা অর্থেভ্যঃ পরমং মনঃ। মনসস্তু পরা বুদ্ধির্বুদ্ধেরাত্মা মহান্ পরঃ ॥৩॥

ব্যাসনা হায় :—ঈবুঙো। শুকদেব। হকচাং, ইন্দ্রিয়, পুক্নীংনচিংবা প্রকৃতিগী বিকারশিং অসে ক্ষেত্রজ্ঞ ( আত্মা ) গী আধার ( আশ্রয় ) দা লৈরিবা ওাক্নি। মখোয়দি অশিবা ওাক্তনিনা, মখোয়গী তুংনকম্ ওইরিবা ক্ষেত্রজ্ঞ ( আত্মা ) সিবু মুন্না মশক্ খঙদে। অদুগা ক্ষেত্রজ্ঞনদি মখোযবু লোইনা মশক্ খঙি * ॥১॥ হৈশিংবা সারথিনা, মাগী মথাপোলতল্লবা মপাঙ্গল কল্লবা শগোলশিংবু মশাগী থবক্ত শীজিন্নবদুগুম্না ক্ষেত্রজ্ঞ ( আত্মা ) সিনা মশাগী মথাপোলগল্লবা পুক্নীংগা লোয়ননা ইন্দ্রিয়শিং অসিনা খুংলায় ওইদুনা থবক্ তৌরি ॥২॥ ইন্দ্রিয়শিং অসিদগী মাগী মাগী বিষয়শিং অসিনা অমুক কল্লি। বিষয়শিং অসিদগী পুক্নীংনা অমুক্ কনবা হেল্লি। পুক্নীংসিদগীসু বুদ্ধিনা অমুক হেন্না কল্লি। বুদ্ধিদগী আত্মাসিনা অমুক্ হেন্না কল্লি † ॥৩॥

* হকচাং, ইন্দ্রিয়, পুক্নিংনচিংবা পুম্নমক অসিগী মপৈ উদিবা হকচাংসিবু ক্ষেত্র কৌই। মখোয়সিদি জড় ( অশিবা ) ওাক্ত ওইবনা, মখোয়গী তুংনফম, মখোয়বু থৌরিবা ক্ষেত্রজ্ঞ ( আত্মা ) গী মশক খঙদে। মীংনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংসিনা মপান্গী হকচাংসিবুত উননবগী খুংলায় ওইদুনা তোকই। রথ চিংলিবা শগোল্শিংনা মখোযবু থৌরিবা. মখোয়গী মথক্তা তোংলিবা পরিচালক মহাক্পু উদে। ক্ষেত্রজ্ঞ ( আত্মা ) মহাক্তি হকচাংসিগী, ইন্দ্রিয়শিংসিগী, অদুগা পুক্নীং কৌবসিমক্কী হৌরকফম, লোইফম্, মখোয় শাবদা চঙখিবা মচাকশিং, মহাক্শিং অদুগী হৌরকফম্ লোইফম্ লোইনা খঙি। অদুবু আত্মা মহক্না উরিবা হকচাংসিবু মামক্নি হায়না, আত্মাদি ওইত্রদুনা অনাত্মা ওইখিদুনা শুমহৎখিদুনা খঙজবনি ॥ ( কালাচাঁদ )

† খুদম ওইনা হায়রবদা :—মশক্ মচু মহাও য়ম্মনচিংবা বিষয়শিং অসিনা মীৎ নাকোং নাতোম্নচিংবা ইন্দ্রিয়শিং অসিবু মখোয়না চিংশিল্লি। মখোয়গী খুদোম্বীদা হাপ্তুনা পুরি। অদুনা বিষয়শিংসিনা ইন্দ্রিয়শিংদগী হেন্না কল্লি। অসুম্, অঙোবনি-অঙাঙবনি, অথুম্বনি—অয়াকপনি হায়বা লৈজরিবা বিষয়শিং অদুমু

মহতঃ পরমব্যক্তমব্যক্তাৎ পরতোঽমৃতম্। অমৃতান্ন পরং কিঞ্চিৎ সা কাষ্ঠা সা পরা গতিঃ ॥৪॥
এবং সর্বেষু ভূতেষু গূঢ়াত্মা ন প্রকাশতে। দৃশ্যতে ত্বগ্র্যয়া বুদ্ধ্যা সূক্ষ্ময়া সূক্ষ্মদর্শিভিঃ ॥৫॥
অন্তরাত্মনি সংলীয় মনঃ ষষ্ঠানি মেধয়া। ইন্দ্রিয়াণীন্দ্রিয়ার্থাংশ্চ বহুচিন্ত্যমচিন্তয়ন্ ॥৬॥

জীবাত্মাসিদগী অব্যক্ত প্রকৃতিনা অমুক হেন্না কল্লি। অব্যক্ত প্রকৃতিসিদগী অমৃত ওইবা পরমাত্মানা খ্বাইদগী হেন্না কল্লি। পরমাত্মাসিদগী হেন্না কনবা পোশক্ অমতা লৈত্রে। অদুনা মশাক্তি, অহেনবনি হায়দুনা লৈরিবা পুম্নমকসিগী থুংফম লোইফমনি ॥৪॥ মতৌ অসিগুম্না জীবপানবা খুদিংমক্কী মনুংদা, মহাক্কী থম্মোয়লকানুংদা লোত্তুনা লৈরবা পরমাত্মা অসিদি মপানগী ইন্দ্রিয়শিং অসিগী পান্দমনা প্রকাশমান ওইহনবা ( ফাওদোকহনবা ) য়াদে। য়াম্না কুপ্পা উশিনবা মহাজ্ঞান। ওইবা মহাত্মাশিংনা আধ্যাত্মিক বুদ্ধিনা পান্দমনা ওইদুনা পরমাত্মাবু উবা ঙম্মি। মহাক্কী সত্তা ( লৈবা ) বু উত্ত্বগা লেপ্পনা থজ্ঞ ॥৫॥ যোগীশিংনা বুদ্ধিগী পান্দমনা মন ( পুক্নিং ) গা ইন্দ্রিয়শিংবু অদুগা মখোয়গী বিষয়শিংবু অন্তরাত্মানা চঙশিনহনখিদুনা অতৈ অতৈ অতোপ্পা বিষয়শিংবু কন্নমক খল্লুদনা, বিবেককী পান্দমনা শেংদোকপা পুক্নিংবু ধ্যানতগী পান্দমনা হীরম্ পুম্নমক্কী থামজিল্লগা খোমজিল্লক্লুনা মশাবু করিগুম্ব থবক্ অমত্তু কারমত্তবা উমদবগী মওদা "পুক্নিং" না ওইহনবা শাবা ফাংবা মক্তনি। অথুপ্পক্তুম্না পুক্নিংনা থুমহনবনি। অদুনা বিষয়শিংদগী পুক্নিংনা অমুক হেন্না কল্লি। অদুবু বুদ্ধি ( জ্ঞান ) না অথুপ্পনি অয়াকপানা হায়না খল্লু হায়দুনা পুক্নিংদা য়াথং পীরি। অদুগা "বুদ্ধি" না পুক্নিংদগীসু হেন্না অমুক কল্লি। অদুবু বুদ্ধি ( জ্ঞান ) মহাক্তি জীবাত্মাসিনা দেহঙুংসিদা হায়রবাদ ক্ষেত্র অসিগী মনুংদা ক্ষেত্রজ্ঞ ওইদুনা লৈবিরিবৈ অদু ফাওবত লৈজবান। মরম্ অদুনা জ্ঞান ( বুদ্ধি ) দগী আত্মা ( জীবাত্মা—ক্ষেত্র ) সিনা অমুক হেন্না কল্লি। জীবাত্মাসিদগীসু মূল প্রকৃতি ( অব্যক্ত প্রকৃতি ) না অমুক হেন্না মরমদি মূল প্রকৃতি ( পঞ্চতন্মাত্রা ) সিনা অউবা মৈ ঈশিং লৈপাক্লাচিংবা অউবা ( ব্যক্ত ) প্রকৃতি অসি ওইহনবিরকপা মতমদুদা, ব্যক্ত প্রকৃতিশিং অসিগী পিণ্ড ( শদুম্ মতুম্ ) ওইনা লাইথিবা হকচাংসিদা জীবাত্মা মহাক্লা চঙজরকপানি মাসি ফাওবগী পাম্নবা য়োবক্তা-নত্তীকশিংনা "আত্মা হায়বদু মৈ ঈশিংগী তিন্নবদগী থোকচবনি। হান্নদগী তোঙানবা আত্ম ( ঈশ্বর ) হায়বা অমা লৈতে" —অদুম্না শেরাননা অর্থ লৌখি। মাসিগী মথদা মখোয়না অতেপ্পা পাম্বা অমমুক তমখিত্রে। হায়রিবা জীবাত্মাসিসু ক্ষেত্র ( হকচাং ) সিগা তিন্ননা লৈকবদগী মরক মরক্তা অনাত্ম ( ন + আত্মা ) হেক্, হেক ওইরকই। হকচাংসিবু 'এ" ( আত্মা ) নি হায়না মতম অয়াম্বদা খন্দুনা লৈথেক্লি মাসিগী মরমদি মহাক্লা মপুম্ নত্তবনিনা পরমাত্মাগী মচেৎ অমা ওইনা লৈবনি। হকচাংসিদগী রাংমদা লৈবা পরমাত্মা ওইনা মহাক্লা মাগী শরুক্ অম ( মমৈবা শো জীবলোকে ) ওইনা জীবাত্মাসিবু হকচাংসু সিদা থাজিল্লকপানি। অদুনা জীবাত্মাসিদগীসু পরমাত্মা ( ব্রহ্ম ) না অমুক হেন্না কল্লি। কণাগুম্বগী মতমদা মচেৎ ওইনা, শরুক্ অমা ওইনা চঙজকপা নত্তে। মপুম ওইনা পরমাত্মাময় চঙজকপনি হায়। অদুনা শঙ্করাচার্য্যনা "জীবোব্রহ্মৈবকেবলম্" হায়রিবদুনি। ( কাল চাঁদ )

ধ্যানেনোপশমং কৃষ্ণ বিদ্যা সম্পাদিতং মনঃ। অনীশ্বরঃ প্রশান্তাত্মা ততোঽর্চ্ছিতামৃতং পদম্ ।৭।
ইন্দ্রিয়াণাং তু সর্ব্বেষাং বশ্যাত্মা চলিতস্মৃতিঃ। আত্মনঃ সম্প্রদানেন মর্ত্ত্যো মৃত্যুমুপাশ্নুতে ॥৮॥
আহৃত্য সর্ব্বসঙ্কল্পান্ সত্ত্বে চিত্তং নিবেশয়েৎ। সত্ত্বে চিত্তং সমাবেশ্য ততঃ কালঞ্জয়ো ভবেৎ॥৯॥
চিত্তপ্রসাদেন যতির্জহাতীহ শুভাশুভম্। প্রসন্নাত্মাত্মনি স্থিত্বা সুখমত্যন্তমশ্নুতে ॥১০॥
লক্ষণং তু প্রসাদস্য যথা স্বপ্নে সুখং স্বপেৎ। নিবাতে বা যথা দীপো দীপ্যমানো ন কম্পতে ॥১১॥
এবং পূর্ব্বাপরেকালে যুঞ্জন্নাত্মানমাত্মনি। লঘ্বাহারো বিশুদ্ধাত্মা পশ্যত্যাত্মানমাত্মনি ॥১২॥
রহস্যং সর্ব্ববেদানামনৈতিহ্যমনাগমম্। আত্মপ্রত্যয়িকং শাস্ত্রমিদং পুত্রানুশাসনম্ ॥১৩॥
ধর্ম্মাখ্যানেষু সর্ব্বেষু সত্যাখ্যানেষু যদ্ বসু। দশেদং ঋক্ সহস্রাণি নির্ম্মথ্যামৃতমুদ্ধৃতম্ ॥১৪॥

---

লৈহল্লি। হায়বদি হীরম পূম্নমক্ত "ঐনা তৌরিবনি" হায়বা অরানবা রাখল অসিদা ভাহন্দে। মতম্ অদুদা যোগীদুগী পূক্নীং অদু লেঙ্বা লৈত্রবা পরমশান্তিগী মশক্ ওইরবা অদুগা অমৃতগী মশক্ ওইরবা পরমাত্মাগী বিচার-বিষয়তদা চঙ্খি ॥৬–৭॥ মী মহাক অদুগী পূক্নীং ( মন ) অদুনা ইন্দ্রিয়শিংগী মখাপোনগ্রবা মহাক্ অদুদি মশানা বিবেকশক্তি ( অফ ফত্ত রাখলগী পাজল ) বু অদুম্ মাঙহনজরবনি। মশানা মশাবু কাম ক্রোধনচিংবা য়েক্লবশিংগী মখুত্তা শিন্নহন পোক্পা শিবগী চৈনাবু ফংদুনা লৈরি ॥৮॥ মরম্ অদুনা সংকল্প পূম্নঃকপু মুখস্তুনা থম্মোয়সিবু কূপ্পবা পুষ্কিদ চঙ্হনখিগদবনি। থম্মোয়বু অসুম্না বুদ্ধিনা চঙ্হনগ্রবা মহাক্তনা কাল ( মতম ) কীবা মাবুস্থু জয় তৌবা ঙম্মি ॥৯॥ থম্মোয়না মপূং ফানা শেংলবা মতমদা, থম্মোয়দুমক্কী পাম্বৈনা অশেংবা যোগীনা জগৎ অসিদা অফব ফত্তবা থবক্ পূম্নমক থাদোকই। হুমিৎ চুপ্পা ঈপেন্ত পেঙ্ক দুনা নোংমগী অফবা চাদুনা আত্মনিষ্ঠ ( আত্মাতদা পূক্নীং চঙবা ) ওইদুনা অমাঙ অতা লৈত্রবা নুংঙাইবদুবু ফংদুনা লৈ ॥১০॥ তুমথুল ক্লম্না তুম্লিবা মীনা নুংঙাইনা তুমদুনা তুমবগী নুংঙাইবা ফংবগুম্ নুংশিৎ চঙদবা কাদা থানবা থাওমৈনা লঙবগুম ফেংফেং হাংদবগুম—নীঙ্কবগুম, অমদগী অমদা ফেংকাং হাইত্রবা। পূক্নীং অদুমক মী মহাক অদুগী হীরম পুখদা ঈপেন্দ লৈবগী অমদি শেংলবা পূক্নীংগী লক্ষণনি খুদমনি ॥১১॥ মখুং মপান শেংনা নুমিৎ থুদিং মতম্ নাংনা চাংনাইনা চাদুনা অহিংগী মমাঙ্ অদুগা মতুংগী হেক থনবা প্রহর ( যুথক্ ) দা মতীক চাবা বিধি নিয়মমা মরম ওইদুনা আত্মাবু পরমাত্মাগী ধ্যানদা লূপ্হল্লিবা মী মহাক্ অদুদি মহাক্কী অন্তঃকরণ ( থম্মোয় ) দা পরমাত্মাগী দর্শনবু ফংবা ঙম্মি ॥১২॥ ঈবুঙো! শুকদেব! ঐনা নঙোন্দা পীরিবা-পাউত্তাক্শিং অসে পরমাত্মাগী জ্ঞান পোকহল্লনবা অদুগা পরমাত্মাবু নীঙ্হন্নবগী শাস্ত্রনি। বেদ পূম্নমক্কী মরুংগী অথুপ্পা রা হায়ববু অসিহনি। আগমনা মমদি অনুমানতনা পরমাত্মাগী জ্ঞান পোকহনবা য়াব নত্তে। অনুভবতনা হায়বদি হকচাংদা পূক্নীংদা ফাওহল্লবতদা পরমাত্মাগী জ্ঞান অসি পোক্লকলিবনি ॥১৩॥

ধর্ম্মগী অদুগা সত্য ( অচুম্বা ) গী মরমদা লৈরিবা পুরাণগী রারী লীবুল ময়ামতগী সারাংশত মসিহনি। ঋগ্বেদকী ঋচা লিশিং অদুবু লৈনরগা লৈখাই তারকপস্ত মাসিহনি। বেদগী ঋচা ( মন্ত্র ) লিশিং লিশিং লৈথারগা থোরকপা অদুগুম্বা জ্ঞানামৃতনি ॥১৪॥ ঈবুঙা শুক! শঙ্গেম্মপান্দগী মাখন্ পুথোক্ চিংথোক্-

নবনীতং যথা দধ্নঃ কাষ্ঠাদগ্নির্যথৈব চ। তথৈব বিদুষাং জ্ঞানং পুত্রহেতোঃ সমুদ্ধৃতম্ ॥১৫॥
স্নাতকানামিদং শাস্ত্রং বাচ্যং পুত্রানুশাসনম্। তদিদং নাপ্রশান্তায় নাদান্তায় তপস্বিনে ॥১৬॥
নাবেদবিদুষে বাচ্যং তথা নানুগতায় চ। নাসূয়কায়ানৃজবে ন চানির্দিষ্টকারিণে ॥১৭॥
ন তর্কশাস্ত্রদগ্ধায় তথৈব পিশুনায় চ। শ্লাঘিনে শ্লাঘনীয়ায় প্রশান্তায় তপস্বিনে ॥১৮॥
ইদং প্রিয়ায় পুত্রায় শিষ্যায়ানুগতায় চ। রহস্যধর্মং বক্তব্যং নান্যস্মৈ তু কথঞ্চন ॥১৯॥
যদপ্যস্য মহীং দদ্যাৎ রত্নপূর্ণামিমাং নরঃ। ইদমেব ততঃ শ্রেয় ইতি মন্যেত তত্ত্ববিৎ ॥২০॥
অতো গুহ্যতরার্থং তদধ্যাত্মমতিমানুষম্। যৎ তন্মহর্ষিভির্দৃষ্টং বেদান্তেষু চ গীয়তে ॥২১॥
তত্তেঽহং সম্প্রবক্ষ্যামি যন্মাং ত্বং পরিপৃচ্ছসি ॥২২॥
যচ্চ তে মনসি বর্ত্তেত পরং যত্র চাস্তি তব সংশয়ঃ কচিৎ। শ্রুতমিদমহং তবাগ্রতঃ পুত্র কিং হি কথয়ামি তে পুনঃ ॥২৩॥

পগুম্ অত্নগা উগী মন্থনদগী মৈবা চিংত্নুনা মৈবু লৌথোক পুথোক্পগুম্ ঐনস্থ, বিদ্বান্‌শিংগী জ্ঞান পোক্নীত্তায় ওইবা উপদেশশিং অসি মোক্ষশাস্ত্র অমদি শাস্ত্র কয় কয়াবু নৈখায়য়গা পুথোরকপনি ॥১৫॥ ঈবুঙো! ব্রতধারী ওইবা স্নাতকশিংগী মকমদা নহাক্ন মোক্ষধর্ম্ম মোক্ষশাস্ত্রগী পাউত্তাক ময়াম পীয়ু। মপুক্নীংদা শান্তি লৈত্রিবা, ইন্দ্রিয় থুদুম চন্দ্রিবা, তপস্বী নত্তবা অত্নগুম্বা মীশক্তা উপদেশশিং অসে থক্ পীক্নু ॥১৬॥

বেদগী বিদ্বান্ নত্তবা, বেদদা অনুরাগ লৈতবা, বেদজ্ঞানগী ভক্ত নত্তবা, দোষদৃষ্টিবু থাদোক্পা ওম্‌দবা, পুক্চেল্ তিংদবা, বেদশাস্ত্রগী আজ্ঞা (য়াথং) বু ঙাক্তবা, তর্কবিতর্ক তৌবতনা মশিঙ্গাং ওইখিবনা থম্মোয়দু নুংমুক্ কনখ্রবা, মীঙোন্দা চীয়োন্ তৌবা, থাবৈ-থারা শাবা, অত্নগুম্বা মীশকশিং অত্নগা ব্রহ্মজ্ঞান উপদেশশিং অসি থক্ পীক্নু ॥ ১৭॥০ ॥ ব্রহ্মজ্ঞানদা তত্ত্ব য়াম্না থিনিংবা, নৈননিংবা, মী খাইনা ফিদম্ফম্ ওইবা গুণনা তিল্লবা, মপুকচেল তপ্না, তপস্যা কন্‌বা, জ্ঞান তাকপীবা গুরুগী মফমদা অনুরাগ অমদি ভক্তি লৈবা হায়রিবা অত্নগা গুণশিং অসিনা তিল্লবা মচা ওইরবা, অত্নগুম্বা মীশক্তদা পাউত্তাকশিং অসি পীবনা চুম্মি। অসি নত্তবা অতৈদা মদল য়াম্লবা পাউতাকশিং অসি পীরোদবনি ॥ ৮—১৯॥ মরল্ মথুম্ সনা-সুপা য়াম্না লৈরবা, হায়রিবা গুণশিং অসিনি লৈতব কনগুম্বনা পৃথিবী পুম্বসি পীরবস্ত আসিগুম্বা উপদেশশিংসি মঙোন্দা থক্ পীরোইদবনি। অত্নগুম্বা মীশকশিং অত্নদা উপদেশ পীনীংলকপা মতমদা, উপদেশশিংসিনা সংসারগী লন-থুম পুম্নমক্কগী হেল্লি হায়বসি থনগদবনি ॥২০॥

ঈবুঙো শুকদেব। নংনা হংলবদো, অত্নগী মতুংইন্না অত্নগা মান্নদগীস্ত হেন্না অম্বুক কুপ্লবা থুপ্লবা য়া অদো ঐ নঙোন্দা হায়গে। ঐনা নঙোন্দা হায়গদৌরিবা অলৌকিক ওইনা অধ্যাত্মজ্ঞানগী য়ানি। মাসি মমাংগী ঋষিশিংনা প্রত্যক্ষ ওইনা শংশংনা অনুভব তৌনখ্রবনি। মাসি বেদান্তশাস্ত্র পুম্নমক্তা, উপনিষদ্ পুম্নমক্তা শরুগ্রবনি ॥২১—২২॥ ঈবুঙো! নংনা খ্বাইদগী হেনবা জ্ঞাননি হায়না খঙলিবা লৌরিবদো অত্নগা মান্নদা করিগুম্বা নংগী চিংনবা লৈরিবদো, অত্নস্ত হায়যু। নংগী চিংনবদো ঐ কোকহনগে। হায়য়ু ভাগে, নংগী পুক্নীংদা করি চিংনবা লৈরি? হায়য়ু, করিগী মরমদা হায়খোগে? ॥২৩॥

তথা মোহঃ প্রসাদশ্চ নিদ্রাতন্দ্রা প্রবোধিতা। কথঞ্চিদভি বর্ত্তন্তে বিজ্ঞেয়াস্তামসাগুণাঃ ॥২৫॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্মপর্ব্বণি

শুকানুপ্রশ্নে দ্বিচত্বারিংশদধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ। ২৪২।

—:(০):—

হায়রৈ ॥২৪॥ মাতৌ অসুম্না শুমহৎপা, ঈপা-পাখৎপা, ভাওবা উইনিং-শানিংবা, জ্ঞান তারক্কবা, পঙ্-থবক্তপ, অসিনচিংবসি অসিদগীনি হায়বা মকম থঙনা লাক্লবসু, কদোমদগীনো মকম খঙহৌদনা ওইহ্নবসু হেক লাক্লবদি তমোগুণগী প্রবৃত্তি ( চঙকৃপা ) ওইরে হায়র্বাস ঈশা ( আত্মা ) না অতুম থঙকৈ খঙজদনব-মুনি। অদু খঙিঙ হায়হুনা আত্মালিবু ক্ষেত্রজ্ঞ কৌবনি ॥২৫॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং-চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা মোক্ষধর্মপর্ব্বদা শুকানুপ্রশ্নগী চনীগা নীফুনিথোইশুবা অধ্যায় লোইরে ॥২৪২॥

——:০):——

# মণিপুরী মহাভারত

প্রকৃতিপুরুষকী বিবরণ )

## ত্রিচত্বারিংশদধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ।

### চনীন ফুহুমদোইশুবা অধ্যায়।

——:():——

ব্যাস উবাচ।

মনে বিসৃজতে ভাবং বুদ্ধিরধ্যবসায়িনী। হৃদয়ং প্রিয়াপ্রিয়ে বেদ ত্রিবিধা কর্ম্মচোদনা ॥১॥

ব্যাসনা হায়:—ঈপাগী ঈবুঙো! শুক। কবিগুম্বা থবক পাম্বা তৌবা মতমদা প্রেরণা ( কর্মদা ঈথিনবী শক্তি ) হায়বীসি মথল অহুম থোক্লা লৈ। অহানবদা পুক্নীং কৌবা ইন্দ্রিয় অসিনা কবিগুম্বা থবক অমতং তৌগে হায়না সংকল্প অমতং হেক তৌনহুমক্কদা তোঙাল্ তোঙানবা মথক্লগী ভাবনা ( রাখল ) শিং থর মহাক্ ( পুক্নীং ) না সৃষ্টি তৌই। তৌরিবা সৃষ্টি অসিগী থাজেশেংবা মওংদি বুদ্ধি কৌবী মহাক্না লেপ্লি। অদুগী তুংদা থম্মোয় হায়বসিনা, ওসাইগী বুদ্ধি হায়বদুনা লেপ্পিরিবদু মাগী ভায়বদি, থম্মোয়গী মফমদা বুদ্ধিদুনা লেপ্পিরিবদু অনুকূল ওইবসু য়াওই, প্রতিকূল ওইবসু য়াওই। মাসি থম্মোয় হায়বসিনা অহুম

ইন্দ্রিয়েভ্যঃ পরা হ্যর্থা অর্থেভ্যঃ পরমং মনঃ। মনসস্তু পরা বুদ্ধির্বুদ্ধেরাত্মা পরো মতঃ ॥২॥
বুদ্ধিরাত্মা মনুষ্যস্য বুদ্ধিরেবাত্মনাত্মনি। যদা বিকুরুতে ভাবং তদা ভবতি সা মনঃ ॥৩॥
ইন্দ্রিয়াণাং পৃথগ্ভাবাৎ বুদ্ধির্বিক্রিয়তে হ্যণুঃ। শৃণ্বতী ভবতি শ্রোত্রং স্পৃশতী স্পর্শ উচ্যতে ॥৪॥
পশ্যন্তী ভবতে দৃষ্টি রসন্তী রসনং ভবেৎ। জিঘ্রন্তি ভবতি ঘ্রাণং বুদ্ধির্বিক্রিয়তে পৃথক্ ॥৫॥
ইন্দ্রিয়াণি তু তান্যাহু স্তেষদৃশ্যেহধিতিষ্ঠতি। তিষ্ঠতী পুরুষে বুদ্ধিস্ত্রিষু ভাবেষু বর্ত্ততে ॥৬॥

অনুভব তৌই ॥১॥ ইন্দ্রিয়শিংদগী রূপরসনচিংবা বিষয়শিংগী পাঙল্লা কনবা হেল্লি। মরমদি বিষয়শিংনা ইন্দ্রিয়শিংবু মথোয় মথোয়গী নাক্ত নমহুনা চিংভি। বিষয়শিংহুদগী পুক্নীংনা অমুক হেন্না কল্লি। পুক্নীংদগী বুদ্ধিগী পাঙল্লা অমুক কনবা হেল্লি। বুদ্ধিদগী আত্মানা অমুক হেন্না কাল্লি ॥২॥ বুদ্ধি হায়নু কৌবীসি, জীবপানবা পুন্নমক্কী ইন্দ্রিয়শিংবু শেন্নবী, অধিষ্ঠাত্রী দেবতা অমনি। অহুনা মহাক্ অসিসু জীবআত্মমককুম্না, ইন্দ্রিয়শিংসিগী আত্মা (থম্মোয়, ওইনা লৈরি। বুদ্ধি হায়বীসিমকসু অতোপ অতোপ্পা বিষয়বু লৌননবগী দমক্তা মশক্ অমুমুক্ হোংহুনা হায়বদি মশাদা বিকার অমমম পোক্হন্দুনা তোঙাল্ তোঙানবা শক্লোল্ পুই। অহুদগীদি মহাক্ অসি মন (পুক্নীং) হায়বহুমক্ ওইখি * ॥৩॥

ইন্দ্রিয়শিং অসি তোঙাল্ তোঙাল্লি। মথোয় মশেল্গী গুণ ধর্ম শক্তিনচিংবা অমত মান্নদে। অহুনা তৌথোরক মথোসু অমত মান্নদে। অহুনা মথোযগীদমক্তা বুদ্ধি কৌবী মহাকসু তোঙাল্ তোঙানবা শক্লোল পুই। তাবগী থবক্ তৌবা মতমদা মহাক্ (বুদ্ধি) অসি নাকোং কৌহল্লি। অকল্ অথোং থঙ্নবা স্পার্শ (শোকৃপা) গী থবক্ তৌব মতমদা বুদ্ধি হায়বীসিগী মমিং উনশা কৌহ ॥৩॥ করিগুম্বা য়েংবা মতমদা ভৌই-ভাঙ্জি, রাংভি-নেম্মি হায়না হেক খঙবদা খঙভিবী বুদ্ধি অহুগী মমিং দৃষ্টি (মীং) কৌহ। মহাও লৌবগী থবক্ তৌবা মতমদা মহাও নঙলিবী বুদ্ধি কৌবীস জিহ্বা, শে কোবা ইন্দ্রিয়) হায়রগা খঙ্নখি। মনম্ খঙহন্বা মতমদনা নাতোল কৌবা ইন্দ্রিয় অহু ওংখ্রে। অসুম তৌহুনা বুদ্ধি মা মথন্তুনা তৌরু তৌরুবা থবক অহুগী মতুং ইন্ন মশক ম মং হেক হেক হোংহুনা নিকন অমনম লৌ ॥৫॥ ইন্দ্রিয় হায়রিবসি, বুদ্ধিগী বিকারশিং অসিনুনি। বিকারশিং অসিদা জীবাত্মানা মশক উহন্দনা মথোয়গী অধিষ্ঠাত্রী দেবতাগুম হেক হেক লৈরু। বুদ্ধিসিনা জীবাত্মাদা চঙঙ্ বা লৈরুবা মতমদা সাত্ত্বিক, রাজসিক তামসিক

---

* পুক্নীং (মন) হায়বাস, বিকার মথল্ মথল্ লৌরক্পী বুদ্ধি হায়বীহুগী—পরিণামগী মওংনে। বুদ্ধি হায়বীসিনা বিকার ঈকং ফংদনা তুপিন্ন বিষয় অমতদা হেক্ তুংহুনা লৈখিবদা মন (পুক্নীং) হায়বসিগী অস্তিত্ব অসি লৈবা রাররদি। হায়র্দ পুক্নীং হায়বা পোশক্ অমা হকচাংসু আসদা লৈবা য়ারম্মরোই-দৌরনি। শন্না হায়ররদা "পুক্নীং" হায়না কৌবা ইন্দ্রিয় অসি কারি করি মচা'ক্না শাহুনা ওহন্নিরনো হায়না হংলরদি বুদ্ধিগী বিকার (মশক্ হোংবা) মথৈনা মশক ওনৃশিবা মশক্ অমনি। বুদ্ধিনা লেঙদনা বিকৃত ঈওই ওইদনা মফম্ অনহদা লেঙদনা হেক্ মরৈরম্নবদি পুক্নীং হায়বা তত্ত্ব অসি লৈরমদবসু য়াই নোংচুপ্‌লোম্‌গী মনোবিজ্ঞাননা মন (পুক্নী) কদাররু হায়না স জ্ঞা পীরমদনা পুক্নীং হায়বহুগী গুণ কর্মনচিংবা শক্থবা হেক্ত হৌই ॥ (কাল'চাঁদ)

কদাচিল্লভতে প্রীতিং কদাচিদপি শোচতি। ন সুখেন ন দুঃখেন কদাচিদিহ যুজ্যতে ॥৭॥
সেয়ং ভাবাত্মিকা ভাবাংস্ত্রীনেতাননুবর্ত্ততে। সরিতাং সাগরো ভর্ত্তা মহাবেলামিবোর্ম্মিমান্ ॥৮॥
যদা প্রার্থয়তে কিঞ্চিৎ তদা ভবতি সা মনঃ। অধিষ্ঠানানি বৈ বুদ্ধ্যা পৃথগেতা ন সংস্মরেৎ ॥
ইন্দ্রিয়াণ্যো মেধ্যানি বিজেতব্যানি কৃৎস্নশঃ ॥৯॥
সর্বাণ্যেবানুপূর্ব্ব্যেণ যৎ যদা চ বিধীয়তে। অবিভাগ গতা বুদ্ধির্ভাবে মনসি বর্ত্ততে ॥১০॥

মওং অহুমদা লৈরক্লই * ॥৬॥ মরম অসিদগী হায়রবদি, মওং অহুম অসিদা লৈরক্লবদগী, বুদ্ধি কৌবী প্রকৃতি সিনা করি করিগুম্বা মতমদা প্রেম (নুংশিবা) প্রসন্নতা (অপেনবা) অসিনচিংববু ফংঙুই। মতম্ অদুদা মহাক সাত্ত্বিকভাব কৌবা মওংবু পুই। অরাবা ফংবা মতমদা রাজসিক ভাবতা লৈ। অদুম্ রাদবা, নুংঙাইবা মওংদসু লৈতবা, শুমহৎপা মওংদা লৈবা মতমদা তামসিক কৌবা ভাব (মওং) দা লৈ ॥৭॥ মরুক্ তপ্পা লৈরম্বা, তুরেলশিংগী তুংনকম সমুদ্রনা রাং চাউরবা ঈথক্ ইপোম্না থল্লকপা মতমদা, করি করিগুম্বা মতমদা মহাকী চাংজোদগী কুগংলকপা লাঙ্খিল্লকপত্তুগুম্না সাত্ত্বিনচিংবা ভাব অহুমগী মশক্ লৌবী, ভাবাত্মিকা ওসবী বুদ্ধি কৌনী প্রকৃতি অসিনা, অশাউবা, নুংঙাইবা অরাবনচিংবা চিত্তবৃত্তিশিং অসিবু থিং-বগী মশক্ ওইবা যোংগদা লৈবা মতমদা করি কনিগুম্বদা ভাব অহুম অসিবু লাম্বোক্তুনা মপান্দা হাই-দোরকই ॥৮॥ করিগুম্বা পোৎ অম পাম্বা মতমদা বুদ্ধি অসি "পুক্নীং" হায়বত্তগী মশক লৌথি। ইন্দ্রিয়-শিংগী অমগমগা মওংশিং অসি বুদ্ধি হায়বীসিগী মনুংদ লৈব চাক্তনি থওগদবনি। রূপরসনচিংবগী জ্ঞানবু শুক্তক ফংলিবত্তু "মেধা" কৌই। মেধাগী মফমদা য়াম্না কান্নবা সহায়ক (মতেংপাংবা) ওইবদগী ইন্দ্রিয়-শিংবু "মেধ্য" হায়নশু কৌই। মশা মশাগী বিকার লোকহন্নবত নম্বনা হকচাং পুম্বদা বিকার পীরিবা ইন্দ্রিয়শিং অসিবু যোগী অমনা লোয়দনা জয় তৌগদবনি ম্ নোংকুই ॥৯॥ ইন্দ্রিয়শিং অসিনী মনুংদা অমদা লৈবা

* হায়রিবসিবু কুপ্পা শব্দদশিংনা হকচাংদা ফাংলিবা মথুল্ মাপল্ অসিবু থোঙ্ মাপন্নিদি হায়রগা কনাগী থোঙনো, কনাগী চঙথোক চঙ্গিন তৌননগা থোঙনো, কুরি করি পোৎপু পুথোক্ পুশিন্ তৌন-নবা থোঙনো হায়বত্ত থওদে। মপানগী ভৌতিক জগতগী, বুদ্ধি হায়বীসিনি, ভোগ তৌগদৌরিবা মনম্ মকংওনচিংবা ভোজ্যপদার্থশিং অসিবু পুথোক পুশিন তৌননবগী থোঙ্ ওতখিবদগী ছিদ্র (মথুল) শিং অসিবু মনদ্বার (থোঙ মাপল) হায়খিবনি অত্তবু সাধারণনা মথুলশিং অসিবু মীৎ-নাকোং, নাতোল, লৈ, উনশা অমসুম হায়না মমিং লোন্জিন্দুনা ইন্দ্রিয়নকুনি হায়না লৌই ইন্দ্রিয়গীদি হকচাংদা পাম্নিবা মশক উরিবা, শক্তম্ মচেৎশিং অসি নত্তে। ইন্দ্রিয়দি মশক উবা য়াবা পোৎ নত্তে। মশক্ উববী বুদ্ধিগী মমিংমক্তনি। মীৎ হায়বসি বুদ্ধিগী মমিং অমনি মায়দা য়াংলিবা মথুল অমসি নত্তে। অত্তবু মপান্দা লেঙবা ওংপ-নচিংবা অউবা কর্মগী থুংলায় ওইনা লৈরিবা থরবুদি কর্মেন্দ্রিয় (কর্ম + ইন্দ্রিয়) হায়না অত্তম্ মকৌশিন্নরক্লি। লেঙবা ওংপা, চৎপা কত্থনচিংব কর্ম অহুমকত্ত মশক উবা নত্তে। মশক উরিবদি থোঙনি, থুৎনি। চৎপা হাইবনচিংবা কর্মদি উবা নত্তে। (কালাচাঁদ)

যে চৈব ভাবা বর্ত্তন্তে সর্বং এষেব তে ত্রিষু। অরার্থাং সম্প্রবর্ত্তন্তে রথনেমিরা ইব ॥১১॥
প্রদীপার্থং মনঃ কুর্য্যাদিন্দ্রিয়ৈর্বুদ্ধিসত্তমৈঃ। নিশ্চরদ্ভির্যথা যে পর্য্যাপ্তীনৈর্বদৃচ্ছয়া ॥১২॥

---

নত্রগা চৎমিন্নব মতমদা, হায়দগী তোঙান্ন তানরক্ত্রবস্থ বুদ্ধি অসিনা সংকল্পতগী মশক ওইবা পুক্নীংদা অহুগা চক্নু কিনচংবা অশেম্বা পোংচৈশিংগী মকম্‌দা হায়া হেক্ত য়ৌরই। মাসিগী অশম্বা রাদি অককত্ত খঙবী বুদ্ধি কৌবী প্রকৃতি অসিনা চানযিরকাওবদা হায়বদি অকবনা অসিনি কক্ষব চুমদবনা অসিমি তাক-পিগে হায়না চানবিরকাওবদা ইন্দ্রিয়শিং অসিনা থওইনা তাদনা পুক্নীংনা তৌরকপা-তৌথিবা সংকল্প অহুদা চুথিহুনা ওইদবা চক্নুকিনচিংবা পোচেশিং অসিবুত লৌরই * ॥১॥

সংসার আসদা হেক্ লৈরিবা ভাব পুম্নমক্ সাত্ত্বিক, রাজসিক তামসিক ভাব অহুম অসিগী মন্নুং চন্‌বা ঙাক্তনি। রথ ( গাড়ী )গী চাকাগী মশা পুম্নমক্ মপাল অকোয়বা ( হাল্ ) অহুগী মন্নুংদা অহুম লৈবা হেন্দোক্পা ঙমদবা –হেন্দোক্পা য়াদবত্তুগুম্না জগৎ সংসারগী জীব পুম্নমকী ভাব পুম্নমক সাত্ত্বিক রাজসিক তামসিক ভাব অহুমসিগী মশা মরেং ঙাক্তনি, হায়বদি মন্নুং চন্‌বা ঙাক্তনি. মতুং ইন্না ঙাক্তনি ॥১॥ বুদ্ধিগী মশক্ ওইবা লৈকম ( আসন ) দা.লৈরিবা, থোইদোক্পা হৈনিংদনা, স্বভাবকী মতুং ইন্না, হেক্ লৌব য়ারিবা বিষয়শিং মায়গৈদা চঙশিল্লিবা থম্ভিমৈনা মশাগী মঙান্না চক্নু কিনচিংবব্ ঙালহনবা মশক্ উহনবত্তুগুম্না পুক্নীং মীৎনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংগী পাম্বৈনা চক্নু কিনচিংবা পোৎশিংবু ঙালহল্লি অমস্থ লৌহল্লি ॥১২॥

* মপাল্লোমদগী মন্নুংলোমদ অসুম মথং মথং চঙশিনখিবদা মথং মনাও নাইনা লৈথ্রিবসি মপানগী উরা হৈপাল লৈপাল চীঙ মান তুরেল গুমিৎ থা মৈ ঈশিং অসিনচিংবসিনা অহানবা মরোল্লি। মথা ঈথং থংবা অনেম্বা থাক্ অসিদদি অঙাংশুবী অশোল্ অনা লোইনা কানরি, কাব ওনবৈ মাসিদগী থর রাংখৎখিবা থাক্লা হকচাংসিনি। উথ্রিবা পোংশিং অহু হকচাংসিদা লোইনা লৈরে হায়বগী জ্ঞানগী থর রাংবা থাক্ অসিদদি থোঙতেক মীত্তাং লোইনা কানরক্পা ঙমদ্রে। মাসিদগী অমুক্ রাংখৎপনা ইন্দ্রিয়শিংনি। মথোয়-অমুক্ রাংখৎখিবা থাক্লা পুক্নীংনি। মাসিদগী অমুক্ রাংখৎখিবনা বুদ্ধি ( জ্ঞান ) সিনি। মাসিদগী অমুক্ মন্নুং হুস্তিন্‌খিব থাক্ ( মরোল্ ) আত্মানি। মাসিদগী অমুক মন্নুং হুস্তিন্‌খিব মরোল্লা পরমাত্মানি ( মশক মওং উবা ঙংদবা ) নি। পরমাত্মাগী মরোল অসিগী মথক্তা লৈথ্রিবা মরোল্ ( থাক্ ) অহুনা অব্যক্তনি। অব্যক্তসিদগী হৌজিক হায়খ্রিবা মথাগী মরোলশিং অসি ব্যক্ত ( ফোঙদোকপা ) ওক্লখিবা ঙাক্তনি। "পুক্নীং" হায়বাসনা মাগী মথক্তা লৈবা "বুদ্ধি" হায়বত্তুগী মরা লৌরম্‌দনা, মাগী মথাদা লৈবা থাক্ অনীহুম্ কাওবা মথং মথং নোংলমদনা, মথা ঈথং থংবা থাক্ ( মরোল ) হৈপাল লৈপালগী মরোল অসিকাওববুস্থ কাল্লমহুনা হৈপাল লৈপাম্না শারিবা চক্নুনাং কিরোলশিংগী থাক্ অসিদা হেক্ত চোংথখি। মথা ঈথং থংবা থাক্তি লৈ-পাক্লি ( হকচাংসিনি ) অহুনা লৈপাক-হকচাংসিবু "ঐ" হায়না মনন তৌরিবসিনি হায়বদি থল্লিবসিনি।
( কালাচাঁদ )

এবং স্বভাবমেবেদমিতি বিদ্বান্ ন মুহ্যতি । অশোচন্প্রহৃষ্যন্ হি নিত্যং বিগতমৎসরঃ ॥১৩॥
ন চাত্মা শক্যতে দ্রষ্টুমিন্দ্রিয়ৈঃ কামগোচরৈঃ । প্রবর্ত্তমানৈরনয়ে দুষ্করৈরকৃতাত্মভিঃ ॥১৪॥
তেষাং তু মনসা রশ্মীন্ যদা সম্যঙ্ নিযচ্ছতি । তদা প্রকাশতেঽস্যাত্মা দীপদীপ্তো যথাকৃতি ॥১৫॥
সর্ব্বেষামেব ভূতানাং তমস্যপগতে যথা । প্রকাশং ভবতে সর্ব্বং তথৈবমুপধার্য্যতাম্ ॥১৬॥
যথা বারিচরঃ পক্ষী ন লিপ্যতি জলে চরন্ । বিমুক্তাত্মা তথা যোগী গুণদোষৈর্ন লিপ্যতে ॥১৭॥
এবমেব কৃতপ্রজ্ঞো ন দোষৈর্বিষয়াংশ্চরন্ । অসজ্জমানঃ সর্ব্বেষু কথঞ্চন ন বিদ্যতে ॥১৮॥
ত্যক্ত্বা পূর্ব্বকৃতং কর্ম্ম রতির্যস্য সদাত্মনি । সর্ব্বভূতাত্মভূতস্য গুণবর্গেষ্বসজ্জতঃ ॥১৯॥
সত্ত্বমাত্মা প্রসরতি গুণান্ বাপি কদা ন । ন গুণা বিদুরাত্মানং গুণান্ বেদ স সর্ব্বান্ ॥২০॥

জগৎকী স্বভাব অসি মতৌ অসুম্না মহৌশানা নশক্ পোক থোক ওনবগী মওংদা অসুম মরৈরক্লবনি। অসুম্না খঙলবা জ্ঞানীশিংনা পোকপা শিবনচিবা শুমহৎপা অকিবনচিংবদা থক্ তাদে। হরাউবা অরাবা লৈতে, কল্লক্ য়েংথিরবা লৈতে ॥১৩॥ থম্মোয় শেংদবা কত্তব থবক্তদ পুক্নীং চঙবশিং অদুদি অরানবা লম্বীদা চত্তুনা পুক্নীংনা অপাম্বা বিষয়দা চঙশিল্লিবা ইন্দ্রিয়শিং অদুগী পাম্বৈনা আত্ম দর্শন তৌবা ঙমদে ॥১৪॥ অদুবু অকৈবংগী ওইবনা পুক্নীংগী পাম্বৈনা ইন্দ্রিয়শিংগী মশক্ শুহরবা শগোলশিংবু খূর্জি কয়া পায়থত্তুনা মহাকী খুদুম্ মথাদা হেক্ খদ্দদা মহাক্ আত্মবু থাউমৈথাংদ্রেলপা মুঙ্গি ফ্রাংচিংববু ময়েক্ লানাউবদুগুম্না, ময়েক্ লানা ভশেংনা উবা ফংডি ॥১৫॥ অমম্বা মপেনা ভাক্থনাতুংদা জীব পানবা পুম্নমক্তা মতম্অমতদা মঙাল্ল কুপ্পদুগুম্না অজ্ঞানগী শকক্লা মাঙ্খ্রবা তুদা জ্ঞানগী মঙাল্লনা ময়েক্লানা পোৎ পুম্নমক্ উরবা মতম্ অদুতদা জ্ঞানী ওইদা তাহবং মীনা আত্মাগী সাক্ষাৎকার তৌই ॥১৬॥ ঈশিংদা লৈবা, ঈশিংদা তাবউচেক্লা, ঈশিংথক্ত তত্তনা তাউদুনা লৈরবস্ত ঈশিংদা নপশিন্দুনা লৈতবগুম্না, হকচাংসিদগী মুক্ত ওইদুনা লৈরবা যোগী অদুদি (সংসার) সিগী মনুংদা তত্তনা লৈনলৈনা সংসারসিগী গুণদোষগী মরীক্ অমতনা মত্তোন্দা চঙ্শিনবা তৈশিনব ঙমদে ॥১৭॥ মতৌঅসুম্না শেংদোকখ্রবী বুদ্ধিনা মাগীওইখ্রবা অদুগুম্ব মী মহাক্ অদুদি মগামশু পারিবার শাগৈ নাতৈশিংদা আসক্তি কবিমশা থমখিত্রবনা মপানগী সংসারগী পোচ্চৈশিং অসিবু সেবন তৌন তৌনা পোংচৈশিং অদুদা লৈবিবা গুণ দোষশিং অদুনা মত্তোন্দা চঙকপা ঙমদে ॥১৮॥

নহান্মুক্কী মপোক্তা তৌথিবা কর্ম্মগী সংস্কার অদু কাওবা থাদোকুনা পরমাত্মা-তগা অনুরাগ (ভক্তি) থমখ্রবা মী মহাক্ অদুদি মশামক ওরায় পানবা অচচত্ত পুম্নমক্কী আত্মা ওই। মহাক অদুদি সংসারগী বিষয়-শিংদা আসক্ত ওইদে ॥১৯॥ জীবাত্মাসনা অমুক্তা বুদ্ধিগী মায়কৈরোমলা, অমুক্ত রূপ ওসনচিংবা গুণশিংগী মায়কৈদা মমায় হেক্ হেক্ ওনশিল্লি। * গুণশিং অসিনদি আত্মা মাব্ মশক খঙদে। অদুগা আত্মাদি

---

* বুদ্ধি ইন্দ্রিয়নচিংবা পুম্নমকসি আত্মাগী প্রজা মত্তনি, হায়বদি মহাক্না শেম্বা পোকহনবমক্তনি। অদুবু প্রজানা ওম্বা নিংথৌগুম, মচানা ওম্বা মপাগুম, মথোয়না অহিং অসিংদা মায়কৈদা অদুম্ মচংলি। অদুনা লেশ লেশদা ঈমুং মনুংদা অশান্ত পোকই। বুদ্ধি ইন্দ্রিয়নচিংবা পুম্নমকসিংদি অহিংবা (জীব) দি নত্তবনিনা আত্মা মাবু উদে, আত্মাবু উবা ফংত্রিবসি অসিননি। মরম অদুনা সাধারণ ওইবা মীনা আত্মা মাবু মশক্

পরদ্রষ্টা গুণানাং পরিস্রষ্টা যথাতথম্। সত্ত্বক্ষেত্রজ্ঞয়োরেতদন্তরং বিদ্ধি সূক্ষ্ময়োঃ ॥২১॥

সৃজতেঽত্র গুণানেক একো ন সৃজতে গুণান্। পৃথগ্‌ভূতৌ প্রকৃত্যা তৌ সম্প্রযুক্তৌ চ সর্ব্বদা ॥২২॥

যথা মৎস্যোঽদ্ভিরন্যঃ স্যাৎ সম্প্রযুক্তৌ তথৈব তৌ। মশকোদুম্বরৌ বাপি সম্প্রযুক্তৌ যথা সহ ॥২৩॥

ইষীকা বা যথা মুঞ্জে পৃথক্ চ সহ চৈব চ। তথৈব সহিতাবেতাবন্যোন্যস্মিন্ প্রতিষ্ঠিতৌ ॥২৪॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাম্ শান্তিপর্ব্বণি

মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি শুকানুপ্রশ্নে ত্রিচত্বারিংশদধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ।

—:0:—

মখোয়গী স্রষ্টা ( অশেংবা ), দ্রষ্টা ( অউব ) নিনা মশক খণ্ডি। বুদ্ধিগা আত্মাগা অনী অসি য়াম্না পীকপ্রবা কূপপ্রবা পোথান। অনীসিগী ভেন্নবা হায়ববু— আত্মানা দ্রষ্টা ( অউবা ) নি, বুদ্ধিনা দৃশ্য ( উগদৌরিবা ) পোৎ অত্নুনি ॥২০—২১॥

হায়রিবা বুদ্ধি, আত্মা অনীসিগী মনুংদা অমনা হায়বদি, বুদ্ধিনা গুণবু শেম্মি। অমনা হায়বদি আত্মানা গুণবু শেমদে। শক্তি ( মপৈ ) মায়ুংবা অনীসি দেহ সিমতদদি অচুম মরৈনরি। মৈকম তিন্নংবনা অমগমগা তিন্নরি হায়বসু যাদ্রে মৈকম্ তিন্নবদু শক্তি নাম্নদবনিনা, পাইবুং থাইবুং মৈনরি। অচুনা তিন্নদে হায়বসু যাদ্রে * ॥২২॥ ঈশিদা ঙা মৈ মখোয় অনী তিন্নরি অদুবু ঈশিংনা ঈশিংনি, ঙানা ঙানি, মৈপাক্কি। মৈবোং মনুংদা তীল মৈ, অদুবু অনীসি তিন্নদে, তোঙান তোঙান্না অসিগুম্না, আত্মাগা বুদ্ধিগা অনী অসি দেহ অমতদা মৈনমিনবানি হায়বসি খঙগদবনি ॥২৩॥ শীনাংগা মাগী পশিংগা তোঙান তোঙান্নি, অদুবু মৈকমদি অমত্তনি। ক্ষেত্রগা ক্ষেত্রজ্ঞ ( আত্মা )গা মৈনরিবা মরৈ অসিসু অসিগুম্বনি। তোঙান্নবসু মখোয় অনীমক অমন, অমগী আশ্রয় লৌনচুনা মৈ ॥ ২৪॥

মফম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা

শান্তিপর্বদা মোক্ষধর্মপর্বদা শুকানুপ্রশ্নগী চনীনি কুন্থমদোইশুবা

অধ্যায় লোইরে ॥২৪৩॥

— —:[০]:——

উদবনা আত্মা মৈতে, পরমাত্মা মৈতে, ঈশ্বর মৈতে হায়নরিবসিনি। উগদবা আত্মা মহাক্কা উদ্রবদা কনানা উবিনি? মৈতে হায়রিবা মাগী আত্মানা থাজেশেংবা দ্রষ্টা ওইববতদা উগনি। ( কালাচাঁদ )

* আত্মাগা দেহগা তিন্নরিবা মতিন্নগী তোঙান তোঙান্নবা মওং মৈবচুগুম্না জীবগা ব্রহ্মগা নত্ত্রগা আত্মাগা পরমাত্মাগা অনীগী তিন্নরিবা মতিন্ন শাসনসু তোঙান তোঙান্না মওং মৈদি হায়ববু আত্মাগা মৈনরিবসিগী আত্মাগা পরমাত্মাগা মৈনরিবসিগদি থৈদ্রে। মবম্দি জীবগা দেহগা তিন্নবদি অশিবগা অসঙবগা তিন্নবনি। জীবগা ব্রহ্মগা তিন্নবদি অসঙবগা অসঙবগা তিনবনি। অসিদগী অদ্বৈতমচিংবু মত্ত ময়াম অসি মৈবি। ( কালাচাঁদ )

# মণিপুরী মহাভারত

## চতুশ্চত্বারিংশদধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ

( জ্ঞান অমদি জ্ঞানীগী লক্ষণ তাকপা )

## চনীঙাকুমরিশুবা অধ্যায়

---(*)---

ব্যাস উবাচ।

সৃজতে তু গুণান্ সত্ত্ব ক্ষেত্রজ্ঞস্ত্বধিতিষ্ঠতি। গুণান্ বিক্রিয়তঃ সর্ব্বানুদাসীনবদীশ্বরঃ ॥১॥
স্বভাবযুক্তং তৎ সর্ব্বং যদিমান্ সৃজতে গুণান্। ঊর্ণনাভির্যথা সূত্রং সৃজতে তদ্গুণাংস্তথা ॥২॥
প্রধ্বস্তা ন নিবর্ত্তন্তে প্রবৃত্তির্নোপলভ্যতে। এবমেকে ব্যবস্যন্তি নিবৃত্তিমিতি চাপরে ॥৩॥
উভয়ং সম্প্রধার্য্যৈতদধ্যবস্যেদ্ যথামতি। অনেনৈব বিধানেন ভবেদ্ গর্ভশয়ো মহান্ ॥৪॥

---

ব্যাসনা হায়ঃ ঈবুঙো। শুকদেব। প্রকৃতিন গুণ ময়ামবু শেম্মি। ক্ষেত্রজ্ঞ ( আত্ম ) দি উদাসীন ( হৈনিংদবা ঈয়াওয়াওদবা ) ওইনা, প্রকৃতিনা শেম্মিবা গুণ ময়ামশিংবু অস্নুম য়েংলি। মহাক্তি করি-গুম্বা অমতগা সম্পর্ক থমদবা ওইনা মনীং মথা ভমহন' লৈবা অধিষ্ঠাতা থাথত মপীবা মপু ) ওইনা লৈ ॥ ॥ মিন মশা মথন্তদগী চিংথোরকপা থরকপা পীরবা লাজ্জা ( শমী ) শিং অদুগী সৃষ্টি তৌবহুগুম্বা প্রকৃতি হায়রিবীসিনা ত্রিগুণ ( সত্ত্বরজঃতম ) তগী মশক ওইবা পোৎ ময়াম্সিনু শেম্মি। প্রকৃতিনা মাগী মহৌশাগী স্বভাবতনা ময়ামসিনু শেম্মিবনি ॥২॥ কনা কনাগুম্বা থননা অস্নুম হায়ঃ—তত্ত্বজ্ঞানগী পাইখতনা গুণশিং অসি অসিবু মাঙহন্দ মতমঙ্গদন্না পুম্নাঙ মাঙহন্দদি নত্তে। অদুবু তত্ত্বজ্ঞানগীদমক্তদি মাঙথ্রবা গুণশিং অদুগী উপলব্ধিদি পোক্তে। হায়বদি, উবা ফংবা অদুগা উব-ফংদগী হকচাংদা ফাওবা অদুদি পোক্তে। হায়বদি মাঙথ্রিবাশিং অদুগা তত্ত্বজ্ঞানগা মনীগী মন্নুংদা করিগুম্বা সম্বন্ধ অমত লৈতে। থবনা হায়বনা—মখোয় অদুদি পুম্নাঙ মাঙথ্রবনি। মখোয়গী অস্তিত্ব ( লৈবা হায়বগুমক ) লৈত্রবনি * ॥৫॥ হায়রিবা মত-অনীসিগী মথক্ত নশাগী বুদ্ধি পাইখনা নশাগী সিদ্ধান্তবু লেপনবা তৌ। অস্নুম্না ভক্তনা

* হায়রিবসিগী তৎপর্য্যঃ—উরিব সংসারগী মন্নুংদা লৈরিবা করিগুম্বা পোৎ অমনা মাঙথ্রিবসি চায়না পুম্নাঙ মাঙখিব নত্তে। তাত্ত্বিক দৃষ্টিনদি লৈবত মউই অদুবু, মাংশহু প্রত্যক্ষ ওইনা উপলব্ধিদি ওই-দনা তত্ত্বজ্ঞানগী বিচারগীদমক্তি অদুগা বৈজ্ঞানিক বিচারগীদমক্তি শীংজিন্নবা যাদবনি। ঈহৈ শ্লোকগুম্বনি হায়বসিনা কনা কনাগুম্বগী মতনি। বিজ্ঞাননা শীংজিন্নরিবা পোৎশিং অসি মউবা অহৈবা মক্তনি। উদবা মৈ ঈশিংনা করিগুম্বা পোৎ অমত শাব য়াদে। ( কালাচাঁদ )

ন ভবতি বিদুষাং মহদ্ভয়ং যদবিদুষাং সুমহদ্ভয়ং পরম্। ন হি গতিরধিকাস্তি কস্যচিৎ ভবতি যা বিদুষঃ সনাতনী ॥১২
লোকমাতুরমসূয়তে জনস্তৎ তদেব চ নিরীক্ষ্য শোচতে। তত্র পশ্য কুশলান্ন শোচতো যে বিদুস্তদুভয়ং কৃতাকৃতম্ ॥১৩
যৎ করোত্যনভিসন্ধিপূর্ব্বকং তচ্চ নির্ণুদতি যৎ পুরা কৃতম্। ন প্রিয়ং তদুভয়ং ন চাপ্রিয়ং তস্য তজ্জনয়তীহ কুর্ব্বতঃ ॥১৪

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি

শুকানুপ্রশ্নে চতুশ্চত্বারিংশদধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ ॥ ২৪৪ ॥

—:০:—

হায়রিবা অকিবা অসি জ্ঞানী পুরুষশিংগীদি ইহলোক পরলোক অনীমক্তা ঊরে লৈত্রবনি। জ্ঞানীশিংনা ফংনরিবা গতি ( পদবী ) অতৈ অতোপ্পা অমনা ফংঙরোইদবনি ॥১১॥

মীগী অরাবা থুদোংথীবা মশাদা রোগ (লায়না) লৈবত্রু উরগা কনা কনাগুম্বনা দোষ ওইনা লৌই। হায়বদি, দোষগী মীৎয়েংনা য়েংঙি। মানা তৌবা কর্মগী মহৈনি, মাগী দোষনি, থরানংজসত্রু” হায়না অয়ানবগী রাথস্তদা লৌট—পুই। কনা কনাগুম্বনা মীশিংত্রুগী অরাব-অনংবা অমাদ লায়না অত্রু উরগা য়াম্না রায়। কার্যাকারণ অনীগী তত্ত্ব মুম্ন খঙলবা মী অত্রুদি মীগী অরাবউরগা থোইনা রাদে। শুকদেব! অত্রুগুম্বা মীশিং অত্রুবু অশিংবমীনি হায়না নহাক্না খঙজু ॥১৩॥ কর্মগী তত্ত্ব খঙবা, কর্মদা পুক্নীং চঙ্বা মীনা নিষ্কামভাবতা কবিগুম্বা কর্ম অমগী অনুষ্ঠান তৌরক্রবদি, হায়বদি, লিংখৎলক্রবদি মহাক্না মমাংডৌদা তৌখিবা সকামকর্ম অমদি ফত্তবা থবক্ অত্রুগী পাপফল ময়াম্ অত্রু খুদক্ত মাঙজি। হায়রিবা রাথস্ অনিগী অত্রুং ইম্না কর্ম তৌরবা সাধক অত্রুগী কর্মত্রুনা সাধক অত্রুগী ফত্তবা অমাঙ্বা করিমতা তৌবা ঙম্দে ॥১৪॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা, শ্লোক লিশিং চাম-না শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা,

মোক্ষধর্ম্ম-পর্ব্বদা, শুকানুপ্রশ্নগী চনী নীফুমরিশুবা

অধ্যায় লোইরে ॥২৪৪॥

—:(✿):—

# মণিপুরী মহাভারত

( পরমাত্মা কংননবগী সাধনা তাকপা। )

## পঞ্চচত্বারিংশদধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ

### চনীনীফুমণ্ডাশুবা অধ্যায়।

— :():——

শুক উবাচ।

যস্মাৎ ধর্ম্মাৎ পরোধর্ম্মো বিদ্যতে নেহ কশ্চন। যো বিশিষ্টশ্চ ধর্ম্মেভ্যস্তং ভবান্ প্রব্রবীতুমে ॥১॥

ব্যাস উবাচ।

ধর্ম্মং তে সম্প্রবক্ষ্যামি পুরাণমৃষিভিঃ কৃতম্। বিশিষ্টশ্চসর্বধর্ম্মেভ্যস্তমিহৈকমনাঃ শৃণু ॥২॥

ইন্দ্রিয়াণি প্রমাথীনি বুদ্ধ্যা সংযম্য যত্নতঃ। সর্বতো নিষ্পতন্তি পিতাবালানিবাত্মজান্। ৩॥

মনসশ্চেন্দ্রিয়াণাং চাপ্যৈকাগ্র্যং পরমং তপঃ। তজ্জ্যায়ঃ সর্ব্বধর্ম্মেভ্যঃ স্বধর্ম্মঃ পর উচ্যতে ॥৪॥

---

শুকদেবনা হায়,— পিতৃদেব ! জগৎ অসিদা, খ্বাইদগী হেন্বা, মাগী মথক্তা অমা লৈত্রবা ধর্ম অসিবু করিনো ? মাহু ঐঙোন্দা তাকপীয়ু ॥১॥ ব্যাসনা হায়,— ঈবুঙো ! ঋষিশিংনা হায়নরকপা, কুইরবা — ধর্ম পূরমক্কী হেল্লবা, ধর্মহুগী মরমদা হায়গে পুক্নীং চঙনা তাও ॥২॥ মপানা মচাবু য়াম্না মারক র'তেম্‌হুনা মাগী থুদূম্ মথাদা থম্বহুঙম্না তাইবং মীনা ঈহান্ হান্বদা, রূপ রসনচিংবা বিষয়শিংদা চোংশিল চোংশিল লাকদৌরিবা লাক্লিবা ইন্দ্রিয়শিং অসিবু য়াম্না চোকশিন্না, বুদ্ধি তৌন তৌনা মাগী মাগী থুদূন্ মথাদা থম্‌গদৌবনি ॥৩॥ পুক্নীংবু অহুগা ইন্দ্রিয়শিংবু লাক্‌শিন্বা অহুগা লাক্‌শিন্নবা অরাবা থাংবা অসি খ্বাইদগী ঈহান্ হান্বা, অহুগা খ্বাইদগী ঈহেন্ হেন্বা তপস্যানি। মাসিনা খ্বাইদগী ঈহান্ হান্বা, ঈহেন্ হেন্বা ধর্মনি। ৪॥ *

* হিন্দুগী আত্মা, মুসলমানগী আত্মা, ব্রাহ্মণগী আত্মা, ক্ষত্রিয়গী আত্মা, নিপাগী আত্মা, নুপীগী আত্মা হায়বা লৈতে। লৈতবহুনস্থ আত্মা হায়বসি অমত্তনি হায়রিবনি। অমতা ওইবা আত্মাসিনা পাম্লিবসি করিনো ? হায়না লেপ্লবদা হিন্দু ঐখোয়গী মততদি, মুসলমান ঐখোয়গী মততদি, খ্রিশ্চিয়ান ঐখোয়গী মততদি······ অহুম হারহুনা মাগী মাগী বাদ পীনরবদি মাহুনা আত্মাগী ধর্ম শুক্ ওইবা য়ারোই। করিনা হায়বদা আত্মাদি হিন্দুস্থ নত্তে, মুসলমানস্থ নত্তে, মীতৈস্থ নত্তে, ময়াংস্থ নত্তে। অহুনা, “নংগী ধর্মদগী ঐগী ধর্মনা হেল্লি।”... অসিনচিংবা হায়নরিবসি মপানা অহুম্ লাঞ্জার। নংগী আত্ম না পাম্ব।। অহুনি, ঐ।। যাত্ম ।। পাম্বা অদিদি

তানি সর্ব্বাণি সঙ্কায় মনঃ ষষ্ঠানি মেধয়া। আগুহস্ত ইবাসীত বহূংশ্চিন্ত্যাংশ্চিন্তয়ন্ ।৫।।
গোচরেভ্যো যদা স্বান্তস্তি দেশনি। তদা ত্বমাত্মনাত্মানং পরং দ্রক্ষ্যাসি শাশ্বতম্ ।।৬।।

---

অসিগী তুংদা পুক্রীংগা লোয়ননা ইন্দ্রিয়শিং অসিবু বুদ্ধিগী পাশ্বেনা চনীও তানা থল্লগা, থন্গদবা— খন্গে থন্বা বিষয় অম্যাম্বা থোইনা খল্লদনা করিমতা অম্বাং-অপা লৈতবগুম আম্মাতদা পেন্দুনা, হায়বদি ঈশা ঈধত্তনা ঈশাদা অত্তুম পেঞ্জহনা ঈনুং নুংঙাইনা লৈথোক্খিনি ।।৫।। ইন্দ্রিয়শিং অসিনা মাগী মাগী বিষয়রোমদা চত্তদনা মথন্ মথত্তা ভায়রবা, মাগী মাগী মফমদা হঞ্জরবা মতমহুদা, শুকদেব কৌবা হক্চাংনা লৈরিবা আত্মা মহাক্না নঙোন্দগী তোঙান্বা পরম্ (অতোপ্পা) আত্মা অমবু উবা ফংগনি। 'হায়বদি— পরম্ + আত্মা = পরমাত্মাবু উবা ফংগনি ।।৬।। *

---

হায়বা তারক্লবনিনা হায়রিবা মা মশামক্ অতুম্ লাঞ্জরে। অহুনা, হায়রিবা ধর্মসু অত্তুম্ লাঞ্জরে। ধর্ম ধর্ম হায়নরিসসি আত্মাগী ধর্ম হায়বতনি। হিন্দু ঐথোয়গী মতদা— হিন্দুসু নত্তবা, মুসলমানসু নত্তবা অত্মো অহুনা পাম্লিবসি অসিন হায়না লেপ্লবদা, লেপ্লবা হোংনরকপদা চঙলিবা বাংকী মশক্ ওইবা খুংলায় অমদি য়স্কম অত্তবুনি হিন্দুধর্ম (হিন্দুয়িজম্) হায়রিবসি। 'নংগী খুংলায়বুদি ঐগী খুংলায়না থোবা কবা হেল্লি" হায়না যেংনবতনি। ভসি ফাওবদা খুংলায়শিংহুনা শাবা পোং অমত্তা পুথোক্লক্রি। অচুম্বা মওংদি অসিনি হায়না পুথোক্লরকপা ফাওবদা মাম্লরবদি লোইনা অত্তুম লান্মিম্লরে। অচুম্বা অনীগুবা য়াদে, অচুম্বদি— অমতনি নিত্তানি। অচনা আত্মাগী ধর্ম থিবা মতমদা ঐ হিন্দুনি, ঐ মুসলমাননি, ঐ ময়াংনি, ঐ মীতৈনি হায়না মপান্গী হক্চাংগী নাম রূপ বিষয়শিংনা চঙখিগদৌরিবা ইন্দ্রিয়শিং অসিবু মহৌশগী স্বভাব ওইনা খুদুম্ চন্থিগদবনি।।৪। (কালাচাঁদ)

* তাইবংমীনা পাম্লিবসি মহাক্ মশামক্ নত্তবা অতোপ্পা পোৎ অমবুনি। মহাক্ মশাবু পাম্নবদি, মশাদি অত্তুম মরৈরি। অতৈ অমপাম্লরোইদৌবনি। মহাক্না ফিবু-চফুবু পাম্লিবহু ফি-চফুনচিংবহুনা মহাক্ মশামক্ নত্তহুনা তৌরিবনি। ফি চফুত্তমক্ মহাক্নি মাগী হক্চাংহুনি হায়না উবা, খঙবদা পাম্নরোইদৌবনি। শম্না হায়রবদা, তাইবং মীনা পাম্লিবসি মহাক্ মশামক্ নত্তবা অতোপ্পা পোৎ অমা পাম্বা অহুগুম্না আত্মাসিনসু মহাক্ মশামক্ নত্তবা, মঙোন্দগী তোঙান্বা পর (তোঙান্বা) ওইবা আত্মা অমবু পাম্বনি। হায়বদি পরমাত্মাবু পাম্বনি। মঙোন্দগী তোঙান লৈবমকসু পাম্বকত্রি। মামক্ ওইনিংলকলি। অমত্ত ওইনা নামরূপ অমত্তদা তিম্নীংলকলি। ঈ'শংগা শঙ্গোমগা তিম্নথ্রবদি সঙ্গোমনা ঈশিং ওইত্রিবরা, নত্রগা নত্রগা ঈশিংনা শঙ্গোম ওইত্রিবরা? হায়বা রাহং অমা লাকলি। অনীমক্ লাল্লি। মরমদি, শঙ্গোমনা ঈশিং ওইত্রিবদি ঈশিং ভাক্তা ভায়রগদবনি। ঈশিংনা শঙ্গোম ওইপ্রবসু, শঙ্গোম ভাক্ত ভায়রগদনি, অত্তবু ঈশিংগী শরাকৃতি য়াওত্রি। মাসি থন্দুনা কনা কনাগুম্বনা শঙ্গোমনা বিশিষ্ট (য়াওবা - তিনবা) ওইবা ঈশিং, নত্রগা ঈশিংনা বিশিষ্ট ওইবা শঙ্গোম অসুম্না অনী থেংনা হায়রবদা রাহং অনীমকী পাউথুম ওইরে হায়রি। অসিগুম্বা বাদ (রাভাঙ) গী মও অসিবু বেদান্তদর্শনদা বিশিষ্টাদ্বৈতবাদ হায়না খঙনৈ।

সংসারসাগরগমাং যোনিপাতালদুস্তরম্। আত্মকর্মোদ্ভবাং তাত জিহ্বাবর্ত্তং দুরাসদাম্ ॥১৫॥
যং তরন্তি কৃতপ্রজ্ঞা ধৃতিমন্তো মনীষিণঃ। তাং তীর্ণঃ সর্বতো মুক্তো বিধূতাত্মাত্মবিচ্ছুচিঃ ॥১৬॥
উত্তমাং বুদ্ধিমাস্থায় ব্রহ্মভূয়ান্ ভবিষ্যসি। সংতীর্ণঃ সর্বসংসারাৎ প্রসন্নাত্মা বিকল্মষঃ ॥১৭॥
ভূমিষ্ঠানীব ভূতানি পর্বতস্থো নিশাময়ঃ। অক্রুধ্যন্নপ্রহৃষ্যংশ্চ ন নৃশংসমতিস্তথা ॥১৮॥
ততো ব্রহ্মাসি সর্বেষাং ভূতানাং প্রভবাপ্যয়ৌ। এবং বৈ সর্বভূতেভ্যো বিশিষ্টং মেনিরে বুধাঃ ॥
ধর্মং ধর্মভৃতাং শ্রেষ্ঠং মুনয়স্তত্ত্বদর্শিনঃ ॥১৯॥
আত্মনো ব্যাপিনো জ্ঞানমিদং পুত্রানুশাসনম্। প্রযতায় প্রবক্তব্যং হিতায়ানুগতায় চ ॥২০॥
আত্মজ্ঞানমিদং গুহ্যং সর্বগুহ্যতমং মহৎ। অব্রুবং যদহং তাত আত্মসাক্ষিকমঞ্জসা ॥২১॥
নৈব স্ত্রী ন পুমানেতদ্বৈব চেদং ন পুংসকম্। অদুঃখমসুখং ব্রহ্ম ভূতভব্যভবাত্মকম্ ॥২২॥
নৈতজ্জ্ঞাত্বা পুমান্ স্ত্রী বা পুনর্ভবমবাপ্নুতে। অভবপ্রতিপত্ত্যর্থমেতৎ ধর্মং বিধীয়তে ॥২৩॥

মপান্-থোঙখুৎনা হোন্দুনা, কাওহনা লান্ তম্বী নত্তবনি।
শেংলবী বুদ্ধি-ই হিথক্তা তোংহনা লাম্হোকদোবীনি ॥১২—১৫॥

য়াম্ন তপ্থবা, খাওবা কনবা, য়াখল লৈবা, পোৎ থুদিংগী তত্ত্ব খঙবা জ্ঞানীশিং অহুতনা সংসারগী মশক্ ওইবী তুরেল অসিবু লাম্হোকপা ঙম্মি। অদুনা নহাকসু অদুগুম্না লাম্হোকবা তৌ। বন্ধন পুম্নমক্কী মুক্ত ওইযু, নত্তবা য়াখল্ খল্লকপা থম্মোয় পুক্নীংবু ফাজিল্লু। নশানা নশাবু মুম্না খঙল্লু, মচুং মপাল্ তশেংনা লৈয়ু বুদ্ধিগী পাম্বৈনা সংসারগী বন্ধনদগী নাম্থোক্লকউ। ব্রহ্ম ভাবপু ফংঙ ॥১৬—১৭॥ য়াংলবা চীংগী চীংদোন্দা চপ্ লেপ্তুনা লৈবা মীনা লৈমায়থক্তা লৈরিবা হৈপাল্ লৈপাকচিংববু মতম অমতদা, চাংচৎ অমতদা, তশেং তশেংনা উবহুগুম্না নহাকসু য়াংলবা জ্ঞানগী চীংথক্ত কাখত্তুনা অচৎচত্ত পুম্বগী ওইরিবা অবস্থা অসিদা মুম্ন য়েংথরকউ। সুংঙাইথোকপা, ময়াম কাবা, অশাউবা লাংদগী লাম্থোরকউ ॥১৮॥ অদুম্না তৌরবতদা নহাক্না অচংচত্ত পোৎ থুদিংমক্কী হৌরককম্-লোইশিনফমবু ময়েক্ শেংনা উগনি। ধর্মাত্মা ওইবশিংগী মতুংদা তত্ত্বজ্ঞনী ওইবশিংনা ধর্ম অসিবু অথোইবা ধর্মনি হায়নৈ ॥১৯॥ ঈবুঙো! শুকদেব! ঐনা নঙোন্দা পীরিবা উপদেশ অসে মকম্ পুম্বদা ব্যাপক ওইনা পীম্নুনা লৈবা পরমাত্মাগী তত্ত্বজ্ঞানবু পোক্হন্বা জ্ঞাননি। পুক্নীং-থম্মোয়বু ফাজিল্লবা, জীবগী অফংত খল্লবা, ভগবানগী ভক্ত ওইবা, অহুম্ ওইবা মীগী মফম্তদা উপদেশশিং অসে তাহনগদবনি ॥২১॥

লোম্ন থুপ্পা থমগদবা আত্মজ্ঞান অসে থুপ্পাইদগী হেন্না থুপ্পা লৈগ্রবনি, অহুগা য়াম্না পাক্-চাউগ্রা য়ানি। ঈবুঙো! ঐনা তাকল্লিবা জ্ঞান অসে ঐনা প্রত্যক্ষনা শংশংনা অনুভব তৌরবা— ঈশাদা কাওবা জ্ঞাননি ॥২১॥ অরাবা সুংঙাইবা, কায়নবা তিম্নবদগী য়াংমদা লৈরবা, ভূত ভবিষ্যৎ বর্ত্তমান কাল অহুমগী মশক ওইরবা ব্রহ্মগী মশক ওইরবা পরমাত্মা মহাক্তি নিপাসু নত্তে, নুপীসু নত্তে, অহুগা নপুংসকসু নত্তে। ॥২২॥ পুরুষবু ওইরবসু স্ত্রীবু ওইরবসু অদুগুম্বা মী মহাক শঙনা ব্রহ্মগী তত্ত্ব য়াম্না মুম্না খঙলবা, অদু ওইরবদি মহাক অমু পোকপা শিবগী মশক ওইবা সংসারগী চক্র অসিদা অমুক তারক্রে। অমুক হন্না—

যথা যতানি সর্ব্বাণি তথৈতানি যথাতথা। কথিতানি ময়া পুত্র ভবন্তি ন ভবন্তি চ ॥৫৪॥
তৎ প্রীতিযুক্তেন গুণান্বিতেন পুত্রেণ সৎপুত্রগুণান্বিতেন। পৃষ্টো’ তি সম্প্রীতমনা যথার্থং ব্রূয়াৎ সুত সেহ যদুক্তমেতৎ ॥৫৫॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি
শুকানুপ্রশ্নে পঞ্চচত্বারিংশদধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ ।২৪৫।

——(*)——

পোক্লক্তনবগী অবস্থা হংনেনবগীদমক্তা ব্রহ্মজ্ঞানগী মশক ওইরবা ধর্মগী নিয়ম অমদি বিধি অসি শাস্ত্রদা লেপ্পপ্রবনি ॥২৩॥ ঈবুঙো! তোঙাল্ তোঙান্বা মতশিং অসিগী অমত্তা ওইবা রা অত্থুম্ব ঐনা নংগী নকমদা হায়রবনি। তোঙাল্ তোঙান্বা মতশিং অত্থুগী তত্ত্বব্ মুন্না খঙলবা মাতুগী মতুংইন্না বিচার তৌনা চৎলবা মী মহাক অত্থুদি সংসারগী বন্ধন (অকা অপুন্নবা) অসিদগী ল’য়না নাম্তোক্পা ঙম্মি। হায়দ্রিবসিগী মতুং ইন্দচুনা মামানা খোক্পদা তৌরবা মহাক অত্থুদি সংসারসিদগী লাম্থোক্পদি হায়রুরগনু, সংসারগী লাং অসিনা হেন্না কন্নচুম ফাজিনপ্রবনি ॥২৪॥ ঈপাগী ঈবংঙো! শুকদেব! প্রেমভক্তি লৈরবা গুণ চেল্লবা, ইন্দ্রিয় থুহম্ চল্লবা মচানা হংবদা, মপানা য়াম্ন হংনিংখঙনীঙ্লিবা মতাংগী মফমদা তাকপা হৌনবা জ্ঞানশিং অদো ঐনা নংগী নফমুদ হায়রবনি ॥ ৫॥

মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা
শান্তিপর্ব্বদা মোক্ষধর্মপর্ব্বদা শুকানুপ্রশ্নগী চনীনীফুমডাশুবা
অধ্যায় লোইরে। ২৪৫

—:0:—

# মণিপুরী মহাভারত

## ষট্চত্বারিংশদধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ

### ( ব্রহ্ম-খণ্ডলবা ব্রাহ্মণগী লক্ষণ তাকপা )

### চনাশীকুতরুকুশুবা অধ্যায়

——(*)——

ব্যাস উবাচ।

গন্ধান্ রসান্ নানুরুধ্যাৎ সুখম্বা নাংস্কারাংশ্চ প্রাপ্নুয়াৎ তস্য তস্য। মানঞ্চ কীর্ত্তিঞ্চ যশশ্চ নেচ্ছেৎ স বৈ প্রচারঃ পশ্যতঃ ব্রাহ্মণস্য।১

সর্ব্বান্ বেদানধীয়ীত শুশ্রূষুর্ব্রহ্মচর্য্যবান্। ঋচো যজূংষি সামানি ন বেদ ন স বৈ দ্বিজঃ।২॥

জ্ঞাতিবৎ সর্ব্বভূতানাং সর্ব্ববিৎ সর্ব্ববেদবিৎ। নাকামো ম্রিয়তে জাতু ন তেন ন চ বৈ দ্বিজঃ।৩।

ইষ্টীশ্চ বিবিধাঃ প্রাপ্য ক্রতুংশ্চৈবাপ্ত দক্ষিণাম্। প্রাপ্নোতি নৈব ব্রাহ্মণ্যমবিধানাৎ কথঞ্চন॥৪॥

---

ব্যাসনা হয়ঃ—ঈবুঙো। শুক! ব্রহ্মতত্ত্ববু ফংগে হোৎনরিবা সাধক অমনা জোগদবা হায়ববু গন্ধ ( মনম ) রস ( মহাও ) অসিনচিংবা বিষয়শিংদা আসক্তি থমদবা, য়ারিবমখৈ থাদোকপা,—অসিনি। বিষয়শিং অসিন শীব ফুংডাইবা হায়বতুগী মকমদা মায় থক্ ওঙ্কিল্লরোইদৌবনি। সনা লুপান শাবা কজ ফজরবা লৈতেং য়ারিবমখৈ শীজিল্লরোইদৌবনি। মীনা থাগৎলনবা মিংথোল-নিংচৎ-( উপাধি ) নচিংবদা থক্ মিহৌ-রোইদৌবনি। জ্ঞানী ওইবা ব্রাহ্মণ ( ব্রহ্মজ্ঞানী ) শিংগী আচার হায়ববু অসিনি॥১॥ বেদগী অধ্যয়ন ( নৈনবা, পাবা, তম্বা ) তৌরিবা, লাই-গুরুগী সেবাদ পুক্নীং চঙলিবা, ব্রহ্মচর্য্যবু ঙাক্লিবা, ঋগ বেদ, যজু-র্বেদ অমসুং সামবেদ—বেদ অহুমশিংগী মপুংফানা জ্ঞান লৈরবা, অমদি লৈগে হায়না তায়রিবা ব্রাহ্মণ অচুম্বনা ব্রাহ্মণ অথোইবনি॥২॥

জগৎকী জীব পানবা পুম্নমক মহাকী পরিবারনি হায়না খল্লুনা অচচত্ত পুম্নমকপু ফাশিবিবা, খঙগদবা ওইবা, খঙকম থোকপা পোৎশিংগী তত্ত্ব থিরিরা, থিবগা খঙলবা, করিগুম্বা কামনা অমা য়াওদনা বেদগী তত্ত্ববু থিরিবা অচুগুম্বা মী মহাক অহুনা মৃত্যুবু করিগুম্বদা ক্যদে। মতম পুম্বদা সংসারগী বিষয়শিংগ অফা-অপুন-দগী নাম্লোকই। অসিগুম্বা লক্ষণ ( গুণধর্মগী খুদম ) শিং অসি লৈরবা মহাক অচুদি ব্রাহ্মণ ওইব-ত নত্তে খাইদগী অশেংবা অচুম্বা ব্রাহ্মণনি॥৩॥ যাগযজ্ঞ কনা য়াম্না তৌতুনসু, দান দক্ষিণা তৌবা কজ য়াম্না তৌরু-চুনসু আত্মজ্ঞান য়াওদনা তৌরবদি, তৌরিবা মী মঙোন্দা আত্মজ্ঞাননা শীগদবমক্ ওইবা ব্রাহ্মণত্ব অচু থক্ লাকপা য়ারোই, হায়বদি—ব্রাহ্মণ ওইবগী চপ্চাবা ধর্মচু কংবা য়ারোই, ঙমসু ঙম্লোই॥৪॥ *

* আত্মজ্ঞান য়াওদনা তৌবা যাগযজ্ঞ দান দক্ষিণানচিংবগী করিগুম্বা অমত লৈরোই। মখোয়সিনা মহৈ

যদা চায়ং ন বিভেতি যদা চাস্মান্ন বিভ্যতি। যদা নেচ্ছতি ন দ্বেষ্টি ব্রহ্ম সম্পদ্যতে তদা ॥৫॥
যদা ন কুরুতে ভাবং সর্ব্বভূতেষু পাপকম্। কর্ম্মণা মনসা বাচা ব্রহ্ম সম্পদ্যতে তদা ॥৬॥
কামবন্ধনমেবৈকং নান্যদস্তীহ বন্ধনম্। কামবন্ধনমুক্তো হি ব্রহ্মভূয়ায় কল্পতে ॥৭॥
কামতো মুচ্যমানস্তু ধূম্রাভ্রাদিব চন্দ্রমাঃ। বিরজাঃ কালমাকাঙ্ক্ষন্ ধীরো ধৈর্য্যেণ বর্ত্ততে ॥৮॥

---

করিগুম্বা জীব অমগী মকমদগী কিনিঙাই মরম অমত লৈরক্ত্রবা, মতোম্দগীসু করিগুম্বা জীব অমগী, কিনিঙাইগী মরম অমত লৈত্রবা, অসিগী মথক্তা, কনাগুম্বা অমগী মকম কায়ক্ রেগসিনবা লৈত্রবা মহাক্ অদুডনা ব্রাহ্মণত্বব্ ফংব ঙম্মি ॥৫॥ পুক্নীংনা, ৱাহৈ, কর্ম্মনা করিগুম্বা-কনাগুম্বা অমত্তগী ফত্তবা তোগে খজ্রবা মী মহাক্ অদুডনা ব্রাহ্মণত্বব্ হায়বদি ব্রহ্মভাবপু ফংবা ঙম্মি ॥৬॥ জগৎ অসিদা, হায়বদি সংসার অসিদা, হায়বদি, হকচাং অসিদা, কামনা ( অপাম্বা ) হায়বসিডনা আত্মাবু বন্দন তৌবি। অসি নত্তবা অতৈ বন্দন অমত্ত লৈতে। হায়রিবা কামনা অসিদগী লাম্থোকপ্রবা মী মহাক অদুডনা ব্রহ্মভাবপু ফংঙি। মুক্তি ( লাম্থোকপা ) হায়রিবা অদুগা জীবনমুক্তি ( সংসারসিদা লৈন লৈনা লাম্থোকপা ) হায়রিবদুসু অসিনুনি ॥৭॥ কামনা অসিদগী লাম্থোকপ্রবা, তমোগুণ-রজোগুণগী শরুক য়াওদ্রবা ধীর ওইবা মী মহাক্ অদুদি রাস্তরবা-মুরবা নোংলক্তগী হাইথোরকপা থাজগুম্ তক তরুনা, অকিবা নীংঙাইবা লৈতনা, অরোইবা মত্তমদবু

পীরবসু, মাদু তুইকোইনা লৈগদবা পোৎ অমত ওইরোই। হায়বদি অনিত্য ওইবা পোৎমক্ত পীরমগনি। অদুগুম্বা অনিত্য পোশক অদুবু ফংনবগীদমক্ত ওইরবদি যাগযজ্ঞ অদু তৌদ্রবসু করিগুম্বা, রাজসিক নত্রগা তামসিক্ কর্ম অমনসু হেক্ত ফংবা য়াগনি। আত্মজ্ঞান য়াওনা তৌরিবা কর্মমখৈ সাত্ত্বিক কর্ম-মক্তনি। তৌরবা তৌবিরিবা যাগ্যজ্ঞ অসি থাঙ্গৎশংবা কনাননো, হায়বদি যাজক ওইরিবা ঐ হায়ব-সিনা কনানো যজমান ওইরিবা মহাক অসিনা কনানো, হোংবা, চাউবা কৌরবা মপানগী হকচাংসিনরা হায়বসি খঙ্দনা অদুগা খঙজদবা যজমান অদুদসু হায় তাকপিদনা অনুষ্ঠান অদু তৌরবদি, তৌরিবা কর্মদুনা নিত্য ওইবা মহৈ ( ফল ) থক্ পীবা য়ারোই। বেদদা তাক্লিবা বিধি বিধানশিং অসি অনিত্য ওইবা মহৈ পীননবা ফংহনবা নত্তে। তৌবগীদি, অনিত্য ওইবা মচা মশূন চংবা লম্দম ফংননবা যজ্ঞগী বিধিশিং অদু বেদদা য়াওদবা নত্তে—য়াওই। অদুবু মখোয় অদুসু আত্মজ্ঞানগা লোয়নননা অদুম্ মতৌগ-দবনি। অদু ওইরবদি, ফংলিবা মচা মশু অদুসু আত্মজ্ঞানী ওইবা ঙাক্ত ওইগনি। মচা ফংননবগীদমক্তা বশিষ্ঠনা দশরথ তৌবিখিবা পুত্রেষ্টি যাগ অদু আত্মজ্ঞানগা লোয়নননা তৌখিবা যজ্ঞনিনা, পোক্লকপা রাম ভরতনচিংবদু আত্মজ্ঞানী ওইবা ঙাক্ত অদুম্ মপোকখি। আত্মজ্ঞানগা লোয়নননা ধনবিজ্ঞানচিংবা তানবা কর্মশিং অদুসু আধ্যাত্মিক কর্মমক্তনি। অধ্যাত্মিক কর্ম অদুত তৌকগে হায়বগীদমক্ আত্মানা তাইবংমী ওইবগী হকচাংসিদা লাকপনি। হকচাংসিদি রাজসিক নত্রগা তামসিক কর্মমক্তনা পোকহল্লকপনি। অদুবু আত্ম মহাক্তি ত্রিগুণ রহিতনি। অদুনা আত্মাসিনা দেহসুংদা লৈরিঙৈদা তৌবা কর্ম মখৈ আত্মিক কর্ম ইহনখদবনি। মাসি খঙনা যাগযজ্ঞনচিংবা তৌরিবা-তৌহল্লিবা ব্রাহ্মণ অহ্ ব্রাহ্মণ অশেংবনি। ( কালাচাঁদ )

আপূর্য্যমান সচল প্রতিষ্ঠং সমুদ্রমাপঃ প্রবিশন্তি যদ্বৎ। তদ্বৎ কামা যং প্রবিশন্তি সর্ব্বে স শান্তিমাপ্নোতি ন কামকামঃ॥৯

স কামকামো ন তু কামকামঃ স বৈ কামাৎ স্বর্গমুপৈতি দেহী॥১০॥

বেদস্যোপনিষৎ সত্যং সত্যস্যোপনিষদ্ দমঃ। দমস্যোপনিষদ্ দানং দানস্যোপনিষদ্ তপঃ॥১১॥

তপস্যোপনিষদ্ ত্যাগস্ত্যাগস্যোপনিষদ্ সুখম্। সুখস্যোপনিষৎ স্বর্গঃ স্বর্গস্যোপনিষচ্ছমঃ॥১২॥

ক্লেদনং শোকমনসোঃ সন্তাপং তৃষ্ণয়া সহ। সত্ত্বমিচ্ছসি সন্তোষাচ্ছান্তিলক্ষণমুত্তমম্॥১৩॥

বিশোকো নির্ম্মমঃ শান্তঃ প্রসন্নাত্মা বিমৎসরঃ। ষড়্ভির্লক্ষণবানেতৈঃ সমগ্রঃ পুনরেষ্যতি॥১৪॥

ষড়্ভিঃ সত্ত্বগুণোপেতৈঃ প্রাজ্ঞৈরধিগতং ত্রিভিঃ। যে বিদুঃ প্রেত্য চাত্মানমিহস্থং তং গুণং বিদুঃ॥১৫॥

অকৃত্রিম সসংহার্য্যং প্রাকৃতং নিরুপস্কৃতম্। অধ্যাত্মং সুকৃতং প্রাপ্তঃ সুখমব্যয়মশ্নুতে॥১৬॥

---

চনীং তানা ওাইহনা লৈ॥৮॥ মায়গি তোঙাল্ তোঙানবদগী চেপ্লকপী তুরেল্‌শিংগী ঈশিংনা, মবুক থপা লৈরিবা, মখোয়না তিল্লরি হায়বগী, লেঙ্‌দবা, হেন্‌গৎপা। রাথবা লৈত্রবা ঈপাক্ ( সমুদ্র ) দা তিল্লবরু-গুন্না, মপানগী, মায়গি পুম্বদগী চাইতিল্লক্লিবা বিষয় ভোগ ময়াম্ অসিনা স্থিতপ্রজ্ঞ ( মবুকতেল লেপ্লবা ) ওইবা মীগী থম্মোয়দুংদা ইপোম্ কৌহন্দনা চঙঙকই। অদুগুম্ব স্থিতপ্রজ্ঞ ওইবা মী মহাক্ অদুতনা মহা-শান্তিবু ফংবা ঙম্মি। বিষয়শিং অদুম্ব স্থিতপ্রজ্ঞ ওইবা মহাক্না পাম্মুবদগী কৌশিল্লুবদগী লাক্পা-থঙঙকপা অমত্তা নত্তে॥৯॥ সংসারগী ভোগ্যবিষয়শিংসিনদুম্ব স্থিতপ্রজ্ঞ মহাকপু পামজহনা মনাক্ত চঙঙকই। অদুবু মহাক্না হুম্মক্ত য়েংবিদে। কামভোগপু পাম্জবা দেহাভিমানী ওইবা ( হকচাংসক্তু মামরি হায়না খল্লবা ) মী মহাক্ অদু মহাক্না তৌজবা দান ধর্মন চংবদুগী মহৈ ওইনা স্বর্গলোকত চৎথ॥১০॥ বেদগী সারাংশনা সত্যবচন, সত্যবচনগী সারাংশ ( মচি ওইবা শরুক্ ) না ইন্দ্রিয়সংযম, সংযমদুগী সারাংশনা দান, দানগী সারাংশনা তপস্যা॥১১॥ তপস্যাগী সারাংশনা ত্যাগ ( থাদোকপা ) ত্যাগকী সারাংশনা "নুংঙাইবা", নুং-ঙাইবা ( সুখ ) গী সারাংশনা স্বর্গ, স্বর্গগী সারাংশনা শান্তিনি॥১২॥ তাইবংমীনা ঈশেন্ত পেল্লা, ঈহুংতে নুংঙাইনা শান্তি ফংননবগী অমত্তা ওইবা উপায় সত্ত্বগুণনি মশাগী গুণ ওইনা লোয়নননবা হোৎনগদৌবনি। সত্ত্বগুণ হায়বসিদি পুক্নীংদা লৈরবা খোয়াংবা, অবাবা, সংকল্পনচিংববু, শাপ্রবা ঈশিংনা চেঙ্‌বু পেৎহল্লুনা চাক্ তল্‌হন্‌বদুগুন্না, পেৎহল্লুনা মহী চেলহল্লি॥১৩॥ অবাবা লৈতনা, ঐগী হ য়বা রাথল থমদবা, ঈতত্তুনা ঈংথবা, ঈশেন্ত পেঙ্জবা, মিচৌবা লৈতবা, থম্মোয় মকারামদুনা ঙাক্ লৈবা, হায়রিবা লক্ষণ তরুকসিনা তিনবা মী মহাক্ অদুদি, মপুংফারবা জ্ঞাননা তিনবনা মোক্ষপদবী ( অয়ানবা খুঙম ) থুংবা ফংবা ঙম্মি॥১৪॥ দেহাভিমান ( হকচাংসু ঐনি হায়না উরুবদগী পোক্পা থোয়বা ) বু থাদোক্নুনা, সত্ত্বগী মরু ওইনা মচাক্ সত্য দম ( থুহ্নচনবা ), দান, তপ, ত্যাগ, শম ( শান্তি ) গুণ তরুক্ অসি অদুগা তাবা, নৈনবা-নবা, মাত্তবু মরু অমুক্ থম্বা হায়রিবা সাধন অদুম্ অসিনা ফংগদৌরিবা আত্মাগী তত্ত্ব অদুবু মী মহাক্ অদুদি মহাশান্তি কৌবা অখোইবা গুণ অদুবু ফংবা ঙম্মি॥১৫॥ পোক্পা শিবা য়াওদ্রবা, মশানা অদুম্ ওইজরকপা, করিগুম্বা সংস্কার ( শোকউ উরুবদগী চুহৌবা ) অমত্তা লৈতবা, দেহ-নুংসিদা নীঙ্‌থিবা মিংলেপ্পা ব্রহ্ম হায়না খঙ্‌নবরিবা মহাকপু উরবা-ফংলবা মহাক্ অদুতনা নিত্য সুখবু

নিষ্প্রচারং মনঃ কৃত্বা প্রতিষ্ঠাপ্য চ সর্ব্বশঃ। যা রতিং লভতে তুষ্টিং সা ন শক্যাত্মনোঽন্যথা ॥১৭॥
যেন তৃপ্যত্যভুঞ্জানো যেন তৃপ্যত্যবিত্তবান্। যেনাস্নেহো বলং ধত্তে যস্তং বেদ স বেদবিৎ ॥১৮॥
সংগুপ্যাত্মনো দ্বারাণ্যপিধায় বিচিন্তয়ন্। যো হ্যাস্তে ব্রাহ্মণঃ শিষ্টঃ স আত্মরতিরুচ্যতে ॥১৯॥

সমাহিতং পরে তত্ত্বে ক্ষীণকামমবস্থিতম্। সর্ব্বতঃ সুখমন্বেতি বপুশ্চান্দ্রমসং যথা ॥২১॥
তমভিক্রান্তকর্ম্মাণমতিক্রান্তগুণক্ষয়ম্। ব্রাহ্মণং বিষয়াশ্লিষ্টং জরা মৃত্যু ন বিন্দতঃ ॥২২॥
যদা সর্ব্বতোমুক্তঃ সমঃ পর্য্যবতিষ্ঠতে। ইন্দ্রিয়াণীন্দ্রিয়ার্থাংশ্চ শরীরস্থোঽতিবর্ত্ততে ॥২৩॥
কারণং পরমং প্রাপ্য অতিক্রান্তস্য কার্য্যতাম্। পুনরাবর্ত্তনং নাস্তি সম্প্রাপ্তস্য পরং পদম্ ॥২৪॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি
শুকানুপ্রশ্নে ষট্‌চত্বারিংশদধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ। ২৪৬।

—:(০):—

কংত্তি ॥১৬॥ অমদগী অমদা কোয়চং চংশিবা পুক্নীংবু কাক্সিন্দুনা আত্মাতদা লেঙহনন্দনা থম্বত্তুংদা, কংলক্‌পা হুংঙাইবা অহুদি বিশ্বব্রহ্মাণ্ড অসিদা লৈরিবা কম্বিগুম্বা পোশক অমনা কংবা ওইথোক্কবনি ॥১৭॥ মাবু কংলগা করিমত চান্দ্রবস্থু ঈংত্ত থনবা, মাবু কংলগা করিমতা লৈজদ্রবা নংলবনস্থু অতৈ অম পাম্ব লৈতবা, মহাক্কী লৈত্তবা, মহাক্কী আশ্রয়দা চঙজরগা মী শক্লোম্নচিংবা থক্যাদ্রবস্থু, চাংদমনীংঙাই লৈত্তবা কন্‌বা, অহুগুম্বা ব্রহ্ম থঙ্‌ল উরবা মহাক অহুতনা বেদ পুম্নমক্কী তত্ত্ববু লোইনা থঙ্‌বা হায়বহু ওই ॥১৮॥ নীঙ্‌থিনা শেঁমশারবা, ইন্দ্রিয় কোবা থোঙ্‌শিং অসিবু থিংজিল্লগা ব্রহ্মাবু ধ্যান তৌরিবা ব্রাহ্মণ মহাক্ অহুদি আত্মারাম হায়বহু ওইরবনি ॥১৯॥ কামনা পুম্নমক্‌পু মাঙহন্দুনা পরমতত্ত্ব ওইবা পরমাত্মাদা লেঙদনা থম্মোয় থম্‌হনা লৈরিবা মহাক্কী হুংঙাইবহুদি শুক্লপক্ষগী থাগী মতৌগুম্না নোংম নোংমগী হেন্‌গংলক্‌কই ॥২০॥ ভূতশিং অসিবু ভৌতিক ওইবা গুণশিং অসিবু থাদোক্কুনা লৈরবা মুনি অহুগী অরাবা পুক্কহু গুমিংনা থোরক্কগা অমম্বা পুম্বা মাঙ্‌খিবগুম্, মাঙ্‌ভি ॥১ ॥ গুণশিংগী ঐশ্বর্য্যবু, সকামকর্মশিংবু থাদোক্কুনা বিষয়বাসনা য়াওদ্রবা মী মহাক্ অহুদি — মৃত্যুদশাবু কংদে ॥২২॥ বন্ধন পুম্বদগী নাম্থোক্কু চাং চপ্‌ অমত্তগী দৃষ্টিনা পুম্নমক্‌পু উত্রবা মহাক্ অহুদি ( আত্মা অহুদি ) হকচাংগুং অসিদা লৈন লৈনা, ইন্দ্রিয় অমদি ইন্দ্রিয় বিষয় পুম্নমকনা মহাকপু লাম্ব-শোকপা ঙমদে ॥২৩॥ মতৌ অসুম্না মহামঙ্গলগী মশক্ ওইরবা ব্রহ্মবু কংলগা প্রকৃতিগী সীমাদগী লাম্থোক্‌খিহনা, জ্ঞানী অহুনা অথোইবা থুত্তমবু কংখি। মহাক অমুক্ সংসার অসিদা হল্লকত্রে ॥২৪॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারততদা শ্লোক লিশিং-চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা
মোক্ষধর্মপর্ব্বদা শুকানুপ্রশ্নগী চনীগা নীকূতরুকগুবা
অধ্যায় লোইরে ॥২৪৬॥

——:(০):——

# মণিপুরী মহাভারত

## ( হকচাংমুংদা পঞ্চভুতনা তৌরিবা মথৌ অদুগা গুণশিংবু খঙনবা তাকপা )

## সপ্তচত্বারিংশদধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ।

## চনীনীফুতরেৎশুবা অধ্যায়।

—— :(): ——

ব্যাস উবাচ।

দ্বন্দ্বানি মোক্ষজিজ্ঞাসুরর্থধর্মাবনুষ্ঠিতঃ। বক্তা গুণবতো শিষ্যং শ্রাব্যঃ পূর্বমিদংমহৎ ॥১॥

আকাশং মারুতো জ্যোতিরাপঃ পৃথ্বী চ পঞ্চমী। ভাবাভাবৌ চ কালশ্চ সর্বভূতেষু পঞ্চসু ॥২॥

ব্যাসনা হায়,— ঈবুঙো, শুকদেব। অরাবা মুংঙাইবা, কায়নবা-তিন্নবনচিংবা দ্বন্দ্বভাব ( অনী থোক্পগী রাথল ) অসি য়াম্না ঈংথনা খাঙহনা লৈরিবা, অদুগা লোয়ন লোয়ননা ধর্ম অর্থ অনীমকী অনুষ্ঠানসু তৌরিবা, অদুগা মোক্ষ ( মুক্তি ) বুসু কংনিংলিবা শ্রদ্ধা লৈবরা শিষ্যগী মকমদা গুণচেন্নবা বক্তা গুরু অমনা ঈহান্ হান্বদা অধ্যাত্মশাস্ত্রগী মতাং অসি পুক্নীং চঙনা তাহনগদবনি ॥১॥ আকাশ, নুংশিৎ, ঈশিং, মৈ, লৈপাক্, অদুগা ভাব অভাব কৌবা পদার্থ ( পোৎ ) মথল অনী * হায়বদি ভাব পদার্থ হায়বা অমা, অভাব পদার্থ হায়বা অমা অদুগা কাল, দিক, আত্মা, মন পুম্নমক অসি পঞ্চভূতনা শাবা হকচাংসিবু লোইরিবা— থরায়পানবা পুম্নমক্তা লৈরিবনি ॥২॥

---

* বিশ্বজগৎ অসিদা লৈরিবসি পদার্থ ( পোৎ ) মথল অনীতনি। অমনা ভাব পদার্থ ( অরৈবা পোৎ ), অমনা অভাব পদার্থ ( লৈতবা পোৎ ) অনী অসিনি। অরৈবা পোৎ হারব অমা, লৈতবা পোৎ হায়বা অমা অনীসিতনি লৈরিরসি। ভাব পদার্থনা দ্রব্য, গুণ, কর্ম, সামান্য, বিশেষ, সমবায় তরুক্ অসিনি। ঘটাভাব ( চক্ু লৈতবা ) হায়বসি পোৎ অমনি। হায়বদি 'চক্ু' সু পদার্থ অমনি, 'চক্ু লৈতবা" হায়বসুসু পদার্থ অমনি। হায়বদি 'চক্ু' সু পদার্থ অমনি "চক্ু লৈতবা" সু পদার্থ অমনি। অভাব হায়বসিগীসু মথল্ মথল্ লৈরি। চক্ু হায়বসি দ্রব্য হায়বা পদার্থনি। মাসিগী মনুংদা অমুক্ গুণ, কর্ম, সামান্য, বিশেষ, সমবায় পদার্থ মঙা অসি লৈ। মাসিগী অকুপ্পা বিচারদি ন্যায়শাস্ত্রনা তৌরে। মাসিগী মথক্তা কাল ( মতম ), দিক ( মায়কৈ ), আত্মা অহুম হায়না অহুম্ অমমুক্ লৈরি। পদার্থ পুম্নমক্ অসি পঞ্চভূতনা শাবা, থরায়পানবশিংগী দেহমুংসিদা অমতা য়াক্তনা য়াওরে। পঞ্চভূত হায়বসি আকাশ, নুংশিৎ, মৈ, ঈশিং, লৈপাক্ মঙা অসিনি মথোয় অসিগী মশামা অমুক গুণ কর্মনচিংবা পদার্থ কয়া কয়া লৈরি। জগৎকী পোৎ পুম্নমক্ হকচাংসিদা লোইনা য়াক্তবনা, হকচাং অসি পীরু উবা জগৎ অমনি। ( কালাচাঁদ )

অন্তরাত্মকমাকাশং তন্ময়ং শ্রোত্রমিন্দ্রিয়ম্। তস্য শব্দং গুণং বিদ্যা মূর্ত্তিশাস্ত্রবিধানবিৎ ।।৩।।
চরণং মারুতাত্মেতি প্রাণাপানৌ চ তন্ময়। স্পর্শনং চেন্দ্রিয়ং বিদ্যাৎ তথা স্পর্শং চ তন্ময়ম্ ।।৪।।
তাপঃ পাকঃ প্রকাশশ্চ জ্যোতিশ্চক্ষুশ্চপঞ্চমম্। তস্য রূপং গুণং বিদ্যাৎ তাম্রগৌরসিতাত্মকম্ ।।৫।।
প্রক্লেদঃ ক্ষুদ্রতা স্নেহ ইত্যপামুপদিশ্যতে। অসৃঙ্মজ্জা চ যচ্চান্যৎ স্নিগ্ধং বিদ্যাৎ তদাত্মকম্ ।।৬।।
রসনং চেন্দ্রিয়ং জিহ্বা রসশ্চাপাং গুণো মতঃ। সংঘাতঃ পার্থিবো ধাতুরস্থিদন্তনখানি চ ।।৭।।
শ্মশ্রু রোমশ্চ কেশাশ্চ শিরা স্নায়ু চ চর্ম্ম চ। ইন্দ্রিয়ং ঘ্রাণসংজ্ঞং তৎ নাসিকেত্যভিসংজ্ঞিতম্ ।।৮।।
গন্ধশ্চৈবেন্দ্রিয়ার্থোঽয়ং বিজ্ঞেয়ঃ পৃথিবীময়ঃ। উত্তরেষু গুণাঃ সন্তি সর্ব্বসত্ত্বেষু চোত্তরাঃ ।।৯।।

আকাশ হায়বসি আকাশ ( অহাঙবা ) গী স্বরূপ ( মশক্ ) নি। অহাঙবগী মমিংবু আকাশ কৌই। হকচাংদগী থিন্দোকৃলিবা নাকোং কৌরিবসিগী মনুংদা তাননবগী ইন্দ্রিয় ( শ্রবণেন্দ্রিয় ) হায়বা অমা লৈরি। লৈরিবা ইন্দ্রিয় অসি, আকাশতগী মশক্নি। আকাশ অসিগী মশাদা গুণ অমা য়াওরি। গুণ অদুগী মমিংবু শাস্ত্রীয়িক তত্ত্ব খঙবশিংনা, শব্দ হায়না থোক্লি ॥৩॥ লেঙ্বা ওৎপা হায়বা কর্ম অসি বায়ু ( নুংশিৎ ) কী ধর্মনি। প্রাণ, অপান, সমান, উদান, ব্যান হায়রিবা মঙাসিমক্ হকচাংমনুংদা লৈবা নুংশিৎকী মশক্নি। স্পর্শেন্দ্রিয় ( উনশা ) কৌবা ইন্দ্রিয় অসি অদুগা স্পর্শ ( শোক্পা ) হায়রিবা গুণ অসিমক্ বায়ুগী মশক্নি ॥৪॥ মৈশা মুন্‌বা ( থোংবা ), মঙাল য়েংনবা-উননবা ইন্দ্রিয় ( মীৎ ) মথোয়সি মৈগী তত্ত্ব-মক্তনি। অশেংবা, অঙৌবা, কোয়ী মচু অসিনচিংবা মচুশিং অসি তেজ হায়বা পদার্থ অদুগী গুণমক্তনি ॥৫॥ করিগুম্বা পোৎ অমবু পেৎহনবা থোংহনবা, নপহনবা অসিনচিংবনা ঈশিংগী কর্ম অমদি ধর্মনি। ঈ, মতোং অদুগা অনগ্ন পোৎ পুন্নমক্ অসি ঈশিংগী স্বরূপনি হায়না খঙঙু ॥৬॥ তাননবগী ইন্দ্রিয় লৈ ( জিহ্বা ) অদুগা রস ( মহাও ) অসিনচিংবসি ঈশিংগী গুণমক্তনি হায়না লৌনৈ। হকচাংমনুংদা করিগুম্বা ঈ-নাইনচিংবদা লৈরিবা কন্‌শিন্নকপা, কমজিন্নক্‌পনচিংবসি, "লৈপাক"কী মথৌনি। মরম অদুনা, কমজিন্নবা কঙ্কিনপ্রবা শরু খজিল্ য়ানচিংবসি লৈপাকী শরুক্নি হায়না খঙ্গদবনি ॥৭॥

মতৌ অদুম্না চীথান-কোই, থদাঙ্-কোই, হকচাংদা হৌরিবা তু-শম্নচিংবা, শিংলি, হকচাংমনুংগী মরী-মরাং, উনশা, নুতোং পুন্নমক্ অসি, লৈপাক কৌবা তত্ত্বদগী পোক্‌খিবমক্তনি। নাসিকা ( নাতোল ) কৌবা হকচাংদগী চোংথোরক্লিবা শদ্‌মসিনি মনুংদা লৈরিবা মনম লৌননবগী ইন্দ্রিয় অসিনু হকচাংদা লৈরিবা মনম্ লৌননবগী ইন্দ্রিয় অসিসু হকচাংদা লৈরিবা লৈপাক কৌবা তত্ত্বসিগী শরুক অমনি। গন্ধ ( মনম্ ) কৌবা বিষয় অসি লৈপাকু কৌবা তত্ত্বদিগী গুণনি * ॥ ৮॥০ ॥ মথং মথং লাক্‌পা, ওইরক্‌পা ভূত-বস্তুশিংদা মমাং থংথিবা হন্ন হান্নগী ভূতশিং অদু, অতুম ময়াওরকই। অহানবদা আকাশদা শব্দত মরৈ-

* নাতোলদা ফাওরক্লিবা মশক্ উদবা "মনম" হায়বা গুণ বিষয় অসি অতৈ অম নত্তে। মশক্ উদবা লৈপাকী পরমাণুমক্তনি। ইন্দ্রিয়শিংনা হেক লৌখিবা বিষয় মথৈ মশক্ উথা অমত য়াওবা নত্তে। ( কালাচাঁদ )

পঞ্চানাং ভূতসঙ্ঘানাং সন্ততিং মুনয়ো বিদুঃ। মনো নবমমেষাং তু বুদ্ধিস্তু দশমী স্মৃতা ॥১০॥
একাদশস্তনন্তাত্মা স সর্ব্বঃ পর উচ্যতে। ব্যবসায়াত্মিকা বুদ্ধি মনো ব্যাকরণাত্মকম্ ॥
কর্ম্মানুমানাৎ বিজ্ঞেয়ঃ স জীবঃ ক্ষেত্রসংজ্ঞকঃ ॥১১॥
এভিঃ কালাত্মকৈর্ভাবৈর্যঃ সর্বৈ সর্ব্বমন্বিতম্। পশ্যত্যকলুষং কর্ম স মোহং নানুবর্ত্ততে ॥১২॥

---

য়ল্মি। আকাশসিদগী মথং অমা ওইরকপা-পোকথরকপা বায়ু ( নুংশিৎ ) দা শব্দগা স্পর্শগা গুণ অনী গুররে। বায়ুসিদগী পোকথরক্‌পা তেজ ( মৈ ) দা শব্দগা স্পর্শগা রূপ ( মশক মওং ) কা অহুম গুরে। অহুম্ অসি মৈদা লৈররে। মৈ অসিদগী মথং ওইরকপা ঈশি দা শব্দগা, স্পর্শগা, রূপকা, রস ( মহাও ) গা মরি গুররে। মরি অসি ঈশিংদা লৈররে। ঈশিংদগী ওল্লকপা, ওইরকপা, লৈপাক্‌ কৌবা ভত্তু ( হকচাং ) সিদা শব্দ, স্পর্শ, রূপ, রস অহুগা গন্ধ মঙা অসি পুল্লরে অহুনা পৃথিবী ( লৈপাক ) দ গুণ মঙা পুল্লি ॥৯॥ রাথল অজ্ঞান, কর্ম অহুম অসিবু, মুনিশিংনা, হায়রিবা পঞ্চভূতশিং অসিগী সমষ্টি ( মপৈ মপুম্ ।) গী সন্ততি ( শন্দোরকপা মরী—মচামশূ ) নি হায়না খঙনৈ। মথোয় অহুম অসিবু অবিদ্যা ( অজ্ঞান-মায়া ) কাম, কর্ম হায়না কৌই। অহুনদি, পুমমক্‌সিনা নিপাল্‌ গুরে। মাপল গুবদনা মন ( পুক্নীং ) অহুগা তরাগুবা তত্বনা বুদ্ধিনি হায়না খঙনৈ ॥১০॥

অমাগু অতা লৈতবা, পোক্‌পা শিব লৈতনা আত্মানা তরামাথোইগুবা তত্বনি। মহাকতি হৌজিক হায়খ্রিবা, শীংথাখ্রিবশিং অহুগী পুল্লপকী মশক্লি। বুদ্ধি হায়বীসিনা নিশ্চয় তৌননবগী মশক্ ওইবীনি। অহুগা পুক্নীং হায়বসিনা অংশয় ( নিংনবা ) সী স্বরূপ ওইরি। কর্ম মথল মথনবু মশক মুয়া খঙলিবা অহুগা খঙ্‌লিবতুগী মতুং ইন্না কর্ম তৌরিব' মতাকনা করিগুম্বা মতম্‌দা জড় ( অশিবা ) ওইবা হায়বদি অশিবা পোশক্ অম ওইবা হায়বসি ওইথোক্তবনি। হায়রিবা অনুমানগী জ্ঞানগী পাক্নেনা হকচাংগী মনুংদা ক্ষেত্রজ্ঞ * ওইবা জীবাত্মা অমা লৈরি হায়বসি চিংনবা লৈতনা খঙ্‌গদবনি ॥১১॥ জগত্তা লৈরিবা পোৎ পুমমক অসিবু কালগী মশক্ ওইবা আত্মা অমতনা পুন্নিবগী মওংদা উরবা মী মহাক্ অহুদি করিগুম্বা মতম্‌দা গুমহৎপগী লাংদা থুরুরে ॥ ২॥

* শিরবা হক্‌চাংহুবু শিরবা হকচাংনি হায়না খঙবিনবা অসি শিরবা হক্‌চাং অহুগী মনুংদা লৈত্রে। মাসি, শিরবা হকচাংনি হায়না খঙবিরিবা অসি শিত্রিবা হোঙ্‌বা চাউবহুগী অশিবা হক্‌চাংদা লৈরিবা আত্মা-হুনি। অসিনা অশিবা হকচাংনি, অসিনা শিত্রিবা হকচাংনি হায়না খঙলিবা আত্মাহুদি অশিবা হকচাংহুদা লৈঅম্বা লৈম্বিবা অহুমক্লি। অহুনা অহিংবা হকচাংদসু লৈম্বিবা অশিবা হকচাংদসু মতম্ অমতদা লৈরম্বা আত্মা মহাক মথগুনা অসিনা অচঙবনি, অসিনা অশিবনি হায়বা খঙ্‌লিবনি। অহুগা, অসিনা অচঙ্‌বনি, শিত্রিবনি হায়না খঙলিবা আত্মাহুনা হৌজিক্ লৈরবা হকচাংহুসু মশানা অশিবনি, জড়প্রকৃতিনি। মাসি খঙতি হায়বগীদমকসু আত্মাবু ক্ষেত্রজ্ঞ কৌবনি। ( কালাচাঁদ )

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাম্ শান্তিপর্ব্বণি
মোক্ষধর্মপর্ব্বণি শুকানুপ্রশ্নে সপ্তচত্বারিংশদধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ ।

—:0:—

মসিদা শ্রীমহাভারতদা লৈরক লিশিং চামনা ব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা
শান্তিপর্ব্বদা মোক্ষধর্মপর্ব্বদা শুকানুপ্রশ্নগী চনীনীকুন্তরেৎশুবা
অধ্যায় লোইরে ॥২৪৭॥

——:[০]·——

# মণিপুরী মহাভারত

## অষ্টচত্বারিংশদধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ

## ( হকচাং শিদগী তোঙান্না লৈবা জীবাত্মা অমদি পরমাত্মাবু যোগতনা সাক্ষাৎকার তৌবা )
## চনীনীকুনিপানশুবা অধ্যায়

—(*)——

ব্যাস উবাচ ।

শরীরাৎ বিপ্রমুক্তং হি সূক্ষ্মভূতং শরীরিণাম্ । কর্ম্মভিঃ পরিপশ্যন্ত শাস্ত্রোক্তৈঃ শাস্ত্রবেদিনঃ ॥১॥

যথা মরীচ্যঃ সহিতাশ্চরন্তি সর্ব্বত্র তিষ্ঠন্তি চ দৃশ্যমানাঃ । দেহৈর্বিমুক্তানি চরন্তি লোকাংস্তথৈব সত্ত্বান্যতিমানুষাণি ॥২॥

ব্যাসনা হায় :—ঈবুঙো ! যোগশাস্ত্রবু খঙবা হৈবা যোগীনা যোগশাস্ত্রগী নিয়মবিধিগী মতুং ইন্না স্থূল-শরীর ( অচৌবা মশক উরিবা ) সিমক্তদগীসু থোকখিবা জীবাত্মাবু মীংনা শংশংনা উই ॥ ॥ সুমিৎকী মঙাল পুম্নমক্কা অমত্তা ওইনা পুনশিন্নহুনা, ময়ক্কা অহাঙবা থমদনা মফম পুম্নমক্কা য়ৌবগুম উরি, অতুগা লেঙদনা লৈবগুমসু উরি । তৌরিবা মওং ফীবমসিগ থপ মান্নব অলৌকিক ওইবা জীবাত্মা * অসিনা স্থূলশরীর-সিদগী থোকখিহুনা লোক পুম্নমক্তা কোয়ৌ য়ৌনা চৎলি ॥২॥ তোঙাল তোঙানবা পৃথিবীশিংদা সুমিৎকী

* লোকত উরিবা মৈ ঈশিংনচিংবশিংসিন: তৌরিবা তৌরিবা, অচচন্ত্র লেঙডি পাল্লিবশিং অসিনা তৌরিবা কর্মশিংসিগা জীবাত্মা মহাক্না তৌবা কর্মগা অমত্তা মান্নদে । মরম অসিমক্তনা অলৌকিক ওইবা জীবাত্মা মহাক্না তৌরম্বা, তৌরিব, তৌগদৌরিবা কর্ম পুম্নমক অলৌকিকমক্তনি লৌকিক ওইবা মীওইবনা অলো-কিক ওইবা, মীসু কবিসু কয়িমত শংগুবা মহাকপু উনিংঙি । মী পুম্নমক অহুত নত্তনা যোগী পুম্নমক থাঙৈশেংবা যোগীদি নত্তবনিনা নত্তবশিংহুনা জীবাত্মা লৈতে, ঈশ্বর লৈতে হায়নরি । থাংগৈ শেংবা যোগী নত্রবসু থাংগৈশেংবা যোগীশিংনা হায়বা রাণি মহুং থঙবগী না লৈ হায়রি ( কালাচাঁদ )

প্রতিরূপং যথৈবাপ্সু তাপঃ সূর্য্যস্য লক্ষ্যতে। সত্ত্ববস্তু তথা সত্ত্বে প্রতিরূপং স পশ্যতি ॥৩॥
তানি সূক্ষ্মাণি সত্ত্বানি বিমুক্তানি শরীরতঃ। স্বেন সত্ত্বেন লক্ষ্যাঃ পশ্যন্তি নিয়তেন্দ্রিয়াঃ ॥৪॥
স্বপতাং জাগ্রতাঞ্চৈব সর্বেষামাত্মবিগ্রহম্। প্রধানাদ্বৈতযুক্তানাং জহতাং কর্মজং রজঃ ॥৫॥
যথাহনি তথা রাত্রৌ যথা রাত্রৌ তথাহনি। বশে তিষ্ঠতি সত্ত্বাত্মা সততং যোগযোগিনাম্ ॥৬॥
তেষাং নিত্যং সদা নিত্যো ভূতাত্মা সততং গুণৈঃ। সপ্তভিস্ত্বন্বতঃ সূক্ষ্মৈশ্চরিষ্ণুরজরামরঃ ॥৭॥
মনোবুদ্ধিপরাভূতঃ স্বদেহপরদেহবিৎ। স্বপ্নেষপি ভবত্যেষ বিজ্ঞাতাঃ সুখদুঃখয়োঃ ॥৮॥
তত্রাপি লভতে দুঃখং তত্রাপি লভতে সুখম্। ক্রোধলোভৌ তু তত্রাপি কৃত্বা ব্যসনমৃচ্ছতি ॥৯॥
প্রীণিতশ্চাপি ভবতি মহতোঽর্থানবাপ্য হি। করোতি তত্রাপি জীবন্নিব চ পশ্যতি ॥১০॥
যঃ স্বর্গতশ্চাপি গর্ভত্বং সমুপেয়িবান্। দশমাসান্ বসন্ কুক্ষৌ নৈবেহন্নমিব জীর্য্যতে ॥১১॥

মতাংশিংবু তোঙাল তোঙানা উরিবসিগুম্না যোগীনা জীবাত্মা য়াওম্বিবা স্থূলশরীরশিংসিদা পিশক পীক্লা য়াম্ কূপা তোঙাল্ তোঙানা লৈবা জীবাত্মশিংবু হায়বদি জীবাত্মাশিংবু উই ॥৩॥ শারীরিক তত্ত্ব খঙবা যোগীশিংনা স্থূলশরীরশিংদগী লিঙ্গশরীরশিংগা লোয়ননা থোরক্লিবা জীবাত্মশিংবু মশা মশাদা য়াওরিবা জীবাত্মাশিংনা পাইগে ওইদুনা উই। (উরিবসিংসু যোগীদুগী হকচাংনুংদা লৈরিবা আত্মাদুনি) ॥৪॥

পূক্নীংদা থল্লিবা থবক্তুদগী রজোগুণগী, হায়বদি রজোগুণদগী পোক্লকপা কাম-ক্রোধনচিংনবু যোগগী পাইগেনা থাদোক্লবা, অদুগা প্রকৃতি অসিদা হায়বদি হকচাং অসিদা থম্মুরিবা তাদাত্ম্য সম্বন্ধবু, হায়বদি হকচাংসিবু ঐনি হায়দুনা মশা অমত্ত ওইনা থম্মুরিবা অরান্বা রাথলগী সম্বন্ধ অসিবু যোগ পাইগেনা থাদোক্লবা অদুগুম্বা যোগীশিংগী হকচাংনুংদা লৈরিবা জীবাত্মাদি, সুংথিন্দা তৌবগুম্না অহিংদসু, অহিংদা তৌবগুম্না সুংথিন্দসু, তুম্বা হীপ্পা চাবদা মথোংগী মথা পোন্দুনা ওাক লৈ ॥৫—৬॥ যোগীশিং অসিগী নিত্য ওইবা জীবাত্মানা, হায়বদি অনাত্মাগুম্না হকচাংবু ঐনি হায়না থনবিত্রবা পীক্লবাগুণ তরেৎনা তিম্বা ওইদুনা, হায়বদি, পঞ্চতন্মাত্রা, মহত্তত্ত্ব, অহংকার তত্তেং অসিগা লোয়ননা মকম্ পুম্নমক্তা কোয়ো য়ৌই ॥৭॥ পূক্নীংগী অমদি বুদ্ধিগী মথা [illegible] আত্মানা মহাক্কী ওইরবা অদুগা অসিনা ঐগী হকচাংনি হাসি খল্লিদি হায়না থল্লবা অদুগুম্বা পাঙলবা [illegible] মত কাওবদা, পীক্লবা হকচাংদা চত্তদুনা, মত্তগী কায়রবা মরা সুংঙাইববু থংতি ॥৮॥

অদুগুম্বা মী মহাক অতুদি মত কাওবদা অরাবা -সুংঙাইবা অদুম মকংতি। জাগ্রত অবস্থা ফাইবংদা তৌগুম্না স্বপ্ন-অবস্থাদসু অপাম্বা-অশাউবা পী লাংদা অদুম্ তারুই ॥৯॥ করিগুম্বা মতমদসু মহাক শেল্লাও ফংলুদুনা মত্ অতুদা হরাও তরাম্মি, মায়পোং মকাম্ম যজ্ঞ অনুষ্ঠাননচিংবা পুণ্য কর্মসু তৌই। অদুদগী হেন্দোক্লুনা, তাইবংদা তৌবগুম্না, মতদা পোং পুম্নমক উই * ॥১০॥ মাসি কয়াদ ওক্প্রবা রানো—

* তাইবংদা তৌথিবা আশা অমদি অরা-সুংঙাইবদুগী সংস্কারনা চুথিদুনা, মতদসু অদুম মরৈরুবা অ-শাংনা, পূক্নীং অমদি বুদ্ধিগী মথা পোনথিদুনা তাইবংদা লৈতবা, অমদি ওইথোক্লবা ঘটনা কয়াসু উই। (কালাচাঁদ)

তমেতমতিতেজোঽংশং ভূতাত্মানং হৃদিস্থিতম্। তমোরজোভ্যামাবিষ্টা নানুপশ্যন্তি মূর্ত্তিষু ॥১২॥
যোগশাস্ত্রপরা ভূত্বা তমাত্মানং পরীপ্সবঃ। অচ্ছিন্নং সত্ত্বমূর্ত্তানি যানি বক্ষ্যোপমান্যপি ॥১৩॥
পৃথগ্ভূতেষু সৃষ্টেষু চতুর্থাশ্রমকর্ম্মসু। সমাধৌ যোগমেবৈতচ্ছাণ্ডিল্যঃ শমমব্রবীৎ ॥১৪॥
বিদিত্বা সপ্তসূক্ষ্মাণি ষড়ঙ্গং চ মহেশ্বরম্। প্রধানবিনিয়োগজ্ঞঃ পরং ব্রহ্মানুপশ্যতি ॥১৫॥

মেংঙ্ জীবাত্মা অসিনা গর্ভভাবপু ফংলবদা, হেক্ ফংব মুমিত্তগী গর্ভকুবু পুক্লিবী মমাগী পুক্নুংদা গর্ভকুদা থা তরা চুপ্পা লৈ *। জঠরানল ( কুয়োমনুংদা লৈরিবা — চাক্লিবা মৈ , গী মৈশা লাংহুনা লৈ। অদুবু চাখিবা পোৎনা তুমদনা লৈবাদুগুম্না তুমদনা লৈ ॥ ১১ ॥ জীবাত্মা অসিদি পরমাত্মাগী শরূক অমনি। দেহধারী ( হকচাং - পান্বা হকচাং পুবা হকচাং লোংবা ) শিংগী থম্মোয়নকান্নুংদা লৈরিবনি। রজোগুণ অমসুং তমোগুণ অনীগী মথা পোন্থ্রবা মহাক্তি মশাগী থম্মোয়নুংদা লৈরিবা জীবাত্মা মহাক্কী ওইরিবা অবস্থাবু থঙদে, লৈ হায়বমকপু থঙদে থল্লুদে ॥১২॥ মপান্দা উরিবা অগৌবা হকচাং ( স্থূলশরীর ) মূর্ত্তি নাইদবা সূক্ষ্মশরীর (লিঙ্গশরীর), বজ্রগামান্না কল্লবা কারণশরীর অদুমমক্ অসিবু, পরমাত্মাগী দর্শন ফংনিংবা যোগীশিংনা যোগশাস্ত্রগী পান্থনা লাম্চোক্লুনা চৎখি ॥১৩॥ সন্ন্যাস আশ্রমগী কর্মগী তাঙ্গল্ তোঙাবা মওংশিংঅদু হায়থ্রবনি। হায়রিবা মওংশিংদুগী মনুংদা লৈরিবা সমাধি" হায়বদুগী মরমদা ঐনা নঙোন্দা তাকৃখিবশিংঅদু শাণ্ডিল্য মুনিনা শম্" হায়না মমিং থোক্লে ॥ ১৪॥ পঞ্চতন্মাত্র, পুক্লিং অদুগা বুদ্ধি হায়রিবা পীক্লবা তত্ত্ব অসিবু থঙলগা, অঙ্গ তরুক্কা হায়বদি ঐশ্বর্য্য তরুক, তিল্লবা পরমেশ্বরগী তত্ত্ব জ্ঞানবু ফংলগা মতুংদা অসিমন্নু থঙলকই মাহুদি : গুণ অদুমক্ মশক্ ওইরবী প্রকৃতি অসিগীদা

* মাসিদা চিংনরিবদি গর্ভ উপনিষদ্কী ব্যাখ্যাগী মতুং ইন্না, জীবনা চঙ্ঙকপদি, মৈ-ঈশিং নুংশিৎনাচিংবা পঞ্চভূতনা হকচাংগী কায়াৎ পুম্বা শাবা লোইরবা মতুংদনি। মাদুগী মতুংদগী অমুক পাথরবদি, মমানা গর্ভ পুবসি থা তরাতরেৎ শুনা পুবা তাবান। অদুবু, মাসিদা হায়রিবা অসিগী মনুংগী অর্থদি পুরুষ ( নিপা ) গী বীর্য্য ( ঈশিং ) না প্রকৃতি ( নুপী ) গী হকনুংদা হেক্ চঙখিবা নুমিত্তুদগী বীর্য্যনুং অদুদা জীবদি অদুম মন্নাঙথ্রবনি। মাদুগী নুমিত্তা যাওহৌরবদি চহী চুপ্পা থা লেপথ্রবসু নুপীনা মচা পোক্কে। নুমিৎ থুদিংগী সংসর্গ ( সম্ভোগ ) তৌরবসু চঙথ্রিবা বীর্য নুং অদুদা জীব অদনো য়াওখিদ্রবদি, নুপীনা মচা অদুম মপোক্কে, অথুংবী ওই। থা অমুনগী মতুংদা জীব চঙব্রে, থা লেপথ্রে হায়না থঙনরক্লিদু ফাইনাথওদা থঙনরকপদগীনি। অহানবা থাদগী অদুম চঙথ্রবনি। অদুনা, মাদুগী নুমিত্তগী পাবগা থা তরা শুরিবনি। অদুনা, "গর্ভাধান" হায়রিবসি অহানবা, জীবনা চঙখিবা নুমিত্তুদগীনি। গর্ভ উপনিষদনা হায়রিবসিদি জীবনা লেঙঙৎপনচিংবা কর্ম তৌবা হৌবদি, মমানা চাবথকপবু অদুভব তৌবা ফংবা হৌবদি, থা তরেৎ শুরকপদগীনি— হায়বনি। জীবাত্মাদি সর্বব্যাপক ওইবনা আকাশদসু মৈ ঈশিংদসু হায়নগী অদুম মরৈরিবনি। অব্যক্ত ওইনা লৈবদুদা থঙনদবনি, ব্যক্ত ওইরকপা মতমদত থঙনরকপনি। অদুনা মফম অসিদা থা তরা হায়রিবসি কায়রা লৈতে। ( কালাচাঁদ )

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি
শুকানুপ্রশ্নে অষ্টচত্বারিংশদধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ ॥ ২৪৮ ॥

—:০:-

পম্বিনাম (মহৈ) দি ঊম্বিবা মপানগী জগৎ অসিনা ওইরিবা অশুম হায়না খঙ্লব মী (যোগী) মহাক্ অদুদি পরমাত্মাগী সাক্ষাৎকার তৌবা ঙম্মি ॥১৫॥

মথম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চাপনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা
শান্তিপর্ব্বদা মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বদা শুকানুপ্রশ্নগী চনীনীফুনিপালশুবা
অধ্যায় লোইরে ॥২৪৮॥

—:০:—

# মণিপুরী মহাভারত

( কাগী মশক্ ওইরবা উজাউবু করুনবগী উপায় তাকপা। )

## ঊনপঞ্চাশদধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ

## চনীনীফুমাপনশুবা অধ্যায়

——(*)——

ব্যাস উবাচ।

হৃদি কামদ্রুমশ্চিত্রো মোহসঞ্চয়সম্ভবঃ। ক্রোধমানমহাস্কন্ধো বিধিৎসাপরিষেচনঃ ॥১॥
তস্য চাজ্ঞানমাধারঃ প্রমাদঃ পরিষেচনম্। সোঽভ্যসূয়াপলাশো হি পুরাদুষ্কৃতসারবান্ ॥২॥
সম্মোহচিন্তাবিটপঃ শোকশাখো ভয়ঙ্করঃ। মোহনীভিঃ পিপাসাভিরাভিরনুবেষ্টিতঃ ॥৩॥

ব্যাসনা হায়ঃ- ঈবুঙো। তাংবংমীগী থম্মোয় লৌবুক্তা মোহ ( কুম্মৎ-১) কৌবা মরুদগী অঙকপা উপাম্বী অমা হৌরকই। মাগী মমিং কাম ( অপাম্বা ) কৌই। পাম্বী অসিগী নাকল অনীদা চাউরবা মশা অনী লৈ; অমনা ক্রোধ ( অশাউবা ), অমনা অভিমান ( থোয়বা-নাপল ) কৌই করিগুম্বা অমতং তৌগে খল্লকপা— সংকল্প কৌবনা উপাম্বীচুগী মখোঙদা চাইননা ঈশিং পাত্রনি। অজ্ঞান ( পঙথবা ) হায়বহুনা উপাম্বীসিগী লৈমুংদা লৈবা মরু অহুনি। পাত্রচুদা হাপ্লিবা, চাইননবা ঈশিংনা প্রমাদ ( ময়াম কাবা—ঙাওবা ) হায়বহুনা ওইরি। অতোপ্পশিংগী মরাল য়েংঙকপনা পাম্বীচুগী মনা ময়াম ওইরি। নহাল্ মুকী মপোক্ত তৌরকপা পাপনা উপাম্বীসিগী মমুংদা কাব মচি অহু ওইরি ॥১- ২॥ অরাংবা হায়বহুনা

উপাসন্তে মহাবৃক্ষং সুমহান্তং ফলেপ্সবঃ। আয়সৈঃ স যুতঃ পাশৈঃ ফলদং পরিবেষ্ট্য তম্ ।।৪।।
যস্তান্ পাশান্ বশেকৃত্বা তং বৃক্ষেণপকর্ষতি। গচ্ছঃ স দুঃখয়োরন্তং জরামরণয়োর্দ্বয়োঃ ।।৫।।
সংরোহত্যে কৃতপ্রজ্ঞঃ সদা যেন হি পাদপম্। স তমেব ততো হন্তি বিষগ্রন্থিরিবাতুরম্ ।৬।।
তস্যানুগতমূলস্য মূলমুদ্ধ্রিয়তে বলাৎ। যোগপ্রসাদাৎ কৃত্তিনা সাম্যেন পরমাসিনা ।।৭।।
এবং যো বেদকামস্য কেবলস্য নিবর্ত্তনম্। বন্ধং বৈ কামশাস্ত্রস্য স দুঃখান্যতিবর্ত্ততে ।।৮।।
শরীরং পুরমিত্যাহুঃ স্বামিনী বুদ্ধিরিষ্যতে। তত্ত্ববুদ্ধেঃ শরীরস্থ মনোনামাথ চিন্তকম্।।।৯।।
ইন্দ্রিয়াণি মনঃ পৌরাস্তদর্থং পরাকৃতিঃ। তত্র দ্বৌ দারুণৌ দোষৌ তমো নাম রজস্তথা।।
তদর্থমুপজীবন্তি পৌরাঃ সহ পুরেশ্বরৈঃ।।১০।।

মহাকী মশা মরেং ওই। মোহগা চিন্তগা অনীনা মশা মচা মচাশিংচু ওইরি। অকিবা-চিংনবা কৌবনা ময়োল্‌নি। মোহদা থাদগদৌবগী চিংথগদৌবগী হোংনরিবী উন্নীশিংনা "থৌরাংবা" কৌবীশিং অচুনা ওইরি ॥৩॥ লোভী ওইবা মীশিংনা য়োংকী য়োংজ্জীং মতৌগুম্বা বাসনা ( হৈনখিবগী থাদোকপা ভুমত্রবা অপাম্বা ) শিংগী বন্ধননা কাজিনখিচুনা, মহে পীনবা চাউরবা উপাম্বী অচুগী মায়গে মরিমক্তা কোয়শিন্দুনা, মখোওদা ফম্মি। অচুগা উপাম্বীচুগী মহেবু ফংনিংচুনা ওাইচুনা তারকপা উহৈ ওাইচুনা লৈ ॥৪॥ বাসনাগী বন্ধনশিং অচুবু খুদুম মথাদা থমচুনা বৈরাগ্যগী মশক্ ওইবা খুংলায়না উপাম্বী অচুবু ককৃথংলবা অচুগুম্বা মী মহাক অচুদি জরা ( অহল্‌ ওইরকপা ) অচুগা মৃত্যু অনীসিগী মশক্ ওইরবা অরাবা মথল অনীসিদগী ঈরাঈ লায়না লাম্হোকপা ওম্মি ॥৫॥

অচুগা উহৈ অচদা মহালোভী ওইরবা মী মহাক অচুদি উহৈশিংচু থম্না পাল্লিবা উপাম্বীচুগী মথক্তা হন্না হন্না কাথংলি। অচুবু নাম্বরকৃতুনা তারকৃতুনা উপাম্বী অচুমক্না মহাকপু হাংলি। মতৌ অসিগুম্না চাশিনগ্রবা হূগী গুলি অচুমকনা য়োগী অচুগী মথায় লৌ ॥৬॥ হায়রিবা কামবৃক্ষ ('অপাম্বগী মৃশক্ ওইরবা উপাম্বী ) অসিগী মরাশিং অসিদি আ-কদায় কদায় কাওবা শক্তোক্না লৈগ্রবনি। কনাগুম্বা জ্ঞানী বিদ্বান্ ওইবনা জ্ঞান যোগগী পাজন্না, সমতা ( খ্বাইবু চপ্‌ মান্না উবা ) কৌবা খুংলায় অচুনা, হৌজিক্ হায়রিবা কামবৃক্ষ অসিবু মরু ফংনা ককৃথংলি ॥৭॥ মতৌ অস্তুম্না কামনা শিং অসিবু মরুফংনা কক্লনবগী উপায় থওবা, অচুগা সংসারগী বিষয় ভোগ ফংননবা উপায় তাকৃপা শাস্ত্রমথৈ জীববু মায়াগী লাংদা কাজিন্নবগীদমক্ত লৈবনি হায়না থও্‌লবা অচুগুম্বা মী মহাক্ অচুদি অরাবা পূয়মক্তগী য়াংমদা লৈগ্রবনি, অরাবা অকিবা পূম্বা লাম্হোক্তুনা চংগ্রবনি ॥৮॥ হকচাং অসি পুর অমনি নগর অমওম্বনি হায়বা থওগু্‌। নগর ( সহর ) অসিগী রাণীদি বুদ্ধি কৌবী মহাক্না ওইরি। নগরগী মশক ওইরবা হকচাংগুংসিদা পুরুীং কৌবা মহাকসিনা নিশ্চয়াত্মিকা বুদ্ধিসিগী, হায়বদি মাসিনা অচুম্বনি হায়না লেপ্পহৈবী বুদ্ধি কৌবী রাণী অসিগী লেপখিবা থবক অচু পাঙথোক্লনবগী রাতাননবা মন্ত্রীনি ॥৯॥

ইন্দ্রিয়শিং অসিনা হকচাং কৌবা পুর ( নগর ) অাসদা লৈরিবা প্রজাশিংনি। মখোয় অসি মন ( পুরুীং ) কৌবা মন্ত্রী অসিগী য়াথংগী মথাপোন্দুনা মহাক্না তৌ হায়বত তৌদুনা লৈরিবা ওাক্লি। প্রজাশিং

অধারেণ তথৈবার্থঃ দ্বৌ দোষাবুপজীবতঃ। তত্র বুদ্ধির্হি দুর্ধর্ষা মনঃ সামান্ত্য উচ্যতে ॥১১।
পৌরাশ্চাপি মনস্তত্র তেষামপিচলং স্থিতিঃ। তদর্থং বুদ্ধিরধ্যাস্তে সোঽনর্থঃ পরিষীদতি ॥১২॥
যদর্থং পৃথগধ্যাস্তে মনস্তৎ পরিষীদতি। পৃথগ্‌ভূতং বুদ্ধ্যা মনো ভবতি কেবলম্ ॥১৩।
তত্রৈনং বিবৃতং শূন্যং রজঃ পর্য্যবতিষ্ঠতে। তন্মনঃ কুরুতে সখ্যং রজসা সহ সঙ্গতম্ ॥
তঞ্চাদায় জনং পৌরং রজসে সম্প্রযচ্ছতি ॥১৪॥

অসিগী ভাকনবগী, মখোয়গী শেংপা চাবা রাজ্জনবগী থবক্ পূম্বা তৌবা, থবক্ পুন্নমক্ শীনবা হায়বসি মন্ত্রী মহাক্কী এখৌনি। মাসি মহাক্কা শোয়দনা তৌবা তাই। দেহ কৌবা নগরদু অসিদা চাউরবা দোষ (য়েংক্কবা) অনী লৈ। মখোয় অনী অসি পুরঅসিগী মন্নুংদা রজ তম হায়না কাওত্তুনা লৈহবনি। নগর অসিগী শাসক ওইত্তুনা লৈরিবা মন, বুদ্ধি, জীব অহুম অসিগা লোয়ননা পুরবাসী নগরবাসি প্রজাগুম্বা লৈরিবা ইন্দ্রিয়শিং অসিনা পুক্নীং কৌবা মন্ত্রীসিনা পাম্বৈ ওইত্তুনা তাঙ্খিল্লিবা খোমজিন্নকলিবা রূপ রস গন্ধনচিংবা বিষয়সম্পত্তিশিং অসি কত্রবা রজ তম হায়বা মতিনমন'ও অনীসিনা লোম্ন লোম্না ভোগতৌরি চাখোক্লি ॥১০॥

রজোগুণ তমোগুণ হায়রিবা, হকচাং নগর অসিগী মাওন-ভ'রুবা তৌরিবা দোষ ( য়েংক্কবা ) অনী অসি, ভৌগদু কত্তে হায়না থিংলিবা লম্বীতদা চত্তুনা, বিষয়না পীবা মুংওাইবা অচ্ছুতগী আশ্রয়দা চওত্তুনা লৈরি। মক্কম্ অসিদা বুদ্ধি হায়বীসিনা রাণী অমা ওইনা লাকত্তম কাওমদবা শক্তি অদু পায়ত্তুনা লৈদি হায়রবু মন (পুক্নীং) কৌবা মন্ত্রীসিগা অমত থানদনা তিন্নত্তুনা লৈখিবদগী পুক্নীংগা মাপা শক্তিদা চপ মান্নবগী কী-বমদা লৈ ॥১১॥ অদুদগীদি ইন্দ্রিয় কৌবা পুরবাসী প্রজাশিং অসি, পুক্নীং হায়রিবসিগী মকমদগী চিন্নবা অকিবা পোক্খিবদগী মখোয়গী ( প্রজাশিংগী ) কীবম অসি চনীওু ঈতা ত'দবা, ভাল্লেপকম থওদবা মওং ( অবস্থা ) দা লৈ। শান্তি লৈতে, অমদগী অমদা ফম্ কাম চোংত্তুনত লৈ। তৌনরিবা অসিদগী অমাওবা অমা খোঙদৌরি হাৎবসি বুদ্ধি কৌবী অসিনা খওই। খওবদগী হেন্না করিমতা তৌবা উমত্রে। অদুনা অনর্থ ( অমাওবা ) হায়বদু, দেহ ( পুর ) অসিদা অত্তুম্ লাকই ॥১২॥ বুদ্ধিনা লৌরিবা বিষয় অদুদ', পুক্নীং কৌব মহাকদু আশ্রয় লৌত্তুনা অত্তুম মরৈরে। বুদ্ধি কৌবীসিদগী কায়নয়রুবা, তোঙাম্না তারক্পা মতম অদুদা মহাক ( পুক্নীং ) অসি মতোমত্ত ভায়রোই ॥১৩॥

মতম অসিদা রজোগুণদগী পোকপা তম হায়বসিনা, আত্মাগী শক্তিনা মশাদা চওবনা, শক্তি অদু মহাক্কা পায়রবসু অফ-কত্তগী মবুদ্ধি লৈতবা অমা ওইবনা মহাক্কী অকোয়বদা কাম ( কামনা ) শিংনা লেপ্পরে, মায়দৈ মরিদা থংলে। অদুদগী কামনা ( অপাম্বা মিতৌবনচিংবা ) শিংনা কোয়শিন্ প্রবদুদা পুক্নীং হায়বসিনা রজোগুণগী মশক্ ওইবা কাম ( কামনা ) গা মিত্রতা থম্নখি— মরূপ শায়দুনা লৈখি। অসুম্না লৈরবা তুংদা পুক্নীং কৌবা মন্ত্রীসিমক্কা ইন্দ্রিয় কৌবা প্রজাশিংসিবু রজোগুণদগী পোক্লকপা কাম হায়বদুগী মখুত্তা শিন্দৈ। প্রমাণ অমদা হাত্তরগা মন্নুং মন্নুংদা নিংথোগী বিরোধী ওইবা মন্ত্রী অমনা লৈপাক্ অমবু প্রজাশিংবু য়েক্কবগী মখুত্তা শিন্নবদুগুম্বনি ॥১৪॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি শুকানুপ্রশ্নে ঊনপঞ্চাশদধিকদ্বিশততমোহধ্যায়ঃ ।২৪৯।

——(*)——

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা, শ্লোক লিশিং চাম-না শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা, মোক্ষধর্ম্ম-পর্ব্বদা, শুকানুপ্রশ্নগী চনী মীফুমাপললতুবা অধ্যায় লোইরে ॥২৪৯॥

—:(*):—

# মণিপুরী মহাভারত

( পঞ্চভূত, মন পূক্নীং, বুদ্ধিগী গুণশক্তি পূম্বগী বর্ণন )

## পঞ্চাশদধিকদ্বিশততমোহধ্যায়ঃ ।

## চনীয়াঙৈখুশুবা অধ্যায় ।

— :(): ——

ভীষ্ম উবাচ ।

ভূতানাং পরিসংখ্যানং ভূয়ঃ পুত্র নিশাময় । দ্বৈপায়নমুখান্‌ভ্রষ্টং শ্লাঘয়া পরয়ানঘ ॥১॥
দীপ্তানলনিভঃ প্রাহ ভগবান্ ধূম্রবর্চসে । ততোহহমপি বক্ষ্যামি ভূয়ঃ পুত্র নিদর্শনম্ ॥২॥
ভূমেঃ স্থৈর্য্যং গুরুত্বঞ্চ কাঠিন্যং প্রসবার্থতা । গন্ধো গুরুত্বং শক্তিশ্চ সঙ্ঘাতঃ স্থাপনাধৃতিঃ ॥৩॥
অপাং শৈত্যং রসঃ ক্লেদো দ্রবত্বং স্নেহ সৌম্যতা । জিহ্বা বিস্যন্দনং চাপি ভৌমানাং শ্রপণং তথা ॥৪॥

ভীষ্মনা হায় :—প্যাপকীশরক য়াওরবা ঈবুঙো যুধিষ্ঠির ! ভগবান ব্যাসনা মচানমক্না পঞ্চমহাভূত-শিংগী ময়ম তৌখিবা বিবরণ অদো, ঐ অমুবক হন্না নহাকী নকমদা হায়গে । য়াম্ন পূক্নীং চঙনা, হৈনিংবগা লোয়ননা তাও ॥১॥ মৈরি ফংন চাক্লবা মৈগী মতোংগুম্না তেজ লৈরবা দ্বৈপায়ন বেদব্যাসনা, মৈখু থাংদনা চাক্লব মৈগুম্বা মচা শুকদেবগী মকমদা পঞ্চভূতকী বিষয়দা হায়খিবা, তাকখিবা পূম্নমক অদো ঐ নহাকী নঁকমদা মথংদা শীংনা অমুক হায়গে । ঈবুঙো ! নহাক্ য়াম্ন পূক্নীং চঙমা দর্শন শাস্ত্র অসি তাও ॥২॥ লেঙদনা লৈবা, লুম্বা, কন্বা ( থোত্তবা ), মক্ন পোকথাহন্দুনা ময়োল চোংহনবগী শক্তি, পাক চাউবা পাকথোকপা, মপৈ পৈথৎনবা, লেঙদনা লৈহনবা-থিনবা পুবগী শক্তি—হায়রিবা গুণ শুম্না অসি, "লৈ-পাক" হায়না কৌবা ভূত অদুগীনি ॥৩॥ ঈংবা, মহাও, পেথোম্বকপা, শৌদোকপা, নক্না, 'চীঙলেম্বা-তম্ন মওং,

অগ্নেরূর্ধ্বভা জ্যোতিস্তাপঃ পাকঃ প্রকাশনম্। শোকো রাগোলঘুস্তৈক্ষ্ণং সততং চোধ্বভাগিতা ॥৫॥
বাযোরানয়ংস্পর্শো বাদস্থানং স্বতন্ত্রতা। বলং শৈঘ্র্যং চ মোক্ষং চ কর্মচেষ্টাত্মতা ভবঃ ॥৬॥

মহাভ খঙবগী শক্তি, য়বা-শিন্থবা; লৈচীন্ অমদি উন্ লেম্মচিংবগী মঙংদা কম্জিল্লকপা পৃথিবীদগী পোক্পা চেঙ্ হরাইনংবব পেৎনবা-মুন্হনবা—মখোয় অসিনা "ঈশিং" কৌবা ভূত গুণমক্তনি ॥৪॥ লকুঙম্ কাঙমদা, চাক্পা, মৈশা, মুলহনবা, ঈঙান্ ঙান্না কোঙদোকপা, রাবা, শাউবা, য়াংবা, থৌবা, মথক লোম্-ভদা হাইগৎপা, ফুক হোগৎপা, ঙান্বা-ঙালহন্ন—পুম্মক অসি মৈগী গুণনি * ॥৫॥

নিয়ম নাইদবা স্পর্শ ( শোকপা ) হায়বদি পোৎ মশা অমতনা অমুক খোৎপা, অমুক কনবগী স্পর্শ ( শোকপা ), বাক ইন্দ্রিয়গী স্থিতি ( লৈ গী ওইরিবা অবস্থা ), হাইবা-হুম্বা-লেঙ্বা ওৎপদা লৈরিব স্বতন্ত্রতা,

---

* লাকুঙম কাঙমনবা :—জীবপানবা অমগী মশাদা অমনা লাকুঙম কাঙমদবা মথৌনা মপাঙ্গল লৈরিবসি মঙোন্দা "মৈ" গী মাত্রা হেন্না য়াওরি।

চাক্পা :— চাক্থেকখিব-তুম্খিবা অসি তুম্হনখ্রিবা পোশক্ অতুনা "মৈ" য়াওরি।

মৈশা : — কবিগুম্বা অমা কায়নবা তিন্নবদগী মৈশা লাংডিবসি মাহুদা "মৈ" য়াওরি।

মুল্হনবা :— উইমচিংবা উথক্তা মুনখিবসি—মৈ ( হুমিৎ ) ননি।

ঈঙান্ ঙান্বা :—ময়েক শেংনা তারমদবদগী ঈঙান্ ঙান্ন কোংদোরক্পা উরকপসি মঙোন্দা মৈ গী শক্তি হন্ন তারকপননি।

রাবা :— রাহুনা চীনবান্ ক'থ্রিবা, থম্মোয়নচিংবা চাকলিবসি থাঙগৈশেংবা মৈ ননি।

শাউবা : — শাউবা পাখৎপা-মায়ঙাঙ্বা অসিনাচিংবসি থাঙ্গৈশেংবা মৈ ননি।

য়াংবা :— অরাম্বা পোৎনা য়াংখৎথ্রিবা অসি, মঙোন্দ লুম্বগী গুণ পীরম্বা লৈপাক্ মরীক্শিং অহু মৈ না চাক্খিদবগীনি। চাকপা হায়বসি মৈ গী ধর্মনি।

থৌবা-মরীল লৈবা :—মরীল লৈবা অথৌবা মীবু নক্সগা শা উচেকপু তেজস্বীনি হায়নৈ। মাহু তেজ ( মৈ ) লৈবদগীনি।

মথকলোম্দা হাইগৎপা :—মৈরীনা মতম পুম্বদা মথক্লোমভদা হাইগৎলিবসি মৈরীহুবু মথারোমদা চিংথগদবা চিংশিন্বগী পাঙ্গল লৈবা, আকাশদা তাউরিবা লৈপাক্কী পরমাণু মৈহুনা চাকখিবদগীনি।

ফুকহোগৎপা :—অসুম্ লৈরম্বদগী থঙহৌদনা ফুক হৌগৎখিবসি মৈ না ঈনথৎখিবদগীনি।

ঙান্হন্বা :—মশক মচু মীশক থঙদনা লৈচিন মৈথুমহক্তা লৈরম্বা পোৎনা ঙাস্তোরকতুনা মশক মচু তশেংনা উরক্লিংসি উহল্লকলিব অসি মৈ ননি। রান্না থানা খুরম্বা মৈথুনা, রাম্ন থানা থারম্বা লৈপান্না পাশিল্লকলিবসি মৈ ( হুমিৎ ) না অথাবগী হায়বদি লৈপাক্কী পরমাণুশিংহুনা মৈ ( হুমিৎ ) না য়াংহন্খিবদগী। য়াংহন্বা থবক অসিমক মৈ গী গুণনি—ধর্মনি হায়বসি মথক্তা হায়খ্রে ॥

( কালাচাঁদ )

আকাশস্য গুণঃ শব্দো ব্যাপিত্বং ছিদ্রতাপি । অনাশ্রয়মনালম্বমব্যক্তমবিকারিতা ॥৭॥
অপ্রতিঘাতিতা চৈব ভূতত্বং বিকৃতানি চ । গুণাঃ পঞ্চাশতং প্রোক্তাঃ পঞ্চভূতাত্মভাবিতাঃ ॥৮॥
ধৈর্য্যোপপত্তির্ব্যক্তিশ্চ বিসর্গঃ কল্পনা ক্ষমা । সদসচ্চাশুতা চৈব মনসো নব বৈ গুণাঃ ॥৯॥
ইষ্টানিষ্টবিপত্তিশ্চ ব্যবসায়ঃ সমাধিতা । সংশয়ঃ প্রতিপত্তিশ্চ বুদ্ধেঃ পঞ্চগুণান্ বিদুঃ ॥১০॥

যুধিষ্ঠির উবাচ ।

কথং পঞ্চগুণা বুদ্ধিঃ কথং পঞ্চেন্দ্রিয়া গুণাঃ । এতন্মে সর্ব্বমাচক্ষ্ব সূক্ষ্মজ্ঞানং পিতামহ ॥১১॥

পাঙ্গল, থুনা-য়াঙ্‌না চংপা, থী-যুংনচিংবনা মপাল্লোম্‌দা থোরকৃপা থোরক্‌হল্লিবা, (থোরক্লবা শংলিবসি অপান-বায়ুদা শাঙ্গল হেন্‌হল্লবনি, হায়বদি অপান্ কৌবা মুংশিত্তা পাঙ্গল হাপ্লনি — কালাচাঁদ ) লংথংপা, থাদবা চাইথোকৃপা খোম্‌জিনবা, চংপা অমিনচিংবা কর্ম্মমণ্ডা, থবকশিং তৌবগী তৌহন্‌বগী শক্তি থরায়, পোক্‌পা শিবা পূল্লমক্ অসি মুংশি (বায়ু)গী গুণ ধর্ম মক্তনি (পূল্লমক্‌ক অসি তৌবা য়াননবা হক্‌চাং শাবদা মুংশিং কৌবা ভুত অসি য়াওহন্‌খিবনি—( কালাচাঁদ ) ॥৬॥ শব্দ ( থোঞ্জেল, ) খাইদগী হেল্ল শীক্‌না লৈবা, হোবা ( মখুল লৈবা-অহাঙ্‌বা ), করিগুম্বা অথাবা-অচৌব পোৎ অমগী আশ্রয় ওইনা লৈতবা, মংক মওং নাইবা লৈতবা, মংক মওং হোংদনা লৈবা, হোংবসু য়াদবা, থিংবা-শল্‌হনবা য়াদবা, মতোন্দা ভূত অম ওইবগী ধর্ম-গুণদি এমিং ওইনবা মরৈবা, হায়বদি নাকোং কৌবা ইন্দ্রিয় অসিগী কারন ওইনা লৈবদগী পঞ্চভূতকী মনুংদা অছুনদি ময়াওবা, মশামক্ মশক্ হোংবা লৈত্রবসু মশক হোংবা-বিকর কংবা বিকৃত ওইনা পদার্থগদি অচুম্ তিম্লনা লৈবা,—হায়রিবা পূল্লমক্ অসি আকাশগী গুণ ধর্মমক্তনি ॥৭ - ৮॥ তপথবা, অমগমগা য়েং-নবা, মরৈ তৌনবদা হৈশিংবা, নীঙ্‌শিংবা, শোম্লবা লানবা ( ভুল তৌবা ), ভাব হায় শার্গৎপা, ভাক্‌পিবা, কত্তকত্তবা, সিমতং তৌগে হায়না লেপ্লবা, ওহাক্ত তুমিল্ল লৈত্তবা—মথোয় অসি পূক্নীং হায়বত্তুগী গুণ মাপল অছুনি ॥৯॥

কায়বা কায়দবা, অকবা ফত্তবা বৃত্তি পূল্লমকী মাঙবা মাঙহনবা, ফত্রা ফত্তত্রা হায়বগী বিচার, করে ফত্রে হায়না লেপ্লবা ( সমাধান ), চিংনবা, চিংনবত্থু কোক্তুনা নিশ্চয় তৌবা, হায়রিবা মণ্ডা অসি বুদ্ধি হায়বীত্তুগী গুণধর্ম্মনি ॥১০॥ যুধিষ্ঠিরনা হায়,— পিতামহ ! ঈবুধৌ ! বুদ্ধিগী গুণবু মণ্ডা অসিতরা, মণ্ডা অসিত্তনা করম্ ওইরিবনো ? মীৎ নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয় মণ্ডা অসিনা পঞ্চভূতকী গুণনি হায়রিবাসি করম হায়রিবনো ? অকুপ্পা জ্ঞান ময়াম অসি ঐঙোন্দা অমুক্তা তাকপিয়ু ॥১১॥ ভীষ্মনা হায়, - ঈবুঙো, যুধিষ্ঠির ! মহর্ষি-শিংনা হায়, বুদ্ধিগী গুণদি থাঙ্গশেংবা হুম্‌ফুনি। পঞ্চভূত ( ভুত মণ্ডা ) গী পুল্লপ্পা গুণ য়াম্খৈ লৈত্রে। অত্তুগী মথক্তা বুদ্ধিগী হৌজিক হায়রিবা গুণ মণ্ডাতুমগা য়াখৈমণ্ডা ওরে। অত্তুদগী অমুক্ পঞ্চদতশিং সিবু বুদ্ধিগী গুণগী মংগং চলহন্দুনা য়াম্খৈমণ্ডা অত্তুগী মথক্তা মণ্ডা অসিমা অমুক্ হাপচিন্দুনা হুম্‌ফু গুথিবনি। হায়রিবা গুণ পূল্লমক অসে চৈতন্য ( জ্ঞান ভাব, মীকপ থোকৃপা ) হায়বত্তুগা ঈত্তত্তুনা তিল্লহুনা লৈরিবনি। হায়রিবা পঞ্চমহাভূত অত্তুগা মথোয়গী বিভূতি ( সম্পত্তি ) শিং অসি অমাঙ অতা লৈত্তবা পরমাত্মা পর-মেশ্বরগী সৃষ্টি মক্তনি। অত্থবু মথোয়সিংদি মশক ওঙ্খোক্ ওন্‌শিন্ নাইবা ভাক্তনিনা তত্ত্ব খঙবা জ্ঞানীশিংনা

নৈবাং শক্তা হি হন্তারং প্রাণিনাং সংযুগে পরম্। বিক্রমেণোপসম্পন্নাস্তেজোবলসমন্বিতাঃ ॥৩॥

অথ চেমে মহাপ্রাজ্ঞাঃ শেরতে হি গতাসবঃ। মৃতা ইতি চ শব্দোঽয়ং বর্ত্তত্যেষু গতাসুষু ॥৪॥

ইমে মৃতা নৃপতয়ঃ প্রায়শো ভীমবিক্রমাঃ। তত্র মে সংশয়ো জাতঃ কুতঃ সংজ্ঞা মৃতা ইতি ॥৫॥

কস্য মৃত্যুঃ কুতোমৃত্যুঃ কেনমৃত্যুরিহ প্রজা। হরত্যমরসংকাশ তন্মে ব্রূহি পিতামহ ॥৬॥

ভীষ্ম উবাচ।

পুরা কৃতযুগে তাত রাজাসীদকম্পনঃ। স শত্রুবশমাপন্নঃ সংগ্রামে ক্ষীণবাহনঃ ॥৭॥

তস্য পুত্রো হরির্নাম নারায়ণসমো বলে। স শত্রুভির্হতঃ সংখ্যে সবলঃ সপদানুগঃ ॥৮॥

স রাজা শত্রুবশগঃ পুত্রশোকসমন্বিতঃ। যদৃচ্ছয়া শান্তিপরো দদর্শ ভুবি নারদম্ ॥৯॥

তস্মৈ স সর্ব্বমাচষ্ট যথ বৃত্তং জনেশ্বর। শত্রুভিগ্রহণং সংখ্যে পুত্রস্য মরণং তথা ॥১০॥

শামুলিশিং তরা-তরাগী মঙাক্লল মথৌনা লৈরম্বা ঙাক্তনি। মথোয় পুম্নমক অসিমপাঙ্গল মথৌনা চপ্ মান্নবা মমান্নবশিংগী মথুক্তা মথ্বায় থাহ্নুনা লাল্ ক্তমদা শিহ্নুনা লৈরি ॥২॥ মহিল মথৌনা লৈরবশিং অসিবু হাংপা ঙমগদবা অতোপ্প মীশক্ অমবু কবিগুম্ব' লাল্ ক্তমদা উথিদে। মরমদি মথোয়সি অমমম্লা মপা লৈতনা কল্লবা ঙাক্তনি ঙাক্তনি। মখিন মথৌনা লৈবা ঙাক্ত ওইরম্বনি ॥৩॥ অহ্নবু, ঙসিদি মহাবুদ্ধিমান্ মহাবলবান্ ও বশিংসে মথরায় য়াওদনা তুমিন তাহ্নুনা লৈরি। থরায় য়াওদনা তাহ্নুনা লৈরবা মতমসিদদি মথোয়দা "মৃত" (অশিবা-শিরবা) হায়বা শব্দ-উপাধি অসিমা পীশিল্লি। তিংলি হায়রম্বদগী শিরে হায়না অমুক হায়রি ॥৪॥ মৃত্যুগী অবস্থাদা লাক্লবা মথোয়শিংসে অমমম্লা মপাঙ্গল য়াম্ন কম্বা ঙাক্তা ওইরম্বনা 'অশিবা" হায়বহুগী মিংথোল ফংহ্নুনা লৈগনি হায়বসি থাজনীঙায় ওইরমদবা ঙাক্তনি। মাসিদা ঐনা চিংনজরিবা, তাব ঙাজত্রিবদি—মথোয়বু কৈদৌনা মৃত কৌগ্রিবনো? কৌরবদি মৃত (মৃত্যু) হায়না থোক্তিল্লিবা মিং উপাধি অসি কনাদনো? মৃত্যু অসিনা লাক্লিবসি কদায়দগীনো, করিগীনো? করিগীমক মৃত্যু কৌবী মচ ক্লা জীবপানবশিংবু লৌশিল্লিবনো? লাইগা পাংথক্ ওইরবা ঈবুধৌ! পুম্নমক অসি মথং মথং অমুক্ত চানবিহ্নুনা তাক্পিয়ু ॥৫-৬॥

ভীষ্মনা হায়ঃ—ঈবুধৌ! য়াম্ন কুইরবা সত্য যুগকী রানি। সত্যযুগতা অকম্পন কৌবা নিংথৌ অম লৈরম্মি। করিগুম্বা লাল্ ক্তম অমদা মাগী রথ অহু কায়খ্রে-মাঙ্খ্রে। মহাক্ য়েক্লবগী মখা পোনখ্রে ॥৭॥ লান্দা মাগী মচা অমা য়াওরম্মি। মাগী মমিং হরি কৌই। মহাক অসি কন্ বদা ভগবান নারায়ণমক্তা অম্নানি হায়না খ্বাইনা থম্মরম্ব মীশক অম ওইরম্মি। অহ্নবু য়ক্লবা লাম্মী মরাম্না মহাকপু মাগী থোঙমী লাম্মীশিং পুম্নমক্তা লোরননা হাংখি ॥৮॥

নিংথৌ অকম্পন অসি মশাগী স্বতন্ত্রতা (মনীংমথা তম্ন লৈবা) অহু মাঙশিহ্নুনা হৌজিক্তি য়েক্লবগী মথাপোনখ্রে। শিথ্রিবামচাগী কায়নবগী ঈপাক্তা লুপ্ খ্রে। মশাগী থম্মোয়গী শান্তি ওইগদবা মফম্ অহু থিরকলে। অহুম্ তৌরিঙৈদা লাইগী নোংদম্ দগী দেবর্ষি নারদ অসি থঙ্ হৌদনা মফম অহুদা হেক্ থুংগে ॥৯॥ য়েক্লবগী মথুক্তা মায়থীবা ফংবা' য়েক্লবনা কাজিন্দুনা থম্বা অহুগা মচানা লালদা শিথিবা—অসিপুম্নমক

তস্য তৎ বচনং শ্রুত্বা নারদোঽথ তপোধনঃ। আখ্যানমিদমাচষ্ট পুত্রশোকাপহং তদা ॥১১॥

নারদ উবাচ।

রাজন্ শৃণু সমাখ্যানমদ্যেদং বহু বিস্তরম্। যথা বৃত্তং শ্রুতং চৈব ময়েদং বসুধাধিপ ॥১২॥
প্রজাঃ সৃষ্ট্বা মহাতেজাঃ প্রজাসর্গে পিতামহঃ। অতীব বৃদ্ধা বহুলা নামৃষ্যত পুনঃ প্রজাঃ ॥১৩॥
ন হ্যন্তরমভূৎ কিঞ্চিৎ ক্কচিজ্জন্তুভিরচ্যুত। নিরুচ্ছ্বাসমিবোন্নদ্ধং ত্রৈলোক্যমভবন্নৃপ ॥১৪॥
তস্য চিন্তা সমুৎপন্না সংহারং প্রতি ভূপতে। চিন্তয়ন্ নাধ্যগচ্ছচ্চ সংহারে হেতুকারণম্ ॥১৫॥
তস্য রোষান্মহারাজ খেভ্যোঽগ্নিরুদতিষ্ঠত। তেন সর্বা দিশো রাজন্ দদাহ স পিতামহঃ ॥১৬॥

অদি নিংথৌ অকম্পননা নারদগী মকমদা মথংনীংনা তম্মকৈ ॥১০॥ নিংথৌ অকম্পনগী ৱাহ তাবদা মহাতপস্যা কল্লবা নারদনা মতোন্দ কুইরবা ইতিহাসগী ৱারী অমা লীবা হৌখি। নারদনা লীখিবা ৱরি অসিদি মচা কায়নবগী অৱাবা হায়বতুনা থুদক্তা মাঙনবীভারনি ॥১১॥ নারদনা হায়ঃ—নিংথৌ! তসিনি য়াম্ব শাংলবা ৱারি অমা তারো। পৃথিবীমপু! ঐনা চপ চানা হেক্ তারকপদো, মাহ ইকায় কায়দনা লীগে ॥১২॥ অচচন্ত প্রজাপুম্নমকী সৃষ্টি অসুম তৌরকপসিদা প্রজাপতি ব্রহ্মানা মথল মথা অৱাধা মওং মমিংগী অচচন্ত জীব কয়া কয়া শেম্লে। মশীং মথং মথং হেনগৎলকলে। য়াম্মল্লকুনা ব্রহ্মা কাওবা লৈকম-চাকম খঙতকত্রে, থাজবা ডম্‌শিল্লকত্রে ॥১৩॥ নশাগী ধর্মগী লম্বীগী লীকলম কায়দনা চৎপা নিংথৌ! প্রজাপতি ব্রহ্মানা শমজিলকপা জীংশিংতনা খোঙথাকম লৌশিল্লকত্রে। মকম অসিমতংদি থিত্তু হাঙলি-জীব লৈতে হায়নীভায় মকম মচেং অম কাওবা লৈরকত্রে * মরোল অহুম থিংত্রে, সুংশাশোর হোনকম লৈরকত্রে ॥১৪॥

নিংথৌ। প্রজাপতি ব্রহ্মানা মশানা শেমখ্রবা পুশোকখিরবা জীবাশং অসি, থব অমুক সংহার তৌগে হায়বদি খোমজিনখ্রগে, লৌশিন চিংশিনখ্রগে হায়না ব্রহ্মপ্রজাপতিনা থল্লকলে। মাসিগী মরমদা মতম কুইনা, য়াম্ব কুপ্পা বিচার তৌরকই। অহুবু, য়াম্ব যুক্তিযুক্ত ওইবা, প্রমাণ চাবা, মীমাংসা অমত পীবতম্মকত্রে। মশাগী থুংশেম্বু মশানা অমুক থুগাইরবা হায়বতুগী পাপ দোষ অম লৈরোগদ্রা—অমুন হায়না চিংনবুনা তাকু লৈখি ॥১৪॥ অহুবু মমৈথতদাদি প্রজাশিংসিগী অমুমুক লৌশিন লোংশিনবগী নিয়ম অম থম্মগে হায়না থনখ্রে। পাপ দোষ য়াওদবা যুক্তিযুক্ত ওইবা প্রমাণদি অমত ফংদ্রি ॥১৫॥ মহারাজ! মশা মথন্তগী বিচারবু মশামন্তনা শেম্বা-লাম্বা কংতকত্রবতুদদি, ব্রহ্মা অসি শাউবনা মমীত্তু মী কাখ্রে। অশাউ-

* পরমাণুবাদী মতকী মতুং ইনা,—অহানবা সৃষ্টিদি পরমাণুগীনি। আকাশ মকম পুম্নমক্তা পরমাণু লথা লথানি। পীকমন্দুনা উদবদগী আকাশবু ঈগাও হাঙবনি হায়নখিবনি। মরেকীদি, আকাশগী পীক্রবা শরুক অমত হাঙনা লৈতে। অদুবু উদবনা "আকাশ" গী অর্থ অহাওবা অসুম হায়না লৌনরি। পরমাণু অমমমগী মতুংদা জীব লৈ। গীতাদসু হায়রি-"সর্বতঃ পাণিপাদং তৎ"......। পরমাণুশিং অসি সৃষ্টিকর্ত্তা (অশেম্বা মপু) মহাক্কা শেম্মি। ময়াম অসি শোকহন্দন। ময়াম অসিদা নেৎলুদনা মথং শেমনবগী মকম-কম লৈরকত্রে। মাসিগী তাবত্তা ৱারীদা পুথোকুনা লীবনি। ( কালাচাঁদ )

ততো দিবং ভুবং খং চ জগচ্চ সচরাচরম্ । দদাহ পাবকো রাজন্ ভগবৎকোপসম্ভবঃ ॥১৭॥

ততোঽদহ্যন্ত ভূতানি ভূতানি জঙ্গমানি ধ্রুবানি চ । মহতা ক্রোধবেগেন কুপিতে প্রপিতামহে ॥১৮॥

ততঃ স্থাণুর্জটী শম্ভুর্বেদাধ্বরপতিঃ শিবঃ । জগাম শরণং দেবো ব্রহ্মাণং পরবীরহা ॥১৯॥

তস্মিন্নভিগতে স্থাণৌ প্রজানাং হিতকাম্যয়া । অব্রবীৎ পরমো দেবো জ্বলন্নিব তদা শিবম্ ॥২০॥

করবাণ্যদ্য কং কামং বরার্হোঽসি মতো মম । কর্ত্তা হ্যস্মি 'প্রিয়' শম্ভো তব যদ্ধৃদি বর্ত্ততে ॥২১॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি
মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি শুকানুপ্রশ্নে একপঞ্চাশদধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ ।

—:0:—

---

বমী মৈ ( তেজ ) না মায়গৈ পুম্বা-মকম্ পুম্বা চাকথেক্পা হৌরকলে ॥১৬॥ নিংথৌ ! ভগবান্ প্রজাপতি ব্রহ্মাগী অশাউবগী পোক্‌লকপা, কামথোরকপা মৈয়িশিং অমুনা, স্বর্গ, মর্ত্ত্য, পাতাল, মরোল অহুমদা লৈরিবা জীব পুম্নমক চাকথেক্‌লকলে ॥১৭॥ প্রপিতামহ ব্রহ্মাগী অশাউবগী মৈমুনা শাফু কয়া হুমজিল্ পাইশিল্লকুনা অচচ্চম পুম্বা তুম্ন চাকথেক্‌লক্লে ॥১৮॥ মতম্‌মসমক্তদা যজ্ঞতনা মাগী জটা ওইরিবা, বেদ অমদি যজ্ঞশিংবু ঙাকশেল্লিবা, জগৎকী য়েক্নবা অকনবশিংবু সংহার তৌরিবা, জগৎকী মঙ্গলগী মশক্ ওইবা সদাশিব মহাদেব অসি ব্রহ্মাগী আশ্রয়দা চত্তকই ॥১৯॥ প্রজাশিংগী কান্নবগীদমক্তা লাক্লিবা মহাদেবনা মাঙদা চপ.লেপ্লবহু উদবদা ব্রহ্মানা কত্রদা অস্থুমা হায়রকই ॥২০॥ শম্ভো ! নং অসে, বর ফংবা লৌবদা মতীক্ চারবা অমনি হায়না থল্লি। হায়্, করি পাম্মি ? করি তৌ হায়বগে ? রুদ্র নহাকী পুক্নীংদা থম্লিবা পামলিবদো ঐ থুংশনগে ॥২১॥

মফম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা
শান্তিপর্ব্বদা মোক্ষধর্মপর্ব্বদা শুকানুপ্রশ্নগী চনী য়াঙ্খৈমাথোইশুবা
অধ্যায় লোইরে ॥২৫০॥

——:[০]:——

# মণিপুরী মহাভারত

## ( মহাদেবগী প্রার্থনাদগী ব্রহ্মাগী অশাউবগী মৈ মুৎাখবা )

## দ্বিপঞ্চাশদধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ।

## চনীয়াঙ্খৈনিথোইশুবা অধ্যায়।

——:(0):——

স্থাণুরুবাচ।

প্রজাসর্গনিমিত্তং মে কার্য্যবত্তামিমাং প্রভো। বিদ্ধি সৃষ্টাস্ত্বয়াহী মা মাকুপ্যাসাং পিতামহ ॥১॥

তব তেজোঽগ্নিনা হীব প্রজাদহন্তি সর্ব্বশঃ। তা দৃষ্ট্বা মম কারুণ্যং মাকুপ্যাসাং জগৎ প্রভো ॥২॥

প্রজাপতিরুবাচ।

ন কুপ্যে ন চ কামো ন ভবযুঃ প্রজা ইতি। লাঘবার্থং ধরণ্যাস্ত ততঃ সংহার ইষ্যতে ॥৩॥

ইয়ং হি মাং সদা দেবী ভারার্ত্তা সমচোদয়ৎ। সংহারার্থং মহাদেব ভরোণাপ্সু নিমজ্জতি ॥৪॥

যদাহং নাধিগচ্ছামি বুদ্ধ্যা বহু বিচারয়ন্। সংহারমাসো বৃদ্ধানাং ততো মাং ক্রোধ আবিশৎ ॥৫॥

স্থাণুরুবাচ।

সংহারার্থং প্রসীদস্ব মাক্রুদ্ধো বিবুধেশ্বর। মা প্রজাঃ স্থাবরশ্চৈব জঙ্গমশ্চ ব্যনীনশৎ ॥৬॥

মহাদেবনা হায়ঃ—প্রভু! পিতামহ! পাম্জবা হায়জনিংদা হায়ববু শেম্বিরিবা অচচ্চব প্রজাশিং অশিবু মাঙ্হন্বিদনা তেক্ত কায়দনা ঙাক্পিবসি পামজৈ। উরিবা লৈরিবা পুম্বসে পিতামহনা থুংনা শারিবা ঙাকনি মথোয়সিবু অমুক মাঙ্হন্বাস চুম্দে। অহুনা মথোয়সিবু অমুক্ মাঙ্হনবিয়ু ॥ ॥ লাইরেবাকী মপু! জগৎ পুম্ববু শেম্বিবা। নহাক্কি অশাউবা মৈনা প্রজাশিং অশিবু তুম্না চাক্থেক্লি। মথোয়গী অবস্থাসি উবদা ঐগী পুক্লিংদা মুংশি-মুংঙোন্বা পোক্ই। নশানা শেম্বা থুংশেমগী মথক্ত শাউবিগনু ॥২॥ মহাদেবগী ৱা তাবদা প্রজাপতি ব্রহ্মানা অমুন্না হায়রক্ইঃ—শিব! মহাদেব! ঐ প্রজাশিংসিগী মথক্তা শাউবা লৈতে। প্রজাশিং অসিবুসু মাঙ্হন্গে তুম্হন্গে হায়বসি থক্খন্বা লৈতে। পৃথিবীগী মথক্তা তাবিবা ভার অসে থম্না য়াংননবগী দমক্তা শেমখিবশিং অসিগী মশীং খম্না হন্থহন্না চুম্নাঙ্গে হায়না থল্লে ॥৩॥ পৃথ্বীদেবী অসিনা মাগী মথক্তা তারিবা ভার ( মরম ) অসি থরা চন্থহন্বিয়ু হায়না ঈত্তংত্তবা ঐঙোন্দা য়াকংলি। মরমদি মথক্তা নল্লিবা অচচ্চব জীবশিংগী ভার অসিনা মহাক্ ঈশাকুম্নুংদা লুপখিগদৌরে ॥৪॥ ঐসু য়াম্না বিচার তৌরবনি। অদুবু মরাম্ অসিগী মাঙহন্নবগী উপায় অমত্তা উদবা অদুদা ঐ থঙহৌদনা শাউখিবনি ॥৫॥ মহাদেবনা হায়,— স্বর্গগী লাই পুম্নমকী লুপিংবা! সংহোয়গীদমক্তা শাউবিকম থোক্তে। পোক্পি শেম্বিরিবা প্রজাশিং অসিবু চান্বিয়ু। প্রজাশিং অসিগী মাঙ্নে-তাক্লবদি তৌবিগনু ॥৬॥ পৃথ্রী-লাংথোং, নাপী-শিংবী, হৈপাল-লৈপাল, উরী য়ারী, জীব পান্বা মথল্ মরি, হায়বদি কত্ত-

সা বিনিঃসৃত্য বৈ খেভ্যো দক্ষিণামাশ্রিতাং দিশম্। দদৃশাতে চ তাং কন্যাং দেবৌ বিশ্বেশ্বরাবুভৌ ॥১৭॥
তামাহুয় তদা দেবো লোকানামাদিরীশ্বরঃ। মৃত্যো ইতি মহীপাল জহি চেমাঃ প্রজা ইতি ॥১৮॥
ত্বং হি সংহারবুদ্ধ্যা মে চিন্তিতা রুষিতেন চ। তস্মাৎ সংহর সর্ব্বাস্ত্বং প্রজাঃ সজড়পণ্ডিতাঃ ॥১৯॥
অবিশেষেণ চৈবত্বং প্রজাঃ সংহরকামিনি। মম ত্বং হি নিয়োগেন শ্রেয়ঃ পরমবাপ্স্যসি ॥২০॥
এবমুক্তা তু সা দেবী মৃত্যুঃ কমলমালিনী। প্রদধ্যৌ দুঃখিতাবালা সাশ্রুপাতমতীব চ ॥২১॥
পাণিভ্যাং চৈব জগ্রাহ তান্যশ্রূণি জনেশ্বরঃ। মানবানাং হিতার্থায় যযাচে পুনরেব হ ॥২২॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি
শুকানুপ্রশ্নে দ্বিপঞ্চাশদধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ। ২৫২।

—:(০):—

মোল অহু অমুবগা অঙাঙবগা মচু অনীনি। মীৎ মঙুং মীৎপু অনীগু অহুগ। মথাথংবা মীৎপাল অহুমু মুশিন্ মুই। মাকোং অনীদা চিল্লিবা- য়াল্লিবা কুণ্ডল্ নাইন্ অনীহুদি পুম্লং লংনা থোইদোক্লা নীঙ-থিজৈ। শেংলি চারিবশিংহু অলৌকিবা ঙাকনি। লাইরৈবাক্কী ঙাক্ত ওইনা তৌই ॥১৬॥

মহাক্লা ব্রহ্মপ্রজাপতিগী ইন্দ্রিয়শিংগী ছিদ্র মথুল্) দগী থোরক্লগা মথা মায়গৈ পাঙ্না মমায় ওন্নুনা চৎলি। তৌরিবসি ব্রহ্মা-মহেশ্বর অনীনা উই ॥১৭॥ নিংথৌ! অহুদগীদি ভগবান্ ব্রহ্মানা কন্যা অহুদা—'মৃত্যু' অস্তুম্ হায়না কৌরকই। অহুগা মহোন্দা "নং প্রজাশিং অসিবু মরক মরক্তা মতম মহুমহুগী মঙুং ইমা হেক্ হেক্ লোইশিল্লু হাংলু" অস্তুমা ব্রহ্মানা হায়খি ॥১৮॥ অমুকস্ন হায়খি :— ঐনা প্রজাশিংসিবু শাউবদগী মাঙহল্লগে হায়না হেংংনরকপা মতমদা ঐনা নংগী অসিগুম্বা মূর্ত্তি অসিবু শীংশিংখি-খন্খি। অহুনা নহাক্লা অপণ্ড্ অশিং, মূর্খী অম্বাংগী থেমবা যেংদনা সংহার তৌ ॥১৯॥ ঈবেম্মা! নং, ঐনা হায়রিবা পীরিবা য়াথংসিগী মঙুং ইন্ন ঐনা শেম্মিবা পোকহল্লিবা প্রজাশিং অসিবু হেক্ হেক্ মাঙহন্দুনা লৈয়ু। অস্তুম তৌববদি নংগীসু য়াম্ন মঙ্গল ওইগনি ॥২০॥ ব্রহ্মানা হায়রিবা য়াসি তাবদা থম্বাল্ লৈমাগী পম্বেং শিরিবী মথোক কাররুবী মৃত্যুদেবীনা মমীতগী মপি শিন্থহনা, চিন্তা তৌদুনা চপ্ লেপ্লুনা ॥২১॥ মতম্ অহুদা ব্রহ্মাজীনা জগৎজীবশিংগী উপকারগীদমক, মথুং অনীনা, মুংশিংনা মাগী মীৎলুদগী তারকলিবা মপি অদু তৈথোক্ নাম্থোক্পিখি। মতম অহুদা মৃত্যুদেবীনা ব্রহ্মাদা অমুনা হায়জখি ॥২২॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতকী শ্লোক লিশিং-চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা
মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বদা শুকানুপ্রশ্নগী চনীগা য়াম্থনীথোইগী
অধ্যায় লোইরে ॥২৫২॥

———:(০):———

# মণিপুরী মহাভারত

( মৃত্যুদেবীগী তপস্যা )

## ত্রিপঞ্চাশদধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ ।

## চনীয়াহুমদোইশুবা অধ্যায় ।

——:():——

নারদ উবাচ ।

বিনীয় দুঃখমবলা সা ত্বাত্মন্যেবায়তেক্ষণা । উবাচ প্রাঞ্জলির্ভূত্বা লতেবাবর্জ্জিতা তদা ॥১॥
ত্বয়া সৃষ্টা কথং নারী যদৃশী বদতাং বর । রৌদ্রং কর্ম্মাভিজানন্তী সর্ব্বপ্রাণিভয়ঙ্করী ॥২॥
বিভেম্যহমধর্ম্মাদ্ধি ধর্ম্ম্যমাদিশ কর্ম্ম মে । ত্বং মাং ভীতামবেক্ষস্ব শিবেনেক্ষস্ব চক্ষুষা ॥৩॥
বালান্ বৃদ্ধান্ বয়স্থাংশ্চ ন হরেয়মনাগসঃ । প্রাণিনঃ প্রাণিনামীশ নমস্তেঽস্তু প্রসীদ মে ॥৪॥
প্রিয়ান্ পুত্রান্ বয়স্যাংশ্চ ভ্রাতৄন্ মাতৄঃ পিতৄনপি । অপধ্যাস্যন্তি যদ্দেব মৃতাংস্তেষাং বিভেম্যহম্ ॥৫॥
কৃপণাশ্রুপরিক্লেদো দহেন্মাং শাশ্বতীঃ সমাঃ । তেভ্যোঽহং বলবদ্ভীতা শরণং ত্বামুপাগতা ॥৬॥

নারদনা হায় :– নিংথৌ ! অদুগীতুংদা মীত্তা কোয়না ওনরবী নুপী মচাহুনা মশাগী অবাব লুংঙাইতবপুং থাদোক্নুনা কংশিন্ খুৎজিন্ হন্ রবী উরীগী মতো'শুম, য়য়নোল্লুক্রা কিনা মথুং অনি লোয়হুনা ব্রহ্মাগী মকম্‌দা অস্তুম্না হায়খি ॥ ॥ মাঙাও বহেবগী মহুৎদা অথো'বা বক্তা । অসিগুম্বা তম্ থিররবা কর্মবু নুপীমচা অমদা পাঙ্‌থোক্‌হন্‌গে হায়না হায়া থন্‌থিথিবা লৈরবদি নুপী ওইবগী থম্মোয়বু করিগীদমক্তা অসুপ্ থোৎনা শাবিরম্লিবনো ? ঐগুম্বী নুপীমচা অমনা, থরায়পান্‌বাখবিক মকম্‌দা মহা অকিবগী মশক্ ওইরবা তমথি-রবা থবকপু তৌগম্বী, তম্‌থিরবা থবক তৌগম্বী করম্না ওইগদৌরিবনো ? ॥২॥ ভগবন্ ! অধর্মগী থবকসি তৌব য়াম্না কিজে । ধর্মগী মরম্ ওইবা, মতক্ক ঐগী থৌদা পীনবিয়ু । কিবনা লৈব তম্‌ব্রৗ ঐঙো-ন্দা অমুক্ক হয় য়েংবিয়ু । মঙ্গল ওইগদবা থবক্তা য়েংশিনবিবা মীৎয়েংহুনা ঐঙোন্দসু অমুক্ক য়েংবিয়ু ॥৩॥ জীব পান্‌বা পুম্নমক্কী মপু ওইবা ! পোকপদগী ময়াম লৈজরবা ঙুপী অঙাংবু অহুগা অহল্ ওইরবা লাইরককশিংবুদি হাচ্চবা ঙম্লোই । মাসিগীদমক ঐনা হয়া হয়া হায়জরি । ঐগী ইরাল ঙাকপিয়ু ॥৪॥ নুংশিজরবা মচা মশু, মরূপ মপাং, মচীন্ মনাও, মমামপাশিংবু ঐনা হাংলকপা মতম্‌দা, মথোম্মী মরী লৈনবা, নুংশিনবা মীশিংনা ঐবু শাপ তৌগনি, মথুং য়ান্দুনা চৈগান, ঐগী অমঙ্গল ওইবা, কক্কবা থোক্ক-নবত থন্‌গমি । অহুনা ঐ, হায়রিবা, মীশিংহুবু য়াম্ন কিজে ॥৫॥ নাঁরবা, তৌকম্ শঙ্গবা, চারকব-শিংগী কান্নবগী ঈপাক্ত তাবব—তরবীশিংগী চাপকংদা থবাক্তা কায়ব-পিয়াং ঈচেয়া অতং অথম লৈডনা

যমস্য ভবনে দেব যাত্যন্তে পাপকর্ম্মিণঃ। প্রসাদয়ে ত্বাং বরদ প্রসাদং কুরু মে প্রভো ॥৭॥
এতমিচ্ছাম্যহং কামং ত্বত্তো লোকপিতামহ। ইচ্ছেয়ং ত্বৎপ্রসাদার্থং তপস্তপ্তুং মহেশ্বর ॥৮॥

পিতামহ উবাচ।

মৃত্যো সঙ্কল্পিতা মে ত্বং প্রজাসংহার হেতুনা। গচ্ছ সংহর সর্ব্বাস্ত্বং প্রজা মা চ বিচারয় ॥৯॥
এতদেবমবশ্যং হি ভবিতা নৈতদন্যথা। ক্রিয়তামনবদ্যাঙ্গি যথোক্তং মদ্বচোঽনঘে ॥১০॥
এবমুক্তা মহাবাহো মৃত্যুঃ পরপুরঞ্জয়। ন ব্যাজহার তস্থৌ চ প্রহ্বা ভগবদুন্মুখী ॥১১॥
পুনঃ পুনরথোক্তা সা গতসত্ত্বেব ভামিনি। তূষ্ণীমাসীৎ ততো দেবো দেবানামীশ্বরেশ্বরঃ ॥১২॥
প্রসসাদ কিল ব্রহ্মা স্বয়মেবাত্মনাত্মনি। স্ময়মানশ্চ লোকেশ লোকান্ সর্ব্বান্ ব্যৈক্ষত ॥১৩॥
নিবৃত্তরোষে তস্মিংস্তু ভগবত্যপরাজিতে। সা কন্যাপি জগামাস্য সমীপাদিতি নঃ শ্রুতম্ ॥১৪॥

---

শিন্থরকনি। অদুগুম্বা পিগী দৃশ্য অমদি ঈংদেল্শিং অতুনা ঐগী থম্মোয়বু মতম্ কুইনা চাকৃতনগনি। মাতু থজবগা ঐ য়াম্ন কিজরে। অতুনা, পিতামহ! মসি তৌগনবিনু হায়তুনা চরণদা চঙজরি ॥৬॥ বর পীনহৈবা! থৌজাল হৈবা। পাপ চারী ওইবা মীশিংবুদি যমরাজগী কৈথুমশঙদা থাজিল্লি হায়॥ অতুনা, ঐগী থম্মোয়দা অয়াবা খুদোংথীবশিং অসি থোকৃতনবা পীনবিয়ু। অতুগীদমক্তা পিতামহদা চঙজরি ॥৭॥

হে লোকপিতামহ। হে মহেশ্বর! হে বর পী-হৈবা! ঐগী থম্মোয়দা অমদি পুক্নীংদা লৈজরিবা অপাম্বা অসিমতং থুংহনবিয়ু শুক্রব চৌওনুংদা, চৌরুবা উমংরামং চত্তুনা লাইনীংজগগে, তপস্যা তৌতুনা লৈজগগে। ঐনা নীংজরিবসি থুংহনবিয়ু ॥৮॥ মৃত্যুদেবীগী য়াসি তাবগা ব্রহ্মপ্রজাপতিনা মৃত্যুদেবীদা অসুম্না হায়রকই:—হে মৃত্যুদেবী! প্রজাশিং অসিবু সংহারনীদমক ঐনা নহাকপু মূর্ত্তি নাইনা চোংথোক্হনখিবনি। নংগী মূর্ত্তি অসি, হায়রিবা থবক্ অসিগীদমক ঐনা শেমখিবনি। চৎলো মথা তাগনু, প্রজা পুম্নমক অসি সংহার তৌরু ॥৯॥ ঐনা হায়রিবা অসি শাদদনা ওইদ্রগদবনি, হাংব য়ায়রোইদৌবনি। হকচাং কায়াৎ পুম্বা রাজন ফজরবী! ঐগী য়াথংসে নত্তুনা পোয়না ভাকৃকদবনি। থবক্ অসি তৌবদা নংগী কিনিঙাই করিমত লৈতে। মাসিগীদমক নংদা করিগুম্বা পাপ অমত লৈরোইদে। মাতুগীদমক্তি অকিবা চিংনবম্ করিমত লৈতে ॥১০॥

অকনবা! য়েক্কবগী মথক্তা পাক্কল হেক্তুম্বা! লাল্তম্বা! ব্রহ্ম প্রজাপতিনা অসুম্না হায়রবদা মৃত্যু কৌবীসি মখুৎ লোয়তুনা য়া করিমত ভাকদনা তু মম্না লেপ্তুনা লৈরে। হোয়রনি-মায়নি হায়বা করিমত হায়দ্রে ॥১১॥ ব্রহ্মানা অসুম হয় হয় কয় কয় হায়জিল্লকপতুদা থয়ম য়াওদবা হকচাংগুম্না তুমিন্না লেপ্তুনা চপ্ লেপ্তুনা লৈখি। য়ানিংবা য়ানিংদবগী য়া মচেৎ অমকাওবা হায়দোকখিদ্রে। মতম অদুদা দেবতাশিংগীসু দেবতা ওইবা, ঈশ্বরশিংগীসু ঈশ্বর ওইবা, লোক পুম্বা শেমগুম্বা ব্রহ্মানা মাগী মতৌতু উবদা মহুৎ মহুৎদা খোইদোক্না পেনখ্রে। নোকৃনি নোকৃনি তৌতুনা লোক পুম্বদা অসুম য়েংতকৃই ॥১২—১৩॥ অমনা নেমহনা তক্কত্রবা ভগবান্ ব্রহ্মাগী অশাউবততনা নেমথত্রবদা মৃত্যু কৌবী হুপী মচা অদুসু মফম অদুদগী তুমিন্না চৎখি অসুম হায়না মথং মথং হায়নরকৃপা য়াবীসি ঐথোয়না তায় ॥১৪॥

অপক্রম্য প্রতিশ্রুত্য প্রজাসংহরণং তদা । জপমানৈব রাজেন্দ্র মৃত্যুর্ধেনুকমভ্যগাৎ ॥১৫॥
সা তত্র পরমং দেবী তপোঽচরৎ সুদুশ্চরম্ সদা হ্যেকপদে তস্থৌ দশ পদ্মানি পঞ্চ চ ॥১৬॥
তাং তথা কুর্বতীং তত্র তপঃ পরমদুশ্চরম্ । পুনরেব মহাতেজা ব্রহ্মা বচনমব্রবীৎ ॥১৭॥
কুরুষ্ব মে বচো মৃত্যো তদনাদৃত্য সত্বরা । তথৈবৈকপদে তাত পুনরন্যানি সপ্ত সা ॥১৮॥
তস্থৌ পদ্মানি ষট্ চৈব পঞ্চ দ্বে চৈব মানদ । ভূয়ঃ পদ্মাযুতং তাতং মৃগৈঃ সহ চচার সা ॥১৯॥
দ্বে চাযুতে নরশ্রেষ্ঠ বায়্বাহারা মহামতে । পুনরেব ততো রাজন্ মৌনমতিষ্ঠদুত্তমম্ ॥২০॥
অপ্সু বর্ষসহস্রাণি সপ্ত চৈকং চ পার্থিব । ততো জগাম সা কন্যা কৌশিকীং নৃপ সত্তম ॥২১॥
তত্র বায়ুজলাহারা চচার নিয়মং পুনঃ । ততো যযৌ মহাভাগা গঙ্গাং মেরুঞ্চ কেবলম্ ॥২২॥
তস্থৌ দারুবন্নিশ্চেষ্টা প্রজানাং হিতকাম্যয়া । ততো হিমবতো মূর্ধ্নি যত্র দেবাঃ সমীজিরে ॥২২॥
তত্রাঙ্গুষ্ঠেন রাজেন্দ্র নিখর্বপরমং ততঃ । তস্থৌ পিতামহং চৈব তোষয়ামাস যত্নতঃ ॥২৩॥
ততস্তামব্রবীৎ তত্র লোকানাং প্রভবাপ্যয়ঃ । কিমিদং বর্ত্ততে পুত্রি ক্রিয়তাং মম তদ্বচঃ ॥২৫॥

মতম্ অদুদা প্রজাশিং অদুগী সংহারগী মরমদি য়াব য়াদবগী রা কয়িমত্তা হায়রমদনা, মফম অদুদগী মৃত্যু কৌবীহু তুমিন্ন চংখি। হাথু হাথু অয়ুম্ চংখিবাসনা ধেণুকাশ্রম কৌবা মফম্ অদুদা থুংখি ॥১৫॥ মফম্ অদুদা অমন। তৌওম্দ্রবা অকন্বা তপস্যা তৌদুনা লৈখি চহী পদ্ম তরামত্তা চুপ্পা খোঙ্ নাম-তনা লেপ্তুনা তপস্যা তৌখি ॥১৬॥ অদুম্ তপস্যা তৌদুনা লৈরিঙৈদা নোংমা অমুক্ ব্রহ্মানা মাগী মনাক্তা লাকুনা অয়ুম্না হায়রম্খি ॥১৭॥ "মৃত্যুদেবী ! নংঐগী য়াথং অসি ত্তাকউ। ঐগী য়াবু থৌওইদবা তৌগনু।" মাহু তাবফাওবদ তুমিন, রা ত্তাতদনা অতোপ্পা চহী পদ্ম তরেৎ অমমুক্ তপস্যা তৌদুনা লৈখি ॥১৮॥ অদুগী তুংদা চহী পদ্ম তরুক অমমুক, অদুগী তুংদা চহী পদ্ম তরা অমুক্ তপস্যা তৌথদুনা লৈখি। অদুদগী অমুক চহী পদ্ম লিশিং তরা, শজী শত্তাহাশিংগা লোয়ননা কোয়চং চত্তুনা লৈখি ॥১৯॥ চহী অযুত অনী চুপ্পা নুংশিৎত্তা চানা লৈখি অদুদগী অমুক ঈচা চাদনা তুমম্মা লৈখি ॥২০॥

অদুগীতুংদা মৃত্যুদেবী অসি তুমিন্ন অমুক্ লৈঙিদুনা অকন্বা তপস্যা তৌখি নিংথৌ ! অদুগী তুংদা মহাক্না ঈশিং, মখুংদা চহীলিশিং নিপান চুপ্পা তপস্যা তৌখি। অদুদগী মহক্ কৌশিকী তুরেল্ মপান্ তায় চংখি ॥২১॥ মফম্ অদুদা মহাক্না ঈশিংগা নুংশিৎতগা শীজনদুনা অকন্বা তপস্যা তৌখি। অদুগীতুংদা ব্রাহ্মণদুনা গঙ্গাগী মপান্ মপান্দা চংখিদুনা মেরুচীংথক্ য়ৌখি ॥২২॥ প্রজাশিংবু (ব্রহ্মানা শেম্বিবা অচচন্তজীবশিংবু) নুংশিবিবদগী মথোয়গী কান্নবগীদমক মফম্ অদুদা উতুপত্তাবত্তম্ তুমিন্না ধ্যান তৌদুনা লৈখি। অদুদগী দেবতাশিংনা যজ্ঞ তৌরিবা হিমবান্ চীংদোন্দা কাখি ॥২৩॥ নিংথৌ ! মফম অদুদা খোঙ্বী মতোঙদা লেপ্তুনা চহী নিখর্ব অম ধ্যান তৌখি। মফম্ অদুদা মহাক্না তৌখিবা তপ-স্যা অদুনা ভগবান্ ব্রহ্মপ্রজাপতিবু পেল্হনখি ॥২৪॥ লোক্ পুম্নমক্পু শেম্বিবা লৌশিনবা ব্রহ্মানা মফম্ অদুদা লাকুনা মৃত্যু কৌবী কন্যা অদুদা অয়ুম্না হায়রে —ইবেম্মা ! মহাক্না তৌরিবসি করিনো ? নং ঐনা হায়বা অসি ইল্লু ॥২৫॥

ততোঽব্রবীৎ পুনর্ব্রহ্মা তপস্যন্তং পিতামহম্। ন হরেয়ং প্রজাদেব পুনশ্চাহং প্রসাদয়ে ॥২৬॥
তাম ধর্মভয়াৎ ভীতাং পুনরেব প্রযাচতীম্। তদাব্রবীৎ দেবদেবো নিগৃহ্যেদং বচস্ততঃ ॥২৭॥
অধর্মো নাস্তি তে মৃত্যো সংহরন্তীমাঃ প্রজাঃ শুভে। ময়া হ্যুক্তং মৃষা ভদ্রে ভবিতা নেহ কিঞ্চন ॥২৮॥
ধর্মঃ সনাতনশ্চ ত্বামিহৈবানুপ্রবেক্ষ্যতি। অহং চ বিবুধাশ্চৈব ত্বদ্ধিতে নিরতাঃ সদা ॥২৯॥
ইমমন্যং চ তে কামং দদানি মনসেপ্সিতম্। ন ত্বাং দোষেণ যাস্যন্তি ব্যাধিসম্পীড়িতাঃ প্রজাঃ ॥৩০॥
পুরুষেষু স্বরূপেণ পুরুষত্বং ভবিষ্যসি। স্ত্রীষু স্ত্রীরূপিণী চৈব তৃতীয়েষু নপুংসকম্ ॥৩১॥
সৈবমুক্তা মহারাজ কৃতাঞ্জলিরুবাচ হ। পুনরেব মহাত্মানং নেতি দেবেশমব্যয়ম ॥৩২॥
তামব্রবীৎ তদা দেবঃ মৃত্যো সংহর মানবান্। অধর্মস্তে ন ভবিতা তথা ধ্যাস্যাম্যহং শুভে ॥৩৩॥
যানশ্রুবিন্দূন্ পতিতানপশ্যং যে পাণিনা ধারিতাস্তে পুরস্তাৎ। তে ব্যাধয়ো মানবান্ ঘোররূপাঃ প্রাপ্তেকালে কালয়িষ্যন্তি মৃত্যো ॥৩৪
সর্বেষাং ত্বং প্রাণিনামন্তকালে কামক্রোধৌ সহিতৌ যে জয়েথাঃ। এবং ধর্মস্ত্বমুপৈষ্যস্যমেযো ন চাধর্মং লপ্স্যসে তুল্যবৃত্তিঃ ॥৩৫

---

মাদু তাবদা মৃত্যুনা ভগবান্ ব্রহ্মাদা অসুম্না হায়খি —দেব ! মাদু অমুক্ হয় তাকৃপিগনু। ঐ নহাক্কী খুৎশেম্ জীবশিং অসিবু সংহার তৌবগী থবক্ অসি পুবা ওম্জরোই। অদুনা মহাক্না পেন-বিজ্রিফাওবা নংগী পেন্নবব তপস্যা তৌজখিনি ॥২৬॥ অধর্মবু কিবদগী অমুরক্ হায়জরী অমুক হন্ন তপস্যা তৌবী মৃত্যু কৌবী মহাক্কী তপস্যা অদুবু থিংদুনা ব্রহ্মানা মঙোন্দ অসুম্না অমুক হায়খি ॥২৭॥ হে মৃত্যুদেবী ! প্রজাশিংসে নংনা অমুমুক্ লৌথিল্লু মাঙ্হল্লু। মসিদা নংগী পাপ দোষ করিমত লৈরোই। মাসি অধর্মগী থবক্ নত্তে। ঐনা থক মীশম্ব ঙাঙ্বা হৌনদে। মাসিদা নহাক পাপ করিমত পুরোই ॥২৮॥ সনাতন ওইবা লেঙ্দ্রবা ধর্মসে মৃত্যু নহাক্কী হকচাং মুংদা চঙ্দুনা লৈখিগনি। অদুগা ঐ ইশামক দেবতা পুম্নমক্ নংগী কান্নবত তৌদুনা লৈগনি ॥২৯॥ অদুগীসু মথক্ত নংনা অপাম্বা পোৎশক্ অদুম্ব পোম্নদনা পীগনি। প্রজাশিং অসে ব্যাধি-রোগনা পীড়িত ওইরবা, অরাবা পীরবামক্তনি। অদুনা মৃত্যু নহাক্কী দোষ-পাপ করিমত লৈরোই ৩ ॥

ঐনা নঙোন্দা নংনা বর অম পীরি ঃ—মশাদা লায়না লৈরবা রোগীশিংনা দোষদৃষ্টি ( রাগৌব শাউ-বগী মীৎয়েং ) থক থম্লোই। নংদি 'নপাদা নিপা মশক লৌদ্দা লৈগনি। নুপীগী হকচাংদা নুপী ওইদুনা লৈগনি। নপুংসকতা নপুংসক ওইদুনা লৈগনি ॥৩১॥ মহারাজ ! ব্রহ্মানা অসুম্না হায়রিরবদা মৃত্যুদেবী খুৎ জোম্নদুনা অমাঙ্ অতা সৈত্রবা ব্রহ্মাগী মকমদা অসুম্না হায়খি ঃ—পিতামহ ! ঐ নংগী খুৎশেম্ জীব পান্বশিং অসিবু থক্ হাৎলোই ॥৩২॥ মতম্ অদুদা ব্রহ্মানা হায়রকই—মৃত্যুদেবী ! নং তাইবংমীবু সংহার তৌ, পাপ পুরাই, ঐনা হায়রি। নীংথজবা ! ঐ নংগী শুভ মঙ্গল ওংবদা থন্দনা লৈগনি ॥৩৩॥ মৃত্যুদেবী ! ঐনা নংবু অচচ্চন্ত পুম্বনু হাৎনু-সংহার তৌ হায়রবদা নংগী মীত্তগী তারকপা মিঙ্গুরকপা পিগী থরাশিং অদুবু খুংনা যাখি। তাখিব পিশিং অদুনা অকিবগী মশক্ ফংবা রোগ ওইদুনা তাইবংমীবু কাল ( অরোইবা মতম্ ) গী থংজত্তা থাদখিগনি ॥৩৪॥ জীব পুম্নমক্কী অন্তকালদা নহাক্না কামক্রোধ অনীবু নংনা নংগী থবক্তা শীজিন্নৌ, মতম্ অদুদা নহাক প্রমাণ লৈতনা, চাংজৌ নাইদবা ধর্মবু

এবং ধর্ম্মপালয়িষ্যসি ত্বং ন চাত্মানং মজ্জয়িষ্যস্যধর্ম্মে। তস্মাৎ কামং রোচয়াভ্যাগতং ত্বং সংযোজ্যার্থে সংহরস্বেহ জন্তূন্ ॥৩৬
সা বৈ তদা মৃত্যুসংজ্ঞাপদেশা ভীতা শাপাৎ বাঢ়মিত্যব্রবীত্তম্। অথো প্রাণান্ প্রাণিনামন্তকালে কামক্রোধৌ প্রাপ্যনির্মোহয়ন্তি ॥৩
মৃত্যোর্যে তে ব্যাধয়শ্চাশ্রুপাতঃ মনুষ্যাণাং রুজ্যতে শরীরম্। সর্ব্বেষ বৈ প্রাণিনাম্প্রাণনাশে তস্মাচ্ছোকং মা কৃথা বুদ্ধ্যবুদ্ধ্যা ॥৩৮॥
সর্ব্বে দেবাঃ প্রাণিনাম্প্রাণনাশেগত্বাবৃত্তা সংনিবৃত্তাস্তথৈব। এবং সর্ব্বে মানবাঃ প্রাণনাশেগত্ব কর্ম্মবৃত্ত্যা বোবং রাজসিংহ ॥৩৯॥
বায়ুর্ভীমো ভীমনাদো মহৌজাঃ সর্ব্বেষাং প্রাণিনাং প্রাণভূতঃ। নানাবৃত্তির্দেহিনাং দেহভেদে তস্মাৎ বায়ুর্দেবদেবো বিশিষ্টঃ ॥৪০॥

---

ফংগনি, ধর্ম তৌবগী মহৈ ফংগনি। নত্তোন্দা পাপকী শরুক্ করিমত চঙলোই, চঙবা ওমলোই। মনুমদি নংগী থম্মোয়দা কলঙ্ক য়েংথিবা, মীচঙ্ মীথায় নাইনা করিমত লৈতে ॥৩৫॥

মতৌ অসুম্না নহাক ধর্মবু পালন তৌদুনা, ধর্মগী অনুষ্ঠান তৌদুনা লৈয়ু। নহাক নশানা নশাবু পাপকী থবক্তা, পাপকী য়াথন্দা থক্ লূপ্লোই। মরম অদুনা নংগী অধিকারদ লাক্লিবা নথৌ অমদি ধর্ম অসিবু হয়াউ হয়াউনা স্বীকার তৌ, নশানা হৈনিংবা লৌ। নংদি নামাত্তনি, কামক্রোধ হায়বদুনা মরাইনা হাৎচগনি * ॥৩৬॥ অদুগী তুংদা মৃত্যু কৌবী নুপী অসি শাপ তৌরকপা তাবে হায়না কিবদগী ব্রহ্মাদা অসুম্না হায়রকই—"ফরে য়াজরে। য়াথং ভাকচরগে, তাক্পবা মতুং ইন্না তৌজরগে,"। অদুগী তুংদা মৃত্যু হায়বী অসিন জীবপানবা পুম্নমকী অন্তকালনা লাকপা মতমদুদা কাম ক্রোধ অনীবু থাজিন্দুনা, মখোয় অনীসিনা অজ্ঞান ওইনা তাদুনা লৈহল্লবা জীববু, মাগী থয়াত্তা থাঙ্গে ॥৩৭॥ অহান্বদা মৃতুদেবীগী মমীত্তগী তাখিবা পিশিং অদুনা তাইবং মীগী মশাদা তোঙাঙ্ তোঙানবা য়োগ ওইখি। লায়নাশিং অদুনা মরম ওইদুনা শিরমদাই য়ৌরক্লবা মতম্ অতত্তদা মৃত্যুদেবীনা য়াগী অদুগী মনাক্ত লাকই। অদুনা নিংথৌ। নহাক্ নগাদুগীদমক্ত য়াবসি তোকলো। নিংথৌ। ঐনা নংগী নকমদা লীয়বা বিষয়শিং অসি মশাগী কূপ্লবা বুদ্ধিনা চনীং তানা থল্লু ॥৩৮

নিংথৌ। ইন্দ্রিয়শিং আসনা জাগৎ অবস্থাদা লৈরম্বদগী মমৈথংদা সুষুপ্ত অবস্থাদা য়ৌরকপা মতমদা করিমত তৌদনা তুমিন্না লুপাখি। অদুদগী জাগ্রৎ ( মীকপথোকপা ) অবস্থান অমুক লাকপা মতমদা ইন্দ্রিয়শিং অসি হায়গী মাগী মাগী মকম ( বিষয় ) দা হজিল্লকই মতৌ অদুঙুম্না থরায় পানবা পুম্নমক জীবনগী অরোয়বদা, পরলোকত চংখিদুনা মর্ত্তালোকত তৌরম্বা কর্ম-কর্মদুগী মতুং ইন্না দেবতাশিংগা চপ মান্নকই। নত্রগা নরকত চংখি। কর্মগী মহৈশিং অদু স্বর্গদা সুংঙাইনা ভোগ তৌরুবগা চারুরগা কর্মশিং অদুনা পুম্লোই হেক্ লোইখিবদা অমুক হন্না মর্ত্ত্যলোক অসিদা হল্লক্লুনা জীব অদুনা তাইবং মীনচিংবা অতৈ অতৈ শা উচেক শিংগী দেহদা চঙঙক্লুনা কোক্লৈ ॥৩৯॥ অকিবা ফংনা শব্দ ( খোঞ্জেল ) পীডম্বা, মপাঙ্গল থোইদোক্লা

---

* অচচচত্ত জীব পানবশিংনা শিব হায়দুনা শিরিবসি, "মৃত্যু" কৌবী লাইরেম্বীদুনা হাৎপা অমত্তা নত্তে। "মৃত্যু" হায়বদি "শিবা" হায়বত্তনি। শিবা হায়বদুনা শিহন্বা-হাৎপা নত্তে। "চাবা" হায়বদুনা চাবা নত্তে, "য়েংবা" হায়বদুনা য়েংবা নত্তে। য়েংলিবা মীদুনা য়েংবা হায়বা থবক অদু তৌবত্তনি। মী অদুদি "য়েংবা" হায়বদু কৌদে। গোপাল, শ্যামনচিংবা কৌই। তাইবংমীবু শিহল্লিবসি কাম ক্রোধনচিংবা ত্তাক্তনি। মখোয়না মৃত্যুবু থোকহল্লি হায়বত্তনি। মৃত্যুনত্তা হাৎপ নত্তে। ( কালাচাঁদ )

সর্ব্বে দেবা মর্ত্ত্যসংজ্ঞাবিশিষ্টাঃ সর্ব্বেমর্ত্ত্যাদেবসংজ্ঞাবিশিষ্টাঃ। তস্মাৎ পুত্রং মাশুচো রাজসিংহ পুত্রং স্বর্গং প্রাপ্যতে মোদতেহ ॥৪১

এবং মৃত্যুর্দেবসৃষ্টা প্রজানাং প্রাপ্তেকালে সংহরন্তী যথাবৎ। তস্যাশ্চৈব ব্যাধয়স্তেহশ্রুপাতাঃ প্রাপ্তেকালে সংহরন্তীহ জন্তূন্ ॥৪২

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি

শুকানুপ্রশ্নে ত্রিপঞ্চাশদধিকদ্বিশততমোহধ্যায়ঃ ॥ ২৫৩ ॥

—:0:—

কল্লবা, অকিবগী মশক্ ফংলবা প্রাণ বায়ু অসিতমা থরায়পান্‌বা পুন্নমক্তী থরায়নি। দেহসিবু পুম্নিবা দেহধারীশিংহুগী দেহ (হকচাং) অসি হেক্ মাঙখিবা-তুমখিবদা, দেহধারী অহু অমুক তোঙাল্ তোঙানবা মওং মমিংগী দেহশিংদা চঙ্ চঙ্‌হুনা পোকলুই। অহুনা, হকচাংসিগী মনুংদা দেবগীসু দেব ওইবা প্রাণবায়ুতনা অথোইবনি ॥৪০॥ স্বর্গগী দেবতা পুন্নমকসু মাগী মাগী পুণ্যকর্ম্মগী মহৈশিং অহু চাবা হেক্ লোইবগা মর্ত্ত্যতোক অসিদা অমুক লাকখিবনা অমরত্ব কৌবা ধর্ম অহু থাদোক্তুনা মরনধর্মদা দীক্ষা লৌরে। অহুগা অমুক হন্না, পুর্ণ্যকর্ম্মগী মহৈনা স্বর্গদা চৎখিহুনা 'অমর" (লাই) ওইবগী ধর্ম অহু ফংখি হায়বদি, অমর ত্তবু ফংখি * নিংথৌ। শিগ্রিব নচাগী রাবদো তোক্লে। নিংথৌ! নহাক্তী নচাদো হৌজিক স্বর্গগী রাজভোগ ফংহুনা নুংঙাইনা লৈহৌরি ॥১॥ মতৌ অসুম্না ব্রহ্মানা অচচত্ত জীব পান্‌বা পুন্নমক্তী মৃত্যু হায়বসিগী সৃষ্টি তৌখি। চপচাবা অরোইবা মতম্ (অন্তিমকাল-অন্তকাল) হায়বহুনা হেক্কলকপদা, পুংকম্ খেন্‌কম্ মীকুপ অমত হোনদনা মৃত্যু হায়বহুনা লাকপনি। মাগী মীত্তগী তাখিবা পি মরীকশিং অহুনা রোগ মথল মথল ওইনা পেক্তুনা মখোয়হুনা মৃত্যুগী চপ্ চানা লাকনবগী সুবিধ হু পী। অসুম তৌহুনা মৃত্যুনা নামাত ওইনা জীবসু সংহার তৌবনি ॥৪২॥

মখম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা

শান্তিপর্ব্বদা মোক্ষধর্মপর্ব্বদা শুকানুপ্রশ্নগী চনীরাহৈহুমদোইগুবা

অধ্যায় লোইরে ॥২৫৩॥

—:0:—

* কৌজিক্ হায়রিবসিগী অশঙ্বা রাদি জীবাত্মা অসিনা অমরত্বধর্ম অমুক্ লৌগ, অহুগা মরত্ব ধর্ম অমুক্ লৌই হায়রবনি। অশিবা হকচাংদা জীব অসিনা মরত্বধর্ম লৌহুনা লৈবগনি অহিংবা হকচাংদা অমরত্ব ধর্মবু, হায়বদি শিগ্রি-শিদে হায়বা ধর্মত্তবু লৌহুনা লৈরিবনি। মাসিবু কাওদোক্তুনা—মতাং অসিদা মূলদা ইরি ঃ—পুণ্য কর্মগী মহৈ অহু গাবা লোয়রগা স্বর্গদগী হায়বদি অমরলোকতগী মর্ত্তালোকতা হায়বদি অশিবগী লোকতা অমুক কুমথরকৃই। মতৌ অসুম্না জীব হায়বসিনা দেহ অমদগী দেহ অমদা চোংথোক্ চোংশিন্, তেংহুনা শাররি। মহাক্না ওইংক্ থাদোকলম্ব হকচাংহুব্‌না অশিবা হকচাং হায়না থঙনহল্লি। শিরে হায়রিবা হকচাংহুদা মহাক্ অমুক খুনক্ত লাক্লবদি অহিংবা হকচাং অমুক কৌনহল্লি। মাদি হিংহুনা ত্তাক্ লৈবনিনা "শিব" হায়বসু লাল্লি 'শিদবা" কৌবসু লাল্লি। (কালাচাঁদ)

# মণিপুরী মহাভারত

## ধর্ম্ম অধর্ম্মগী মওং লেপ্পনবগী মতাং)

## চতুষ্পঞ্চাশদধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ

## চনীফুমরিশুবা অধ্যায়

— —(*)——

যুধিষ্ঠির উবাচ।

ইমে বৈ মানবাঃ সর্বে ধর্ম্মং বিশঙ্কিতাঃ। কোঽয়ং ধর্ম্মঃ কুতো ধর্ম্মস্তন্মে ব্রূহি পিতামহ ॥১॥

ধর্ম্মস্ত্বয়মিহার্থঃ কিমমুত্রার্থোঽপি বা ভবেৎ। উভয়ার্থো হি বা ধর্ম্মস্তন্মে ব্রূহি পিতামহ ॥২॥

ভীষ্ম উবাচ।

সদাচারঃ স্মৃতির্বেদাস্ত্রিবিধং ধর্ম্মলক্ষণম্। চতুর্থমর্থমিত্যাহুঃ কবয়ো ধর্ম্মলক্ষণম্ ॥৩॥

অপি হ্যুক্তানি ধর্ম্মাণি ব্যবস্যন্ত্যুত্তরাবরে। লোকযাত্রার্থমেবেহ ধর্ম্মস্য নিয়মঃ কৃতঃ ॥৪॥

উভয়ত্র সুখোদর্ক ইহ চৈব পরত্র চ। অলব্ধ্বা নিপুণং ধর্ম্মং পাপঃ পাপেন যুজ্যতে ॥৫॥

যুধিষ্ঠিরনা হায় ঃ—পিতামহ! ঈবুধৌ! মহাজ্ঞানী! সংসারদা লৈরিবা মী খুদিংমক ধর্ম হায়বসিগী মরমদা চিংনবা তাক্তনি। অহনা ঐনা খওজনীংবদি ধর্ম হায়বাস করিনো? কদাইদগী কয়ম্না থোরক্লিবনো?—অসিনি ॥১॥ ঈবুধৌ! হন্দকী মপোক্ আসদা মুংঙাংবা হায়বহুবু ফংননবা তৌনরিবা কর্মসিবুরা! নত্রগা হয়েংমুকী মপোক্তা ফংঙনবা তৌনরিবা কর্মহুবুরা—ধর্ম হায়রিবসে? নত্রগা ইহলোক পরলোক অনীমক্ত মুংঙাহনবা তৌনরিবা কর্মহুবুরা? মাসি নশূদা তাকপিয়ু ॥২॥

ভীষ্মনা হায়ঃ যুধিষ্ঠির! বেদ, স্মৃতি সদাধার অহুম্ অসি, ধর্মগী চপ্ চাবা মওংগী লক্ষণবু তাক্লনবা খুংলায়নি। কনা কনাগুম্বা অশিংবা বিদ্বান্ ওইবা খরনদি অর্থ (সম্পত্তি) বুস্ত ধর্মগী মরিওবা লক্ষণ তাক্লনবা খুংলায়নি হায় ॥৩॥ শাস্ত্রশিংদা ধর্মগী অনুকূল ওইবা, হায়বদি ধর্মগা চুনবা ধর্মগী মতুং ইন্বা তাক্লিবা ধর্মমখৈবু খরবুনা প্রধান ওইনা খরবুনা অপ্রধান্ ওইনা লৌনৈ। হায়বদি শাস্ত্রশিংদা তৌ হায়না তাক্লিবা কর্মশিং অসি খরনা ধর্মগ য়াম্ন মরী লৈনবা অহুগা খরনা ধর্মগা অহুক্ য়ান্ন কন্না মরী লৈনদবা ওইনা লৌনৈ। তাইবং মীওহবগী জীবিকাগীদমকস্থ মহর্ষিশিংনা শাস্ত্রশিং অসিদা ধর্মগী মর্য্যাদা তাক্ল নিয়ম্ বিধি ময়াম্ অসি ইরম্বনি। ॥৪॥ ধর্মগী নিয়মবু চোকশিন্ন তাক্ল চংলবদি খর লৈবা পরলোক-ইহলোক অনীমক্কী মুংঙাইবহু মরাকৃই। পাপীশিংনা বিচার তৌনা, চোকশিন্না ধর্মগী আশ্রয়দা লৈতবনা, পাপকী থবকৃতদা পুক্নীং চঙহনা লৈবনা অরাবগী অরাবমক্তা ফংহনা মপুন্ শি লেপ্লি ॥৫॥

ন চ পাপকৃতঃ পাপান্মুচ্যন্তে কেচিদাপদি। অপাপবাদী ভবতি যদা ভবতি ধর্মকৃৎ ॥
ধর্মস্তু নিষ্ঠা স্বাচার স্তবেবাশ্রিত্য ভোৎস্যসে ॥৬॥
যথা ধর্মসমাবিষ্টো ধনং গৃহ্লাতি তস্করঃ। যদতে নিহরন্ স্তেনঃ পরবিত্তস্য রাজকে ॥৭॥
যদাস্য তস্করস্ত্যন্যে তদা রাজানমিচ্ছতি। তদা তেষাং স্পৃহয়তে যে বৈ তুষ্টাঃ স্বকৈ ধনৈঃ ॥৮॥
অভীতঃ শুচিরভ্যেতি রাজদ্বারম্ শঙ্কিতঃ। ন হি দুশ্চরিতং কিঞ্চিদাত্মনোঽন্যেষু পশ্যতি ॥৯॥
সত্যস্য বচনং সাধু ন সত্যাৎ বিদ্যতে পরম্। সত্যেন বিধৃতং সর্বং সত্যে প্রতিষ্ঠিতম্ ॥১০॥

পাপীশিংদি আপত্তিগী মতম্‌দা অন্নাবা খুদোংথীবা কয়া ক'ঙ্‌ববস্তু, মাহুনা মাগী পাপ অহু থক্ কোক্‌থিগদবা নত্তে। ধর্মগী মতুং ইন্না থবক্ তৌবা ধর্মাত্মা-ওইবা মীশিংদি অন্নাব খুদোংথীবা মতমদস্তু ধর্মগী আশ্রয়তদা লৈ। অধর্ম ওইবা উপায় অমনা অন্নাবা খুদোংথীবত্তুগী নাম্বোকপা য়াগনি হায়রবস্তু, ধর্ম চেনবা মীদি অন্নাবা খুদোংথীবত্তুদা তাহুনা অহুম্ লৈজগে হায়। ধর্মথোক্তবা মীনস্বা উপায়না নাম্বোকপা য়াগদৌবা লৈরবস্তু, ধর্মাত্মা ওইবশিংনা মাহু পামদে। অচার বিচাব য়াম্ন তৌবা, লমচৎ শাজৎ য়াম্না ফজবা, অশেং অমাং য়াম্ন থায়বা অসিস্তু ধর্ম হায়বত্তুগী আধার ( ভ ংনকম্ ) নি। মরম অহুনা, যুধিষ্ঠির ! অচুম্বা অশেংবা আচাব বিচারগী আশ্রয়দা লৈহুনা ধর্মগী স্বরূপপু লায়না খঙ্‌বা ভমগনি ॥৬॥ কনা কনাগুম্বা হুরানবনা মযুমদা ধর্ম কর্মগী অনুষ্ঠান য়াম্ন তৌরবস্তু মীগী মপোক্তি হুরান্‌বা অহুম মচৎলি। নিংথৌ পাল্কবত্তম্ লৈবা লৈবাক্তা হুরান্‌বা লট্‌ তৌবা মীশিংনা মীগী মপোৎ মরম্না, ধর্ম কায়না তাম্নকপা শেল্‌ অহুনা মাগী মাগী পৃরিবারগা য়াম্ন ঈনুংকুংঙাইনা লৈবা যাওরি ॥৭॥ অহুবু, অহুঘওইবা হুরানবা মী অহুদগী অত্তোপ্পা হুরানবা অমনা মাগী হুরানপোৎ অহুবু হুবিথবদি ভসাইগী অচান্‌বা পোৎ মপু হুরানবহুনা ঐগী পোৎ নিপা অসিনা হুরান্‌খ্রে হায়না নিংথৌদা রাকংলরি। হুরান্‌ববু দণ্ডি পীননবা, প্রজাশিংগী মরল্‌ মথুম্ ভাক্তনবা নিংথৌ অমগী প্রয়োজন ( দরকার ) দি হুরান্‌বা অমগী মকমদস্তু অহুমমরে। হায়রবদি মহাকমকস্তু ধর্মাত্মা ওইবা নিংথৌ অমবু অহুম মপাম্মি। অসিগুম্বা অবস্থা অসিদা মশাগী থম্ম লৈজবদা অহুম পেজবা, মীগী মরল্‌ পামদবা মীশকশিং অহুপা থাক্ অমতা লৈবহু হুবানবহুনস্তু অহুম মপাম্মি। মহাক্না পাম্নিবসি অরানবন্না-ধর্মথোক্তবরা ? মীগী মপোৎ মরল্‌ লৌরুবা হায়বসি মহাপাপনি হায়বসি হুরানবা অহুস্তু অহুম্‌ খঙ্‌ভি ॥৮॥

পুন্নী-হকচাংদা পুম্নমশেং শেংখ্রবা, মশাদা হুবান্‌ চৌম্বীবগী করিগুম্বা দোব অমতা লৈতবনা মপুন্নীংদা করিগুম্বা অকা অপুনগী চিংনবা অমত লৈত্রবা মহাক্ অহুদি নীঙাইবা অকিবা লৈতনা নিংথৌগী কোন্নুংদা, থোজান্দা মনীংমখা তম্না হেক্ক চঙ্‌শিনখি, মরম্‌দি মহাকী অন্তরাত্মাদ করিগুম্বা দুরাচারগী ভাব অমতা মভোন্দ লৈতবগুম্না অতৈদস্তু লৈরম্মোই হায়না মহাক্না খল্লি ॥৯॥ অচুম্বা ভাঙ্‌বা হায়বসি মহাগুণ কর্ম অমনি। অচুম্বা হায়বহুগী হেন্‌বা করিগুম্বা কার্য্য ( তৌগদবা থবক্ ) অমতা লৈত্রে। সত্য ( অচুম্বা ) হায়বহুতনা বিশ্বজগৎ অসিবু পৃহনা ( ধারণ তৌহুনা ) লৈরিবনি। শাগংলিবা, লিংথংলিবা পুম্বসি সত্য ( অচুম্বা ) হায়বহুগী মথক্ক নম্মুনা লৈরিবনি ॥১০॥ শাখিরবা তম্‌থিরবা পাপীশিং কাওবা তোঙাল্‌ তো-

অপি পাপকৃতো রৌদ্রাঃ সত্যং কৃত্বা পৃথক্ পৃথক্। অদ্রোহমবিসংবাদং প্রবর্ত্তন্তে তদাশ্রয়াঃ ॥১১।
তে চেন্মিথোঽধৃতিং কুর্য্যুর্বিনশ্যেয়ুরসংশয়ম্। ন কর্ত্তব্যং পরধনমিতি ধর্ম্মঃ সনাতনঃ ॥১২॥
মন্যন্তে বলবন্তং দুর্ব্বলৈঃ সম্প্রবর্ত্তিতম্। যদা নিয়তিদৌর্ব্বল্যমথৈষামেব রোচতে ॥১৩।

ঙানবা মওংগী সত্য ( অচুম্বা ) গী মথক্তা রাশক্লহনা অমগমগা কল্লক্লবি, য়েংখিনরি, শীংনরি। খৎনচৈনবদগীস্থ হন্দোক্লবি। অসিদস্থ নত্তে মথোয়না তৌনরিবসি, অচুম্বা ( সত্য ) গী মথক্তা, হায়রবদি সত্যগী আশ্রয়দা চঙ্‌হনা সত্যনা সাক্ষী ওইহন্দুনা মাগী মাগী তৌগদৌরিবা মথৌদা পূক্লীংগা পূক্লীং চঙনরি * ॥১১॥ মথোয়না করিগুম্বা অচুম্বহ থুগাইনরবদি মখোয় মশেল্ ফুনহনা মাঙনৈ, মথু য় থানৈ। ( মথোয়না ফুনহনরিবহ্ ধর্মবু, সত্যবু, রাশক্ ঙাকপা গায়বা ধর্মবু হা কন্নবদগীনি। মরম অহনা মসি পূরমক্ অসি ঈতৌ তৌদনা "মীগী মপোৎ হুরান্‌বা হায়বসি মহাপাপনি, মীগী মপোৎ হুরান্‌দবতনা সনাতন লেঙ্‌ত্রবা ) ধর্মনি" হায়না খঙ্‌গদৌবনি ॥১২॥ মশা মউ ফবা অকনবা কনা কনাগুম্বনা নাস্তিক ওইবগী ভাবনা, "ধর্ম হাযবসি মপাঙ্গল্ শোন্‌বশিংনা হাযজনি, মখোয়না শেম্মনি" অসুম্ন হায়। অহুব কল্লম্বা মহাক্কা শোম্বরক্লুনা চৈগু পাযহনা চাকৃনিরকপা মতমদা লম্বীদ চংলিবশিংনা "ভিক্ষা হাম্মিনু, ধর্ম তৌ" হায়রি। ধর্মগী অ শাযদা লৌরকৃলি। ধর্মদা চঙ্‌জমতনা অথোইবনি হাযনা থল্লকৃলি ॥১৩॥

* কহুনা থবক্ তৌননবগীদমকস্থ কহুবা হুরানবা মীশিংন কাওবা, অফবা অচুম্বা ( সত্য ওইবা ) বিবর অমদি পোশকপ্ন পোম্বা পীনহনা রাশক্লবি। "মাগী মপোৎ অসিবু ঐনা মুনশা নত্রগা হুবা হেক্ মঙমত্রবদি, হে সত্য! নংনা সাক্ষী ওইবসন, ঙহবিয়ু, ঈমা হাৎপা পাপ পুবা ওইবসনু" ..অসিনসিংবা হায়হনা রাশক্লরি। মপা মমানা হিংসা তৌবা হায়বসি মহাপাপনি, মহা অধর্মনি হায়বসি খঙজহনা, হুরান্‌বহনা রাশক্লি। হায়বদি, "অহিংসা পরমো ধর্ম." হায়বসিগী আশ্রয়দা চঙহনা মীওংন্দা থাজহল্লি। অচুম্বা ধর্মসিগী আশ্রয়দা চঙ্‌হনা রাশক্লি। মহাক্কা রাকক্লিবহ্ নীংথি চংঙাইদা থবক্ তৌগে হায়বগী নত্তে। মীগী মপোৎ হুরান্‌গে হায়না রাশকপনি। হুরান্‌বসি ঙমদ্রবদি, মমা হাৎপগী পাপ অহনা ঐতোন্দা চঙ্‌ঙকপা ওইরসনু—হায়রি। রাশকপগী আশ্রয় অসিদি ধর্মগী রানি। ধর্ম অসি ঙাক্লনবগীদমক্তা, ধর্ম অসি কিবনা মহাক্ শোয়দনা হুরান্‌বহ্ ঙম্মনবা হোৎনরকদৌরি। অচুম্বা ধর্ম অসি কাযবা কিবদগী য়ম্মুনা চৌগৎলক্লুনা হাংখিনি, মথক্তই থাগনি হায়বা কাওবা হল্লেংদনা হুরান্‌বা চঙ্‌জুরি। হুরানবা অসিনা খল্লিবদি, "মীগী মপোৎস্থ হুরাল্‌হোৱনি, ধর্মস্থ ঙাকহৌরনি"। হায়বদি হিংসাস্থ তৌহৌবনি, অহিংসাস্থ তৌহৌরনি" হায়রি। অহিংসাগী আশ্রয়দা চঙহনা হিংসাগী থবক্ পাঙথোকদৌরি। ধর্মগী থবক্লা থুংলায় ওইহনা অধর্ম তান্‌গদৌরি। সংসারগী অফ ফত্ত পুম্বা ধর্মগী মথক্তা নন্দুনা লৈরিবনি অচুম্বা-অরান্‌বা অনীনা সংসার অসি ওইরি। জীবদি অচুম্বনি, হকচাং অর নবনি। সত্য অসত্য অনীনা, নিত্য অনিত্য অনীনা সংসার ( হকচাং ) অসি ওইরি। সংসার অসি ধর্মগী সত্যগী মথক্তা আশ্রয় লৌহনা লৈরি। অহুগীদমক্তা, "সর্বং সত্যে প্রতিষ্ঠিতম্"—"সর্বং ধর্মে প্রতিষ্ঠিতম্" হায়রিবনি। ( কালাচাঁদ )

যোহন্যস্য স্যাদুপপতিঃ স কং কিং বক্তুমর্হতি। যদন্যস্য ততঃ কুর্য্যান্ন মৃষ্যেদিতি মে মতিঃ ॥২১॥
জীবিতুং যঃ স্বয়ং চেচ্ছেৎ কথং সোহন্যং প্রঘাতয়েৎ। যদ্যদাত্মনি চেচ্ছেত তৎ পরস্যাপি চিন্তয়েৎ ॥২২॥

অতোপ্প অমনা তৌবা থবক্তু অতোপ্প অমনা তৌরক্পা ব্যবহার অদু মহাক্না পামদে, অদুম্ তৌ-হন্নীওদে "অসুম্ থক্ তৌরোইদৌবনি" হায়রি। অদুগুম্বা মানা পামজ্রিবা থবক্ অমদি ব্যবহার অদুগুম্বচু মানস্তু কনা অমত্তগী মফমদা তৌরক্রোইদৌবনি। "ঐনা পামজ্রিব অসিগুম্বা মহাক্তস্তু পামমোই" হায়বসি থনৃগদবনি। মসিমক্ অচৌবা ধর্ম অমনি * ॥২০॥ নিপা নৈবী নুপী অমগী মনাক্ত উপপতি (মরুপ্পী) শাদুনা মীগী মমুমদা লোয় চঙ্ঙু খিবা অদুগা অতোপ্পগী নুপীদুদা অত্যাচার-ব্যভিচার তৌক্ররিবা মহাক্ মশামক্না, মহাক্কী নুপীদা অতোপ্প অমনা মান। তৌবগুম্বা লমচৎ অদু চৎলরবদি, মাঙোন্দা মানা করি হায়-গনি? ঐদি হুরানৃগনি, নংদি মাদু তৌগনু হায়বা মতাররবনি। মহাক্না তাক্লবসি ধর্ম নত্তব্রা? হুরানবনা তাক্পা অচুম্বা পাওতাকতি লৌব্রোইদ্রা? অতোপ্পা অমগী কুকর্ম্ম মহাক্ত নিন্দা তৌক্ররি অদুগা কুকর্ম অদুমক মহাক্ত তৌবা মতমদি, অমত্তুনা মাগুম্বা চপ্ মান্নবা তৌবক্পা নিন্দাদু মহাক্না অমুক তাক্তুনা থাঙ্গ তুন নৈবা ঙমদে। মাসিস্তু অগুকপা অমনি ॥২১॥ মশামক হিংজুনা লৈনিংবা অমনা অতোপ্পা অম-বুদি করিগী হাৎনিংলি? করিগী হাৎলুরি? মরম অদুনা, তাইবংমীনা, মহাক্না পাম্নিবা সুখ-সুবিধা অদু, অতোপ্পশিংনস্তু লায়না ফংজনবা হোৎবিগদবনি ॥২২॥

---

* উপায়না মাগী মার্গদা জ্ঞান মার্গনাইংবদা জীবতত্ত্ব, ব্রহ্মতত্ত্ব শরীর তত্ত্বনচিংবা থিনা-থিনা কর্ম তৌরি-বসিমক্ তাইবং মীওইবগী অচৌবা ধর্ম অমনি আত্মাদি অমতনি, হক্চাং-হকচাংত তোঙাঞ্জবানি। মরম্ অদুনা আত্মা অমনা দেহমুংদা লৈদুনা পাম্মিবদু, অতোপ্প দেহমুং অমদা অদুম্ মপাম্মুই। মাসিগী রাথল অসিগী প্রধানতা থমদুনা ঐনা পাম্জ্রিবাসিগুম্ব মহাক্স্তু পাম্মিরোইকো অদুম থন্দুনা মীওোন্দ নত্তবা কর্ম তৌক্লব্রদি মাদুস্তু উপাসনাগী মহুংসনবা ধর্মকর্ম অমনি। 'ঐগী পোৎ মীনা হুখিবা পামদে" হায়রিবা ছুর-নবা-তাইবং মী মশানক্না মসি থম থম, শঙ্না থঙ্না অতোপ্প অমগী পোত্তি হুরাল্লি। মসি করিগীনো হায়বদা গোপাল কৌবা হুরানবা ঐগী আত্মানা পাম্জ্রিবসি শ্যাম কৌবা মুস্তুসিগী দেহমুংদা আত্মাসিনা পামজ্রিবনিকো—মথোয় অনীদি মশাঅমতনিকো হায়না আত্মাগী তত্ত্ব নৈনরুদবা থমুদবদগীনি। মাসিদা, "ঐনা হুরাম্নীংলিবসি মুস্তু মহাকস্তু হুরানহন্নিংলিবনি' আত্ম অমতনি" হায়না শেম্বান্নবা থম্লবদি মানা পুরি-বা, আত্মাগী ঐক্য(অমতা ওইনা) ভাব অদু অধর্মগী মায়ৈপদা চত্তব্রে। "আত্মা হায়বসি অমতনি" হায়ব-দুকাওবা মহাক চুম্মি। আত্মা অমত্ত ওইরবদি "নংগী নশোত্তি নংদি কৈদৌনা হুবাল্লি?" হায়না হুরানবা গোপালদুনা হেক্ হংবদা; আত্মা অনতনি হায়বা মহাক্কী রাথল অদু অমুক থাদোকপা তায়-রুবনি। অদুনা অম থঙদে, অম থঙদে, হুরানবা হায়বসি কৈফৎ কত্তে হায়না থনবা থর্ম ঙসি হুরানবা অদুনা থন্খিবদা মহাক ধর্ম অদু মত্তৌপ্রে। অদুগুম্বা রত্নাকর হুরানবনা বাল্মীকি হায়বা মহা ধর্ম থঙবা নিপাদু ওইখি। (কালাচাঁদ

# মণিপুরী মহাভারত

## ( ধর্ম্মগী মরমদা পীরিবা প্রমাণশিংসিদা যুধিষ্ঠিরনা চিংনরকপগী মতাং )

### পঞ্চপঞ্চাশদধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ।

### চনীয়াঙ্খেমঙাশুবা অধ্যায়।

——:(0):——

যুধিষ্ঠির উবাচ।

সূক্ষ্মং সাধু সমাদিষ্টং ভবতা ধর্ম্মলক্ষণম্। প্রতিভা ত্বত্র মে কাচিৎ তাং ব্রূয়ামনুমানতঃ ॥১॥
ভূয়াংসো হৃদয়ে যে মে প্রশ্নাস্তে ব্যাহৃতাস্ত্বয়া। ইদং ত্বন্যৎ প্রবক্ষ্যামি ন রাজন্ নিগ্রহাদিব ॥২॥
ইমানি হি প্রণর্দন্তি সৃজন্ত্যাত্ত রমন্তি চ। ন ধর্ম্মঃ পারপাঠেন শক্যো ভারত বেদিতুম্ ॥৩॥
অন্যো ধর্ম্মঃ সমস্থস্য বিষমস্থস্য চাপরঃ। আপদস্তু কথং শক্যাঃ পারপাঠেন বেদিতুম্ ॥৪॥
সদাচারো মতো ধর্ম্মঃ সন্তস্ত্বাচার লক্ষণাঃ। সাধ্যাসাধ্যং কথং শক্যং সদাচারো হ্যলক্ষণঃ ॥৫॥
দৃশ্যতে হি ধর্ম্মরূপেণাধর্ম্মং প্রাকৃতশ্চরন্। ধর্ম্মং চাধর্ম্মরূপেণ কশ্চিদপ্রাকৃতশ্চরন্ ॥৬॥

যুধিষ্ঠিরনা হায়ঃ—ঈবুধো। ঈবুধোনা ধর্মগী কুপ্লবা লক্ষণশিং অহু য়াম্ন নীঙথিজনা তাক্পিরে। অহুবু খঙনীংবা হংনিবনা থরদি থম্মোয়মুংসিদা মফাওব্রক্লে। ঐসু মাসিগী মরমদা, ঐগী লনাইগী ফং-জবা অনুমানদগী মহায়জগে ॥১॥ ঐগী পুক্নীংদা চিংনরম্বা অয়াম্বা ঈবুধোনা কোক্হনবিরে। ঈবুধো! ঐ অসিমতং হংজগে, খঙজনীংদুনা তৌবনি। নত্তবা-কত্তবা, শীংনবা রাথন্দগী হংজবা নত্তে। অরান্বা রাথন্দা পুবিথিনু। ঈবুধোনা পুথিগ্রবসু মাহ্ ঐগী ইরাপি, তাকপিয়ু॥ ॥ ভরতনন্দন! ঈবুধো! ধর্মতনা জগৎকী সৃষ্টি তৌই। ধর্মতনা জীবশিংগী জীবিকানি ধর্মতনা জীবশিংগী উদ্ধারগী কারণ ( উপায় ) নি। অহুবু, ধর্ম অহুদি চুম্নগী বেদপাঠনাদ খঙফম থোকত্রি খঙবসু ঙমত্রি ॥৩॥ নীঙথিবা, অরা অনা তাদবা অবস্থাদা লৈরিবা মী অহুগী ধর্মনা অতোপ্পা অম ওই। খুদোংথিবা, অরাবগী অবস্থাদ তারবা মী অমগীনা অতোপ্পা মওং অমগী ওই। অরাবদা তারবা মীশিংগী ধর্মনা করিনো, অরাবদা তারবা মতমদনি ধর্মগী মশক হোংগনি, হোংহনগনি হায়বসিদি বেদপাঠতদা য়াওত্রি, য়াওবা উদে। রারবা খুদোংথীরবশিংগীনা করি ধর্মনো? হায়বদি—আপদ্ধর্মগী জ্ঞান অমদি তত্ত্ব অসি করম হায়না খঙগদগে? ॥৪॥ ঈবুধোনা তাক্পিরিবসিগী মতুং ইন্না হায়রুরবদি সৎপুরুষশিংনা চৎলিবা আচরণ ব্যবহার অহুতনা ধর্মগী লক্ষণ ওইবা তারি। সৎপুরুষশিংনা চৎনরিবা ব্যবহার আচরণ অহু চৎপা ওয়শিংতনা সজ্জন-সৎপুরুষ হায়বহু ওইব তারি মতাং অসিদা, অন্যোন্যাশ্রয় হায়বা দোষ হায়বহ্ লৈরে। হায়বদি, অমগমগা দোষ লৈনবা হায়বহ্ থোক্রে।

পুনরস্ত প্রমাণং হি নির্দিষ্টং শাস্ত্রকোবিদৈঃ। বেদবাদাশ্চ হ্যযুগং হ্রসন্তীতীহ নঃ শ্রুতম্ ॥৭॥
অন্যে কৃতযুগে ধর্মা ত্রেতায়াং দ্বাপরে পরে। অন্যে কলিযুগে ধর্মা যথাশক্তি কৃতা ইব ॥৮॥
আম্নায়বচনং সত্যমিত্যয়ং লোকসংগ্রহঃ। আম্নায়েভ্যঃ পুনর্বেদাঃ প্রসৃতাঃ সর্বতোমুখাঃ ॥৯॥
তে চেৎ সর্বপ্রমাণং বৈ প্রমাণং তত্র বিদ্যতে। প্রমাণেহপ্রমাণেন বিরুদ্ধে শাস্ত্রতা কুতঃ ॥১০॥
ধর্মস্য ক্রিয়মাণস্য বলবদ্ভির্দুরাত্মভিঃ। যা যা বিক্রিয়তে সংস্থা ততঃ সাপি প্রণশ্যতি ॥১১॥

মতম অসিদা সাধ্য অমদি অসাধ্যগী মীমাংসা অম তাইহন্নকপদা রানা খোল্লে। হায়বদি চপ্ চানা তৌরোইদৌ। চপ্ চানা তৌগদবা অসি কদায়নো হায়না লেপ্পবহু অরাবা অকবা বিষয় অমা ওইনা থোক্লে। মীমাংসা (সিদ্ধান্ত) অদু তাক্লমখৈ ধর্ম অধর্মগী লক্ষণ লেপ্প অসি করম্না ওয়গাদৌরিবনো ? ॥১॥ লোক অসিদা সাধারণ ওইনা মী অয়াম্বনা মপান্দদি ধর্মগী মওং ওইনা উৎনবা অধর্মগী থবক্ কয়া কম্মা মীয়া-ম্বনা তৌনবা উবি। শিষ্টজন-ওইবা সৎপুরুষ খরানা মপান্দা য়েংবদদি অধর্ম মাল্লগা মদুদ ধর্মনি হায়-দুনা তৌনরি। মরম্ অদুনা মপান্মোংগী লোকত উৎনরিবা আচরণ ব্যবহার অদুগা চৎলগা ধর্ম অধর্মগী নিশচয় তৌবসি য়াম্রে ॥৬॥ শাস্ত্রদৈবা খঙ্বশিংনা বেদতনা ধর্মগী প্রমাণনি। , হায়বদি, বেদদা হায়রিবদু-তনা ধর্মগী নিয়মনি, ধর্মনি হায়রি। অদুবু, ঈবুধৌ ! ঐখোয়না তাক্লবদি, যুগ যুগ খুদিংগী বেদগী নিয়ম বিধিশিং অসি অস্থুমস্থুম হন্থরক্লে হায়। মসিদগী কবি তাবগে হায়রবু বেদগী বিধিনিয়মশিং অসি যুগ যুগ খুদিংগী অসম লেপ্তুনা লৈবা য়াদে, হেক্ হেক্ তোংঙি হোংগদবনি হায়বনি ॥৭॥ ধর্মনি হায়দুনা সত্যযুগত চৎনরম্বনা মওংদা ওইরম্মি। ত্রেতা দ্বাপরগীনা মওং অমনি। অদুগা কলিযুগত চৎ-কদবনা তোঙানবা মওং অমগী ধর্মনি হায়রি। অদুনদি ধর্মগী নিয়ম বিধি লেপ্পবিরম্বা মুনি ঋষিশি অদুসু নানা মানা লৈরম্ লৈরম্বা যুগশিং অদুগী মতুং ইন্না, অদুগীসু মথক্তা মগী মাগী জ্ঞান শক্তিগী অথোই অহেনগী মতুং ইন্না ধর্মগী সংজ্ঞা পারিভাষিশিং অদু শেম্ শেম্দুনা ই-ইদুনা থনম্বনি ।৮। অদুনা ঈবুধৌ ! বেদশিংদা হায়রিবা ইরিবসিতনা সতানি, সতাগী প্রমাণনি হায়নরিবস অদুক মুংঙাইহনবা হায়বা ওইরমাল্লে খল্লে। বেদশিং অদুদগী হৌরম পুম্বদা মমায় ওল্লিনবী স্মৃতিশাস্ত্র কয়া কয়ানা মওং তোঙাল্ তোঙানবদা থোক্লক্লিবা, শন্দোক্লক্লিবসি মরম অসিদগী ওইবা তাই ॥৯॥

বেদ পুম্নমক্ প্রামাণিক ওইরবদি মখোয়দগী শন্দোরক্লিবা থোরক্লিবা স্মৃতিশাস্ত্রশিং অসিসু প্রামাণিক ওইবা তাই। অদুবু যুগ যুগ খুদিংগী চৎনরিবা হায়নরিব অদুগা ধর্মগী বিষয়দা হায়নরিবা য়াদুগা মওং তোঙাল তোঙানবদা লৈরবদি, প্রামাণিকনি হায়না লৈরিবা বেদশিং অদুসু অদুগা মখোয়দা য়াওরিবা বিধিবিধানশিং অদু লোয়না অপ্রামাণিক ওইবা তারক্লি। শ্রুতি ( বেদ ) দুগা স্মৃতিগা মত থেংনরবদি মখোয়দা শাস্ত্রত্ব অমদি প্রামাণিকতা কয়ম্ হায়না লৈগদৌরিবনো ॥১০॥ ধর্মগী অনুষ্ঠান অম তৌরিঙৈ মতম্দা, মপাঙ্গলদ কনবা মরুকচেল্ যক্তবশিংনা যক্তনচিংবা ধর্মগী তৌরিবা থবক্ অদুদা উপদ্রব অত্যা-চার তৌশিল্লকুনা বিকার অম পোকহল্লরে। মতম্ অদুদা ধর্মানুষ্ঠানদুগী মানমর্য্যাদা পুম্বা পুমথু থুগ্রাইহল্ল-বনি ধর্মগী বিধি পুম্বা পুম্মাঙ্ মাঙ্গ্রবনি ॥১১॥

বিদ্ম চৈবং ন বা বিদ্ম শক্যং বা বেদিতুং ন বা। অণীয়ান্ ক্ষুরধারায়া গরীয়ান্ অপি পর্ব্বতাৎ ॥১২॥
গন্ধর্ব্বনগরাকারঃ প্রথমং সংপ্রদৃশ্যতে। অন্বীক্ষ্যমাণঃ কবিভিঃ পুনর্গচ্ছত্যদর্শনম্ ॥১৩॥
নিপানানীব গোভ্যোঽপি ক্ষেত্রে কুল্যেব ভারত। স্মৃতোঽপি শাশ্বতো ধর্ম্মো বিপ্রহীণো ন দৃশ্যতে ॥১৪॥
কামাদন্যেঽক্ষয়া চান্যে কারণৈরপরৈ স্তথা। অসন্তোঽপি বৃথাচারং ভজন্তে বহবোঽপরে ॥১৫॥
ধর্ম্মো ভবতি স ক্ষিপ্রং প্রলাপস্তেব সাধুষু। তৈরেভ্যোনাঽহকস্মুন্মানাপি চাবহসন্তি ॥১৬॥
মহাজনা হ্যুপাবৃত্তা রাজধর্ম্মং সমাশ্রিতাঃ। ন হি সর্ব্বহিতঃ কশ্চিদাচারঃ সম্প্রবর্ত্ততে ॥১৭॥
তেনৈবান্যঃ প্রভবতি সোঽপরং বাধতে পুনঃ। দৃশ্যতে চৈব স পুনস্তুল্যরূপো যদৃচ্ছয়া ॥১৮॥

ধর্ম্মবু-ধর্ম্মগী তত্ত্ববু খঙবু খঙলবস্তু, খঙবু খঙত্রবস্তু, ধর্ম্মগী স্বরূপ অসি খঙতমদবু ওইরবস্তু খঙতম্বু ওইরবস্তু, ঐখোয়না য়ামত্রবদা অসিকাওবদদি খঙবৈ মাহুদি: —ধর্ম্ম হায়বসি শীকপা অমদি খৌবদা ক্ষুরগী মরা ( মচীন্ ) দগী শেল্লি। চীংদগী হেন্না লুপ্পি অমদি চীংদগী হেন্না য়াং চাওই ॥১২॥ ধর্ম্মগী মরমদা নৈনবা ওাওনবা হৌরকপা মতমদা অহানবদদি ধর্ম্ম হায়বসি য়াম্না নীংথিবা গন্ধর্ব্বনগরগী মতৌগুম্বা, য়েংকম্ উকম থোকপা পোশক অম ওইনা উবশি। শাস্ত্র হৈবা তর্কবিতর্ক হৈরবা খঙুন মখুন তৌনবা হৈরবা পণ্ডিতশিংগী মাঙ হেক য়ৌবকপদদি ধর্ম্ম হায়বসি অদুম মপক উথিদ্রে ॥১৩॥ ভরতনন্দন! ঈবুধৌ! শীরুবা পুখ্রী অমদা শম্বী ময়াম থাজিন্দুনা থকহন্বদা পুখ্রী অদুনা কংথখিবগুম অদুগা ঈচংতগী পাংখোংবান্দগী শীংকতুনা লৌবুক্তা থৈজিন্নবদি চাইশিন্নবদি, লৌবুকশিংদুদি ঈশিংনা শীক শীক থল্লৌরে। ঈচং-খোংতাম্নচিবগুনা ক হৌই। মতৌ অসিগুম্না বেদগী শাস্ত্রগী নিয়ম পুম্বা মথং মথং হন্থরকুনা হয়েং কলিদা ধর্ম্মগী ঈচেল্ অসি পুনলেপ্ লেপ্খিবগী মওদা লৈগদৌরিবনি। থর লৈরবদি মশক্ থর থর উনরিবসিস্তু শূকউ উহৌরয়োতদৌরনি ॥১৪॥ কয়িনা হায়রবু—মতম্ অদুদদি মী খয়না স্বার্থদগী, খয়না মমায়বা মরূপ মপাং শাগেনাতৈগী ইচ্ছদগী নত্রগা অমনা অমগী কারনবা তৌনবদগী যাগযজ্ঞনচিংবা ধর্ম্মগী আচরণ-ময়াম অসি কায়বা ( মতলব ) অমমম লৈবনা তৌনরক- দৌরিবনি। মতম্ অদুদদি অসাধু ওইবশিংনস্তু সাধু শাশন্নদুনা মপান্দা, মীওংন্দা উংননবা চাওলেন্না থোয়না, তুমিন্না জ্ঞানী মহাত্মা শাদুনা চৎনরকখিগদৌরিবনি মতম অদুদা, হৌজিক্ হায়রিবা ধর্ম্মগী বিধান বিধি পুম্নমক অসি পুম্মাও মাঙখিগদৌরিবনি। মাসি, যুগ খুদিংগী ধর্ম্মগী শক্লক্ অসুম হন্থরকপদগীনি ॥১৫॥ মতম অদুদা, যাগ যজ্ঞনচিংবা ধর্ম্ম কর্ম্ম অয়াম্বা সকাম ভাবত্তা লোইনা তৌনরকদৌরিবনি। কয়িওম্বা মহৈ অম পাম্বদগী তৌনরকপা ধর্ম্মগী অনুষ্ঠাননা অয়াম্বা ওইগদৌরি। তম্ব খঙবা, সজ্জন ওইবা মীবা তৌজরবস্তু খঙদবশিংনা তৌরিবা কর্ম্ম সেবা পূজা যগযজ্ঞনচিংবদুবু উয়গা নোক্লকখিগনি, লঙ্নরকখিগনি অপঙবা নাস্তিকশিংনা, ধর্ম্মগী অনুষ্ঠান তৌজরিবশিং অদুবু অপঙবনি অঙাওবনি হায়না কয়েনদুনা নোক্- রকনি ॥১৬॥ আচার্য্য দ্রোণস্তু ব্রাহ্মণ অম ওইবগী বৈদিক ধর্ম্ম থাদোকুনা ক্ষত্রিয়গী ধর্ম্মদা দীক্ষা লৌখি। মরম অদুনা, জাতি বর্ণ পুম্নমক্তা চপ্ মান্নবা খুংঙাইবা শীওহ্না, অমনা অমগীদগী হেন্না কৈ হায়না অয়ানবা রাখল্, অসি পোকহন্দবা আচারব্যবহারগী বিধি নিয়ম অসি বেদদা লৈতে হায়জনীডিও ॥১৭॥ অসিমস্তু

বৈদৈৰাল্পঃ প্রভবতি সোঽপরানপি বাধতে। আচারাণামনৈকাগ্র্যং সর্ব্বেষামুপলক্ষয়েৎ ॥১৯॥
চিরাভিপন্নঃ কবিভিঃ পূর্ব্বং ধর্ম্মং উদাহৃতঃ। তেনাচারেণ পূর্ব্বেণ সংস্থা ভবতি শাশ্বতী ॥২০॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি
শুকানুপ্রশ্নে পঞ্চপঞ্চাশদধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ ॥২৫৫॥

——(*)——

উহ, মাহুদি:—হায়ব্রিবা ধর্ম অসিগী আচরণদগী হায়বদি শক্তিদগী বিশ্বামিত্রনা ক্ষত্রিয় ওইবগী বৈদিক কর্ম্মবু খাদোক্লুনা ব্রাহ্মণ ধর্ম্মদা প্রবৃত্ত ওইখিব্রনা ওস্তোক্লা চাউখৎপা কংখি। সপ্তর্ষিগী মকোক থো খি। হায়ব্রিবা ধর্ম্মসিমক্কী শক্তিনা রাবণনচিংবা অতোপ্পশিংনা আত্যাচার তৌরি। কল্পাংপনচিংবা মহর্ষিশিংনা খ্বিতি ( অশন্থা ) দা চামচামথোক্লা যোগ শক্তি উত্তুনা ধর্ম্মগী আচরণ চংলি ॥১৮॥ ধর্ম্ম মথা অমত্তগী আশ্রয়দা অমনা উন্নতি কংলি অমনা মীওন্দা হিংসানচিংবা নত্তবা কর্ম তৌরব্বি। ধর্ম্মগী পাম্বৈনা মী-শোন্দা অরাবা পীরব্বি। মরম অদুনা, ধর্ম্মগী আচরণদা লৈমৃদি হায়রগা, ধর্ম্মগী আচরণ অদুদি নত্রি, মোওমল তোওাল্লি আচরণশিংদুগী মনুংদা একতা লৈত্রি। মশক মঙং অমতগম্ম লৈত্রি ॥১৯॥ ঐশ্বর্যৌনা তাকপিরিব্রা ধর্ম্ম অসিদি আ মমাঙতৈদগী ঋষিবু মুনিবিদ্বানশিংনা চংনরকপা অদুগী মরমদনি। অদুগা এ, মাসিমত্তু থঙকৈ, মাহুদি:— মমাঙতৈদগী চংনরকপা ধর্ম্মদুগী পাম্বৈনা হৌজিক কাওবদা সমাজ অমগী মানমর্য্যাদা অসি মপুং ফানা ভাব্রি। জাতি-সমাজ-বংশ অমগী সংস্কৃতিনচিংবা লেঙদনা লৈরিবসি ধর্ম্মদুগী পাম্বৈননি ॥২০॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা, শ্লোক লিশিং চাম না শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা,
মোক্ষধর্ম্ম-পর্ব্বদা, শুকানুপ্রশ্নগী চনী য়াম্ফৌমঙাশুবা
অধ্যায় লোইরে ॥২৫৫॥

—ঃ(*)ঃ—

# মণিপুরী মহাভারত

( জাজলিমুনিগী তপস্যা )

## ষট্‌পঞ্চাশদধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ।

### চনীয়াঙৌতরুকুপুবা অধ্যায়।

——:():——

ভীষ্ম উবাচ।

অত্রাপ্যুদাহরন্তীমমিতিহাসং পুরাতনম্। তুলাধারস্য বাক্যানি ধর্মে জাজলিনা সহ ॥১॥
বনে বনচরঃ কশ্চিৎ জাজলির্নাম বৈ দ্বিজঃ। সাগরোদ্দেশমাগম্য তপস্তেপে মহাতপাঃ ॥২॥
নিয়তো নিয়তাহারশ্চীরাজিন জটাধরঃ। মলপঙ্কধরো ধীমান্ বহূন্বর্ষগণান্ মুনিঃ ॥৩॥
স কদাচিন্মহাতেজা জলবাসো মহীপতে। চচার লোকান্ বিপ্রর্ষি প্রেক্ষমাণো মনোজবঃ ॥৪॥
স চিন্তয়ামাস মুনির্জলবাসে কদাচন। বিপ্রেক্ষ্য সাগরান্তাং বৈ মহীং সবনকাননাম্ ॥৫॥
ন ময়া সদৃশোঽস্তীহ লোকে স্থাবর জঙ্গমে। অপ্সু বৈহায়সং গচ্ছেন্ময়া যোঽন্যঃ সহেতি বৈ ॥৬॥
অদৃশ্যমানো রক্ষোভির্জলে ধ্যে বদং তথা। অব্রুবংশ্চ পিশাচাস্তং নৈবং ত্বং বক্তুমর্হসি ॥৭॥

ভীষ্মনা হায়ঃ ধর্মগী বিষয়দা জাজলি ঋষিগা বৈশ্য তুলাধরগা ওয়াহনৈবা বা অছু অসিগুম্বা ধর্মগী মরমদা চিংনরকপদা খুদম ওইনা হেক্ হেক্ লৈ ॥১॥ মমাংদা জাজলি কৌবা ব্রাহ্মণ অমা লৈরম্মি। মহাক্ অসি বনতগা কংগং হুন্দা চত্তুনবা লৈ মহাক সমুদ্রগী পান্দা অকনবা তপস্যা তৌখিনা লৈ ॥২॥ মহাক্ মাগী নিয়ম্ কান্নবা, নিয়ম নাইনা চায়, উকুশেংলি, জটা পুক্, শজিমউল থাওল্ ওল্লি। বুদ্ধিমান্ ওইরবা মুনি অসি চহী মতম কুইনা তপস্যা তৌরকপগী মশাং ইরাও রাওই, লৈথোম্ লৈনাং ইতৈ তৈ। অমুক্ত কম্ফনা চপ্ লেপ্তুনা লৈরক্লি ॥৩॥ নিংথৌ! মহাক্ অসি অমুক্তা সমুদ্র মপান্দা ইশিং লৈবা মকমদা লৈ অমুক্তা পৃথিবীগী মকম্ পূম্বা য়েংগে হান্নবগী মতাংগুম্ থুনা মাওনা কোয়চংচল্লু-না লৈ। অমুক্ত কম্দে ॥৪॥ উমং বামংনা থল্লবা মকম্ পূম্বনা, সমুদ্র মপান্ ফাওবা অমুম্ কোয়চং চংবা অদুম্ বিচার তৌ ॥৫॥ ইশিংদা কংফান্দা আকাশদা, হায়বদি ইহাও হাওবা মকম্দা ইতাউ তাইনা লৈমায়গোক্কনা কম্বা অমদি কোয়চংচংপা ঐগুম্বসি লৈবিগদ্রা হায়না অদুম্ বিচার তৌনা তৌনা চংলি ॥৬॥ হিংডাম্লাইতম্বা, ভূতপ্রেতনচিংব ফাওবা মশক্ উবা কংহন্দন ইশিংমুংনা লৈবা লম্দম্শিংদা লৈপম্বা আজালি হায়বা মুনিসিনা অদুম্ বিচার তৌনা চংলকপসিদা নোংমদি, পিশাচশিংনা মশক্ উহন্দনা মখোয়গী অহু-

তুলাধারো বণিগ্ধর্ম্মা বারাণস্যাং মহাযশাঃ। সোঽপ্যেবং নার্হতে বক্তুং যথা ত্বং দ্বিজসত্তম ।৮।
ইত্যুক্তো জাজলির্ভূতৈঃ প্রত্যুবাচ মহাতপাঃ। পশ্যেয়ং তমহং প্রাজ্ঞং তুলাধারং যশস্বিনম্ ।৯।
ইতি ব্রুবাণং তমৃষিং রক্ষাংস্যুদ্ধৃত্য সাগরাৎ। অব্রুবন্ গচ্ছ পন্থানমাস্থায়েমং দ্বিজোত্তম ।।১০।।
ইত্যুক্তো জাজলির্ভূতৈর্জগাম বিমনাস্তদা ।।১১।। বারাণস্যাং তুলাধারং সমাসাদ্যাব্রবীদিদম্ ।।১১।।

যুধিষ্ঠির উবাচ।

কিং কৃতং দুষ্করং তাত কর্ম্ম জাজলিনা পুরা। যেন সিদ্ধিং পরাং প্রাপ্তস্তন্মে ব্যাখ্যাতুমর্হসি ।।১২।।

ভীষ্ম উবাচ।

অতীবতপসা যুক্তো ঘোরেণ স বভূব হ। তথোপস্পর্শনরতঃ সায়ং প্রাতর্মহাতপাঃ ।।১৩।।
অগ্নীন্ পরিচরন্ সম্যক্ স্বাধ্যায়পরমো দ্বিজঃ। বানপ্রস্থবিধানজ্ঞো জাজলির্জ্বলিতঃ শ্রিয়া ।।১৪।।
বনে তপস্যতিষ্ঠৎ স ন চ ধর্ম্মমবৈক্ষত। বর্ষাস্বাকাশশায়ী চ হেমন্তে জলসংশ্রয়ঃ ।।১৫।।

মা হায়ত্থনা লাউরকই—মুনি নংনা থল্লিবা হায়ব্রিবদো লাল্লি, অদুম্ থক্ হায়রোইদৌবনি ॥৭॥ ব্রাহ্মণ অথোইবা! কাশীদা মমিং চংলবা , তুলাধার (থল্ ওন্দুনা উইরেইহে য়োনবা বৈশ্য-লল্লোনবা ) অমা লৈবনি। মহাক্তি নহাক্ন হায়ব্রিবা খল্লিবা অসুম্না থক্ হায়দে থম্দে। নংদি করিগীনো অসুম্না হায়ব্রিবা? ॥৮॥ মশক্ উচন্দনা হায়রথপা লাউরক্পা ভূতশিংগী মাচু জাজলি মুনিনা হায়রকই :—"জ্ঞানী ওইরবা মমিং চংলবা লল্লোন্বা তুলাধার অদুগী ঐ দর্শন তৌরুবা য়াগত্রা?" ॥৯॥ অসুম্না হায়রকপসিদা ভূতশিং অদুনা চোংথোরক্লুনা জাজলিবু সমুদ্রমপান্দা লৈবা ঈশিংমুংদা লৈবা মকমদুদগী থোরকহন্দুনা কাশী চংননবগী লম্বী অদু মত্তোন্দা তাক্পিরকই অসিদগী লৈরিবা লম্বী অাসগী মতুং ইন্না অসুম চংপিথো, লম্বীসি হেক্ থম্বদা কাশী য়ৌগনি—অসুম্না হায়রকই ॥১০॥

মশক্ উবা ভূতশিং অদুনা অদুম্না হায়রকপদুদা মুংঙাইনরাখিত্রদুনা তুলাধার অসি মথরায় ঈমুং মুংঙাইতনা কাশী তায় লাক্লুনা তুলাধারদুগী মনাক্ত চংখিদুনা অসুম্না হায়রকই ॥১১॥ মরক্ অসিদা যুধিষ্ঠিরনা অসুম্না হংলি—ঈবুধৌ! মরক অসিদা ঐ না অমত হংজগোবিগে। জাজলি হায়ব্রিবা মুনি অসিনা নহালমুক্কী মপোক্তা নত্রগা কন্দক্কী মপোক্সিদা কয়ামুক কল্লবা তপস্যা তৌদুনা মহাক্না অসুক য়াম্ন সিদ্ধ ওইশিনখিবনো? ঈশিংদা কংকান্দা আকাশ (অহাঙবা) দা কত্তাউ তাউনা থুনা য়াঙ্না চৎপা। ওস্মি হায়বি। মাসি হায়ম শন্দোক্না অমুক্ত তাহনবিয়স্মু ॥১২॥ ভীষ্মনা হায় :—ঈবুঙো! জাজলি হায়রিবা মুনি অসে য়াম্ন তপস্যা কনবা মীনি। মানা তৌখিবা তপস্যা অসি অঙকপা ফংবনি। মহাক মুমিং থুদিংগী প্রাতঃ স্নান-সায়ং স্নান তৌরগা সন্ধ্যা উপাসনা হেক্ হেক্ তৌই। বিধি কায়দনা অগ্নিহোত্র (হোম যজ্ঞ) তৌই। নিয়ম নাইনা বেদ অধ্যয়ন তৌই। জাজলি কৌবা ব্রহ্মর্ষি অসি বানপ্রস্থগী নিয়মবু বেদবিধি মতুং ইন্না চপ্ চানা খঙবা মীনি। খঙলিবদুগী মতুং ইন্না হৌনবীশিংদু কায়দনা অদুম মতৌই। মহাকী মশাদা অকোয়বদা ব্রহ্মতেজনা পুম্নং লংনা হায়দোকলম্মি ॥১৩—১৪॥ অসুম্না মহাক্ অসি বনতদা লৈদুনা অকনবা তপস্যা তৌদুনা লৈরম্মি। অদুবু ধর্মগী তত্ত্ববু খিয়মদে, খঙদে, থৌওইদে। বর্ষাগী মরমদা লৈমায়থক্কী

বাতাতপসহো গ্রীষ্মে স ন চ ধর্ম্মবিন্দত। দুঃখশয্যাশ্চ বিবিধা ভূমৌ চ পরিবর্ত্ততে ॥১৬॥
ততঃ কদাচিৎ স মুনির্বর্ষাস্বাকাশমাশ্রিতঃ। অন্তরিক্ষাৎ জলং মূর্দ্ধ্না প্রত্যগৃহ্লাদ্ মুহুর্মুহুঃ ॥১৭॥
অথ তস্য জটাঃ ক্লিন্না বভুবুর্গ্রথিতাঃ প্রভো। অরণ্যগমনান্নিত্যং মলিনোঽমলসংযুতঃ ॥১৮॥
স কদাচিন্নিরাহারো বায়ুভক্ষো মহাতপাঃ। তস্থৌ কাষ্ঠবদব্যগ্রো ন চচাল চ কর্হিচিৎ ॥১৯॥
তস্য স্ম স্থাণুভূতস্য নির্ব্বিচেষ্টস্য ভারত। কুলিঙ্গশকুনৌ রাজন্ নীড়ং শিরসি চক্রতুঃ ॥২০॥
স তৌ দয়াবান্ ব্রহ্মর্ষিরুপৈক্ষত দম্পতী। কুর্ব্বাণৌ নীড়কং তত্র জটাসু তৃণতন্তুভিঃ ॥২১॥
যদা ন স চলত্যেব স্থাণুভূতো মহাতপাঃ। ততস্তৌ পরিবিশ্বস্তৌ সুখং তত্রোষতুস্তদা ॥২২॥
অতীতাস্বথ বর্ষাসু শরৎকাল উপস্থিতে। প্রাজাপত্যেন বিধিনা বিশ্বাসাৎ কামমোহিতৌ ॥২৩॥
তত্রাপাতয়তাং রাজন্! শিরস্যণ্ডানি খেচরৌ। তান্যবুধ্যত তেজস্বী স বিপ্রঃ সংশিতব্রতঃ ॥২৪॥

---

গুম্বৃংদা হায়বদি আকাশদা হ'প্পুনা ছুমহুনা লৈ, হেমন্ত ঋতুদনা ঈশিংথক্তা নত্রগা মঙ্গুংদা কুইনা মরৈ-থোকই। ওলাওথা গ্রীষ্মগা য়ক্না শারবা নুংশা মরক্তা, শারবা মু়ং ড়ও মপৈ মপৈ হুমজিন্নকপা নুংশিং মক্তা নীঙভায়দনা লৈথোকই। অদুবু থাঙ্গেশেংবা শম তায়বচ্লগী ওত্তুদ মশাদা কাওরমদে— করিমত্তা খঙ্‌দে। লৈমায়থক্ত থরো থরো ওল্লি, শারীরিক দুঃখশা হবদো, মশাদা ফাওদবা নত্তে, কাওই, অদুবু অমা অনাগী চৈনা পূম্বদু থাঙ্‌ডি ॥১৫—১৬॥

নোংজুপাম্বানা লাক্লবা মতমদা ঈহাঙ্‌ হাঙবদা, আকাশদা লৈপাক্না শম্নদনা লেপ্পুনা লৈবা ওম্মি। নোংমদোম্বক্তগী কল্লবা ঈশিংগী মরীক মরীক মথক্তা তাক, অদুবু করিমত্তা নাচুবিদে। লেলপা লোয়-ননা চাউর চাইরবা নাং মবী মরীনা মকোক্ত মরায়বক্তা থাক, অদুবু অহুম লেঙদনা লৈখি ॥১৭॥ নিংথৌ! মাগী শাংলবা মশমশিং অদু নোংজু ভুংশাদা অমুক কং অমুক চং তৌদুনা জটা ওইনা অহুম তাখ্রে। হুজং হুন্দা চৎপত্তনা মশিঙ্গাং ওইরকপদুনা মশা মউ মখোঙ্‌ মথুং পুম্বক লৈখোম লৈনাংতনা কংশিল্লক্তুনা ঈথা থাগংলে। মপাক্তদ রাউজবনি, হস্মোয়দি পূমলং কঙ্‌ডি, পূমশোং শংতু ॥১৮॥ নোংমগী রাত্রীনি— মহাতপস্বী জাজলি অসি করিমত্তা চাদনা, ভুংশঙ চাদুনা উ অক্‌বগুম্না চপ্‌ লেপ্পুনা লেঙদনা লৈ। মহাক্তী পূক্লীংদা অরা অনাগী চৈনানা মিপাইবা পীঙমদে। করিমত্তা লেঙ্‌ ওৎপা তৌদনা ॥ ১৯॥

ভরতনন্দন যুধিষ্ঠির! লেঙদনা অম্ভুম চপ্‌লেপ্পুনা লৈরকপদুদা মতুংদদি লেপ্‌শি শিবা উক্রোং অমগুম্না উরে। নিংথৌ! মহাকপু তাইবংমীনি হায়বা হঙ্‌দবনা মকোক্তা জট মঠক্তা শেল্লাং মতৈমনাউনা লৈগদবগী মহুম্ শাররে ॥২০॥ বিপ্রর্ষি (ব্রহ্মর্ষি) অসি য়াম্না থোজাল হৈবা মীনি। অহুনা উচেক মচা মতৈমনাওহুনা চৈতেক্ চৈরাং নাপী শীংবী, মহুম শাগদবগী পুশিল্লকপত্ত অত্তম খঙ্‌হুনা য়েংহুনা লেঙদনা লৈরি' মখোয়বু তাক্তোকপিদে, পাইথোকখিনি হায়হুনা মখোঙ্‌ মথুং মথুং ফাওবা করিমত লেঙ্‌দে ॥২১॥ উকক্ কুম্না চপ্‌ লেপ্পুনালৈ, করিমত্তা লেঙ্‌দে। উচেক্ অনিহুস্থ য়াম্না থাজনা থুংঙাইনা মুনিহুগী জটাদা মহুম্ শাহুনা লৈরক্লি ॥২২॥ নিংথৌ! নোংজু পাম্বাহু তপ্পতপ্না চৎখ্রে হৌখ্রে। শরৎ ঋতু লাক্‌লে। শেল্লাং মতৈমনাওহু জটা মঙুং অতুদা মহুম্ পান্দুনা মচামশ্‌ পোক্লহুনা লৈরে। মুনিগী কোকথক্তা

লোহপি দৃষ্ট্বা ত্বং বিপ্রমায়ান্তং তাতজীবনঃ। সমুত্থায় সমাদায় শুশংস্যঃ স্বাগতেনাভ্যপূজয়ৎ ॥৪৬॥
আয়ানেষা স বিদিতো মম ব্রহ্মন্ ন সংশয়ঃ। ব্রবীমি যৎ তু বচনং তচ্ছৃণুষ্ব দ্বিজোত্তম ॥৪৭॥
সাগরানূপমাশ্রিত্য তপস্তপ্তং ত্বয়া মহৎ। ন চ ধর্মস্য সংজ্ঞাং ত্বং পুরা বেত্থ কথঞ্চন ॥৪৮॥
ততঃ সিদ্ধস্য তপসা তব বিপ্র শকুন্তকাঃ। ক্ষিপ্রং শিরস্যজায়ন্ত তে চ সম্ভাবিতাস্ত্বয়া ॥৪৯॥
জাতপক্ষা যদা তে চ গতাশ্চারীমিতস্ততঃ। মন্যমানস্ততো ধর্মং চটকপ্রভবং দ্বিজ ॥৫০॥
খে বাচং ত্বমথাশ্রৌষীর্মাং প্রতি ব্রাহ্মণসত্তম। অমর্ষবশমাপন্নস্ততঃ প্রাপ্তো ভবানিহ।
করবাণি প্রিয়ং কিং তে তদ্ ব্রূহি দ্বিজসত্তম ॥৫১॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্মপর্ব্বণি
জাজলিপ্রশ্নে ষট্পঞ্চাশদধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ। ২৫৬।

—:(o):—

মতম্ চঙনা অসুম থিরকপসিদা বারাণসী নগর য়ৌরে। মফম অদুদা জাজলিনা, পোচ্চে য়োম্নুনা লৈরিবা তুলাধার অদু উরে ॥৪৫॥

পোচ্চে য়োম্নুনা লৈরম্বা তুলাধার অদু সু মগুণ লৈরবা ব্রাহ্মণ অমনা মতোল্লোমদা লাকপদু হেক্টবদা কুক লৌগত্তুনা মথুং লোয়হুনা ব্রাহ্মণ মুনি অদুগী মনাক্তা চঙশিল্লি, মকোক লোয় থুকমহুনা তরাম তরাম্না স্বাগত তৌখি ॥৪৬॥ ব্রাহ্মণদুবু য়েংলগা তুলাধারহুনা অসুম্না হায়রকই:--ব্রাহ্মণ! নহাক্না ঐবু থিবা লাকপসি, ব্রাহ্মণ নহাক্না য়ুমদগী হেক্ থোকলাম্নুনা যাত্রা তৌরকপদুদগী ঐদি অদুম মখল-প্রবনি। ব্রাহ্মণ অখোইবা! ঐ মথং-মগং হায়জগে মুম্না অমুক্ত তাবিয়ু ॥৪৭॥ ব্রাহ্মণ নহাক্না ঈশিং য়াম্না লৈবলৈবা মফমদা হায়নীঙাই লৈহনা ঈশ্নুদা অকনবা তপস্যা তৌখি। ঐ সিদ্ধ ওইরে, ধর্মবান্ ওইরে অসুম্না খনবা য়াথল ধাস ব্রাহ্মণ নহাক্না ধর্মগী চাংদা থমোইদা অহাম্বদা কাওরমদে ॥৪৮॥ তপস্যাহুনা সিদ্ধ ওইরবদা, ওইরে হায়নসু খল্লবদা উচেকশিংনা নহাক্কী কোক্তা মহুম শাখি, মরূম্ থুখি, মচা পোকখি। উচেক মচাশিং অদুবু নহাক্না য়াম্না নুংশিনা তাকৃশেন্দুনা থাম্মী ॥৪৯॥ উচেকশিং অদুনা মচা-শাক থিবা কোপাই পাই। অমুমুক নহাক্কী কোকথক্তা শারবা মহুম অদুদা পাইশিল্লকই। মথোয়গী মংতাইজবদু কায়াখনি হায়দুনা লেঙ্দনা ভুমিল্লা লৈখি। কোকথক্তা উচেক মচাশিং অদুবু চাউরবা ফাওবা মফম পীহুনা য়োকাপিবদুবু ব্রাহ্মণ নহাক্না অচৌবা ধর্ম অমনি হায়না খনখি। নশাবু ধর্মাত্মানি সিদ্ধ পুরুষ ওইরবনি হায়না খন্থি ॥৫০॥ মতম অদুদা আকাশবাণী তৌখি। মাহু তাবদগী ব্রাহ্মণ নহাক্না ঐগী ঈকমদা লাক্লিবনি। মাহু ঐ লোইনা খঙতি। অহনা, য়াথং পীবিয়ু, ব্রাহ্মণ নহাক্কীদমক্ ঐনা করি তৌজো হায়রগে?

মফমদু অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা
শান্তিপর্ব্বদা তুলাধার জাজলি সংবাদদা চনী য়াঙ্খেতরককুবা
অধ্যায় লোইরে ॥২৫৬॥

**মণিপুরী মহাভারতকা কুনুপুবা থঙ লোইরে ॥**

——:[o]:——